# খম্নুং ইঙাল লৈশাবা

## সনা পুয়া

৫ শুবা শরুক লাংবচক

৭ শুবা নাওখম্বদগী ৩০ শুবা থাংপিলান্থবা ফাওবা

অহৈবা ঃ
মংলেম মৈতৈ
মেকোলা বজার

# খম্নুং ইঙাল লৈশাবা

## সনা পুয়া

৫ শুবা শরুক লাংবচক

৭ শুবা নাওখম্বদগী ৩০ শুবা থাংপিলাম্বা ফাওবা

অহৈবা ঃ
মংলেম মৈতৈ
মেকোলা বজার

লাইরিক অশিবু ফংহনবিরকপা

অহৈং মঙাং য়ুমদাব। চান্নবম লৈখিদ্রবা বিরচারি মৈতৈ

থাঙ উরিপোক খোইস্নাম লৈকাই, ইম্ফাল

লাইরিককি শরুক : ৫ শুবা শরুক

নহা চহি : খৃঃ ২০০২ শক ১৯২৪ মৈঃ ১৯৯৬ লাংবচকি চহি ৫১০৪

লাইরিক মশিং : ৫০০

মমল : লুপা ৮০/-

অইবা অমসুং ফোংদোকপা — মংলেম মৈতৈ

চক পুথ অইবগীনি



নম্ফম : পি, এস. প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরি, সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক মচিন, ইম্ফাল।

# রাহৈ খরা

লাইবিক অশি খয়্যুং ইঙাল লৈশাবা কৌবা পুয়াগী ময়ুং চনবা লাইরিক্তি। হয়িচক, হয়াচক, খুন্নচক কাওবদি খয়্যুং ইঙাল লৈশাবা হাইনা কৌরম্মী। লাংবচক নোংদালাইগী মতমদগী সনা পুয়া হাইনা মিংথোন অমা হাপচিন্নকখি। মরম অসিদগী খয়্যুং ইঙাল লৈশাবা পুয়ানা মপুং ফাইরগা সনা পুয়াশু য়াওনা লাইরিকশিংগী লমাই অমদা খুয়্যুং ইঙাল লৈশাবা লমাই অমদন সনা পুয়া লাংবচক হাইনা খাজবনি।

লাইরিক অসি নিংথৌরোন ৭ শুবা নাওখম্বদগী ৩০ শুবা মৈতৈঙ্গু থাংপ লাম্বা কাওবমা ৫ শুবা ভোলুম ওইনা পুথোকচবনি। লাইরিক অসিগী মশাদ নিংথৌশিংনা পাল্লখ্বা মতমদা থোকখিবা থৌদোক রাথোক কয়ামুক য়াওবি। মনা মান তৌরখ্বা খবক থৌরম কয়াশু মরিক চুম্না ফজন য়াওরি। থংঙাঙ্গী মতমদগী মহাং য়ুমদবা য়েংথোয়্না য়ুমদাবদগী নিংথৌশিংনা পোক্লখ্বা মচা মশুনা য়ুমদানখিবা মঙাঙ্গী নিংথৌজাগী য়ুমনাক ফজনা য়াওরি। চৈথরগীদি চন্দ্রকৃত্তি মহাবাজগী মতমদা নিংথৌচা য়ুমদাবশিংবু থিগৎলনা ইথিবনি অদুবু অপাবা ঐখ্বাইদা নিংথৌ নিংথৌগী হাক্তক্ত মচাশিংনা য়ুমদানখিবশিংবু হাপহৌবনা মুংঙাইগদ্রা খঙদুন নিংথৌরোন খুদিঙ্গী য়ুমদাবা য়ুমনাক হাপচবনি।

লাইরিক অসিদা বনান থৈনবা অরান অচৌই কয়া য়াওবা থোইদোক হেন্দোক্লা য়ুমদাবা য়ুমক লানখিবা চিংথৌবা পুয়মক মথঙ্গী খুৎনমদ শেংদোকচগে। তেল্লবা মতম ওইথিবা ইশাশু ঙমদবা তম্বনা চৎনা প্রুফ ককপশু ঙমখিদবা মরম্না থরদি য়াওরম্মদ্রা খল্লি অদুবু ইচা সরতনা (প্রেস মেনেজরনা) মাগী অচিনবা কয়া কাইথোক্তুনা প্রুফ লান্দনবা হোংনখিবা অদুগা শেলগী অরাবশু লৈহন্দনা য়ারিমথৈ তেংবাংবিদুনা খুন পুথোকচবা ঙমজবনি। থাজৈশংনা মতমশিংগী লোন্দা ঙাক্তা নত্তবনিনা মুরাংবু লুরাং হাইনা নমখিবশু য়াওই। পুয়মক ঐগী ইরান্নি পুয়মক মথঙ্গী খুৎনমদা শেংদোকচগে প্রেসকী ইচাশিংনা য়ারিমথৈ লান্দনবা হোৎনবিবা অদুবা মতমদা পুথোকপা য়াওব হোৎনবিবগী লমন্দি লাইরিক অশিবু মপুংফান খঙ্গীরখ্বা থক্তি মকলোনশিং অমদি তেংবানবগী মপু অমাং অতা লৈতবা নোংদম্না মানা প্রেসকি ইচা ইনাওশিংবু য়াইফ কুবি নোংদম্নীবা ওইরশনু, মাগী নোংদমদগী মখাদা লেমহৌরিবা নিংথৌরোনশিংশিশু অশোই অঙাম য়াওদনা প্রেস অসিগী মফমদগী পুথোকপা ঙমজবা পীনবিয়ুকো নোংদম্ন, হয়্যম হয়্যম।।

অইবা :

সং লুরাং য়ুমদাবা

লাইরেঙ্গম মংলেম মৈতৈ

মেকোলা বজার।

ইম্ফাল

তাং ৪ ৭। ২০০৩ ইং।

# য়াওফম তাকপা

———

## ৭ কণ্হৌলে য়াম্না ফম্নাল শংবা মৈতৈঙু নাওখম্না লৈকাই মরিগী ফম হাপ্পা

লাংবা চক্কী কুমশিং ৩০১২ নোংদালাই কুমশিং ৪০৪ লৈচংবগী কুমজাগী অরোইবা লমদা থাজা ২৭ নি পানবা নোংকোরৌ লৈবাকপোকপা মুমিংকী মুংথিল পোপ্পা লৈহুনবদা ময়ুম এলুপ শথাইগী লুরাং পিবা পুন্সিবা, অঙোম পিবা রামৈলাম্বা, মোইরাং পিবা চাওবা শৌপাম্বা থুমন পিবা খোনবা, পিবা মরিনা লুচিং থৌখন্না মীয়াম অশাই অশম পুম্বগা লোইননা মৈতৈঙু নাওখম্বগা মদাইরেন মৈতৈ লৈমা য়াওশোম্বীগা লোইনদুনা নোংদম শংলেন মরু লৌরাংজাম্বা, কাইখিরোন শংলেন মরু থেঙ্গাইবা মরু অনিনা থৌশিন থৌতাদুনা হৌ লম্মাহনবা কংলৈ পুংমাই-য়োনগী য়াম্না থম্বালবু লৈশংবা থৌহৌনা খোংচংলে ।। কুচু রায়েন থোদা নোংদম শংলেন্দা লৈচং লৈফম্লবদা মৈতৈঙু নাওখম্বনা নোংদম মরুগী মফমদা কংলৈ পুংমাইয়োন হৌ চম্মহনবা হাইমা লৈবাক্কী মিংহুন তম্নম্বা কংলৈ য়াম্না থম্বালবু কংলা হাইনা খংনরিবগী পরম্ব রাহোম্মি মৈতৈ চংলম লাইরকচন পরম থৌরম খৈবিকপু ।। মৈতৈঙুনা লৈহৌভৈগী রাবু খংনিংবা চংলম লুত্তিম লাইরক-চনবু নামুং চংলম ওইদনা থৌঙম থৌপু থৌশিন্নীংবগী মপূক লুম্নাং থৌহৈনববু মরুনা রাখংলদুনা মৈতৈঙুগী মফম্লাংদা ( খমনুং ইভাল লৈশাবা, নমু তাইবং মৈহৌরোল, চংলম লুত্তিম লাইরকচন, য়ারা ইখোন লাইয়েক লৈথম্বা ) কোবা পুরারিবু পাউশানা লিঙ্গম্বীদুনা লৈবাক নোংথৌ তুববু তাহল্লে । মরুনা লৈহৌনব্রবা লৈশেম নোংশেমভৈদগী চংলম লুত্তিন লাইরকচনবু থৌকাওদনা নীংশিংনবা থৌরম্বু থৌপুনা চংলম লুত্তিন লৈবখৈবিকপু লাইরকচন্দা নামুং চংলমবু ওইহন্দনা লৈবাক্কী চংনরম ওইনা থৌকাওনদনা চংলম্বু থৌলিংনা থৌপুনবগীদমক্তা লাইরকচনগী থৌখম চংলম্বু চংলম থৌরম খুদিঙ্গী মথৌ মওম্বু লৈথাইনা ফমগা-ফমলেনবু লৈহাপ্পুনা লৈকাই মরিবু থোদা নোংদম্না মহৈ মশিংবু লৈতম লৈতাকহন্নবা থৌশিন্দুনা মৈতৈঙু নাওখম্বনা ফমগা ফমলোনবু নোংদম্লে. মরুনা লাইয়েক্লে ।। তাইবং অহন পুন্সি মুংশাংবা মথৌ মওম্বু থৌলেন্নবা, মশু শুথাংবু তানফংনবা লৈঙম্নবা পুম্বগী মাগী মাগী মমুং মতম্বু থৌভাইনবা ওইনা লৈঙম্নরবা থোয়রুম লাইরক-চন্দা শিংথানরববু লৈহন খোংলম্ব ইভাল লৈশানা লৈহন্নবা, মপোক খোংলম্ব লৈথংনবা, শাথোক লৈফম্বু মাংলমচক্তা লৈথংনবা, ঐগী লৈহনগদবা কুমজা, থাজা, নোংকোরৌ লৈথংনবা মৈতৈ লাইমিং থাগোল চংলম্ব শিন্তাক পাউশা নোংদম্না লৈখিননবগীদমক্তা ফম্লেনবু ( লাইরোই পুরেন ) লৈহন্না খ্বাই কাইদা, খ্বাই তাংচেংবা, লাইরুহন লাইনিংববু হাপ্লে । মথংদা লাইরোই হঙ্গবা ফম্লেন মিংহন্না মুরাং লাইকোন শংবা, খ্বাই লৈতেম্বা লানিংববু লৈহাপ লৈথল্লে ।।

ময়ুম য়ুম্লিংহুনা চাদ-নাওদরবা তাইবং মথৈবু চংলম লুত্তিন লাইরকচন ময়ুম য়ুংগাল্লোন, চায়োক-লুত্তিন খোংলম, নাওদা ইহুন খোংলম্ব শিন্তাক নোংদম পরম্ব থৌপু ফম্বৈ লাংনবা শারোই হঙ্গবা

ফয়েনবু মিংছন্না খাই নোংমাই থেম্বীবু লৈহাপ্লে ।। মথং শারোই হিদং পাউশানা খাই লৈভকপবু লৈহাপ লৈথয়ে ।

লারোই লোইয়িন শিম্বা হঞ্জবা ফয়েন লৈছন্না পাথংলোই থৈবিকপু চৎলম লুতিন, য়াম্বা থৌখল্লোন শিস্তাক মোংদম্না মথৌ মঙম্বু খৌয়েংনা শিম্বা নোংদম্নবা খাই মৈরা চালাম্বু লৈহাপ লৈথয়ে ।।

য়োইরেল য়াংদোংলকপা ফয়েন লৈছন্না পাথং শরেপ্প্ লৈফানদরিববু মহৈ মশিং থাং, টা, লিরুং তেন, শাথিন, লানচং লীকশা খোঙশা য়েকপা খোৎপা, ( শাবা, হৈবা ) থৌরম থৈবিকপু লৈথংনবা লৈতাক নোংদম্বু খাই তাংক্রকপবু লৈহাপ লৈথয়ে ।।

শীংলোই লাকপা ফয়েন লৈছন্না নহামচা কুমজা ৫ লৈচংবদগীনা কুমজা ১০ লৈচংবা শীংলোই মহাশিংবু মহৈ মশিং মথল মথা হৈনবা মমিং মনা, মখোং মথুৎ হৈশিংনবা মথল মথা থৌথিনা লৈতাক নোংদম্নববু খাই য়াইমা লৈরি খোম্বু লৈহাপ লৈথয়ে ।।

খুৎলাই লৈকাই থৌপু নোংদম্বা, লাইরোই পুরেন তোনাম্বা । লাইরোই হঞ্জবা শনালেম্বা ।। শারোই হঞ্জবা কুবিলাইবা ।। শারোই হিদং লমথাবা কৌববু ফমহাপ্লে ।। লাইরোই লোইয়িন শিস্তাক হঞ্জবা খুৎলাই কুবি নহাবা ।। য়োইরেন—য়াংদোং লাকপা খুৎলাই কৈতেম্বু হাপ্লে ।। শিংলোই লাকপা খুৎলাই য়াঙ্ববু হাপ্লে ।।

রাংখৈ লৈকাইগী লাইরোই পুরেন রাংলেন জাম্বা ।। লাইরোই হঞ্জবা কাক্লে ।। শারোই হঞ্জবা মেলৈ ।। শারোই হিদং নালবা ।। লারোই লোইয়িন শিস্তাক হঞ্জবা খোংঙা উরোং ।। য়োইরেন য়াথংলোইলাকপা কাবোম্বা ।। শীংলোই লাকপা রাংখৈ নহাবা ।।

য়াইখুলি লৈকাই লাইরোই পুরেন মান্দিংবা ।। হঞ্জবা য়াইখোম্বা ।। শারোই হঞ্জবা থাম্বা পনশাবা ।। হিদং লাইখ্বা ।। লারোই লোইয়িন হঞ্জবা—মংলেনজাম্বা ।। য়োইরেন য়াথংলোই লাকপা—থাবি লুকোই ।। শিংলোই লাকপা—কাকপা লুমশন ।

লৈকাই মরিগী থৌপুরেন শিনবুরেনবু ফমহাপ্ত্না থৌশিন্নরে ।। লৈবাক্কী থৌপুনবা ফমদো ফয়েন লৈহাপ্ত্না মথৌ মঙম্ থৌশিল্লক্লে ।। য়াঙ্গোই হঞ্জবা, হিদং ।। লাঙ্গোই হঞ্জবা হিদং ।। মল্লুংপুরেন, শারুংহনবা, নাইজহনবা—পাউচৎপা ।। শংলাকপা—শংলেন শংবা ।। রারুং পুরেন ।। উরুং পুরেন ।। ইরুংপুরেন ভারুংবা । পাৎচাহনবা ।। লৌরুংপুরেন ।। লাইকম হঞ্জবা ।। কৈরুংবা ।। ফৌরুংবা ফিরুংবা ।। রায়েন ফম্বৈ নোংদম্বা ।। রায়েন ফম্বৈ পুখ্রম নোংথোন ।। ফুজ্রৎ হঞ্জবা হিদং । খৌরম খুদিঙ্গী খৌয়েংনা ফমদো ৬৪বু ফমলেন ফমহাপ্ত্না লৈবাক্কী থৌপুহল্লে ।।

## তাংখু ক্রৌখিবগী মরম

ফমদৌ পুম্বদা মৈতৈঙ্ নাওখম্বনা হাই, মৈতৈ কংলৈবাকী অঙম্বা ফম্বে ফম্বা পুম্নমকশু, অশাই অশম লৈবা খিবিকশু নোংদম মরুগী পাউশাদগীবু থৌরম পুম্বা তাবি থংবিরেদো, রায়েন শংলেন্দা য়াল্লিবা ফিরোল ( খ্বাংলি লাইখন ফিরোলগা লাইরুম নমথাং ফিরোনগবু ) লাইরমলেন্দগী থৌহৌনা ইবুধৌ লাইমিংথোই অশিবনা লুতুঙ্গী লৈবাক য়াইফংনবা মাইংগে মরি চিরা মরিবু লৈয়াংনা পনশা ৯ বু চীংবা পনশা পম্থিংবনা খ্বাংশেং নমথাং ওইনবদগী ইবুধৌ মা কোঙ্গলতু থোকপা পাবু খংবনা ময়াম্বুঙ্গী লৈফমদা মা ফিগে অশংবগী ফৈচোনবু লৈকং লৈহুন্দুনা লৈথোন ফিরোনবু লৈনিজহুনা হৌলম্মা। হনবগী কংলৈ ফম্বাল লৈতম্বগী ফম্বাল ফিরোল খোইজংবা ওইঙম্না খ্বাংলি শাজুম লৈখন ফিরোলবু খ্বাংশেং লৈফমখি, লুতুংদশু কংলৈ পিবা মা থম্বাল, মেন কংলাবু লৈশংবা পিবালোন মঙাং মৈতৈ ঈনা হয়ম লাইরমলেন্দগীবু থৌহৌনা হয়িচক, হয়াচক, খুনুংচক, লাংবচক অশি ফাওবদা ফম্বাল ফিশেংনরিবা ফিরোলবু ইবুধৌ লাইরমলেনগী নোংদালাই পাখংবনা ( তাংখু থাংরাই চাওবনা ) মেরা হৌচোং থৌখল্লবদা মনা ফিরোল ওইবিখি পাউশাইদো, অদুবু ফিরোল অশিবু মীপুম খুদিংনশু শেঙে, অশিনদি ফিরোল মচু মঙান অশি খোইয়ুম অথোইবশিঙ্গী ফিরোল লৈচু ওইবা তাই, ফিরোল অশিদা লাইরুম নমথাং অশিমদি লুতিন লৈরাং লৈয়ানবগী পাউতাক রারেগা ফিরোল ওইনা ময়াঙরি ফিরোলবু লৈশুনা লৈহাপ্পদে ফিরোল মঙম লৈহনপনি হাইনশু ।। ফিরোল অশিবু তাংখু হাইবা লুপ অশিনা অশুক খোইজং ফিরোল ওইনা লৈনিংনা ফিরোলবু ইরাংনজবা নত্তনা মঙম্বু করি লৈবনা খ্বাংশেং নমথাং ওইঙম্বা, অদুগা ইবুধৌ নোংদালাই পাখংবনশু মনা ফিরোল ওইনা পিরমখিবা ? ফিরোল অশিদি মঙাং য়ুম্মা লৈনিজহুনা তানফংঙবা ফিরোলবু করিনুংদগী পিবনো ; ফিরোন অসিদি মঙাং য়ুমগী মৈতৈ পিবাগী ফম্বাল ফিরোল লৈহোংবা য়াত্রবা ফিরোল্মি অদুবু ইবুধৌন কমদৌনা ।। মৈতৈঙ্ নাওখম্বগী মপুক লুম্লাং নিংঙমদবা পাওশাবু নোংদম মরু লৌরাংজাম্বনা তাঙম্লবদা হাইয়ে ।। পাউশা অসি তচুম্বদি রাকম্নি অদুবু পিঙমখ্রবা মনা মথুমনিনা লৈমুংহন্দুনা ফিশেংহন্দবদি য়াঙম্লরোই, কংলেনা কংলা ফম্বাল লৈফম্বদা ফিশে বশু য়াঙম্লোই লৈহানবদনা ময়াম্বনা মনাওদা ফিরোলবু লৈপিবা, লুতুংদা মনাওদগী ময়াম্বনা মাগী ফিরোল লৈহৌরকপগী ফিরোল্লিবু লৈখংহনগে হাইবগী ফিনিনদুনা ফিশেং ফদিন্নবনি মৈতৈঙ্ ; অদুবু মা পুক্লিং চিংনববু কোরুবা পরম থরা তমুক লৈহন্না পাউশাগে মতুং মঙম্ নত্তবনা লাই-রমলেন্দা নামুং চংলম থৌপুনবনু তাঙমখিনি হাইবগী রাহোমদবনি তাবিরে ।। মরু মচা পাউশা লৈরাং লৈথম্লম্বা পুরারিবু নিংশিংনববু থৌপুনা মৈতৈঙ্বু তাহম্লবা খডিক পাউশানবিও । নোংদম মরুগী থৌদাবু থৌপুনা কাইবিরোন মরু পেঙগ্রাইবনা পাউশানরক্লে ।।

হয়ম হে লাইমিংথোই মরু নঙ্গী লাৱৈ লাংথুপ, শাথুপ লৈথম্লম্ববু ইথিক ইণ্ডম্বু নত্তবনা ৱাহৈ খরা খজিক্ল, লুতুংনা লৈথংনববু ওইণ্ডম্না, নোংদম মরুগী থৌদাবু থৌপূজববু তানফংনবা ওইণ্ডম্না লাইমিংথোই নঙ্গী নণ্ডম্না নঙ্গী থৌখ লৈহুন ওইজগে নত্তিক হেনবা নহাক্কি, নঙম চাওবা নহাক্না অয়োল অৱাল লৈববু কুবি নোংদম্না তাবিও লৌবিও হোয়ানগেগে ।। মৈতৈঙ্গু কংলৈ ফম্বাল লৈশংবা মহি স্নারেনগী মণ্ডম্বু লৈথম্লম্বা তাইবং মশক ওইখিববু হাত্তগে । নবুধৌ লাইমিংথোইন হয়ম হায়বা খোইয়ুম লাই লৈঙম্বা পুম্ববু শাথোক লৈথম্না লৈপাম্ববা থৌপুনইদা নবুধৌনা শালাইলেন অমম্বা অতিয়া মরু শিদবগী থৌদা নোংদম্বু থৌপুনা মাইগৈ ৪ বু শুংদাই ৪ লৈয়াংনা চীংবা লৈরোং মনা ৯ লৈহাপ্না চীংবা পনশা লৈথোনবদা ফিশেৎ লৈতেংনবা ফিবোলবু মশানৌ কোন্দে তনৌবা স্না কেণ্ণম্বু খোকপা পাবু থংবনা ময়াম্বংনা লৈথোন থৌরোইনতুনা লৈহল্লকপদা ময়াম্বগী ফিশেৎপু উবদা খোইজং খোইদাৱে পাখংবা মনাওনা ।। য়াম্বনা ফিশেৎ অশিবু শেত্তুনা লৈবাক্কী য়াইফংনবা নোংদম্না চীংবা পনশানা লৈথোন্দুনা লৈবাক অশিবু লৈকন্নবা নোংদম্বীখৱে ।। ফিৱোন অশিদি য়াইফ মুংঙাই নোংদম্নবদা ফিশেৎনব, ফিৱোন ওইঙম্লে ; পাখংবা ঐনা লুচিং পিশা তানফংলবদা লৈবাক্কি য়াইফা নোংদম্বু থৌপুনা কংলৈ পুংমাইয়োনগী স্না থম্বালবু লৈশংবা তানফংবদা ফম্বাল মেনবু লৈফম্বদা ফিৱোন অশিবু ফিশেৎচতুনা লৈফম্লগ, লৈবাক্কী য়াইফং থৌরম্বু ইপুবলুম্নাংদা লৈখংজনবা নোংদম ফিৱোন ওইতুনা ফিশেৎনা লৈবাক য়াইফ নোংদমজববু ওইহল্লগে নিংঙম্লকুন, ময়াহৈগী মযম্লাংদগী লৈনিতুনা ফম্বাল মেন্দোংবা ফিৱোন মথংলেংনা ওইৱিদে । ফিৱোন অসিবু লৈহৌৱকপা লৈফম্বু লুতুংনা লৈথংনররোই ফিরোন্দি ইশানৌনা যম্বাল মেন্দোং যিৱোলবু ওইখৱে, করিবু কমদৌনা ময়াম্বা ঐঙোন্দগী লৈনিখিবা ফিৱোন্নি লৈথংনব অসিদা লাইমিংথোইনা কাখল্লে ।। উম ফিৱোন অসিনা ফিশেৎনবা এগী ইণ্ডম্বু লৈপুবা ঐগী শোইয়িন ৬ পু লৈথম্লমতুনা ফিশেৎ অশিবু ফিশেৎনা লৈঙম্লগে নিংবদা লাইমিংথোইগী স্না হকচাংদগী ( টাবাকশুবা ) খোয়য়ুম ৬ চোংথোক্লে । মথোই ৬ পু কৌশিন্দুনা লাইমিংথোইনা নোংদম্মি, ১) হোৱং ও হো চি লৈতুংলেম্বা ।। ২) হো ৱং ও হোচি নোংহু ৱং ।। ৩) হো ৱং ও হোচি ঙাতৱেং । ৪) হো ৱং ও হোচি ঙাতু ৱং ।। ৫) হো ৱং ও হোচি মোংতুমবা ।। ৬) হোৱং ও হোচি লৈতোং লেমবা কৌবা খোইয়ুম ইঙন ৬ মক্লা ঐগী ইণ্ডম্বু থৌপুনা লৈফম খুদিংদা লৈকোই লৈত্তাংনা লৈঙম্লতুনা চাদ-নাওদনা চক্লেন মরিবু লৈচুপ্না লৈঙম্মু ইন্থং ইৱেংবু লৈশিন্না তাইবং ইপোক্না লৈপানশিন্নতুনা তাইবং থৌদা থৌপুনা, অতুগা নশানৌদা লৈহুন্নৱিবা ফিৱোন অশিদো মনিং তম্না পিবা ফম্বাল ফিৱোন ওইনা শেৎতম্লশম্নু নশানৌগী ইপোক শাথোক অহুম লৈশুবা লাংবাচক্কী লৈন্নুংদা ফিৱোন অসিদো নশানৌদগী লৈনিন্দুনা নথোইগী ফিশেৎ ফিৱোনবু ওইঙম্না ঐনা লৈবাক্কী য়াইফংনববু লৈথোন লৈচাইবদা শেংঙম ইনঙৱকপনি লুতুংনা লৈথংজনবা ফিশেৎনৌ, নশানৌ পাবু থংবনশু লৌহৌববু নিংশিংনববু

ওইঙম্না পিবা মনাফিরোল ওইশনু চৌংনদনা পিশনু নখোই খিবীক্লা পাগী পুগী লৈহৌ শাংনকম ওইনা লৈশংনা লৈঙম্নগদবদি চৌংখৈ নোংপোক অসিরোই চৌংলনদা লৈপাল্লে। ।। লৈফম অশিদা লৈমুং (খোং, খোংলম অহুম) লৈনদো চৌংলন লুত্তোন পাংবা খোংলম খোংদা লৈঙাক্লিবদো (ওক্রেন, থংনরেল) কৌবনি লৈফম অতুদা নখোইশু লৈরুরো, নখোই খৈবিক্লি মম্লাইদা ঐবু লৈগদবনি নোংদম্না লৈফম অতুদা খোংচং লৈচংহুনা লৈসিন্নখিবা খে ইয়ুম ৬ না চক মরিদা চাদা নাওদা শুদারম্বা মচা মশুনি। নবুধো নোংদালাইনা শাথোক শাফোংনদ-রিবা মখৈবু লৈরোং লৈতাংনা লৈপান্নহুনা লৈঙম্লগা নবুধোনা লৈপাল্লবদা শাথোরক্লহুনা লৈকম্ব লৈথংনা থুন্দা লৈতানা লৈঙমখিবা লৈহৌঙৈদগী নারোং শাইদাংনহুনা লৈঙম্লক্লবা লুপলেম্লি থোকাওনদনবা হাইহুনা লুপ্লেন মমিংবু (তাংখু) লৈহুনবনি ।। অখুবা লৈখুন মমুংদা শাইদাং নারোংনহুনা লৈঙম্লক্লবনি লৈথংনবা নবুধোনা মিংলেনগা লৈহৌ ফিরোনগা নোংদম্না ফিশেংহনবনি।। পিঙমখরবা ফিরোলবু লুতুংদা লৈনি শাইদাংনহুনা ফিশেংনৈয়ে লৈথংনবা তাংখু হাইনা চংংম অনিবু থোয়েং লৈফানা মিংহুনখিবা তাংখুগী লুপা লৈশুবদা খোইজংবা ফিরোলবু খোইদা ফিশেংপদি হাইখিবা নোংদমবু খোপুবনি ।। নবুধো লাইমিং থোইগী মঙাল নাওদনি অতুমুঙ্গী লৈহন্না ফিশেংপনি মৈতৈঙ মপুক রালুপীনু, মযুম মঙাং য়ুম্না ফিরোন অসিবু শেংকদবদি ফম্বাল মেন্দোংবা নোংকোরো অমত্তনি লৈহৌঙৈদা লৈনি ফিশেংনথিবশু অতুবু ম্না পুক্লিং লৈতক লুম্লাং লৈথাবিনি ।।

কাইবিরোল মরুগী নোংদম পুরারি তানফংবদা মৈতৈঙ নাওফংবনা হাই, মরু তাংখু হাইবা লুপ অসিদি ইবুধো লাইমিংথোইগী মঙাল মচা মশুনিদনা ।। মাম্লি মৈতৈঙ ।। মরু অতুননিদনা ফম্বাল ফিরোল খ্বাংলি লাইখন লৈচু অহুম্ব খোইজংনা অমুক ফিনিহুনা শেংনরিবা অসিদি, লুপ অসিগী মশকপু লুতুংনা লৈথংনবা ইবুধো লাইমিংথোইনা থোশিন নোংদমবনিদনা মরু ।। মাম্লি মৈতৈঙ ।। ফিরোল অশিদি ইবুধো পাথংবা কোম্নহম্নথোকনা হয়ম চকঙৈদা ফম্বাল মেন্দোংবা ফিরোল ওইজগে লৈনিহুনা ফিশেংনহুনা চক মরিবু ফম্বাল ফিশেংনহুনা থোঙম থোপুনরক্লিবা ফিরোলবু ইবুধো নোংদালাই পাথংবনা মনা ফিরোল ওইনা লুপ অশিবুশু ফিশেং-নহন্দুনা লুপকি মঙম্ব লৈথংহনবা থোপুবনিদনা । লুপ অসিনা ফিশেংনরে হাইহুনা ফম্বাল তোংবদা ফিশেং অশিবু শেত্তবা য়াদবা ফিরোল মশক ওইঙম্লি ।। ফম্বাল ফিরোম্লি হাইহুনা লুপ অসিবু শেংহন ইলহন্দবশু য়াঙমদবা মশাগী লৈহৌঙৈগী ফিশেংপু ওইঙম্লি, অতুনদি ফিরোল অশিবু লুতুঙ্গী কংলৈ পিবা ফম্বাল মেন স্নাফম্বাল লৈশংলবশিংনা ফিরোল অসিবু ফিশেংনা ফম্বাল মেন্দা লৈফমদবা কংলৈ পিদা অতুদি মৈতৈ পিবালেনগী মিংলেন চৈহাপদা লৈহাপনদবা নোংকোরো অসিগী কুমজাদগী থোপুনবা লাইরকচন্দা লাইয়েক লৈংম্নরশে পরম্বু লুতুংনা থোকাওদনা থোঙম থোপুনবা নোংদম মরুনা লৈয়েক লৈথম্বীরো ।। মৈতৈঙগী পাউশা নোংদম্বু থোপুনা নোংদম মরু লৌরাংজাম্বনা (থমুং ইঙাল লৈশাবা লাইরকচন পুরারিদা) লাইয়েক্লা লৈথয়ে ।।

## ফম্বাল তোংবা

লাংবচকী কুমশিং ৩৫১৩ নোংদালাই পাখংবগী কুমশিং ৪০৫ চংবগী হিয়াঙ্গৈ থাজা ১৫ নি পানবা নোংকোয়রৌ নিংথৌকাবা থরাইপিচা হয়রৈমগ্নেনা লৈপূবগী মুংখিলগী পোপ্তা লৈছল্লকপদা ময়ুম পিবা ৪ না ইরু মাইতাবগী ইহৈহনা মরু অনিনা ফম্বাল লৈফম্বগী থৌনি ইরাৎপু থৌওম থৌপুনা মৈতৈঙ্‌ নাওথম্বা পিবা লুচিংবগী ফম্বাল লৈফম্লে ।। মদাইয়েন ইবেম্মা য়াওরোইবম চমু মংশাঙম্বীবু থাজা ৫ গী পিবুকমুংদা নাওপুনা ওইথম ফম্বাল লাংনা মৈতৈঙ্‌গী থৌখন তানফংলে ।। ফম্বাল লৈকাবগী মিংলেনবু লৈবাকী য়াইফং থৌরমতা নীংঙম্না কৌওম থৌপুনৈ হাইহুন। মৈতৈঙ্‌ নিংথৌ নাওথম্বা কংলৈ পিবা লৈছল্লে ।। মী লাই লৈঙবা পুম্ববু অচান মীরাই নাইদনা রায়েন থৌলিংঙি হাইহুনা মৈতৈঙ্‌ লাইনিংথৌ নাওথম্বা হাইনা মী, লাই পুম্বনা মিংছয়হুনা মরু অনিনা কংলৈ পিবা মৈতৈঙ্‌ নিংথৌ নাওথম্বা লাইনিংথৌবু থেমথোক্রহুনা লৌথরে ।। রাকোন শঙদা চয়ৈ ফম্বাল ফিরোন লৈহোংহুনা নিংথৌ ফিরোনবু ফিশেং লৈতেংনা অঙম্বা অশাই অশম কমদৌ পুম্বনা থৌখল্লা রায়েন অহানবা কুচু শংলেন্দা লৈচং ফম্বাল লাংওম্না ময়ুম পুম্বগা পাউশানহুনা মুংঙাইনরে ।।

লাংবচকী কুমশিং ৩৫১৪ নোংদালাই কুমশিং ৪০৬ লৈচংবা শজিবু থাজগী নিংমাংদা ইরাং-লোন মৈতৈ লৈমরেল মংশাঙম্বী রাঙ্গোল শঙদা থোগু্মহুনা নোংকোয়রৌ শগোলশেল থাজা ১৫ নি পানবগী অহিং য়ুংথক হেক থানবদা মচা নিপা অম্না তাইবং ইফাওনহুনা তানফংলে ।। মরু ইহুন তাখিবা নোংকোয়রৌ লৈবাকপোকপা থাজা ২০ নি পানবা ইপোক মুন্নিংতগী ৬ নি লৈচংবগী অয়ুক মুন্নিংবা রাতোম লৈকাবদা নাওরাগী মতিক মঙম্বু থৌনিহুনা অঙাঙ্গী মম্নিংবু নাওফংবা মিংছল্লে ।। মালেম অঙালবনা থোংচংপ্রবদা ঈ মপান থাবগী পুন্সি মুংশাং থৌনিহুনা মাইকৈ ৮ বু লৈঙাক লৈখিংনা লৈথম্লগা মাইগৈ অনিদগী নাওয়োক নাওকোলবু লৈনি থৌনিবৰু থৌরোইনহুনা অশাই অশম পুম্ববু পিজ পিথক্রহুনা মচা ইবুংঙোগীদমক্তা য়াইফং থৌনিনবিরে ।।

## ২ নং থাংহি তাওবুংখোম্নগী পারম

### শিংদা, লমশাং, তাওথোং, তাওবুংখোক থোন্নম্বা

থাংহি তাওবুংখোম্বা য়াখংলোইবু মৈতৈঙ্‌ নাওথম্বনা ময়াম্বুং মৈতৈঙ্‌ কাওথম্বনা নোংদম্নম্বা পয়ম্বু থৌপুন। য়াখংলোইগী মমুংদা মনাই অচানব ওইনা মঙমলৈবা য়াখংলোই তোমখিন শাথোক্রবা ওইনা মনিংতম্না লৈথম্বী ।।

মঙম অশিদা তাওবুংখোম্বনা মাগী লোইয়িন শোংঙ্রবগা লোইনম্না মাগী রাকয়ৈ ( শরাং হিরেন ) কৌববু তোংহুনা নোংচুপ লোইয়ারম লুরাং কোম্দা লৈকোইরক্লে ।। লুরাং ইথোং কুরুম

চীংলেনগী নোংচুপ থংব। চীংশাং নাপোম লৈমলোক চীঙ্গোন চীংশ। নাপোম্ব লৈখাইনরিবা (খুমু চেংবী নাপোম) হাইবা লুরাং হিথাপেন্দা শোংঙারাবগী তাওবুংখোম্বগী মখোই অনিবু লৈফম অশিংদা হিথাংদুনা পোথানদুনা রাংলেন ঙাইহাক লৈঙম্নদুনা লম য়েংনৈয়ে।। মতম অতুদ, ময়ুম লুরাং পিবা পুন্সিবশু ময়ুম লৈকাই হৌ থাংরাই লম্মাহনবন কোপ্পল্লিবা লমখৈবু লৈয়েংবদগী হন ঙম্নকপদা পাখংলোই অমিবু থেংনদুনা রাহংবদা নীংশিংলকুনা ময়ুম শঙ্গাইদা পুঙ্গুরুনা অচা অথক অথুম অহাওবু অরাংপা লৈতনা পিজদুনা পাউশানদুনা মুংঙাইনৈয়ে ।। শোংঙারাবনা লুরাং পুন্সিবগী মফমদাংদা হাইজরকই, ময়ুম লুরাং লুচিংবা খোইয়ুম লাইরমলেন্দা শিংথা শিংথেক্ররক্লবা নক্ষম্লাংদা শোংঙারাবা ননাইনা পরম লুত্তিন রাহৈ অমতংবু নীংশিংজনা লৈনিজগে কুবি নোংকম-বাতুনা অয়োন অরান লৈঙম্ববু কুবি লৈঙাক্লবিও, ননাই শোংঙারাবগী ইপুক লুম্লাংদা খোইজং লৈতানজবগী নীংশিংজগে থৌপুজগে তৌজবনে ।। শোংঙারাবা থৌরমদি হাইনিংবদা হাইয়ুদনা নঙ্গী খোইজং লৈতাবা থৌরমদো ।। হৌ থাংরাই লম্মাহনববু লুচিংবা নঙম্ববু লৈহকপনা থৌরম্ব রামাং রাহোম্ববু ঙমজদে অয়োন লংজববু খোকখিগদরা লৈথনবদা ।। হাইয়ুদনা শোংঙারাবা নপুক খোইজং খোইদজবা থৌরমদো করিবু থৌরম ওইদুনা অদুক লুম্লাং লৈথনব ।। পৌঙম্ব তাম্বেংঙগে নিংজবা থৌরমদি ঐখোয়গী ইবুংঙৌ শরাং তাওবুংখোম্বগী লুদবু নমোম ইবেম্মা তোইবী লৈমগী লুবু লৈত্তিন হনবা থৌরম্ব থৌনিজগে হাইঙবনি কুবিও ।। শোংঙারাবা পাউশা পাউহেনবা মঙ্গী নবুংঙোবু অমতংবু ইফাংহল্লু থৌঙম্নবদি ইমোম লুরাং চম্ন তোইবী লৈমবু পিঙমগে নবুংঙোগী মঙম্ব ঐবু অদুক লৈখংহল্লু ।। হৌ থাংরাই লুচিংবা লুরাং পিবা অঙম্বা লৈকম কদাইদগীবু কদাইবু পাংনা ইফাংলনও হাইবনো ? শেংঙারাবা ইরম ইখোংদি নম্বুল ইখোঙ্গী নোংচুপ পাংবা লোইয়ারম চীংদগী ইরৌনদুনা ইখোংবু থা পাংনা ইফাংনবা থৌপুনব তৌঙম্নশি ।। তাকপীবা নয়াথংবু থৌপুনা ইখোং ইরম্বু ইফাংনবা অদুক থৌপুজরুগে থৌঙম্ববু কুবিও ।। চৎলু চৎলু শোংঙারাবা নবুংঙোবু থৌঙম্নবা থৌশিল্লকও থৌঙম্বশু ওইঙম্মু ।। নোংদম থৌদাবু থৌপুনা শোংঙারাবনা লমজিংন তাওবুংখোম্ববু নোংচুপ লোইয়ারম চীংশাংদা খোংশা কুনা (খোইয়ুম লোই-য়ারাকপা খোংফেন থৌবগী) মফমদবু পুরুম্না ইনিদুনা তাওবুংখোম্ববু ইরম ইখোংবু লৈয়াৎ লৈতৌ লৈথিনগাইদুন, ইখোংবু শেম্নক্লে ।। লুরাং পিবা পুন্সিবগী শিম্বাবু থৌপুনা ইরম ইখোংবু লৈতৌ লৈহৌ নৈয়ে হাইদুনা (লুরাং সিম্ব ইখোং) থাকৌরে = সিম্বা ইখোং = সিংদ ইখোং হাইনা লমশাং ইফাংনা পুঙম্নকুনা লাক্লবদা মপু মনাই রাতাৈরে।। ইখোং অসিবু হক্লশু মশাংলে অদুবু হৌজিক কদোমদা অমুক পাঙনা ইখোং ইম্বম্ব কাংশিবা রাত্তাম্নৈয়ে লৈফম্ব (লমশাং) কৌরম্নে ।। তরং থক্তা তাওদুনা মপু মনাইবু লৈফাংনা তাওথদুনা লাকঙম্নৈএ, রাংলেন ঙাইহাক পোংথাদুনা ইখোংবু থা পাংনা লৈযাংনবা রাতাম্নৈ লৈফম্ব (তাওথোক = তাংথোং কৌরে ।। তাওবুংখোম্বন ইখোং

অতুবু খা পাংনা পুথরম্লে ইফম ইখোংবু (তাওবুংখোঙ) মিংহল্লে ।। লৈফম অতুদা লৈথমল্লনা লৈকম্বু কোইনা লময়েংডি লৈফম্ব তাওবুংখোঙ উকোন মিংহল্লা থাংহিং তাওবুংখোম্বগী খুবম লুতুংনা লৈয়াং লৈথম্লে ।। ইফম্ব খা পাংনা মথং মথং লৈফাৎনবা থোয়েংববু মযুম লুরাং পিবা পুন্সিবনা উরুহুনা মরামময়াইদগী খোঙ্গুম্লক্তুনা থাংহিং তাওবুংখোম্বা ওক্লে, ইরম ইখোং লৈফাৎপা নওম্ব য়েংনিংহুন। শিম্বাবনি লৈথংলে লৈহল্লসি লোখামহুদা মরামময়াইদা পুওম্লক্লে ।। ইখোং ইফাৎপগী মনা খুদোন ওইওম্লা মমোম ইবেম্মা লুরাং তোইবি লৈমবু শরাং য়ুমদা লুতিন লৈহল্ল লাংওম্লা লুরাং লুদগী লুহোং লৈরাংনবা নোংদম্লে ।।

থোরম ইপাউবু মৈতৈঙ কংলৈ পিবা লুচিংবা নাওখম্বনা তাঙমহুনা মনাই অচানবা থাংহিং তাওবুংখোম্বগী লুতিন লৈয়াবা থোরম্ব লৈরাক্তনবা অশাই অশমশিংদা নোংদমহুনা চম্ব নিংথোল অমনা লুহোং লুতিন লৈরাংনবদা থোওম থোপুগদবা লাইরুকচন পাগী পুগী চৎন-লমবু নামুং চৎলমবু লৈহন্দনা শিল্লাংহুনা লুরাং তোইবি লৈমবু শরাং য়ুমদা লুতিন্দুনা শরাং য়ুমব য়াইফংনরে ।।

মৈতৈঙ নাওখম্বনা মনাই থাংহিং তাওবুংখোম্ববু মিংলেন অমা লৈমুক্তনবা লুতুং ফাওরবু লৈওম্নবা মনাইগীদমক্তা লৈথলক্তুনা মনাইগী মিংলেনবু শরাং থাংহিং তাওবু খোংদোরা মিংহুনবিহুনা শেলুংফমলেনবু লৈহাম্লীরে ।। হো লোল্লোইনা কোনবলম কংলৈদা থোকানবা ময়ুম লুরাং পিরদা লৈশিন্নহুনা লৈথম্বা লমগী মনুংদগী মনাই তাওবুংখোংদোবগী মফমদা নহাথক্তা লমগী মমিং লৈ-হুনবা তাওবুংখোক কৌবগা, তাওথোং কৌবগা লম্লেন অনিবু নঙ্গী লৈচা লৈকম ওইজরো নোং-দম্বীহুনা মনাই অচানবা মথোনা শফবা ওইনা লৈপাক্সরে ।। মতুংদা মদাইরেন ইরেম তোইবী লৈমা মচা নিপা অমা তানফংহুনা মমিং পাখং অহনবা মিংহল্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫১৫ নোংদালাই কুমশিং ৪০৭ লৈচংবদা মৈতৈঙ নাওখম্বগী মদাইরেন মৈতৈ লৈমরেন য়াওরোইবম চনু মংশাঙম্বী রাঙগোল শণ্ডগুমহুন। মচা ইবেম্মা অমা তানফংজহুনা মমিংবু লাইরুম লাংবী মিংহল্লেয়ে । মতম অশিদা হো কেগে লম্মাহনবগী পিববু মৈতৈঙনা মোইরাংগী লাইকচেং কৌববু পিবা লৈহপুনা হো কেগেগী রায়েন থোপু হল্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫১৭ নোংদালইগী কুমশিং ৪০৯ লৈচংলকপদা মনাই থাংহিং তাওবুং-খোংদোবগী মদাইরেন ইরেম তোইবীরৈমবু মচ নিপা অনশু অমুক তানফংজহুনা মচাগী মমিংবু মুনাওরোই য়াইমা মিংহুন্দুনা নাওকোম্লেয়ে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫১৮ নোংদালাইগী কুমশিং ৪১০ লৈচংবদা ইরেম তোইবী লৈমগী খুবোমগী ময়াদা অহোলাই হাইবা কুবু ঙোহনবা লাইথুং অমা তাম্বেংনহুনা অহে অশিংনা লাইয়েংববু লাইকোকপীবা শুমদহুনা থাংহিং তাওবুংখোম্বা লংজা ইকাইবা তানফংলে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫১৯ নোংদালাই কুমশিং ৪১১ লৈচংবগী কালেন থানা হুম্নি পানবা নোংকোরো লৈবাকপোকপগী মুংখিল পোপ্পা লৈহুল্লকপদা মৈতৈশু. কংলৈ পিবা মাংথদনা মচা ইবুংঙো নাওফংববু মনুং মতম চাদনা মচা ইবুংঙোনা কুমজা ৫ বু লৈচংলকপদা অঙম্বা অশাই অশম লৈঙম্বা পুন্নমক্কা মমুম এলুপ পুম্বগা রাতান্নতুনা লৈবাক ঙাবপগী ঋতু লৈহাপ লৈশিন্নরে। ফমদো অশাই অশম ময়াম্বু লৈকম্মীন্নবদা লোঙ্গা পাউশানতুনা শেলুংবা তাংবুংখোম্বগী ইমুং মনুঙ্গী রাবু পাউশানঙম্মে । পাউশা লোঙ্গানববু থাংহি তাওবুংখোম্বনা তাঙমতুনা ফমথো লৈফম্ববু পোয়াওবা ইকাই তুজ্রংনতুনা লৈফম্ববু য়াংঙমদনা মরামময়াইদা কুম্লক্লে। তাংজা লুক্রা মপুক লুম্লাংবু লৈথল্লুরগা হাইয়ে, ইদাইরেন ইব্রেন তোইবী লৈমা কোরো ঙসিদি নপাম য়ুমদা য়ুমকুমতুনা মতম থরবু লৈঙমতুনা নশা অনা লাইয়েংনবা তৌঙম্মু, নংনা ইযম্লাংদা লৈঙম্নবদি ঐবু ফমদো লৈফনমিন্নবদা তাংজা ইকাই লংবনা লৈফম ফম্বানবা থোঙম্নদ্রে, ঐগা লৈফম্মিন্নরগা মহিক মকাং লৈচোংলক্কনি পাউশাবু লোঙ্গা লোম্ব.প্লতুনা ইনাক লৈফম্নববু অকি তুজুং ঙইনরে কমদৌশিগে ইদাইরেন। মশা বি তাওবুংখোম্ববু ফমদো লৈফম্মিন্নবদা অকি তুজুং তানফংনরে হাইবা পাউশাবু তাবদা তাংজা লুক্রা ঙাইহাক রাথল্লুরগা "উম মান্নি ঙচুম্বনি নয়াথংবু থোপুনা ইপাম খোঙ্গুম খোংদানা মতম থরদং লৈঙম্না ঙৌঙ্গ. লাইচুববু লাইকোবপরা য়েংঙমলুরগে নপাদি অনিবু নাওয়োক নাওকোন্না মতম থরবু লৈঙম্বীবা ঙইবিহৌরো" হাইনা মচা অনিবু লৈশিন্নরম্মগ মপাম খোঙ্গুম খোংদানখ্রে ।।

মচানা লৈচংলকপা উবদা লুরাং পিবা পুন্সিবনা রাহংঙি, লাংলেন ইচাবু করি তৌবা লাক-ঙম্বা হাইনিংবা করিবু লৈঙম্বা ? পম্বৌগী নাক্তা মতম থরবু লৈঙমঙগে লাকচবনি ।। হিং করিনো লাংলেন ইচাদি শরাং লুদা লৈতিন্নখ্রবনি নপাম য়ুমদা লৈঙম্লগে হাইববু চংলম নামুং থোপুবা তাঙম্বনিনা তৌহৈদে কংলৈ পুংমাইয়োন লৈবাক্কী লাইরকচন চংলম্বু নামুং চংলম থোপুবা তৌবদে নুতুঙ্গী চংলমবু থৌয়েং থোপুনদবা তৌহৈদবা লাইরমলেনবু নামুংহনবা তাঙমগনি. নশাবি শরাং য়ুমদা পুন্সিগী ইত্তম্বু ঙাইঙয়া লৈগদবনি ইমোম নংবু নপাম য়ুমদা পম্বৌ নপা ঐগী নাক্তা লৈথম্নিংদবা নত্তে ময়ুম লূবু হোংখ্রবী চম্নুনা মাবু লোইবা মপুলোইবনা অমম লৈশা তান্দরিঙৈদা চনু লুহোংখ্রবা মৌশিংনা মপাম য়ুমদা খোংদাতুনা অহিং য়ারেক লৈপন্নফদে, হেকিংলৈ লম্মাহনবা কংলৈ স্না পুংমাইয়োনগী লাইরকচন চংলম্বু নামুংনগনি লৈহন্নবা তৌঙমসে । নয়াথংবু লৈতাকপীবা নচানা ফিগাওশানা লৈয়ানন লুরাই থক্তা লৈহাপ্পা লৈফম থোপুজগনি নমোম নচাবু শরাং লুদগী লৈখাইদে ময়াথংবু থোপুনা পম্বৌগী নাক্তা তীনখোং লাইখোং লৈথিনা নমোমগী হক্কি বুদা লৈপক্লিবা লাইনা লাংথুং অসিগী পম্বৌনা তীনখোং লাইখোং লৈথিনা তীনকোক লাইবোক্লা লাইয়াংবিংবা নমোম মচাবু মতম থরদং লৈপঙ্গগে লাকচবনি । ইস থৌরম চংলম অসিদি করমনো লাইরমলেনগী চংলমশু

নামুংদনবা ইমোম ইচানা থোৌপুঙ্গরকপশু থোৌঙমজনবা ঐবু করি কমদৌনা থোৌশিনশিবনো মপুক লুম্নাং লৈথম্লক্লে ।। উম চৎলম অসি নত্তনদি লৈঙম্নদেনা থোৌরম্ব. লৈখংদুনা মৈত্তৈ লৈমরেন ইবেনধৌ লাইস্না লাইখুরেম্বীনা মবুং পোইরৈত্তোন ইবুধৌগী লোপাং লোখাও খোঙ্গ.ম্নরক্তুনা লমদম লৈঙম্নবদা ইবেনধৌগী মশাইকোনবু লৈখাইনা শংলেন লৈত্তোপ লৈশানা লৈঙম্নহনখিবদি লুতুঙ্গী নীংশিংনববু থোৌহো লৈখম্নবা থোৌপুবনিদনা অদুদি লাইরমলেন্না থোৌপুখিবা লাইরকচনবু কাইদনা মথংলেংনা লাংলেন ইচাগা থোৌপুনরকপবু থোৌঙম্নবা ঐশু থোৌপুরগে লুম্নাং রারেপ লৈথাদুনা ময়ুম লুরাং হিথাথেন খুন্নুচেং চীংজিনগী মথক লৈফমদা লৈত্তেমদুনা লৈফম্ব. (শরাং তোইবী লৈমা লাইয়েং থেন) লৈহুন্না শংলেন কোইরেং অমা লৈশাদুনা মমোম মচাগী লাইদুংবু লাইকোরুবা লাইয়েংবিদুনা তীনখোং লাইখোং লৈহিনা ইরাং চবান থোৌনিনা লৈথম্বিদু- লৈঙম্মি ।। লাই-রেংববু থোৌঙমদে ।। তীপ্প. লাইচুববু লৈকোকনরক্তুবদা ইবেম তোইবী লৈমনা মিৎস্না ইরাচেন খুদাং পিফম্নাং মপারি অনিবু থাজা ৫ বু লৈচুপ্পা শেৎনবগী মুংশি মুংঙোল রাখল্লে । মশাদা তীপ্প. লাইচুবনা লাইকোক্তবনে রাখল থোৌরম খুদিংদা থোৌঙম্নরক্তুবদা অরা লৈখানবু তানথেংনা মবুধৌ পাখংবা লাইবু পুরুম থাগোক্লদুনা নোংকোংগী পোকাংদা নীংজরক্লে ।। কুমদম নোংনা ঈহৌদুনা চৌপৃখোঙ্গী পাংপু ইমাই ইচোম্না খোংবু ইচেম্নুনা লুরাং থেন লুরাংলিগা ইশম্ননা ইচেন্নরে । চৌপৃ খোঙ্গী মরু পাত্তা ইরেম তোইবী লৈমবু লুম্নাং অরাবা রাখনবু পোখানবা হাইদুনা ফিনেক চোন্না শেৎচিন্নগা হঙ্গেন তাইখং লাত্তুনা লাইজ্জা মুংদা ইনথানা লেপ্লে ভামি থেমঙমজৈয়ে । থোৌরম্ব. মবুধৌ পাখংবা (খুন্নুচেং লুরাং চৌপৃ পাখংনা) তাইবং মশকথোং ওইনা শাংক্তুনা পাউহংনরক্লে ইরোই অঙোবা অমুবা শাদোংনদুনা ।। ফিনেক খুমিৎ লৈচোন্না ফিশেৎপী নংবু লাইজ্জা ইরোনমুং ঈপাকথক্তা শিন্থাববু ফিশেৎ অদুম্না ফিশেৎনবা হোৌনদে নঙ্গী চরৈদো লাইজ্জা ইচোংলে ইশানৌ নংবু নশাদা কনাগুম্বনা উরগা তুজুংনবা লাইথুং লানাবু পক্তুনা তাইবংনা উখিগনি তৌবরা লাইথুং অদুবু লৈকোরুবা তখং অহৈদা রাহোম পাউহংনদবরা ? রাহৈ পাউশাবু তাবদা লুম্নাং হেনবী তোইবী লৈমনা থংঙম্লে ।। ঐগী থোৌরম্ব. লৈখংনা রাহৈ পাউশাবা অশিদি তাইবং নত্তে থোইয়ম লাইনিদনা লৈখংদুনা মিৎস্না ইরাচেন্না পাউদম পাউশানা থোৌনি পরম্ব. রাহং থোৌনিনঙমজৈএ ।। তোইবী লৈমগী রাহং পুরুম লৈপাইববু তাবা উবদা কুবি নোংদম্বীবগে রাখনবিদুনা লৈহৌ কৌবা লা অশংবা অমদা লাইখোঙ্গা তীনখোঙ্গা লৈয়েক-পীদুনা ইমুংলোনগী পাউশাবু "মমিৎ ইরেম তোইবী লৈমা থীকশেং থাশেং তীমকোক লাইকোক-লোন তীনশেং লাইশেংলোন" মিংহুন তম্না লাইয়েক্তুনা তোইবী লৈমগী মথুংবাক্তা লৈহাম্নীরম্নগা খুন্নুচেং ইরোই অঙোবা য়াথোক কোমদা লৈচংখিদুনা মাংখরে । ইরেম তোইবী লৈমনা অকি তুজুংওই. মপুক হরাও তয়াম্না লাইজমুংদা হঙ্গেন তাইখংলাক্লা ইনথাববু হন্দোৌরমদুনা পম্ভো মপা

লুরাং পুন্সিবগী মনাক তান্না চেল্লক্লুনা খৌরঙ্গ পাউদম্না লৈহৌ কৌবা লাবু মপাগী মফমদা লৈশিন্নরে ।। লুরাং পুন্সিবনা লৈহৌলাদা ইবা য়াবা ইখোলবু লৈমাংদনবা কোনা লাক্তমদা লৈশিল লাইয়েক্লে ।।

## তিনশেং লাইশেং আকোকালোন

হয়ুম হোয়াহে কোরৌ মচি ঈনা শেংনরগে, কোরৌ মচি ঈ, রাংবল মনাও ঈ, খাবা পুলৈরোম্বা ঈ, তুরেল লোকচা মংচা ঈ, শরোন মংলোন ঈ. চেংজা লুরাং ঈ, কংোং নানৌ ঈ, নোংপাল তোইবী লৈমা লুরাং খুবা চনু লাইশেং ঈনা শেংনারশে ।। নাপীনা শিংবীনা, শিংদানা নাদানা, নাপুনা শেম্বুনা, উখোক্লা রাখোক্লা, হুপ্পা হুপ্পাংনা, তাইরেম্না পুংফাইনা পাম্নরে শেংনরে ।। কশা নোংখৌ লাইরৈমা নাপীনা নোংখোইড়ুনা নগু হে ইবেম্মগী মশাদা থুনাম্বা নাঙৈবা, তীঙ্গুবা লাইচুবা ফত্তবা হৌদিবা নমথিবা হঙোইবা লৈঙম্লিবা পুম্নবু কোকপীড়ুনা কাপয়াং তাংয়াংনা পুন্সি ইপুন্সি মরা লেমফু লৈতানা তান্নেং ময়ুং পাক্লা শাংনা তানফংনড়ুনা য়াইফংনববু কুবিবা ওইজরগে । ফত্তবা হৌদিবা লৈঙম্নম্বা খিবিকপু রাদা রাশিন হৈবী নংনা শিনবীহৌরো, উদা উশিন হৈবী নংনা শিনবীখরো, উতিনকোক নংনা কোকপীরো, উতিংকোক নংনা শেংবীরো ওমহৈ, ওমহৈ. ওমহৈ, হোয়াহে হোয়াহে ।।

থিকশেং খাশেং খিকপেং চাইরগা মমোম মচাবু মবেনখৌ লাইম্বনা মপামদা লোপাংবা খোঙুমড়ুনা লৈঙম্বা মতমদা ইরু মাইতানরম্বা ইকোম ইশাইকোন ময়াদা পুঙম্নড়ুনা ঈহৌরোনবু শৈশক্লা ঈনিরগা ইরু মাইতানহল্লে ।

পাউশা: হো ইরোই ইমাদোনবু ইমাহল্লো, ইমুলোন তরুকমক, ঈঙৌবলোন তরুকমক. ইখাবী ইয়াম্বী ইপোকচনু ইঙোই য়াম্বী ইপোকচনু ইশুক ইশোই য়াম্বী-ও, ঐবু শিজবা ইনিংখৌ, ইথৌরেন ইখৌবদি ইপাথোই ইপুথোই ইবোনি ইয়াংনি ইরেংপাঙ্গা ইরাইরেং তোংবু পুন্সি ইপুন্সি মরা লেমফু লৈতানা ইপানগে কপয়াংনা তাংয়াংনা তীনশেং লাইশেংনা লৈপানগে হাকৈবগী ইরু নোংলু অপানবনা ইঙৌবা লোন তরুকপু ইতাইনা, ইরেন লৈম্না অঙাংবনা ইমুবা লোন তরুকমকপু ইখানম্না ইতাইরগে. ইমু নম্না ইতাইরগে হৌফবিরো, হে মরু ওরা ।। পাউশানা ম্ন-লুপা কোনয়াই থানা ইনিরগা মকোক মউ ইতুম্না ইরু মাইতা হল্লে ।।

খুবোমদা পক্লিবা অঙৌবা লাইথুংবু রা খোক কৌবগী কনম পয়ানা অহুম্নক খেৎলগা ঔরাং খংবা তৌজেং তৌরাং হৌবা ইকোম লৈঙম্নদা থাদড়ুনা ( ইমোম ইচাগী খুবোমদা পক্লিবা অঙৌবা লাইথুং অশিদো ইকোম নংনা লৌশিনবিহৌরো ওরা ) লৈশিননরে ।। মতুংদা চৌপুখোঙ্গ লুরাংলিগা

ইতিনফম ইরোং অহুম ফাংবা ইফমদা লাক্লে। মফম অহুদা থৌহু অপাকপা অমা থাদরগা মথক্তা লেপ্তুনা ইরুপ্তুনা খৈয়োম লৈয়িন্নবা থোপুরক্লে।। লুরাং ইরোই অঙৌবা শাথোকফম চৌপ্খোং মরু লেম্বা পাখংবা তাওরোইলাই নঙ্গৌদমক খৈয়োম লৈপুন তম্না লৈম্নিনবনি তৌনকোক লাইকোক্লুরশি হো রো সো লৌবিরো ওরা।। লৈয়িনবা লোইরগা চৌনফু চান্দেং মাইতানা ইরু-হন্দুনা অমরক হন্না খিকপেংলগা মরাময়াইদা হনগুম্লক্লে। লোইদাম খরগী মতুংদা তৌনকোক্লে লাইশেংনরে অরা রাখল লৈকোক্লে।। মপারি কাইনরকপবু মথানুংদা নাওকোম্নবু তানফংলনি মপুক হরাওজবগা লোইনদুনা উতি শমখোংশেং, চেংহি শম্বাল লাংনা মপুক হরাওনা মশাবী মাবু লোইবগী রাহোম রাবু ঙাইগম্না লৈঙম্লে।

কুমগী নোংবু ইহৌনরক্লবদা শোংঙারাবনা মপুক লুম্নাং থাঙম্লক্লে, ঐখোইগী ইবেম্মা ইরেম তোইবী লৈমবু মথান্নঙ্গী মচাবু শেংনহন্দুনা ইবেম্মবু লাইথুং পক্লে হাইবগী লাইয়েংমবগী মপাম-লমদা লৈহনখিবা অশিবু থজা ফনবু মুংশালে অহুবু নোংকোরৌ অমতা ঐখোইগী ইবুংঙো শেলুংহনবা থাংজিং তাওবুংখোম্বনশু অনা রাহংবগী রাশু রাহোমদে কমদৌম্নিবনো শেংনা কাইনরগে রাখনবনরা মশিদা ঐনা তুম্নিন্না লৈবশি চুমদেনা রাখন্দুনা রাক্তৌএ মবুংঙোদা।। ইবুংঙো শেলুং-হনবা নোংচুপ লোইয়ারম খোংদাদবু থাজা ফনা মুংশালে কোরৌ অসিদি রাকয়ৈবু তোংদুনা লোইয়ালন্নু লময়েংলুশি।। খংদেদা শোংঙারাবা লমদম অদোমদা চৎপশে চৎপদি চৎনিংদেদকো অহুবু নংনা খৌহোরবনিনা চৎঙমলুশি পাউশানদুনা মপু মনাইবু মখোংনেৎ ( শরাং লৈশাবা ) কৌবা হিবু তোংদুনা নোংচুপ পাংনা খোংশান্নরক্লে। নম্নুল, লুরাং ল ইতিনফম ইরোং অহুম ফাংববু য়োঙম্নগা রাকয়ৈবু খামদুনা কদোম খোংদা খোংশানশিবনো রাখল তৌনা লৈঙম্লেয়ে।। মফম ইথং খংদনা অরাং পাংবা লুরাংলি ইখোং মপাদগী হাপুং মরুমদগী লমথুম্নু পুজেং লাইনাওতাবী ঙকশি থরাম্বী অমা পাইখোরক্লুনা শোংঙারাবগী মরেংদা তোংঙম্লরে। লমগী থুম্নু অহুবু ফারে শোংঙারাবনা হাইয়ে, পুজেংলাইনাওতাবী ঙকশি থরাম্বী নংনা লম্বী লৈতাকপীববু থোয়েংনা খোং-দাজরগে ঐন নিংঙম্নবু তানফংববু কুবিয়ুকো, পাউশানা মবুংঙোবু লুরাংলি ইখোংলোমদা হিগা হিহোম্না পুঙম্লক্লে।। লুরাং হিথাথেনবু তানফংনদুনা রাকয়ৈ হিবু থামদুনা হাইয়ে, ইবুংঙো লৈফম অসিদা খোইজং খোইদানা পোখা লৈফম্নবিরম্মু।। কদৌরবা ঐগী লুমলাংহেনবা নংবু ? শেলুংহনবা ঐবু চাও হাইরগা খয়াত্ত লাইনা তম্বনি" হাইবা পাউশাবু ননাই শোংঙারাববু তানফংদুনা করিগুম্বা অমতংবু চাঙম্নবা থোপুজখিগে।। নংবু করি ফংঙম্নগেনে ? উবিহৌদবোই ইবুংঙোদি।। ঐদি উহৌদেনা।। ননাইনা তানফংবদি ঙকশি থরাম্বী পুজেং লাইনাওতাবী অসিনি।। মহুবু কৈদৌগে হাইরিবা ? থুম্নু অসিবু লৌনবা থাম্বী মৈহুম অমতা লৌরুগে ইপাউশু তাঙম্বন্না

লৈয়েং রাহংনরক্লে চীংখক চীংচেং অসিদা মৈথু খরবু কাওম্বা উওল্লি । করে শোংভারাব। খুমু অতুবু লৌবা চৎওম্বা ওইনা ইপাউ তাওবরা মতুগু অতুক লৈয়েংলকউ হক্লগু মুংশানে। লেংথোক্লবনু চৎলো চৎলো ।।

খুমু অতুবু পুতুনা হিথাপেন্দগী শোংভারাবা মৈথু কারিবা চীংচে অতুবু ভুং লাক্লে ।। চীংচেং অতুগী অতেম্বা লৈফমদা য়ুম কোইরেন অমা মাঙ্গোল মাংশোক নাইনা শাদুনা লৈওম্ববু তান-থেংলে ।। য়ুম অতুগী খেলোংদা লেপ্লুনা রাহোম্লক্লে শোংভারাবনা, শওলেন কোইরেল অনিবু কনাবু লৈবিবনো ? রাহংখোলবু তাবদা শওলেনগী মতুংদগী ঐ লৈয়ে করি তুংবু ওইবনো ? মৈহুম মচা অমতা নিঙমজগে লাকপনি ।। রা তাবদা ইয়েং তোইবী লৈমনা মৈহুম মচা অমা পুথোক্লকপদা শোংভারাবনা লেপ্লুনা লৈওম্লমতু উবদা মপুক খোইশাও রারোংতুনা হন্নানক্লা য়েংদনা মিতুম্ব দারি মপান্দা। লৈথম্নমগা ইমুংদা থুনা চংশিনখরে ।। শোংভারাবনা রাখল্লে, মশিদি ঐখোইগী ইবেম্মনিনা লাইথুং তীনথুং কোক্লেনা ঐবু হন্না মক্তা য়েংদনা চংখিদা করি মুঙ্গীবু ওইবনো । উন চুম্মি য়েংবগু য়েংলোই কৌবগু কোরোই ঐনা লাল্লি নোং কোরো অশুক মুংশাংনা ইবেম্মন। মপাম খোংদানতুনা লৈখিববু ইবুংঙোনা চৎত্রবগু ঐদি করি কমদৌবনো হাইবা ইপাও তাথোক তাশিন্দি মরক মরক্তা চৎপা য়াবনি অতুবু ইবেম্মনা খোংদাখিবা মুমিত্তগী ওসি য়ৌওম্বা অশি মঙাই. ওসিদি লাইচুবমু লাইশেংলয়ে করিগী শাওরোই, অরা অনা নংলিউৈদদি নোংকোরো অমতবু উওমদে অরা অনা লৈকোক্লগা লাকওম্লি হাইতুনা মপুক মুংওন খোইশাওতুনা কৌদ য়েংদবনি মশি ঐনা লালবনি । অতুদি ঐ কমদৌবা. করি তৌবা হৌনবগে ইবেম্মা তোইবী লৈমা অশিদি মচা নিপা ভাক্তা অনি ঐগী ইবুংঙোগী মনাক্তা লৈওল্লিবনি অশিবু শোংভারাবা ঐনা অশুম তুমিন্না লৈতুনা কাইনহল্লগদবা, থোংভারাবা খংদউদরবদি খংদবনি খংলবনিনা নক্তে নঙ্গী নখো তৌফম থোকপদি তৌওম্বা তাই অতুদি থৌওমুরবদি কমদৌব। থৌওমুবদি থৌপূবা তাইদদা ঐদি পাউখোল্লোইনি অতুক রাহোম্লুব। তাই রাখন্দুনা লাক্লে ।।

শোংভারাবনা হলওম্লকপা উবদা থাংহিং তাওবুংখোম্বনা হংজি । য়াম্বা শোংভারাব। মুংশাং-লুইদা খুমু অতুবু কমদৌনবু লৌতুনা কুইওম্বনো ? অওম্বা ঐদি খুমু লৌবদি লৈমা য়েংলিউৈদা কাউতুম কাউরুরেনা করয়ো ।। য়াম্ব। লৈমা কনাবু কনাগী য়েংতুনা কাউরিবা ? অওম্বা কনাগীবু ওইগবা লৈমা কনাবু য়েঙ্গদগে ।। য়াম্ব। নঙ্গী পাউশা অশিবু তাবদা খরা ওকওয়ে, লৈমা য়েংবদা খুমু লৌগনি কাউরুরে মহাইবা,ময়ুম লুরাং কোন অশিবু অঙক অঙাও লৈচুহনবা ওম্বা লাই-রেম্বী করম্বা লৈরম্বগে ? মবুংঙো অঙক অঙাওববু লাইচুহনবা লাইরেম্বী অমা লুরাং হিথাথেন খুমুচেংবী চীংচেং অসিগী য়াংদোংদা লৈমন চন্দুনা কেমপ্রবা সিংওেন অমবু নোংদম্বনা নোহৌনবা থাওম্লমতুনা লৈকা ফন্না শাৎলম্লে ।। লৈরাং মাবু উরুবদা থাইনগী লৈরাং অমনবা মল্ল-মল্লপা

লৈনুংশিবু থোইমা য়াম্না লুরম্লে" অত্তুমুংবু উবদা হকুশু মতম মুংশাংখরে খুমু লৌনি থোকাওরে পিঙম্বা মৈহুমশু মুৎলম্লে, অমুক লৈহন্না খাম্বী হঙ্গদববু পাউদম নিংঙমখিবনা খুমুবু লৌদনা হন-ওম্লক্লে ননাইবু । শোংঙারাবা থৌখং থৌহৈবা "থাইনগী লৈরাং অমনবী" হাইনা পাউশাবা অশিবু লৈফম কদাইদা লুত্তিন লৈরাং ওইনা শাৎলম্বনো, করি কমদৌনা লৈফম অশিদা লৈরম্লিবা ? অঙম্বা কাউমন্নশু কাউইদা করম্নবু কাউবনো নিংশিংনবা থৌওইনা রাংলেন অমত্তং লেংঙ্শি মানি নত্তে লৈথংনবা মিৎয়েংবু অমুক্ত তাবিখে ।।

মপু মনাই পাউশানরম্বদগী মবুংঙোগী খুজেং পালোই লাক্কুনা হিথাখেন অত্তুদগী পুঙম্লক্কুনা। খুনুচোংবী চীংচেন য়োঁনা খোঙ্গারক্কুনা ইরেম তোইবী লৈমগী থোঙ্গান থোংচংফম য়োঁওম্লে ।। থোঙ্গান অত্তুগী ময়াদ হৌবা শত্তু য়াঙ্গেনগী মরুমদা লুমত্তুনা তোইবী লৈমনা থবক থনাই নোম্বগী চৎথোক চৎশিন তৌবদা উঙম্নবগী য়েংত্তুনা লৈঙয়ে । তোইবী লৈমশু নীংঙম্লক্লে "নোং কোরো অমত্তবু উঙমখিদরবা মপাউখোলশু তাখিদরবা ইবুংলোই শোংঙারাববু উঙমনা মরা ইখোলবু তাঙম্বদা ঐবু করিমরা রাহংহৌদে, কৌবা য়োঁনবু কৌখিদবা ইবুং শোংঙারাবনা ঐবু করি রাখল-লমগবা । ঙসি ঐগী চৎলম অসিবু করি রাখল চৎলম্লো চুমদেদা থোইমা য়াম্মনখিদা" রাখন-নত্তুনা শঙলেন মমুংদগী মুংশুক মুংবানবা রাখন্না মাংওইনত্তুনা মপাল্লাংদা খোৎথোরক্কুনা মবুলোইবু করিগুম্বা লৈরমগব্রা হাইনা কোইনা কোইনা ময়ুম মাঙ্গোন্দগী লৌয়েংঙি ।। নায়ৈ নারোৎনা লৈবনা উঙমদে, অঙম্বা তাওবুংখোম্ববুদি মদাইরেন তোইবী লৈমবু উবদা মিংলোন কুপ্পা লৈতনা মিংফম্বু হোংবা ঙমদনা য়েংত্তুনা ইস, ইস তৌরম্মিবা অসিদি মমাংঙৈগী ঐগী তোইবী লৈমবু নৎত্রেদনা অশিদি লুরাং চন্নু ইরাংলোন তোইবী লৈমবু নোংহৌননা শাথেক্লম্লে অসিননিদনা ঐগী য়াম্বা শোংঙারাবনা লৈমা য়েংলিঙৈদা খুমুবু লৌগনি থোকাওত্তুনা লৌরক্লে হাইবদি উঙনুবামক্কদা রাহৈ অমত্তবু রাহোম হৌদেদা রাখন্নত্তুনা তাংজ লুক্রা মপুক লুম্লাংবু লৈখন্না লেপ্পুনা মুংবংনা লৈঙম্বদি মবুংঙোগী মুংঙোল থোইজং রাখলবু উত্তুন হাইয়ে শোংঙারাবনা ।। 'ইশানৌ ইবুংঙো অঙম্বা রাহোমগদবা ইত্তমদা রাহৌদরবনিনা হৌজিক নোংহৌনা রাহোম্বদি তোক্লশি নিংঙম্লীবা পরম্বু কোরো অসিগী মমুংদা থোঙম্নবা ননাই শোংঙারাবনা থৌশিন থৌপুজগনি মুংবংনবা রাখল তোকপীরো" ময়ুম লুরাং চীংশাংবু লময়েংবা ওইনা অত্তুক থোংশাল্লুখিশি তম্বাইদা অশুম লৈবশে অউবনা উরগা মীনোক্কবা তারে হাইনা পাউশাত্তুনা মবুংঙোগী থুক্তোন পালোই লাক্কুনা পুরক্লে । রাকয়ৈ তোংত্তুনা অরাং পাংনা খোংশান্দুনা ময়ুম লুরাং চীংশাংদা কাখত্তুনা যারৌ শাথিবা ওইনা লময়েংঙি শোংঙারাবনা ইবুংঙো ঐ শাথৌরক্কে ইবুংঙোনা শা লুমত্তুনা লৈবিয়ু হাইনা লৈখম্লগা শাথৌবনি হায়ত্তুনা চপ্থেকখরে ।। তাওবুংখোম্বা অঙম্ববু রাখন্না মুংবংনরক্লে ঐবু ইরেম তোইবী লৈমনা করি রাখল্লিগবা কোরো নোংজা থাজা অশুক মুংশাংনা ইপাম য়ুমদা খোঙ্গমত্তুনা অনা লাইয়েংনা লৈববু নোং কোরো অমবু রাহং খোংদারক্কেদা পারি লৈশাংনা মফম্নাংদা লৈবনি

করম থৌকাওনখিবা হাইবগী রাখন্দা মপারি মুংশি কাইনা রাখন্দগী ঐবু থোইশাও লিনশাও-নরিনিদকো, মশা অনা লাইয়েংবদদি রাহংবদি লৈচংহৌদে, মশা অনাবশু ফরম্লে মশক লৈওং লৈশকশু লৈহৌডৈদগী হৌজিক্লা নিংথি চংখোনববু নৌহৌনবশু লৈহেন্না লৈকাব্ ফম্না নাইথোম শাৎপী লৈম্নাংগুম লুরাং খুন্নচেংবী হিথাথেন্দা শাৎলম্লে ।। করম রাহৌ রাহোম্না ইরামম্নাইদা পুশিনশিবনো মপুক রাখনবু লৈতক্লা মুঙ্গোই শিমাওন পাউশা হেঙাইনহুনা ঐবু করম থাংশিবা মুংশি মুংঙোনগী রাখম্না মপুক লুম্নাংবু লিপুন লৈফানখিহুনা নোংমন লৈফম্না লৈঙম্লে ।।

শোংঙারাবনা শাথৌ থোংশান্নবদা লমগী খুন্নু অপিচা ঙকশি থরাম্বী পুজেং লাইনৌতাবীচাবু অহুমথক্তং তানফংহুনা লৈহল্লকপদা মবুংঙোনা মুংবংনহুনা নোংমন্নহুনা লৈঙম্লম্বু উবদা কদৌরবনো রহোমজববু মুংশাং লৈফম্না লৈঙমনৈয়ে ।। রাহোম রাহংবু লৈতক্লা অহুম মরিরক রাহংলক্লবদা হাইয়ে, য়াম্বা শোংঙারাবা ঐবু মুংশুক মুংবং নঙম্লে পরম অশিদো নফম্লাংদা করিবু করম পাউশাশিবনো কাইনা মুংঙোল অশিবু করম হেঙাইশিবনো ? ইশানৌ অঙম্বা অহুমুঙ্গীদমক্তা মুংশুক মুংবংনরিবোই শোংঙারাবানা ননাই ওইরিঙৈদবু অহুমুঙ্গীদমক্তা মুঙ্গোই শিমাওম্না লৈরি-বোইদো. চিংনা লেম্না রাইনৌ শাথেক্লগনি অসিগী নোং কোরৌ অশিদা রাংলেন ভন্দুনমুক্তদি ঙাইবিখো । পাউমেল্লগা চখোল্লক্তুনা তাউজিং লুরাং হৈঙাং হৈখোকলাবু লাথিনরুহুনা পুঙ-ম্লক্লগা শুগাইহুনা তাওবুংখোম্বগী মমাই, মশা মউবু শিন্না তৈশিনবিরগা তাওবুংখোম্বদো রাকয়ৈ মমুংদা লেংদনা হিপহনহুনা নমথাং অঙোবা অমনা মশা পুম্বা কুপশিল্লগা ইশানৌ অঙম্বা য়াম্বনা নমিং কোলোইবু নাওয়ৈ থাকৌনদরিবমথৈদি মুংবংনহুনা লৈঙমগদবনি ননাইনা চিংনা লেম্না শরলাংমৈনবা থৌঙম থৌপুনজগে লেংলশি হাইনা রাকয়ৈ হিহোম্বরক্লে ।। লুরাং হিথাথেন খুন্নচেংবী ম্নৌবদা য়াচংবা কোলুপ লোমহুনা মুমিদাং কোলুপ তাম্লেংনরে । হিথাথেন্দা হিথাংলম্নগা মনাই শোংঙারাবনা থোঙ্গারক্তুনা পাউশারৈ ।। ঐখোইগী ইবেম্মা তোইবী লৈমবু লৈঙম্বরা ঐবু করিগুম্বা থৌরম অমতং পাউশা পাউদম পাউতাকচগে খোংচংলকইয়ে, ইবুংলোই কনানো য়োইময়াই মতম অশিদা ইরাম য়াইবু খোংচংনা রাহোম পাউশানবিবা ? ইবেম্মা ননাই শোংঙারাবনি ইপান খোংথোকলকপিদরবশু য়াগনি লুতুংদা ইপামলমদা চংঙম্ববু পাউতাক্লমদে রারৌ পুকলৌনখিগদরা হাইহুনা নবুংবু অহুক খোংচংলকপনি ।। ইবুংলোই ঐদি লৈথংনরুদরে ইবুং হাইবা য়ারা ইথোনবু য়োইময়াই মতম্ব লৈথেংবনা লাঙগ্রেম পাউশানবরা রাখল্লুরে, ইবুংলোই কদৌরবগে অশুক মুংশাংনা ইবুং য়ারা তানফংনখিদববু য়োইময়াই অহিং অশিদা তাঙম্ববু তাম্লেংনহনবা নংল ঐবু লাকচরে মুংঙোল পাউশা ভম্বীও । নয়ুম লুরাং চৌংবু লময়েং খোংথোক্ল্বদা অঙম্বা তাউবুং খোংদোবা নশাবিবু মঙম লৈহকপা পাম্বগা শাথিম্নবদা ইঙাং পাক্তক্লা ইমু পামফেম্নহুনা অমং থরৈ তানফংহুনা মশাইকোনবু য়োনবা নপারি নাক্তা য়োনবা রাকয়ৈ মুংদা লৈহাণ্ডনা নবুং ঐনা পুরক্লে, নশাইকোনবু

য়োৎবশিদা পাউতাককমু খোংথবা অবুম্নো রাখাকহুনা মাহোম পাউশাবা লালশানি নবুং ইলহৌরগে। ইস: য়াশিদে কন্নিবুংবু হুইরবগী হিক্লা লাওনা কপ্পা মশাকিবু থাকৌনা হিরাখেন পাখনা চেম্বরক্লে ।। থাকয়ে থক্তা চেংথংলে কিতৌনা কুপ্রুরা তৌজম্না নেশংবি তাওবুংখোম্বগী মখোং অনিবু লাম্দুনা তেংথা নাওইনা মিকপ ইরাওনরক্লে, থৌরমু উবদা শোংঙারাবনা মাকয়ে লিপুন থৌমিবু থাদোকুনা রাকয়ে কম্না হোন্তরক্লে ।। মুরাং নমুল ইন্তিনকম ইয়োং মহুমু য়ো-ঙয়কুনা ময়ুম থোইদোম পাংপু ইতাম্রকপদা শোংঙারাবনা য়াহোম্লক্লে ।। ইবেম্মা মিকপ মিরাও-থোল অহুবু তাবদা নবুং ঐবু মুংশি কাইনা মৈনা মৈকা ফম্না হোওয়কুনা শোংঙারাবগী পীবুকমুংবু মৈহৌ মৈচাক্লকুনা তাওন থুমওনবগা পান্দমথরে ।। নবুং ঐবু মমাংঙৈদা মরুশিংনা থোঙম থৌ-পুনখিবা মিকৌরোল লাইওইবা অমবু নিংশিংনরক্লে মিকপ তেংথা নাওইববু অমুক্তা লৌথাম্নবিথো নবুংবু চীংঙু নোংদম অমতা থৌয়েংজগে মশাবিগী থোইদৌদা ইচনগী নাকোংবু লৈথম্লগা মুংশিং ইহুম্লকপরা অমুক্তবু তাঙম্লো নবুং অমুক্তা থৌয়েং থৌপুনহমগে ।। শোংঙারাবগী রা তাবদা হরাও তুয়াম্বগা ইয়োইনা মশাবি তাওবুংখোংদৌবগী থোইথক্তা মদাইরেন তোইবি লৈমগী য়েৎ থংবা নাকোংবু চেপথমা তাঙম্লে মবুং শোংঙারাবনা থানিং মিকৌনরক্লে ।।

মিকৌরোম্না থরাই য়াইবিবু থাকৌরক্লে— হয়ম রোংনাং কৌক্রু অঙম্বা লোইনাই খুদা অহানবা তুরেল লুখাবা, চারি মপান থারম্বা নোংদমগী মঙ লিংবা, থোয়মুম নঙ্গী নমাক্লগী খাংহিং তাওবুংখোম্বগী থরাই হামোইবা মিরেল হামচংপবু থোয়মুম নংমা পীনবিররো ।। খাংজিং কোই-রেম্লাই মুরাং ককথোক অরিবা মুংনাং শিদববু থুনেংপা তুবি মাদববু থুন্দানবা লাইমিংথৌ থোয়মুম নঙ্গী নঙান্দা খাংহিং তাওবুংখোম্বগী থরাই হামোইবা মিরেল হামচংপবু লৈথিবা পিনবিরক্লো চরৈ কিগাও শানা য়াজগে ।। থোয়মুম লাইমিংথোই রাংব্রেন খানা চাওবও থোয়মুম নফম্লাংবগী খাংহিং তাওবুংখোম্বগী থরাই হামোইবা মিরেল হামচংনখিববু পিনরক্লো চরৈ কিগাও শানা য়াজরে ।। চিংথৈ লৈমা উম্লক্লে কাইরৈ রেনথোন তম্না য়াকৈরক্লেদো, চরোইমা তেতু থোংলক্লে, শেন্দাংনা চিরোন চারক্লে রাইমু শেম্বীনগু চাক্তারক্লে, খোইমুম মথোই খিখিক্লা খাংহিং তাওবুং-খোম্বগী থরাই হামোইবা মিরেন হামচংপবু পিনরো ঙসি কোয়ো অসিদা অঙম্বা তাওবুংখোম্বও করিগী তুঙ্গন তানবনো থোম্লেন মিকপ ইহুম্লখি, পোম্বী চেক্লা মথেমা চীংখোং য়াকাইরে চিংথৈ লৈমা উম্লক্লে ইশানৌ শেম্বা নংবু হৌগংলো ।। থোংঙাক মচিথেন মকোই মুংঙোম চীং, খুমু মিংম্না তানা লুরুকচীং, অরা লৈথম ক্রে লাওবা ফম্মাংচিং অশিরোই য়াংলৌ লমথাই মরুহাং পুংদা থমং হিকোই লাংমুবীনা য়াংলৌ লমতাক্লকুনা লৈঙম্নবঙু ইশানৌ নংবু হুম্নশিদা ।। হা-আ-আ, কৌক্র থাংজিং লাও-লাও, রে. রে, রে, রো, রো, য়ো, চেংঙা নমাই লৈগমু সেনা অমাই লৈগমু নাকম্বংদা চংলো নতেকমদা ভেয়ো, তে হিংনপ কারবনি ।। হে থরাই মজাঙক মিগা

থানা তরুকমক থরাই নঙ্গী নমিংবু হাইগেদো মিতিং খোনহিংনাইবা কৌই । মি নঙ্গী নমিংগু হাইগেদো মিয়েন ম্না তোনপোক হাইনা কৌবনে । হে ম্না চীনফুরেন ম্না কোনফুমুংদা য়াহিপ্পা থমোই লকা মুংদা য়াতাবা খোইদৌ য়াংফমদা ফম্বালবা, হে মরু নঙ্গী নমিংবু লোইনবা শেনবা ইতাও কৌএ ।। লোইনবা শেনবা নংবু হাইবনে, মি মি, কুক কুক, মম মম লাও-ও, ম্না মফম ফম্বান্নাং নোংদমখিবা নশাইকোন্দা লৈকল্লো, লৈফম অশিদগী লেংফদে হোংফদে হঙ্গিল্লে। হঙ্গিল্লো ।। লুরাইদা শোন্দুনা কাম্নক্লে লুরাই নংদি থুদানি, হকচাং নংদি ফিশা উতোংনি য়া নংদি কোম্হোক্লি ইরম তরেৎ খোংলম তরেৎ হি হিক হিকথরো ।।

ইবেম্মা লেংঙম তাঙমদবরা, ইবুংদি হনঙম্নতুনা লৈচংলবরা উঙম্মিদা; তাওবুংখোম্বগু মশা হেক লেংঙি ।। ইবু লোই থকলোমদগী মুংশিৎ ইহুনবু নিংথি চংখোম্না কুমথখি নিংশা ইহুনগু পিরুা নাশোন ইহুনখি ।। লেংলে, লেংলে ইশাবী হিংলে হিংলে হাইনা পাউশা তাঙম হরাওনা মশাবি থাংহিং তাওবুংখোম্ববু মথামুংদা চেৎনা কোপ্পন লৈখয়ে ।। থুদক অহুদা তাওবুংখোম্বনা মশা মউ তোলহাইনা অরা নিংশা ইহুন্না হয়ম হায়না লাইশোন্না য়ারা ইখোন নাওশোন্না ইদাইরেন ইবেম্মা ঐদি রাক্লরেদা লমদমগু তাম্না খোংচৎলুরেদা নংনা ঐবু থাকৌবিবা য়ারা ইখোলবু তানফংবদা খোয়য়ুম কৌরুনা ঐগীদমক্লি পাউশানা লৈগী তুলাই অমা পিববু হুন্দোক লৈথয়মহুনা নঙ্গী পাউশা নিংথিবা খোইজং খোইদানবনা তুংবুল খ্বাংলি ওটনা পুন্দুনা নফম্নাংবু য়োনবা লিফা লৈচিংব গী ঐবু হনঙম্নকপা তানফংনরকচবনি, রানা লমদম থাপ্না খোয়য়ুমগী লাইথোং শিন্না চংলুরেদা ইদাই-রেন খোইচং মুংঙোনবী ঐদি । পাউশা রাবু তাবদা শোংঙারাবনা রাহোম রাথুম্মি, মিকৌ থাকৌবনা শোংঙারাবা মহৈ মরোং লৈচুম্না লৈপালবা লৈরাং শম্না শাৎপনা নদাইরেম্না তাম্হেংনবা, নদাইরেন ইবেম্মা তোইবী লৈমা হাইবীগী পাউশা ইখোন তাবদি অশৈবা পেনা খোংবনা অনি নেতরুহুনা ইকৌ থাগোন থাকৌবদা তক্রিলোইয়ে মুংশি মুংঙোম্নব। য়াব। ইখোম্না তমজনরিবনিদনা পেনাগী অনি নেতরুবগী ইখোল ইহৌনববু তাঙম্নবদা তেংবানববু শুমহৎনা খোইজং খোইদানহল্লিবা য়াবা ইখোল অহুনা তমজরিবা ইবেম্মা ইরেম তোইবী লৈমগী মিকৌ মিকোন য়ারাবু তারবদা লাকঙম্নোইদবা তাইবং ইপোক্তদি হৌজিকমক্তি মরু ইহুন তম্নদরি মবুংঙো ।। শোংঙারাবা মনাইগী রা তাবদা তাওবুংখোম্বনা মুংশি মুংঙোন রাহৈনা হাইরকই ।। থংদেদা ঐদি য়াম্বা শোংঙারাবনা পাউশা পাউতাক্লবদা লৈথংলে, ইশানৌ ইবেম্মা নংনা ঐবু রাংলেন মিকুপমুক্তা কোপ্পনা কোন-থৎপিহুনা নাওকোম্নবিয়ুবা ঐবু হিগুমুং অশিদা রাংলেন অমতা কম্বাল লাংবা থোঙম্বরা থোয়েংজগে ।। পাউশাবু তানফংবদা ইরেম তোইবী লৈমনা মশাবী তাওবুংখোম্ববু কোনথকুনা ফমহল্লে মশা মউ হামচৎ তোলহাইনা হৈ নাহে পাউশানা মদাইরেম্না কোপ্পনা হিগুমুংদা লৈফম্নে ।। ইরেম তোইবী লৈমনা মশাবিবু কোপ্পনা রাহোমজেএ য়োইমরাই মতম অশিবু চিংথৈ লাবনা য়াওন



য়াকৈবা ইতমগুম তাম্বেংনরক্লে লৈকম অসিবু ইবুং লুয়াং খুয়া অমুম্বোনগী লংলেন খোঙাকম হিথাথেনবু শুইরম্মরে ।। থেন অশিদা য়াংলেন তাইহাক পোত্থা লৈকম্মখিশি ইবুংলোই লুয়াংহেনবা থৌওম থৌয়াং থৌহৈবা থৌরম্বু থৌওম্নবা থৌশিন থৌপুন্নবদা য়াওয়েদো ইবুংলোইশু ইবুং উত্তামবদা তাম্বেংনওম্মখিদরবা থৌথন থৌকাওনক্লরববু লেম্নবগুম থৌপুনা হিগুমুংদা থৌখম হিগা তাম্বেংনজগে য়াওম থৌশিন থৌহৈবা ইবুং শোংভায়রাবা হিথাংনওম্মখিশি অছুবু লুয়াং হেনবা ইবুংনা করি নোংদম্বীবনো ।। তোইবী লৈমগী য়াহোম পাউশা তাবদা মবুংলোই শোংভারাবনা য়াকয়ৈ হিরুবু লৈশন্দুনা মবুংগো তাওবুংখোম্ববু পোত্থানব, তৌওম্লে ।। য়াকয়ৈ হিগুমুংদা ভকশি থারম্বী পুজেং লাইবৌভাবী অমবু লৈঙম্বা উহুনা তোইবী লৈমনা য়াথল্লি ।। ত্তি: করিনো অসিদে করি মুংগীদমক্কো অজিদি য়থাইগু য়ারেনা, উম ইবুংলোই শোংভারাবনা লৈখম্লিবোইনা, ইবুংলোইগীদি মচীগ্গাক ওইবনা, অত্তুদি ইবুং অসিদি মবুক চাওবনি য়াবগু হক্ত য়াওম্নবনি ঐ য়াওবা অশিদা য়াহোবা য়াদতুনা লৈঙাক্লেদনা য়াথল্লকুনা হাইয়ে ।। লুয়াং হেনবা ইবুংলোই নচনবু নীংথম্বনা খাংভমদরে মৈহৌনবা খম্নদংবু লৈখিতুনা মৈহো মৈতিরুশিবা ।। মবেম্মগী থৌদাবু থৌপুনা হিথাথেন অত্তুগী খোংবান মরাক্তগী শিংবু খিওম্লতুনা হিগুমুংদা পৈওম্নতুনা হাই ।। শিংদি লৈরে মৈবু কদাইদগী লৌওয়গবনো মৈরো মৈথিবদগী থৌকাওববু নিংশিং তানফংনতুনা থৌরম অশিমদি তাম্বেংলে. অত্তুগা হন্দক অমুক মৈথি মৈহৌগদব। অশিনা করি তানফজবা মৈনা কদাইদগী লৌশিবা ইচিক ইহুম্নদরব। ইতম অশিদা খল্লি মতোমতা ।। লুয়াং হেনবা ইবুংলোই খাম্বী মৈথোক মুংবু য়াওম্লি কদাদগীগু মৈনিরোই হাইনা পাউশানা মৈয়ৈ মুংলেন অনিবু পুখে.তুনা মৈরো মৈহৌনা মৈতিক্লে ।। ইরেম তোইবী লৈমনা হাইয়ে, ইবুংলোই নপান্দগী থৌরম পুম্নবু তাম্বেংলে অদুবু লমখুম্নু অমবু য়াকয়ৈ মুংদা লৈথম্লিবা অশিবু য়েংভম্ববু থৌওম্নদেদা খাম্বী মৈগু মৈহৌরে লোথোক্লবা তৌগম্বীও ইবুঙ্গীদমক্তা নচম্না মথেন লুকোই ওইনা থোংজগে ।। মবেম্মগী পাউশাবু থৌপুমা লমগী খুম্নবু পুশিল্লতুনা শোংভারাবনা মৈমুংদা কুম্নতুনা লৌরক্লে । ইরেম তোইবী লৈমনা ইকম ইথোং অত্তুগী ভুনি ইকাংনববু য়াহং পাউশানতুনা মুংভোন থোইবা থোইচংনৈ ।। মবুংগোগা মাম্লমগা মুংশি মুংভোন পাউশাববু তাবদা শোংভারাববু নুংভাইবা মপুক হুয়াও তয়াম্বা ওইতুনা অবুংগো মবেম্ববু থৌয়েংনা মথৌবু থৌকাওনা লৈঙম্লে ।।

ইরেম তোইবী লৈমনা য়াহংতি, ইবুং লুয়াং হেনবও ইবুংনা লয়খুম্ন লৌববু মুনম্রিমরা ইবুঙ্গী চকম্নু লৈফানবা নচন ঐনা থোংওম্নগে ইচীগ্জাক নংভমক্রবগু ইবুংলোইগীদমক্তা পীওম্নো নচন্দা কদাই ।। য়াহংলবদা শোংভারাহনা হন্দেতুনা য়েংবদা খুত্তুদি মৈতাম অয়াবগুম্না চাতুনা ইভাং ভাংনা কাদ্দনা লৈওম্নয়ে । থৌরম্বু উবদা নীংশাবু হয়ম লাইশোম্না অশিদি লৈম্না পাউশা তাওম য়েংভম্লীভৈদা ইথৌগু থৌকাওনতুনা খুমুগু মৈতাল অয়াবগুম ভাংনা চাতুম্না কাদ্দবনা

কদোমরনি অশিদো হাইনা লৌথোক্লুনা হিথেন অত্তুগী ঈশিংদা থাদম্লে ।। থৌরম্বু উবদা ইরেম তোইবী লৈমনা হি: করি তৌগম্লে কদৌরবা হায়না তরং থক্তা য়েংবদা ইরিক কৌঙৌনবু অতংপা লৈতনা ইহুন্দুনা লৈগম্বু উগম্লে ।। ফাচেংঙৌ তানবদা কৌশু চেংচোই লানথঙুম নীংঙা ইহুন তম্বগুম শীল্লোম শীঙ্গিন তৌবগুম্মা ইহুম্না, থৌরম্বু উবদা ইস: করিনো ইরিক কোঙ্গোন ইহুন অশিদি রাথল তৌগম্মা ইহুংবুংদা খোইচংনা য়েংগম্লে ।। ইস লৈ:ম অসিদি ইবুধৌ থম্লাং পনশাবগী নীংশা ইস্থোক ইফাওফম্মিনা অসিনা ওইরে লৈফম অসিদগী শরাং ইখোং মিংহুম্না লুরাং ইপাচানা ঈথাই ঈপিনবদি ।। ইবুধৌ খাই পনশা পন ঙাকপা থপলাংবা নতিকপু নঙমবু লুতুঙ্গী তাইবংনা থোকাওদন লৈথংনবা লৈফম অসিগী মঙম অমতং থৌখন লৈহন ওইনা লাংজগে মশুনা ইবুধৌ কুবি নোংদম তম্বীয়কো ।। তোইবী লৈমনা লাইথুং ইভৌনবু তাম্নেংমজুনা ইপাম থোজুম তাম্নেংনবদা তীনকোক লাইকোক্লুন তীনশেং লাই-শেংনরকপগী পরম্বু ইফম অসিদা মৈহো মৈখিক্লুনা পাউশানা নীংশিংনরিভেদা ইবুং শোংঙ্রাবনা চাগম্নবা লৌবা থুম্নবু কাহুনা মৈঙাং থেংনা চাকুমা মৈত্তান অম্বুবা মশকপু ওইনা লৈফম অশিদা লৈগমথরেদো অহুম্নুংবু থৌখংনবা লুতুংদা তাইবংমা অঙৌবা লাইথুং তীঙ্গুং তানফংলবদা ঈফম অসিদা ম্না তাঙ্গা, লুপা তাঙ্গা লৈহম্না ইবুধৌবু পুরুম থাগোম্না খৈয়েম লৈয়িঙ্গহুন। চীনফু মাই-তাজহুনা তোইবী লৈমা ঐগী তীনশেং লাইশেং লাইরানা থিকশেং খিকপেংনহুনা তীঞ্জু লাইচুববু তীনকোক লাইকোক্লুব। লৈফম অশিবু ওইরশম্ব থৌগম্ববু ইবুধৌনা কুবিগু তোইবী লৈমনা তীনকোক লাইকোক্লুনা লৈপাম্নবগুম লৈপানাববু কুবিগু লৈফম অশিদো নশুগী লাইচু লাইকোক তীনশেংনবগী লৈম্নুং পাউশা ফম্লেমবু তানথেংজরগে লৈনি পাউশাহুন। ইফম অশিদা চীনকু মাইতা লৈথা লৈথম্নম্নগা মপু মনাই অহুম্বু রাকয়েবু তোংহুনা লুরাং নহামাং ইখোংদগী ময়ুম শরাং ইখোং ইখাইকম মরুদগী হিগারতুন। নাদখোংবু তাম্নেংলে ।। নাদ খোং মরিন ইচেন খোঙ্গুম্জুনা ময়ুম শরাং হিথাথেন য়েল্লাও য়েন্দম্পাং মাইয়োকফ, ইবোল হিদেন্দা হিথাংহুন। ময়ুম মরাম য়াই লৈথুংহুনা মপারি ২ বু তিলু থাগোম্না লৈগম্লে ।। ইরেম তোইবী লৈমা লূরাংগু মপাম লৈথ। খোঙ্গম্নহুনা লাইয়েংজবদগী তীনকোক লাইকোক্লুনা ময়ুম শরাং তাওবুংখোম্বনা অমুক নৌহৌনা লৈহগন্দুনা লৈপাম্নরে। খোইয়ুম লাইগী থৌজান রাগম থোকোক্লররোইদ্রা রাথলম্বু পম্থৌ লুরাং পুন্সিবন। তীনখোং লাইখোং লৈথি লৈকম্বদগী চীংঙু মথৌজাম্না তীনখোং লাইখোংবু লৈথংনবা লৈথিনা লৈয়েক লৈথম্নথরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫২০ মোংদা লাই কুমশিং ৪১২ লৈচংবগী ইঙা থাজগী হুম্নি পান্থবা মোংকোরৌ লৈবাকপোকপগী নোংঙান তুবু উরকপদা থাংহিং তাওবুংখোম্বগী নোংদমদগী লুরাংগু ইরেম তোইবী লৈমা মচা নিপা অমগু তানফজুনা ইপোক নোংকোরৌ অরুক্লি চংবগী ইপান থৌনিনহুনা মমিংবু কামু মিংহুন তম্লে ।।

মতুং লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫২২ নোংদালাই পাখংবগী কুমশিং ৪১৪ গী ইতা থাজগী নোংকোয়ো হুম্নি পানবা লৈবাকপোকপা মুমিত্তা মচা ইবেম্মা লাইরুম লাংবিবু খুমন পিবা খোম্বগী মফমদা থাজহনা খুমন লুদা লৈতিন্দুনা মঙাং লুদগী লুহোংখি, পুরোন অহমদা রাকৎ লৈহন্না থৌনিহনা মচা ইবেম্মগী চহি কুমজা তারগা অনি লৈচংলকপা মতমদা খুমন লুদা লৈতিন খোংদামখ্রে ।।

## তাওম্বুখোম্বা, তোইবীলৈমা, শোংঙারাবা লৈমাংবা

তাওবুংখোম্বা অঙম্বনা মচা অহন পাখং অহনবগা মচা য়াইমা য়ুনাওয়োই য়াইমবগা অনিবু য়ুমখাইবিহনা মাগী মাগী মুংঙাইনবা থোখাইবীহনা লৈঙমহল্লগা মপারি কান্নুতোম্ববু য়ুমখাইবা ইতম নৌমল্লি হায়হনা চাক্তিন কোঞ্জিন্না লৈমিন্নে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫২৩ নোংদালাই কুমশিং ৭১৫ লৈচংবগী কালেন থাজগী তরেৎনি পানবা নোংমাইজিংগী অয়ুক য়েনদা ইহল্লকপদা অঙম্বা তাওবুংখোম্বনা মদাইরেন তোইবী লৈমগা লোইনহনা রাকয়ৈ তোংহনা শোংঙারাবনা থোখন্না নোংচুপ লোইয়ারম্বু লময়েং লমকোইশি হাইনা নাদথাংবু হিগাহনা শরাং ইখোং পাংনা লৈকারক্তুনা লুরাংলি নম্বুল ইতিনফমদা হিথাংনা খোইদোম পাং, মকোই মুংঙোনচীং মশাংবু কোইরম্বগা অমুক হিগুমল্লক্তুনা লুরাং শারাং ইখাইথেন্দা হিথাংহুন: লৈথম্লগা লূরাং নহা মাং খোংবাল লাক্তুনা থোংঙাক মচীথেনবু লময়েংহনা পুন্সি লৈনি থেন চীঙ্গী চীংলোন লাইলান চীংয়াংদা লৈফম্না পাউশানি ।। তাওবুংখোংবু ইতোনরম্বা পরম লৈহৌখিববু পাউশানহনা লৈঙম্বদা মফম খংদনা মনাই শোংঙারাববু লৈরমদরে কোবশু তাদরে লাকবরা থোঙাইবশু ইহল্লক্তরে ।। মনাইবু লৈথি লৈয়েংশি হাইনহুদা অনিমক্ক। লমখাইনহনা কুরুম চীংলেন্দা কোইজাই লৈথিনবদা মনাই শোংঙারাববু লৈখংনদরে ।। খুদক অহুদা তাওবুংখোম্বা তোইবী লৈমা অনিবু লুম্লাং হেনবা ম্নাম্বা ইবুং শোংঙারাববু য়াওদনা লৈহল্লুহনা কদৌদগে হাইনহনা লৈফম অশিদগী অরাং থেঙগ্নুং তম্না চৎখ্রে ।। অহুমমক্ক। লৈহল্লক্তবনা রাকয়ৈ থোংনেৎপু তাওথর-ক্তুনা য়েল্লাওথেন শোইদ। পন্দুনা লৈরে ।। মপারি অহুম্না রাকয়ৈদি হনঙহ্নক্লগা পম্বৌ পলেম্বু হনঙল্লক্তবদী কদৌন্নুংবু তৌবনা কোইনা খোঙ্গুন লিবদশু লৈখংদহনা কংলৈ পিবদা রাকৎপদা লৈপাক চংনা লৈখিবদা তানফংদহনা নোংদম মরুদা রাহোম্লে মৈতৈঙু নাওখম্বনা ।। নোংদম মরু লৌরাংজাম্বনা হাই, মৈতৈঙু নাওখম্বা করিন্নুংবু থৌকাওনবনো মম্নুং ইতম্বু লোম্বনা মাগী মাগী লৈননফমদা হনঙম্নবা মাংখ্রবনি লাকঙম্নরোইয়ে তাইবং মপোক্তা লৈচং শাথুদ্দবগী চৎলম্বু

কাইদনবা লাইরমলেনবু নামুংদনবা মশাদি তাম্লেংদরবনিনা চুকশ। মৈথাবদি পামেন পাঙ্গোং উকক অক্লম্না চুকশা মৈথাত্নুনা অশিরোই লৈহুন খোংলম্বু থৌকাইদনবা ভরুক্লিগী লূথাংথৌবু থৌপুনবা উৎপী উৎশেংনবা লৌবিনবা তৌবিও ।। মরুগী নোংদম রাবু থৌঙম থৌপুনরিভেদা য়েল্লাওখোংশোইদা পল্লম্না রাকয়ৈবু মথন্তা চেম্বখিত্নুনা লৌতাং তুবু তাওরোইলাই পাথংবগা লৈতিন শাথূপ্না লৈখরে ।। নোংকোরো থুদিঙ্গী হক্লোন খোংলোনবু লাইমিং পরম্বু লৈতাক্না থরাই য়াই-বিরেনগীদমক্তা চেং অকুপ্পবু যুল ভাত্নুনা ভিংথৌ মপোপ লৈহাপ্না নোংকোরো মাপঙ্গিবু খোং-লোন ৯ লৈশু লৈতাক্নুনা য়ুমশেং হকশেংলে ।। ভরানি লৈশুবদা মঙম লৈহোং লৈথিনববু থৌয়াওমবগী পাউজেন্দুনা নোংকোরো হক্লোন ভরাগা অমা লৈশু লৈচংবদা পিবুকম্বুগী খোংলম তারাগা পন্থো মপাগী লুরাই লুমলেন্দ্রা লৈকল্লকপা থাজা অনিগা লৈতাক লৈত্তিনবা থৌরোইরে।। য়ংশক খানবগী মতুংদা লৈহন খেংলম নিপানবু লৈতাক লৈথিনলত্নুনা থরাই পিচানা শাথোক্লবা কোল্লপ্ত লৈতিন খোংলম মাপলশুবদা লৈত্তিন লৈথম্না থৌরোইত্নুনা উক্রোং লৈহোংবা থৌরোই-ত্নুনা মচিন মনাও অহুম্বু নুংশি নুংঙোম্না লৈমিন্নরে ।।

## শোই পুম্নবা ভাল্লোই মমিং অপাম্বা কৌবা হৌবা

থাংহিং ভাওবুংখোম্বনা পোক্লহা মচা নিপা পাথং অহম্নে, য়ুনাওরোই য়াইমবনে কামু তোম্বনে মখোই মচিন মনাও অহুম্ব পম্থো থাংহিং ভাওবুং খোংদৌবনা শোই লিং শোইচারম্বা নাদ খোংলমগী শরাং য়েলাওপেন মাইয়োকফা শোইযম্ন মানা চানি এগী ওইগদবনি হাইনা মুম্নবদগী শাওনত্নুন মাগী মাগী মিচং খোনত্নুনা তুলুথাই তানা থুৎলিত্নুনা য়ৈনা শুনত্নুনা ইমু নাইমু ভানরে । থৌরম মৈভৈঙ নাওখম্বনা ভাঙমত্নুনা বরিনো কল্লানবশু নত্তে মপা মমানা লৈত্রগা মখোই মচিন মনাও মশেন থুৎ থোক্লবা অশিগুম্বা চৎলম অশিদি লুতুঙ্গী চৎলম অকাইববু থৌতৌনৈদা, ময়ুম অঙোম পিবা থেরম অশিবু অতুক লৌথাম্নবা তৌঙমলু নোংদম্নে ।। ময়ুম অঙৌ পাম্বা রামৈ লান্তবা পিবানা মঙাইরোই থরগা পুত্নুনা লান্নগা লৌথাম্মি । ইশানৌ অহুম্মক তৌঙল্লিবা অশিবু করিনো লৈবাক মাংদা ইকাই লাজদবরা হৌনদে লুতুঙ্গী চৎনা লম্বীশু থরা য়েংনা থৌপুশি থৎন চৈনবশি তোকভয়ো নখোই নচিন ননাও থাজ অমগী মনুংদা নোংকে দৌ তন্নানি ভরানি শোইফম শোই চানবা ভৌঙম্নশি লৌথাম্মি ।। পিবাগী লৌথাম রাবু তারগ পাথং অহনগা য়ুনাওরোই য়াইমগনা রাথুম্মি. ময়ুম অঙৌ পাম্বনা ঐখোই ইমুং মনুংবু নিংভাই শংদানবদা ময়ুম অঙৌ পাম্বগী পিবানা থুৎথিন রায়েন নোংদম্লীবা অসিবু মঙম করি লৈত্নুনা ঐখোইবু খাবা ভানবা য়ুমদিন অঙোম লৈহুন লৈহোংবা ওইনা রাথল থৌপুরবরা ঐখোইশে শরাং

লৈশাবা য়ুমনি পুন্নিংলোনগুগী অপকমা নত্তে, লৈপাক নোংথোতুবা কংলৈ পিবনা নোংদম ব্রায়েন্না লৌথান্নগদবনি পাউথুম কল্লাও হুনবদগী অঙোম পিবা ব্রামৈ লান্থবা মপুক থোইশাওনহুনা মচিন মনাও অনিগা শাথিন্নহুনা লান্দমরে ।। মৈতৈঙ্ নাওখম্বনা তাঙম্লে হিস করিনো লৌথাম্বরা হাইববু লান্দাবগুম থোক্লবোইরে, উম শরাং অশি লম থরা হেল্লেদনা ঐ চত্তবা য়াদ্রে হাইহুনা থোথন লানম্নি থম্নগা লোইননা থোংলেংলহুনা ময়ুম অঙৌ পাম্ববু ময়ুম শারাংবু তুনা লৌথামহুনা লানয়াই থত্তনা লৌথামহুনা তোকহল্লে ইমু নাইমু তানহুনা মী তরাবু শোকমৈয়ে ।।

## ব্রায়েন চৎলম্ম লুতুং থোয়েং নোংদম্ম লৈয়াৎনা লৈথম্বা চৎলম্ম অমা

মৈতৈঙ্ নাওখম্বনা চেপাউ পীহুনা মচিন মনাও অহম্ব. কৌখত্তনা ময়ুম পিবা মরিগা ফমদৌ হুমফুগা মরিগনা থৌথল্লাংনা কুচু থৌকাও ব্রায়েন নিংশিং শংলেন্দ লৈফমহুনা মৈতৈং.ন ব্রায়েন ব্রাহংলে ।। পাখং অহনবা নংবু পোকপগী মতুংদা য়ুনাওরোই য়াইমববু পোক্তুন অঙম্বা তাওবুং-থোংদৌবগী থৌখনবু ভানফংনা ইরেম তোইবী নমানা লৈঙম্বদো নং থংবরা ? ইনিংথৌ ননাই ঐ থংজৈ ।। য়ুনাওরোই য়াইমবা ননাও অশিবু পোক্লবা মতুংদা পম্থৌ নপানা পলেম তোইবী লৈমবু মপাম থোজম্ন্নহনবগী মরমদি করি মুজনো থংবরা ? ইনিংথৌ ব্রাহৈ কারন থৌখনবা নামুং পাউশাববু লৈঙাক কুবিনবিনি থংবদি থংজহোয়ে ।। ঐনা ব্রাহংববু পাউথুম পাউশাবনি অয়োন ব্রাবু লৈঙমদে হাইয়ু ।। ঐবু লোইবা ইনিংথৌ ইশানৌ য়ুনাওয়োই য়াইমবু পোকপগী কুমজা থরগী মতুংদা পলেম ইমাগী থুবোমদা করিগুম্বা মহিক অমগী লাইথুং অমবু তানফংবহুনা লাইথুংবু পম্থৌনা অকি তুজুংবদগী লৈহল্লুকনি ।। তহুদি পাখং অহনবা পম্থৌনা পলেম্ব লাইথুং থুংলে হাইবগী মনাক্তা লৈথম্ববু পাম্নক্তহুনা চৎহনখিবনিনা নচিন ননাও অনিদি ( পাম্নক্তবগী মচা ) হাইবা অহু তাহল্লে পনথৌ ইপা তাওবুংথোম্বনা ।। তাঙম্নমাম্নে ইনিংথৌ । অহুদগী করি কমদৌনা অমুক ননাও কামু তোম্ববু পোক্লবা ? ইনিংথৌ পনথৌনা শাতানবা চৎপদা পলেম্ব লাইথুং কোক্তুনা লৈরম্ববু ওইহুনা অমুক লৈহন্দুনা পোকপনি । অহুদি লাইথুং থুংবদগী ইরেম তোইবী লৈমবু পাম্নক্তহুনা কাইনরে লাইথুং কোক্লবদা পাম্নক্তুনা অমুক লৌশিল্লক্লবদা পোক্লবা ননাও কামু তোম্বা অশি অপাম্বী মচা কৌবা তারেদো ।। ইনিংথৌ নোংদম কুবিবা থৌয়ানজগনি । কামু তোম্বা পোক্লবা তুংদা নচিন ননাও করি কমদৌনা লৈঙম্নবা ? ইনিংথৌ পলেম ইমাবু অঙৌবা লাইথুং পক্লকপদগী পনথৌ ইপানা পামদুনা ইপুয়ুমদা লৈহনখিবদগী চাইচু তাঙ্গবু লৈকোক্তুনা

পলেম ইমানা লৈঙম্লরুবদা পম্মৌ ইপানা অমুক পাম্লভুনা হজিন্নবনা ইশানৌ কামু তোম্ববু পোক্তুনা ইশানৌ কামু তোম্বগা পম্মৌগা পলেমগা অহুম্না য়ুমদিন চাক্তিন্না চামিন্নতুনা লৈরে। ঐখোই ইচিন ইনাও অনিবু য়ুমথাইতুনা লৌরি ইংখোল ভোঙাম্না লৈঙম্নরে। উম অত্তুদি পাখং অহনবা ননাও কামু তোম্বগীদি করি করিবু পম্মৌ পলেম্না লৈখাইতুনা পীরম্মি? ইনিংথৌ মাগীনি হাইতুনা করি থোইনা লৈতম লৈপিবা থোইদোকপা লৈতে, পনথৌ পলেম্না মাগী শরুকপু লৈখাইরমদ্রবা মানা ইপাগী মরম্ন মানা লেনি হাইবা অশিদা ইপা ইমানা ঐগী ঐগী লৈতম্না লৈথম্লম্মবা ঐখোইনদি লৌদ্রবুনা কামুতোম্বা মানা কমদৌনা য়েল্লাওথেন মাইয়োকক্কা থেনবু লৌগে হাইবনো খংদ্রে ইনিংথৌ স্না নোংদম কুবিনি।। মরম অশিদো পাখং অহনবা নংনদি খংলরোই পরমদো খংনবা হাইগে অাও কামুতোম্বা হাইবা অশে নঙ্গী পম্মৌ পলেম্না হেক পোকপা ননাওদি তশেং- বনিদনা? মানি ইনিংখো।। অত্তুদি কামুতোম্বা অসি ইমা অপাম্বীগী মচা হাইবদা অকাইবা লৈতেদনা হান্না লৌতুনা লৈরম্বা নমাবু পামদতুনা খাইনরগা মতুংদা পামতুনা লৌশিনবদা পোক- পনিনা অঙম্বা কমদৌ পুণশু তাবিরেদো লুহোং লুতিন লৈহান্না লৌরুবা তালোইশিঙ্গী মতুংদা মখাদা লৌকবা তালোই মখৈদি (তালোই অপাম্বী) হাইনা থাকৌনরিবশিং অত্তুবু কমদৌবা? মৈতৈঙ্ন ইনিংথৌ স্না নোংদম বুবিনা লৈমুৎ লৈমাংদনবা লাইয়েক থন্না লৈহাপ্লে।। পাখং অহনবা ইমা অপাম্বীনা পোক্লম্বা ননাও কামুতোম্বা মাগী শরুক্তি লৈখাইদা নখোই নচিন ননাও অনিগীদি লৌরি ইংখোল লৈতম লৈখাইনা চাক্তিন লৈখাইরম্মগা পনথৌ পলেম অনিনা ননাওগী লৈখাই লৈতরমদবদি চাক্তিন নাওকোনবনা খাইদবনি য়ুমদিন চাক্তিন্নরিবা মচা অত্তুগী মচাক মরম্দি চাক্তিন য়ুমদিল্লৌভদা লৈঙম্বা মচাক মরন লৈরিবা য়ুম ইংখোল অপুম্না ননাও অপাম্বী মচা কামু তোম্বগীদমক্তা ওইবনা লৈখাইদবনি, ননাও কামুতোম্বগী মখাদা নাওদাদবনা পনথৌ পলেম অনিগী য়ুম লেম্নদি ননাও কামুতোম্বনা ওইবনিনা নাদ-য়েল্লাও থেনগী মাইয়ে কক্কা শোইফম অশি য়ুম- লেপ চাকতিনবা ননাওনা তানফংলশন্নু লৈবাক অসিগী তাইবং লুতিন লাইরকচন চৎলম্নু থোপুনা অত্তুবু ময়ুম পিবা মরিনা কমদৌ হুমফু মরিনা করিবু রাখন্নঙম্বা? মৈতৈঙ্ন রায়েন নোংদম কুবিবা অশিদো মৈহৌলোন্দগী লাইরমদ্লেনগী তাইবং চৎলম হৌ লম্মাহংবা কংলৈ স্না পুংমাইয়োনগী কাইফদবা চৎলম্নি রারক থৌকাওদনবা লাইয়েক্লা লৈথম্লজরে।। মচিন মনাও অহুমগী রাথোক্পু লৈবাক নোংথৌতুনা রায়েন্দুনা রারোইরে। রায়েন লিচুম থৌপুবা মৈতৈঙ্ন নাওথম্বা য়েক্লবা লৈতনা কুমজা ১৭ লৈপান্দুনা লৈবাক রায়েন থৌপুরম্মগা কুমজা ৪৫ চংলকপদা নোঙ্গা থোংলম লৈয়েংখি।। পিবা মরোল তরেৎ অশিদো মনিংতম্বা থোইয়ুম মঙমচাওবা মতিক লৈহকপা পিবা লুচিংবা লাইনে।। হয়ুম।।

## ৮ নং মৈতৈঙ কংলৈ পিবা লাইনিংথৌ নাওফংবা — নাওফোংবগী হাক্তক চৈরাওবা কৌথিবা,

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫২৯ নোংদালাই কুমশিং ৪২১ গী মতুং লমদা থাজগী হুম্নি পানবা নোংকোরো শাগোলশেন নুমিত্তা খুমন পিবা য়োইরাংপোক পুন্সিবগী মনাও কচেং রাইখু য়াইবগী মচা ময়ুম খুমন চনু কাইবৈমবু মন্তাংলুদা লৈরাং লৈকৎলতুনা কংলৈ লুচিং পিবা নাওফোংবনা লৈরো লৈয়াতুনা ওইথম ফম্বালবু মদাইরেন কাইরৈমনা থৌখন্না হো লম্মাহনবা কংলৈ স্না পুংমাইয়োনগী লৈশংবা পিবা থোহোরে ।। মতুং কুমজা লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫৩০ নোংদালাইগী কুমশিং ৪২২ গী চহো শজিভু থাজ হুম্নি পানবদা য়াওরৈবম চনু ইবেম্মা লৈয়াম্বীবু লৌতুনা তালোই অপাম ফম লৈহাপ লৈথম্না থোহোরে ।। লুরাং পিবা লুমশিন, খুমন পিবা খোনবা নিংথৌবা, অঙোম পিবা ওক্তখুন্তানবা, মোইরাং পিবা লাইকচেং, নোংদম শঙলেন মরু লৌরাংজাম্বা, কাইবিরোন শঙলেন থোপুবা মরু মচা থেঙগ্রাইবা, ফমদো ৬৪ অশাই অশম পুম্বনা থৌখন্না লৈফয়্রে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫৩৬ নোংদালাই কুমশিং ৪২৮ লৈচংলকপদা মৈতৈঙ হো লম্মাহনবা কংলৈ শংবা পিবা নাওফংবনা কেগে মাইগৈগী লুচিংবা পিবাবু মোইরাং খুংলোই লমলোকপবু লৈহাপ লৈথম্লে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫৪০ নোংদালাই কুমশিং ৪৩২ লৈহৌগদবা নোংকোরো অমা লৈরাং-পগী নুমিৎকী অয়ুক মুংথিল মুমিদাংরাইবু লৈচুপ্পা মৈতৈঙ কংলৈ পিবনা নোংদমতুনা লম লমগী য়াথংলোই লাকপনা থোদাতুনা য়াথংলোইশিংনা চৈ অমদা কিরাল মচু তরেৎ থেংনা পায়তুনা নোংকোরো হয়েংদগী কুমশিং অনৌবা অমা অয়ুক শিংথেক শিংথাবা লৈহৌরানি লৈহৌথিবা কুমজা অশিমবু কুমশিং চৈগানবনি অনৌবা শিংথাগদবগী মহে মরোং তানখংগদবা মরমনা পাউশানি খংহৌনবা তাবিহৌ পাউজেল্লে, অনৌ অরি লৈশিন্নবা নোংকোরৌবু লাইমিং চৈ পায়তুনা কোইনা চত্তুনা লাওতুনা তাহন খংহল্লে হাইতুন, চৈরাওবা তুমিৎ মিংচম্না লৈথম থাবোরে ।।

কুমজাগী অরিবা নোংকোরো ৩২০ না শিঙ্গাথিবা অনৌবা কুমজা অমগী নোংকোরো শিংথেক শিংথাবা লৈহৌবগী অয়ুক য়েন্দা অঙংবদা য়োইরেন থাবী লেংনা তিন, অমাই অনপ লৌশিঙ্গা লোইনতুনা অশৈবা পেনা খোংবনা অনিবু নেত্তক্লা ইকো থাগোন্দুনা নাদ-তুবী লাই পাখংবগী মফমদা লৈবাক নোংথৌগীদমক্তা য়াইফং পুন্সি লৈনিতুনা লৈফম্বু লুতুংনা লৈখঙনব, (নাদ-তোরৈ শরাং ঈখোংনা লৈতিনফম) হাইনা হৈবী মপান অমবু থাতুনা থমলে ।।

মৈতৈঙ নাওফংবনা য়ুমশিং খৌবৃবদি তুংশাংলগা চাদা নাওদাদনা লেপাম্লগুম্বগী স্নাপুক্সিংবু রাতুনা নোংদম মরু লৌরাংজাম্বগী মফমদা রাহোম্লে ।। নোংদম মরুনা হাইয়ে, মৈতৈঙ মত্তুদি লুচিংবা পিবানা নাম্মুং চৎলম্বু থৌহৌবনা লাইরকচবু নামুংশনি হাইতুনা নবুখৌ পাথংবনা মচা

পিদবনি নবুধৌদা হাইজ থাগোল্লৌ ।। মতুদি ঈতিন নামুংবা লাইরকচন লুতিন য়াদবা পলেম ইমাগী য়ুমগী চন্নবু লুতিন লৈরাংনদুনা তালোই অপামফম্বু লৈহাপ্পরুবনা তানফংদবনি।। মরুগী নোংদম্বু তানফংবদা মরু অনিগী লৈফমদ। হাইজদুনা মরু অনিনা কুবি নোংদম্না মরু অনিগা লোইনদুনা নোঙ্গাংদনা মবুধৌ পাখংববু পুরুম থাগোল্লা চাদা নাওদানবা থৌনিরক্লে ।। মরুগী হাইজ্ঞা থাগোন রানা লৈহকখিবনা হোইয়াদববু থৌজ্জকদুনা কয়াগু খোইজং লৈতাদনা খোইশাও খোইশাওনা থৌয়ারে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫৫৮ নোংদালাই কুমশিং ৪৫০ লৈচংবগী মতমদা ময়ুম মোইরাঙ্গী পিবা হৌকেগেনা কোনবা লমগী থৌদা রায়েনবু থৌপুনবা ইরাখুন্দানববু লৈহাপ্লুনা থৌপুরে ।। মতুং লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫৮১ নোংদালাই কুমশিং ৪৭৩ গী চহৌ থানুংদা উরা খুন্দানববু শিরদুনা মচানিপা স্না লাখ্বাবু পিবা লৈহাপ্লৌদুনা হৌ কেগেনা কোনবা লমগী থৌদা রায়েনবু থৌপুহল্লে ।।

কুম অশিগী রাকচীং হুম্নি পানবা নোংকোরৌ শগোলশেন মুংথিল পোপ্তা লৈহল্লকপা মতমদা মৈতৈঙ, নাওফংবগী নোংদমদগী মদাইরেন ইবেম্মা অপাম্বী য়াওরোইবম চন্নু লৈয়াম্বী রাঙ্গোনশং= চাবোকশংদা লৈকুম্নদুনা মচা মুপী অমা পোক্লে ।। চাবোক মুমিৎ নোংকোরৌ তরুক্কি লৈচংবা অয়ুক্তা ঈ মপান মউ মহৈ মরোং চুম্নবা লৈরাং শম্না শাৎনবা ঈপান থৌনি থৌহৌবদা মমিংবু (রাঙম্লোন শেৎপী লাইবী) লৈহুন্না অয়ুক মুমিদাং লৈচুপ্পা থৌনিরে । মচা ইবেম্মা শেৎপী লাইবী রাঙম্লোনবু থাজ য়োঞ্জবা মতম ওইঙম্নবদা ময়ুম খুমন্না নিজ হাইজরদুনা খুমন পিবা লমপুবা খোনবা নিংথৌবদা পিঙমদুনা কংলৈ মঙাং লুদগী খুমন লুদা লৈহোংদুনা লৈতিনখ্রে ।।

মৈতৈঙ, নাওফংবনা চাদা-নাওদাদবা মঙাং য়ুমগী পিবা লৈশিন্নবা তানফংদনা লৈঙম্বগী স্না পুক্লিংবু অরা লৈখম তানখেংনা লৈপালববু উবদা মরু অনিনা য়েংবদা মুংজাইনঙ্ডুনদুনা রাতাল্লে মরু য়েংঙম্নীবরা নাওফংবনা তৌঙম্লিবা অশিবু ? মরু মচা নং ঐনবু নত্তেনা মানা তৌরনা নানা ফংবনি ।। মরু লাইরকচন চংলমদি নামুং চংলমদি থৌপুরে মানাদি খংদবনিনা, ময়ুম পিবা কংলৈ ফম্বান লৈশংনব চাদা-নাওদা তানফংদরে হাইবগী মপুকলুয়াংবু রাঙম্না লৈপু লৈপালবাশিবু মরুনক লৈনা চাদা নাওদদবশিবু লুতুংনা করি লৈখনহৌগবা ? মরু মচা থেঙ্গাইবা অতুদি থৌরম পুন্না লৈখংনবা মরু মচানা মৈতৈঙ নাওফংববু লৈখংনবা অদুক শিত্তারিবিও ।। নোংদম মরু লৈরাংজাম্বগী নোংদম্বু থৌপুনা মরু মচানা শিস্তাক পাউশাবিদুনা মৈতৈঙ নাওফংববু মপুক হরাও তয়াম্না নামুং পরম্ব লৈকোক্লবা লৈচংলে ।। মরু লৌরাংজাম্বগা মরু মচা থেঙ্গাইবগা অনিনা মৈফু লিংদুনা ইরাৎ লৈহুন তম্না নোঙ্গাংদনা পুরুম থাগোল্লা লাইমিংথোই স্নামহিগা পাখংবগা খোইয়ুম ২বু ইরাৎ লৈপাই থৌনিন কংদা খোইয়ুম অনিবু খাংঙম্নক্কদুনা নোংদম কুবি রাবু রাতান্নদুনা লাইমিংথোইনা নোংদম্লে ।। ইশানৌ পাখংবা নংবু মৈতৈঙ নাওফংবগী চাদা-নাওদানবা ইরিক ইহুন তম্মুরো মাগী নামুং চংলম্বু লৈবাক খংনবা মপুক ইরু মাইত্তানবা চংলম্না নয়াম্নুং ঐনা তৌঙম্লগে ।। লাইমিংথোইগী কুবি নোংদম

থৌদাবু থৌওম থোৌপুনা মশানৌ পাখংবনা মৈতৈগী নাওফংবগী লুরাই কোইরেম্দা লৈফম লৈচংনবগী হুমলেন ইহুন পরস্ব থৌয়েংনা লৈতিন ইহুল্লকুনা মৈতৈগী নাওফংবগী লুরই কোইরেম্দা লৈফমহুনা থাজা অমা লৈচুপ লৈফম্লগা নিংশা ইহুন লৈহজনবগী তুংতিন ইরোইননা লৈকুম্লরক্লে ।। থৌরম্ব মৈতৈগী নাওফংবনা মরু অনিগী নোংদমদগী লৈখংজহুনা মদাইরেন ইবেম্মা থুমন চনু কাইরৈমগী ফিশেং নোংকোরৌ তরাগা তরুক্তি লৈচংবদা ইশেং তিলুক লৈতিন নোংদম থোইচংনা ইরু ইহুন লৈথম্না লৈশিন্নরে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৩৫৯৮ নোংদালাই কুমশিং ৪৯০ লৈচংবগী কালেন থাজা হুম্নি পানবা নোংকোরৌ লৈবাকপোকপগী মুংথিল চকরাইরকপা মতমদা ইবেম্মা কাইরৈমবু রাঙ্গোন শংদা লৈকুম্নহুনা মপারি অমবু য়াচংলবপগী মতুং চুনিদাঙ্গী অমম্বা মঙানবু ঙাম্বেংনরকপদা তাইবং ইপোক্তা শাথোক্লতুনা তানফংলে ।। মচা ইবুংঙোবু মরু অনিনা ঈপান ময়োং লৈচুম লৈপল্লবা পুরুমনবদা মম্নিংবু শমৈরাং মিংহুন্ন থৌনিহুনা তীঞ্জু লাইচু লৈকোক্লুনা য়াইফং থৌনি থৌপুবিহুনা মচা ইবুংঙো শামৈরাংবু কুমজা অহুম লৈচংলকপদা লংফাই লংমু য়ান্নবা নাহুৎ থৌনিহুনা কুমজা মরিবু লৈচংনরবপদা লৈবাক ঙাকপা লৈশংবা হাগুনা হায়েন চৎলম্ব তম্বীহুনা থৌপিনা লৈথম্নরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬০৩ নোংদালাই কুমশিং ৪৯৭ লৈশুরকপগী লমদা থাজগী ১৪ নি পানবা নোংকোরৌ ইরাই মুমিৎকী য়াচংবদা মদাইরেন ইবেম্মা অপাম্বী য়াউশোম চনু লৈয়াম্বী রাঙ্গোন শঙ্গুয়হুনা অহিং য়ুথক খানবদা মচা ইবুংঙো অমা তানফংলে। ইনুং চেক ঙানবদা উন্দ্রা শংলেনবু ভেক্লুনা লৈঙম্লে ।।

# উক্সা শঙলেন



উক্সা শঙলেন নোঃ কুমশিং ৪৯৬ খ্রঃ ৫০৩

মতুংদা অমুক নৌহৌনা শাগত্তুনা লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬০৪ নোংদালাই পাখংবগী কুমশিং ৪৯৬ লমদা থাজ ৯ নি পানবা নোংকোরো ইরাই মুমিংকী অয়ুক্কী কোত্রলুপ ১১ গী লৈমুংবা মরু অনিনা মৈশেং মৈফূ ইরাংনা পুরুম থৌনিজুনা নোংদম ইপা ইপুরেল উংলো য়াইবিরেল শিদবদা থৌখল লৈহুন ওইনা লৈকৎ লৈরাংনা মতুংদা শলাইলেন অমম্বা = অতিয়া শিদবা, ইথৈরেল লাইওইবী - লৈপুনবীদা লৈহুন তম্মা লৈশিন্নরে ।। মতুংদা লাইমিংথোই অশিবা শনামহিরেম্বা লৈশিন্নরে ।। লাইমিংথোই অশিবা = অচিবা - পোইনাওত্তা লাইশিদবনা মশানৌ কোজুন তুখোকপা পাবু খংবগী মফম্মাংদা লৈশিন্নজুনা পিরে ।। পাবু খংবনা মৈ মুংশিং ঈশিংদা শিননদুনা শঙলেন কংলামেন উক্সা কৌবজু লৈশঙহন্দুনা থম্মে হয়ম হোয়াহে ।

## পিবাবু নিংথৌ হাইনখ্রিবা, নিংথৌজা য়েক থুংনখিবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬১৮ নোংদালাই কুমশিং ৫১০ লৈচংলকপদা মৈতৈশু কংলৈ পিবা নাওফংবনা ময়ুম তরুক্কী পিবা মরিগা লৈকাই খুঙ্গং মরিগী লাকপা মরিগা ফমদৌ ফম্নাইবা হুমফু মরিগা ময়ুম য়ুমথাইবা লৈঙম্লিবগী অহনশিংগবু কৌখত্তুনা মচা ইবুংঙো অনিগা লোইননা রায়েন থৌকাও রারক শঙলেন কুচুদা তিলু লৈফম্মীন্নহুনা থৌপু চৎলম্বু নিংশিংনা পাউশারক্লে।। "ঙশি মেরা থাগী হুম্নি পানবা নোংকোরৌ শগোলশেন মুমিৎতা রায়েন থৌকাও রারক শংলেন্দা মীতিন ফম্বাল লাংখিরিবা পুম্বনা তাবি থংবিহৌরো।। নাওফংবা ঐ অশে লাইরকচন্দা লৈতিনবা য়াদবা মঙাং য়ুমগী মাইথোংদা অমুববু তৈহন্নবা থৌপুবা হৌ লম্মাহনবা কংলৈ স্না পুংমাইয়োনবু লৈশংবা পিবা মশক অমনি। পাগী পুগী চৎলম লাইরকচনবু থৌওইদবা লৈখি লৈয়েংদবা নাওফংবা ঐনিদো।। লৈবাকপু রাহন্নবা কুমথি কুমগাং হন্নবা মপা মচা শকথংনদনববু থৌওম থৌপু থৌহৌবা নামুং চৎলম থৌহৌবা মৈতৈ চৎলম্বু লৈমাংনবা থৌহৌবা ঐনি।। পানা পুনা নামুং পরম লৈয়েক লৈথম্না মৈতৈ ইপাচাগী চৎনরম ওইববু নমহত্তুনা নামুং চৎলম থৌপুবা নাওফংবগী কত্তবা চৎলম অশিবু লুতুংনা তাঙম থংঙন্নবা থৌয়েংনা লৈহাপ্পদা মত্তিক মঙম্বু চাদন্নবা নাওফংবা ঐগী চৎলম অশিবু মরু অনিনা (খমন্নুং ইঙাল্লৈশাবা পুয়া, খম্তোক লৈশেম্লোন পুয়া, নমু তাইবং মৈহৌবা পুয়া, চৎলম লুতিন লাইরকচন পুয়া, ইন্নুংলোন অথুপ্পা স্না পুয়াগী) মন্নুংদা মাংদনবা ঐগী চৎলম নামুংববু লৈয়েক লৈথম্নবিরো ইপুক ইশেং মাইতানববু মরু অনিনা কুবিও।। মরমদি ইবুধৌ নোংদালাই পাথংবনা লৈপান্নরক্লবদা মৈহৌলোন্দগী লৈবাক অশিগী চৎলম লুতিন লাইরকচনবু পোইনাওতা লাইশিদবনা তাকপীহুনা ইবুধৌ হৌ কংলৈ পিবা ময়ুম তরেৎ, মাপনবু লূচিং ফম্বান্নখিবা নোংদালাই পাবু থংবনা চীংবুরোই তম্বুরোই অনিবু কৌখত্তুনা হৌখিবা চৎনরম থৈবিকপু নৌহৌনা পাউশাহুনা লেপ্পরক্লবা মৈতৈ ইপাচাগী চৎলম্বু নাওফংবনা নামুংহল্লে।। মহুদি লুহোং লুত্তিল লৈরৌ লৈয়ানহুনা ঈতিন্নহুনা চাদা-নাওদারবদা লাইরমলেন্দা নামুংবা লৈবাকপু অরা অনং তানফংনবা মপা মচা মচীন মনাও লৈথংনরক্কবা. রারেপ লৈতিন্নরক্কবনা লৈবাক ইন্নাং হৌনা লৈপান্নববু তাম্থেংনগনি নামুংবমি তৌফদে হাইবা য়েক শলাই তৈনবা; শাইরুক তিন্নবা পোলান তিন্নবা থিবিকপু লৌনা লৈনফদে লৈমাংনৈয়ে শিন্থাকপিববু নাওফংবনা নমজানহুনা পোলান ইমাগী য়ুম্বু লৈখি লৈয়েংদনা ঐগী অপাম্বী য়াওশোম চন্নু লৈয়াম্বীবু ইয়ুম মঙাংদা লুতিন লৈরৌ লৈয়ানহুনা লৈঙম্বনা লাইরকচন্দা নামুংনবনি লৈবাক অরা লৈথম তাম্থেংনবনি হাইবগী নোংদম্বা লাইনা কুবিহুনা চাদা নাওদাহন্দনা লৈপালহল্লিদো।। থৌরম্বু রাখিদবনা লৈথংদহুনা চাদা নাওদাববু তানফংনদে হাইবগী ইপুক লুম্নাংবু অরা লৈথম তানফংনা লৈপানহুনা পুন্জি লোংহুম্বা ঙাইনা মতম

লেনববু ঐগী অন্নাববু মরু অনিনা লৈকোকনবিগে বিংঙম্বীহুনা কুবি নোংদম্না নোংদম্বগী মকমদা পুরুম থাগোম্না নাওদা পরম্ব থৌনিবদগী থুমন চম্ব মৈতৈ লৈমরেন ভরেৎ লুচিংবী কাইরৈমনা মচা নিপা শামৈরাং পোক্নুনা লৈবাক ঙাকপা লৈপুববু লৈহাপ্নুনা লৈথম্লেদে ।। অহুবু ইদাইরেন অপাম্বীশু মচা নিপা পারি থমংঙাং পোক্রে ।। ইচা অশি লাইম্নমলেনগী নামুং ঈতিনবু ভাঙম্লরে মশিবু ঐনা করি কমদৌনা লৌনমহুনা লৈথম্নমশিবনো রাখঙহুনা নাওফংবা ঐনা চৎলম কাইথি- বদগী তানফংজবা নাওদা ইচাবু লৈউৎনা লৈফোংহুনা ঐ খ্বাই পুম্বদা হাইজরি, পারি থমংঙাং ইচানদি কংলৈ লৈশংবা পিবা থৌপ্নবদী থৌম্নাদরে, মঙাং ঐগী য়েক শলাই = নিংথৌ মচা য়ুমদাবা— নিংথৌজা মিংহুম্না কোরৌ অশিদগী লৈথাইনা লৈথম্লগে ।। পারি ইচানা লৈহৌ নাওচ নরুকপা থোংলম্ব নাওকংবা মপানা রাযোং লৈফোংনা রারেপ পাউশা নঙমখিববু লুতুংনা নিংশিংনবা নাওফংবা ইমিংবু ফোংহুনা কোরৌ অসিদগী নাওফোংবা হাইনা লাইয়েক লৈথম্লবিরো নাওফংবা ঐগী নাওদা চৎলম অকাইববু মামুং চৎলম থৌপুনববু লৈবাক তানা থংনবা হাইদোক ফোংদোক- চরম্লবনি, পরম পৌরম অশিবু লূতুংদশু চৎলম্ব কাইদনা য়ুমলেন মিংলেন অসিবু থাকৌনা লৈথম্বা ওইশম্নু ।। কংলৈ পিবাবু লৈহাপ্নুনা লৈশং লৈপুববু নিংপৌ হাইন মিংহুন্দুনা লৈবাক্কী মুংঙাই য়াইফনবদা থৌঙম থৌপুনবা মপুক লুম্লাংবু লৈথম্না বায়েন থৌদাবা লৈবাক্কী ময়ুম পুম্বনশু কংলৈ পিবা নিংথৌগী য়াইফনবত্তা মপুক লুম্লাংবু লৈথম্না থৌপুবা পরম থোংলম্ব কাইনা লৈপাল্লবদি লুবাক মথুম হাপ্নুবগুম নিংথৌ পিবাশু লৈবাক্কী ময়ুম এলুপ পুম্বশু অন্না লৈথম তানথেংনবা ওইঙম্লৌ ।। নাওফোংবা ঐনা চৎলম নামুংনবদগী লৈবাক্কী ময়ুম শখাই পুম্ববু মতম মুংশাংনা বাঙম্নবা লৈবাক্তা নাওফোংবনা লংজ অয়োন ওইখরে; নাওফোংবগী লংজ ইরাল লৈবা থৈবিকপু ময়ুম শখাই পুম্বনা কুবি নোংদম্না লৈঙাক লৈকম্লবিও । কংলৈ নিংথৌ পিবানা পোকপা মচা পাগী মথৈবু হৌ লম্মহনবা কংলৈস্না পুংমাইয়োনবু লৈশংবা পিবানা মৈতৈঙ নিংথৌ থাকৌবগী থৌয়েং থৌপূনা. নিংথৌ পিবা থৌপুদবনা নিংথৌচা = নিংথৌ ওইখিবগী/ওইবিবগী মচা হাইনা পাকৌনহুনা লৈথংনশি ।। করিগুম্বদা ময়ুম য়ুমখাইনা লৈরক্লবদি মাগী মাগী থৌপু থৌরম মত্তিক মঙম্ব. থৌয়েংনা মিংহুন তমহুনা মঙাং শখাই — অক্কহং, নিংথৌজা ময়ুম শখাই য়ুমদাবা থাকৌ মিংহুম্না লৈঙম্লশি ।। অহুগা এলুপ শখাইদি হোংকদে, মুংপাৎ, লৈথেৎ লৈরাং, থিকপেং নাইনা মৈ, শিঙ ফিশেৎ লৈচুদি কাইফ—হোংফদে, চাকচাদি লাইরমলেনগী ইবেনথৌ, ইবুথৌ মরি খোইয়ুম মঙাগী চাকচাবু চাঙমহুনা খোইয়ুম মঙাবু ভাম্বেংনঙম্নবা চাকচা চৎলম্ব থৌকাওনরোইদবনি, থৌরম অশিবু মাংহন্নবা নাওফোংবা ঐনা থৌহৌনা থৌপুনখিবা ঐগী ইরাম্নি অহুমুঙ্গী লুতুংনা নিংশিংনবা থৌকাওনফম ইমিং মিংহুনবু লৈহোংজরবনি কুবি নোংদম্লবিও" ।। মৈতৈঙ নাওকংবা = নাওফোং- বগী লৈফোং পাউশা ভাবদা লৈবাক অঙম অথৌবা. অশাই অশম পুম্বনা কুবি থৌয়াবিহুনা ( থম্নুং ইঙাল লৈশাবা পুয়াগী ) মন্নংবু চন্না পুরারি মঙাগী ইমুং রাদা লৈহাপ লৈথম্নব নোংদম

মরু লোৌয়াংজাম্বনা নোংদম থোৌদানা কাইখিরোল মরু থেঙগ্রাইবনা মথংলেংনা লাইয়েক্রকচুনা লৈছাপ লৈথম্নচুনা মীতিন রায়ক থোৌকাও লৈফম্ববু থোৌরোইনরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬১৯ নোংদালাই কুমশিং ৫১১ চংবদা মৈতৈঙ. নাওফোংবা নিংথোৌ অনা লাইওংবু খংদনা স্না হকচাংবু ইঙমচুনা মচা ইবুংঙো লৈঙাকপা শামৈরাংদা পিবা ফায়েনবু লৈশিন্নরে, মতুং মুমিং থরা লৈরম্মগা পুন্সিনা ১০৫ লৈঙাকপনা কুমশিং ৯০ দা নোঙ্গা লৈহুম খোংলম তানখরে ।।

## ৯ নং হো কংলৈ পুংম্নাইয়োন লৈশংবা পিবা মৈতৈঙ্ লাইনিংথো শামৈরাং

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬১৯ নোংদালাই কুমশিং ৫১১ চংবদা মৈতৈঙু নিংথোৌ শামৈরাং কংলৈ পিবা থোৌপুরে ।। মতুং থরা লৈরগা কম্বোং নিংথোৌনা মচানুপী লাইরৈমবু হো কংলৈ লম্মাহনবদা পুখৎলজুনা মঙাং পিবাগী লুদা লৈত্তিনহনবিও লৈকংলরে ।। কম্বোং মনিংথোৌবাগী রাবু মৈতৈঙ্ নিংথোৌ শমৈরাংনা কুবি থোৌয়াচুনা হো কংলৈগী চংলম্নু থোৌলিং থোৌপুনা নোংকোরো তরেৎনি কংলৈ মৈতৈ চৌঙ্গাকপু পিজচুনা মপাম লৈহো লুগী চৌঙ্গাকপু চাহন থকহন্দনা থোৌকাওনবা লৈথায়্ন । মতুং হিয়াঙ্গ থাঙ্গা তুম্নি পাবরগী নোংকোরো লৈবাকপোকপগী মুংখিল পোণ্ডা লৈহুনবগী মতুং কোলুপ অহুমগী মমুংদা ইখেম্মা লাইরৈমনা ময়ুম মঙাং লুত্তিনবু লৈহুন লৈরাং লৈকৎ লৈচাইচুনা মৈতৈঙ্ নিংথোৌ শমৈরাংনা লুত্তিন লৈরো লৈয়াচুনা তিল্লুক ওইথম কম্বাল লৈহুক লৈরাংনরে ।

মতুংদা মনাও ইবুংঙো থমংঙাংনা হুইয়েন লাংজেং লুচিংবা হাপ্লে—শেনাপতি লৈহাণ্ডনা লৈঙাক লৈকল্লোন থোৌপুরে ।। লুরাং পিবা লুমশিন ।। অঙোম পিবা কাকপা । খুমন পিবা কচেং রাহৌবা=কচেং রায়েনবা ।। মোইরাং পিবা স্না লখ্বা ।। খ্বাই লাকপা লমহিং । খুৎলাই লাকপা শংরৈ । রাংখৈ লাকপা মোইথাপ্পা । রাইখুল্লিলাকপা লৈশং । কমদো ৬৪ না থোৌনন্না নোংদম মরু লোৌয়াংজাম্বা ।। কাইবিরোন শঙালেন মরু মচা থেঙগ্রাইবা ।। মরু অনিনা থোৌঙম থোৌপু থোৌরম্ব্ থোৌশিন্না কম্বাল মেল্লোং পুরুম ইরাং থোৌনিবু থোৌপুনা অশৈ পেনা খোংফাংলাং য়োইরেল খাখী লেংনা তিন্না মৈতৈঙ্ শমৈরাং পিবা কম্বাল তোংলে, ময়ুম শখাই পিবা মরিনা ইরু মাইতা ইশেং ইহৈখিচুনা পিবা কম্বাল মিংলেনবু লাইনিংথো শমৈরাং নিংথোৌ লৈহুন্না কম্বান মেল্লগী মরু অনিনা খুবাক লাইকা শানা থেমখোক্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬২৬ নোংদালাই কুমশিং ৫১৮ লৈচংবগী কুম্নেদা অঙোম পিবা কাকপনা মমুংদা অয়োন থোৌশিন্দুনা অহিংদা লাল হোৌরক্লে ।। মাগী থোৌশিল থোৌরাংবু লাইনিংথো শমৈরাংনা থংলজুনা তাখিরে, ময়াম্ঙী স্না পুরিংবু লৈঙাক লৈকন শংলেন লৈপুবা হুইয়েন লাংজেং শাফবা থমংঙাংনা লান্মী থরগা লোইননা শাথোজুনা কংলৈ পুংমাইয়োলগী খাথোংদা লুমচুনা ঙাইচুনা

লুম্লগা অঙোম পিবা কাকপগা হুইয়েন লাম্নেংনরে ।। থমংভাঙ্গী লাম্নীনা অঙোম পিবাগী লাম্নীবু থ .না ফারে. হাৎলে. কাকপা তাথিরে থাং–চুং পায়দুনা শগোল ভোংদুনা কংলৈগী লাম্নীবু চাইথাইগে হাইবগী থৌরাং থৌপুরে ।। হুইয়েন শাফবা থমংঙাংনা উদুনা শগোল মাংদা থকুনা থাং, চুং পায়দুনা হাইদুনা লৈরে।। কাকপানা হাই, "মনাও ইবুংঙো হুইয়েন শাফবা করিবু অতুক লুম্লাং থেনবিবনো নং ঐগীদমক্তা লালহৌ লানগরক্লগা করিবু য়াংলৌ লৈথৎপনো লৈফাংলু ইশানৌ" ।। করি কমদৌনা য়াম্বা কাকপা ঐ নিংথৌগী মনাও থমংঙাং নত্তে, লৈঙাক লৈকল্লোন লৈফম্বা লাংজেং শাফবনি নঙ্গী লৌনম রাহৈদা মপুক লাংতক্লগদবা নত্তে চেকশম্লু চেল্লে তান্দুনা ফানি মাইয়োক য়ারে য়াইবি লৌনি থংঙ কংলৈ ইরৈবাক্তি চৎলম্মু নামুংনবা নাওদা পিবা নংনা কংলৈ নপাবু মাংহন্নবা লানচৌবা হৌনবরা. নয়ুম লৈফম লৈথংদবা চৎলম্ন পিবা নংনা হৌনবরা হাইদুনা থোংফম লেংদনা থাং হাইদুনা লৈরে ।। থৌরাংবু উবদা কাকপনা শগোল কন্না থৌজিল্লক্লে. কাকপগী মতৌ উবদা মনাও ইবুংঙো থমংঙাংনা ( লাইনিংথৌ শমৈরাংগী মশানৌ কংলৈ স্না পুংমাইয়োন ইমা লৈবাক্তী মচা থৌখল মনাই তাম্নেংজবা নহাদে ) পাউশানা চোংশিল্লদুনা কাকপগী চুং-থাংবু থক্তোকদুনা শগোল মথক্তগী হামুল পাইদুনা চীংথরগা কাকপগী মঙক কক্লে ।। লাংজেং শাফবা থমংঙাং লৈঙাক লৈকল্লোন থৌপুবনা লমহেনবা কাকপা পিবাগী লাম্নী লৈহৌবা পুম্বা লোইনা ফাদুনা লিপক লিকানদুনা ময়াম্নুং শমৈরাংদা লৈকৎনরে । মৈতৈঙ ময়াম্নুং শমৈরাংনা মনাওগী লানঙং হৈশিংবা মগোনা শাকববু থাগৎ পাউশানদুনা মনাওগী রায়েন থৌদা অচান মীরাই থাইদনা রায়েল লিচুংবু লৈথি পোপুনা চৎনলম্ন থৌয়েং থৌপুনরকপবু উবদা অকা অকুম খুংশেংলু হাইনা থামেনচংপা ফৈজোম নমথাং খুল্লক নিংথৌফি শাইচোনবা কোনথাং ফুরিৎ অঙাংবগা লোইননা, খুৎশি নাশি, তান শমজিন ফিরোল শুনা পিঙল্লে ।।

মতুংদা ময়ুম অঙৌপাম্বা অঙোম য়ুম্না লাইরকচন চৎলম্নু নামুংনবা থৌপুক্করোই লুতুংদগী পাগী পুগী হৌ লম্মহনবা কংলৈ স্না পুংমাইয়োলগী পুশিঙ্গী লৈহৌ নোংদম চৎলম্ন থৌঙম থৌপুজগনি রারেপ্পদুনা অঙৌপাম্বা লাংকম লুংচিং লাম্ববু অঙোম পিবা লুচিংবা হাপ্পিরে । কুম অশিদা মোইরাং পিবা স্না লখ্বাবু শিন্দুনা ময়ুম মোইরাং শোংলেন লাম্ববু পিবা হাপ্পিদুনা হৌ কেগে লম্মহনবনা কোনবা লম্ন রায়েন থৌদা থৌপুবা শিন্নরে ।। খুমন পিবা কচেং রায়েংবা= কচেং রাহৈবা ।। লুরাং পিবা লুমশিন ।। ময়ুম শথাই তরুক্তী লুচিংবা পিবা মরিনা মাগী মাগী লম লৈখাইবা লৈফম্বু লাইরকচনবু কাইদনা থৌপুনদুনা মৈতৈঙ লাইনিংথৌ লুচিং পিবা শমৈরাং লৈবাক মরা তপ্পা লৈপাল্লক্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬৪৪ নোংদালাই কুমশিং ৫৩৬ কী লমদা নীন্দুং ভরুক্কী কোনবা থাজ কুনমাথোইনি পানবা মোংকোরো ইয়াই মুমিংকী অয়ুক অঙনবদা মৈতৈ লৈময়োন ভয়েংকী লুচিং ফম্বালবী কম্বোং চম্নু লাইরৈমা বাঙ্গোন শঙ্গ্মথুনা মচা ইবুংঙো অমা তানফংজথুনা নোংকোরো ভরুক্নি লৈচংবগী ঈপান থৌনিবদা মিংলেনবু উরা কোম্বোবা লৈহুন থৌনিরে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬৪৮ নোংদালাই কুমশিং ৫৪০ লৈচংবদা মচা ইবুংঙো অতোনবা অমবু তানফংথুনা মমিংবু পুংঙাইবা মিংহুম্না তানফংলে ।।

## ফুনাল তেল্লাহৈববু খুমন পিবানা হৌনম্ম চাক্লোবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬৫৮ নোংদালাই কুমশিং ৫৫০ গী কালেন থাগী নিন্দুং মঙানি কোনবা থাজা ২০ নি পানবা নোংকোরো থাংজা মুমিত্তা খুমন পিবা কাচেং রায়েংবা=কাচেং রাহৌবনা চাকৌথুনা হৌ হাওকপ চৌংশাং মনিংথৌ চোদে থাংবাই ফুনাল তেলহৈববু মঙাইরোই শাম্নথুনা খুমন মরাম য়াইদা চাক চাম্মিন্নে ।। চোদে থাংবাই ফুনাল তেলহৈবা চাক্তোকুনা ঙাইহাক শাংদোকুনা পোথাবদগী তুঙ্গ্নে তাঙ্গা য়াহিপ শাংদমথরে । তুঙ্গ্নে য়াহিপথিবগী নিংশা ইরাইথোনবু খুমন পিবা কচেং রাহৌবনা তাওম্নগা খুমন মঙাইরোই লুচিংবা খুমন রাহোংওগা, খুমন লাংকনবগা, খুমন নারেঙ্জাম্বগা, খুমন ক্ষিংয়েংবগা, খুমন নাল্লুম থেম্বগা, খুমন লোংজাম্বগা হৌনথুনা তুঙ্গ্নলি-কৈডদা মথোই ভরুক্না কুনাল তেলহৈববু নমথুনা ফারগা খুমন পিবা কচেং রায়েংবনা চংলকুনা চোদে থাংবাই ফুনাল্লবু মমিং অনিবু তুনা হন্দোক্লে অহুগা হন্দোকুনা মফম লাংদা ফম্লগা হাই । হাই চোদে অপাংবা নরৌশিংদি য়াওদনা নচীন নথাদা পংলোন লোনবদো থংলবরা ? নং হৌজিক করি তৌবা ঙমখিগনি নমিংশু য়াওদ্রে নংগী লিরুং তেনগী মঙম্না নঙ্গী থরাই কনবা ঙমখিগদরা হাইজ ফমদা হাইজথুনা চংজফমদা চংভরবদি নঙ্গী থরাইবু লৈকনবিগে ।। মরুপ খুমন পিবা কচেং রায়েংবা নত্তিক নঙমদি লৈতরগা অমুকশু রাহৌবরা, শিবা হাইবা অহুদি তেংবানবা অশি মাগী মাগী নোংমদি শোইদবনি ঐ তৌজিক শিবা য়াই পুন্সি মুংশাংনা পানথো নোংদম্বনা নোংদম্নম্নবদি থংবা ঙমদে ।। ইমিং অনিবু হন্দোকখরগা খুমন্না ফুনাল ঐঙোন্দা কদৌবা ঙমগদৌরিবা, হাই খুমন কচেং রাহৌবা নংনা ঐগী ইমিং অনি অহুবু নঙ্গী কান্নগদবা থৌরম্বু লৈরবদি কোত্তুনা লৌজো নং ঐদি মঙাইরোই শাম্নথ্রবনি ঐবু থোইনা শাওদে ।। খুমন নঙ্গী নঙাইরোইশু ওইরবা চোদে ফুনাল ঐনা পায়বা ইথুংশু লিরুং তেনবু নপুক নম্নিন থোইবগী রাহে পাউশাবা শিংথানত্রবদি খনবা তৌবিগে খুমন পিবা কচেং রাহৌবা চেনবদি চেনখিদুকো লাইনা লিরুংবু লৌখত্নুনা তেঙ্গৈবু অমা শত্তুনা তেজিন্দা লাইশোন্নে ।। মপা চোদে থাংবাই পাখংববু নিংশিংথুনা লাইমিংবু ( ওম কুংসে, কুং থাংবাই, কুং পাখংবা কুং চোদে কুং ) হাইবা লাইয়েকপু নিংশিংলৈহাপ্নথুনা

লিরি ভোঙ্গা খোংহুনা নারি নাখোং ফংনা চীংলম্লগা তেঙৈব্ নোংথোলোমদা কাপথোক্লক্নে ।। থোরম্ব উবদা কচেং রাহৌবনা মোক্তুনা লক্লৈএ, হাই ফুনাল মিত্তাংবা ঐদি নমাংদা লৈরগা তেন্দি নোংথোলোমদা কাপখরে কমদৌদৌরিবা ? কচেং রায়েংবা নংবু ঐনা মঙাইরোই শান্নখ্রবনি হাইহুনা ইওমত্তা থংহনগে ভৌবনি অহুব্ নংনা রাহৌ তোইরবনিনা য়েংঙম্লরোইদো চৎলম নাম্নং-নিংদবগী ভৌবনি হকথেংমনা পাউশারগা ময়াথংবু ভেঙৈদা শোন্দুনা নোংথকলোমদগী মালেম তম্না হাইথরক্তুনা কচেং রাহৌবা তম্লক্নে ।। মদাইরেন রাঙম্লোন থাজা মঙাবু নাওপুরিবী য়েরুম-চেংবীনা মশাবি কচেং রাহৌববু কনগে রাথন্দুনা চেনশিল্লক্নে ।। ফুনাল তেলহৈবশু থংহৌত্রে তাথি নাওইথিবনা তেন অহুনঃ অপনবা লৈতনা পাইশিল্লক্তুনা রাঙম্লোন য়েরুমচেংবীদা পান্দুনা লোংনা তুরে । মদাইরেনবু তুবা উবদা হিঃ করিনো হাইহুনা চেনশিল্লক্তুনা হৌগংচগে তৌবদা য়েরুম চেংবীদগী থকতোক্লক্তুনা তেঙৈ অহুনা কচেং রাহৌবগী থকচীন্দা পান্দুনা কচেং রাহৌবা শিরে ।। তেন অহুনা অমুক পাইথোরক্তুনা খুমন লৌনম্বা মখোই তরুকপু লৈথি লৈয়েংহুনা থি-থিহুনা হাংলে, থোরম্ব উবদা খুমন য়ুমদাবা পুম্বা কাইহুনা চেল্লে ।। হৌ লাংলোই অকোইবদা লৈবা খুমন য়েলুপকী অতোন লাইফৈঙম্বনা লুচিংনা খুমন মথৈ কংলৈপুং মাইয়োন্দা চেনখৎলক্তুনা লৈকনবীয় হাউনা রাকৎ রাহৌম্লরে ।। মৈতৈঙু শামৈরাংনা লাঙ্গোই খোংনেৎ শাদোংনা চেম্বরক্তুনা লোথাম রাবু পাউশাইয়ে ।। ময়ুম ফুনাল চোদে হাওকপ চীংশাং মনিংথৌ থোরম অশিবু করি থোঙম্লো ? লাইরকচনবু নামুংনবা ময়ুম খুমন য়েলুপপু লৈমুৎহল্লশি হাইবরা লৈথংদবনা থংত্রবস্থ অথংবা নংনা শীস্তাক শীন্দম্বীগদবনি লৈখংবা নতিক নঙম লৈহকপা নংনা অশুম থোপুম্নবদি লৈপানবা করম্না ঙম্লগবা ময়ুম খুমনবু লৈমুৎহল্লগম্ব নতিক নঙম ভাবদা কংলৈপুংদা লৈফম্নবা য়াদহুনা শামৈরাং ঐবু নফম্লাংদা লাক্লিবনে নথুৎশুবু লোথাম্লো ।। লিরুং তেন অশিবু মাংকদরি লুতুঙ্গী মঙম থোপুনবা লৈথাক লৈথম্নখিশি ননিং থুংদবা খিবিকপু শামৈরাং ঐনা লনশিং লনথুম্লক্কনি নপুক লুম্নাং হেনবা নংবূ লুতুঙ্গী পরম্ব থোয়েং রাখনখো ।। মৈতৈঙু শামৈরাংগী লোথাম রাবু ভাবদা চোদে ফুনাল কপ্পাওরম্ববু থাদোক্তুনা লিরুং তেনবু হপ্পিল্লে ।। মৈতৈঙুনা খুমন পুম্বগী অরাববু লৈকোকহন্দুনা ময়ুম খুমন পিবা লুচিংববু (খুমন অতোন লাইফৈঙম্ববু) লৈহাম্নিহুনা খুমন য়েলুপ্পু লৈমুৎভনবা শিনবিরম্লে ।। মৈতৈঙু শামৈরাংনা চোদে ফুনাল তেলহৈববু মথুৎ খুজেং পালোই লাক্লা পুহুনা হাওকপ মরাম য়াইবু য়ৌনা থিন্দুনা লৈথম্বীরম্নগা হৌ কংলৈ স্না সংগাই লেন্দা লৈহল্লক্তুনা লৈঙম্লে ।।

হৌ থাংরাই লম্মহনবনা কোনবা লৈফমদা লৈবা ময়ুম য়েলুপ লুরাংগী নালবনা লৌবা লংমাই চম্ব লৈমনা পোকপা ফুনাম্বনা হাওকপ চীংশাং মনিংথৌ চোদে ফুনাল তেলহৈববু মম্নিৎ

তাংহুনা লৈরে হাইবা রাবু তাহুনা ময়ুম লুরাং য়ুম্বু থাদোক্তুনা হাওকপ চীংলেন চোদে ফুনান্দা লাক্তুনা ফুনাল তেলহৈবগী থোগন তৌহুনা লৈঙম্লরে ।। মতম খরগী মতুংদা মপুক রাখল মুংঙাই-ভবনা অনা চৈহক্লহুন: খরাই থক্তা ওম্থোইনা হৈ—নাহে লৈখাংলক্লে । নাহে পাউশাদা হাই-ঙম্মি, "লাকচৈদা খুমন লাইনিংথৌ মৈতৈঙু শামৈরাং পিবানা মম্নাথং লোথাম্লমদ্রবদি নম্নুম খুমন ইরু নাওদাহল্লরোই চংলম নামুং থোপুবা তাঙম্লবগু তাঙম্না মত্তিক চান। লনশিংলমগে থোপুব-নিদে। অহুবু ময়ুম তরেৎকী পিবাবু লুচিং রায়েন নোংদম্বা কংলৈ পিবাগী মম্নাথংনা লৈহকথিবনা ইরু নাওদা লৈখাকলম্লেদে, কদাই. ইপিচা ঙাই শান্নহুনা চাক্কৌরগা ইম্নিং হন্দোক্তুনা লংনবা ফ়ুনালবু অচ্চ—চা ইপোক লারৈ খুদিংদ: নংগী লৌনম চাক্কৌবগী লমনবু শিংনবা লারৈ লাথুপ লৈথানা ইপোক ইরু হুন্না তাইবং পান্দা শাথোক্লহুনা খুমন পিবাগী মত্তিক মঙম্বু নমথনবা থোঙম থোপুবা ওইনা শাথোক লারৈনগেদো খংগনি" পাউশা নাহেনহুনা অনা মৈচাক লৈথাংলে ।। কৌরক্লে পারি লুরাং ফ়ুনাম্বা নপা শক্না নংন: ঐবু থোথনবা নংগীদমকপু ঐনা করিবু পীনা পারি নংগী লমনবু সিংসিবনো লৈথংদরে নংগী থোথন লৈচংবনা মহেল্লনি ননিং থূংদে নপুক লৈখম্লগম্লু ।। হাওকপ চীংশাং অশিদা ফ়ুনাল ঐগী লৈফম্বু লেপ্পুনা নপা ঐগী ইমিংবু থাকৌন: লিরুং তেন অশিনা নথুংশু ওইনা শুঙম্না লৈপান্নবা কোরৌ অসিদগী থোপু লৈফম্লে। হাইনা লৈশিন্নহুনা লুরাং ফ়ুনাম্বা মমিংবু লৈহোং লৈহাপ্নহুনা লুরাং ফ়ুনাল তেলহৈব: থাকৌনা হাওকপ চীংশাংবু লৈঙাক রায়েন থোপুরে ।। থাজ খরা লৈরম্মগা চোদে ফ়ুনাল নোংগা খোংলম্বু লৈয়েংনা লৈহনথরে= শিখরে ।। হয়ম ।।

মৈতৈঙু লাইনিংথৌ শামৈরাংন: রায়েন থোপু খুদিংমক্তা খোইয়ুম লাইরুপকি থোকা লৈফম খুদিংমক্তা নোংদম্মি "খোইয়ুমশা তাইবং লাইবা ইপোকশে পুন্সি মঙম তেনবা ইপোক্লিদো খোইয়ুম নখোইদি পুন্সি মঙম লৈশাংবা ননিং তৌনা লৈপানবা ঙম্বা ঙাক্তনিদো খোইয়ুম নখোই পুন্সনা ননিং নথা তৌবগুম তাইবংবুশু লৈতম্ল। লৈপান্নবা তৌবিয়্ চংলম নামুংনবা তাইবংবু খোইয়ুম নখোই থিবিক্লী নত্তিক নঙানবু লৈহাপ্নবা থোপুনৌ, মঙম লৈচাওনবা খোইয়ুম নখোইনা তাইবং মতু শোনববু কোনজন মিংয়েংবু লৈথমদা নমথেক নমজানবা চংলম্বু থোপুনঙম্লরবদি লাইবু তাইবংনা ঙমশম্লু. লাইরুপ্পা মুমিং খুদিংগী থোকা থোপুনহুনা হাইবগ: তিলু লৈফম্লা রায়েন থোদাবু থোঙমদববু তাম্লেংনহুনা তাইবং লক্তগী লৈখাইহুনা লোক-তেই চীং-মান, নারক শীংলক পাথি কোমখিদা নারোত্তনা লৈঙম্ববু তাম্লেংনবা ওইঙমনৌদো খোইয়ুমশা. তাইবংনা হাইজ থোদা পুন্সবু খোইয়ুম নখোই পুন্সন. থোঙম থোপুবিগদবনি" নোংদয়্। খোইয়ুম লাইগা তাইবংগা শংলেন অনহদা লৈতিন লৈফম্নীন্নহুন: থোকা থোপুহল্লে ।। মৈতৈঙু কংলৈ পিবা লাইনিংথৌ শামৈরাং

লৈবাক মরা তপ্না চাকহোং ভাহোংনা লাইগা তাইবঙ্গবু মপুক থায়েন লৈতিংহন্না লৈপান্নহন্দুন। মচাশিংবু রায়েন লিচুম শিন্থাক মোংদম্না লৈপান্নবদা মনাও ইবুংঙো লাংজেং শাফবা থমংভাঙ্গী মচা ইবুংঙোশিংনা ( মঙাং য়ুমথাইবা মিংথৌ মচা ) হাইনা য়ুমদাবা হৌরক্লে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৫৬৬৯ নোংদাল্লাই কুমশিং ৫৬১ লৈচংগী কাংলেন থাজ। মঙানি পানবা নিংথৌকাবগী অয়ুক্তা নোঙ। খোংলম্বু ভাম্বেংনথরে পুন্সিনা চহি ৭০ ফম্বাল চহি ৪৯ থাজনবনা চহি ৫০ নি ।।

---

## মঙাং য়েল্লুপ নিংথৌমচা য়ুমদাবা হৌবা

য়েনখোম, কৈখেল্লাকপম, খোইরোম, নম্বাকপম, বাইরোম, রাংখেলাকপম খোংকবম, মাইরেননম, কোলেম

মৈতৈঙ্ হো কংলে পুংমাইরোন লম্বহনবগী পিবা নাওফংবা = নাওফোংবগী মদাইরেন অপাম্বা য়াওরোইবম চম্ন লৈরাম্বীনা পোকপা মচা ইবুংঙো লাংজেং শাফবা থমংঙাংনা য়াওরোইবম চম্নু চীংখুবীবু পান্নহনা মচা ইবুংঙো চীংমৈগু কোইরেম্বগা, শরিকপা লৈখম্বগা অনিবু পোক্লে ।। পেলোল শান্তিবু য়ুমফিনবা মাওদা ইতিনবা চাদা লাইরকচন্দ্র লৈতিনদবা অমনি মুংনবা চংলম্নি লৈবাক রাবা লুপিম্নি তৌফদে ।।

য়েনখোম য়ুম : মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ শামৈরাং পিবাগী স্নাহাক্তক মশানৌ লাংজেং শাফবা থমংঙাংনা পোকপা ইবুংঙো চীংমৈগু কোইরেম্বনা চীঙ্গাংবম চম্নু খোংনাংবু লুপ্তিন লৈরৌ লৈয়ানা পান্নহনা খোংলাম্বগা, নোংয়িনবগা অনি পোক্লে ।

খোংলাম্বনা য়েংখোম নিংথৌজা য়ুমদাবা হৌরে ।। য়েনখোম শিন্নাইবা য়ুম হাইনা ( হাইবদি লৈবাক্কী কান্নগদবা পোৎপু শেম শাবা ওইরে )।। খোংলাম্বনা য়েনখোম খোরিকপা পোক্লে ।। খোরিকপগী নাওদা ঈনা নম্বুন মপান তাবা কৃত্তিধ্বজ, য়েনখোম অহন বিরশিং ।। বিরশিংদগী থাইখিবা য়েনখোম তাম্রশিঙ্গী য়ুম ।। য়েনখোম নন্দগী য়ুম ।। ককন্না তাবা বলশিং ।। কোনশাবা য়েনখোম গৌর লাক্লে ( মীয়ামগী লমদা লৈখি )। য়াইরাপোক তাবা য়েনখোম বলারাম । হঙ্গন তাবা য়েনখোম কংকাম লাক্লে মীয়ান লৈবাক্তা লৈখি ।। অঙোম য়ুমদা লৈবা য়েনখোম মুক্তিং লাক্লে ।। ককচীং তাবা হেরাশিং ।।

## খোমদ্রাম য়ুমদা লৈবা য়েনখোম

লৈখাংথেম তাবা গুনশিং ।। থাঙ্গংশাবা য়েনখোম লমকেল মপান তাবা শামু ।। পোৎশংবমদা তাবদগী ওাংমৈবন্দ তাবা য়েনখোল শাজৌগী য়ুম ।। য়েনখোম উমং শংবা শোবোন

থিংঙেন তাবা শামুগী য়ুম ।। তেংখন্দা লৈবা য়েনখোম খোয়ি লাক্লে, কবোদা চৎথি ।। খোইরিয়োমদগী থাইবা য়েনখোম চাখাবা শংবা খোয়াথোং তাবা অর্ধভূতশিঙ্গী য়ুমনি ।। লগোলবন্দ তাবা য়েনখোম পদ্মশিঙ্গী য়ুম । মোইদাংপোক তাবা হিদাক শুংবা য়েনখোম লোকনাথগী য়ুম্নি ।।

মনাও ইবুংঙো নেংইনবনা কৈথেল্লাকপী পান্নহুনা মচা ইবুংঙো কৈথেল্লুপ্লাকপা পোক্লে ।। কৈথেল্লুপ্লাকপম য়ুমদাহুনা মাগী ঈনা কৈথেল লুপ্লাকপম শ্রীরাম কৌবনি ।। মাগী ঈনা নম্বুল তাবা চীংপাম য়ুমখাই য়ুমদাথিবা কোইজিং তাবা কেশোরশিংগী য়ুম্নি ।।

মনাও ইবুংঙে, লাংজেং শাফবা থমঙাংনা পোকপা ইবুংঙো অতোনবা শরিক লৈথাম্বনা খোইরু লাংমৈ থানবী পান্নহুনা মচা ইবুংঙো খোইলোকপা=খোইরোম্বা পোক্নুনা খোইরোম য়ুমদাহুনা লৈরে ।। খোইরোকপগী নাওদা ঈনা কাংতোংবী=কাংজবী তাবা খোইরোম ভোলশিং ।। য়াইরিপোক তাবা খোইরোম চাওবহল । য়ুম্নেন্দা তিনবা খোইরোম অকোং লাক্লে ।। মীয়ান্দা চৎথি ।। পোৎশংবম তাবা খোইরোম থৌবশু লাক্লে ।। চান্দো লাক্লে, নোংপোক হারম কবোদা চৎথি । শুগন্নুদ লৈবা খোইরোম কিয়াম্বা লাক্লে, নোংচুপ হারম তখেন্দা চৎথি ।। মাগী ঈনা লম্বান্দা তাবা মাইব খনবা কুকিলাগী য়ুম্নি ।। মিয়ান কৈনো—কৈনো তাবা নহাকপম লোখোন লাক্লে ।।

রাইরোম : নাওরেমদ পকপ তেবলুংবগী ঈদি রাইরোম হিনাওহনবা লল্লাম্বা লাক্লে, রাইরোম য়ুমহোংনা য়ুমদানগ্রে । রাইরোম হরিচোরোন লাক্লে নোংচুপ মীয়ানলমদা চৎথি ।। রাইরোম হিদাকফানবদা লৈবা অকোইশু লাক্লে নোংপোক হারমদা চৎথি ।।

রাংখৈলাকপম মৈহৌয়ুমদবা : মৈতৈঙ, লাইনিংথৌ শামৈরাং কংলৈ পিবাগী মদাইরেন লৈমরেন সিনাই ফমথোল তরেৎ লৈপু লৈফম্বী কম্বোং লৈমা লাইরৈমনা পোকপা মচা ইবুংঙো কোন্দে শাথোকপা পুংঙাইবনা রাংনেম ওম্বীবু লুভিন লৈরে লৈয়াহুনা মচা ইবুংঙো রাংখৈনাম্বা পোকএ ।। রাংখৈনাম্বনা রাংখৈনাম্বম মিংহুন্না য়ুমদারে ।। মাগী ঈনা রাংখৈলম্বা চাইবা পোকএ ।। মাগী ঈন য়ুমঙাকপা নেত্রনি ।। রাংখৈলাম্বা চাইবদি লাইওইহুনা লৈথরে ।।

থোংকাবম, মাইরেনপম, ফেলেম : রাংখৈলাম্ব য়ুমদাবা লৈভিন্নবদা রাংখৈলাম্বা নেত্রা লাক্লে ।। মানি থোংকাবম হাইনা য়ুমদারমহুনা মাগী ঈনা থোংকাবম মুহোন ।। শংলেন্দা লৈবা বশি ।। শংলেন শংব গৌরে লাক্লে । মোইরাংদা থোংগুমথিহুনা লৈঙমহুনা মাগী ঈনা মচা মোইরেং চাম্বনে । মোইরেংচাম্বনা মাইরেনবম মিংহুন্না মোইরাংদা য়ুমদারে ।। মাগী ঈন মাইরেনবম থোংনেম ।। থোংনেমগী ঈনা মোইরাংদা লৈবা মাইরেনবম উরিবগী য়ুম্নি ।।

মাইরেনবম কুঞ্চান্দে। ।। শংলেন্দা লৈবা বশিশু মোইরাংদা খোঙ্মখিহুন: য়ুমলিংলে ।। মাগী ঈ নাওদাদগী মচা ফৈরাবা পোকুনা ফৈরাবনা ফেলেম য়ুম মিংহুন্না মোইরাংদা লৈরে।। মাগী ঈনা ফেলেম লোবঙ্গী য়ুমনি ।। ফেলেম খোইবা ভাংলৌ লাকপগী য়ুম্নি ।।

---

## ১০ নং মৈতেঙু লাইনিংথৌ কংলৈ পিবা উরা কোম্ভৌবা

মৈতেঙু কংলৈ পিবা উরা কোম্ভৌবা অসিদো মপা ইবুংঙো লাইনিংথৌ শামৈরাংন লৈপাল্লিঙৈ লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬৬৮ নোংদালাই কুমশিং ৫৬০ লৈচংবদগী খোহৌনা হৌ লম্মহনব: কংলৈম্না পুংমাইয়োনবু ময়ুম পিবা তরেংকি লুচিং খৌপুবগী চৎনলম থোদা নোংদম লৈবাক মাইদা খৌরম্ব শিন্নাক নো দম্না খৌপুহন্দুনা হৌ কংলৈ শংবা পিবাগী মখৌ মশুম্বু লৈশিন্নহুনা খৌপুনম্না মচাগী লুম্নাং মশুম্বু খোয়েং চাংয়েংনা মনুং মতম চাদনা লৈশিন্নহুনা লৈখম্বা হৌরে ।। মতুং ওল্লকপা কুমজা লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬৬৯ নোংদালাই কুমশিং ৫৬১ লৈচংলকপগী কালেন থাজ। •নি পানবা নোংকোয়ো নিংথৌকংবগী অয়ুক অঙনবদা লাইনিংথৌ শামৈরাংবু লৈহন খোঙ্গা ভাম্বেংহুন বুমজা অসিদগী নৌহৌননা পিবা কম্লেনবু লৈশংবা থোহৌনরে ।। মতম অসিদা • থাংজিং লাইগা খোইয়ুম লোইয়ারাকপগা ) তান্নহুমা তাইবং নহাবা য়াখংলোই ফাঙন্নকলবগী মশক্তম্বু ওটনা শাংথোকুনা নোংদম মরু লৌরাংজাম্বা, কাইবিরোল মরু থেঙ্গাইবা অনিনা শংলেন্দা লৈকল্লিঙৈদা লৈচংলকুনা পুরুম লৈপাইররে ।। নোংদম মরুনা রাকংভি, পারি অনি করিমুঙ্গী লাকপা লৈকম কদাইদবু শাৎপনো পম্ভৌ কনানবু ইহুল্লকপা মিংলেম্না করি করিবু থাকৌবা? নোংচুপ লোইয়ারাকপা খোংফেন খৌবনা রাথুন্নে, মরু ইপা ইমা অনিবু লৈখংনহৌনদরে কৈরোই লৈকাইনা কোইজাই নাওয়োক নাওকোনবিহুনা কোংয়াং য়াংদোং কাজবনি য়ুমথোং খুদিংদা চাক্লি কিশেৎনহুনা ঐগী ইমিংবু লোংমুজাম্বা থাকৌবী কৈখোই লৈকাইনা ।। ইশানৌ কোন্দে অসিবু খোংভাইবা চাইনা থাকৌবী লৈফম চাফম খংদনা কোইজাইনহুন লৈববু মুংশাংমল্লক্রবনা ঐ খ্বায়গী মমাংদা তা জা লৈপুনা ভম্নকহুনা চংজকমদা লৈচংনা হাইজফমদা হাইজহুনা নিজফমদা নিজহুনা মরুগী থৌখনবু ভানফংজগে লৈকা লৈচংজরকপনি মরু অনিমক্না কুবি নোংদম পীনৌও নিজরি ।। উম পাউশা অশিদে কনানা করি কমদৌনরক্রিবা নোংদম মরুনা রাখল্লি অনি অশিদি থাংজিংগা নোংচুপ লোইয়ারাকপগ: অনিনিনা তাইবংলক্তা লৈঙম্বশি তাইবং লাইপোক্কগী পুন্নি মুংশাং লৈহেলমল্ল হকমল্লে লৈহন্নবা খোপুরে: হাইরবনিনা, থৌশিন্নবা লাক্কবগী লৈবনি লাকপু লাক্কবদি ইফম্নাংদা লৈহন্নব। থৌশিন্দুনা ভৌরগে খল্লহুনা হাইয়ে।। মরু মচা থেঙ্গাইবা নং ঐবু য়ুমশু য়ুম্নীংদবনিনা

চাদ-নাওদবু তানফংদে, চাদ-নাওদদবা হাইবা অশিগু লাইরমলেন্দা নামুংনৈ পারি শক্লা নাও-কোন্দুনা নচা ইচা লৈশক্লা শিস্তাক নোংদম্না শংলেন অনিদা লৈথম্নশি য়াথংলোই থোংঙাইবা পারি অসিদো নচাবু লৈশক্লা লৈথম্লো, য়াথংলোই লোংমুজাম্বা পারি অশিনা ঐনা তানফংনহুনা শিস্তাক নাওকোম্নগে অহুবু কমদৌবগে মরুমচা ? নোংদম মরু নয়াপং কুবি নোংদম্বু কোইরেল থক্তা লৈহাপ্না থৌঙম্নবা থৌপুজনি । পারি থোংঙাইবা নপা ঐনা পারি ইচাবু লৈখিদে নপুক লৈচংদবা তৌগম্বু পম্মৌ নপানা মরুগী কুবি নোংদম ময়াথংবু লৈঙাইবনি নপা ঐগী নাক্তা লৈচংলকউ চাদ-নাওদবা থৌরম্বু নপা ঐবু তাম্মেং তানফংনম্নগে হাইদুনা থুজেং পালোই লাক্নুনা পুশিন্দুনা কাই-বিরান শংলেন্দা লৈমিন্নরে ॥

মতম অশিদা মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ উরাকেনেথৌবা কংলৈ পিবা লুচিংবগী, হৌ কংলৈ লম্মহনবা লৈবাকী কংলৈস্না পুংমাইয়োনবু লৈশংবগী থৌপুবা থাজংবা বুমজাগা কুমজা অনি শুরে ॥ মতম অশিগী স্না থৌখল থৌপুবা লাইরুপ শংলেন্দা মাইগৈ ঙাকপা লাইবুংথৌ লাই ৮ না লুচিংদুনা লাইবুংথৌ ৬ না মাগী লারোই শিংলোইগা লোইনদুন মাগী মাগী লালুপ থোঙ্গা থাজবু লৈথাই লৈয়ে দুনা স্না থৌখন লৈকা থৌপুনঙৈ ॥ কুচু শংলেন, চংলম থৌবাও রায়েনশংদা হৌ রাইরং লম্মহনবনা কোনবা খুঙ্গং লৈফম্বু রায়েন থৌদা থৌপুবা ময়ুম অঙোম য়েলুপ শথাইগী অঙৌপাম্বা থাংবাই খুনচানবা ॥ হৌ থাংবাই লম্মহনবনা কোম্নিবা খুদিঙ্গী রায়েন থৌদা থৌপুবা. ময়ুম য়েলুপ শথাই লুরাং পিবা পানা ॥ হৌ লাংলোই লম্মহনবনা কোনবা খুদিঙ্গী রায়েন নোংদম থৌপুবা ময়ুম শথাই খুমন পিবা পুন্সি য়ুমোইবা ॥ হৌ কেগে লম্মহনবনা কোনবা খুদিঙ্গী রায়েন থৌদা থৌপুবা ময়ুম য়েলুপ শথাই মুবাং পিবা থোকথৈ লানথবা । হৌ হাওকপ চীংশাং মনিং থৌ লুরাং ফুনাল তেলশুবা ॥ খ্বাইলাকপা য়াঙ্ ॥ খুংলাই লাকপা শনফৈ ॥ রাংথৈ লাকপা হৈরোং ॥ য়াইখুলি লাকপা য়াইঙৌ ॥ লাইরোইলকপা ৪, অহল্লুপ লাকপা ৪, পাথম লাকপা ৪, য়াথং-লোই লাকপা ৪ । হৌ শেলোই লংমাই থুম্লাকপা থংলেনকোই ॥ শিল্লম থৌপুবা কমদৌ ৬৪, থৌরৈম্না ৮৬ কা থোকারে ॥ নোংদম শংলেন লাইয়ুমদা নোংদম মরু লৌরাংজাম্বা, মচা-শক্লা নাওকোম্নবা লোংমুজাম্বা ॥ কাইবিরোন শংলেন লাইয়ুমদা মরু মচা থেংগ্রাইবা নাওদা লৈশকপা থোংঙাইবা ॥ লৈঙাক লৈকল্লোন শংলেন—পুরুম থৌনি ইরাৎ থৌপু পাউচৎ পাউজেন লাইয়ুম লৈপু লৈফম্বা কবুই খুংবা, শলাং য়াইথোম্বা, মরিং লাইঙম লুচিংবা লাংজেং শাকবা নামোইজাম্বা মরিবা, মথাদা হঙ্গা, হিদং, শংলাকপা লৈহাপ লৈথম্না থৌঙম লৈফয়ে ।

## কোন্দোং লাইরেম্বী, তুম্মু তমপাক খোল্লম্না

মতম অশিদা লাইরেম্বী কশাথৌরী কোবী নোংপোক থা লৈজং লৈপু ফম্বানবীগী থৌখা লৈশংবা কদোং কোবা হাওখুনবু মৈতৈ পনশা তম্পাক হাইবা লৈফম খুদিংমা খুজাবা য়াদরে

ক্যাং কৌবা কবো মীরূপ অমা লাকুনা পনশা তমপাক্তা থৌখন খুল্লিং খুন্দাবা কদোং ঐখোইগী হাওখুনবু তাক মুংনবা চৈথাই থুগাই মীহাৎ মীপুন তৌদুনা লৈফম্বু লৈমুনখিদুনা খুন্দা লৈতানবা শেমদুনা কশা খৌরী লাইরেম্বীগী থুবম কাওবা লৈমুম্না লৈঙম্নখরে লৈফম্বু লৈঙাক লৈকম্নবা তৌবিও রাহোম রাকৎনা লৈহল্লরে । রাহোম পাউশাবু তাবদা মৈতৈশু লাইনিংথৌ উম্না কোম্মৌবা পিবা মপুক লুম্নাং খোইশাওনখরে ॥ অচ্চা ঐনা পিবা থৌলিংবা কুমজাদা য়েক্না খোংদা থৌহৌবা ক্যাং কবো নঙম চাওইদা ঐ হৌজিকমক হাইরগা ঐগী লাঙ্গোই সানশা খাকৌয়ে ॥ নামোই য়াম্বা মরিক লাংজেং শাকবনা লাঙ্গোই য়াইশা খোংনেৎ শাগী নাকথং অনিদা অরাম্বাই তেংগবু নাকথং অনিবু থম্না লৈখেংলে. নাকথং টাগা নমলোন টাগা লোইননা লৈকৎলে ॥ লাইনিংথৌ লাঙ্গোই থক্তা চোংখংখরে কনাবু রাকৌ লৈহৌবা তৌদনা লাঙ্গোই খুজি থাদুনা হন্না মক্তা য়েংদনা স্না শংলেন কুচুদগী থা মৈয়ম পাংনা য়াঙ্গোই য়াংনা থৌথখরে ॥ লাইনিংথৌগী লুম্নাং খোইশাওনা খোংলেংখিবা উবদা লাংজেং শাফবা নামোই মরিবনা লুচিংদুনা কবুই খুংবা, শলাং য়াইখোম্বা. মরিং লাইঙম মরিবু লানশা অমম তোংদুনা লাইনিংথৌ স্না থৌখন য়ংনা খোংদোই হুম্না তাম্বরক্লে ॥ লৈঙাক লৈকনবা মরিনা চথখিবা উবদা লুচিংবা য়েগুপ পিবা মবিশু লাঙ্গোই তোংদুনা স্না থৌখন তাম্বরক্লে । মৈতৈশু লাইনিংথৌ উরা কোনথৌবা নোংকোয়ৌ নিনি চাকচয়াংদা কশা লৈমগী তম্পাক তানফংনদুনা স্না পুক্লিং হরাওরে ॥ কশা খৌরী লাইরেম্বীবু পুরুম থাগোম্না বাকৎ রাহেম্নে লৈঙম্নম্বা কনাবু রাহং পাউশাবা লৈরমদে অউ অউবা মখেবু তাম্ন-তাম্নদুনা হাংলক্লে ॥ লাপ্না লৈরে অরাম্বাইনা হুন্দুনা মহাংলি মাইগৈ মরি শুংদাই মরিবু লাঙ্গোই কারন লাক্না থেৌদুনা ঐ মৈতৈ উরা কোম্মৌবা হৌ লম্মহানবগী লৈশংবা পিবানি চেনগম্নু কাইগম্নু কবো ক্যাং লমহেনবশা, মৈতৈ কংলৈপুঙ্গী ইংখাল লোকোন্দা কবো ক্যাংবম্না চংলম্বগী তানখোকপা অশিদা নঙম লৈবা ক্যাং কবো কনানো লৈথং লৈখাম্নো. চেনগম্নু কাইগম্নু লাও লাংদুনা ক্যাং খুন্দাবা লৈরম্ববু কাইদুনা চেম্নে ॥ লাঞ্জেম্নবা শিহৌদবা কবো ক্যাঙ্গী কাংবুবু ক্যাং অমত্তা হেন্দোকহন্দন স্না তুংইনলকপা অঙম্বা মরি, পিবা মরিগা থত্তুনা খোমজিন্দুনা তুংবুন লিফা লিপক্লনা ফাদুনা কৎলে ॥

মৈতৈশু লাইনিংথৌ উরা কোনথৌবা হৌ কংলৈ লম্মহানবগী পিবানা হাইয়ে লুচিং থৌয়াংবা য়াম্বা ইশানৌ নখোই থ্নাইনা লৈথত্তুনা তুংবুন লিফানদুনা পুঙম্নক্লবোইরে. ঐদি কবো ক্যংমচা-শিংশি লমহেনমল্লি চেম্নে চেম্না তাম্নদুনা হাংকে ফম্নে ফম্না হাংকে মশাগী লৈফম য়োনা তান্দুনা তুয়া হাংকে থৌপুবনি জথৌবশিংবা লিফা তুংবুম্নক্লবনিনা তুম্নবা মীহাৎপদি য়াদরেদো কমদৌ-শিবা মখোইশে ॥ কাংশিংনা রাহোমজৈ লাইনিংথৌ ঐখোইবু লৈমুংনহনবিগম্নু নখোংথাদা চংজদুনা পুরুম-থাগোনজববু -কুবিও ননাইগী ননাই ওইদুনা কুমজা খুদিং কক্রং=মকি ইপোং তম্না তরা মংকং লৈকানা ইমা লাইলৈমা কশা খৌরীবু থৌথম্না কদোংশিঙ্গা লৈতিন্না ননাই

ওইনা লৈজববু কুবি নোংদম তম্বীও লাইনিংথৌ ।। ক্যাঙ্গী চংজ হাইজা রা ভাবদা মৈতৈঙু উরা কোনথৌবনা য়াবিহুনা কদোং হাওগী খুল্লাকপা কদোং কৌবদা লৈমা কশা থৌরাগী তম্পাক খুবম্বু লৈশিন্নহুনা কদোং মনিংথৌ লৈহাম্নীহুনা কাং লমহৈনবা মথোই থরা অহুবু কোঙহন্না লৈথম্বীহুনা লৈমিন্নৌ নোংদম্না লৈহল্লে ।। লুহুংনা নিংশিংনবা চৎলম লাইমিং লৈফম্বু মৈতৈ লৈমা খা মোংপোক লৈপূবী লাইরেম্বী কশাথৌরাগী থৌথনবু কদোং খুল্লাকপা কোন্দোংনা থৌথন শাগোন লৈশংনজেরে হাইববু লৈথংনবা কদোং লাইরৈমা=কোন্দোং লাইরেম্বী (কৗং কৗং কৗং, হুং হুং হুং, কৗং কৗং কৗং, হুং হুং হুং, হৗং হৗং ওরা) মিংহোং লৈছল্লে ।। লৈমা কশা থৌরী তম্পাক কম্বাল লৈফম্বু মাংহন্নবা কবো ক্যাংশিংনা লালহৌহুনা থুগাইহুনা লৈঙম্নবদা মৈতৈঙুনা লৈঙম্নম্বা কবো ক্যাংবু তুম্না হাত্তনা লৈকম্নবা থৌঙম থৌপুনবকপা উবদা হাইজ চংজহুনা লৈফম লৈথম্নববু নিংশিং থৌকাওদনবা তম্পাক লৈফম লাইরৈমনা কোনবা লৈকম্বু (তুম্মু তম্পাক) মিংহুন্না লৈথল্লে ।।

মতুংদা মেরা থাজগী ২৯ নি পানবদা মৈতৈ লৈমা কোন্দোং লাইরেম্বীবু ইরাং থৌনি হরাও ওয়ায়হুনা লৈপাইরগা থাগু হুমিত্তা থৌরে ইরগা হিয়াঙ্গে থাজা নোংম: পানবা নোংকোরৌ ইরাইগী অয়ুক্তা অরাং থোংলেংথংলকুনা ভরেৎ মাক্রং তুরৈবু য়েংহুনা অঙ্গো চীংলোন লান্দুনা মুংথি তুরৈবু য় লে। পোইরৈ ভাবু কৌবা লমদা=তাংবো হাইবদি পোইরৈতোম্না খুন্দাহুন লৈরবা লৈকম্বু কবো অরানা শাইদাংহুনা খুন্দাহুনা লৈশিল্লম্বদগী মৈতৈঙু উরা কোম্পৌবনা কবো অর: লৈওয়ম্ববু তাম্বোক্লে ।। লৈকন অশিংদা নোংকোরৌ তরানি কাইহুনা লময়েংঙি, পাম্বা কৈরেন অহন মল অমবু হাত্তনা চাগে চোৎনরংবু থেংনরে মৈতৈঙুনা তাথিংর ।। হাইস মশিদে মাংমক্কদা চাগে নিংলবগু লুহুংদা থৌপুক্তৌ ঐমক লৈনা লৈনা ইমাংদা হাইহুনা নাকথং টা, নমলোন টা লৈহাপ্ন চোংশিল্লকুনা পাম্বা কৈরেনবু ফানবা শাক্ত: শাথিন থৌ চোংশিংথরে, যণবু শরাক ওয়ম্বদগী থাদোকুনা মৈতৈঙুদা ওনশিল্লক্লে ।। মৈতৈঙুবু অকি তুজুং লৈতনা চোংশিল্লকুনা খুৎশু টানা শাথিল্লক্লে, পাম্বনা মথুং অনিনা ফারগা চোংশিন্দুনা ময়ানা মৈতৈঙুগী লুরাই কোইরেলবু উম্নবা থৌরাংলে ।। মৈতৈঙুনা মথুংগু টাবু ওইনা ফারগা নমলোন টাবু শত্তুনা পাম্বা কৈরেনগী ময়াবু কবাক থম্না লৈহাপ্লগা মঙক্কা ঙকথি চন্না থমহুনা চংনা কারে ।। মৈতৈঙুগী মঙম্বু উবদা পাম্বা কৈরেন তেরে মনা লেকথরে মমিং হাইথরে চেপ্না লোংনা হাইথরক্লে মৈতৈঙুনা মুংশি মুংতোন্নকুনা মঙক্কা চপ্লম্বা থাদোক্লে । পাম্ব শিবা মক্তি শিদে ওন্দুনা য়েংববু ময়াংলেনহনা খুহুপ মরিগা বাই তাং শাংঙম্লম্মী লৈফম্বু লুহুংন লৈথংনবা থৌয়েংনা যণবু পাম্বা কৈরেন কবো কৈ অমনা শোকুনা চাগে তৌববু মৈতৈঙুনা লৈকন্নথিবা লৈফম্নি অহুম্নঙ্গী যণশোক লৈফম মিংহুল্লে ।। মৈতৈঙুগী মঙম তানফংবদা শাইদাং-লম্বা কবো অরা পুম্বব পুরুম লৈপাইনা হাইজা লৈচংনঙম্লে । হাইজা রাবু মৈতৈঙুনা য়াবিহুনা পোইরৈতাবু কৌবা লৈকম্বু তাংবো হাইনা মিংহুন্না লৈহল্লে ।। তাংবো শাইবোদা শাইদাংনা

লৈঙম্বা কবো অৱাবু নোংদম থোদা থৌশিল্লবগীদমক্তা লৈঙাক লৈকল্লোন শংলেন থোপুবা মরিং লাইঙম লাংজেংকবা হিদংবু যণশোক লাকপা লৈহাপ্লা লৈথল্লে ॥

মথংদা অঙ্গো চৌংদা কোইহুনা শামু তাল্লে, শামু মপী মচা অনি তানফংহুনা পোইম্ম থাজগী হুম্মি পানবা নোংকোয়ৌ লৈবাকপোকপা হুমিত্তা লৈহল থোংশাল্লহুনা মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ উৱা কোম্বৌবা য়াঙ্গোই মপীমচাগা লৈথুং লৈচংলহুনা থৌরম পুম্ববু পিবা মল্লিবা পাউশাহুনা নোংদম মরু লৌরাংজাম্বনা পুরারি কুম্ববদা য়েক্লে ।

## নহাবা লোংমুজাম্বগা নহাবা থোংঙাইবগদা থৌশিল্লবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৫৬৭০ নোংদালাই কুমশিং ৫৬২ চহৌ থাজ ১১ নি পানবা নোং কোয়ৌ ইৱাই মুমিংকী লোচশং থোকা ফল্পে লাংবা মতমদা মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ উৱা কোম্বৌবনা লুচিংনা ফমদৌ ৬২ না থোথল্লা লৈফম্বদা লাইরুপকী লাইরৈমা ৮৬ নশু লৈফম থৌখন লৈপুনা লৈমরোন তারেংকী শিল্লাই শংলেন্দা লৈকা ফম্বালনরকপা মতমদা কুচু শংলেন্দা পুরক্পুনা মরু অনিনা থুৎশম্লনা লৈশিল্লঙৈল্লে ॥ নোংদম মরু লোরাংজাম্বনা হাই, মৈতৈঙ্ লুচিং পিবা, অশাই অশম ফমদৌ পুম্বা ঐবু লৈবাক্কী থোখন তানফংজবা শিল্লম শিক্তা থোয়েং থোপুবা অসিদো কুমজা হক্লা মুং-শাংমল্লে মীপাও মীনোক চংলক্লনি কোয়ৌ অসিদগী নহাবা লোংমুজাম্বা অসিদো ঐগী ইঙম নোংদম শংলেন ৫ বু থৌশিন নোংদম্লবা লৈহাপ্পুনা লৈথমহৌরো ঐদি লৈহল্লগে মতম থরদি থোঙ্গা মচিথেন কুংম্বা চৌংলোন চৌংশা নাপোম ১১ না লৈহাপ্লা, অৱাং ইরোক ১২ না কোনবদা লাইমিং শিং-থেক শিংথাবা নোংদম্ববু পুরুম লৈপাই থাগোঙ্গববু লৈতমজহুনা লৈরুরগে মৈতৈঙ্, অতুগা নহাবা লোংমুজাম্বা নঙম পাউশা নোংদম্লা লৈবাক্কী য়াইকনবা নিংথৌগী মুংঙাইনবা মৱা তপ্পা লৈপাল্লবা নথৌ নঙম্ব থোয়েংহৌরো নোংদম্লম্লগা নোংদম মরুবু লৌথাম্ববু য়াঙমদনা চৎখ্রে ॥ মরুনা চৎখিবা উবদ কাইবিরোন থেঙ্গাইবগু মপারি লৈশকপা নহাবা থোংঙাইবদা মথৌ মঙম পুম্ববু লৈশিল্ল-হুনা মৈতৈঙ্ উৱা কোম্বৌবদা লৈশিল্লহুনা থনম্বগা ঐগু লৈহল্লগে তাক্লম্লগা লৌথাম্ববু য়াদনা নোংদম মরুগী হৈনা তুংইল্লা চখ্রে ॥ মরু অনিগী নোংদম্ব থোঙম থোপুনা মৈতৈঙ্ উৱা কোনথৌবা পিবানা নোংদম শংলেনবু নহাবা লোংমুজাম্বদা লৈশিল্লরে ॥ কাইবিরোন শংলেনবু নহাবা থোংঙাইবগী মফমদা লৈশিল্লরে ॥ মুমিং অশিগী ফল্পবু অৱাবগা মুংঙাইবগা তানফংনা থৌরোইনরে ॥

## নাদা থ্রাংদা শোইনাপ্পা

মৈতৈঙ্. লাইনিংথৌ উৱা কোনথৌবা কংলৈ পিবনা মুংদাংরাই কোনবা লময়েংববু ম্নাকোম্নংদগী অৱাং কৌক্রু পাংনা লৈবা তোক্লপুংলোমদা লম্ব য়েংবা থোংচৎনৈ । মতম অতুদা নাদ-থাং

তুরৈগী ইন্নুংপুংদা লেপ্লৈবু মখল মখা লৈশুনা মশিং থিঙম হাইঙমদনা তরং ইপাকথক্তা চাহুনা শঙ্খ শঙ্খ ঙারম খাইনা শান্নহুনা লৈঙম্লম্বব থেংনহুনা নাদ-তুখোং মপান্দা লেপ্তুনা ঙাইহাক লৈঙম্বদা স্না পুক্লিংদা লেপ্লৈশিং অহুবু খোইজং খোইদানহুনা লোইয়িনশিংদা নোংদম্মি, লৈফম অশিদা ঐগী শোইফম অমবু নাপ্তুনা লৈথম্বা তারে নোংদম্লে ।। নোংদম থৌদাবু থোপুনা থোখন লোইয়িনশিংনা পন চাওনা খিংহুনা শে নাপ্তুনা ঈশিং ইথাই থানা শোরালু লুজাও য়াহুনা শোই-শংবা হাপ্তুনা লুচিংবা কদেম শমশাংবা, হাওকুপ্লোই, মরিবা, তমংশাবা মথোই মরিবু শোইশং-হন্দুনা থম্লে ।। মুমিং খুদিঙ্গী শোইমাং মোইনিংদা লেপ্লৈবু চাহুনা চোংহুনা মশিংবু শিংথা শিংথেকপা ঙমদবা মথৈবু চাহুনা তরং ইমাই থক্তদি চাহুনা লৈঙম্বদি উঙৈম্লে ইচেন ইথাইনা য়ারিবা লুগী মমুংদদি লেপ্লৈ অমফাওববু চংদনা লৈঙম্ববু নোংকোরৌ তরেৎনি লৈশুরক্লে ।। থৌরম্বু ঙক্নুনা করি মুংনা লেপ্লৈ অমা ফাওববু ঙাচংদবনো রাখনবদা লৈখংবদো ঙমদহুনা মৈতৈঙু লাইনিংথৌ উরা কোনথৌবা কংলৈ পিবা লুচিংবনা নহাবা মরু অনিগী মফমদা রাহোম্নৈয়ে ।। নোংদম থৌদা থোপুবা নহাবা লোংমুজাম্বনা পাউদম্লকই মৈতৈঙু নবুধৌ চাখাবা তাওরোইনাইনা লৌয়েত্তুনা লেপ্লৈবু লৈথত্তুনা থক খাদা থম্বনি পরমদি ইশানৌ কাইবিরোন মরু মচা খোংঙাইববু নবুধৌবু পুরুম থাগোন্নহল্লগা লাইবাওবু পরম পুম্বা থঙ্গনি ।। নোংদম মরু লোংমুজাম্বগী কুবি নোংদম্বু তানকংলবদা কাইবিরোন মরু থোংঙাইবনা তুবি তাওরোইলাই চাখাববু পুরুম থাগোন্নহুনা মাই-য়োকক্না চাইরেন পুথমদা ফা চেংঙৌ চোম্না লৈহাপ্পা, হৈফাং চংথোকপা, হৈশাং রাই কুইবা লৈহাপ্না লাংহুনা চেং, থোইদিং, তিংথৌ, লৈবু লৈহুন্না অনৈ চাজা য়ুমকোনা ভোক্লা পুংলেন্দা লাত্তুনা রাহোম পাউহংনা থৌনিহুনা স্না তাঙ্গা লুপা তাঙ্গবু লাংহুনা রাহোমলকপদা কুবি নোং-দম্নবিরে ।। ইনিংথৌ মরুনা নোংদম্বীববু লৈচুম্বা রানি নবুধৌ চাখাবগী হৈক্রু মথোং থোংবী তোৎ হিদেনবু লৈথং পনশা শেবু নাপ্লুবনা ভৌবনি ঐগী থেনবুংবু লৈথংলি পুকহং পাউহংবা থোপুনদে হাইবগী খোংচং থোইশাওনরম্বগী লেপ্লৈ লৈচংহন্দবনি কুমজ্জা খুদিং ইহৌ ঙাচং অহানবদা ক্ষাব লেপ্লৈ শারেংদো নবুধৌগী মথেন লুকোই শেমহুনা লৈহুন তম্না লুকৎনৌ ইখোং অসিগী লেপ্লৈবু নবুধৌনা লৈবাত্তনবা পীঙমগনি নবুধৌবু অনৈ চাজা য়ুমকোনবদা তম্না মথেল লুককৎনবদা তুগী লাই নাদ নিংথৌবুগু য়ুমকৌ লৈহুন লৈতমজো কুবি পাউশানবিরক্লে ।। কাইবিরোন শংলেন মরু মচাগী লাইবাওবু তানথেংলবদা মবুধৌবু অমুক নৌহৌনন। পুরুম লৈপাই থাগোন্নহুনা শোই-শংববু লৈথম্না শোই চারে । নাদ-নিংথৌ তুরৈ থোঙ্গী শোইশংবা কদেম শমশাংবা, হাওকুপ্লোই, মরিব, তমংশাবা মথোই নিপা মরিনা ঙাপোৎ মরিবু অমুক অঙনবদা পুখৎলক্তুনা অহিঙ্গী ঙাচংনি তাইহুনা মৈতৈঙু লাইনিংথৌ উরা কোনথৌবদা লৈকংলরে ।। মৈতৈঙ, মমুম য়েলুপ পিবা ৪ গা ফমদৌ ৬৪ গা লোইনদুনা লেপ্লৈ পুম্বগী মথেল লুকোই শেমহুনা মবুধৌ চাখাবা তুবি নাদ নিংথৌদা

লৈকং লৈহুন শাংহুনা মথেন লুকোই লুকমনবু তানকংনহুনা অশাই অশম অঙম অপো পুম্বগা লোইনহুনা মুংঙাইমিন্নে ।

কুম অসিদা নোংমাই শেলোই লংমাই খুল্লাকপা খলেনকোইনা লৌবা মদাইরেন লুরাং কৈরোই চম্ন পেতাং লৈমা মচানিপা অমা তানফংজহুনা মমিং নোংমাই শেলোই অমুকোই=লমাং লৈহুঙ্গে ।। মতুংদা মচানিপা তরুক অমশু তানফংনহুনা মমিংবু অথিংকোই—লময়াই, অঙৌকোই= লমথং, অয়াংকোই=লালোই, নোংয়াইকোই=লৌলোই, অবুংকোই - লংমাই, থাবুংকোই—খাবুংতোন নিংহুম্নয়ে ।। লংমাই শেলোই তরেং হাইয়ে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬৭১ নোংদলাই কুমশিং ৫৬৩ চংবদা মৈতৈঙ্ উরা কোন-থৌবা বংলৈ ফম্বাল লৈশংবা ময়ুম পুম্বগী লুচিংবা পিবানা ম্না পুক্কিঙ্গী লুয়াং রাখম্নবদা ম্না খম্বাল লৈশংবগী ফম্বাল মেনবু লৈফম্নগে নিংঙমহুনা লৈমরেল ফম্বাল তরেৎ লুচিং লৈফম্নববু লৈহাপ্নবগী-দনক খাবরোল চম্ন ইবেম্মা লাংজেংশুবু লুতিল লৈরৌ লৈয়ানহুনা পান্নরে ।। মতুংদা ফম্বাল লৈ ফনগদবা হুমিং থাবু য়েংহুনা চীংবুরোই তম্বরোই অকোইববু পাউচেন্দুনা ময়ুম ম্নেলুপ শখাই চীংবুরোইগী—চেংলৈ লৈঙম্বা পুম্বগী লুচিংবা খুল্লাকপা তরামাথোই. ১। মরিং খুল্লাকপা ।। ২। শোইবম খুল্লাকপা ।। ৩। শাইনেম খুল্লাকপা । ৪। কমশোন খুল্লাকপা ।। ৫। কাদৌ খুল্লাকপা ।। ৬। য়োংথুন খুল্লাকপা ।। ৭। কশুং খুল্লাকপা ।। ৮। মচিং খুল্লাকপা ।। ৯। নারুম খুল্লাকপা। ১০। মকল খুল্লাকপা । ১১। চীংশাও খুল্লাকপনচিংবা তমদা লৈকুম লৈথুং লৈকারক্লে ।। তুমু লাকপা, মনশোক শাইবো লাকপশিং থুংলরে । লাইরুম পুম্বা তিল্লে ।। ময়ুম পিবা মরি কমদৌ ৬৪ গা য়োইরেন খাবী লেঙ্গা লোইননা লৈকুমহুনা নোংদম মরু লোংমুজাম্বগা কাইবিরোন মরু থোংঙাইবগনা থৌঙম থৌপুনা উরা কোনথৌবগী ফম্বাল য়াংদৌ সমগাবগী য়াইফ তাম্বেংনববু কুরুম লাঙ্গোন চীংলেনগী রারোক উয়োক্তা পুরুম থৌনি খাগোম্না অশৈ থোংফাং লাংনা রানি থৌনি উনিহুনা ফয়েন ফম্বাল লৈশানবা থৌঙমু থৌপুনরক্লে ।। থৌরম চৎলমু মৈতৈঙ্ উরা কোনথৌবা ফম্বাল য়াংলৌ লমগানবগী লমদা খাজা তুবি শমজেং রানিবা অতাই ইরাৎ য়েনচনবা কুরুম লাঙ্গোন রারোক মচিংশাং কৌয়ে ।।

মৈতৈঙ্ উরা কোনথৌবা য়াংলৌ লমগা ফম্বাললেন অতাই ইরাৎ য়েনচম্না তুবী শমজেং রানি উনিনা ফমগা লৈফম্বা মকুমশা, লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬৭২ নোংদালাই কুমশিং ৫৬৪ লৈচংবগী লাংবন খাজগী পানথংলকপদা মদাইরেন ইবেম্মা লাংজেংশুবু পীবুকম্নুংদা ইরু ইহুন তমথিবা খাজা ৫ বু লৈচংখিবা উবদা মৈতৈঙ্ উরা কোনথৌবনা মদাইরেনবু লৈমরেন তরেৎ ফম্বানবু লৈহাপ্নীগে খন্দুনা মেরা খাজগী হুম্নি পানবা নেংকোরৌ শগোলশেন মুমিংকী মুংখিলপোপ্তা হনগৎলকপগী কোলুপ্তা মৈতৈঙ্বু ফম্বান্নেন লমগা লৈফমগনি পাউজেল্লে ।। চীংবুরোইগী লমু খুল্লাকপা ১১ বু

মাগী মাগী মঙাইরোইশিঙ্গা লোইনহনা লৈথুংলে ।। তুমুলাকপা, ষনমোক, তাংবো, শেবোলাকপশু লৈকা লৈথুংলরে ।। নোংদম মরু লোংমুজাম্বগ ফম্বাল্লেন তোংবগী থৌরম্ব লৈশুনা মৈতৈগু ুগী য়াইফংনবা চীংগু তাওরোইনাই মখোংচান্দা লৈচংহুনা পুরুম খাগোম্নরক্লে ।। কাংথোং মরিদা লৈফম্না খুবাক অহুম্নক খুহুনা থেমথোক্লগা খুবাক লাইক শাঙমহুনা লাইশোন্না থেমথোক্লক্লে ।। স্না-তাঙ্গলুপা তাঙ্গ লৈহুন্না কংলৈ পুংবু লৈফারে ।। তাওরোইলাই পুন্দা স্না তাঙ্গ, লুপা তাঙ্গ লৈহন্না চাইরেন পুখম অমদা য়াম খরা লৈহাপ্না য়েরুম কিন্না লাংহুনা পুরুম থাগোন্না তাইগুয়ে ।। শডিক পুংদা লা লাতোল ৩ থাহুনা পাউশানরম্মগা লম ২ বু চংথোক্লগা পাউশাহুনা য়েংগুয়ে ।। চরাই মরুগী পুংদা স্না লুপা তাঙ্গা লৈহন্নগা মরুবু তুংওন্না লাইয়েক লাইশোন্না য়েংলে, চরাই মরুনা থোজাল্লে ।। কুমিৎ পুংদা চাইরেল পুখম অমদা হুপ খরা হাপ্লগা মথক্তা য়াম চাইহুনা লাংগুয়ে লাইমিং হাইহুনা থেম-থোক্লম্মগা লম্ন ৮ চংথোক্লনা ম্নেংবদম্ম কুবিরে ।। চেংব মাইয়োকপ লাংনা চুগো হৈরুক লা মরোন ৭ থানা উহং মপাল অপোন্বা চালুপ অমগা নিপালবু ১০৮ লৈহুম্নে পাখংগা মরুগা তিলু থানা লৈপাইহনা য়াইফং থৌনিবিরে ।। কাইবিরোল মরু থোংগাইবনা ফম্বাল লমগা ফম-লেনবু অশোই অভাম লৈহনব ফমথক ফমথাবু লাহুনা থাগোম্ন লৈক লৈথয়ে । ময়ুম পিবা লুচিংব মরিনা লুরাং পিবা পানা, অঙোম পিব অঙৌপাম্ব থাংথাই খুনচানবা, খুনন পিবা পুন্সি য়ুম্মোইবা, মোইরাং পিবা খোকথৈ লান্থবা ময়ুম য়েলুপকী লুচিংবা পিবা মরিনা অঙোম পিবনা পিবা অনিগী থৌফোৎ লৈহন্ন ময়ুম ইশেংবু ইহৈহনা মৈতৈগু উরা কোম্ভৌবগা মদাইরেন লাং-জেংশুগা ফম্বাল লমগানবা মকোক মউ ইহুন্না ফিরোল ৭ থকথল লাংন ইহৈনহুনা ইরু মাইতা থোরোইরে ।। ফমদৌ ৬৭ অশাই অশম থৌখল্লাং, অশৈবা থোংফাংলেং, অমাই অনপ থৌখল্লাং য়োইরেল খাবী লেংনা লৈতিন লৈফম থৌখম্ন লৈবাকী লুচিং পিবারেল ফম্বালবু লৈকম্লে ।। হো লম্মাইনবা কংলৈ স্না পুংমাইয়োনগী স্না ফম্বাল লৈশংবু লৈবাক হুপা লৈশিন্নহুনা ফম্বাললেন লৈফম্বা মিংলেনবু (লাইনিংথৌ মৈতৈগু উম্না কোম্ভৌব, মৈতৈ লৈমবু লাইলৈমা লৈমা ফম্লেন ফমথোন তরেং লৈফম্বী থবারোল লাংজেংশু) লৈহুন্না ফম্বাল থক্তগী মরু অনিনা থেমথোক্লনা লৌথরে ।। অশাই অশম থৌখম্না অমেৎপা শংলাংনৈদা লৈচংনা ফম্বাল ফিরোলবু লৈহোং লৈথম্লে ।। কুচু রায়েল থৌকাও রারক শংলেন্দা লৈফমহুনা লৈবাকপু হরাও ভয়াম্নহন্দুনা মুং-ঙাইনহুনা থৌরোইনরে ।।

মতু থাজা অনি লৈচংলকপদা অঙৌ পাম্বা চন্ন নোংপাল হুইয়াম্বৌবু কংলৈপিবা মঙাংলুদা লুতিন হঙ্গগে রাহোম রাকৎলহুনা লুহোং লুতিন লৈয়াহুনা অপাম ফম্লেন লৈহাপুনা লাইনিংথৌ মৈতৈগু উরা কোনথৌবা কংলৈ পিবা লুচিংবগী থৌখল লৈচংলে ।। মতুং থাজ অহুম লৈচং-লকপদা লৈমরেল লাংজেংশু রাঙ্গোন শঙ্গমহুন মচা ইবেম্মা অমা তানফংজহুনা কুমিংবু পনশাঙম্বী

মিংহুল্লে ।। থাক্ক য়োক্ক মমুং মতম্ভু ওইরক্লবদা লুরাং পিবা পানানা নিজ হাইজহুনা লুরাং পানাগী লুদা লৈতিন্নখিয়ে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৫৬৭৯ নোংদালাই কুমশিং ৫৭১ লৈচংবগী মমুংদা মৈতৈ লৈমা ফম্নেন তরেৎ ফমগা ফম্বাল লৈপু লৈফম্বী লাংজেংশু রাঙ্গোন শঙ্ম্মহুনা মচা ইবুংঙো অমা তানফংহুনা মমিংবু নাওহন মিংহুন তম্লে ।। মতুং লাংবচক্কী কুমশিং ১৬৮২ নোংদালাই কুমশিং ৫৭৪ লৈচংবগী মমুংদা মচা ইবুংঙো য়োচারোই পোক্লে ।। কুম অশিদা ইবেম্ম নোংপাল্লোন অপাম ফম্নেন লৈফম্বী হুইয়াম্বীনা মচা ইবুংঙো কৌরা য়াক্কোইবা পোক্লে । মৈতৈ লৈমা ফম্নেন তরেৎ লৈপু লৈফম্বীবু কুমজা অশিদগী মতুং নাওদা চাদাদনা কুমজা ১৯বু লৈচুপা লৈওয়্রক্বদা তাংঙা লাংঙোন পাথংবনা লারৈ লাথুপ অমবু শাখোক ইপোক্নুনা ভাইবং ইপোক ইপাল্লাংদা শান্নগে মপুক লুম্নাং লৈথারক্নুনা মৈতৈ লৈমরেল খাবরোল লাংজেংশুগী পিবুকম্নুংদা লৈচংহুনা পংবা নাওরা মশকপু শদম্মা য়াহিপ চাবচা হুল্লরে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭০২ নোংদালাই কুমশিং ৫২৪গী চাহী থাক্ক ইরাংমা কলেন থাজগী হুয়ি পানবগী নোংকোরো লৈবাকপোকপা মুমিংকী অয়ুক্কো রাঙ্গোন শঙ্ম্মরগা মালেম অঙালবনা য়ুংথক হেক থানবগী কোলুপ্তা মচা ইবুংঙো অমা শাথোক-লক্নুনা তানফংজরে । ইরু ইহুনখিবা মুমিংপু তাম্বেং অহানবা নোংমাইজিং মুমিত্তা ইপাল মউ চাওনবা, মহৈ মরোং চুম্নবা তিঙ্গ-পাইচু লৈতনবা পুরুম খোনিনবগীদমকপু মিংলেনবু নাওখিংখোং থাকোনা য়াইফং খৌরম্ভ লৈহুন তম্মা থাগোম্নরে ।।

মতুং লাংবচক্কী ৩৭০৬ নোংদালাই কুমশিং ৫৯৮গী চহৌ শজিবু থাগী থানিল শগোলশেল মুমিত্তা মৈতৈ লৈমরেল লাংজেংশু মচা ইবুংঙো অমগা তানফংহুনা মমিংবু নিংথৌরাঙা লৈহুল্লে ।। নাওখিংখোংবু মৈতৈঙনা কেনা নৌনা নাওয়োক্নুনা মচা মঙাগী খোইজং খোইদাবা মপারি মশক অমা ওইনা লৈথম্মি নোংমগী মা মিংয়েং তাহোদবদা মৈতৈঙবু লৈঙমদে ।।

মতম অশিদা নোংপোক লোইরং পাম্বোইবী ফালম অমা শাথোক্লগে রাখন্দুনা নোংমাইয়ুমদা খোংচংনথ্রে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ১৭০৬ নোংদালাই কুমশিং ৫৯৮, কুমজা অসিগী কালেন থাজগী মঙানি লৈপানবা নিনমাং নোংকোরো নিংথৌকাবগী মুংখিল পোপ্তা লৈহুল্লবদা শেলোই লংমাই খুল্লাকপা খংলেনকোইগী মদাইরেন লুরাং ফৈরোইচম্নু পেতং লৈমশু মচা নিংঙোল চম্নু অমা তানফংজে মবুং তরেৎকী মমুংদা তাংঙম্মা মথম্তা পোকঙমজবনি হাইহুন, পেংনা চাম্না লুনা মুংশি খোইজংনা শেংকে চাগে হাইবদা শেংহন চাহন্দুনা মানা হাইবদা মবুং তরেৎনা খৌঙম খৌপুনা নাওকেন্দুন মমিংবু পলেম মমাগী মিংলেনবু লৈয়ো শাদম্মা নাওরা তপিচাঙম লৈথম্লক্লে হাইহুনা নোংমাই পেতংঙাবু থাকোরে । মমোম পেতংঙাবু তানফংজবা থাজা ৭কী মতুংদা লুরাং ফৈরোই চম্নু পেতাং লৈমবু অমম লৈশা তান-থেংনা নোঙ্গা খোংলম্ভু তানফংনখিহুনা মবুং তরেৎনা নাওয়োক নাওকোম্না লৈঙম্লরবা মচম্নি ।। লংমাই খুল্লাকপা অশিদো মমাম্নবগা লানশিংনবদা অকি তুজুংববু তাম্বেংলক্তরে মচা নিপা তরেৎকী

মঙম্বদগী, মচানিপা তম্নেৎ অশিবু চীংবুরোই তম্পুরোই অকোইবন। নোংমাই শেলোই লাল্লোই তরেং হাইনা খংনরে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭১১ নোংদালাই পাথংবগী কুমশিং ৬০৩ চংবগী মমুংদা লংমাই শেলোই খুল্লাকপগা মচা শেলোই লাল্লোই ৭ কা লানমী খরগা লোইনত্তুনা হাওকপ চৌংশাং মনিংথৌ ফনাম্বগা খুমন পিবা পুন্সি য়োইমোইবগবু লানশিনত্তুনা লম্বু লোইচনগে হাইত্তুনা থোংশাল্লক্লে ।। মতম অশিদা মৈতৈঙ্ উরা কোনখৌবগী মনাই পাচচহনবা কদেম শমশাংবশু মাগী খোংলোই হাওকপ খরগা লোইনত্তুনা লম কোক্তিরকপদ সম্বীদা লুপ অনিবু থেংনত্তুনা পাউশানবদা নিংঙাই শংদানবদগী খুৎ থোক্লরে, নোংমাইগী মীনা মশিং হেনমনখিবনা মাইথিবা ফংলে হাৎপমক্তি নিংথৌগী মনাইনি হাইত্তুনা হাৎলক্তে ।। নোংমাই খুল্লাকপা মমুমদা হম্জিন্দুনা কৈরে ঐনা ভৌগে নিংবা থৌরম অশিদি য়াদরেদো ইশৌ ইরাংনা চানখরে থৌপাংলরোই হাইত্তুনা তুমিন্না থৌরম্বু য়ৈশিন্না লৈখি ।। কদেম শমশাংবা মাগী হাওকপ্লোইশিঙ্গা লোইনত্তুনা কংলৈ পুংদা লৈথুংলগা মৈতৈঙ্গী মফম্লাংদা ওম্থোইনা পাউশাত্তুনা পাউদম্লরে ।। মনাই পাচচাহনবা কদেম শমশাংবগী রা তাবদা মৈতৈঙ্ উরা কোনথৌবগী স্না পুক্লিংদা নোংমাই শেলোই খুল্লাকপবু তাথি খোইশাওনত্তুনা নোংমাই শেলোইনা রাহৌরকপা মতম্বু ঙাইত্তুনা মনাইগী লমনবু শিংবিগে রাখল লুম্নাংবু লৈথম্না রাহৌরকপবু ঙাইত্তুনা মানা মনিল থোক্তুনা লৈখি ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭১২ নোংদালাই কুমশিং ৬০৪ চংলকপদ, মুংবংনন। লৈঙম্বু য়াঙম্লক্তুরে, মচা ইবুংঙো নাওখিংখোঙ্গী চৎলম লাইরকচন্দা নামুং থৌপুবা চৎলম লুত্তিন নম্ভব। চীঙ্গাকপু চাঙম থকঙম্লকপা উবদা অশাই অশম স্না থৌখল থৌপুবা ফমদৌ পুম্বনা মৈতৈঙ্দা রাহোম্লে । অঙম্বশিগী রাহোম রাবু তাবদা মৈতৈঙ্ উরা কোনখৌবা নাওখিংখোঙ্গী চৎলম চুমদবা লাইরকচন্দা নামুংবা চৎলম লুত্তিন য়াদবা চীঙ্গাকপু চাবা থকপবু লুত্তুংদা তৌঙমদনবা মচাবু কিনবা রাহৈ অকমবা খরা ঙাংত্তুনা লৈবাক্কী অঙম্বা ফম্ব ফম্বগী মমাংদা মৈশা খরা কম্না রাম্বক রাত্তেম্মি ।। মচা ইবুংঙো নাওখিংখোং মপাবুংগী স্না য়াথং তাবদা ইকাইব। মপুক মুংঙোন মুংশিব। ওইঙমত্তুনা স্না নাক্তুগী হৌগত্তুনা চৎখিবদগী লৈখিনা খংদনা চনম্লক্তুরে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭১৭ নোংদালাই কুমশিং ৬০৯ চংবগী শক্তিভু থাজগী চিন্দুং ১২ নি পানবা নোংকোরৌ থাংজ মুমিৎকী মুংথিল পোম্প্রা লৈহুনবগী মতুংদা নোংমাই শেলোই খুল্লাকপনা মাগী লালোই নিপা তরাখক থারক্তুনা মৈতৈঙ্না কুচুদা লৈফম্মিঙৈদা রাহোম্লে ।। মৈতৈঙ্ কংলৈ পিব খোংবীতোং শোইগী ঙাচংবু ঐখোয়গী খুল্লাকপনা তাঙমত্তুনা পাউশাম্বকই নোংমগী ঙাচংবু শিঙনদবা য়াদে লংমাই খুল্লাবু চাকচাননি পাউজেল্লকই মৈতৈঙ্না করি হাইবনো ? অঙম্বশিংনা হন্দক নোংমাইগী রাহোম অসিদে লৈথম্নত্তুনা মৈতৈঙ্গী মিৎলাং পারৈবু ঙাইনৈ ।।

মৈতৈঙ.নবা নোক্ল নোক্লহুনা হাইয়ে, লংমাই শেলোই তরামক নখোয়গী শেলোই খুল্লাকপনা পাউ-শিরকপনিদনা? মাল্লি ইনিংথো পাউশাশু খুল্লাকপনা হাইবনিদনা? মাল্লি ইনিংথো ॥ অদুদি নখোই অমুক ঐগী পাউখোল্লোই ওইনা নখুন্দা কারো, হাইয়ু ঐনা হাইরকই হাইহুনা উরা কোন্থোবনা শোই চাবদি নখোই খ্বাইগী লৈবাকোদমক শোইচাবনি খুল্লাকপগী মপুক লুয়াংদা লৌনিংবা মুমিত্তা লোয়ে। হাইয়ু নোংদয়ে ॥ নোংমাই পাউখোল্লোই তরাবু লৈহল্লক্কনা খুল্লাকপদা পাউদয়ে ॥ পাউশাবু তারগা হাই হি-হি নোক্কনা, লৌভয়ে: হাইরকপোইরে হাইব্রবদি নোংমাইগী মঙম খংহনগে তৌবনি মৈতৈ নিংথৌ নপুক লুয়াংদি হৈথোইদা হাইনা পাউশাহুনা হরাও তথায়া লৈভয়ে ॥ মুমিৎ খরা লৈভল্লগা অমুক পাউশারক্লে নোংমাই শেলোই অহুম থা-রক্কনা মৈতৈঙ. কংলৈ পিব। লংমাই ঐবু কোংবা মরুদা লময়েংবা চৎকনি লৈহল্লকপদা নাদখোং খেংবী ভোংশোইবু য়েংবা চংলক্কনি হাইরমই লাইনিংথৌ । মৈতৈঙ.নবা রাহংভি খুল্লাকপগী পাউখোল্লোই ঐগী লংমাই খুল্লাকপবু নোংকোরো কদৌভৈদি খোংশানগনি তাকওয়কপা? লাই-নিংথৌ অককৃবা কোরৌদি হাইভয়ক্তে । অদুদি ঐশু খুল্লাকপবু উননিংভি লৈহল্লকপদা শোইদনা খোংচং খেংদনরম্মু হাইয়ু নোংদম্মি ॥ মৈতৈঙ.গী স্না য়াথংবু লংমাই খুল্লাকপদা পাউদয়্লহুনা হরাওনরে ॥

কালেন থাজগী নোংকোরে নিনি পানবদা নোংমাই খুল্লাকপা নোংমাই শেলোই থরগ কোংবা মরু লময়েংবা চংলে কোইরে ॥ থৌরম্ব পাচচহনব কদেম শমশাংবনা তাহুনা মাগী হাংকল্লোই খরগ লোইনহুন হনহুয়কপা মতম্ব ওইহুনা লুমহুনা লৈরে ॥ কালেন থাজগী তরেৎনি পানবা নোংকোরো শগোলশেন মুমিত্তা খুল্লাকপবু কোংবা মরুদগী লৈহল্লক্কনা মুংদাং রাইরমদা নাদ-তুখোং তয় লাক্কনা খোংবীভোং শোইবু য়েংবা খোংচংলক্লে ॥ থানপুং অশেংখোং ময়াদা পাচচা হনবা কদেম শমশাংবগা খেংনহুনা অহিংদা লানশিংনহুনা লংমাই শেলোই কাইহুনা চেল্লে, খুল্লাকপবু তান্নহুনা কেত্রপাংকী ময়াদা হাংলে খুল্লাকপবু কনাগ চংবদা শেলোই লানমি অনিবু শিব: য়ান শাথিন: শোক্লে শিবমক্তি শিদে ॥ লাঙ্গনথিবা শেলোই লংমাইশিংনা মচা শেলোই লংমাই লাল্লোই তরেত্ত পাউদম্লরে মপা খুল্লাকপবু হাংখিবগী থৌরম্বু মৈতৈঙ.গী মফম্লাংদা রাকৎ রাগোম্লরে। মৈতৈঙ. লাইনিংথৌ উর কোনথোবা লুচিং পিবানা লংমাই শেলোই কাংবু অসি লমহেলমল্লে রাহৈ পাউশা খোইমল্লি য়াম্বা থৌখল লৈখংমন্দে রারক থৌকাওনববু নিংশিং-নহল্লগে হাইহুনা রাহোম রাকৎ রাবু অচুম অরান লৈথি রায়েনবা ভৌঙমদনা তুমিন্না ফুম্বংনা লৈখম্লে ॥ মৈতৈঙ.না লৈথিবা রায়েনবা ভৌদনা লৈখ্রবদা লংমাই মচিন মনাও শেলোই লাল্লোই তারেংনা মৈতৈঙ.বু মপুক্তা খুহুম চীংহুনা মৈতৈঙ.গী অচেংবা খুদোং চারক্কবা মতম্ব মৈতৈঙ.না স্না খোংলেংবা লেফম খুদিংদা লোন্না লুমহুনা ইন্দুনা লৈভয়্লকপবু মৈতৈঙ. পিবা লাইনিংথৌ কোনথৌবগী মঙম্না লৈহকমনথিবনা উনা উনা থংনা থংনা কদৌবা ভমদনা লৈভয়ে ॥

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭৩৯ নোংদালাই কুমশিং ৬৩১ গী মল্লুং ফাইরেনগী তরেংনি পানবা নোংকোরৌ থাংজা নুমিংকী অয়ুক্তা অঙোম পিবা খুঙ্গানববু শিদুনা মতুং খরা লৈরগা মৈতৈঙু উরা কোম্ভোবনা পুরানখাববু ময়ুম য়েলুপ অঙোমগী লুচিংবা হাপ্লে ।। মৈতৈঙুগী স্না পুক্লিং রাখলবু মুংঙাই পোত্থাফম লৈথংদে মৈতৈঙুনা লুনা তৌজবা লৈবাক্কী মপী মপা ওইগদরা মপুক লুয়াং লৈথাবা মচা ইবুংঙো নাওখিংখোংনা লৈফম খংদনা লোত্তুনা লৈখিবনা মচাগী কাইনা মৈশাবু লাংনা মতম লেপ্লক্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৬৭৯ নোংদালাই কুমশিং ৫৭১ লৈচংবদা পোকপা মচা ইবুংঙো নাওহন চহি ৫০ চংলবনা মপা ইবুংঙোগী অন্নাবা রাখলবু উবদা লৈথল্লে ।। ঐখোইনা ইশানৌ নাওথিং- খেংদা লৌয়েৎপবু খোক্লবরা ঐখোই খ্বাইবু লৈবনা ইশানৌ নাওখিংখোংনা লোক্তুনা লৈঙমহুনা ইপাগী থৌখলবু লৈচংদবরা পাবুঙ্গী স্না পুক্লিংদা খোইদাবদি ইশানৌ মাবুতনি মশিদা পাবুঙ্গী স্না নাক্তা ঐখোয়না থৌখল্লাংন, অশুম লৈরবদি ইশানৌ অশি লৈহল্লক্কহুনা পাবুং স্না পুক্লিংবু নিংবা কাইখিবা ভাই অহন মতম্নগা ওইশিনখিবনে স্না পুক্লিংবু লৈথুংনবা ইশানৌবু লৈহন লৈচলক্কবা স্না থম্বাল কংলৈপুংদা লৈবা অসি ঐবু থাদোক্তুনা লৈফগু লৈহোংহুনা য়ুমদাখিব, ভারে রাখল পাউ- শানহুনা মচা ইবুংঙো নাওহন্ন মদাইরেন খুন্দোং ন.ংখম চন্নু লৈনা শমকবীগা মচা অহন অথিং হৈরোংবগা মচা অঙোনব নিংথোনবগা লোইনহুনা য়ুমদারে ।।

---

হৈরোং লৈমা শংবম ভাইমজম, পাঙ্গনবম লৌরেম্বম য়ুমদাবা ঃ

অথিং হৈরোংবনা নোংমাই থেম্বী পান্নহুনা মচা নিংথৌজাম্বা পোক্তুনা হৈরোং লৈমা শংবা হাইনা লৈরে ।। মাগী য়ুম্না খুরাইভাবা পাংনতোনগী য়ুম্নি । ককচিং রাইরি ভাবা হৈরোং লৈমা শংবম মুরালিগী ঈনা শদানন্দগী য়ুম্নি । মনাও নিংথোনবনা= মুংখোনবনা মোইরাং পিবা চন্নু লৈমা ভাইখুরেম্বী পান্নহনা মচা ভাইমজম্বা কৌববু পোক্তুনা ভাইমজম য়ুমদারে ।। মাগী ঈনা মোইরাংখোম ভাবা ভাইমজম পরাগী য়ুম্নি মাগী ঈনা ভাইমজম মেঘ । কৈরেন শংবম ভাইমজম খেমাগী য়ুম্নি ।। শাংৎপনদা লৈখিবা ভাইমজম চরাই লাক্কে, অরাদা চৎখি ।। পাং- কনপম অচৌ লাক্কে নোংচুপ হারমদা চৎখি, ভাইমজম খেমাগী য়ুম্নি ।। নাওরেম চাপ্রৌ ভাবা ভাইমজম পুরুমভাবগী ঈদি বিরসিঙ্গী য়ুম্নি ।।

হুইরোংবমদা তিনবা চিংঙামপ ভাবা ভাইমজম ভগিন্দ্রোগী য়ুম্নি । ভাইমজম নাওরেম কনাইগী ঈদি নোংপোক হারম অবাদা লৈখি ।। মথং ককরা ভাবা জগদানন্দনা য়ুম ভাক্লি ।। অরোংদগী লাকপা ভাইমজম লৈশাঙ্গী য়ুম্নি ।। খুন খাইখিবা পাঙনতোন লাক্কে ।। অমা খুন খাইবা খুলিঙ্গী ঈনা লৈশাংদা-লৈশাংদা ভিল্লে ।। চীংঙামথা ভাবা ভাইমজম চাওবগী য়ুম্নি ।। অরোংদা লৈবা ভাইমজম মোদোনগী য়ুম্নি ।। ময়াং কৈরেন শংবা ভখেলবা লাক্কে ।। ককচিং

কৈত ত্তাবা লাক্তে ।। লয়োং কৈই তাবা লাক্তে ।। ইরোই শেম্বদা লৈব লুরাংবা লাক্তে ।। তাইমজম শকথি লাক্তে ।। অতোমদা লৈখিবা মায়েম লাক্তে ।। চাকতান কৈই তাবা তাইমজাম লাক্তে । চেংবা লাক্তে । খিংনুঙ্গৈ তাবা কৈহোংবা লাক্তে ।। শামুরৌ তাবা তাইমাজাম বিরসিংগী য়ুম্নি ।। চরাংপাৎ তাবা তাইমজম চাওবা লাক্তে । সড্ অহনবগী তাইমজম অরসিংগী য়ুম্নি ।। চিংচ-রোক্তবী মনাই লুরাং লাক্তে ।। চিংতাখম তাইমজম পূর্ন'গী য়ুম্নি ।। হাওবমদা লৈবা অচৌ লাক্তে সড অহনবগী তাইমজম পোক্তরৈতোন তাইবুং হনবগী য়ুম তাইমজম প্রুনগী য়ুম্নি ।। তেং-খন্দা – তেনথাদা লৈবা তাইমজম পাকে্শ্বরগী য়ুম্নি ।। চুন পাৎকী তাইমজম লাক্তে ।।

মচাইবুংতো ফোরা য়াক্লোইবা লৌরুংহনবনা অতোম চমু লৈয়াম্বী পান্নবুনা খৌপুবা ফয়েনগী মিংবু লৌবুনা লৌরেম্বম য়ুমদাবা হাইনা লৈয়ে ।। মচা ইবুংতো অমা পোক্তনা মপাবুংনা য়ুমদা খৌপুনবগী মিংলেনবু লৌবুনা লুবুংনবু শংনবা মিংলেনবু লৌরেম্বা খুনখোম্বা কৌএ ।। মাগী ঈনা রাংখৈ লৈকাই তাবা অরাং লৈমগী মপাম ভুপোপশিঙ্গী য়ুম্নি । লৌরেম্বম খোংনাংথাবম খোমন তাবা রুপশিঙ্গী য়ুম্নি । মাইবা খিয়ামগী লৈমু—লোইমু লাক্তে ।। লৌরেম্বম য়েন্ত্রেন-হনবম ভুবনসিঙ্গী য়ুম ওইরে ।। রাংখৈ লৈকাই তাবা লৌরেম্বম জর্মসিংগী য়ুম্নি ।। জর্মশিংদগী খাইবা লৌরেম্বম ভিম্মসিং ।। লৌরেম্বম দেবসিং হাতরি । খিংনুঙ্গৈদগী লৌরেম্বম অতোনবা লাক্তে ।। চাংবা লৈমদগী লৌরেম্বম অরোই লাক্তে ।। মোইরাংদা লৈবা লৌরেম্বম নৌরাং লাক্তে ।। লমশাংদা লৈবা লৌরেম্বম শ্রুপগী য়ুম্নি ।। রাইখোংদা লৈবা লৌরেম্বম চেকয়ান লাক্তে । অশুম্না য়ুমদানখ্রে ।।

মৈতৈঙু লাইনিংথৌ উরা কোন্থৌবগী স্না পুক্তি'বু নোংমা নোংমগী অরাবা মুংশি মুংতোনবগী রাথন্না স্না হকচাংবু পুস্নিল্লক্রে । মচা ইবুংতোশিংনগা য়ুমদা য়ুমখাইবুন লৈতোংনবুনা লৈনখিবনে ।। মচা ইবুংতো নাওথিংখোংনগা মরুং মতম চাদনা মফম খংদনা মাংখিবা, কনাগুম্বা অমত্তনশু ঈ-পাউ শানবশু তাবা ফংদবনে মচাবু শি চংলি লৈথংদবগী অরাবা রাথন্না লিফা লিপুন্নখিবদগী মৈতৈ-ঙুগী স্না হকপু অনা লাইংং লৈখংদনা মুংশি মুংতোনগী লুম্নাংনা লাইনা ওইবুনা নেংমা নোংমগী স্না হকপু শোকচিল্লক্রে ।। মৈতৈঙুগী দমক্তা মযুম শখাই পুম্বনা রাওন্নবুনা লাইমিংথোই শম্থোং মিংগোই শনা মহিরেনবু থাগোন লৈপাইনা মৈতৈঙুগী পুক্তিবু লৈশাংনবা খৌনি থাগোন্নরকই, স্না কংলাবু অওম্বা ফমদৌ অশাই অশম্না চেকশিন্ন লৈতাক্তৈ লৈতাক লৈকমলোন শংলেন্না লৈফম খুদিংবু লৈখিনা ইরাং পুকম থাগোন্নবুনা য়াইফং খৌরম্ লৈনিনৈয়ে ।।

## শেলোই লংম্নাইনা শাতানবা শানা নাওথিংখোংবু লৈফম খুদিংদা লৈথিবা

লাংবচকী কুমশিং ৩৭৬১ নোংদালাই কুমশিং ৬৫৩ গী মমুংদা মৈতৈঙু লাইনিংথৌ উরা কোন্থৌবনা মুংশিং মুংতোম্না খঙবা মচাইবুংতো নাওথিংখোংবু স্না নাক্তা লৈববু মাগী চংলমু

চুমদবা পাগী পুগী ইচিঙ্গাকপু নত্তবা হেক হেক চাব। নামুং থৌরম্বু অঙম অথৌশিংনা হেক হেক উঙম্বদগী অঙম্বশিংনা ব্বাহোম্লকুনা মৈতৈঙ্ন। শাওহুন। ব্বারক থৌকাওবদা শাওহুনা লৈফম থংদন। কোইজাইনহুন। লৈখি হাইব। তারকুনা নোংমাই লাল্লোই ৭ না মপ। খুল্লাকপা হাৎখিবগী লমনবু মৈতৈঙ্দা লনশিঙ্গে নিংববু থৌঙমদনা লৈঙয়কপবু নাওথিংখোংদা লনশিঙ্গে নিংঙমহুনা লাল্লোই ৭ না লৈখিববু লৈখংদে, খুঙ্গং খুদিংদা লৈচংহুনা ব্বাহং পাউহংববু ব্বাথংবা ঙমদনা নোংমা নোংমগী লৈফম্বু কোইজাইনা থিঙম্লকই ।। মতম অশিদা নাওথিংখোংবু হৌ কংলৈ লম্মহনবা লৈবাকপু মতম থর থাদোকুন খাগি লৈবাক্তা লৈঙমলুবদগী মমুম কংলৈদা লৈহল্লগে লাকপদা উমং ব্বামদা লৈথিনা লৈহল্লকপদা ফুনাস মচীংশাং তারক্লে। নোংমাই লাল্লোই তরেৎশু অশুন কোইজাইনা লাকপদা লৈফম অহুদ লমংক অমা শাথেংনহুনা লমওক অহুবু ফাগদবগী হাৎকদবগী মখোই মচিন মনাও ৭ না শালাওখোনবু লাওহুনা শারম থংনা তাম্লরকই ।। শলাওখোলবু নাওথিংখোংনা তাঙম্লে ।। মাবু ফাগদবগী ওইনা খন্দুনা মপুক অকি তুচুংববু তাম্বংহুনা মপুক চনম্লখরে, লংমাই লাল্লোইনা খোংদারক্তবা মাইকৈবু লৈয়েংনা নিংশা মৈবা চীং, থবাক মৈবু হৌঙম্ন য়াংলে লৈফম থংদনা চেল্লকপদা লংমাই চীঙ্গান তাবক্লে ।। মতম অশিদা নোংমাই শেলোই খুল্লাকপগী মমোম পেতংঙাবু মশাইকোন নোংমাইথেন লোক ইকোন্দ। কুমহুনা ইশোকপদগী ইশাইফুবু লুব্বাইদা থোংনা মরাম য়াইদা লৈহনগদবগী কাখংলকই । মাওথিংখোংনা নিংশা ইহুন ফুইন হোম্লা চেল্লকপদা লখৌগা লৈভিন্ননা লয়োং লৈফাংব লৈফম্বু থোকঙমহুন অনিমকপু শকইনরে । ইশাইফুবু উবদা ইথৌ লাংনা থৌনাও মৈবা চীংনা চেল্লকপবু ওইবগ অমুক হেন্না ইথক্লিংহুনা পেতংঙাবু য়েংহুনা লেপ্পুন লৈঙরে । পেতংঙানা ব্বাহংঙে, ইদু নংনা কল্লা চেংক্লগা লমলোং লৈফম অশিদা লেপ্পুনা লৈঙম্ববু কদৌনুংবনো ? ইদাইরেন ঐদি ব্বাথরেদ অকি তুচুংগা লোইননা চেল্লকপনি মুংশা মৈশা অশিবু লৈথাংনা শালাওখোন অকনববু তাঙম্বদগী ইখে লাংবনা খোং থাংববু ঙমদহুনা ইদাইরেন নংনা শোক্লক্লৌবা ইশাইফুগী ঈশিংবু ঈনিজহুনা থব্বা খজিক্তং থকচববু তানকঙ্গবরা লেম্মনি, ঐন হম্না হম্না য়েংবদি শালাওখোনবু লাওহম্না শাথংনরিব মখোই অহুন ঐবু তাম্লরকপরা য়েংঙম্বনি ।। ইবুংলোই ইশোকপদা ঙাইবা ঈশিং অশিবু থক্লগা চলিংবু করম্না ঈঙ্গবনো কমদোনা অকি তুচুংববু লৈকোক্লনি ইরাম য়াইদা অয়োকপ ঈশিং লৈহোই চলিংবু মরা তপ্পা অকি তুচুংববু লৈকোক্লব থকপীরো পোপ্পী ইশাইকোনগী তলাদ কাইদোংনা খোইতং খোইদানা থকপীরো য়েক্লবম্ব লৈচংলকপা থৌঙয়োই ননাওবু লমজিং মাংখানজগ ।। পাউশারগা মিৎচি মিংলৈ তোরা লৈথম্লম্মগা চংখংখরে ।। নাওথিংখোংবু তুংইন শলগুন ইন্দুন নোংমাইগী মরাময়াইদ লৈচংন ফম্বান্দুনা ইথৌলাংববু ইকোক্লা খোইচং লৈভান থকঙরে ।। ব্বাংলেন ঙাইহাক পোথারগা ব্বাহোম্মি, ইদাইরেন ইথৌরাংবা খাংঙমদরবা মুংশাগী মৈশান। য়ৈবদা ওলাং ওনশাও-বনা লৈঙমদরবদ। ইদাইরেন নঙ্গী নশাইগোম্না মনা মরোং চুম্লবা পামেন তল। মরুম ওইনা

লৈশিনবিদুনা খোইজং লৈস্তানা ইশকচবব্ স্তানকংহনব। অসিগী লমনবু করিনা শিংঙমশিবনো হৌ- জিক্তী লৈশিংলগ্না ঙমদরে ঐদি কাইদোং লৈফম লৈভরিদো ঐদি লৈফম খুদিংদা লৈরোং লৈকোইন। ইমিংবু লৈফম খুদিংদা লৈহোংনা মুংশাং লৈরোং লৈঙম্লিবনি ।। ঐ অশে লাইনিংথৌ উরা কোম্পোবগী মচানি ইমিংদি হোংনেম লৈথুম্লাও হাইনা হৌজিক লৈঙম্লিদো, কংলৈ স্না খম্বালবু লৈশংব। লুচিংবা শিববু লৈকম্লনা মতমদা ঐগী ওইথম কম্বাল লাংবী লৈমরেল কম্বাল ৭ লুচিং লৈকপী লৈনরেন লৈহাপকে ইবুধৌ পাখংবন। তাবিব। খংবিবা ওইশমু থৌরম অশিনা নঙ্গী লমনবু লৈশিজবা ওইগেদো ইশানৌ নঙ্গী মাংদ। থৌহু খক্তা ফমহুনা থাংলেন ইথুৎশুবু চীক্লা রায়েপ লৈশক্রুবনি কাউগমু লৈঙমহৌরো মতম খরা লৈরাংলি লৈরোম্ভুনা লৈরুখিগে মতমগী খোংরাইশু থেংলক্রে লৈহৌরো ইবেম্মা ।। ভাইবিখো মচা ইবুংঙো মুপীজনিনা থৌখল চৎলম্মু কাইথরে ননাইবু কুবি নোংদম্লবিও লৈফম কৈদ। চেক্লাগী কাইদোংনবা পামেল অচৌবা লৈরিবগে লেংনিখিং ননাইবু বারেপ বাশকচরবনি কনাম্নুংবু শু খংহন উহল্লোই লৈহংলরবশু লৈতাক্লোই নীংঙোল ঐগী চরৈ নমথাং লৈথংফম তাবু লুবাক মুংদবু নীংঙোলগী খোইজং লৈতাজবা চরৈ নমথাং লৈ- জবব্ হৈরাং লৈরংনা লৈকুপ লৈথংজবব্ লৈতম্না লৈথম খৌখল তানফংজগে মতম্মু লেল্লবা ওইনা লৈবিখো মন্নুং মতম লাকপদা স্না খোংলেংনবিও য়োইমম্লাই মতমশু থেংখরে কাইদোং লৈফম লৈয়েংবশু মুঙাইররোই ইনাম হুংদা লেংশিন্নব কুবিও পাওশানহুনা হোংনেম লৈথুম্লাও=বাও- লিংখোংবু পুশিন্দুন লৈগন্নে ।

লাংবচঞ্চী কুমশিং ৫৭৬২ নোংদালাই কুমশিং ৬৫৪ চংবগী শজিবু থাজা নিনমাং ১১ নি পানবা নোংমাইজিঙ্গী অযুক্ত মচা ইবুংঙো হোংনেম লৈথুম্লাও=নাওথিংখোং লোম্ভুনা লৈরম্বদগী মপাল্লাংদা লমথোকপা হৌরে ।। স্না পুক্লিংগী লুম্নাং লৈথাবদা ঐগী চহী অশিবু শাথোকপা ইওম ওইঙম্লক্রে হাইহুনা মতম অশিদা মচা ইবুংঙোগী চহী কুমজা হুমফু—৬০ লৈচংলক্রে ।। কুমজা অশিদা নোংমাই শেলোই লাল্লোই ভরেং হাইবা মচিন মনাও ৭ শেলোই লংমাই কোই, শেলোই লংমাই অবুংকোই, শেলোই লংমাই খাবুংতোন মচিন মনাওনা চীংশাং লমকোই লময়েংনা শাফা শাদানবা শানা কোইজাইনরক্তুন হাওকপ চীংশাং মনিংথৌ ফুনালবগী লম্বু লানশিল্লক্তুনা ফুনালবা খুল্লাকপা মনিংপোবু লোইচনগে রাখল থৌরাংনা লানশিল্লকপদা মথোইগী মরামরাইদা মচন পেন্থংঙাগী য়ুমদা মৈতৈঙু লাইনিংথৌ উরা কোম্পোব। হৌ কংলৈ স্না পুংমাইয়োলগী লুচিংবা পিবগী মচা ইবুংঙো নাওপিংখোংব মমিং লৈহোংন। হোংনেম লৈথুম্লাও হাইনা লৈঙম্মি হাইববু থুম্মাল্লকপদা তাঙয়হুনা ফুনাল লানশিংনগে তৌববু তোক্তুনা মরামরাইদা হনঙম্লক্রে য়োইমরাই মতমশু খরা থেংলে চীংশাং চৎঙম্লকপদা য়াচংবা মতুং ওইনা থোক্লরে ।। মচিন মনাও ভরেংনা শালাওথোলবু শাদম্না লিরুং তেনবু নাক্তা, নমদা য়ান, টাবাক খুৎলাক চেৎনা পায়হুনা মচন মুম্বু ভম্না চেনশিল্লক্রে ।। শলাওথোলবু তাবদা পেতংঙানা মপাল লাংদা থোংবু পুন। খানা থম্লগ।

মপাম্বোম অনিবু তিংনা লমণংনতুন পাইশারকই ।। ইবুং তরেং ঙাইঙমখো নচনগী লুয়াং রাবু তাদ খংদনা করিগী অতুক খোইশাওবনো নখুবাক্তা তাঙয়বা য়ারৌ শা নচম্না থাকচবা লাংদা লৈচংনতুনা লৈথয়বা য়ারৌনা লাঙ্গী লংলবু তংত্রিঙৈদা নাম্বোক্তুনা করম্নবু চেনখিগনি, রাংলেন ঙাইহাক্তদি লৈঙমখে নচন ঐনা খৌরম খরদং পাউশাববু তাবিখো ।। মবুং তরেংনা কেনা চাম্না নাওয়োক্লিবী মচনগী র'বু তাবদা মচন য়ুম্বু তারি কাথংপা খৌঙম্নদনা মবুং তরেং লৈঙয়ে । পেত্তংঙা নংনা করি লৌখাম্বনে ইপা হাংখিবগী লানশিংনগে তৌবনি মৈতৈ নিংথৌ মচা হোংনেম লৈখুঙ্গাও কৌশিম্নরিবা নাওখিংখোং ।। মাম্নি চুম্নি নচন ঐশু পনথৌবু হাংখিবগী লমনবু লৈশিংনবা থম্বনি মুপীজাবু ওইবী নচম্না ইবুং তরেক্ত লৈশিম্নজগে হাত্রবগী, অতুবু নচন ঐগী রাশক অশিত্তদি কাইহনবিম্নু ইবুং তরেনা ফিগাও শানা নিজগে, নচম্না খোইজং খোইদজবা লৈশানা কুমজা অমা লৈহেম্ন থুপচানতুনা লৌখাম লৈযনলকপগী অয়েন লংজবা ইরানবু লৈকোক্লবা রাহৈ অম অনিদং পাউশানতুনা তমলেন লুকোই খরদং লাংতুনা পিজ পিথকনজখিগে রাংলেন তুংগুনমুক্তদি ঙাইবিখো মচন রাবু তাবদা মবুং তরেংশু খৌয়াবিতুনা লৈরে । মবুংলোই তরেংনা পোখ্বানা লৈঙম্নবদা মচম্না রাংলৈ ঙাংঘ অমবু পুখেক্তুন অরা লৈহন্নব থকচম্বৈয় লানশিম্নি ।। মবু তরেংনা রাংলেন অমদা লোইঙয়ে ।। লোইখিবগা অমা অমুক লানশিন্দুনা পিথক্তুনা মথং মথং পিথক্তুন লৌখাম্ন লৈথম্নক্লি ।। মবুং তরেংপু উহন্দনা ঙাংঘ অমদ, মুং মতুম খরবু হাপ্পুনা মৈ কম্না থাতুনা ফুক্কুনা পাম্নাও ফুংপা শানা ফুংলগা চয়েম চেংজেন ওইনবা চাক খরনা তোঙাম্না থোংতুনা থৌরাংজে ।। মতুদা হক্লা কুইশিম্নক্তুনা মবুং তরেংনা রাহংভি, করিবু কমদৌরিবনো পেত্তংঙা নংনা ফুংলিবা পান্দুম অতুবু মুন্দ্রিবরা মুম্নবদি পিজ পিথক হৌনবা তৌজহৌরা নংন থুপচানরিববু মশক উনিবনা খাংবা ঙমদরে ।। ইবুং তরেং ঐশু লোইজনিংলবনি পান্দুম পাম্নাও অসিত্তদি মুম্ননা মুংলগা খরদং পিজগে তৌবনি য়েংবিয়ু মুনবর পান্দুম পাম্নাওশে হাইতুনা অমম্বতুদা ফুংলিবা মুংতুম তত্তু অমতং কোংথোক্তুনা য়েংহল্লি ।। মবুং তরেংনা ফম্বদি মশ, তাইরংনা মমিং উইরুম উইরুম্না তুংহুম অকুংপবু পায়তুনা য়েংভি, ইস শাইগাই মুন্দী মুন্দ্রিদনা ফুংলু ফুংলু মমুম্নক্লনি হ য়তুনা মচনগী মথুক্তা পিতুনা ফুংহল্লে ।। খুদক অতুদা লৈয়ু ঙাংঘা অনা অমুক লানশিন্দুনা পীথকই ।। অশুম্না মবুং তরেংপু লৈয়ু রাংলিনা খুদম চন্দুনা লৈখিনববু থৌরাংনতুনা থেমনৌনা লৌখাম্নতুনা রাংলি লৈয়ু পিথক্লকপদা ঙাংঘা অমবু লোইনা মবুং অমমম্না থকঙমখিতুনা লেপ্পুনা ফমতুনা লাওতুনা লৈববু য়ারক্রে মালেমদা তু—তুচনা তুমিন তুমিন য়াহিপ্নতুনা লৈখি ।। মবুং তরেংনা ঙাওতুনা তুতুনা লৈববু উরতুনা মথেন লুকোই খরদং শেন শাতুনা হাইরকই মিংস্ন, ইরা খাংঙম্না ।। মচা ইবুংঙো লুক্লেন অশিবু খরদংবু হানিম্নু ননাই ওইবীনা তরা রালহৌতুনা কংচবা লুকমন তানফংগদনবু কোরৌ অসি মঙাইরেদো হাবিদবা তৌবিগম্ন ননাইগী পেম্নহৌবা ওইজগে ।। ইদাইরেন নংবু রাগম্নু কপকম্নু ঐগী ইম্নং ইতম লাক্লনি করিগী চারোইদবনে পোক্লবদি শিগদবনি

শিরবদি পোক্কদবনি ইবেম্মা নঙ্গী পাউশাবু ঙাইবনি কদাই ঐনা চানবা চাক্তি ? মচা ইবুংঙো লুক্লেন অশিনি ॥ কদাই নঙ্গীদি ? কুবিনি নোংদম ঙসিতদি লুকমনবু তানফংজখিগে ॥ উম নোংমাই নঙ্গী লমন ঐনা কমদৌনা অহুদি ঐ চারগে নঙ্গীদমক. পাউশাবগা তরা লুকমনবু থরা থজিক চাঙল্লে ॥ লুকহারিঙৈদ মদাইরেন পেতংঙান চয়োম অহুম্ব নিংথি চংথোম্না য়োনহুনা লৈথল্লে ॥ মচা ইবুংঙোনা রাহংঙি, ইদাইরেন নংবু লোইদরিবরা চারোরো অহুগা ফুংলিবা অহুনা করিনো ? মচা ইবুংঙোনা রাহংঙি, ইদাইরেন নংবু লোইদরিবরা চারোরো অহুগা ফুংলিবা অহুনা করিনো ? মচা ইবুংঙো পাম্লাও পান্দুম শাহুনা ফুংপনি মুংবি মুংবা মচানি ॥ কদো-রিব ? ইবুং তরেংপু লোখাম লৈথম্নরিবনি ॥ কমদৌনা ? নচন ঐনা পিজগে থৌরাংজবা পাম্লাও পান্দুম্ব মুন্দরি, পান্দুম পাম্লাও মৈমুল্লগা পিজখিগে হাইহুনা ইবুং তরেংপু লোখামজহুনা রাংলৈ পুকয়বু পিথক পিথজুনা লৈথম্নরক্লিবা মুং অফুংপনি মুন্দরি পেত্তরি পিজবা য়াঙমদরি হাইতুনা মৈবু থাহুনা লেপ্পবনি । থংলে ইবেম্মা নংগী থৌরাং হৈশিংবা লাও নংশু চারোলাও । মচা ইবুংঙো লোইবিখো চয়োম অহুম অসিনা লম্বা চেংজেন ওইনবা পুবিরো ম্না থৌখন ওইবা থরাই লান্না লৈথিনজখিগে হনচল্লক্লগা লুকমনবু ননাই তানফংনজগে ॥ পাউশাবু তাবদা মচা ইবুংঙো হোংনেম লৈখুম্বাও=নাওখিংখোংনা লুকহা ফম্বান্দগী লেংখংলজুনা পেতংঙাগী খুদাং পায়হুনা লুকহা ফমদা চিংশিন্দুনা ইদাইরেন ঐনা তরা চাক ইম্নমগে চাঙমশি হাইনা চাক চহুম তরুক লৈশুনা ইন্দুনা পিজরগা খুং শেংদোক্লহুনা চাবা থকপা লোইঙল্লে ॥ চয়োম অহুম্বু হোংনেম লৈখুম্বাওদা পিরগা হাই, "হো চক্লা নোংমাইপু ঐগী মংলান্দা করিগী উহল্লম্বনোন তৌনা খোই-জংনহনবা নরাহৈনা খোইদাহনখিবা করম্ন কাউঙমশিবনো, চক্লনা কোইজাইনহুনা তলা খুদিংদা কাইদোংনবু পোম্বীনা কোইজাই লৈখিরক্কে, চক্লনা কাইদোংলম্বা তলানা মনা মরোং মশা পুংল-বগু পোম্বী ঐবু কাউবিগন্নুকো" হাইনা হোংনেম লৈখুম্বাওগী থোং অনিবু লৈশোক লৈপাইনা পাউমেন্দুনা নিংশা ইভন য়েংবিরো খোইয়ুম ৫ বু থাগোম্না খোংলেংথোক্লবা থৌপুবিরো ননাওদি মিংলাংনা য়েংনদা উবা লমদম মখৈতদি য়েংজগে চক্লান কোইজাইনখিবা লমদম মাইগৈতদি খংজনবা লেংবিরে নোংঙান তুবু উরক্কে শেলোই তরেংশু য়াকৈনবক্লগনি পাউশানা মশাবী হোংনেম লৈখুম্বাওবু ইরাং লাম্না থিন্দোক্লুনা মিংনা উবা লমদম মখৈবু খোইজং খোইদানা মিংম্না ইরা থাংনা মরাম য়াইদ লৈচংলগে হনঙম্নকপদা মবুং তরেং য়াকাইদে থৌরম্বু উবদা লাওহুনা মবুং তরেংপু কৌহুনা অবাক তম্না চেনশিল্লক্লে ॥ মবুং তরেং শলাওখোন লাওবা হৌগংলক্লে, করি তৌরে. কদাইদা লৈঙগা ? ঙাইখো ইবুং তরেং তাম্লু কংলৈ পাংনা চেনথরে নচম্না নমথাং পায়হুনা য়ান্দুনা তাম্নবু তথ মথৌনা ফবনা ইথ্ৎহুনা থল্লক্লে. চাথকপা লোইহুনা পাউশা পাউথেমহুনা মতম করা মুংশাংনা লোপামহুনা লৈথম্মি হৌগৎপরা হৌগত্তে, ইবুং ঙালওম্নক্লবা ফাওববু নচন ঐনা ইবুং তরেংপু কৌহুনা হৌদোকচম্বদা চৌনবু মেন্দুনা থরাই লাম্না থাংদোক্লগা ঐবু ইথ্ৎরম্মগা চেম্বথরে অরাং পাংনা কারগা কংলৈ তম্না চেনথরে ॥ মচনগী পাউশাবু তাংজ লুক্লা তারগ

মচিন মনাও তরেৎপু টাবাক পায়দুনা শমজি খাইনা তান্নরক্নে, তান্নবা মাইকৈদা কনাবু চৎখিবগী খোঙ্গুন অমা য়ৌনা তানফ'নদে, নুমিৎ মুংথক খাল্লক্নে রাবনগু পন্থেংনদুনা মরাম য়াইদা লৈহল্লগে হাইদুনা লৈহল্লক্নে ।। খুদক অতদা পেন্তংঙাবু শম অমদা অফুৎপা মুংদুম মুংবাবু হাপ্তুনা লুরাইদা শম্লি লৈহাপ্পা মিংসুন ইরা চেন্না পোপ্পী কোইচাইনা চেক্লাগী কাইদোংফম্নু লৈখিগদবগী মুবাং যম্ভোং পাংনা চথখরে । খৌরম্নু মবুং তরেৎনা লৈখংলদুনা খৌরম অশিদি মবুং তরেৎকী মম্ন'দা নাইতোম শাৎচরকপী ইচনগী নিংজরকপবু কাইনব. পরম্নু ওইরয়ে ইচিন ইনাওনা নিংঙ্বা খৌরম অশিদি ঐখোইবুনা অরাং নোংচুম্মাংনা তানহল্লি, মাদি নোংচুপ যম্ভোং পাংনা চৎখিবগী খোঙ্গুনবু তাঙম্লিনা মশিদ। ঐখোইনা খৌঙম্নু লৈতাল্লবদি অনতা ঙাইবী ইচনগী নিংজবা খৌরম্নু লৈমুংনরনি ঐখোই লৈথিবা তোক্লশি ইচনগী মনিংবু লৈখুংজবা তাম্হেংনব: ওইরশনু ইনাওশা হাইনা ময়াম্ন। শেলোই লংমাই অমুকোইনা লৌখামদুনা লৈথি লৈতান্নদরে ।।

## হোংনেম লৈখূঞ্জাওগী খোংচৎ

হোংনেম লৈখুঞ্জাওনা লৈপাং খোংশান্নববু হৌ ঙাংঙাইবু য়ৌঙম্লকুনা ঙাংঙোই পনখোঙ্গী খোংনাং মখোংদা চয়োম্ন থোক্কুনা মপুক লুয়াংদা মশানৈ পেন্তংঙাবু খাগোম্না অরা চয়োম্ন চামিন্নে রাথম্না মুংশি মুংঙোন পাউশানৈ খোংশাল্লশি রাহৌনদুনা কেগে লমদম পাংলক্নে । কেগে মাইগে খাথ'বা মোইরাং পনবান অরাপ্পা লোক্লাক্লা শকয়ে মুংশেল খাল্লিব লোক্কাক খোংবান তারক্কুনা নোঙ্গ হাইজ লৈশিংবা হোংনেম লৈখুঞ্জাও কেগে মোইরাং কৈরুংবা লাইমুজাম্নগী মরাম য়াইদা নোংকোরৌ ৭ নি লৈপন্দুনা লৈঙয়ে । মতম অসিদা মদাইরেন পেন্তংঙাবু মশাখিবু হৈন, খোঙন লৈখিনা খোংশাল্লকপবু ঙাংঙোই পনখোং য়েঙয়ে চয়োম চাখিবগী চয়োম লাবু তারয়ে, হাওগ তোংদম লাবু উরগা মিংসম্ন, ইর পাংনা নশাখিবু নিংশিং থাগোম্নঙম্মি, অচং অওক খেংনবা কোঙ্গাইনা মুরাগী চংলম উবদা শোন্ন য়েংনদবা য়াওখিদে ।। পেন্তংঙানা মশাখি লৈহংলকপা রাবু হোংনেম লৈখুঞ্জাওনা পাউশা তউয়োম্না তঙম্নদুনা মপুক অকি তুজুংনদুনা অহিংদা কনাবু খৎহন উহন্দনা কৈরুংবা লাইজুজাম্নদা লোনহাইনরম্মগা খোংশাল্লকুনা হৌ থরে লম্মহনবনা কোনবা লম্ন খোংদারকুনা রাংমু, শুংমু খোংদাবম্মগা ককচীং লাইগী চাঙ্গোল লাকুনা হৌ লাল্লোই লম্মহনবনা কোনবা হৈরেংক. রাংজিং তাঙমদুনা উশোই পোকপী, লিলওক তানখেংনরম্মগা হৌ রাইরংনা কোনবা লম্ন তারক্কুন নয়ুম অঙোম শরিকপগা থেংনদুনা শরিকপনা মচা ইবুংঙোবু উবদা নিংশিংলকুনা থেম্নৌনা পুরকুন। শরিকপগী মশাইকোন্দা লৈশিন্নরে ।।

নোংমাই চন্ন পেন্তংঙানা হৌ কোগ লম্মহনববু খোঙ্গদুনা মশাখি নাওখিংখোঙ্গী খোঙ্গুনবু লিরকপদ মোইরাং কৈরুংবা লাইজুজাম্নগ: থেংনদুনা পেন্তংঙাগী মতৌ উবদা রাহোন্নে ।। নোং-মাইদুনা খোইজিন্নঙ্গী থুপচাননা লৈশিন্নবা রাবু রাহংজবদা লাইজুজাম্নবা তাঙম্লক্নে । ইমোম নংবু

ভাইদুনা নশাবি হোংনেম লৈথুজাও—নাওখিংখোং মচা ইবুংঙোদো ইশাইকোন্দা নোংকোরো ৭ নি লৈরম্মা ইমোম নংনা লৈখিববু নবুং ভরেংনা লৈখিবনি হাইনা তাঙমদুনা ইমোম নঙ্গীদমকপু লৈশিন পাউশানরম্মি লৈখিনরক্লগসু ঐগী কাইদোংবু লৈখিবদা রাবনি লৈথংবশু থোঙম্লরোক্ত ঐবু শোইদনা কংলৈ মা পুংমাইয়োন্দা লাক্লগনি নমুং ইতথু অমা বাথলবু কোক্লনি হাইরম্মি, খোংশান য়াংলমদি তাক্লমদে অহিং অথেংবনা কনাবু থংহন উহন্দনা লোক্তাক ইপাক লানঙমখ্রে ঐন। নশাবিগী মতৌবু য়েংজনিংদুনা মাবু থংহন উহন্দনা নারোং নাথুপ্পা য়েংবদা উহৌ থংজহৌবনি লাংলেন নংবু অমুক কোইজাইরুরমু ইশাইকোন্দা লৈঙমো ঐদি ইমোম পারি তানফংদবা লাইজু- জাম্না ঐহাক্না ইমোম শক্না মতম থরবু নাওয়োক নাওকোন তানফংজগে। নশাবিনা কংলৈম্না পুংদা কাইদোংলবা মতমদা থরাইথক্তা লৈহাপ্পা ইমোম শেম্বী নহাকপু থোথাম লৈহুন লাংবগুম লাংঙম্বু তানেংজগে। পাম্বো শকপা ও ইশাবিনা লৈকম অশিদা লমদন য়াঙ্গোইনভম্মু তাক্লমদে পম্বো রারো খোইশাওনবিগনু নমোমগী অয়োনববু ভাকপী কুবিও নমোম শেম্বীবু লমদল্লরোই চংলগে নপারি খোঙ্নবু তানফংজবরা য়েংলুগে শাখোক্লক্লে ॥ লৈফম খুদিং কোইচাইন। লৈখি- রকপবু চেক্লানা নোংকোরো লৈচুপ লমদনখিদবনা ই-পাও তাবগু তানফংদে চেক্লাগী কাইদোংকম লৈখংদবনা পোম্বীনা কোইচাইনা লৈফম খুদিং লৈচংনা চেক্লাবু লৈথিনবদা পোম্বী কোইজাইন- খিয়ে ॥

## নাওখিংখোংনা অঙোম য়ুমদা লমদনবা

অঙোপাম্বা শারিকপনা বাহং পাউশানরক্লে পারি নংবু কনানো নমিং করি কৌবা পম্বো কনাগী মচানো পলেম কনানা পোকপনো? ঐদি হোংনেম লৈথুজাও কোঐ, পম্বো পলেমদি নৌনা কাইনহৌবনা মিংলেন লৈছুন্দি থংহৌদরে ঐবু কুমজা ৬০ লৈচংলে পোকঙম্বদি কংলৈ পুংদা পোকপনি ঐনা য়াঙ্গোইনবদি মীরমলেন ইরম্লেন লৈকোইন। এলুপ শখাইপুম্বনা নাওয়োক নাওকোন শিন্তাক শিন্দম্লবিরকপনি ॥ উম পারি ওইঙম্বদি য়াই অদুবু পারি নংশিবু অচম অরাম্বগী মচা মশুদি লৈমান্দে লৈথুপ লৈথম্বা লৈঙম্নবদি রাশেং লৈতাক্লৌগবা ঐনা নংবু খোইজং খোইদানা রাখল্লরি লাইনিংথৌ কংলৈ পিবা মৈতৈঙ উরা কোম্বোবগী অবা লাইনা লাইকন= নকম লৈথংনদবা অশিবু লাইকন পরম্বু লৈথংনবা মশক্তম্বু ওইনা নিংঙম্লি লৈথুপ লোঙ্গানগমু। পম্বো শেম্বা মৈতৈঙ মা হকপু লাইওং লৈথংনদনা ইঙমৈ হাইববু কমদৌনা করিমুংদগী? পারি হোংনেম লৈথুজাও করিবু মুংদগী ওইগবা অহন মতম্মা ওইবনে পুন্সি মুংশাংলক্লবনিনা

পাঙ্গল ময়েংশু তাঙয়ন্নক্লেদো অতুগী মথক্তা মচা ইবুংঙো মখৈশু স্না নাক্তা লৈতন্নে ময়ুম য়ুম্বান-নতুনা ময়ুম য়ুমখাই য়ুমদানা লৈনখন্নে স্না থোৌখন্দ্রি লৈচংলকই হাইববু অতুগা মচা শমদোম অমনা ন্নায়ক থৌকাওনবদগী চংখিবনা লৈথিবশু লৈখংদন্নে মৈতৈঙ্‌না খোইজং খোইদজবা মুংশি খোই-হেজবা মচাবু লৈফম খংদনা . মাংখিবগী অন্না ন্নাথন্না থুমহংনখিবগনা স্না হক্তী অনা লাইথুং ওইবনা লাইয়েং পরম্ব লৈখংদবনে ।। অতুবু নোংদম মরু লোংমুজাম্বনা মন্নক মন্নক্তা পাউশান্নে "মৈতৈঙ্‌ করিন্নুংবু ন্নাবনো নচা ইবুংঙো মাওথিংখোং স্না নাক্তা লাকনি অনা লাইকন্নরনি নহুৎ নঙম শিনগনি" পাউশানৈ ।। মরুগী পাউশানা লাইয়েং থৌন্নম ওইঙন্না লাইয়েংনতুনা মৈতৈঙ্‌বু অন্না অনা পোত্থানন্নি অশি অচং লৈখংদনা লৈঙন্নি ।

অঙম্বা শন্নিকপগী পাউশাবু তাবদা মচা ইবুংঙো অন্না মুংশি ন্নাথন্না থুমহংখিতুনা মিংস্না লকা অনিদা ইহৈ ইন্না থাংঙম তাংজ লুক্রা ন্নখল্লক্লে ।। মৈতৈঙ্‌ লাইনিংথৌ উন্না কোনথৌববু অশি অচং লৈখংদনা লৈঙন্নরি তাবদা স্না পুক্লিং ওল্লক্লে ।। মপুক লুম্লাংদা মওল মওল থল্লক্লে, কনানা লমজিংবিতুনা ঐবু অঙানবা লম্বীদা পুবিনি ইপানা অমম লৈশানথরবদি ঐবু কনানা লৈখংপিতুনা কংলৈদ ঐবু লৈথম্বীবিনি ঐদি লৈথ. তানা মাংহৌববু তানথেংনবা তান্নেদো ন্নাথন্ন-খিবদগী লৈমাইদা ওনথোইনা থাংঙন্নক্লে ।। পান্নি শেম্বা নংবু ঐগী পাউশা তান্নগা করিগী অতুক ন্নাবনো অচুম্ববু লৈথিগে অঙানবা লম্বীবু চংলমগে হাইবগী ন্নাংবনি ঐনা স্না পৌখল লৈকরুবা খুদিঙ্গী লৈহন্নকপ মতমদা নাকোই পাউশানতুনা কংলৈপুঙ্গী ন্নাহোম্নববু তাঙনবদগী নঙ্গী লাথ্রম্ন লৈখংনবা ন্নাহোম্বনি পান্নি কোন্দ লৈশকপা ঐবু করি থৌঙম্মুগে হাইঙম তাকওম্বা নয়াখংবু থৌঙম থৌপুন্নগনি লৈথিরুগে হৌবদা মচা ইবুংঙোগী চেংলোবু ঐনদি লৈখংহৌদবনা ঙমদনা লৈবনি মন্নমদদি লৈথুপ্পন্নবিগম্নু ।। পনথৌ ভাইও অঙম্বা ঐ অশে করিগুম্বা অমদগী ইমিং লৈহোংনা লৈথুপ্পবা য়াদবদগী হৌংনেম লৈথুপ্পাও মিংচনবু ইন্নোমদে ম্না ঙমক্তনা লৈঙন্নীবনি পনথৌগী নোংদমদগী পলেম্না পোকঙন্নবদা ঐগী মিংচন তম্বদি নাওথিংখোং হাইবদো অচুম্বনি ঐনা কংলৈপুংবু লৈথানবদ ঐগী কুমজা ১০ লৈচংনবা ইতমদগী খোংশাম্নবনি ঐনা লৈকোইববু কুমজা ৫০ লৈচংলে ।। ঐ হৌজিক কুমজা ৬০ লৈচংলবনি ঐনা লৈবাক অসিগী মাইগৈ মরিদা পনশারিবা চীংলোন ৯ বু লৈকোই লৈথুংলম্লগা নোংচুপ মীরমলেন্দা কুমজা ৫ বু লৈচুপ্পা লৈঙন্নম্মিদো ।। অন্নাংলমদা তেখাওশিঙ্গ কুমজা ১০ লৈমিন্নৈ, চিংখৈ নোংপোক্তা উন্নান্দুনা খাগী লৈবাক্তা কুমজা ২০ বু লৈচুপ্পা লৈঙমতুনা কুমজা অহুম্বু কবো শেম্বী পুংদা লৈন্নগা কংলৈপুংদা লৈহন্নগে লাকপদা য়াংলৌ ঙম্নবা থোংদারুতুনা নোংমাই য়ুমদা কুমজা ১ লৈঙম্মগা লাকঙম্বনি ঐবু কংলৈ য়ৌঙবা য়াঙমগদন্না ন্নাথল লুম্লাং লৈথন্না অতুবু ঐবু কমদৌনা ? মচা ইবুংঙো হৌজিক কোইজাইনবা মতম নত্তন্নে লেংশিন্নবা হৌবিন্নো পাউশানা থুজেং পালোই লৈফানা কংলৈপুংদা য়ৌঙন্নবা পুশিল্লক্লে ।। ন্নাংলেন

ঙাইহাক শংলেল শঙ্গাইগী মপাল্লাংদা মচা ইবুংঙোবু লৌখাম লৈথম্লগা অঙম্ব শরিকপনা মৈতৈঙ্দা ৱাকৎ ৱাহোয়্রে ।। পাউশাবু তাবদা মৈতৈঙ্না অরাক তম্বা কৌরক্লে, পারি লৈঙাকপা নাওপিংখোং নংবু কাদৌরিবনো নপা ঐবু মুংশি মুংঙোল লৈত্রবরা ৱাংলেন অমত্তা নপা ঐগী নাক্তা লৈঙমলোগব ।। পনথৌ মপাগী য়ারা ইখোন তাবদা ইপাল্লাংদগী কুনগী ইতম নোঙ্গুম্না য়ারা ইখোন থোক্লা কপ্পা কপ্পা পনথৌবু পাকৌনা চেনশল্লকুনা লাইনিংথৌগী খোংবী অনিবু লৈপাই পুকম থাগোল্লা থোগন লৈনিং ৱাবু ৱাকৎচৈয়ে ।। মৈতৈঙ্না ৱাহোল্লে পারি নংবূ নপা ঐদি ইনথোক্লে লৈঙাক লৈকনববু শিন্দম্নখিবতনি মুংশাংনা উঙম্নখিদরব। পারি চেংলৌ খোইচংববু নপা ঐবু উহল্লে, নপা ঐবু মুংশাংনা থাদোক্লম্মিদা হাইতুনা মচাগী খুজেং পালোই লাক্লা চিং শিন্দুনা পাউমেল্লে ।। পারি নাওখিংখোং নয়াম্বুংশিংগু মুমদ মুমখাইনা লৈখ্রবনিনা পারি নংনা কোরৌ অসিদগী লৈঙাক লৈকনবা থৌপু থৌয়েংবা ওইঙম্লো নপা ঐদি ঐগী পাউজেল তাবথেংলবনি ।। হৌ কংলৈ মা পুংমাইয়োনগী লৈবাক লুচিংব পিবা লৈপু লৈফম্বদি নামুং চীঙাক চাফদে, চৎলম লুত্তিন লাইরকচনবু লৈহোংনা নমুং চৎলম থৌপৃফদে, চৎলম খুদিংবু লৈথি লৈয়েংনা নোংদম মকুগী ময়াথংবু লৌরগা লৈবাকপু নংনা শিম্নাক শিন্দম্মীগনিদো, নচিন পাউশাবু লৈরৌ লৈচৎনৈ চাইতুনা ননাথেক নমজননবা তৌফদে অচুম অরান লৈথি লৈয়েংবা লাই মুংকেং পাত্তা লৈবনি থংঙ কাউগম্ন কংলৈ পূংদি লাইথোং মশিং য়াম্বনি নেংকোরৌ ৩৬০ থাজা ১২ বু লৈহাংদনা ইরাং থৌনি পৌপুনৈদো খোইয়ুম লাইতনা ফম্বাল লৈফম্বু লৈপুরিবনিদো পরম অশিবু কাইদনা ইবাং থৌনিরবদি লৈবাক মরা চেংনা চাকতোং ঙাহোংনা পুন্সি মুংশাংনা লৈপান্নবনি ।। শোকহৈদবা শোকম্ন, কাইহৈদবা কাইগম্ন, চাহৈদবা চাগম্ন, য়েংহৈদবা য়েংগম্ন লৈবাক অরা অনংবু মুমিৎ থাবু লৈহাংদনা তানাথংনবা থোক্লগনি । ইচা ইরমশু মীরমশু চৎনলম্ব মউ লৈথংলবনি করিবু পাউশানিংঙাই লৈতবনি চাইখিবা ৱানা অরেপ্পা ৱাশক্লি পারি নং কাওগম্নকো ।। হম্নম, হয়ুম, তয়ম খো হায়নম্লগা মিংলাং অনিবু উৎশিনখরে ঙক্লাং চেপ্তরুখরে নিংশা ইহুন তামখরে ।। মৈতৈঙ্ পুন্সি কুমজা ১১৮ নি ফম্বাল কুমজা ৯৪ নি চৎলম লিচুম্নবদি তাইবংনা খোইয়ুম ওইনা লৈপানখিয়ে ।

# ১১ নং মৈতৈঙু নাওথিংখোং



উন্দ্রা

**হায়বদি পাগী পুগী চংনলম লুত্তিন ফান্নেন**

**লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭৬৩ নোংদালাক্ত পাথ্রংবগী কুমশিং ৮৫৫ দা নৌহোননা শেমজিন্দুনা ফম্না**

মৈতৈঙু নাওথিংখোংনা হৌ কংলৈ লম্‌হনবগী পিবা ফায়েন স্না থম্বালবু লৈশংবা থোপুরে ।। থোপু পরম অসিগী ফম্বাল লৈফম্বগীদমক্ত ওইথম ফম্বাল্লাংনবগীদমক্ত লোঙ্গা লোন্দুপব খোংলমদা মদাইরেন ইরেম্মা নোংমাই চম্ন পেত্তংঙাবু লৈথিনবদ মদাইরেন পেত্তংঙাগী ইম্বাওবু লৈথিববু তানফংখিদরে চাবা থকপা হিম্না পোখবা মুংঙাইব লৈথ নদরে মদাইরেম্মগী রাখন্দা স্না পুক্রিংবু লৈফাখরে । অশাই অশন অঙম্বা পুম্বনা চাী মতম য়ামশিন্নে লৈমরেনবু লৈহাপ্তুনা ফম্বাল লৈফম্বা থোঙম থোপুনবা তৌঙন্নশি নোঙ্গাংদনা রাহেংম্ববু পাউথুনদনা লৈঙম্নগা লৈমরেন রাবু রাহৌবগা ফম্বাল্লাংদগী লেংখত্তুনা কংলৈ পুংদা লৈকোই লৈয়েংনা অরা পোখানবা লৈখাংনা লৈঙম্নে ।।

মতৌ অশুন্না অঙথশিংনা নাঙ্গাংলক্রবদা মৈতৈঙ্‌ নাওশিংখোংনা মপুক লুমলাংবু মুশি মুংঙোল রাখলবু মণ্ডল মণ্ডল লৈথল্লি, "পোম্বী নংদি চেক্লাগী মশক্তি থোকাওনগ্নরবোইদো লমদম কদোমদা পোম্বী নংবু কোইজাই কাইদোংনখ্রবা হোংনেম লৈথুপ্লাও থাকোনা নাওথিংখোংনা রাশকথিববু পাদম লৈশোইনদোবরা চেক্লানা পোম্বী নপাউবু তাজনিংবনা ইথৌলাংবী চেক্লা নোঙৌবীচানা নোংদোন তরং খিকথবা ঙাইবগুম ঙাইববু নঙ্গী ঐগী চৌন্দিন পাউশাবু শেৎনরে৷ তৎনরো নোংঙম্বনা তম্বরা ওম্লোকইদা ইদাইরেন পোম্বী চেক্লা অনিবু মুরাংথংলোক চৌংথৈ পাং. পনম নিংথৌ লোকচৌংদা ঙংবাল্লা, হাওগা লারাক তোংদমলা, মরিং থাংরাই পাথংনা থাংলেন খুৎতা পায়হুনা লারাক ক্লাশেং তম্না শেংপগুম শেৎনরো তম্বরা পোম্বী নঙ্গী রাখল্দা ইঙম ইশক থংদরেদো" উম নাওথিংখোং ঐ অশে লৈবাক অশিগী লুচিংবা কংলৈ স্না ফম্বাল লৈশংবনি, অদুদি ঐগী ইথৌদি ঐগী মুংঙাইনবা ঐনা নিংবদা থৌপুনবা নত্তে, লৈঙম্লিবা পুম্বগী মুংঙাইনবা লৈবাকী মনিং লৈথুংনবা থৌপুবনা কংলৈ ফম্বাল লৈশংবগী মথৌ মঙম্লি অদুবু ঐ করি মুংনা থোকাওবা ঙাক্লেদা রাশক মুংশি মুংঙোনবা ৷৷ নত্তে ঐ হৌজিক নোংদম শংলেন মরুদা রাহংদবা য়াদে মম্লাথংনা কুবিবদো ঐগী থৌঙম থৌপুনবা ওইরগে রাখল্দুনা নোংদম মরুদা রাতোম্লরে ৷৷ নোংদম মরু লোংমুজাম্বনা হাইয়ে, "মৈতৈঙ্‌ লাইনিংথৌ করিমুংবু কাওবনো নদাইরেন ইবেম্মা নোংমাইমুনা স্না থৌখন তানফংগদবদি নদাইরেনগী মরাময়াইদা লৈঙম্বীদুনা স্না থৌথনবু মঙম থরবু তানফংজখিবা অদুনা পৌগনবু তাইবংলেনগী ইপোক্লৌদি লোমখরে ৷৷ নশানৌদি নোংথাংলৈমনা কংলৈ পিবাবু ওইগ-দনগী লৈকম্লবগী মমক্তা ইপোক ইতুনবতনি লৈহৌ লৈথোম্লঙৈদা পাউশানখিবা রাহোম রাবু নিং-শিংবিও হাইনখিদবরা পাউশাবু "শুক্লা মপান শাদরি, য়াক্লোক্লা মহৈই য়ান্দরি, কুমশি মপাল শারগা নোংমৈ মতৈ ম'ম্লগা লৌজরে লৌজরো" পাউশানখিবা রাদো করম্নবু কাওরবা থোকাও রাবু অদুক নিংশিংকবনি ৷৷ হৌজিক্তি নদাইরেন্দি চেক্লাগী কাইদোংফম্বু থংদবনা কাইদোং তলাবু সৈথিজদুনা লোইবি লৈকোইনা পোম্বী কোইজাইনঙম্লি, হৌজিক নোংচুপ মেন্দে চৌংশাংলোমদগী থাংহিং ঙাংঙোই চৌংলম পাংনা খোংশাম্লরক্লে লৈথিদুনশু তানফংলরোই, মৈতৈঙ্গী থৌঙম্বু থৌ-রোইনবা কোরৌদা চেক্লাগী কাইদোং তলাগী লৈকম্বু তাঙমদুনা পোম্বী লৈকাবদি কাঙম্লকখিনি মৈতৈঙ্‌ ৷৷ মরুগী পাউশাবু তাবদা অমুক রাহোম্লে, কাইবিরোল মরু মচা নোংদম মরুনা শিত্তাক নোংদম্লিবা অশিবু ঐবু করি কমদৌনা থৌঙম থৌপুনগদগে ? মরু মচা থোংঙাইবনা হাইয়ে স্না পুক্লিংদা থুপচাম্লনা লৈথমবিরিবা নদাইরেন ইবেম্মা অসিদো মমুম য়ুমদিম্না লুত্তিন নাওদনা তাইবংলেন্দা য়ুমলিংনবা নদাইরেনবু নত্তে, লৈহম্লকুনা পোম্বী চৌন্দিম্লবদি ফম্বাল লৈকাবা নোংকোরো লুমিত্তা শোইদনা চৌন্দিন পাউশা রাহোম্লরখিগনি, থোঙ্গা চৌন্দিম্লবদি তাইবং য়ুম্লিং য়ুম্বাল চংলম্ব রারেপ পাউশাদি তাম্ভেংলরোই, লাইরমলেন্দ শিংথেক শিংথাবা লুতিন ফম্বাল

পরম লুতুং য়াবু চীন্দিন পাউশানবা রাবু তাম্নেংনবা ওইরনি । মদাইরেনগী চেংলৌবু শকয়েং মিংশেল ওইওম্নবা লৈথম পরমবু নৌহৌননা য়াহোম্নহনা লুতুঙ্গী লুভিন ফম্বাল য়াবু চীন্দিন পাউশানরগে লৈথনবিরবদি লৈবাক্কী এলুপ শথাইনা নিংজববু লৈথুংনবা ফম্বাললেনবু লৈফম্নবা থৌওম থৌপুনবা পরম থোংলম লাইরমলেনবু কাইদনবা লৈমরেনবু লৈতাপ্নবা লৈয়েং লৈথম্নহনা থম্বীরো হাম্নিরো ।। লৈমরেল লৈহাপ লৈথম্নথরে হাইবা পাউবু তানথেংনদরিবা মখৈদি নদাই-রেনবু খোঙ্গরক্লোই, পোম্বী কোইজাইনরিবা লৈফমশু লৈথিবশু তানথেংলোই স্না পুক্লিংবু লৈথন-বিহনা থৌওম থৌপুনবিরে মৈতৈঙ ।। মরু অনিগী পাউশাবু তানথেংনরবদা হুংশি হুংঙানগী য়াথম্না স্নাহকপু লৈথুম্না থকপ চাবা হিপ্পা লৈথম্লুবা তৌরকতরে লেংঙ্গাননা লৈকোই লৈথিনবশু লৈমুংনথ্রবা মশক্মা লৈথি য়াহংবদশু ইপাওবু তাম্নেংনদরে ।। করিবু তৌথম লৈথংলক্কবদগী মদাইরেনগী লমনবু লাইয়েন্দা খোংলে লৈথূনা লমশিংলগে, লৈবাক্কী নিংবা থৌদাবু থৌওম থৌপুনরম্মগে লৈথন য়ারেপ্পরক্লে মৈতৈঙ ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭৬৪ নোংদালাই কুমশিং ৬৫৬ লৈচংবগী লৈহৌরকপা থাজদা অশাই অশম অওম্বা ফম্নাইবশিংমা মৈতৈঙগী স্না পুক্লিংবু লৈথংনহনা য়াহোমথ্রবা রাবু অমুক নৌহৌদনা অমুক য়াহৌনরক্লে । মৈতৈঙ স্না পুক্লিংনগা লাংতক্লুনা লৈবনে স্না মাইথোংবু নোংকোরো অমতা লৈকা ফম্না লৈওমদবগা য়াহোম য়াবু মথ তানা য়াহোম য়াহঙ্গৎপবু য়াওমদে অহুবু তাইবং ইপোক অসে পোক্লবদি শিবা, শিরবদি পোকপা হাইবা থেংলম অনি অশিবু নোংদম্বনা লৈয়াৎ লৈথমগ্রে ।। হায়রিব থৌরম অশিবু ইনিংথৌনা লৈহেন লৈথংলিবনি মশিদা ইনিংথৌবু পুন্সি কুমজাবু লৈয়েন-বদা লৈহৌখিবনা হুংশাংলক্লে ।। লুতুং লৈওমগদবনা তেল্লক্লুনা চাদ-নাওদনববু লৈকংনহনা লৈবাক্কী মপী মপা ওইনবা স্না কম্বানবু লৈশংনবা মহুং মরেংবু লৈশিন থৌপুনববু স্না ইতম নাওকাংববু তাম্নেংলগবরা লৈথম্নরে অসিবু মতম থরবু লৈরিৎওদা স্না পুক্লিং লুম্নাংবু লৈথানিবনা য়াইফংগবরা য়াথঙ্গনজরি স্না পুক্লিংবু ? এথোই অশিবু ইম মশক থংদনা পুন্সি মতম্ব লেল-হলবিববু তাম্নেংনরগবরা লৈথল্লে । ফমদৌ পুন্সগী নেংদম্ব য়াওইদবা নংচদে য়াশক্কী মথা পোন্দুনা থৌরম্ব থৌভাইজবনি অহুবু নাওপিংথোনা কংলে লুচিং পিবাগী চংলমদি কাইদনবা লৈবাক্কী নিংববুশু লৈথুংনবা পিবাগী মওম লৈভাক থৌপুক্সরগে শোইদনা মশিদা লৈবাক্না পাম্বা শথাই পুন্সগী মমা লৈমা কমলেনবু য়াইদা এবু ! লৈহৌ কুমজা লৈহক্লবগা স্না পুক্লিং নোংদম্বু শোইদনবা ওম্ব মথৈ লৈথিনজনি পাউশামহনা য়ায়েন কম্বে মীতিন য়ায়োইনরে ।। লৈবাক হৌনা চীংবুরোই তম্নুরোই কোইজাই লৈয়েনা লৈখিনববু পোম্বীনা শাথুপ্পা চেক্লাগী কাইদোংফম্বু লৈথিবনা মবুং তরেংনা থংখিগবরা হাইহনা নারোত্তুনা লারে লাধুপ্পা লৈকোইনবনা তানথেং য়াকংনখিদে ।।

# খমগুরোন চীংয়াইশুবু লৈমরেল হাপ্পা,

## ক্যালিশা অহুম লাক্লুনা অউম্নাই ওইখিবা, মীয়ান খাংঙবোক ক্রৌনা লৈহনখিবা।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭৬৫ নোংদালাই কুমশিং ৬৫৭ কী চহোদা নোংমাই চন্থু পেত্তংঙা লাইরেম্বী হৌকেগেনা কোনবা লমথৈবু লৈথূংনা চেক্লানা কাইদোং লমদম্নরম্বা লৈকম্বু লৈথিনা কোইজাইনরম্মগা ইথাই খোংবাম্লোমদা খোংদারক্লুনা শুকম্ভ তাংক্লেং লাক্লুনা চেক্লানা লনদন কন্টংপোংলমগদববু কদাইমুংদা ওইরমগবা রাথন্দুনা থা মাইগেগী হৌ লৈকম কোক্লাইবু লৈংমুংনা পোম্বী কোইজাইনরক্লে ।। থা মাইগেদা লৈথিববু তাম্থংনথিদবনা লাইরেমা নোংমাইমু পেংতংঙা মপুক রাথন লৈতক্লকপদা হৌ কংলৈ লম্মহনবা লৈফমদা করিগুম্বা ইপাও তাবরা থোয়েংলমগে ঙাত্রবদি ঔরাং লৈফম্বু লৈতক্লা লৈথি লৈয়েংনরগে হাইনা খোঙ্গা লৈহুম্নরক্লে ।।

মতম অসিদা মৈতৈঙু নাওথিংখোংবু লৈবাক্কী নিংবা থুংনবা পিবা ফম্বাল তোংনবা থৌপুরম্মগে রাথল্লে । চেক্লানা পোম্বীবু চীন্দিন ফম্বাল লাংজনিংহুনা থাজ কুমজা কয়াবু লৈথাংনা পোম্বীনা কোইজাইনথিববু লৈকোই লৈথিনবদা পোম্বীনা খোংশান খোংদানরম্বা খোংদম্নপিবা পবম্ভ তাম্থেংনরক্লবনা রাশক রারেপ রাবু লুয়াং পিবুকমুংদা থোকাওদনা লৈথম্লগা হৈবোক থরো লোক্লগী অঙম্বশিংনা থেম নৌবা পুথংলকপা অম্ব নহা লাইরেম্বী তাইবং মশকপু পিবা ফম্বাল লৈকম্নবগীদমক্ত খমগুরোন চীংয়াইশুবু মৈতৈ লৈমা হাপ্পুনা লুহিন লৈরৌ লৈয়ারে ।। মৈতৈ লৈমা খমগুরোন চীংয়াইশুগীদমকশু হুজানাইবু লৈতম্লা মীয়ান কালিশা নাওলা, দোলার, ধোলা কৌবা মখোই অহুম্ব মীরমলেন্দগী লাক্লুন হৌ কংলৈ লম্মহনবদা লৈচংলক্লুনা মৈতৈ লৈমগী থোগবনাই ইজগে হাউজরহুনা মৈতৈঙুনা মীরম্লেন্দগী চংজ হাইজরবনি হাইনা মুংশিবিহুনা মখোই অহুমগী চাজরকপা হাউজরাবু থোয়াবিহুনা থম্বীরে । মতুং মুমিৎ থরগী মতুংদা মীয়ান কালিশা মখোই অহুমবু ইবেম্মগী অউম্নাই ওইনা থম্বীহুনা অরাংলমদা হেনবা মচীংশাংদা লৈহল্লে, লৈফমবু মীয়ান থাং মিংহুল্লে । লুহুংদা মখোই অহুম অসিগী মচা মশুনা মীয়ান খাংঙবোক মিংচন্না লৈনখি । মতম অসিগী লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭৬৫ নোংদালাই পাথংবগী কুমসিং ৬৫৭ অসিগী মেরা থাজগী হুম্নি পানবা থরাইপিচা খোংলম ২১ শুবী হরৈময়ে কৌবীনা লৈপাল লৈপুবা নোংকোরৌ শগোলশেল মুমিৎকী মুংখিল পোপ্তা হুনথংলকপগী কোলুপ মুমিৎনা য়ুংথক হেক থানবদা পিবালেনগী ফম্বাল ফম্লেনবু লৈফমহুনা লৈবাক নোংথৌ তুবা উমুং থক্তা তোংলনি রারেপ পাউজেল্লে ।।

মেরা থাজ নোংকোয়রৌ অমা লৈপাক্লে মৈতৈঙু নাওথিংখোং মুংশি মুংওোমখিবগী কাইনা মৈচাক্লা ম্না হকপু থুমহৎখিবনা শংলেন্দা লৈফম্বা ওমদচুনা কংলাগী ইপাল্লাংদা শথোক্নুনা মাইগে মরি শুংদাই মরিবু কোইনা য়েংচুনা পাউশাজৈ, "ইদাইরেন নংবু লোইবী পল্লোন লায়। পোম্বী নংবু নশাবী চেক্লা লৈথি কোইজাইনথ্রবরা, কোয়রৌ নোঙ্গাখিচুনা পোম্বী নংবু নশাবী ঐনা য়েংবদা লৈচিন্না মরোল য়াম্ন: থনখিবনা পোম্বী নংবু উদবদা ঐবু ফম্বাল লৈকনগদবা কোয়রৌ অনিদা মঙাইরে পোম্বী নংবু লৈহল্লক্লোবা নশাবী ঐগী ইনেম মচা ওইজরগে" পাউশানা ইরা পীফম্লাংনা লৈঙম্মি ।। লৈফমবু রাকাইপুং কৌরক্লে. খুদক অচুদা নোংলোন পংমদা ভরাংবা নোংথাং অমা পাইরক্লগা উল্লো মাংদা মমথরে । থৌরম্ব উবদা ম্না পুক্লিং রাঙম্বা থরা লৈকোক্নুনা ঐনা ফম্বাল লৈফম্ব। নংনব লৈহল্লকদৌরিদন। হয়েং কোয়রৌশু মরৈরি হাইচুনা মদাইরেনবু থোকাওদনা শংলেন্দা লেংশিন্দুনা পোথারে ।। থাজা নিনি লৈপাক্লে হয়েংদি ফম্বাল তোংলনি হাইবগী কম্লাই ফম্লাইবা লৈবা খিবিক্লা মপুক হরাও তয়াম্নবগা লোইনচুনা হে। লম্মাহনবা কংলৈ ম্না পুংমাইয়োনগী লাইখোং ভীনখোং অমম্ববু ভীনশেং লাইশেংনচুন লৈবাক হৌনা হরাওনচুনা য়ুমথোং লমথোং হাংদনা ফম্বাল লৈফনগদবগী থৌরম্ব থোইরেম্না পাইনশুম পাউশানরক্লে । কোয়রৌ নোংমন্তা মঙাইরে মৈতৈঙুনা ইঙাই থকপা চেক্লানা লাইজ ইথৌ লাংলবদা নোংদোন লিক্লা তারগ ইশেং থবোংথম্ন: থকনি ভাইবশুম ভাইবদি মদাইরেনগী মপাউবু মালংবনশু হুম্লক্লরে। মৈতৈঙু ম্না পুক্লিং ওল্লক্লে লৈচিনববু তানফংলরোইদরা রাথম্না ঐগী লুম্লাংবু শুমহত্তনা ঐনা মুংবংনচুন মুংশুক মুঙ্গানা লৈঙম্বদি ইমুং মতম নক্লেন ।। কোয়রৌ হয়েংদ মঙাইরবদা লৈবাক মীয়াম্না হৈবু করি রাথল থনখ্রবি ঐগী অয়াবা রাথলবু পাদোক্লগে ইপুক হরাও তয়াম্ন লৈঙম্বা পরম থৌরমবু ওইনা শথাই পুম্ববু উহল্লগে হাইচুনা থৌরম খুদিংবু ম্ন মিংয়ৈ তাঙম্না অশাই অশম পুম্বগা অক কন্ত: পাউশানচুনা থৌরম পুম্ববু নিংথি চংখোম্নব থৌপুনা থৌরোইরে লৈবাক অঙম অথৌ পুম্ন। হরাওনরে ।।

## অন্দ্রে। শোইবুং, রাক্রম পল্লোং, নংদ্রাওবী কৌখিবা

মেরা থাজগী ভূম্নি পানবা নোং কোয়রৌ শগোলশেন তানথংলে, মৈতৈঙু নাওখিংখোংগী মদাইরেন থনশুরোন চীংয়াই শুগবু এলুপ শথাইগী মমুম লুচিংবা পিবা মরি—লুরাং পিবা পোন-শরেং ।। অঙোম পিবা পুরাম্ববা । মোইরাং পিবা চাকবা ।। খুমন পিবা শেলবা পিবা লমপুবা মরিনা ময়ুম ময়ুমগী ঈশেং লৈপুনয়ম্নুনা মকোক মউ ইতুম্না ইরু মাইতানবা থকথন কীজং তরেৎপু লৈথন্না ঈহৈরে, মতুংদা মুংকেং পাঙ্গী ঈশিংনা চীনফু মাইতানা ইরু মাইতা থৌরোই-চুনা ফম্বাল ফিরোন ফিশেং লৈতেং থৌরোইচুনা ফমগা থৌচংলে ।।

নোংমাই লাইরেম্বী পেতংঙানা খা মাইগৈরোমদগী অমাং মাইগৈরোমদা মশাবী হোংনেন লৈখুম্লাওবু লৈথিনগে হাইনা খোঙ্গয়কপদা বাংখৈ অন্দ্রো শোইবুং হৈক্রোই পাম্বী মখোংদা পোত্থা রাখম্না লৈবদা অচৎ অওক্পা পাউশানবদা ফম্বাল তোংনবা থৌপুনবগী রাবু তানফংলে ॥ ফম্বাল লৈফম্বগী রা তাবদা হৈক্রোই মখোংদগী তফিং তফিং হৌগত্নুনা চেনথৎলক্লে ॥ হাওশাবু লুম্নাই নমদা খোংহুনা, লমশাং খরা খজিক লাক্নুনা মরু লমপাকপু তানখংনৈ, নোংমাইমুনা পাউশাজৈ, পনথৌ ঙাইও ইপাও ফম্বাল লৈয়েংলুববু করি কমদোহৌরিবা ফমলেন কমগারিবনা কনাবু ওইবনো ? রাহোম রাবু তাবদা য়ুমকুম্নকইবা অহন খরনা রাথুম্মি, ইমোম নংনা রাহোম্বদা মিংসুা ইরা চেনশুম্লিব অশিবু মুংশি মুংঙোল রাবু রাখংগে রাহোম রাবু তানথেংনা হংঙম্ববু মাল্লিদা ইমোম নংনা কনানে ? ফম্বাল ফমগাদবদি মচা ইবুংঙো নাওথিংখোং কৌবনি মৈতৈ লৈমায়েন ফমগাবনা মদাইরেন খমগুরোন চীংয়াইগু কৌবীনি, ফম্বাল ফমগা লৈফম্ববু ফম্বাল থৌরোইহুনা ফম্বান্দগী লৌথনবা মরুনা থেমথোক্লবা শৈশক্লহৌরি, ঐখোইদি হন্নফম লমদাং খরা থাপ্পুনা থৌরোইদন লৈকুম্নক্লবনি ॥ পাউশাবা লৈফম্ব রাক্রম পনথোং মিংহুম্নে ॥ পনথৌঙাইও ঐবু ফম্বাল লৈফম্ববু উজববু তানথেংনখিগদবা ? লাংলেন খোংরাই কল্লবদি লৈকুম্বমক্তি কুম্নম-খিরোই ইনোম্না খোংরাই কল্লবদি ॥ রাতাবদা নোংমাইমুনা হাইস করিনো হাইনা তফিং তফিং চেনথংলকপদা উঙ্গাম্না তুহুনা লুমাইনমদা খোংনা পুরিবা শম্ব মরি তত্তুনা পৃঙম্নক্লিবা পাম্নাও পান্দুম শাবা মুংবু হৈদোক্লে ॥ ইস করিনো হাইহুনা য়েংলগা মপুক খোইশাওহুনা মুংবু হুম্না য়েংদনা নোংখাং লৈমনা ঙান্না লংনা কংলা তম্না চোংলক্লে ॥ মুং হৈদোকপা লৈফম্ব মুংত্রাওবী—মুংত্রাওবী হাইয়ে, নোংমাইমু কংলৈগী কৌক লাইচি পাংবদা লেপ্পুনা য়েংহুনা লৈখি ॥ চেক্লানা কংলৈ পুংমাইয়োনগী ফয়েন ফম্বান মেনবু কাইদোং তলাবু ওইনা লৈফম্নগা খমগুরোন চীংয়াইগুনা ওইথম ফম্বাল থৌথনববু উবদা মিংসুা ইরাচেন খুদাং পিফম্নাং মুংশি মুংঙোম্না রানা থাম্বী মৈগা পান্দম্না খবাক মৈবা হৌ, নিংশা ইহুন কঞ্জাওনা রাখল্লক্লে ॥ হাইশি হাইঙমদা খোংবী লৈদা তক্নুনা কৌঙম্নক্লদরা ঙাইবদা চেক্লানদি য়েত্তা ফম পোম্বী অমনা ওইথম ফম্বাল থৌথম্না চৌন্দিন মাইয়োক লৈখানা, অমাই অনপ লৌশিন্না অশৈবা খোনফাংলাং, য়োইরেন খাবী লেংনা তিন, নিংথৌকোন লৈমকোনগী মিংহুন শৈশকপবু তাবদা থমোই তনিক তনিক্লা অরাবা মুংশি মৈবু থাংহুনা চেক্লাগী মপাওখোন অমত্তংবু তারগা নোঙ্গা খোংলম্বু তানথেংনগে রাখম্না হকপু তনিক তনিক খুংশা খুত্তুম চন পাম্বোম অনিবু শাংথ লেমথনা তনিক তশোইনা লৈথাংনহুনা ঙাইঙম্লি ॥ নোংমাইমুগী মত্তৌবু থৌখন অশাই অশম্না উঙম্লে, হি-করিনো অসিদি ফম্বাল লৈকুম্নমদাইদা থোকঙম্লিব। অশিবু খোইয়ুম লাইলৈমা কনানো ইমা য়ুমজাওরৈমরা করি মুংবু ওইরগব। পাউ-শানৈ । পাউশা রাবু মৈতৈঙনা তাঙমহুনা হাইস করিমুঙ্গী ঐনা ফম্বাল তোংবা চীংঙু লাইলৈমা

কনানা খোইজংনঙমদদুনা খোইশাও শাফোংনবনো রাখল্দুনা য়েংবদা মদাইরেনবু উঙমখি ।। চেক্লানা পোম্বীগী চেংলৌ উবদা পাউহোয়ে, শাবী ঐগী ইনেমমচা পামুবী শিন্নুঙ্গী সন্না লোক্তগী পোম্বী লাক্লব্র:, পোম্বী চেক্লা চীন্দিন্নদুনা মুংশি খোইজং রাবু তিলু ফমবান রাহোম্নশি পোমবী নংবু কাইদোংলরো লাওগবা, চেক্লানা রাখল শিনথা লানখিবনা পোমবী কোইজাইনা লৈখিবব থংদনা রাঙম্লখ্রেদো, পোম্বীন কোইজাই লৈখিনববু লৈহল্লক্লগবরা ইঙাইতবব লৈহল্লক্কে. মাইগে কদোমদা লৈথি কোইজাইখিবনে চেক্লানা লৈথিজববু থাক্লা মুংশাং হক্লা তান্নেংহন্দুনা লৈঙ্খী ইনেমচা পাম্মুবী, মুংশি মুংঙোন্নখিবা পাউশা লগ্নৌদা লৈচংদিঙমকদুনা অপাম্বা লম্বু লৈকনবিরো ইনেমচা পাম্মুবী ।।

শাবি মাঙ্গা পাম্মুবা চেক্লাগী কাইদোংফম থাদবন চেক্লান পাইঙমখিবা মাইগেবু লৈথি লৈয়েংনবদা তান্নেংনঙমখিবনা, কাইদোং তলা লৈফম্ন রাইশেং পাউতাক্কবনা পোম্বী কোইজাই-নবনি, মুংঙোন পাউশানখিবব রারেপ থোপুভদুনা পোমানা কৈচংলকপনি, মাংলমচক্তা শাংঙমখ্রবা থম্বালবু লৈশক লৈচুথংলিবর ত্তৌয়েংভগে লাকচব মুতুংদ, শংপা লৈরাংদা খোইমু ইন্না খোইমুগী খোইরা য়াল্লয়ে, লৈহি পাম্বা খোইমুগী নিংবা থুনা খোইর য়ানবিহৌরে ।। ইনেমচ পাম্মুবী নশাবি চেক্লা থরাইবু লৈকনবী নঙ্গীদমক লৈতন্নি নিংথৌ ঐগী য়েংথম্বদ লুচিং ফায়ন ওইবিরো ইনেমচা পাম্মুবী নঙ্গী ফয়েন লৈফন্নি । লাইনিংথৌ ম্না লোংদম লৈহক্কে ইভিকনাও ফায়েন্দো পোম্বী কনাগী চেক্লা চীন্দিন লাংফয়ে, নিংথৌ পোকপী ইমনা ম্না যম্বাল্লহন্দবা লৈফম্ন ঐন করম লৈফম্বা নদাইরেন্দি রারেপ রাশকুখিবগী লৈচংলকপনি রারেপ চাং য়েংনিংদুন মু য়াথং লৈথংলে তাইবং চংলম কাইদনা মুংঙাই রাইকান লৈপাক্সরে ইহাকথক্তা নামুং চংলম থৌজৌ থৌপুবদি থৌঙমজরোই লৈবিহৌরে নোঙ্গা খোংলম তানথগে ।। ইসং ইদাইরেন নংবু কনিনে নঙ্গী ফয়েন লৈফম্নি লাইরয়েন্দগী পলেম ইমান পোকঙয়ে তাইবং মীরয়েন্দা ইদাইরেন নংনা নবুং তরেংকী মথুম্ভগী নরোশিংনা ঐগী থরাইবু লৈকনবিদুনা ইপোক ইহনবিবদগী পিবা তানফংজদুনা ফম্বাল তাম্নেংজবনি পলেম শরুবী ইদাইরেন নঙ্গী লৈফম ফয়েন্নি চিংনা রাখন লৈতনা ফয়োলাওগবা ইদাইরেন নংবু । হাইদুনা ফম্বাল্লেন্দগী হৌগত্নুনা মদাইরেনবু লোশিঞ্জগে য়ে লকপদা লৈমাইথক্তা লেপ্পুন লৈরম্বা নোংমাই লৈমা পেক্তংতাবু লৈচিনগী মৈথুগী মশক্তম্বা য়োমতন মমাইদা নোংথাং লৈমনা পাইবগুম ভম্ন লংনা পাইথংখিদুনা মাংখরে । ইস করিনো মতৌ লংওন অসিবু শোন্নদুনা মীয়াম পুম্বা য়েংনদুনা ভরুদুনা লৈঙম্নতৌরে ।। হন্দক্কি ফম্বাল অসিবু মাংলমচক্তবু ওইখিদে লুতুংদগু লাকঙম থোকঙম্ননি লৈউদে অসিবু মংলা তাইবংলা হাইনা রাখয়ে ।। মৈতৈঙ, নাও-খিংখোং মদাইরেন হায়েনগী মশক্লা য়োম্লগা ভুয়েনগী মশক্লা ভুমগত্নুনা নোঙ্গা খোংলম্ব লৈতম্ববু

মিংনা উবা লমদম মখৈবু উঙন্নীভৈদি য়েংতুনা ঙকচানতুনা লৈরম্মি । মদাইয়েনবু উবা ফংলক্রবদা ফম্বাল থক্তা ফম্ববু ঙম্লক্তয়ে মশা মউ নীকঙম্না মিংম্না। ইয়া চেন্না নোঙ্গা খোংলম্বু লৈয়েংনা মদাইয়েনবু কৌয়ক্লে ।। "হাদ পলেম শেম্বী নোংমাইন্নু ইদাইয়েন নংবু অমুক্তগী হল্লকখো হৈনা নতুং ইনঙমগে ঐগী নোঙ্গা খোংলম তাক্লখো নংনা ঐবু করি হুঙ্গী লৈথম্লম্বা পলেম শকপী নোংমাইন্নু ইদাইয়েন নংবু লৈহল্লকখো হাইনা ফম্লেন থক্তা লৈফম্না য়ারা। ইখোল থোক্লা কপ্পুনা মদাইয়েনবু থাকৌনতুনা মচা কাইনবা যণবীনা মচাবু খোংতুনা কৌবগুম কপ লাওনা লৈঙম্লে"।। অশাই অশম অঙম্বা পুম্বা য়ানয়ে ফম্বাল লৈফম লৈকুম্বগী মখৌ মঙম্বু অকাইববু তাম্লেংগত্রা য়ানয়ে ।। লৈবাক্কী অয়াবা মত্তৌবু উবদা মরু অনিনা মৈতৈঙুগা মৈতৈ লৈময়েনগা অনিগী ফম্বাল মাংদা খুংবাক অত্তম্লক থুহনা ফম্বালগী মিংলেনবু শ্রী হ্রীং তোংলৈবা শ্রী হ্রীং তোংনা নীক তে তে হাইনা মিংহুল্লগা য়ো য়ো য়ো হাইনা লৌথামতুনা খুংবাক লাইকা শাদম্না থেম্মৌনা য়ে য়ে বে হাইনা কৌথোক্তুনা মৈতৈঙু নাওখিংখোংবু নোংদম মরু লোংমুজাম্বা কাইবিয়োন মরু মচা খোংঙাইবা অনিনা ফমবাল মেন্দগী লৌথয়ে, অমাইবী হঞ্জবী তোংখাংম্নু অমাইবী হীদং তমথেংম্নবী অনিগা অশৈবা পেনা খোংবা হঞ্জবা হিনাইবা ।। হিদং খোংফৈ লাম্ববা অনিনা শৈশক শৈরাওনা অমাইবীনা খুবাক লাইকা তম্না ফম্লেম ফমথোন তয়েং লৈফম্বীবু লৌথয়ে ।। অমেং শঙদা য়াকোন লাওতুনা অনিমক্কী ফম্বাল ফিয়োনবু হাংদোক্তুনা লৈথমলে, পিবা ফিরোল, লৈমা ফিরোল ফিশেং লৈতেংলে ।। স্না পুক্লিঙ্গী অয়াবা উবদা অঙম অখৌ থৌখন পুম্নমনা কুচু ফম্বেবু থাদোক্তুনা স্না শঙ্গাইদা লৈথিন খৌথম্লে ।। মৈতৈঙুগী লুমলাংবু ম্নুংঙোন য়াথম্না লৈকুপ্পুনা পাবন য়ারি মোন্দুম মোস্তেক মথক্তা কাইনা মৈশাবু য়াথম্না অয়াবা পোখানথয়ে ।।

## মংলান চান্না য়ায়েপনবা

নোঙ্গৌ খোংলম্ন তানফংলবী নোংমাইম্ন পেতংঙা হাইনা শাথোক্লম্বী ইদাইয়েন পলেম শেম্বীনা মৈতৈঙুগী অয়াবা য়াথনবু উবদা থাংঙমদতুনা মৈতৈঙুগী মফমদা খোমলেন মংলাং ওইনা লাক্তুনা পাউহোম পাউদাক্লয়ে ।। মৈতৈঙু লাইনিংথৌ ঐনা লৈথানবা লৈঙমদে হন্দক্কি লায়ৈ লাথুপ কালম ইপোক অশিবু য়ুম্লিং য়ুম্বান্দুনা চাদ–নাওদনা লৈপাম্ববু লাইরমলেন্দা নোংদম পাউশানখিদবনা নদাইয়েন ঐনা স্না খৌগনবু লৈথাজবনি, নদাইয়েন ওইবীনা মৈতৈঙুগীদমক্তা লাইরমলেন্দা স্না লমওক ওইনা লৈজরিবনি করিবু অতুক থৌকাওনা স্না পুক্লিংবু য়াঙম্না ইপুক লুম্নাং লৈথানা থনবদো থল্লনো. লাইরমলেন্দবু লৈথাবা ইতিক ইঙম্বু নংচদে তাইবং ইপোক অহুমদি নোংদম পরম্ব কাইদনা লৈপান্দুনা লেনবিও ।। কদাই ইদাইয়েন পলেম শকপী নংদি য়াওদনা

ঐবু ইথস্না কমদৌনা তাইব সক্তা ঐনা তাইবং ইপোকপবু নঙ্গী ফালম্বু থৌয়াবা নত্তবরা ইরান করি লংজবনা ? নত্তে মৈতৈগু মশাবি লংজ চৎলম নত্তে নত্তে তপথবিখো ঐ থোগন ম্নাক্তরে ইশানৌ ইমান্নবী তাইবং ইপোকচবীশিঙ্গী নীংজবা থোগন রাথনবু কাইহনবিগন্নু ঙাকপীয়ু ইরান তম্বীয়ু নোংদম থৌরম থুদিংবু অফ—কত্তা পাউদাক্তুনা মশাইকেন্দা লৈজরগে নয়াথং পলেম শেম্বী থৌয়ানা লাইরমলেন্দা নোঙ্গাংদনা থোগান্নগে কুবিরো ঐগী লৈফম মরু নোংশাবা মনাক = অতিং অমা অয়ুক অমগনা পুন্না লৈবা লৈকম = মুমিং, থা অনিনা লৈফদ্ব। পুংলেঙ্গী নাক্তা ইমুম শঙলেন লাইথন তাবা মাংশোক ফয়েন নাইনা শাবিরো মিংচুনবু ইয়ুম শঙলেনগী মমিংবু মিংচুন থম্বীচুনা লাইরমলেন্দা লুতিন্না লৈজরগে থাজা কুমজা পুথ্বনা স্না থোগন তাম্বেংজব; ওইজনা অরা অনং য়াইফং মুংঙাইবগী পাউশা শাখোক থুদম্বু লৈতাক্তুনা লৈবাক্তী মপী মমা ওইনা নাওংকোন থাগোল্লগে অরা মৈশা লাংখিরনে; নোংদম্নে, মৈতৈঙ থোয়েন মিকপ থোক্রে । ইস পাউশা অশিদে মুংঙোনবগী মথক্তা অমুক থোইনা মুংশি মুংঙোনতল্লিদ; রাথম শঙ্গাইদগী লেংথোক্লক্রে ।। নোংঙান তুবু উণ্ডম্নমচুনা চীনফু মাইশেং মাইতানচুনা ইকোক ইমু ইতুম্না চকশেংচুনা লৈকম তরেত্তা লৈতিল লৈরাংলগা নোংদম মরুগী নাক্ত লেংশিল্লক্তুনা মংলানচানবু পাউচোমজে ।। নোংদম মরুনা তাকহল্মি, মৈতৈঙ পাউশা অশিদো মংলানচানবু নত্তেয়ে ওইংদবা অরোইব রাবু হাইবনি ইমা মোংমাই লৈমগী লারৈ লাথুপ অশিদো তাইবং লেন্দা স্না থোগন তৌঙম্না লৈগদবা ইতমদি ইপাম য়ুমলেন্দা লৈঙৈদা তানখেংবনা লৈখম্নে । লাইরম্নেন্দা থোগম্না লৈগদবদি চাদোন শুদোনবু লোমদরি অকবা ফত্তবা লৈবাক্তী নোংদম্বু পাউশা থোগম্না লৈগদবা লারৈনি শঙলেনবু লৈতম্নবা থোপুশে ।। মরুগী নোংদম্বু তানফংলবদ থুদক অচুদা য়ুমজাও লাইথন তাববু শাঙম্নবা থৌরাংলে ।।

# যুমজাও লাইখন তাবা



## যুমজাও লৈমগী লাইশঙ শঙলেন

লাইয়ুম লাইখনতাবা যুমজাওবু শাবা লোইছুনা লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭৬৬ নোংদালাই কুমশিং ৬৭৮ লৈচংবগী মেয়া থাজা নোংমা পানবা নোংকোরো ইরাই মুখিত্তা শেম্বা শাবা লোইয়ছুনা মতুংদা নোংদম মরু লোংমুজাম্বা, কাইবিরোন মরু থোংডাইবা মরু অনিনা থৌরম্বু লাইরকচন্দা নামুংচনবা শিন্থাকনোংদম্না থৌরাংছুনা লৈবাক হোনা অশাই অশম তিন্না অশৈ খোংকাংলাং, অমাই অনপ লৌশিংবন: লাইগী লাইবাও লো, য়োইরেন খাবী লেংবা লৈকা লৈরাংবা থাজা ৫ নি শানবা নোংকোরো লৈবাকপোকপগী অয়ুক্কি কোলুপ মুংথিল পেপ্পা লৈতম্নক্তিরিডেদা ঈংবক্কী লাইমিংবু ওম লৈথুপ লৈপুবী পিশাম্নু ক্রীং হ্রীং হ্রীং যুমজাও লৈমরেল লাইরেম্বী মিংচম. লাইয়ুম লাইখন তাবা যুমজাও কা ৫ বু লৈহল্লে খুবথু য়াহুনা থোংশংবা লৈফম লৈহন চমলে, নোংকোরো ৫ নি হরাও তরাম্ন শকোই লৈশানা ।

মৈতৈঙগী ম্না পুক্নিং লৈতাদে অরাবা মুংডোনবা থোকোক্কে হৌডমখিবা চংলমবু নোংমা নোংমগী থোকাওগবরা হাইববু কোরো মুংশাংলক্লগা থোইনচুম রাডমলক্লে কুমজা লাকয়েন তাইদোরে ।। মৈতৈঙগী মুংডোন চংলমবু য়েংবা থৌয়েং লৈকম্বু থোডমদরে নোংমাই লৈমা পেতংও যুনজাও লৈমা লাথুপরিবী, করম্মো অশিবে পুন্সি ফালমবু লৈশুদনা তোকডমলনি মতো

অশুম্ন লৈঙম্নবদি হাইত্নুনা মংলানচান্দা লাক্নুনা য়াকৈররে । মৈতৈঙ্ তৌঙম্মিবা চৎলম অশিদি লৈবাকপু রাহন্নবা তাঙম্ননি নদাইরেন্দি তাইবংলেন্দা থোগমগদবা নত্তে ঐগীদমক্তা অর রাথন্নবদো লৈথানবা তৌবিরো, নদাইরেন ঐনা লাইন্নমলেন্দা মৈতৈঙ্গী থোগনবু নোংকোরো অমত্তা থানবা লৈত্তনা তুংইন থোগঞ্জরিবনি ঐগীদমক্তা রাগম্নু মৈতৈঙ্শু পুন্সি মুংশাং লৈহক্লে তাইবং ইপোক্কী চৎলম ইথো ইঙম্বু থোরোই থোপুনবা চাদ নাওদানবা থোপু থোয়েংনবিরো তাইবং ইপোক্তা পোক্রম্বগী থোঙম থোপুনগদবা লুতুঙ্গী নঙ্গী ঐগী তিল্লু লৈফম্মীন্নগদব লৈফম্বু লৈরাৎলি, চাদা নাওদাবিদত্নুনা ঐবু তিল্লু লৈফম্বীরোই থোপুনবরা তৌঙম্লিবা অশিদো নশানৌ ঐগীদমক্তা লমন শিংবগী মুংশি মুংঙোনবা নত্তরে ঐগী লারৈ ফালম্বু কাইহম্নবা তৌবনি নত্তে মত্নু তৌবিরম্নু চাদনবা তৌবিখো পাউশারৈ ।। পাউশা হেক লোইবগা মিকপ হেক থোক্লে নোংঙান তুবু উঙমত্নুনা লেংথংলে ।। উম ঐনা লৈখল্লম্বা চৎলম অশিদি মাগী ফালম্বু কাইনবা মাংনবা থোপূবা তারম-লবোই অত্নুদি মানা নিংবা লাথুপ ফালম্বু কাইদনবা মানা তাকপা থোদাবু ঐনা থোঙম থোপুজবনা নোংমাইগী লনশিংবা ওইরগে রাথল রারেপ্লে । লাংবচকী কুমশিং ৩৭৬৭ নোংদালাই কুমশিং ৬৫৯ চংলকপদা মন্নুং মঙমবু চাত্রবদ নৌহৌননা মৈতৈঙ্ নাওথিংখোং লুচিংবা কংলৈ পিবা মদাইরেন (২) কৈরুংহনবীবু লুত্তিন লৈরোরো । (৩) মতুংদা ইবেম্মা অপাম্বী নম্নুন চাওবী লোএ ।। (৪) মথংদা লৈমা শংথুবী লমত্ত লোয়েংবী লোএ । (৫) মথংদা লৈমা থোইরু লাংমৈ চম্নু লোএ । (৬) মথংদা নিংথো কুরাওবা চম্নু লৈমা লাইরেম্মা থোংতেম্বীনে, (৭) লৈমা অঙোপাম্বা চম্নু শরিক মোম্বীনে (৮) লৈমা ইরেং কোনফবীনে লুত্তিন লৈয়াত্নুনা মৈতৈ লৈমরেন নিপালবু পান্নত্নুনা স্না থোথনবু তৌহন্নে । মৈতৈঙ্ লৈবাক্কী লুচিং পিবাগী স্না পুক্লিংদা মদাই-রেন ইবেম্মা নিপানগী মন্নুংদা লৈমা অমত্তা ওইরবশু নাওদাবু তানফংগবরা রাথন্দুনা লৌবনি অত্নুবু তানফংনদরে ।। স্না পুক্লিংবু অরাবা লৈহন্দে, ঐনা নৌহৌন লুত্তিন লৈরোরুবশে অরেম্বনি ঐবু নাওদা তানফংলরোই ঐগী ফম্বাললেন অহানবা মৈতৈ লৈমরেন লুচিং ফম্বালবু রারেপ্পথিবদী নোংমাইন্নুনি ইদাইরেন্দি য়াওদনা ঐনা করম নাওদগনি রারেপ লৈথমদবা পিবা ঐনা হাইত্নুনা নোংমাইন্নু মদাইরেনবু নিংশিং রাহোম্নরক্লে । মৈতৈঙ্গী মুংঙোল অর রাথনবু তাবা উঙম্বদা থোঙম্নক্কত্নুনা মৈতৈঙ্গী মংলান্দা অমুক লৈচন্নক্কুনা পাউতাক পাউশানঙমলে ।। "মৈতৈঙ্ নদাইরেন্দা করিবু রাহংলিবনো নদাইরেনবু লোথাম থোরোৎনজদে নদাইরেন স্না নাক্তা ইয়ুম য়ুমজ'ও শাঙম্না ইফম থুবম্ব লিংনা লৈবদা মৈতৈঙ্গী লৈবাক্কী মুংঙাই য়াইফা নোংদমগে অর অনং তাম্নংবা তানফংগদব লৈববু লৈঙাক লৈকম্নবা পাউশানগে লৈবনি অত্নুবু থোরম থুদিংদা ঐনা থোয়েৎনব তাঙমলে স্না পুক্লিঙ্গী লুমলাংদা কোরৌ অসিদগী ঐবু কোইজাই লৈকম্নরগে ।। মৈতৈঙ্ ইপারি নাওদাবগী মরক্তা পাগী পুগী তীনখোং লাইথোংবু লৈথিবা নপারি অমবু

য়াউভমলগনি ।। পারি ইচাগী য়ুমলোন্দা ময়ুম য়ুঙ্গা লাই ওইনা লৈভমলরগে লারৈ লাথুপ অম্বনা নদাইরেন ঐবু নমোম নচা ওইনা পোক্নুনা স্না নাক্তা লৈভমদুনা চক্লেন অসিদো লেনভম্নবা ফালম অশিদো কোয়ৌ অশিদগী থৌশিন থোম্বৌনখ্রগে ।। খোইয়ুম ফালমগী লাইরকচন ওইনা লৈত্তিন লৈফম্না ফম্বাল রাশকপু কাইদনবা ভাইবং লক্তা শাখোক ফম্বাল লাংভম্নশি চাদা-নাওদা-দথদি পিবা ফম্বাল লৈকম্বদা ফম্বাল থক্তা মিৎস্না ইর চেন মুংশি কাইনা মুংভোন লৈফম্নদুনা ইর চেন্না লৈকুম্বা কংলৈ পুংমাইয়োন লৈবাক্তী ময়ুম এলুপ শথাই ৭ না মপুক খোইশাও অভক ইরাং হৌভম্না ময়ুম খোঙ্গুম্নখিবা থৌরনগী মৈতৈভগী অয়োন লঙ্গবা মরানবু লৈখংহনগে হাইদুনা ফম্বাল মেনবু লৈপু লৈশংবা নবুধৌ পাথংবগী ভাভরোইলাই ভুবি লাই পাথংবনা খাবৈ থরা লৈশানা নৈবা খুদিংবু কাইনবা থোয়েৎপনি ভদ্রবু কুমজা অশিদা চাদ নাওদাববু ভানফংনবা পূকম থাগোম্না ভুবি ইন্দাই রানিনা প-থংবা নবুধৌ নোংদলাইবু ইরাংনা থৌনিও । চাদ-নাওদাববু ভানথেংনা খুম্নাও লৈচাওবব ভাম্যংনা ফিহোং চাকহোংনা লৈবাক খেইজং খোইদনা লৈপানথাদো ভানফংনবা ওইগনি ।। মেন্দোং ফম্বালবু লৈথক লৈখা ইরাং লৈদা থৌনিনা থৌরনগী লাইরকচনবু রায়েন কুচু হনবদা পরম খুদিংবু রাহং থৌনিনা নোংদম পাউশবু থৌপুনা নপুক হরাও ভয়াম্না থৌনি লৈপাইও ।। মেন্দোং য়েন্দাই রাবু লৈনিফম্বদগী লেনিনা ফম্বাল ফানখো মরিবু লৈহৌ লৈণানা ভুবী য়েন্দাই লৈহুমগ নবুধৌ নোংদালাই পা-থংবদা হৈরাংভ ফম্বাল ফমলেন লৈফম্বা হাইবশে নবুধৌগী লৈফম্নি কাওগন্নু ।। মিকপ হেক খোক্লে য়াকৈনা ফম্বাল্লে করাই পরম য়াম্মিদা মশিদা লংজ ইরালবু ভানফংনবা ভাভমগদরা নোংদম্বা নংনা কুবি থৌভম তম্বীয় হাইনা লেংথত্নুনা চীনফু মাইতানা থৌরম্ন পরম থাইনা থৌশিন ফম্বাল লাংনা লৈভম্মি ।। ভাইহাক রাথল্লুরগা মকোক মউ ইতুম্না খুক্তিন-থুয়া লৈশেংনা ইরু মাইতাদুনা মপুক ইশেং মাইতানদুনা হক্লেন লৈকৎপা থৌরোইদুনা নোংদম মরুনা লাইমিং থাগোনবা থৌরেইবা মতম্ন ভাইদুনা লৈভমলে ।। নোংদম মরু লোংমুজাথম্ভ লাইমিং থাগোনবা লোইদুনা নোংদম শংলেন্দা লৈফমলে ।। মৈতৈভ স্না নোংদম করিবু স্না খোংলেংশিল্লকপা ? মৈতৈভনা মংলানচানবু রাহোমলে ।। নোংদম মরুনা মৈতৈভ খোইয়ুম ইমাগী পাউভেন্দী নোংথৌ য়াইদা রাবু পাউশাবনি থৌভম থৌপুদবা য়াদে থৌরমবু লাইরকচন নামুংদনবা থৈরম পুম্বা লৈশিঙ্গনি বরানো ।।

## মেরা মেন্দোং অতাই ইরাৎ য়েনচন পরম

লাংবচক্তী কুমশিং ১৭৭৮ নোংদালাই কুমশিং ৬৭০গী লাংবনগী থাজ ২১ নি পানবা নোং কোয়ৌ ইরাই মুমিজ্জা নোংদম মরু লোংমুজাথগা কাইবিরোন শভলেন পুবা মরু মচা থোংভাইবগনা

লুচিংতুনা লুরাং পিবা পুনসরেন, অঙোম পিবা পুরান্থবা, খুমন পিবা শেনবা, মোইরাং পিবা চাফবা মরিনা মাগী মাগী য়ুমদাবা শখাইগী লুচিংবা অশাই অশম্বগা লোইনতুনা অমাই অনপ লৌশিঙ্গা য়োইরেন খাবী লেঙ্গ ভিন্দুনা কুরুম চৌংলোন-লাঙ্গোন চৌংদা কুমতুনা মপা ইবুংঙো মৈতৈঙু, লোইরেন উরা কোম্থোবনা য়াংলৌ লমগাঙৈদা তুবি শমচেৎ ব:নিকম, থোংনাংনা তমথরকপা লাইয়াম্না কুমথরতুনা লান্দনবা লোক, কৌবা মদাইমদা, অতাই ইরাৎ পুরুম্না, অশৈবা থোংফাং তেংথানা, মেরা মেন্দোং য়েনচন রা, তুবী তুঙ্গী ইন্দাইরা, লাইরেন খাবৈ রাবু অতাই ইরাৎ সুংদাইনতুনা মেন্দোং য়েনচন রাবু খুঞ্জাও লৈচাওনবা, চাদ নাওদানবা রানিতুনা মশা মরেং মাপন লাংকপ ফাংববু লৈয়েংনা য়াম্লগা শমু লেংদা থোংনা লৈবাক হৌনা হরাও তয়াম্নতুনা পুঙম্লক্লগা কংলৈ স্না পুংদা লৈথয়ে ।। মরু অনিনা শিন্থাক নোংদম্না মেনগী খুবম লৈথক্তা উয়ুং মরি য়ুংতুনা লৈবাক নোংথো পাদম্না মেন্দোং ফম্বালবু লৈশারে । লৈবাক অশাই অশম্না মাগী মাগী মথো শিন্থাবু থোঙম থোপুনতুনা চাদ নাওদানা লৈপাম্নবা লৈচাও খুঞ্জাওনা পুন্সি মরা লেমফু লৈশোক্লা লৈপান্নবা তাইবগী রাখল থোপুনঙম্না মপুক হরাও তয়াম্না থৌশু থোপুনতুনা শেম্বা শাবগী থৌরম্বু থোরোইরে ।।

মেন্দোং লৈহন নুমিৎপু থোরেপ্লে : মেরা থাজা ভুম্নি পানবা নোংকোরৌ লৈবাকপোকপা অয়ুক্কী কোলুপ্তা নোংদম মরুগী থোদা থোপুনা কাইবিরোন মরু থোংভাইবনা লুচিংতুনা লৈকাই মরিগী মেনকম মরিবু অতাই ইরাৎ পুরুম্না য়েনচন লৈপাইনা য়াকৈতুনা মদাইরেনগী মশক্তম্বু লৈমেৎ লৈশানা ফম্বাল ফিরেন শেৎপীতুনা লৈথয়ে ।। লাইনিংথৌগী য়াইফনবা কাইবিরোন মরুনা মতুংদা নাইগে শুংদাই মরিগী খোইয়ুম লাইবুংথৌবু অতাই ইরাৎনতুনা থৌনিরে ।। মতুংদা নোংদম মরু লোংমুজাম্বনা হৈরা পানা অথেনপোং লৈহন তম্ন থাতুনা মেন কম্বাল থোঙ্গী ফানথোং মরিবু খুবাক মরিলক খুতুনা পাউশানতুনা ফাংথোং মরিবু নীকশিল্লে ।। "স্না লেম্বী থোরাক্লা খুংপাক লাইকা শাবিগে খুৎপাক লাইথম শাবিগে পপ পপ হু হুপ" মতুংদা স্না লুপা কোনয়াই থোপুনরক্লে । "হো ইয়োই ইমদোনবু ইমা হল্লো, হৌ কংলৈ স্না পুংমাইয়োনবু লম্মহল্লো লয়েম্বু অনি থোকও, লৈমুরোল লোল মঙামক অপোক চম্নু থোংঙাই তম্পাক লৈশুক লৈশোই য়াম্বীও, ঐবু শিজবা মালেম লৈস্না অঙাংবনা মালেম লৈগা ভাইরবনে, কোয়ৌ নোংলু অপানবনা কোয়ৌ নোঙ্গ ভাইরবনে, হো করশি নোংদম্বা কুবিরে" লৈভাই নোংদাইবু লৈহুল্লে ।। মতুংদা ভাওরোইলাই পুংদা কোনয়াই অমুক লৈহুম্নবা থোপ্তরে, চাইরেন পুথম অমা য়াম থরা চাইতুনা ঙাম্নু মরুম অমা ইরু মাইতাবিতুনা খিল্লগা থাদুনা ভভাইলোন পাউশারক্লে "স্নহিং মিকোনবা, স্নাহিং মিকোনবা, স্নাহিং মিকোনবা, স্নাহিং মিকোনবা রে রে রে ।।" মতুংদা ফান্দোংন্নবু লৈফান্দুনা লৈহাং থোনিনবা থোরাংলে মকম অশিদা লৈবাক খুবোম অমা লুনা হন্দোক্লে= তোরে,

ফিরাল অহুম খোইরু থাংমৈ—মৈশেং অহুম, হৈলুক অহুম পানা অহুম হে মনম নাইব = হৈশাং অমগা কোইনা থারে, লৈঙোইগী ফুল অহুম শেয়ে।। পুথম অমদা ঈহিং থর হাপ্তুনা মথক্তা থাঙংলে ।। মথক্তা শংকুপ্লে মনা অহুম্না কুপ্লে ।। মথক্তা ওইনা নম্বা নমশা কোকয়েং শলাই অমা হাপ্লে। ষণ য়োংমানবী মচুগী ষণবাগী মখোমবু কোম মরুংদা হৈপরে ।। নমশ শল ইদা খুং য়েংনা পাইদুনা থৌনি লাইশোল্লে, "এনে নিংথৌ অতোংবনে লৈবাক লৈচাও খুঙ্গাওহংবিও চাদ নওদনহল্লু পিবা কংলৈ শংবা কা ফদে, লৈবাক মরা তপ্পা লৈপানবা কুবিও"। মতুংদা ফম্বাল মেন্দোং য়েনচনকম্বু থৌনি লৈপাইনবা থৌপুরক্লে; লুতোদ কম্বালগী স্না তাঙ্গ অমা লৈশংলেন মরোং অম; হৈরুক পানা থাঙ্গজুনা থারে।। শেম্বেং অপাবগীদমক্তা স্না তাঙ্গ লুপা তাঙ্গ, ক মতোন থোকপা ৫ পানা মনা মপুম ৫. হৈরুক ২, মনম নাইবা হৈশাং অমগা কম্বাল মেন মখাদা লৈথারগা থৌনি লাইশোল্লক্লে ।। তুবি ইন্দাইরা লাইরেম থাবৈ রানিদে। হে লাইমিংথোই হে লাইনিংথৌও নথুং য়েত্ত, মুমিং পুরা নথুং ওইদ থাবু পুবও লাইনিংথৌ শাদোবা নং চেংনা তোংঙে লেঙ্গনো মুংঙাইবা য়াইফংবা, চাদাবা নাওদব, লৈচাও খুঙ্গাওবা চাকহোং ঙাহোং ফিহোংবা লৈবাকপু চনিং মরা তপ্পা লৈপানবা তাম্বেং পাক্লা শাংনা তানকংবা পুন্সি ইপুন মরা লেমফু লৈশোক্লা মুংশাংনা লৈঙম্বা কুবিব ওইবিও ওরা।। মতুংদা লৈথারোনবু লৈঙাক লৈতাইনবা থৌপুরে। হৈর কহোক অথুম অঙাও লফোই লফাং হৈফাং চংথোকপা স্না লুপা তাঙ্গ লৈরাংনা অনৈ চাজ থাদুনা থৌনিরক্লে। লুচিং শত্রমি গ্রুকচীং স্না থেঙ্গচীংনে লৈরোন ৯ মক্তগী লাই তিংচ য়াইতম্বা মতিন মরাই মঙ্গ মকাপ লাইবু কারক্তনি হাইবগীদমক্তা কারকপা ঙমদনবা হাইবগীদমক্তা চিবা ১ দা লাইনিংথৌ লাইমিং কোংচিলেন কৌবা নংন লাইনিংবু লাইগিংলেন কিনাইবা থাকৌনা লৈকমতুনা থো- ঙাকপনরা কোংনিংথৌনা ঙাকুনা অমম্বা ময়েল ৯ দগী ফত্তবা হৌদিবা নোংদম লৈকারকপবু ঙমদনবা ঙাকপীরিদে।। খোংলমদি মার্জিং পাথংবগী লাইবুংধো ১০ গী খোংলম্বু ওইবা, লৈরোল ৯ গী চিরা ওইবা মুমিং সিঙ্গুম ৭ থাজ ১২ গী মনুংদ, পোক্লিবা তাইবং মথৈবু লৈমতেক কৌএ।। খোইয়ুম মখোই পুম্বনগু কুবি নোংদম্বাও, লৈঙম্বা লাইনগু ফম্বাল চেংনা কম্বীও থোংঙাক লাইনগু থোংঙাক থোংথিং চেংনা পিংশিদুনা লৈথোং থোং হাংবিগনু কুবিও অহুমুগী খোইয়ুম পুম্ববু হৈরাং লৈরাং লৈহুম্না অনৈ চাজা থাংহবনি খেইয়ুম্বনা কুবিয়ু ।। হয়ম ।।

নোংলোন ৯ বু লৈঙাক্লে : নোংথৌ নোংলোন ৯ দগী মৈবী শঙাইশেন মতিন মকাং ফত্তববু তারক্তনি হাইবগী তাঙদমনবা হাইদুনা চিরা অমদা লাইনিংথৌ কোম্বোরেম্ন লাইমিংবু লৈফুরেন কিনাইবা থাকৌনা লৈকমতুনা থোংঙাকপনবা কোংচিলেম্না ঙাক্লিদে।। লৈবাক্তা ফত্তবা অরাবা তাম্বেংনঙম্বা ফত্ত হৌদিবা নোংলোন্দগী তাঙমলককনবা থৈবিকপু তারক্তনবা ঙাকথোকপবু কুবি নোংদম্বীরে মঙাকথোদ

ঙাকপীয়ু লৈফম্লকপা মফমথোক্কী ফম্বীও খোইয়ুম পুম্বনশু কুবি নোংদম্নবিও অহুনুঙ্গী নঙম লৈহকপা চাওবা নখোইবু পুরুম ইরাং লৈহুম্না অনৈ চাজা লৈখাংজবনি কুবিও ওরা ।।

নোংথোবু লাইতানইরক্লে: নোংথি নোংখোংবদা ফত্তবা মতিন মরাইবু হৌঙম পোকওম্লকনি হাইবগী পোকওমদনবা হাইবগীদমক্তা নোংথো শোরারেন লৈকম সনা ফম্বাল শাংলিবগী মথক্তা মতোন্দা ফম্বা লাইমিংখোই অশিবা মরুনা লাইমিংবু শরা নোংফুরেন কিং খিংনাইবা থাকৌ লৈহুম্না লৈকমহুনা ঙাকশীরিবা হে মরু খোইয়ুম নতিক লৈহকপা নঙান লৈচাওবনা লৈবাক্কী কুমগী নোংদম ফত্ত হাওদিবা তৌন কাংনা পোক্তুনা তারা অনং তাম্লেংনগদবা লৈবা খিবিকপু পোকহন তাহনবিগমু মফমথোক্কী মফমথোক লেংদনা চেংনা ফম্বীও মঙাক খোক্কী লৈঙাক খোক্লা ঙাকপীও অহুনুঙ্গীদমক্তা খোইয়ুম লাইমিংখোইবু লাংচবনি কুবিও ওরা ।।

লাইরমলেনগী চংলম্বু পরম কাইদনা মরু অনিনা থৌশিন থৌপুনা অতাই ইরাং মেরা মেন্দোং য়েনচনবা মিংহুন থাকৌবা মেন ফম্বালবু তুনী শমচেং রানি রানা শাহুনা মবুদৌদা লৈহুল্লগা লৈনিহুনা মতুংদা মদাইরেন নোংমাইনুবু নিতম্ন শেনগং শাগংপবু ওইথম ফম্বাল লাংনা লৈথমহুনা মৈতৈঙু নাওথিংখোংনা য়েংলম থংনা ফমহুনা লৈবাক্কী লৈমরেন পুম্বনা মানা মানা হৈবা অনোই লোনবু থৌখন্নহুনা নোংকোরৌ থাজা ২১ নি পানবদা হরাও তয়াম্বা খোরোইহুনা ফম্বালবু লৈকুমনহুনা লাইলৈমা নোংমাইনুবু ময়ুম লাইশঙ য়ুমজাওদ হাহিপ নাওশুম লৈথয়্লে ।।

## মৈতৈঙু নাওথিংখোং চাদা নাওদা তানফংবা পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ২৭৮০ নোংদালাই কুমশিং ৬৭২ গী কুমজিন্দা মৈতৈঙু নাওথিংখোং কংলৈ ফম্বাল লৈশংবা পিবাগী মদাইরেন মৈতৈ লৈমরেন কমথে ন ৭ লৈপু লৈফম্বী খমশুরোন চীংয়াইশু রাঙ্গোল শঙ্গুমহুনা মচা ইবুংঙো অমা তানফংজহুনা চংলম্ব নিংথি চংখোম্না লাইরকচনবু কাইদনা ঈপান্থাবা মুমিত্তা থৌনিহুনা তেৎথৈ ২ না লৈকন লৈঙাক্লা লিরুং পাইনা থৌনিনা মচা ইবুংঙোগী মমিংবু খোংতেকচা থাকোরে ।। মতুং নোংদালাই কুমশিং ৬৭৭ কী চংদৌদা লৈমরেন ফয়্লেন ৭ লৈপুবী খমশুরোন চীংয়াইশু মচা ইবুংঙো অমগা তানফংহুনা মমিংবু পুং ফৈলাম্বা মিংহুল্লে ।। মথক্তা লাংবচক্কী কুমশিং ২৭৮২ নোংদালাই কুমশিং ৬৭৩ গী মতুংদা মদাইরেন ইবেম্মা মোইরাং চম্বু কৈরুংহনবীনা মচা ইবুংঙো অমা তানফংজৈ মমিংবু নিংথৌহন মিংহুল্লে ।। নোংদালাই কুমশিং ৬৭৮ দা মচা ইবুংঙো অমগশু তানফংজহুনা মমিংবু নিংথৌখুবা থাকোরে ।। কুম অসিগী মমুং পোইবু থাজগী হুম্নি পানবা নোংকোরৌ শগোলশেনগী অয়ুক কোলুপ ৬ তা খোইরু লাংমৈ চম্বনা মচা নিপা থিম্বোল য়ুমকুম্বা পোক্লে ।। কুম অসিগী রাকচিং থাজা হুম্নি পানবা লৈবাকপোকপগী

য়াচংলকপদা নিংথৌ কুরাওবা চমু খোংতেনবীনা মচা নিপা অমা পোকখ্রুনা মমিংবু নিংথৌ মকাম্বা মিংহুল্লে ।। ইরেম্মা শংখুবী লমদা লৌহোংবীনা মচা ইবুংঙো খিংনাং শংকনচাম্বা পোক্লে ।। নোংপান্নোন শরিক মোম্বীনা মচা ইবুংঙো নারিন খোম্বা পোক্লে ।। মতুং লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭৯১ নোংদালাই কুমশিং ৬৮৩ দা মচা ইমেম্মা অমগা পোকুনা ইরেম নাও খোম্বী মিংহুল্লে ।। মখুং মতম চাম্লবা মতমদা লুরাং কমোইথংদা থাজখি ।। মতুং কাল্লেন থাগী ৫ নি পানবা নোংকোরৌ শগোলশেনবী মুংখিল পোপ্পা লৈহুনবা মতমদা ইবেম্মা অপাম্বী নামুল চাওবী রাজোল শঙ্গুমতুনা মচা ইবেম্মা অমা পোকুনা লাইমিংবু থবাতোন মিংহুল্লে ।। ইবেম্মা নাওমুল চাওবীনে, ইবেম্মা ইরেং কোনবীনে, ৫ শুবীগা ৮ শুবীগা অনিদো মচা পিব = নিপা পোকবনিনা নাওদাশিং চন্দে ল'ইরমকেন্দা চাদাদে য়েক্লে ।।

## শম্লু যুবরাজনা চশাৎ লান্দবা, কেপ ৭ লুমাই ৯ থুদোন তৌবা, মরুপ শাম্লদুনা লময়েংবা চেক পুথোকতুনা ফুরা-লাইমুম শাবা তম্বীরম্বা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৭৯৯ নোংদালাই কুমশিং ৬৯১ গী কালেন থাকুংদা পো' নিংথৌ শুথাম খোম্বগী মনাও শম্লু লৈঙাকপা = যুবরাজনা চশাৎ লোইচনগে লাক্লে । মৈতৈঙুনা চেপাও য়েন্নুনা মনাই লৈশংখোম্বগা, তরুং লাইজাওগা, খোংকৈ লোইয়ুম্বগা অভম্বু থাহুনা উনহন্নি ।। মৈতৈঙুগী লমগী ওমথৈ তাবদা অসিদি য়াদেনা মৈতৈ কংলৈ লৈবাক্কী মমুংচনবা লম ওইরে হাইতুনা হল্লকুনা মৈতৈঙুগা লমমিৎ তুমিৎ তু তৌলোনবু পাউশানা তাকপীরে ।। মৈতৈঙুবু শাওদনবা থেম্নৌনা খে তৈবা কেপ হাইবা মথোন মাপন পানবা ৭ কা লৈহাপ লৈরাংলবা খে তৈবা কানো হাপ্পা শাবা লুমাই ৯ গা থুদোনপোং মাইয়োক থানা লোইহিনবা = মপীচা শাম্লে, চান্নবা মুংশিনবা মাশু ঐনি, ঐশু মানি থানবা কাইনবা য়াদবনি থানবদা ঐশু মাশু লৈমাংবনি থম্লহুনা তিন্নরে ।। ইরিন তুরেলগী তুদোরোনবু তাবদা শমলুনা তুরেলগী মরুবু লৈফম থংনিংহুনা মৈতৈঙুবু খোংহৌনা লময়েংবা চৎলে ।। মৈতৈঙুনা চৎশাৎ, তোংহু, মশাঙ্গী চৌংশাংবু কংলৈ পুংমাইয়োন লৈবাক্কী লৈফম্বু তাকুনা থংহল্লি । তুরেল মরুবু লৈখিবদা খিঙমদহুনা ইথোং অশিনী মরু অশিদি নোংপোক পাংবা কাপ্রে হাইনা লৈহল্লচরু । মতুংদা শমলু যুবরাজগী লৈনবা য়ুম অমা শাবিহুনা লৈহল্লে, য়ুমফম্বু পোং মফম কৌনরে = অপোং ইংখোলশু মতাইয়ে ।। কুমজা ১০ চুপ্প মাইগে

৪ বু লৈয়েং লৈকোইনা লৈওমহুনা মাগা লোইমরকপা লানমী অশাই অশনু চেক হাইবা মশক অমা লৈপাক্লা শাহুনা মৈতৈ অপুম্বা উহন্দুনা মতুংদা মখল মখেল নাইনা শাহুনা শেম্বা শাবা হৈনবা তম্বীহুনা ফুরা–লাইয়ুম শাববু নিংথি চংখোম্না হৈহল্লে । মুঙী লাইয়ুম শানবা মুংহোন মুংচিংবগী অরাববু থোকোক্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৮৫৫ নোংদালাই কুমশিং ৭৪৭ কী মমুংদা নাওথিংখোং হৌ কেগে লম্মহমবনা কোনবা লম্বু রায়েন থোপ্পবা মোইরাং কৈরুংবা চরন ইরাৎ থৌববু হাপ্পিহুনা পিবা থৌপুনহল্লে ।।

মচাইবুংঙোশিংনা য়ুমদাবা ঃ

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৮৬১ নোংদালাই কুমশিং ৭৫৩ চংলকপদা হৌ রাইরংনা কোনবা লমগী রায়েন থোপ্পবা ময়ুম এলুপমা অঙোম পিবা অঙোপাম্বা ক্লাকপা ইরান লাম্বববু মৈতৈঙ্ কংলৈ পিবনা হাপ্পীরে ।। মৈতৈঙ্ নাওথিংখোংনা মচা ইবুংঙোশিংবু লাইরকচন মৈতৈ চৎলম লুতিনবু কাইদনবা নামুং চৎলম্বু থোপুদনবা রাখল্লহুনা মতম পুম্বদা শিম্থা নোংদম্না শিন্দম্বী ।। লৈবাকপু অরা অনংবু লৈতবা য়াইফং য়ুম্বাল এইনবা নোংদম মরু লোংমুক্লাম্বগী মফমদা থৌকাওদহুন রাহোমহুনা কাইথিরোন মরু খোংঙাইবগা লোইনহুনা চৌংঙ্ লাইথোং খুদিংদা কুমজা খুদিংদা পুরুম থাগোম্না ইরাৎ থৌপুনৈ । মতম্বু মুংশাংনা অরা অনং লৈতনা লৈপানবনা মচা ইবুংঙোশিং থরবু য়ুম্বাল য়ুমখাইনা য়ুমতাবা হৌনরে ।।

---

ইবুংশংবম, খুমল্লম্বম, খোইন্নাম, শুখাম, সিঙ্গাম, লাইতোং, নামোইজম, ময়াংলম্বম, নপচবা ময়াংলম্বম, নাওরোইবম, (খোইবা) হাওদৈজম, চংনিংশেনবম, ঙাঙোম, কাংঙাশেনবম, লাইশংবম, খোইমুজম, থাইবা লোইতাম, শিনাম, ইরোম, নামোইজম থিংনাম, অখোম য়ুমদানবা ।।

১ বা থমশুরোমগী মচাইবুংঙো পুংফৈ লানথবনা নোংমাইথেম্বী পাম্নহুনা ইবুংঙো ইপুংশংবা পোক্নুনা মচা ইবুংঙো অশিনা ইবুংশংবম হাইনা য়ুমদারে । মথংলেংনা শমথথিবনা খুরাই তাবা ইবুংশংবম পার্থোগী য়ুম্নী ।

২ শুবী কৈরুংহনবীগী মচা ইবুংঙো নিংথৌহনবা নোংহম্না অঙোম চন্ন য়াখুবী পাম্নহুনা মচা ইবুংঙো খুমনলেম্বা পোক্লে ।। মাগী ঈনা চৌংঙাতাবা খুমল্লম্বম মরাম্বগী য়ুম্নি ।। খুমল্লম্বম পুর্নশিংগী য়ুম ।। মোইরাংখাম তাবা খুমল্লম্বম বলদেব । পাংশোই তাবা মোনশাম্বা ।। মাক্তিং তাবা ক্লপো । মৈতৈ হাওচোংপন তাবা তোলেন খোম্বগী য়ুম ।।

কৈরুংহনবীগী মচা ইবুংঙো নিংথৌ খুম্বনা অঙোম চম্নু পাম্নহুনা মচা ইবুংঙো খোইস্নবা পোক্লে । মামা খোইস্নাম য়ুমদারে ।। মাগী ঈনা খোইস্নাম শরিকপা ।। খোইস্নাম রসমা ।। মাগী ঈনা খাই তাবা চীংশম্বগী য়ুম্নি । মাগী ঈনা মথং লেংনা খোইস্নান ভোনাবা নোংমাই পেঙংঙা নাংথিংখোং ওয়াকাদোন লাইশং ফুঙ্গালাই লাৎপা য়ুম্নে ।। পোৎশংবম তাবদগী থাইব খোইস্নাম ইয়াইরেক শঙফম্বা বিরসিংদি য়ুমলেন্দা তিল্লি ।। খোইস্নাম হাওচৌ লাক্লে ।। সিখোঙ্গী খোইস্নাম ভোম্বগী য়ুমশু য়ুমলেন্দা তিল্লে । থাইখিবা । শিনাইবা খোং মরি=চৈশু ২ য়েৎ ওইদা পায়হুনা চৎপা শাগোলবন তাবা চাওবগী য়ুম্নি ।। খোংমরিশুবশু লাক্লে ।। খোংমরিগী ঈনা শাগোলবন তাবা শুখাম চাওবা পিবাদি নোংচুপ মিরমদা চৎথ্রে লাক্লে ।। মথং চৈতন্যা গোপালনা য়ুম ভাক্লি ।। শিখোংদগী শুখাম সিখ্বা খোংমন তাবা কুন্দোসিঙ্গী য়ুম্নি ।

কুন্দসিংবগী থাইবা লাইতোং চন্দ্রনা মেনোংখুনা চাওবা লুরাংশুগী মচাম্নুগী পাম্নহুনা নামোইচাম্বা পোক্লে । মাগী ঈনা নামোইজম য়ুমদারে ।। পাৎশোই তাবা চক্রপানিগী য়ুমনি ।।

থাইখিবা মুংয়ানলম্বা মাগী ঈনা নম্বুল তাবা ময়াংলম্বা মুবা পিবা লাক্লে অরাদা চৎথ্রে ।। মথং ভগশিংনা য়ুমভাক্লি । ললহানপুং তাবা ময়াংলম্বম জিবনসিঙ্গী য়ুম্নি ।। ময়াংলম্বম খুলেন লাক্লে ।

থাইগিবা নাওরোইবম মুরারিগী ঈ লমডাওতোং তাবা চৈতন্যগী য়ুম্নি ।। পিবাদি মীয়ান লমদা লৈখি ।। জিবোনসিংনা য়ুম ভাক্লি ।। অরোংদগী লাকপা চীংঙামথা তাবা ময়াংলম্বম নিলাদগী থাইবা ময়াংলম্বম নিংথৌগী য়ুম্নি ।। অচানবিগৈদগী লাংমৈ লাক্লে ।। শেনাবত্তিগী মনাই লাইবা লাক্লে ।। হাওদৈজম মুরারি লাক্লে ।। চংনিং শেনবমগী ভাঙোম কোদোমপোকপী তাবা শেখোরশিঙ্গী য়ুম্নি ।। মংশাংগৈ তাবা কাংভাশেনবম লাইশংবম খেল্লারাম লাক্লে ।।

৫ শুবী ইবেম্মা অপাম্বী খোইরু লাংমৈ চম্নুনা পোকপা মচা ইবুংঙো থিংকোন য়ুমকুম্বনা অঙোম চম্নু পাম্নহুনা মচা ইবুংঙো খোইনু চাম্বা পোক্লে । মাগী ঈনা খোইনুজম য়ুমদাবা হৌরে ।। খোইনুজম হাওবি মাগী ঈদি নোংচুপ হারমগী মীয়ানগী লমদা লৈথরে ।। মথংদা শাগোলবন তাবা গৌরসিংনা য়ুমভাক্লি ।। থাইখিবা ( লোইতাম লমলোই ) মাগী ঈনা নম্বুল তাবা দুর্গসিং ।। অকনগী য়ুমদি হাওচৌনে, নোল্লি ।। খোইনুজম অঙোমদা লৈবা লৌমি লাক্লে ।। হাওকৈ তাবা খোইনুজম অভিরাম লাক্লে । খোইনুজম মরাম্বা কৈতহিদং লাক্লে ।। নাওতম ক্ষিশাবদা লৈবা নেম্বগী ঈনা ঔরাংখুনৌ তাবা ধনাসিং=দনসিংগী য়ুম্নি ।।

৬ শুবী ইবেম্মা অপাম্বী কুরাওবা চম্নু লৈকুম খোংতেনবীনা পোকপা মচা ইবুংঙো নিংথৌ মকাম্বনা অঙোম চম্নু পাম্নহুনা শিনাইবা পোক্লে ।। মাগী ঈনা থপ্পাংবা শংবা মুরারি ।। মাগী

ঈনা শিনাম ত্থগ্বাশিঙ্গী য়ুম্নি । খাইখিবা ঈরোম শিনাইবা ঘনামালি লাক্লে ।। খাইথিবা রাকচীংকৈ তাবা নামোইজম বিনিন্দ্রগী য়ুম্নি ।। মংশাংকৈদা লৈবা লাইশংবা খেলারাম লাক্লে ।। থপ্পাংবা শংবা গঙ্গচোরোন লাক্লে ।। হাওবমদা লৈবা ঈরোম পিবাদি নোংচুপ হায়মগী মীয়ান লমদা লৈথি ।। মথং কুত্তি বাসিন য়ুম ঙাক্লি ।।

৪ শুবী ইবেম্মা অপান্বী সংখুবী লমতা লমহোংবীনা পোকপা মচা ইবুংঙো থিংনা শংকপ চান্বনা অশাংবম চন্নু পান্নতুনা ইবুংঙো থিংনাইবা লোইচা পোক্লে ।। মাগী ঈনা খুরাই তাবা থিংনাম দেবান্দগী য়ুম্নি ।। তমপাক য়ুমদা লৈবা লমফেল মপান তাবা কানহাইগী য়ুম্নি ।। মাগী ঈদি নোংচুপ হারম মীয়ান লমদা লৈখরে ।। মথং পাংঙনতোন্না য়ুম ঙাক্লি ।। থিংনাম মোনশাং লাক্লে ।। ককচিংদগী লাকপা থিংনাম খ্বাই তাবা জোয়োগী য়ুম্নি ।।

৭ শুবী ইবেম্মা অপান্বী শরিক মোন্বীনা পোকপা মচা ইবুংঙো নারিনখোম্বনা লংমাইথেম চন্নু পান্নতুনা ইবুংঙো অখোমজাম্বা পোক্লে ।। মাগী ঈনা অখোম য়ুমদারে । অখোম গোবিন্দো লাক্লে ।। থাঙ্গদা লৈবদি অখোম দেবরামগী য়ুম্নি ।।

---

# মচা ইবেম্মা থবাদোন লাইরৈমগী পরম

নৈতৈঙ নাওথিংখোঙ্গী মপারি মমোম অনিনা লাইলৈমা নোংমাইহুনা মপা ইবুংঙোগী মরমদা তেংবাং থৌখননরম্ব থৌকাওদনা খোঙ্গম্নরগা স্ন থৌখনবু তানফংদনা নোংগাখিবা মরম্বু তাবদগী মমা নোংমাই পেতংঙাগী তৌবিমলবু নুংশি নুংঙোঙ্গবা ওইহনা মপুক লুয়াংদা নুমিৎ খুদিংগী থৌকাওবা লৈতনা তানফংবা তৈ–লৈবু পুহনা য়ুমজাও লাইশংদা চংহুনা মমাবু পুক্কম থাগোন থৌনিজৈ ।। "ইমা নংবু অমুক্তা হন্না শাথোক্লকখোবা নচা নিংথোং খুবনা পম্বোগী লমনবু লনশিংজবা তানফংজববু ওইগুম্না ইয়ুম ফুঙ্গা লাইবু ওইজনা পুক্কম থৌখন্নবু লাংচগে কুবি নোং-দমবিও" পাউশানা লৈনি লাইনিং পরম্বু থৌহোংবা লৈতনা নিংঙমজবদগী ময়ুম খোইস্না মিংহুন্না য়ুমদারবদা ময়ুম লাইবু ওইবীহুনা লৈমিন্নরে ।।

মমোম ইবেম্মা থবাদোন খোইদোম শেংঙৈদগী মমা নোংমাইহুনা রাথিবা থৌরম্বু তাবদা নুংশি নুংঙোন রাখনবু তাম্বেংনখিহুনা নোংকোরো খুদিঙ্গী থৌকাওবা লৈতনা মমা নোংমাইহুনা নোঙ্গাখিবা লৈকমদা চত্তুনা নোংমাইহুবু থাগোন্না মানা পাউশানিংবা রাবু পাউশা তেংথা নাওইবা চৎলম্বু থক তোক্লমদে ।। "ইমা মুপী হাইবা মপোক অশিবু করিবু ইতু অশুক শোলহনবা করিগী ইকাই অশুক থিহনবা, রাখলবু মতম খুদিংদা পোকহনবা ইমা তাইবং ইপোক অশিদা

তাইবং চৎলমগী মথৌবু ইমা নংনা নীংজবা থৌরম কাইবগুম্না নমোম নচাবু নীংজব থৌরম্বু তাম্বেংনরোইদবা লৈঙম্লবদি ইয়ুম য়ুমলেপ্পদরিঙৈ অসিদা ইমা নংনা লৌশিনবিতুনা নমোম ঐবু ননাক্তা লৈথম্নীও" পাউশানা নোংগাংদনা তেংপা থাগোল থৌজিজৈ ।। নোংকোরো অমদি নোংমাইমুনা উম য়ুম্বাল য়ুমলিংবা য়াঙম্না লংথুপ্পি নত্তে মৈতৈঙ্গী অরাবা অতুক পোথানবা মচা ওইনা অতুক পোকপদনি লাইরৈ অসি অকাইব। লাক্তদোরিনা অতুদি ঐ লৈহনশন্নবা তৌদবা য়াদরে লৈখল্লকুনা মমোম শানা তাইবং ইপোক্তা পেকুনা লৈঙম্নদগী মমোম শেম্নীন নোঙ্গপুংদা ফমতুনা পাউহোম থৌরোইবা লোইবদা মতিক মঙানবু চীংশিন্দুনা লৈত্তিম্লরে, মমোম শেম্নীগী হক্তী মখৈদা মালেমদা তাতুনা লৈরে ।। মৈতৈঙ্ নাওথিংখোংনা মমোম মচাবু উঙমদে ঙসিবু কদৌরবনো উঙমদেদা লৈহং লৈথিনবদা লাইলৈমা পেতংঙাগী নোঙ্গপুংদা শিতুনা লৈরমতুনা লৈবাক হৌনা য়েংনতুনা চুকশ মৈথারে ।। মথৌ মঙম থৌরোইরে উক্রোং লৈহোংনা লৈহন খোংলম্বু লৈথিন্ন মচা কাইনা মৈচাক্তী মুংঙোন রাথন্দা মৈতৈঙ্ লৈঙম থাংঙম্লক্করে পুন্সি অরোই খোংলম্বু লৈথিনরক্রে ।

# নোংমাই লাইরৈমনা মাগী মচা ইবেম্মগী লৈফম তাকপা

মৈতৈঙ্ নাওথিংখোং অহন মঙম্নগা থোইমা য়াম্লগা ওইবনে অরাবা রাথল মুংশি মুংঙোনবগী পরঙ্গ খরা খরা কোকঙমজরক্লবদা মমোম মচা ইবেম্মগী কাইনা মৈচাক্তা থৌশিন লৈচাপচন্দুনা মদাইরেন পেঙংঙাগা মমোম থবাদোনগা; অনিগী রথন্দা মুংঙোন মৈচাক্তা রাথলবু ভাইয়োন শেরাম্লঙম্লে ।। মৈতৈঙ্গী অরাবা মৈচাক উবদা খাংঙম য়েংঙম্লক্কবনা পাউশাররে ।। "মৈতৈঙ্ নমোম ইচাদি ঐগী ইনাক্তা লৈঙম্লে, ইনা হাইজপিবদাই মৈতৈঙ্গী মচা ওইনা পোকুনা মা নাক্তা কুমজা খরা তাইবংলেন্দা লৈরগে হাইজরগবু করম্লবু কাউবনে রায়নে, তাইবংলক্তা শাথোকপগী ফলম্বু মুংশাং মল্লে তাইবং মীনোক লাক্রে শৈরোম্লশি তৌবনি ।। নপারি ইচা ইবু ঙে নিংথৌখুবগী য়ুমজা ময়ুম ফুঙ্গা লাই ওইনা থঙ্গীতুনা নপারি থোইম্লবনা মুমিৎ খুদিংগী ইরাং লৈহুন তৌবীনা নমোম ভমফাদোনগা লোইনতুনা নদাইরেনবু লৈজরে। ইমোম ভমফদোনগী লৈহুনবু লৈতমতুনা নদাইরেন ঐনা চাবা থকপা তৌদনা ইমোম ইচাব নাওকোল্লি ।। হৌজিক্তী লাইরমলেনগী ফালমদা মা থোগনবু মা নাক্তা লৈকম মা থোগনবু তানফজবা কুবি নোংদম তঙ্গীরো রাহোম্লে ।।"
মৈতৈঙ্ থোম্লেন মিকপ থোক্লে ইস পাউশা পাউতাক অসিদে ঐগী ইতম লোম্লেদন অতুদি ঐগী অরোইবা ইথৌবু থৌরোইনবা তৌদবা য়াদে মা পুক্লিং রালেপ্লে ।।

# খোইস্নাম য়ুমদা মদাইরেনগা মমোমগা ২ গী শংলেন শাবা

মৈতৈশু নাওথিংখোংনা মচা ইবুংঙো খ্বাইতাবা নিংথৌখুবগা মশু খোইস্নবগবু থাকোহনা তৌগদবা থৌরম পুম্ববু লৈতাক্লে ।। মচা ইবুংঙো নিংথৌখুবগা মপারি খোইস্নবগনা থৌদা নোংদম থৌপুনা শঙলেন মমাই মরি পানবা অমা শাহনা মাইগৈ মরিদা লাইয়ুম চিরোং ৮ লৈথেংনা শাবা লোইহনা রাহংগংলে, শঙলেম লোইরে তাবদা স্না হকচাং ইরম্ববু খরা ফরে ।। মতুং লাংবচকী কুমশিং ৩৮০৩ নোংদালাই কুমশিং ৬৯৫ গী মেরা থাজগী নোংমা পানবা নোংকোয়রৌ ইরাই মুমিত্তগী থৌরম্ব হৌহন। নোংমাইম্নুগা তম্ফাদোন মচা ইবেম্মগা মৈতৈশু কংলৈ পিব। স্না থম্বাল লৈশংবা নাওথিংখোংগ অহুম্না নোংদম্বা লাইবু থাগোম্না লৈহুন থৌগন লৈরাংবা থৌহৌনগনি পাউজেন্দুনা লৈবাক তাগন থংহল্লে ।। মতুংদা মদাইরেন পেতংঙা মচা ইবেম্মা তম্ফাদোন অনিগী লৈশেং ফিরোন শাথোক খোংনেৎ লৈমরেন শিনাই ফমখোন তরেং লৈপু লৈকম্বীগী ফিরোনবু শুনা শেম্বক শেঙ্গা, শাগোল শামু, চুং-টা, শেকপীন হুমাই লৈমা ফিরোন শুনা থারক্লে ।। লৈমরেনগী মশক্তম মমোম মচাগী মশক্তম্বু লেশানা নোংদম মরু লোইহুম্বা, কাইবিরোন মরু খোংঙাইবা অনিনা লৈকুম্নহুনা অমাইবী থাবী লৈমা, তোলেন থাম্বী, য়াংদং লৈমা, লৈমা তাম্বু, শাগোংহনবী মাইবী ৫ না ইবেম্মা ২ বু পাদম্না ফিশেৎ লৈতেংন অশৈ খোনদাং লাংনা শামুগী মথক্তা হাপ্তুনা পুং-শেন য়ৈহনা খোংগা ছুনা মুকেং ইকোনগী মৈবম পাংবা ইপান্দ থমহনা লৈমাক হৌনা য়েংনহনা হরাওরে ।। মৈতৈশুনা পাউশানৈ ইদাইরেন লৈমরেন শিনাই ফমলেন তরেৎ লৈপুদী নমোম নমা নচানা নোংদম্বা থোইয়ুমগী লৈহুন লৈরাংবু লৈতন থাগোম্না পুরুম থৌগঞ্জাগে হাইবদো নোংদম্ব লাই তেংবানবগী মপুগী নোংদম য়াইবীকোন তরং ইম্নুংবুংদা মঙানবু লৈথয়া লৈবনি ইম্নুংবুংদগী থাগোন থাকোনা থৌরম্ব রাকং লৈহুন্না লৈতাকচহুন নয়ুম নরাময়াইদা লৈপু লৈথম্না ইরাৎ লৈহুন তমজনবা তৌঙমশি ইদাইরেন, ইমেম ইবেম্মা নমা নচাবু নোংদম্বা লাইবু পাউতাক থাগোম্লো ।। স্না য়াথং তানফংবদা মরু অনিনা ইরোম্নুংদা কুমহনা লাহিং হিরি লৈথানা রাকৎ পাউশানা ইরাৎ থাগোম্নঙম্মে ।। অমাইবী হুম্ববী থাবী লৈমনা লুচিংনা শনিক য়ারা পাউশা থেয়ৌনা ইম্নুংবুংদগী থেম্নৌনা কোঞ্জন্না তেংবানবা মপু উংলো য়াইবিরেন শিদবা নোংদম্বা লাইগী মিরেনবু লৌথংনহনা পুং শেন য়ৈহনা পেনা, থূং, খোংহনা অমাইবীনা অনোই শাথেক লৈহুম্না লাইরেম্বগী মরাময়াইদা তাংবন থুদা লৈথানা নোংদম্বা লাই ( উংলো য়াইবিরেন শিদবা ) থাগোম লৈথম ইরাৎ থৌহৌরে ।। মেরা থাজা নোংমা পানবা নোংকোয়রৌ ইরাইদগী পৌহৌনা ১১ নি লৈপানবা নোংকোয়রৌ নিংথৌকাবগী মুমিদাংদা অমাইবা অমাইবীনা খেঞো পাউশা লৈরাংলে ।। মতুংদা উয়াল্লোন থৌগন্দুনা হিজিং হিরাও পাদম্না থৌখলে ।। মতুংদা নোংগারোনবু থৌগম্না

তেংবানবগী মপু উংলো য়াইবিরেনবু নোংলোন লৈফমদা লৈথিল্লে। মতুংদা ঐগ্র.ই শৈশরু লৈঙমহৌবা তাইবং, লাই পুম্নবু মিকোন থাগে'ন কোপ্পন্দুনা নোংদম্নগী থোগন লৈরাংনা মপুক হরাও তয়াম্না তাম্হেংনববু থোরোইরে ।। মৈতৈঙ্.না কুমজা থুদিঙ্গী খোঙ্গুমহুন লাইওইগ্রবী মমা মচা অনিগবু লোইনহুনা মপুক হরাও তয়াম্না অনোই শাদম শাকোই লৈহুন লৈরাং থোগল্লা নোংদম্বা লাইগী থোগনবু থোকাওদনা থাগোম্নহুনা পুন্সিগী মতম্ন তাইভল্লরে ।।

মৈতৈঙ্. নাওখিংথোংনা মশাগী অরোইবা কুমজাবু লৈথুংলহবদা কুমজাগী মদাইরেম্না ফুঙ্গা লাইওইনা লৈঙম্বা লৈফম মচা ইবুংঙো নিংথৌখুবগী মশাইকোন্দা পেংগুমহুন হরাও তয়ামমিন্নবগী লাইরোই মুমিত্তা হাই, "ইদাইরেন পেতংঙা নংনা তাইবং মালেং পান্দগী লাইরম্লেন্দা লৈতিনখিবনা লৈহানখিবনা নংগী লমনবু ঐনা তাইবংলেন্দা মনিং থুংনা লনশিংববু ওইখিদরে নংগা ঐগবু লৈবাক অরা লৈথম তাওমহুনা অনৌবা লাইরকচন্না লৈথুম্নখরবা লাথুপ লারৈবু অমুক হন্না শাথোক্লুনা অনৌব চংলম্ন অরিবা চংলম্না মৌনমহুন অরিবনা নৌনা খুম্হোক্লুনা নংগা ঐগনা লৈবাকী থৌখন ওইঙমহুনা ইশল লাবা অমোম্ন কোম্পিল্লশি. তয়ুম লৌরম চাবু তকথোক্লুহুনা ঐবু মীয়াই লেংদা লাকঙমগে নংগু শারেপ তন্না পোকঙম লৈঙয়ম্মুক তাইবংলেন্দা রায়েন নোংদমমিন্নশিকো ইদাইরেন নংদো", হাইনা মিন্না ইরা চেন্না রারেপ্পরম্মগা স্না শংগাই কংলে পুংদা লৈহল্লক্লে । থাজা থর লৈরম্মগা নোঙ্গারে ।। মৈতৈঙ্. পুন্সি কুমজা ১৬১ নি ফম্বাল কুমজা ১০০ নি ।

মতুং লাংওন থোকভম্নশু ফমান পুন্সি তানফংলনদাইদা লাকহুন্না ওইঙল্লখিনি হাইখিএ, মতমদি অরুবা অনৈবা লিতিম্নবা ওইববু লৌন অরি খুম্হোক্লুন থ.ইহুম্না পানহুম্নখিনি হাইহুনা য়ুরেন্দা তাকঙমখি ।। ঔরাং লাল্লুয়া খোংচৌখোংগনি কংলৈ পুংমাই লেপ্পুনা শংহৌনা মৈতৈ চংলম শাংলগে লাইরকচন তাংঙম্না ।

## ১২ মৈতৈঙ্. খোংতেকচা কংলৈম্না থম্বাল লৈশংবা মতম

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৮৬৩ নোংদালাই কুমশিং ৭৫৫ লৈচংবদা মৈতৈঙ্. খোংতেকচানা মপাবুং নাওখিংখোংগী থোদাবু থোপুনা কংলৈ স্না থম্বালবু লৈশংবা লুচিং পিবা তানফংলে ।। মতুংদা মীতৈ লৈমা পুকৈরেম্বী কংলৈদা লুচিন লৈরাং লৈকৎহুনা মৈতৈ লৈমা হাপ্পুনা ওইথম থোগব ফম্বাক্লে ।। লুরাং পিবা লম্বুবা থৌরেন লাম্বাবা ।। অঙোম পিবা লম্বুবা ক্বাকপা ইরাম্বাবা ।। খুমন পিবা লম্বুবা শেনবা শিংকরাই ।। মোইরাং পিবা লম্বুবা চরান ইরাৎ লাই কৈরুংবা ।। পিবা মম্নিনা ইরু মাইত্তানবা ইশেং ইহৈহুনা মযুম লৈবু লৈরাংনা ম্নিংলেনবু থাগোন শিংথানা অশৈ খোংকাং লাংনা, য়োইরেন খাবী লেংনা ভিঙ্কা, নোংদম মরু লোমুজাম্বা, কাইবিরোন মরু

খোংঙাইবা মরু অনিনা লাইরকচন চৎলম্বু কাইদনা থোপুনহুনা লৈকুম্বদা ফমদো ৬৬ গা অশাই অশম পুম্বগ। থোগম্না লৈকুম্নহুনা কুচু শংলেন্দা লৈচং ফম্বাল লাংহুনা লৈবাক্কী চৎলম লুত্তিন থোপুনগদবা লাইরকচনবু পাউশানহুনা মুংঙাইনৈ। ফম্বাল তোংবগী মতুং থাজা অশিদা মদাইরেন মৈতৈ লৈমরেন ফম্বাল ৭ লৈপু লৈফম্বী পুকৈরেম্বী বাংগোন শংগুমহুনা মচা ইবুংঙো অমা পোক্কুনা ইপান থৌনি মুমিঙা মিংলেনবু কৈরেনচা লৈহুল্লে ।। কুমজা অসিগী থামৈদা মোইরাংগী পিবা চরন ইরাংলাই কৈরুংবনা কংলৈ পিবাদা লানশিংলক্কুনা মৈতৈঙু খোংতেকচা লুচিংবনা তাথিরে ।। ময়ুম মোইরাং পিবা চরন ইরাংলাই কৈরুংবা অসিদি মচৎ নাইদেদা লৈবাক্কী চৎলম পাগী পুগী লাইরকচনবু নামুং চৎলন্বু থোহৌনৈদা য়াম্বা লুচিং থোগনবু থৌশিংদবা চৎলন্বু থোহৌবা অসিবু লুতুঙ্গী চাদোন শুদোনগী লাইরকচনবু লৈমাংনবা থোপুনৈ হাইহুনা অশাই অশম লানমী থরগা লোইননা হো কেগেপুং য়োনা থোঙ্গুম্নহুনা লাম্থেং লানচাইনঙম্লে ।। মৈতৈ অথৌ হৈশিংবগী মমাংদা মোইরাংগী অথৌ হৈশিংবনা থাংবা ভমদহুনা লানকাইহুনা চেল্লে, চরন ইরাংলাই লেৎথরে, কোইনা থিববু ফংদরে থাজা অভম চুপ্পা মোইরাং এলুপকী পিবা কাংলে, মৈতৈঙুনা ফংলৈদা লৈকম্না রারেল থোপুরে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৩৮৬৪ নোংদালাই কুমশিং ৭৫৮ কী চহো শজিভু থাজাগী মমুংদা ময়ুম এলুপমা মোইরাং অভুইরোংকাবু কৌথকুনা ময়ুম মোইরাংগী লুচিংবা পিবা লৈহাপ্নিহুনা হো কেগে লম্মহনবনা কোনবা লমগী রাম্লেন থোদা নোংদম্বা লৈশিন্নহুনা হো ঙাং-ঙোইনা কোনবা লম্বুনা হো লম্মহনবা স্না কংলৈ পুমাইয়োনগী থোপু থোকানবগী থৌশিন্নবু শিন্নাক নোংদম পাউতাকপীহুন থোপ্পহল্লে ।।

## কৈ অঙোবা শাথোকপদগী শাথিনবদা খংহোদনা ঈচাও থোক্কুনা ফমদো ৬৪ শিখিবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৫৮৬৯ নোংদালাই কুমশিং ৭৬৯ গী ইংঙা থাগী ৮ নি পানবা নোংকোরো য়ুমশাকৈশাগী মুংথিল পোপ্পা হুনগৎলকপদা হুংপুং কৈদাদগী অথূবা অকনবা পাউ ফঙ্গৎলহুনা মৈতৈঙু কংলৈ পিবা খোংতেকচানা ফমদো থরগা লোইনহুনা স্না খোংলেংথহুনা শাগী খোঙ্গুন লিঙখি ।। ময়াংলেন্দা থুহুপ ৪ শাংবা মচুনা লুপাগুম্না ঙৌবা পামবা কৈ অমবু শাথোক্লকুনা মৈতৈঙুগী স্না মাংদা ময়া কাথক্তুনা হাকাম অহুম্নক চল্লম্মগা শহু য়াঙ্গেন ময়াক্তা নারোং নাইরে-শিন্দুনা লৈখি ।। থৌরমবু উবদা মৈতৈঙুনা তাখিহুনা মপুক অকি তুজুং লৈতনা চংশিন্নকুনা নারোংথিবা পাম্ববু থিবদা থিবা ফংদরে ।। ফমদো অথৌবা পুম্বনা শাথৎপদগু শাথেংনদরে ।

মৈতৈঙ্‌ স্না পুক্লিং চিংনয়ে থোরম অসিদি করিনো ঐদি রাহং পাউহংবগু তৌভমদেদা ইনিংহৌনা লাকভস্মিদা অহন পান্সবা চৎলমবু থোপুনৈদা থোরমবু করি ওইরগবা অভকপা খুদম্মিদ: শাথোক অশিদে রাখল্লকুনা কমদৌ অথোবশিংবু লৌখামহুনা লৈহন্নবা তৌভম্নশি পাউশানহুন, লৈহন থোং-শান্নভম্লে ।। খুদক অহুদা মফম উখং খংহৌদনা খাক লাওহুন: নোংগ: মুংশিংকা লোইনহুনা ইথক ইহৌ ইচাওনা চেম্বরকুনা ঈশিংন: লাকুনা মফম খংদনা ফমদৌ ৬৪ বু খিবা ফংদনা মাংখরে শিখরে ।। লোং পায়বা নিপ: অমনা স্না থৌগন ওইরমহুন মৈতৈঙ্ খোংতেকচা পিবাগা লোংজাম্বা মনাউগ: মপু মনাইতদি হিংহুনা স্না কোম্নুংদা থুংভয়রে ।। মৈতৈঙ্‌ন নোংদম মরু লোংমুজাম্বগী মফমদা রাহং রাহৌয়বদা মরুনা হাইয়ে, মৈতৈঙ্‌ স্না পুক্লিংদ। চিংনবা লৈরম্নু নবুধৌনা অহুক পাউশা পাউদাক্লম্বনি লৈবাক্কীদমকপু অর, রাখল লৈবিরম্নু স্না পুক্লিংবু লৈথুংনবা ইপোক য়াইদ তাম্বেংনবা মতম খরদং নবুধৌগী লাইনিংবু থাগোম্ন: লৈভম্বন: যাইফংনব: ওইরনি লৈফম পুরুম খোংলম্নু রাহংবু রাখুম্‌দে ।। মকগী নোংদম তানফংবদা মৈতৈঙ্‌না র,খংলহুনা লাইনিং চৎলম্বু রাহংনা মবুধৌবু পুরুম থাগোম্না মতমবু ভাইনব: থৌরাং থোপুনৈ ।। লৈখিদ্রিব: ফমদৌ পুম্বগী উক্রোং মভমবু কংলৈ পুংদা তৌভম্নগা মতুংদা থোপুহৌনবা ফমদৌ ৬৪ বু অমুক নোহৌননা লৈহাপ্পুনা লৈথম্লে । মচা ইবুংঙো কৈরেনচাবু কংলৈ পিবা লুচিংবগী কম্লেনবু লৈশিন্নহুনা থোপুহল্লে ।। স্না পুক্লিংনা নিংব: থোরম খুদিংবু পাংথোকুনা লৈবাক্কী য়াইফ থোরমবু লৈশিন্দুনা অশাই অশম ফমদৌপুম্বদা লৈশিন্নহুনা লুতুঙ্গী থোরমবু থোথি থোয়েংনা শিন্নুক নোংদম্না থোশিল লম্মগা মতুংদা হৌ লম্মহনবা কংলৈ স্না পুংমাইয়োনগী মম্নুংদা লৈব: মঙাং মরু শিদবগী লাইনিং-পুংদা লৈচং ফম্বাল্লাংনা তেংবানবগী মবুংঙো য়াইবিরেন শিদবা খোইয়ুম ৫ গী লাইমিং মেরুববু পুরুম লৈপাই থাগোম্না লাইমিং শিংখেক শিঙ্গা লৈহাপ লৈপায়না মচাগী চৎলমবু থোয়েংনা লৈরম্মগা মরু অহুমগী থুপ্পফম পুংগী নোংমাংখা মথোংদ: ফমহুনা লাইনিং পরৈবু লৈথান, লৈরম্বদগী হুংবা ভাংবা কৌববু রাখুম্লক্রে ।। মহুদা মচ ইবুংঙো কৈরেন চানা নোংদম মরুদা রাহৌমলুবদা মরুনা মচ: ইবুংঙো মপাবুংদি অরান খুবম তাম্বেংলবনি লৈশোক লৈচনরম্নু মংলেন লুতিন চুকশা মৈকৎনবা থোপুনবা তৌভম্লো খংত্রিভৈদি খংদবনি অয়োন লংজ থৌগন লাক্লনি মুমিৎ থান: উফদরে, শা উচেক্লগু উফা লানফবা মম্নুং মতম নত্তরে, স্না হকচাংদা য়াইবি অমতা মঙাইরে ।। মরু হৌজিক মঙাং লাইনিংবগী স্না হকচাংদা লৈভম্লিবা য়াইবী অশিবু লাইমিং করিবু কৌবনো নোংদমবু কুবিও নয়াখংদগী নাওরা ঐবু তাজ খংজবা তাম্বেংনজগে কুবিও মরু ।। মচা ইবুংঙো থরাই অমা হাইবা অহুদি ( হুম শিদবা ) হাইবনে, থরাই অসিদি হক হাইবা মশক্লা লৈমুং লৈমাং-দন্নিবা মখৈবু লেংদনা লৈভম্বা থরাইনি, অশিবা থরাই ৫ না হকপু লৈথানা চৎখ্রবদা থরাই শিদবা অশিবু ঐখোইনা লৌখাম্রহুন: হকু: মুংশাং লৈথম্নবদি অয়োন লংজা থোপুববু তানফংলক্লে

চংলমবু নামুংহন্দনা থোৗথনবু লৈচংনবা তৌঙঙ্গে নোংদম্লে ।। মরুগী নোংদমবু থোৗপুনা অশাই অশম পুম্বনা থোৗথম্না লুত্তিন মংলেন্দা চুকশা মৈকংলে, মচা ইবুংঙো কৈরেন চানা অশিরোইগী থোৗগন লৈয়াৎ থোৗপুনা য়াংলে—য়াম্লে ।। নোংকোয়রৌ ৬ নিদা শো বাং উংথাংথো য়াম্লে নোংকোয়রৌ ৯ নিদা হকশেংলে, ১০ নিদা উক্রোং লৈহোং পাউজেম্লে নোংকোয়রৌ ১১ নিদা উক্রোং লৈহোংবা মঙম্ব থোৗপুনা লৈহন থোংলম লৈতাক লৈখিন্দুনা থোৗরেইরে ।। মৈতৈঙ্, থোংতেকচা পিবা ফম্বাল কুমজা মপুং ২০ রায়েন থোৗপুবনা থাজনবা কুমজা ২১ পুন্সিনা ১০৪ নি হাইনা লাইয়েক লৈথম্লে, হয়ম ।।

## ১৩ নং মৈতৈঙ্ কংলৈ পিবা লুচিংবা কৈরেনচা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৮৮৪ নোংদালাই কুমশিং ৭৭৬ গী মতুংদা মচা ইবুংঙো কাইরেনচানা কংলৈ পিবাগী মঙম্ব থোৗপু থোৗবোবা অশিবু ময়ুম পিবা ৪ না মপুক ইরাং থরা থোৗপুনে ।। পিবা ৪ গী মপুক রাখল উবদা কৈরেনচা কংলৈ পিবানা ময়ুম পিবাশিং অশিবু লৈ রক্কী চংলম লুত্তিংবু ঐহাক থক্ত রারক থোৗকাওননিংগুম থোৗপুনৈদা অশিবু নোংহোনা অমুক রারক থোৗকাওববু কাওদনবা খুদক অসিদা ঐ থোৗপুদবা য়াঙমদরে হাইদুনা চংলম্ব, থোৗপুনা কংলৈ স্না থম্বাল লৈশংবগী চংনলম লাইরকচংগী পিবা ফম্বাল তোংকনি হাইনা অশাই অশম ফমদো ৬৪ গা বুচু রায়েন থোৗকাও রারক শংলেন্দা লৈফম্বদা লৈবাকপু তাহন থাংহল্লে । মতুংদা লাংকম্বা নোৗরুং পুরেম্না মচা ইবেম্মা লোইচা ঙম্বীবু কংলৈগী মঙাং পিবা লুদা লৈতিন্নজগে রাকংলদুনা কাইরেনচানা হোইয়াদিদুনা থোৗরম্ব লৈবাক্কী য়াইফনব থোৗয়েংদুনা নেংদম মরু লোংমুজাম্বা, কাইবিরাল মরু থোংঙাইবা মরু অনিনা লুত্তিন লাইরকচনবু কাইদনবা থোৗঙম থোৗপুনা অশাই অশম থোৗথল্লাং, য়োইরেন থাবা লেংনা তিন্দুনা ফমদো ৬৪ বু লৈকম্না কৈরেনচা পিবানা মদাইরেন লোইচা ঙম্বীবু লুত্তিন লৈয়া লৈরোদুনা ওইথম ফম্বাল লাংজনা লৈতিন লৈহকঙম্লে ।। মতুংদা কংলৈ পিবা কৈরেনচানা লুবাং পিবা লম্বুবা থোৗরেন লাম্ববা, খুমন পিবা হাওয়মতোন, অঙোম পিবা লম্বুবা নোংপোক পাউশোম্বা, মোইরাং পিবা অহুইরোংফা পিবা লম্বুবা ৪ গী মফমদা হাইয়ে । ঙসি কুচু শঙলেন কম্বে লৈফম্বিরিবা ফমদো ৬৪ অশাই অশম থোৗকা ফম্বাল লাংবিবা পুম্বনা তাবিবা থংবিবা ওইঙমশি, হন্দক ঐনা ফম্বাল তোংজদোবা অশিবু লৈবাক য়াইফনবা অমদি লৈবাক্কী চংলম লুত্তিন লাইরকচনবু নামুং চংলম লৈচংদনবা থোৗঙম্ব থোৗপুনা লৈঙম্লিবা ময়ুম এলুপমগী লুচিংবা পিবা লম্বুবা মরিবু নোংহোনা কাইরেনচা ঐনা পিবা লম্বুবা হাপচরে ।। ময়ুম এলুপমগী পোক্লেন পোকপগী থোৗগল লৈচংনবা হো লম্মহনবা অমমম্না কোনবা লমবু লৈতম্নম্বা লাইরকচনগী চংলমবু

কাইদনা তানকংনবা অচুগা পোকলেন শাৎপা খুবম হো লম্মহনবা কংলৈ স্না খয়াল লৈফমদা থোকা থোপুনবা হো লম্মহনবা অমনা কোনবা লমবু লৈশিন্নদুনা থোশিন থোদা নোংদম্বা পরময়ু কাইদনা থোঙম থোপুনদুনা লৈপাম্লববু নৌহৌনা লৈহন্না চৎনলমবু থোকাওদনা মখৎলেংনা লুতুংদগু থোপুননা কৈরেনচা এরনগু ময়ুম পিবা ৪ গী থোঙম লাইরকচনবু কাইদনবা তমজরবনি অশিবু কমদো লৈবাক থোকা থোপুবনা কমদোবা ? ফৈম্বে ফম্বা পুম্বা সনা য়াথং অচুম্বা লাইরকচম্নি স্না কম্বাল লৈকম্নবা য়াইফা কোরৌ ওম্বীরো ।। স্না পুক্লিং থোইজংনা পিবা লুচিং ফম্বৈবু লৈফম্নবা তৌওম্বীরো কোরৌ অসিদগী স্না মিংলেনবু লৈবাক শখাই ঐখোইপুম্বনা মৈতৈঙ্. কৈরেনচা ময়ুম ৭ লুচিংবা কংলৈ পিবা লৈপুন লৈরাংনজরে য়ারেপ্লে। ময়ুম পিব ৪ শু রাহোম কয়িবু থোঙমদা ফম্বৈ লৈফম্ফ. পোরোইরে ।।

মতুংদা ফলুপ পিবা লম্বু.বা ৪ না ময়ুন ইশেংবু ইশোক ইপুরকুনা মৈতৈঙ্. কৈরেনচাবু পিবা ফম্বাল লৈফম্নবা ইশেং ইহৈদুনা ইরু মাইতাবিরে । অশাই অশম থোগল্লাংনা পিবা কম্বাল লাইরকচনবু য়াইফনবা নেংদম মরু লোংমুক্তাখনা থোঙম থোশিন্দুনা কাইবিরোন মরু থোঙাইবনা থোরম পুম্ববু খোঙম থোপুনা লাইরমলেনগী পিবা লুতিন কম্বালবু তোংদুনা মদাইরেন লোইচা ওম্বীবু মৈতৈ লৈমরেন শিনাই ফমথোল ৭ লৈপু লৈফম্বু লৈহাম্লদুনা মরু অনিনা তিনশোল লাইশোল্লাং অশেবনা খোনফাংলাং অমাই অনপশিংনা থোগন্না ফম্বাল মেম্বরুগী থেমখোকুনা মৈতৈঙ্. কৈরেনচা ময়ুম শখাই ৭ লুচিংবা পিবাবু লোখরে স্না পুক্লিংগী নিংবা থোরম্বু তানফংনা লৈকুমদুনা শঙ্গাই শংলেন্দা লেশিন্দুনা পোথারে ।।

## মীনাই ফঙ্গা লিংবা=থম্বা হোবা

লাংবচক্রী কুমশিং ৩৮৮৬ নোংদালাই কুমশিং ৭৭৮ চংলকপদা ফম্নাই ফম্নাইবশিংনা মাগী মাগী মীচং মীরেপ ওইনবা শেনথুম পীদুনা মমল মম্তিক চল্লদুনা পিবা ময়ুম লাইরা অয়েং তাববু লৈদুনা ময়ুম ফুঙ্গা ওইনা লৈগম্নরক্লে ।। লাংবচক্রী কুমশিং ৩৮৮৯ নোংদালাই কুমশিং ৭৮১ গী ফাইরেন থাজগী ৫ নি পানবা নোংকোয়েরৌ শাগোলশেনগী অয়ুক্তা রাঙ্গোন শঙ্গম্বদুনা অয়ুক্কি মুংথক খানবা মতমদা মৈতৈ লৈমরেন লোইচা ওম্বী মচা ইবুংঙো অমা তানফংজরে ।। ইপান থোনিবদা লাইমিংবু য়াইরবা লৈদুন্না থোনিরে। মৈতৈঙ্. কৈরেনচা পিবা মপুক লুয়াংগী থোশিম্নুনা য়েক্নবা লৈতনা কনাবু লমহনবা ঙমহন্দনা কুমজা ফম্বাল চক্রী ১৫ লৈপাল্লগা পুন্সি থোইম্নেনবু মুংশাংদবনা নোঙ্গা থোংলম্বু তাম্বেংনরকুনা মচা ইবুংঙো য়াইরবা কুমজা ১০ গী লৈচংবগী মফমদা কংলৈ স্না থম্বাল লৈশংবা খুবম্বু লৈশিন্নম্মগা চহি ৩৬ পুন্সিরম্মগা নোঙ্গা থোংলমবু তাম্বেংখরে ।। হয়ম ।।

# ১৪ নং মৈতৈঙু য়াইরবা স্না হাক্তকী পরম

## পোইনাওতা লাই শিদবা শাথোরক্নুনা রায়েনবিরম্বা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৮৯৯ নোংদালাই কুমশিং ৭৯১ চংবদা হো কংসৈ লম্মাহনবা মৈতৈ স্না লৈবাক হিয়াই পুবা লৈফমগী লৈশংবা মঙমবু মচা ইবুংঙো য়াইরবনা থৌঙম থৌপুরে ।। কুম অসিদা লমদা থাগী ১১ নি পানবা থাংজা মমিত্তা লাইশিদবা লাইমিংথোই পোইনাওতা= মহি সনারেম্না রাথল্লি, করম্নো লৈবাক্কী অঙম্বশিংশিবু অরাং কম্বৈদনিংদুনা মাগী মাগী ফুঙ্গানাই থম্নদুনা মীচং থাইনা লৈথম্নরক্লে, মশিদা ময়ূম ফম্লেন লৈশংলিবা অশিনগা মপাবুংদগী মানা অম্নক হেন্না নৌঙম্না পিবা লৈফম শংঙাম্লে, লৈবাক্কী য়াইফনবা নোংদম থৌপুবা লৈঙাক লৈকন্নবা থৌঙম থৌপুবা মরু অনি অশিনগা অহন ওইঙমখিবনে লৈবাক্কী চংলম লাইরকচনবু কাইঙমদুনা মরুগী নোংদম্বু নামুং চৎলমদা থৌপুনরগদরা রাখল্লকুনা থেঙ্গু চীংলেন্দা খোঙ্গরকুনা কৌক্রু লাইলেংববু তাইবংলেন্দা শাথোকউ নোংদম্না থেমথোক্লে । থাংহিং ভাংভোই চীংলেন্দা খোঙ্গদুনা থাংজিং লাইবুঙ থেমথোকুনা কৌক্রুবু লাইমিং থিংমাইজাম্বা মিংহুল্লে থাংজিংবু রাইথেংঙম্বা মিংহুম্না পাথং য়াংদোংলকপা তাইবঙ্গী মশক্তম্ব ওইনা লোইদুনা নোংদম শঙলেন্দা লৈচংলক্লে । মরু অনিবু মফম্লাংদগী তৌগত্তুনা মরু কুরুম্ববু পুরুম থাগোৎলে, মরু অনিনা য়েং ওইদা থোগন্না নোংদম শংলেন্দা পুশিন্দুনা নোংদম ফম্বালবু লৈকং লৈহুন্না রাহোল্লে ।। কুরুম্বা মকনা মফয়াংদা লৈফমদুনা হাইয়ে লৈবাক অশিবু ইরাং তাহো অমবু লাক্কদোবরা এবু চিংনা রাখল অমা ইহৌনৈ, মশিদা মরু অনিনগা অহন মতম মুংশাংখিবনে তাইবং ইপুন্সিদগী লৈহোমনখিবনে রায়েন অশিবু রারগদরা নীংঙমদুনা লাকপনি ঐদো ।। তাকপীনি নয়াথং মরুগী নোংদম্ব চৌয়ানা থৌঙম থৌপুজগে ঙাইঙমজবনি কুবি নোংদম তম্বীনি ।। অদুদি মাগী মাগী মথং মমাল্লবা য়াথংলোই অশিদা নঙ্গী নঙ্গী নঙম্বু লৈহাপ লৈথম্না নথোবু লৈশিন্নদুনা লৈথম্লে। মরু অনিনা মুংশাংনা লৈবাক্কী অরা অনংবু লৈকন থৌপুরকপগু মুংশাংমল্লে রাঙম্নহিনি হাইদুনা নফম্লাংদা য়াথংলোই অসে লৈশিন্নগে তৌবনি লৌশিন্নো ঐস্থ লৈহল্লগে মরু অনিগু লৈহন্নবা তৌরক্লো তাক্লম্নগা পোইনাওতা লাই শিদবা লাইরৈ লাথূপ্না খোঙ্গথুন কুরুম্বা কৌববু লৈহনথরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯০০ নোংদালাই কুমশিং ৭৯২ গী চহোদা খোংঙাথুন কুরুম্বনা অমুক খোংরাই ইতম্লক্লে ।। করিনো মরু অনি মথৌ মঙম্বু লৈহেল্লে থৌকাওরেনা তাইবং চৎলমগী চীঙ্গাক্না নমহৎনরেদনা করিমুঙ্গীদমক্তা মথৌ মঙমবু লৈশিন্নদবনো, চংলমবু নামুংনদুনা লাইরকচনবু থৌকাইনরক্নুনা লুতুংগী চংলমবু থৌপু থৌকাইনদুনা মাংলরনি করম্নো কয়ামবু মুংশাংনা লৈঙমথিগে

চাইবনো হাইদুনা থাজা ৯ বু থৌরেংদুনা লৈঙমববু মরু অনিনা নহাবা অনিগী মকমদা থৌশিল্লদনা লৈঙল্লে ।   মরু কুরুম্বনা রাকচীং থাজগী নোংকোরৌ শগোলশেন থাজা ৫ নি পানবগী অয়ুক্কা নোংদম শংলেন্দা খোংচংলক্লুনা পাউত্তাক্লে, "মরু থৌপুবশিবু হরুদি মহুংঙাইরিমাল্লে অদুবু মহুং মতম হেনমল্লে তাইবং মীনোক চংলক্লনি লৈহল্লশি লাইরমলেন্দা মহুং মতম লৈথুংলরে ।। মরুগী নোংদম নয়াথংবু ঙাইজবনি থৌগন তু-ইন তানফংজরগে নহাবা অনিবু লৈশিল্লরম্নবা কুবি নোংদম তম্বীও ।।  মরু অনিগী রাহোম রাবু তাবদা খোংঙাখুন মরু কুরুম্বনা মাং থাদুনা মরু ২ না থৌখল্লা খোইয়ুম ৫ বু থৌকাও রারক শংলেন কুচুদা খোংচংলক্লে । মরু অহুম্না মঙালা খোংচং-লকপা উবদা য়াইরবা কংলৈ শংবনা স্না ভাংবন্দগী হৌগৎলক্লুনা মরুবু পুরুম খাগোন রাহোমজৈ ।। কোরৌ অশিবু মরুনা খোংচং হুনবিরকপা কুবি নয়াথংবু তাকানি । কংলৈ স্না থম্বাল লৈশংবা মৈতৈঙ য়াইরবা পিবা ঠেনা নফল্লাংদা লৈচংলকপদি কংলৈ লুচিং পিবানা লৈঙাক লৈপুবা লৈবাক্কী য়াইফনবগীদমক্তা লাকপনি ।। নয়াথং মরুগী নোংদম্বু থৌঙম থৌপুনজনি ।। মৈতৈঙ মরু অনি অশিব অহন মতমশু ওইঙল্লে, লৈবাক্কী য়াইফ নোংদম থৌশিনবশিশু রাঙল্লরনি মহুম মশাইকেন মরাময়াইদা খোঙ্গুমদুনা পোথা লৈঙল্লশম্ন কোরৌ অসিদগী ঠেগা লোইনদুনা খোঙ্গুল্লগে নথং নমাল্লবা থৌপু থৌয়াঙ্গদব নহাব মরু মচা অনি অশিদো মরু অনিগী মথৌ মঙম্ন থৌঙম থৌপুনশম্ন । নোংদম নয়াথং কুবিবু য়াইরবনা থৌয়াজরে অদুবু কনানা মঙম কমদোবা অদুমতং নোংদম্ন লৈফম খংনা লৈথম্বীবু কুবিও মরুনা লৈবাকপু য়াইফা তানথেংনবদো ।। উম চুম্মি মতুশু নংনা খংদবনিনা ফমগা লৈফম নোংদম্বু থৌঙম্বদো রাঙল্লনি মৈতৈঙ য়াইরব নয়াথংবু থৌপুনা য়াখংলোই মরু মচা অনিগী ফয়েন কম্বাল কুরুম্বা ঠেনা লৈহাপ লৈথল্লগে ।। তাহৌরো মরু অনিশু, মহুম এলুপ শথাইগী লুচিংবা পিবা ৪, অঙম্বা কমদৌ ৬৪ অশাই অশন ফৈম্বে ফম্ব পুম্বশু নোংদম শংলেন লৈপু লৈফম্বদি মরু মচা য়াখংলোই খিংমাইজাম্বনা কোরৌ অসি রাকচীং থাজ ৫ নি পানবা নোংকোরৌ শাগোলশেন মুমিং অশিগী মুংথিল পোপ্তা ইহুল্লকপা ইতম অশিদগী লৈচং লৈপু লৈফম্না লৈবাক্কী পিবাগী য়াইকং থৌরমবু কুবি নোংদম্বা লৈফয়ো ।। নোংদম মরু লোংমুজাম্বা নংনশু নচা খিংমাইজাম্বা মরুদা নতিক নঙমবু লৈহাপ লৈশিল্লঙমলমলো, থৌরম অশিবু লৈবাক ফৈম্বে ফম্বা পুম্বনা করি করা কমদোবা ? মরুগী নয়াথংন কুবি নোংদম্বা ঠেথোই পুম্বনা থৌয়ান য়াখংলোই খিংমাইজাম্ববু নোংদম মরু কৈহাপ্লে ।। নোংকোরৌ অসিদগী কাইরোন শঙলেনবু লৈপু লৈশং কম্বালবনা মরু মচা য়াখাংলোই নহাবা রাথেংঙম্বনা থৌঙম থৌপু লৈফমদুনা লৈবাক্কী লুচিংবা পিবাগী য়াইকংনবা অরা অনং তাল্লেঙ্গদবা লৈঙম্বা খিবিকপু নোংদম মরুগী ময়াথংবু থৌঙম থৌপুনা লৈবাকপু লৈকল্লবা থৌপু থৌরম্ব থৌয়েং থৌখিন ইরাৎ থৌনি লৈঙাক খোংলম্ব নোংদম থৌপুবা লৈহাপ্তনা লৈশিল্লরে ।। কাইবিরোন মরু খোংঙাইবা নঙ্গী নথৌ নঙম লৈবা খিবিকপু লৈহাপ

লৈথম্না লৈশিন্নবিরো লৈবাক লুচিং কদ্বৈ কমগা কম্না পুম্বনা করি করা কমদোৌবা ? নয়াখংবা নোংদম্না লৈবাক ঐখোইনা খোয়াজরে ।। অতুদি নত্তিক হেনবা নঙান চাওবা য়াখংলোই নবা-ঙানিনা লৈবাক্কী অন্না অনং তানফংগদবা লৈববু পাউত্তাকপিদুনা লৈবাক য়াইফা য়াইফং থৌরম্বু কুবি নোংদম থৌপুতৌরো ঐখোইদি খোঙ্গুম্লগে চৎথে ।

# নোংদম মরু থিংমাইজাম্বগী ইরাৎ কুবি থোহোবা

লাংবচক্কী কুমশিং ১৯০১ নোংদালাই কুমশিং ১৯৩গী পোইম্ন খাজগী খাজ হুন্নি পানবা নোংকোরো অয়ুক্কী য়ুংখক খানবা কোলুপ্তা ময়ুম এলুপমা ৭ কী পোকলেন শাৎপবু ইরাৎ লৈহন লুত্তিন তমদুনা অলৈ চাজ য়ুমকোগনি লৈবাক্কী পিবাগী য়াইফা য়াইফং পুন্সি মুংশাং লৈনি থাগোম্নগনি লৈবাক নোংথৌতুনা পাউজেন্দুনা মাগী মাগী ময়ুম থিকশেংফু লৈহন লৈরাং লাপ্না পরম্বু লৈরাত্তনা পুরক্তুনা লৈত্তিল্লে ।। নোংদম মরু থিংমাইজাম্বনা থৌরমবু নোংদম্লে, কাইবি-রোন মরু রাইথেংঙম্বনা খৌরমবু থৌশিল থৌপুরে ।। মঙা পুংদা মঙাং পোক্লেন শাৎপগী মুঙ মচু অঙাংববু লৈখানা হৈপা পোম্খা লৈহুন লৈরাংনবগা লোইনদুনা লৈথম্লে ।। মথংদা লুরাং পোক্লেন শাৎপগী মুঙ মচু ঙাংঙ শাংদানবগা হৈরাং লৈরা লৈহুন লৈহুনগ, লৈথম্লে । মথংদা খুমন পোক্লেন শাৎপগী মুঙ মচু মুরৈ শাংপাংনবগা লৈহুন লৈরাংনবা ময়ুম লৈথেৎ লৈরাং হৈরাংবু লৈখানা লৈথম্লে ।। মথংদা শরাং য়ুমগী পোক্লেন শাৎপদা মুঙ মচু অশনব ময়ুম লৈথেৎ লৈরাং হৈরাংবু থম্লে । মথংদা মোইরাং পোকপগী মুঙ উৎ মানবগা লৈথেৎ লৈরাং হৈরাঙ্গা লৈথমলে ।। মথংদা খাবা য়ুমগী মুঙ খেংম নবা, ঙানবা য়ুমগী মুঙ লৈচেং অৱাংবগা ময়ুম লৈথেৎ হৈরাংবু লৈথেম্লে । অঙোম পোক্লেন শাৎপগী মুঙ মচু অঙৌবগা লৈথেৎ লৈরাং হৈরাং লৈহম্নবনু লৈথাতুনা পুরুম থাগোম্নরক্লে ।।

খাবা তাওবুংলেন—তেদেপা, ঙানবা চাওবুংলেন—হোং অশনবগা অনিবু থাগোল্লগা ময়ুম লৈথেৎ লৈরাংবু পুশিন্দুনা ময়ুম অঙোম এলুপমগী পোক্লেন শিদবা=কুপকোনো ( নং ) লাই-য়েক্কা মকম্লাংদা ময়ুম অনিগী লৈথেৎ লৈরাঙ্গদেববু লৈশিম্নদুনা থৌশিন্নরে ।। মতুংদা পোক্লেন শিদববু পুরুম ইরাৎ থাগোম্লে ।। অঙোম ময়ুম লৈনে, খাবা ময়ুম লৈনে, ঙানবা ময়ুম লৈনে, লৈচিন অহুমবু লৌদুনা মঙাং মুঙলেন্দা অঙৌবা মুঙলেন কুপকোপো কৌবনা ময়ুম লৈগা লোইনদুনা লৈহনবু ( ● ) লক লৈরাং লৈথেংলে ।। মথংদা লুরাং কোম্নিলাংবা=আং ঙাংবরেন ( যং ) লাইয়েকপু থাগোম্নদুনা ময়ুম লৈরাং খোঙ্গনলৈবু লৈপাই লৈপুনা মঙাং পুংলেন অঙাংবা লৈফমদা ময়ুম লৈবু লৈহন লৈত্তিল্লে ।। খুমন কোম্নিলংবা=কংদিরোং ( কোং ) লাইয়েকপু ইরাৎ থাগোনলে । মতুংদা ময়ুম লৈরাং কাক্লেবু লৈপাই লৈপুদুনা মঙাং মুঙলেন ঙাংঙনবগী লৈফমদা

লৈত্তিল লৈরাং লৈছল্লে । ময়ুম মুরাও পোরোং খোকহাইবা রোং হুং লাইয়েক, মুরাওনবা মুঙলেনবু ইরাংলে ।। ময়ুম লৈরাং এরুম্নৈবু লৈপাই লৈপুন। মঙাং মুঙলেন্দা লৈত্তিল লৈছল্লে ।। ময়ুম এলুপমা ২ মনা অমত্তা ওইনা খাবা ঙানবা হাইনা লৈত্তিন লৈথমখিবনা ময়ুম ৬ ত্তা মঙাইরবা তমদা ময়ুম এলুপ শথাইবু শখাই ৭ পু লৈশু লৈথমদবা য়াদবা লাইরকচন্দা নামুংবা লুত্তিনবা য়াদবদগী য়ুম মঙাদগী শাথোক্তুনা য়ুমলেন শথাই লেপখিবা শরাং লৈশাং লুপ হোং লাইয়েকী অশানবা, খাবা–ঙানবা য়ুমদা লৈহৌ লৈত্তিন লৈথাবিবগী ময়ুম লৈ লৈশং খেকরাইবগা, মেলৈগা, চংবী লফুথরোগা লৌতুনা মঙাং য়ুমলেন মুঙলেন ঙাংঙানবদা লৈত্তিন লৈকৎ লৈহুল্লে ।। মমা ঙাঙ্গা লুপা ঙাঙ্গা লৈহুন্না লৈবাক নোংথৌবু লৈফান। লৈবাকী য়াইফনব। লুচিং পিবা পুন্সি মুংশাংনবা থৌনিবু থৌহৌনরে ।

থৌনি পাউশা রাদো য়েক্কে : লাইমিংথোই নোংনা থাক্লকপশু থাক্তবা, রাংবন্না লাওরকপশু লাওদবা, চহি চরোং অচিংনবা মুমিৎ থা অনিনা থৌগনগে হাইববু থৌঙমদবা. হুরিকুম্বা, থাং-খচিকপা নং লৈখোং লৈরাই চেংহল্লো, লান চিংলকপা খিবিকপু ঙাকথোকপিয়ো নশু পিবাবু কুবি কোজিন্ন থম্বিও ।।

## লুরাঙ্গি পিবা কাংলদুনা য়াইরবনা লুরাঙ্গিগী লমবু লৌখৎপা

থৌনি থৌরোইরগা নোংদম মরু থিংমাইজাম্বনা রাংলেন খজিকপু লাইমিং শিংকক শিংথানা থাকৌ থাগোল্লুরগা হাই, মৈতৈঙ পিবা কংলৈ শংবা লৈবাকী লুচিং পিবা লৈপুবগী ফম্বাল মেন অশি কুমজ্ঞা অসিদা ফান্দোংবিবনা চুমগদরা মৈতৈঙ ।। পরম পুম্ববু লৈবাক য়াইফংনবা মরুনা কুবি নোংদম্বীতুনা পরম্বু লৈরাওন. থৌঙম থৌপুনববু মরুনা কুবি নোংদম তম্বিনি ।। মৈতৈঙ পিবাগী পাউশাবু থৌপুনা নোংদম মরু থিংমাইজাম্বনা পিবা ফম্বাল তোংনবগী ইহৈতুনা ইকোক ইউ ইতুম্না ইরু মাইতানবগী লাইরকচন লৈথি রাহংনবদা ময়ুম এলুপ লুরাং পিবাদি চৎলম লাইরকচন নামুংবা য়ুম্বু লুত্তিন লৈরোরমতুনা লাইরকচন পিববু লৈশংলে ।। ময়ুম লুরাং এলুপকি শথাই পুম্বনা পুরাং পিবাগী মথৌ মঙম পুম্ববু মৈতৈঙ য়াইরবগী লৈফমদা লৈকৎলতুনা হৌ থাংরাই লম্মহনববু লৈকৎলতুনা মৈতৈঙ য়াইরবনা লৌখংলে, লুরাং শথাইগী পিবা তাক্লে ।।

## ফম্বাল তোংবা

ফম্বাল তোংনবগী চৎলম লাইরকচনবু লৈবাক চংনা রাথমতুনা লাইরম্লেন লুত্তিন নামুং চংসম্বু খোকখিদনবা হাইতুনা মীতৈ লৈমা অরাম্বম চম্ব লম্বাশুবু লুত্তিন লৈরোহন্দুনা মৈতৈঙ য়াইরবনা

মৈতৈ কংলৈপুঅাউয়োনগী লৈপু লৈফম্বা লুচিং পিবাশী মঙাং য়ুমদা লুত্তিন্নবগীদমক্তা লৈয়া লৈরো-ড়না মীতৈ লৈমা লম্বাশু মঙাংয়ুমদা লুত্তিগুড়না মৈতৈ লৈমরেন কয়েন লৈফয়ে ।। মতুংদা ফম্বাল লৈফম্বগী মুমিৎ থাবু লেপ্পড়না রাকচীং থাজ নীন্দুং ৮ নি কোমবা নোংকোয়ৌ ২৩ নি পানবা শাগোলশেন মুমিৎকী অমুক অঙনবদগী মাগী মাগী মথো মশিনবু শিম্বাবা তাকওম্বা নাইদনা খৌপুনড়না মীতৈ লৈমা ৪ না থক খা ফিজং থয়া ময়ুম অঙোম পিবা নোংপোক পাউশোম্বা খুমন পিবা মেনপোম্বা, মোইরাং পিবা য়োইরেনবা, পিবা অহুমা ময়ুম ইশেং পাত্তগী ইশেংবু ইশাইফু অমমম পায়ড়না মৈতৈশু য়াইরবগা মৈতৈ লৈমরেন লম্বশুগা অনিবু মকোক ইতুম মাইতানা ইহৈড়না ইরুরে ।। মতুংদা অমেৎশঙদা লেংশিন্দুনা ময়ুম অঙোম পিবা নোংপোক পাউশোম্বনা, থৌথন্না খ্বাংশেং ফিরোন অনি অনি লৈফানা ফিশেৎলে । ফম্বাল ফিরোন মুঙ্গী লৈরোৎ লৈথম-নখিবনা খ্বাংলি লাইথন ফিশেংনি ।। পানগী ফিরোন ফিশেৎনা ফৈজোন মোক্তোক হাঙ্গনি, কোংখাং ফুরিৎ লাইরুম নমথাং লেংয়ানথা, ইবেম্মনা ফিরাই নমথাং কুমশং পুমখিৎ ফিবান থক খা অকোইবা কানো লৈয়েকপনা পান্দা লৈতেংনা অঙোম পিবানা পুখোক্লড়না নোংদম মরু খিংমাইজাম্বগী লৈফমদা শিন্নরে ।। নোংদম মরুনা মৈতৈশুগী য়ৈইফনবা খৌরম পুম্নবু লৈয়েং লিথিনা খৌরব চংলম্বু নোংদয়ে ।। মরুগী নোংদম্বু খৌপুনা কাইবিরোন মরু মচা রাইথেংঙম্বনা মবুথো য়াংবি পুবা তাঙরোইলাই পাথংববু ইরাৎ খৌনি থাগোল্লক্লে ।।

পাউশাদি ; ইশিংঙ মালেম অচৌববু নথানা পুনা লৈবও শেক্রাক লাইখোংচেনবঙ, নমৈবু নয়ানা চৌকপবু চৌক্লা লৈবিও ।। নতৌ নঙনা লাইমিংথোই শগোল লানশা তোংড়না ফিমু লানপোৎ শেৎচিন্নে শরোন শোয়া ঙয়া চুক্তি পায়ম্বিবা নংনা ঙাকপীও পাইবিও কুবিও ওরা ।।

নোংদম মরু খিংমাইজাম্বনা স্না তাঙ্গ লুপা তাঙ্গ লৈহুন লৈথানা কংলা কাঙ্গোং মুঙবু লৈফানরক্লে ।। ঐনে নিংথৌ অতানবনে লৈবাক খুড়ুম চনগে, হেনগে, লানকাগে পিবা পুক্লিং থুংহনবিও পাউশানা লৈভুক্লে ।। পিবা এরূপ শখাইগী লুচিংবা অঙোম পিবা নোংপোক পাউ-শোম্বা, মোইরাং পিবা য়োইরেনবা খুমন পিবা মেনপোম্বা পিবা ৩ না মৈতৈশু য়াইরববু ফম্বাল মেন্দা থাঙ্গহ্নানা লৈফয়ে ।। মৈতৈশু য়াইরবা লৈবাক নোংথৌ তুবা ফম্বাল উয়ুং মেক্তোং ফম্বাল থক্ত ফয়ে । মদাইরেন ইবেম্মা লামবঙনা লৈবাক নোংথৌ তুবা উয়ুং ফম্বান্দি লৈশেংক্তনা মৈতৈশুগী স্না পোগন ওইথম ফম্বাল লৈফয়া খৌথল্লে ।। নোংদম মরু খিংমাইজাম্বনা কংলাগী শরোং চৌক্লাকম্ব শরোং লৈফানরক্লে । ( নরেম্মা শকাপ কুম্ব, নতুনা শবোঙুম্বা, নশক্লা মৈঙুম্বা পোইরৈ পুখাং নীকপীগনু ।। তেৎনৌ চিদাই নাইহনগনু, শেকচুপ্পনা তাই ওইনা ঙাকপীও ।। লাইনিংথৌ রায়েক্লে ময়ুরেলও, খোংখুম্না নমবা নংনা চীংনা কাহল্লে, য়োজপীও ওরা ) তাইওয়ে ।। মতুংদা ফমবাল মেন মথাবু তাইরক্লে ( লাইনিংথৌ নখুৎ য়েত্তা মুমিৎ পুবা নখুৎ ওইদা থাবু

পুবা লাইনিংথৌ শাতোংবা নংবু চেংনা তোংবীও লেঙ্গমু)। ফমবাল মেনথাবু তাইব লোইয়গা মরুনা লাইশোন্না মোংথৌ পাংনা য়েংঙয়ে ।। (কে ও না উরাঙয়ে) পাউশানা মশক্তি উয়পা য়াওদে মরুগী পুক্নিংথু য়াওয়ে ফম্বাল লৈকম্বু থোংলৈ থুনা লৈকুম্নবা মোংদয়ে ।। অশেংবনা অশে থোংকাং লাংনা ফম্বাল লৈকম্বগী মঙম্বু শৈশক শিংথনা থেয়োয়ে ।। কাইবিরোন মরু রাইথেং ওম্বনা কংলৈ স্না ফম্বাল মেনফম্ব লৈলাংবগী স্না মিংলেন লৈহল্লক্লে । (মৈতৈঙ শংথু-রেম্বা ময়ুম ৭পু লুচিংবা পিবা স্নাহিং তোংরৈম্না তোংনা নীক নীক রে রে রে) হাইনা থাগোন মিংহুম্ন। মৈতৈ লৈমা লম্বশুবু লৈমরেল ফম্লেন ফমথোন ৭ লৈপু লৈফম্বী লৈহাওনা ময়ুম ৭কী লৈবাক্কী মমা ওইঙম্বী মৈতৈ লৈমা শংথুলেম্বী মিংহুন লৈরাংনা পী—পা অনিবু রে রে রে হাইনা ফম্বাল মেম্বক্কগী লোথহুনা রো রো রো হাইনা পাউশানা লৌথাম্নগা নোংদম মরুনা নোংদয়ে ।। মৈতৈঙ লুচিং পিবাদি শংলেন শঙ্গাইরোমদা স্না থোংলেংশন্দুনা পাখংবা নবুথৌবু লাইম্নিং শিং-হাপ্প প'গোন্দুনা কোরৌ অসিদি লাংঙনশি, ময়ুম পিবা অহুম্না লুচিংহুন ফমদৌ ৬৪ গা লৈকম্না ফম্বাল লৈকুম্বগী অকন অথৌ অহৈ অশিং থৌথন মথেবু য়েংঙম্বা ওইরশমু শিম্বা নোংদম্না স্না শঙ্গাই শংলেন্দা পুশিন্দুনা লৈথয়ে ।। মতুংদা নোংদম মরু, কাইবিরোন মরু মচা রাইয়েংঙম্বগা মরু অনিনা লুচিং ফম্বাল্লাংহুনা ময়ুম এলুপ পিবা অহুম্না থৌঙম থৌশিন ফম্বাল্লাং, কমদৌ ৬৪ না থৌঙম থৌপু কম্বাল্লাং, (লৈঙাক লৈকল্লোন, অকন অথৌ শঙলেনগী নোংমাই য়াইথোম্বা হুয়েন লাংজেং শাফবনা) থৌশিন্দুনা থাং, টা, অরাম্বাই, লিরুং তেনকাপ, কাংজৈ, মুক্না, লমজেন, চেম্পোং, মাংজোং, থোংয়াই, ফৈকোন কৈচোং মানা মানা হৈবা মহৈ মশিলবু তান্নহন্দুনা লৈবাক্না কুম্মৈ মিংয়েংনঙয়ে ।। শাথোক লৈতৌ শাশিং লানশিংনবদা থৌরোইনবদা শরা ওখোনবু (লাইনিংথৌ য়াইফরেন য়াইফংবগী মঙাইরোই নিংথৌ মনাই নহাদে) শলাও লাল্লাওনহুনা শাথোক থৌথলবু লৈচংনা রারোইনহুনা থৌথন পাউশা থৌহৌনঙম্না থৌরোইরে । মন মথৃম্বু পিরমদাইদা নোংদম মরু খিংম ইজাম্বনা হাইয়ে, লাইনিংথৌ মৈতৈঙ য়াইরবগী মঙাইরোই ময়ুম অঙোম নিংথৌ, ময়ুম খুমন নিংথৌ, ময়ুম মোইরাং নিংথৌ এলুপ শথাইগী পিবা অহুম্না কোরৌ অশিগী মনা মথুম অশিবু পিঙম্নবা থৌপুশি নোংদয়ে ।। মরুগী নোংদম্বু থৌয়া থৌপুনা মথৌ মঙম্বু থৌয়েংনা মনা মথুম য়েন্দুনা থৌরোইহুনা মাগী মাগী মরামম্নাইদা লৈকুম্নরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯০৩ নোংদালাই কুমশিং ৭৯৫ লৈহৌবগী শজিবু থাজ ২১ নি পানবা নোংকোরৌ থাংজ মুম্নিংকী মুংথিল পোপ্পা লৈহল্লকপদা মৈতৈ লৈমরেল ফমলেন ফমথোল ৭ লৈপু লৈফম্বী লম্বশু রাজোন শঙ্গমলে ।। মুংথিল থনগানরকপগী ইতমদা মচা ইবুংঙো অমা ফংজরে । নোংকোরৌ ৬ নি লৈচংবা শগোলশেল মুম্নিংপু লৈচংবদা মচা ইবুংঙোগী মম্নিংবু

অয়াংবা লৈহুনবিহুনা ঈপান থৌনিরে ॥ নোংকোরে ১২ নি লৈচংবা মুমিত্তা মচা ইবুংঙো অয়াংববু ইথাই ঈশেংবু লাইরমলেন্দগী খাইদোক্তুনা তাইবংলক্তা লৈতিন্নবা থৌপুরে ॥ খাজা ৫ লৈচংবদা চাকউম্বা ত্তম্বীরে মরু থিংমাইজাম্বনা পুরুম থৌনিনা ঈশিং থকপা চাক চাবা ত্তম্বীরে ॥

কুম অশিদা খুমন পিবাবু হাংলক্তুনা লুতুঙ্গী থৌরম্বু কাইদনবা লাইনিংথৌ মৈতৈঙু য়াইরবনা খুমন লুচিংবা পিবাবু থোংলৈরোম্বা = হাপ্তুনা হৌ লাংলোই লম্মহনবনা কোনবা লৈপিরে ॥ হৌ লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োনগী লৈকা থৌগন থৌপুনবা হৌ লাম্লোই লম্মহনবা, হৌ খুরোই লম্মহনবনা কোনবা লৈফম অনিগবু নৌহৌনশিন্নরে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯০৬ নোংদালাই কুমশি, ৭২৮ কালেনগী হুম্নি পানবা নোংকোরৌ লৈবাকপোকপা মুমিত্তা মচা ইবুংঙো অয়াংবা নাহুৎ লংকাই লংমু য়ানবিরে । লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯০৭ নোংদালাই কুমশিং ৮৯৯ লৈচংবগী কুম্মেদা মৈতৈ লৈময়েন ফমলেন ফম্বাল ৭ লৈপু লৈফম্বী লম্বশু য়াঙ্গোন শঙ্গুমখিহুনা মচা ইবুংঙো অমশু তানফংজহবা ঈপান থৌনি থাগোনবদা মমিংবু ( হাওবকোক ) মিংহুব তমলে । মৈতৈঙ, লাইনিংথৌ য়াইরবনা মচা ইবুংঙো অনিবু চায়োক নাওয়োক চৎলম্বু নিংথি চংথোন্না কুমজা ৩ লৈচংবদা লংমুং লেংফাই য়ানবা—নাহুৎপা কুমজা ৫ লৈচংবদা মহৈ মশিং হৈনবা লাইয়েক লাইশু তম্বীবা থৌহৌবা, কুমজা ৯ লৈচংবদা লংহিং লংজা ৯ লংদাইববু লেংয়ান থাওনব, কুমজা ১১ লৈচংবদা উগী লিক্লাং শিবিহুন, লংতিং লংচা ৮১ না লংকাই ৯ থেক্লা তাহুনা লেংয়ান থাওন্না য়ানহন্দুনা লাইমিং লাইনিং লাইশোল পরম্বু বোংদম শিন্থনা তম্বীহুনা লৈবাকপু য়াইবি মরা তপা লৈপানজরক্লবদা মমুং মতম চাদনা নৌবা নোঙ্গ থোংলম অমম লৈশাবু তানফংলে । কুমজা ৩২ চংলকপদা কংলৈ লৈশংবনা কুমজা ২২ নি ফম্বাল মেন্দোং লৈপানবনা কুমজা ২০ বু লৈপাল্লগা মচা ইবুংঙো অয়াংবগী মতমদা হৌ লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োনগী স্না ফম্বাল লৈশংবা লৈশিন লৈহাপ্তুনা লৈথম্মি ॥ মতম অশিদা অয়াংবা মপোক কুমজা ১৭ লৈচংলক্লে ।

# মৈতৈঙু য়াইরবগী নাওদানা য়ুমদানবা

খুন্দ্রাকপম, কাংঙবম, কাংঙাশংবম, কাংঙবম কোনশাবা, লাইকংবম, হাওথোম, নতাকপম, হাওথোম শগোনশেনবা, শানৌশম, য়ারেম্নম লোরাংবম, য়াঙোবম, কিজবা

মৈতৈঙু য়াইরবগী নোংদমদগী মৈতৈ লৈময়েন শিনাই ফমথোল ৭ লৈপু লৈফম্বী লম্বশুনা পোকপা মচা ইবুংঙো অতোনবা হাওবকোক্লা অতোম চম্বু লৈরিথোম্বাবু লুতিন লৈরোহুনা মচা ইবুংঙো খুম্ভাম্বগা, কাংদোম্বগা পোক্লে ॥

খুঙ্গাম্বনা খুন্দ্রাকপম য়ুমদা য়ুমথাইহুনা লৈরে । মাগী ঈ নাওদানা খুন্দ্রাকপম=খুঙ্গাম্বা ।। মাগী ঈনা মথং মথং য়ুমদাবনা খুন্দ্রাকপম দয়ারাম ।। মাগী ঈনা থাংবৈবন তাবা খুন্দ্রাকপম ব্রজমোহন । খুরাই তাবা খুন্দ্রাকপম দয়ানিধি, য়াংখৈ লৈকাই তাবা খুন্দ্রাকপম শুভদ্রা শুভদ্রদগী থাইখিবা ওইনাম থিংঙেন তাবা খুন্দ্রাকপম তুম্বশি, থাংগদা লৈবা খুন্দ্রাকপম শাজৌগী য়ুম্নি ।।

মমাও ইবুংঙো কাংদোম্বনা অঙোপাম্বা চন্নু কোঞ্জেং শুম্বীবু লুপ্তিল লৈরৌহুনা কাংঙবম য়ুমথাই য়ুমদারে ।। মাগী ঈনা তোনশেনবগা, তোমাবগা পোক্লে ।। তোনাবনা য়ুমথাইখিহুনা চৌংঙামথা তাবা কাংঙাশংবম হাইনা লৈখরে ।। মাগী ঈনা কাংঙাশংবম নারেংবা, মথং মথং য়ুমথাই য়ুমদিম্নহুনা কাংঙাশেনবম চৌংঙা মথাতাবা কাংঙবম মেঙ্গোরগী য়ুমদা য়ুমদিন ওইনা লৈখরে ।।

য়ুম্লেপ্পা কাংঙবম নোংমৈবুং তাবা তোনশেনবগী ঈনা মথং মথং য়ুমলেপ্পা কাংঙবম নোংমৈবুং তাবা ধর্মসিং । নম্বুল তাবা কাংঙবম কোনশবা তুম্ব সিঙ্গী য়ুম্নি ।।

## মঙাং য়ুমকোক য়ুমদা চৈথিবা

অঙোমদা লৈখিবা কাংঙবম গোয়ো লাক্কে ।। লাইকংবম হন্নু লাক্কে ।। নহাকপম খোংজেল লাক্কে । হাওখোন্না নহাকপম তিনবা লয়োই লাক্কে । হাওখোম শামরাম লাক্কে ।। হাওখোম লমশাং তাবা পিবাদি ময়াংদা লৈখি ।। মথং তোলেম্না য়ুম ঙাক্লি ।। হাওখোম কৈকাবা খেলেম্ব লাক্কে ।। হাওখোম শাগোলশেনবা পাঙন লাক্কে । হাওখোম অরাং তাবা পদ্মো লাক্কে ।। লমশাং তাবা পিবাদি অরাদা লৈখি ।। মথং চলশিংনা য়ুম ঙাক্লি । নহাকপম তিনবা হাওখোম পনশা লাক্কে । খাইখিবা শানৌশম খাইতাবা পাচৌগী য়ুমনি ।। থিংবগী থাইবা ভলশিঙ্গী য়ুম্নি । থাংমৈবন তাবা শানৌশম পিবা ময়াংদা লৈখি । মথং খাপুচান্না য়ুম ঙাক্লি । শানৌশম লমথোন লাক্কে ।

খাইখিবা রারেপ্পম শাগোলবন তাবা তোনজাওগী য়ুম্নি ।। খাইখিবা লৌরাংবম শংপি, চালৌতাবা পিবাদি অরাদা লৈখি ।। মথং শ্যাম পূর্ননা য়ুম ঙাক্লি ।। লৌরাংবম পুকচাও লাক্কে । লোকপ্পুগী লৌরাংপম হিয়াম লাক্কে । লৌরাংবম ঙাংবা লাক্কে ।। খাইখিবা য়াংঙৌয়িবম খোম্বা লাক্কে ফিজবা অরাংশংবা তোলশেন । চাউরেন্দগী ফুম্নো তাবা কিয়াম্বা লাক্কে ।

---

## ৯৫ নং মৈতৈঙ্ লাইমিংথোই অয়াংবগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯২১ নোংদালাই কুমশিং ৮১৩ লৈচংবদা হো লম্মহনবা কংলৈ স্না পুং-মাইরোন লৈবাক্কী হিপু য়াইপুবা লৈফমগী পিবা লুচিংবা কংলৈ শংবা খোঁপুরে, মতম অসিদা মৈতৈঙ্গী চহী ১৮ লৈচংলে ।। মৈতৈ লৈম্মরেল অঙোপাম্বা চন্নু লমপাংশুবু লুপ্তিম লৈয়া

লৈরৌরবত্থুনা হাপ্লে ।। অঙোম এলুপকি লুচিংবা পিবা নোংপোক পাউশোম্বনা থৌপুন্নি ।। খুমন পিবা খোংলৈরোং । মোইরাং পিবা লুচিংবা য়োইরেনবা ।। ময়ুম ৬ কী লুচিংবা পিবা ৩ না ইরু মাইত্তানবগী ইহৈহুনা মৈতৈঙ্. ফম্বাল তোংলে ।। য়োইরেন খাবি লেংনা তিল, অশৈ খোংফাং শৈশক্লা নোংদম মরু থিংবাইজাম্বা, কাইবিরোন মরু রাইথেংগুম্বা মরু অনিনা ফম্বাল তোংবগী থৌরম পুম্ববু থৌঙম থৌপুনা য়াইফা পরবু তান্নেংবা থৌখিনা মেন ফম্বাল লৈকমহুনা লুচিং পিবা ফম্বাল তোংববু থৌরোইনরে ।।

## অয়াংপল্লি থোনবা, চেনচোং পুথোকপা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯২৫ নোংদালাই কুমশিং ৮১৭ কী কুমশিংদা থৌহৌনা য়েক্লবশিং কনাগুম্বনা লালহৌ লান্দাররক্লগা লান অতুবু থিংনবা ঙাক্লবগীদমক্তা । লানগী লানবন থোন্দুনা শেম শাদুনা ) থম্বা হৌরে ।। লানবন অতুবু মৈতৈঙ্. অয়াংবগী মিংলেনবু তমজনা ( অয়াংবা লানপন = অয়াংপল্লি ) হাইয়ে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৫৯২৬ নোংদালাই কুমশিং ৮১৮ দা কোম অমা ময়ুংদা লম ৫ শাংনা তৌহুনা মরাক্তা লম ২ পাক্লা হন্দুনা লৈঙোই হৈরগা লম ৫ লাপ্না হন্দোক্লুনা চেল্লক্লগা ময়ুংদা চোংহুনা শাম্নৈ, মমিংবু ( চেনচোং ) কৌএ, চোংবা গুম্বা মশক্তা মানা ফিরোন ফিবোন, থুম্বোন, ঙাপোন, হৈপোন, চেংপোন. মতীক চানা পীহুনা মশা মউ ফনবা হোংনহল্লি ।।

## সনামহিদা লাইশঙ কৎপা



লাই সনামহিগী লাইশঙ

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯২৭ নোংদালাই কুমশিং ৮১৯ গী কালেন থাজা হুম্নি পানবা নোংকোয়ৌ লৈবাকপোকপা মুমিৎকী মুমিৎনা নোংথৌ খানগংলকপগী কোলুপ্তা নৌহৌনা লাইশঙ অমা শাববু থৌরোইহুনা মবুধৌ লাইমিংথোউ শনা মহিবু ইরাৎ থৌনি থাগোম্না মৈকুবু মালেম অতেম্বদা শেমহুনা লাইমিংবু শিংহাপ লৈহন্না লৈহুন লৈকং চৈয়ে ॥

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯২৮ নোংদালাই কুমশিং ৮২০ গী লাংবন নোংমা পানবদগী থৌহৌনা মবুধৌশিংনা কুমজাগী থৌপু থৌরম্বু কায়দনা ( হিয়াং লৈমা নোংপোক পানকবীবু ) ইরাৎ থাগোন থৌনিনা মৈতৈ অকন অথৌ থাং টা, লিরুং তেন, অরাম্বাই মুক্তা, কাংজৈ হৈবা, লমজেন, চেঞ্জাং, মাংজোং, খোংয়াই হৈবা, লাক্ক ফানবা, নম্মা ইন্নবা হৈশিংবা পুন্নমকপু লৈতিলহন্দুনা হৈশিংবা তান্নহল্লি ॥ থাজা ৯ নি পানবদা ইরাৎ থৌনিবু থৌরোইহুনা, থাজা ১০ নি পানবদা ( উচেক চাকথাক ) চাংয়েংবা, কাকি পাউশা থৌয়েংবা, ( উকাই কাপ্পা = খুৎচুম্বা তান্নহনবা ) লিরুং তেন শুবা হৈববু থৌরম্বু থৌরোইহুনা মৈতৈগুনা মনা মথুম পীহুনা লৈবাক মীয়ামগা মুংচাইনিন্নহুনা লৈমিন্নে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯২৮ নোংদালাই কুমশিং ৮২০ গী লাংবন থাজা নোংমা পানবদগী থৌহৌনা হিয়াং লাইরেম্বী = নোংপোক লোইরাং পাম্বেইবীগী পুরুম থাগোনবগী কুমৈ অকন অথৌ মইহু তান্নহনবদা নোংকোয়ৌ ১০ নিগী থৌরম ইরাৎ চাংয়েং থৌনিবু লোইরগা নোংকোয়ৌ ১১ নি শুবদা শালাম্দা হৈশিংবশিংবু শাখি শাদানহন্দুনা শা মশিং য়াম্না ফাবা তান্নহন্দুনা মথং মনাও নাইনা মৈতৈগু অয়াংবনা মনা মথুম পী, শা ফাবা ফংদবশিংবুশু শাফবদা য়াউকবা অকন অথৌনি হায়হুনা মনা মথুম পীহুনা মুংচাইমিন্নে ।

## খুমনগা লান চাইনবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯২৯ নোংদালাই কুমশিং ৮২১ মৈতৈগু অয়াংবা লুচিং পিবা কংলৈ শঙবনা ফমদৌ ৬৮ গা লোইনহুনা শাফা লাল্লোং হৈশিংবা ময়াম পুহুনা ( মোইচীংদা ) চঙলা শারম খংবা শাদা থৌঙম্বা তান্নহন্দুনা মৈতৈগুনা অকন অথৌশিংগী মথৌনা শাদা হৈশিংব মঙম্বু য়েংঙম্মি ॥ থৌরম্বু তাবা উবদা খুমন লুচিংবা পীবা থোং লৈরোংনা মপুক তাথিরে ॥ পিবা লুচিংবা কংলৈ শঙবা লম অশিদা শা তাল্লবগী করি শিল লৈ কংলৈ লুচিং পিবা মাগী মচীঞ্জাক লাইরকচনগু নত্তে, শাদা শীন্দমহনবনি হাইজিন্নহুনা খুমন ঐগী অচেৎ অকোম য়েংবা লাক্লিবনি হাইহুনা মৈতৈগুগী মথক্তা লান্নাওখোলবু লাওহুনা থোং লৈরোংনা খুমন অথৌবা লানমী ময়াম পুংক্তুনা লালহৌরক্লে ॥ মৈতৈগুনা লৌথাম্মি, খুমন পিবা ঐনা নংবু নমথনবা লাইরকচন নামুং-

হন্নবা লান্দাবা লাকপা নত্তে শাওগনু নপুক ভাথি নাওইনগনু ঐগী লানমী শাদা হৈ শিংবা। শিংবু কনানা হৈখোইবা চাংয়েংনহনবনি শা অকনবা খিং নীংথিনা লৈবা লমথীত্তুনা চাংয়েংনহন-বনি ঐগী লমগু নরমগুম্বনি নঙ্গী লমগু ইরম্মি হাইবগী তৌবনি ।। হৌ কংলৈ লম্মহনবা অসিবু অয়াংবা ঐতগী লমলা খুমন নয়ুম নখোয়গী লমদি য়াওব্রবরা করি অত্তুক শাউবনো শাউগনু অয়াংবা ঐ অশিবু নয়ুম পিবা ৪ না ইরু মাইতা ইহৈত্তুনা কংলৈ পিবা লুচিংবা স্না থম্বাল লৈশঙবা লৈহাপ লৈশিন্নবা নংত্রবরা, লাও চংলকউ নফম্লাংদা ফম্লোলাও মুংশি মুংঙোন রাবু পাউশানশি হায়না কৌশিল্লকই । থোং লৈরোং খুমন পিবানা মপুক্তা ঐবু থেম্নৌনা কৌশিল্লগা লোনম তৌত্তুনা ফাগদবগী তৌঙম্লিবনি থন্দুনা মৈতৈ কংলৈ পিবা নঙ্গী লোনম রাহৈত্তুনা থোং লৈরোংবু য়াগদবা নত্তে থংঙ চংলক্লবদা লৌথাম্বা য়াবা খুমন নত্তে, কংলৈ পিবা নমাই ওনগনু হাইনা লাওরম্মগা থাং, টা পায়ত্তুনা লিরুং তেনকাপ্পুনা চেনশিল্লক্লে । মৈতৈঙ পিবানা লৌথাম্বদা য়াওমদবা উবদা কংলৈ পিবাগী লানমীশিংনা শাওত্তুনা লানচাইনরে, খুমন লাম্থৈরম্বদগী লান কাইত্তুনা চেন্নখরে ।।

মৈতৈঙ অয়াংবনা লৈবাক্কী মুংঙাই য়াইফনবা খুঙ্গং খুদিঙ্গী মচৌন চংপা ফমদৌ লৈহাপ্পুনা লৈবাক মরা তপ্পা কুমজা মুংশাংনা চীংবুরেই তম্বুরোইবু লৈশুপ লৈকোই লৈঙাক লৈপ্পুনা উনবী মরা তপ্পা চাকহোং ওাহোংনা লৈপাল্লে ।।

মতুং লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯৮৪ নোংদালাই কুমশিং ৮৭৬ চংলকপদা খুমন পিবা কাংত্তুনা মৈতৈঙ লাইনিংথৌ অয়াংবনা খুমন চীংখোং থোক্রাইববু ময়ুম খুমনগী লুচিংবা পিবা হাপ্পীরে ।। হৌ লাংলোই লম্মহনবনা কোনবা লম মখৈবু অমুক নৌহৈনা পীরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯৮৫ নোংদালাই কুমশিং ৮৭৭ কী পোইন্নু থাজা ১১ নি পানবা থাংজা মুম্বিংকী অয়ুক নোংঙাল্লমদাইগী কোলুপ্তা লৈমরেন তরেং দুচিং থম্বাল থৌপুনবী মৈতৈ লৈমরেল লম্বশুবু রাঙ্গোন শঙ্গুমত্তুনা মচা ইবুংঙো অমা পোক্লে ।। ঈপান থৌপুবদা মচা ইবুংঙোগী মিং-লেনবু ( নিংথৌচেং ) মিংথল্লে ।

## খাগীগা লাম্ফেংনবা কাব্রং শেমবুংনচিংবা লোইপোৎ হাবা

মতুং খরা লৈবাক ইংনা লৈপাল্লে । লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯৮৯ নোংদালাই কুমশিং ৮৮১ গী কালেন থাশিরমদাইদা খাগী লৈবাক্কী লানমীনা চীংবা ইরাংমদা লৈবা মৈতৈ হৌ কংলৈ পুংমাই য়োন লৈবাক্কী লম ( ভাংবোগা তুম্মুগবু ) খাগী অরা মথোইগী লম্মী হাইত্তুনা মকম অত্তুদা লৈঙম্বা মৈতৈবু য়াম্না ওং নৈত্তুনা হাংলে ভাম্বোক্লে ।। মৈতৈঙ অয়াংবনা ভারক্তুনা মৈতৈ অকল অথো

লানমীগা লোইননা চঙ্না মকম অনিদা লৈঙম্লবা খাগী অরা লানমীবু চাইখাই থুগাইহন্না মৈতৈবু অমুক লৈঙাক লৈখয়ে ।। মতুংদা অরা লানমীবু তকশিন্দুনা নোংপোক লোইজিরী চীংখোংদা (মুঙদা লাইয়েক্কুনা থয়ে) মশি ফাওবা মৈতৈ লৈবাক্কী লম্নী শিদগী অরানা ইরাং লাম্না লৈফরোই লৈঙম্লবদি হৌ কংলৈ লম্মহনবা লৈবাক্তা (লোইপোৎ কাগদবনি) রারেপ্লহুনা লৈথম্লরম্মে । খাগী তুংজে শোরা লুচিংবা মীয়োক বুম্নগাই পুংগ্রী অনিনা হোয়ানহুনা মুকা লং কবো মীপোৎ ১০ গা শেনগী কাগোক ৫ গা, শগোল ১৫ গা, শেনবুং ১ গা কাগোক হান্দুনা লৈথিল্লহুনা হন্নক্লে ।। য়াকচীং খাজগী ৫ নি পানবা নোংকারৌ শগোলশেন নুমিৎকী তয়ুক অঙনবদা ম্না কংলা শঙ্গাইলেন্দা লৈথুংলরে ।। ঙংখিল পোঙ্গা লৈহল্লকপদা মৈতৈ লৈমরেল লম্নগু রাঙ্গোন শঙ্গমহুনা মচা ইবুংঙো অমশু তানফংলে ।। খাগীবু রাঙম্বা থাদা পোকচবা ইচানি লুতুংনা রাথংনবগী ঈপান থৌনিবদা মচ ইবুংঙোগী মমিংবু (খাংতাও) মিংহুন্না থৌনিরে ।।

## তখেলগা লান্থেংনদুনা লোইপোৎ হাবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৩৯৯২ নোংদালাই কুমশিং ৮৮৪ লৈচংবদা লাইনিংথৌ মৈতৈঙু অয়াংবা পিবালন্না ময়ুম অঙোমগী লুচিংবা পিবা অঙোপাম্বা নিংথৌ কয়োংববু লৈতাপ্লীহুনা নোংহৌনা হৌ রাইবং লম্মহনবনা কোনবা শগু লৈশিন্নহুনা পীরে ।। কুম অশিদা তখেনগী লানমীনা মৈতৈ তোংলেম খুন্দা লৈববু ৫৫ নৈহুনা তাম্থোক্লে হাইবা পাউ তাহুনা মৈতৈঙু লাইনিংথৌ অয়াংবনা শাওহুনা অকল অথৌ লানমী পুহুনা তখেল লানমীগা লান্থেংনহুনা তখেলগী লানমী অকল অথৌবু তানথাইরে, মৈতৈ লানমীগী থাং, টা অরাম্বাইগী মমাংদা খাংবা ওমদহুনা চেন্নরে ।। তখেল লৈবাক্না চ জরে কুমজাগী লোইপোৎ হাজগে কনবিও হাইয়ে. মৈতৈঙ্না হোয়াবিহুনা থাদোক্লে ।। তখেল নিশগাও বারুরা হাইবা খুন অনিনা মৈতৈঙুগী খোংনেৎ ওইবিও হাইহুনা (শামু চাজেনবী অমগা শামু লাবা য়াতোনপোক) অমমমগা শামু থৌবা (মউং) তখেল তোনতৌ কৌবগা থুদোনপোৎ ওইনা কন্তুনা পুথক্লে । মতুং য়েক্লবা লৈতনা পাল্লে, ফম্বাল কুমজা ৮৯ নি পুন্সি কুমজানা ১০৭ নি থাজনবা ১০৮ নি হাইয়ে ।।

---

## মৈতৈঙু অয়াংবগী নাওদা য়ুমদাবা

শাইরেম, অথোংবম

মৈতৈঙু নিংথৌচেংনা মনাও ইবুংঙো খাংতাওবু লৈঙাক লৈকল্লোন শঙলেনগী লুচিং ফম্বে ফম্ব: ওইহন্দুনা হুইয়েল লাঞ্জেং শাফবা — সেনাপ্তী হাপ্তনা সনা থোগন তোহুনা লৈঙম্বদগী মতুংদা অঙো

পান্বা চন্থ তোনশেন লৈমা পান্নচুনা মচা ইবুংঙো শৈরেংজাম্বা= শাইরেৎচাম্বা পোক্লে ।। শৈরেং-চাম্বনা ( শাইরেম য়ুমদাবা হৌরে ।। খুরাই তাবা শাইরেম পিবাদি ময়াংদা লৈখি ।। মথং গৌরচন্দ্রনা য়ুম শাক্লি ।।

য়াংবন তাবা শাইরেম অপাক লাক্লে ।। শাইরেম খোংজি লাক্লে ।। শাইরেম অঙোমদা শিন্নংবা খুরাই তাবা চক্রপানিগী য়ুম্নি । য়াইখোং তাবা শাইরেম চাওবগী য়ুম্নি ।। খুরাই তাবা শাইরেমদগী খাইবা ( অখোংবম ) উন্নানন্দগী য়ুম্নি ।।

---

# ১৬ নং মৈতৈঙ্, লাইনিংথৌ নিংথৌচেঙ্গী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০১০ নোংদালাই কুমশিং ৯০১ কুম অশিদা মৈতৈঙ্, লাইনিংথৌ নিংথৌচেংনা ময়ুম পুম্বগী লুচিংবা পিবা ফম্বাল লৈফম্লগে য়াখন্দুনা মনাও ইবুংঙো খাংজাওব হুইয়েন লাংজেং শাফবা=সনাপতী লৈহাপ্লীচুনা লৈঙাক লৈকনগী ফম্বৈ লৈপু লৈফম্বা লৈশিন্নরে । মতুংদা পিবা খৈবুবগী লাইরকচন চংলম্ব নামুং চংলম থোক্লনবা মীতৈ লৈমা পৌচাও চন্থ লামপাশুবু লুত্তিন লৈরো লৈয়াচুনা মঙাং য়ুমদা লুত্তিরে ।। ময়ুম লুরাং পিবা লাইরমলেনগী নামুং চংলম ওইরম্ববু লৈশেং লৈত্তিন য়াঙল্লচুনা লৌখৎপিচুনা মীরোল নাওদা অকুম্ব লৈশুংনা লুরাং পিবা লম্বুবা ( খিংপোং রায়াববু ) লৈহাপ্লীচুনা নৌহৌনা হৌ থাংরাই হনবনা কোনবা লম্ব লৈশিন্নচুবা পীরে ।। ময়ুম অঙোম এলুপমগী পিবা অঙোপাম্বা খোংচোম্ববু হাপ্তনা হৌরাইরং লম্মহনবনা কোনবা লম মখৈবু নৌহৌনা লৈশিন্নচুনা পীরে ।। ময়ুম এলুপমগী পিবা লম্বুবা খুমন শোরারোংবু হাপ্তনা হৌ লাংলোই লম্মহনবনা কোনবা লম্ব শিন্নরে । ময়ুম মোইরাং এলুপমগী পিবা লম্বুবা মোইরাং লম্ম শেম্বা=মোইমা শেম্ববু হাপ্তনা হৌ কেগে লম্মহনবনা কোনবা লম মখৈবু লৈশিন্নচুনা পীরে ।। ময়ুম পিবা ৪ না মৈতৈঙ্ নিংথৌচেংবু ফম্বাল লৈফম্নবা ইরু মাইতা ইহৈবিচুনা মৈতৈ লৈমগা লোইনচুনা ফম্বাল ফিরোল ফিশেংলে ।। য়োইরেন খবী লেংনা তিন, অমাই অনপ লৌশিংনা অশৈ খোংফাংলাং, নোংদম মরু খিংবাইজাম্বা কাইবিরোন মরু য়াইথেংঙম্বা মরু ২ না মৈতৈঙ্গী য়াইফংনবা ফম্বাল পরম্ব লৈরাক্তনা পুরুম থাগোন থৈ নিচুনা মৈতৈঙ্ নিংথৌচেঙী ফম্ব ল খিংলেনবু পা—পুগী লৈরোনা ( লাইনিংথৌ মৈতৈঙ্ নিংথৌচেং ) মিংহুন্না লৈহুল লাংলে । মীতৈ লৈমা লম্বশুবু মৈতৈ লৈমরেল শিন্নাই ফয়েন ৭ লৈপু লৈফম্বী লৈহাপ্লে ।। মরু ২ না লৈবাক নোংথৌ তুবা উয়ুং থক্তগী থেনথোক্লনা অশৈ খোংফাং লাংনা ফম্বাল মেন মথক্তগী লৌথচুনা খাংশেং ফিরোনবু লৈহোংচুনা ফমদৌ ৬৪ না থৌখল লাংচুনা রায়েল থৌকাও নিংশিং থৌকেম কুচু শঙলেন্না লৈফম্নিচুনা মুংঙাইনরে ।।

লাংবচকী কুমশিং ৪০১৪ নোংদালাই কুমশিং ৯০৬ কী কালেন থাজগী ৫ নি পানব, নোংকোয়ো শগোলশেন মুমিংকী মুংখিল পোপ্তা হুনকপদা হাওকপ চৌংশাংনা লোইপোং কারক্তবগী লোইপোং থোবা মৈতৈঙ্গু লাইনিংথৌ নিংথৌচেংবু মস্না খোংলেংগনি লোইপোং খোম্বা ময়ুম মোইরাং পিবা মোইমাশেম্বশু য়াওগনো থাদোব্বু থোয়াদদুনা মোইরাং নিংথৌ মোইমাশেম্ববু লৈহোৱে ।। লাই-নিংথৌ নিংথৌচেংনা মনাও ইবুংঙো হুইয়েল লাংজেং শাফবা থাংতাওদা হৌ লম্মহনবা কংলৈম্না পুংমাইয়োনবু লৈঙাক লৈকম্নবা লৈশিন্নরম্মগা কমদৌ থরগা হুইয়েল শাফবা ১০০ গা লোইমদুনা হাওকপ চৌংশাং কোইদুনা লোইপোংপু খোমদুনা খন ১০০, কাম্মেং ১০০ গা লোইননা ফিবোং চমেনলোন রাঙ্গোন পুকৈরোন ফিরোম্মে, হোৱাই চেংরাই, পান, মাইরেন, অচাপোং মখল মখল মংকৎনজুনা চৌংহাওশিংনা পোংথিন্নজুনা লৈহন্নক্নে ।।

ময়ুম মোইরাং নিংথৌ লম্বুবা পিবা মোইমাশেম্বনা য়াথংবু থোওইদজুনা লাকথিদববু মস্না পুক্লিংদা তাথিখিবনা চৌংশাং লৈকোই লৈথুংলুবা লোইদুনা লৈহন্নক্নগা লাংবচকী কুমশিং ৪০১৫ নোংদালাই কুমশিং ৯০৭ কী চহৌদা মৈতৈঙ্গু লাইনিংথৌ নিংথৌচেংনা মোইরাং পিবা লম্বুবা নিংথৌ মোইমা শেম্ববু পিবা ফম্মেন লৌথোক্নুনা তাম্মোক্নে ।। মতুংদা মোইরাঙ্গী পুন্সি থুরেনববু ময়ুম পিবা লম্বুবা নিংথৌ লৈহাম্নোদুনা হৌ কেগে লম্মহনবনা কোনবা লম্বু পীরে, হৌ ঙংঙোইনা কোনবা লম্বু লৈশিন্নরে ।। থুমন লম্বুবা নিংথৌ শোরারোংবু শিদুনা মচানিপা চেকয়াম্ববু ময়ুম থুমনগী লুচিংবা পিবা চাম্মীদুনা লম্বুবা নিংথৌ হাপ্পনা থম্মে ।। ময়াম্বশিংনা থুমন এলুপকী য়ুমথাই য়ুমদনদুনা লৈরে ।।

লাংবচকী কুমশিং ৪০৩১ নোংদালাই কুমশিং ৯২৩ লৈচংবগী কালেন থাজগী ৭ নি পানবা লৈবাকপোকপা মুমিং মুংথিল পেপ্পা হুনগৎলকপদা রাঙ্গোন শঙ্গুমদুনা মৈতৈ লৈমরেল শিন্নাই ফমথোন ৭ লৈপু লৈকম্বী লম্বশু মচা ইবুংঙো অমা তানফংলে, মমিংবু ঈপান থৌনিবা মুমিঙ্গা চেংলৈ ইপান লাম্ববা লৈহুন্না থৌনিরে ।। কুম অশিদা মোইরাং পিবা লম্বুবা নিংথৌ পুন্সিবা থুংলবা শিদুনা মতুংদা মোইরাং পিবা লম্বুবা নিংথৌ মোইরাং কোইরেম্ববু হাম্নীরে ।।

মতুংদা মৈতৈঙ্গু লাইনিংথৌ নিংথৌচেংনা লৈবাক্কী থুজং খুদিংদা থোম্নুম থোয়েংনজুনা লৈত-লাইরা অশোন-অনাবু তেংবাং থৌবুবিদুনা লৈবাক মরা তপ্না মৈতৈঙ্গুগী মীয়োক মীচান ফজববু য়ুমথোং খুদিংদা পাউশানদুনা ফম্বাল কুমজা ৩৯ পাম্লে, পুন্সিনা ৬৪ লৈঙম্মে ।।

## ১৭ নং মৈতৈঙ্গু চেংলৈ ইপাম্লাম্ববা

লাংবচকী কুমশিং ৪০৪৯ নোংদালাই কুমশিং ৯৪১ গী চহৌদা মৈতৈঙ্গু লাইনিংথৌ চেংলৈ ইপাম্লাম্ববনা মদাইরেন ইবেম্মা অয়াম্বম চম্নু মীতৈ লৈমা লম্বশুবু লুতিল লৈরো লৈয়াদুনা হৌ

কংলৈ লম্মহনবগী মৈতৈ মঙাং এলুপমগী লূদা তৌন্দুনা মৈতৈ লৈমরেল লৈহাপ্নুনা মদাইহ্নেনগা তৌ কংলৈ লম্মা হুনবগী পিবালেনগী ফম্বানবু লৈশ'বা থৌপুরে ।। মতম অশিদা ময়ুম লুরাং এলুপকী লম্বুবঃ নিংথৌ থিংপোং রায়াববু নাওদদনা শিথরে পিবা থৌপু থৌশিন্নবা ভাক্লে হাইতুনা মৈতৈঙ্গ চেংলৈ ইপাল্লাম্বগী মকমদা রাকংলরে মৈতৈঙ্গুনা লৈরো থৌপু থৌয়ানরে । থৌরমবু ইবদা মৈতৈঙুনা নৌহৌননা পিবালেনগী ফম্বালবু তোংহৌরগে নীংলতুনা নোংদম মরু থিংবাই-জাম্বগা কাইবিরোন মরু রাইথেংঙম্বগা মরু অনিগা তান্নতুনা ফম্বাল থুনা তোংনবা থৌশিন্নক্লে ।

লাংবচকী কুমশিং ৮০৪৯ নোংদালাই কুমশিং ৯৪১ গী কুম্মৈ কাইরেন থাজগী ১৫ নি পানবা নোংকোরৌ নিংথৌকাবগী অয়ুক নোংথৌ থানবা মতমদা পিবালেন ফম্বাল তোংনবা থৌপুনতুনা ময়ুম অঙোম নিংথৌ লম্বুবা পনশা ওম্বনা থৌপুতুনা ইরু মাইতা ইহৈ অহুম্লক হৈরে । থূমন নিংথৌ লম্বুবা চেকয়াম্বা পিবানা ময়ূম ইশেংবু ইহৈরে ।। মোইরাং নিংথৌ লম্বুবা পিবা কোইরেম্বনা ময়ুম ইশেং লৌভাং পাংকী ইশিং ইহৈতুন লৈমা নিংথৌ অনিবু মাইতাবিবা থৌ-রোইতুনা মুংকেং ইশিংনা অমুক নৌহৌনা ( শেলুং ফয়াইবা ) লাকপা ৫ না ইহৈতুনা হকশেংলগা ফম্বাল ফিরোল ফিশেৎ পিতুনা মরু অনিনা পুরুম থৌনিতুনা ফম্বাল মেনথক্তা থাঙ্গতুনা অশৈ খোংফাংলাং, অমাই অনপ লৌশিংনা য়োইরেন থাবি লে'না চিল, ফমদৌ ৬৪ না থৌখম্না পিবালেন ফম্বাল লৈহাপ্না নোংথৌ তুবা উম্মুংথক্তা ফম্লে ।। মদাইরেন অরাম্বম চন্দ্র মীতৈলৈমা লম্বাশুবু মৈতৈ লৈমরেল শিন্নাই কমথোন ৭ লৈপু লৈফম্বী থৌহাপ্নুনা লৈবাক নোংথৌতুনা মুংঙাইরে।

লাংবচকী কুমশিং ৪০৫০ নোংদালাই কুমশিং ৯৪২ গী হিয়'ঙ্গৈ থাজ ৫ নি পানবা নোংকোরৌ নিংথৌকাবগী নোংঙাল্লমদাইদা রাঙ্গোল শঙ্গুয়তুনা মৈতৈ লৈমা লম্বাশু মচা ইবুংঙো অম তানফংলে । ইপাল থৌনিদা নিংলেনবু য়াংলৌ কৈফাব মিংতুন্না থৌনিরে ।।

লাংবচকী কুমশিং ৪০৫১ নোংদালাই কুমশিং ৯৪৩ গী কুমগী নোংনা ইহৌরকপদা ইহৌ ইচাও থরা হেন্দুনা হৌ কংলৈনা কোনবা লম্বু ইথুমতুনা লৈফন কদোমদা ইথেশিবনো রাথল্লতুনা ইথুমদবা লম্বু লৈয়েংনতুনা চেন্ন থিনরিভৈ অরা মৈশা লাংনরিঙৈদা থূমন পিবা চেকয়াম্বনা মাগী লানমী হিরোই ১০০ গা লোইনতুনা হি তোংতুনা নাদা শরাং ইথেংদা অচিংদা হিরান থোজা-নরক্লে ।। থৌরমবু মৈতৈঙ্গ চেংলৈ ইপাল লাম্বনা তাওমতুনা লানমী থরগা লোইননা খোঙ্গম-লতুনা অহিং তারুদা লম্মথাংদা থত্তুনা থূমন লালহৌ লানগারকপা পুম্বা তরু কাতুনা পুররুগা অরা শঙদা কাতুনা রারক থোকাওনববু থোকাওদনবা রারক রাক্তেম্না থম্লে । মতুংদা লৈবাক মরা তপ্না চাকহোং ঙাহোংনা লৈপান্দুনা কম্বাল কুমজা ২০ লৈচুপ্না লৈপান্দুনা লৈঙম্নৈ, পুচিনা কুমজা ৩৮ দা নোঙ্গা থোংলমবু তানফংনখ্রে ।।

# ১৮ নং মৈতৈঙ্ যাংলৌ কৈফাবগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০৬৯ নোংদালাই কুমশিং ৯৮১ লৈচংবদগী মৈতৈঙ্ যাংলৌ কৈফাবনা হৌ কংলৈ লম্মহনবগী সনা থম্বাল কম্বালবু লৈশংবা হৌরে মতম অসিদা মৈতৈঙ্গী মপোক কুমজা ১৯ চংলে ।। মতম অসিদা ময়ুম এলুপ শথাই পুম্বগী থৌপুবা লুচিংবা পিবালেন কম্বালবু তোংদবা য়াদে হাইহুনা শজিবু থাদা মদাইয়েন মীতৈ লৈমা খোংলৈমবু মঙাংলুদা লুতিনবগী লৈরে লৈয়াহুনা সুতোং লুতিল্লে ।। কালেন থাগী থাজ ৩ নি পামবা নোংকোয়ে শগোলশেল সুমিংকী অয়ুক্কী কোলুপ্তা অঙোম নিংথৌ লমবুবা পনশা ঙম্বা ।। খুমন পিবা লমবুবা নিংথৌ কোকপা । মোইরাং নিংথৌ লমবুবা পিবা কজুপুরাং পিবা (৩) না ইরু মাইতানবা ইশেং ইহৈ-হুনা মৈতৈঙ্ যাংলৌ কৈফাবগা মৈতৈ লৈমরেল খোংলৈমগা অনিবু মকোক মউ ইতুম্না ইরু মাইতবা থৌপুরে । শেলুংহনবা লম পুবা খ্বাই তোনাবা, খুৎসাই নামোই. রাংথৈ রাঙ্গোন, য়াইখুলি য়াইশাবা মরিনা কম্বাল ফিরোনবু ফিশেৎ লৈতেংবীহুনা মরু অনিগী মফম্নাংদা লৈশিন্নরে ।। নোংদম মরু খিংবাইজাম্বা । কাইবিরোন মরু রাইথেংঙম্বা মরু অনিনা মৈতৈঙ্গী য়াইফংনবা পুকম ইরাং পৌনি খাগোনবিহুনা লৈবাক নোংথৌ তুবা কম্বাল উমুংদা কয়ে। কম্বাল মিংহুনবু মৈতৈঙ্ যাংলৌ কৈফাববু ( লাইনিংথৌ রাংলৌ কৈফাবা মৈতৈঙ্ হৌ কংলৈ লম্মহনবা লৈবাক্কী লুচিং পিব ) মিংহুন্না লৈহুন লৈরাংলে ।। মৈতৈ লৈমা খোংলৈমবু ( মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফমখোন ৭ লৈফম লৈপুবী ) খোংলৈমা থাকৌনা লৈরাংলে ।। ফমথৌ ৬৪ না খৌথল্লাং অমাই অনপ লৌশিংনা অশৈ খোনফাংলাং, য়োইরেন থাবি লেংনা তিন্না খৌথন্না কম্বাল মেন্দগী মরু অনিনা থেমখোক্তুনা লৌথরে ।। কচু শঙলেন রায়েন নোংদম শঙলেন্দা লৈফমহুনা লৈবাক তুনা সুংঙাইমিন্নরে ।।

# নম্বোনবা, মাক্লংবা মরু অনি শাথোক্লকতুনা লাইনিংথোদা শিন্নবা

খোইয়ুম খোইরিফাবগা, খোইয়ুম থপ্লাংবগা অনিনা তান্নহুনা তাইবং পাথঙী মশক্তমবু ওইনা শাথোক্লহুনা কম্বাল তোংব, সুমিংকী সুমিদাংদা নোংদম শঙলেন্দা ফমহুনা মরু অনিবু ঙাইহুনা লৈওয়ক্লে ।। মরু ২ বু কম্বাল তোংবগী থোঙম থৌপুববু থৌরোইহুনা শঙলেন্দা লৈহন্নকপদা উওয়ন্নহুনা নোংদম মরু খিংবাইজাম্বনা রাহোন্মি । নহাবা নবাঙানিদি কদোবা ? মরু অনিবু পুক্লমজাগে লাকচবনি ।। লমদম্না কদাইদগী লাইমিংনা করি থাকৌবা ? মরু ঐদি খোইয়ুম খোইরিফাবগী মাওকল্লমদগী লাকচবনি, নম্বোনবা কৌঐ, ইশানৌ অশিদো থপ্লাং পনশাবা যোং-পোকপা, মুঙপোকপা খোইয়ুম্না নাওকোনবা লমদগী লাকপনি মমিংবু মাক্লংবা কৌবা অহুনি।।

উম থংলে মরু মচা রাইথেংঙম্বা নং ঐদো তাইবং চীঙ্গাক চাবগু হক্লা মুংশাংলে লৈহল্লশি অহুবু ঙশি অহিং অশিমদি নচা ইচা লৈশক্লা নাগকোন লৈথম্লা লৈমিন্নবগা নোংকোয়ৌ ভাল্লগা শামান লেংমান্নবা মশেন লৈবাক য়াইফং থৌপুরশম্ব নং ঐশু হন্নফমদা হরগ্নশি নহাবা মাক্লংবা অশিদো নকান্নুংদা লৈপুনা লৈথমল্লুরো। মরু নয়াথংবু কুবিব। থৌঙম্নবা থৌপুজনি পাউশানহুনা লৈমিন্নখ্রে ॥

ইন্নুং ভান্দুনা নোংকোয়ৌ ইরাই মুমিৎ থাজা মরিনি পানবগী মুংথিল পোগ্না লৈহল্লক্লবা অশাই অশম ফমদৌ পুম্বনা ম্না থোগন লৈফম্লবদা নহাবা অনিবু পুঙম্লভুনা লাইনিংথৌ য়াংলৌ কৈফাবগী মফম্লাংদা লৈশিন্নরে ॥ মৈতৈঙ লাইনিংথৌ য়াথংলোই শামান লেংমান্নবা অনি অশিনা ঐখোইগী ইথৌ ইঙমবু থৌপুরশম্ব কোয়ৌ অশিদগী থোঃহৌনা য়াইফং পরমবু তাম্নেংনবা লৈবাক অঙম্বা ফম্বৈ ফম্বা পুম্বশু তায়ো থংলো নহাব পাথং নম্বৈ'নবা অশিবু কোয়ৌ অসিদগী নোংদম শঙলেনবু শিন্নরবনি ॥ নহাবা পাখং মাক্লংবদা কাইবিয়োন শঙলেন লৈবাক য়াইফা তানফংনবা থৌপুববু লৈশিন্নরবনি, ঐখোই অনিদো ইয়ুম ইরান য়াইদা থোংগুম লৈকুম্নখ্রগে নখোই পুম্বা য়াইফা য়াইফংনা লৈঙমহৌয়ৌ নোংদম্লম্মগা থোকখ্রে ॥ মৈতৈঙনা অঙম্বা পুম্বগা রাহং থয়দং রাহংনিংহুনা মরু অনিবু লৌখামজগে ভৌববু য়েংথোকখিবদা মরু অনিবু লৈরমদরে ॥

মতুং লমদা থাগী থানিল নোংকোয়ৌ শাগোলশেন মুমিৎকী অয়ুক অঙনবগী কোলুপ্পা মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফমথোন ৭ লৈপুবী থোংলৈমবু রাঙ্গান শংগুম্নখিহুনা মচানিপা অমা তানফংজরে মমিংবু ঈপান থৌনি থাগোম্পবদা মচা ইবুংঙোবু ( ইয়েংবা ) লৈহুম্না পুন্সি য়াইফ থৌনিরে ॥

# নারেং কোঞ্জিন্দা কৈফাবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০৭০ নোংদালাই কুমশিং ৯৬২গী কালেন থাজা ১০নি পানবা নিংথৌকাবগী অয়ুক অঙনবদা লাংপবান চীঙ্গোন্দা পাম্বা লাকঙম ফাঙমদনা চাওবা অমা অয়ুক মুংথিল মুমিদাংবু শাথোক্লুনা লৈঙম্বনা চখোক চৎশিন ঙম্নদরে শিংজন, ইফান, লৌউ-শিংউববু ঙমদরে রাকংলরে। পাম্বগী রাহোম তাবদা ম্না থোগন খরগা লোইনহুনা লাইনিংথৌ য়াংলৌ কৈফাবনা থোংগুনহুনা শাগী থোংগুন লিহুনা লাংপবান নারেং কোঞ্জিনগা তাইনবা লোক্লা নাম্বৈহুনা লৈরমহুনা মৈতৈঙনা অকি ভুজুং লৈতনা চোংশিনখিহুনা পাম্বগা লাক্লরে, মৈতৈঙনা থাংলেন মথুৎশুনা পাম্ববু ময়া কাবাক থন্দুনা নমহুনা চংনা ফারে ॥ মতুংদা ওন্দুনা পাদম্ববু

ময়াংলেন্দা খুত্তোন্দগী খুনিং চৈ ৪ শাংডে, মমাইদা হুই ২ পাকই ।। মৈতৈশু.গী মিংখৈবু লৈবাকা হুইয়েন লাংজেং শাফবা লাইনিংথৌ য়াংলৌ কৈফাবা লৈবাক লুচিং পিবা নিংথৌরেল মিংলেন লৈকৎনা হৈরাং লৈরাংনরে ।।

# ফনেক মপান্দা লোন্দুনা শেৎপা বোবা

মৈতৈশু. লাইনিংথৌ হুয়েল লাংজেং শাফবা কংলৈ পিবারেল য়াংলৌ কৈফাবনা স্না পুক্লিংদ মৈতৈ লৈমশিঙ্গী ফিশেৎকীদমক্তা রাখল্লি । মঙাং এলুপ পিবা ঐখোইদি ইবুধৌ তাওরোইলাই পাখংবগী ময়েকপু উনম কানো লৈহাপ্তুনা ফৈজোম ফিশেৎলি, মৈতৈ লৈমনা নমথাং ওইনৈ ময়েক অশিবু মপোৎটগী ফিনেক ফিবান্দা লোন্দুনা শেংলবদি নীংথি চংখোনবা ওইগনিদা, মুপী ফিনেক অশিশু মঙম লৈগনি ইচম চম্বা তয়াং তশোইবশু ওইবা উত্তয়োইদা ।। অদুবু পানা পুনা লৈহাপ্লমদবা অশিনদি লাইয়েক অশি মুপী অঙাংনা খুউ মথ হেম্বনা শেৎনবা ফিরোন্দা কনোক লৈতাপ্লব নামুংনবা ওইবা তাই মরম অদুনা লৈহাপ্লদবা ওইবা তাই ।। অদুবু ফিনেক হাইবা ফিরোন অশিগী ফিবান অশিবু ইহাং হাংনা লৈবা অশিমক্তি য়েংবদা তয়াং তশোইনপ্তেদা ।। মপান থক-খা ময়েক মশোল অমত্তং লৈহাপ্পা শেৎহল্লবদি য়েংবদা মিং লুম্বা উগনিদা করি মওংবু পুংশোক্তুন ফিনেক্কী ফিবান্দা কনোক লৈহাপ্লহনশিবনো রাখল্লরক্রে । লাংবচক্কী কুমশিং ৮০৭১ নোংদালাই কুমশিং ৯৮৩ লৈচংবগী চহৌ খাজগী থাজা ১৫ নি পানবা নোংকোরৌ শগোল-শেন মুমিংকী অয়ুক্তা মৈতৈ লৈমা লৈঙম্বা মখৈগা মীতৈ লৈম লৈঙম্বা মখৈগা চীংবুরোই চেংলৈ লৈমা লৈঙম্বা মখৈগা হৌ লম্মহনবা কংলৈ স্না পুংদা কৌখস্তুনা লাইনিংথৌ হুইয়েল লাংজেং শাফবা মৈতৈশু. য়াংলৌ লুচিংবা পিবানা কনোক মরোন অহুম্বু য়েক্তুনা পুখোক্লগা চেংলৈ চম্ন মখৈদা ( খোই কানোক ) হাইবা মওং অমা কাব্রং লংনা লোনবা তম্বী । মীতৈ চম্ন মখৈদা ( অকোইবী কানো ) হাইনা কুময়িন পোৎলোই ফিবানবু তমজনা লোনবা তম্বী ।। মৈতৈ চম্ন মখৈদা ( হিশাবা কানো ) হাইবা ময়েক মরোন অমা তম্বীদুনা মানা মানা লোনবা খিবোন কানোকপু মশা মশাবু ফিয়েন ফিনেক ওইনা শেৎহন্দুনা ফিরোন ফজবা লাংলোন চেক-শিনবা তান্নহন্দুনা মৈতৈশুনা মনা মথুম পিদুনা লৈমা চম্ন নীংঙোল পুম্বগী মপুক রাখলবু চাওনবা পোৎগংলি ।। মতুংদা কাব্রং অঙাংবনা ফিবুম মপুং লোল্লগা অঙৌবা মচু অমুবা মচু, হিগোক মচু, নচু মরিনা লৈথেৎ লৈচু লৈখন চানা চানা হাপ্তুনা লোলহন্দুনা য়ুমথোং শিন্না হৈহল্লি ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০৭০ নোংদালাই কুমশিং ৯৬৫ লৈচংবগী কাইরেন খাজা ১৩ নি পানবা নোংকোরৌ লৈবাকপোকপা মুমিংবী মুংখিল পোপ্তা লৈহল্লকপদা মৈতৈ লৈমরেন শিন্নাই ফমথোন ৭

লৈপু লৈফম্বী খোংলৈমা রাঙ্গোন শঙ্গুয়মতুনা মচা ইবুংঙো অমা পোক্লে, মমিংবু ( মচাইবুংঙো নাওহুই ) মিংতুন তম্না ইপান থৌনি থোপুনৈ ।। মৈতৈঙ্ হুইয়েন লাংজেং শাফবনা চীংমান লম খুদিংবু কোইনা চত্তুনা লম্বু শেমদোক হাইদোক্লুনা খুন্দা লৈতানা লৈবা মানবা লৈথম্লকই, তাইবঙ্গা য়েক্লবা ওইবা নারক শীংলক্তা লৈবা শাশিংবু শিংথাবা ওমদনা ফাতুনা লম্বু শেংদোক্তুনা থম্মী ।। মতু শোনবা অশোন অনাবু কোপ্পন্দুনা নাওয়োক নাওকোম্না লৈথম্মী । লাইরবশিংবু মুংঙাইনবা মানা মানা হৈনগদবা থোংস্ম শীম্লাক শীন্দম্বীতুনা থৌরম্ব রাক্তুনবা তেংবাংবী । অশুম্না য়েক্লবা লৈতনা লৈপাক্লক্লবদা লাইনিংথৌ হুইয়েন শাফববু ম্না হকচাংবু অনা লাইওং খংদনা কম্না ইরে=নারে ।। মতম অশিদা মোইরাং পিবা লম্বুব নিংথৌ কজু পরাঙ্গী মফমদা মোইরাং শোংলে লাঙ্গবা শংদোন লাইনৌতাবনা লান্দতুনা পিবা ফম্লেনবু মুন্দুনা মোইরাঙ্গী পিবা ওইতুনা লৈওয়ে, পিবা কজু পুরাং মকম খংদনা মাংখ্রে ।। থৌরম্ব মৈতৈঙ্না তাংে । লাই-নিংথৌ হুইয়েন লাংজেং রাখল্লুরগা হাইরকই অশিংগুম্বা চংলম্ব ইহাকথক্তা থোংচোরেদো য়াম্বা থৌখন থৌলিংনদবা ময়ুম তমগী লুচিংবা পিরা হাপ্পদি কংলৈ ফম্বা পিবা ঐনা মশাগী চংলম লুত্তিন লাইরকচন তুরো মোরো লৈথি থোয়েংনা লৈহাপকদবনি ঐদি কল্লে হৈশিংলে হাইতুনা হেক্তা নমথেক নমজানতুনা ময়ুম পিবা ওইতুনা পাগী পুগী থৌখন লৈহুনবু হেক্তা য়াবা নত্তবা চংলম্মি লাইরকচন্দা নামুং থৌরম্ব মোইরাং শোংলে লাঙ্গবা শংদোন লাইনৌতাবনা থোপুবশিংবু ঐনদি নাতুনা লৈরবনিনা লৈচুমথোকপা ওমদরেদো ।। চংলম অশিদি লুতুংদগুম অকাইবা নামুং চংলম রাংহৌবা তাঙবা চংলম্মি কমদোশিবনো, লৈবাক অশিদি অশোন অনা মতু শোনবা লৈবা ওম্লোইদৌরে অকন অকনবনা নমথেক নমজানতুনা লৈপাক্লবা তাঙমদৌরে লাকচৈদা উমং রামঙ্গী লাইগী শরোই ঙারোই হিংচা য়াইতম্বশিংনা মতম থরা তাইবংশিংদা থোপুরুনা অচুবু ঐখোই তাইবং মশেন্দা থোহনশক্লেদা লাকচৈদা হাইনা ম্না পুক্লিংদা মুংঙাইতনা শোন্দুনা ঐনা নাতুনা লৈবনা চংলম অকাইবশিংবু কদৌরম্বা ওমথিদরেকো হাইবগী রাখম্না মুংঙাতবা ওইতুনা নোংম-নোংমগী অনা লাইওং লৈখংদবা ওইথিতুনা নোঙ্গ খেংলম তানকংখি । মৈতৈঙ্ ফম্মাল কুমজা ১৬ লৈপাম্লি, পুন্সি কুমজানা ৩৫ নি ।।

---

## নাওহুইনা মঙাং য়ুমদাবা

সোয়াম, সাইখোম

মচা ইবুংঙো নাওহুইনা ময়াম্বুঙ্গী থৌখন্দুনা অকন অখৌ শারুং হনবা ওইতুনা শোইবম চম্ব য়াইরৈবী পাম্নতুনা মচা ইবুংঙো শোইরাম্বা পুংিবা পোক্তুনা মাগী ঈনা ( সোয়াম ) য়ুমদারে ।।

সোয়াম মুনি মাগী ইনা কবো লৈকাই তাবা সোয়াম নাওলশিং ।। কাত্রং নাইবা সোয়াম কোংপান তাবা জহ্নুনাথকী য়ুম্নি ।। য়াইস্কুল তাবা সাইখোম গৌরশিং সেলুংবগী য়ুম্নি ।।

---

# ১৯ নং মৈতৈঙ্. লাইনিংথৌ ইয়েংবা পিবাগী পরম

লাংবচকী কুমশিং ৪০৮৪ নোংদালাই কুমশিং ৯৭৬ লৈচংবদগী থৌহৌনা মৈতৈঙ্. ইয়েংবা হৌ কংলৈ লম্মগনবা লৈবাক্কী পিব: ( কংলৈ স্না খম্বালগী ) লৈশংনবা থৌহৌরে ।। ফম্বাল মেন লৈবাক নোংথৌ তুবা উয়ুং ফম্বালবু লৈফম্লগে নীংদুনা হাওরোকচম চম্নু মৈতৈ লৈমা হাও- রৈমা কৌবীবু মঙাং লুদা লুতিন্নবগী লৈরো লৈয়াদুনা লুতিনহন্দুনা মৈতৈ লৈমরেল হাপ্লে ।। মনাও ইবুংঙো নাওহুই অপাম্ববু ( শারুং হনবা ) ফম হাপ্পুনা লমকোইদুনা চীং মান লমহাং তুন্নাংবু শেমদোক্তুনা তাইবং খুন্দবা লৌউ শিংউবা য়ানবগী থৌরম্ব থৌশিনবা থৌদা নোংদম্বা থৌপুনবা লৈহাপ্লে ।। মতুংদা নোংদম মরু ( নম্বোনবা ) কাইথিরোন মরু মাক্লংবা অনিনা মৈতৈঙ্গী য়াইফংনবা পরম থৌরম্ব থৌথি থৌয়েংদুনা ফম্বাল লৈফম্নবা থৌরাংলে ।। লম্বুবা নিংথৌ ময়ুম অঙোম পিবা পনশা ওম্বা ।। খুমন পিবা লম্বুবা নিংথৌ কোকপা ।। মোইরাং পিবা লম্বুবা নিংথৌ শোলে লাঙ্গবা—শমদোন লাইনো তাবা ।। পিবা নিংথৌ অহুম্না ময়ুম ইশেং পাংকী ইশিংবু মৈতৈঙ্গা মৈতৈ লৈমরেনগা অনিগী ইরু মাইতানবা ফিজং ৭ লৈথন্না ইহৈদুনা ময়ুম অঙোম পিবানা ময়ুম পিবা অনিগীশু থৌপুন ইহৈদুনা ইরু মাইতাবা থৌরোইরে ।। লৈকাই ৪ গী শেলুংহনবা ৫ না থৌথন্না ইবুংঙো ইবেম্মগী লোইয়িন খাবীনা লুচিংদুনা চরৈ ফি হোংদোক্তুনা ফম্বাল ফিরোন ( খাংলি লাইথনব, খাংলি ফিনেক কুমশং পুমথিং ) ফিশেং লৈতেংবিদুনা ( লুরেল লৈচাও চিন, উরিশেক চিরোং ) ফিরোন লাইরুম নমথাংনা লৈববু মবুথৌ লাইমিংথোই অশিবগী মকমদা থৌনা ফিশেং লৈতেংববু লোইদুনা মরু অনিগী মকম্লাংদা শিন্নরে ।। মরু অনিনা তীনশেং লাইশেং রাবু খিকপেং লাইশোন্ন লৈবাক নোংথৌ তুবা উয়ুং ফম্বাল মেন্থক্তা ফমহল- লে । য়োইরেন খাবী লেংবা তীন অশে থোংকাংলাং, অমাই অনপ লৌশিংনা লৈতুন্নাং, ফমদো ৮৫ না থৌথন্না ফম্বাল লৈফম থৌথন্না ফম্বাল মিংলেনবু লাইনিংথৌ ইয়েংবা হৌ কংলৈ পুংমাইয়োন লৈবাক্কী লুচিং পিবালেন মৈতৈঙ্. লৈবাক নোংথৌ লৈপু লৈফম্বা মিংহুল্লে ।। ওইথম ফম্বাল লৈফম্বীবু মৈতৈ লৈমরেল শিন্নাই ফম্বাল ৭ লৈপু লৈফম্বী হাওরোক চম্নু লৈমরেল হাওরৈমা মিংহুন লৈকং লৈরাংনদুনা ফম্বাল মেন্দগী থেম থোক্লা ফাংথোং মরিবু নীকশিন্দুনা লৌথরে । কুচু শঙলেন্দা লৈবাক্কী হরাও তয়াম্নবা লৈফম্বদা খুমন পিবগো মোইরাং পিবগো

মাগী মাগী লোইম্লিন শখাই লাকমিন্নবশিংদা থোদা নোংদম্বদা কঞ্জাও হুন্না থোদা রাঙাংবু পাউশানা থোপুনৈ ।। পাউশানবা রাবু তাবদা উম ময়ুম লুচিংবা অনি অসিদি য়াম্বা থৌলিংবা চৎনা লমদি কয়া মুম্না থৌলিংদবা নমহাই নমথেক্লবা চৎলমবু থোপুইদা অহুবু ফম্বাল মুমিৎনিনা রাহৈ রা-তেম্নৌংদরে লুতুং থোকাওদনবা মতুংদা পাউশা চৎলম থরদি চুমথোক্তবা য়াদে রাথন্দুমা কুচু শঙলেন্দগী শঙ্গাইলেন্দা লেংশিল্লে ।।

# খুমন, মোইরাংবু রারক রাতেম্বা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০৮৫ নোংদালাই কুমশিং ৯৭৭ লৈচংলকপগী ( থোকাও রারক লৈতেম্ন-ফম কুচুশংলেন্দ ) লৈফম্বদা লাইনিংথৌ ইয়েংবা মৈহৈঙ লুচিংবা কংলৈ পিবানা হাই, অঙম্বা ফমদো ৬৪ মকপু তাবিনি মরমদি খুমন এলুপমগী, মোইরাং এলুপমা য়ুম অনিগী পিবা লম্বুবা নিংথৌ অনি অশিগী চৎলমশি রাঙাং ইথোন অসিবু মপুক অরাং লুতোন থোইমা য়াম্বা, ঐ মঙাইরে হৈশিংবা ইথৌনা ফবা ঐবু করি কনানা কদৌববু থোঙনগনি ঐনা হায়বনা অচুম্বনি অথংবা ঐনি থৌনাকবশু ঐনি হাইবগী থোদা নোংদম ওইনা পাউশাবগুম তৌগম্মি ।। মথোইগী কম্লেন লাইমিং লমপুবা নিংথৌ লৈহাপ্পা ময়ুম শথাইগী পিবা লুচিংবা হাইরিবা মিংলেন অনি অসিগী চৎলম্বু লৈথিনা থৌপুনদে রায়েন চৎলমশু অচুম অরান থোয়েংলক্তরে, মথোইগী মঙমবু কনানা লৈহাপ্পীবনে থোথংলক্তরে, মতু শোনবা লাইরবশিংবু য়ুম্লিং থুম্লিংবা ঙম্নরোইদোইরি, অশিনদি লৈবাক অসি লুতুংদদি য়াথ্বা থৌখল লৈরক্লরোই, মথোইবু নিংথৌ হাইবা মিংল্লন অসিবু খোইয়ুম কনাবু তাইবং কনাবু লুংশি খোইজং খোইদানা থোকাওদনা নিংনবগী নিংথৌ হাইবনো ।। পিবা হাইবা মিংলেন্না খোইয়ুম কনাদা তাইবং কনাবু মপুক পেলহন্নবা পীজ পীথক্তুনা পা-পাগী মশক ওইহনা নাওকোন্নবা কৌবনো রাথংনবা লৈথি লৈয়েংদবা চৎলম ওইনা লাইরকচনবু নামুং নবা থোপুবা পাগী পুগী নোংদম চৎলমবু কাইনবা থৌশিন থোপুনৈ মশিবু চৎলম লিচুমথোক-হৌত্রবদি লুতুং ফাওবা অকাইবা চৎলম ওইররনি ।। পিবা তিলু ফম্বানহনা রাতাম্নবশু য়াঙম্ন-রকলোইদৌরি পুক্লিং রাথলবু লৈতিন্দরবদি চৗঙ্গাক তৗম্নদবগুম তাঙম্ননি মশিবু কমদৌশিবনো । ময়ুম এলুপ শিবাশিংনা চৎনলমবু কাইঙম্নক্রবদি কংলৈপিবনা থোয়েং থোথিনা রায়েন চৎলমবু কনানা কাইবনো থোথি রায়েনগদবনি অহুবু ময়ুম এলুপ খুমন ময়ুম এলুপ মোইরাং কনানশু রাহোম পাউতাক থোপুরদে মশিনদি মথোই এলুপ মখৈ তাম্নহনা নামুং চৗঙ্গাকশু চাঙম্বা তাই, ময়ুম লুচিংবা পিবাশিংনশু নমথেক নমজামবা য়ানবা মা-মাগী থুৎম্নু কম্নবা মচা মনাও লোইম্লিনবু মতীক চানা চানা থুৎলিংহনা লৈবা তাই থোরম অহুদগী কিহনা ওৎ নৈবিগদরা হাইহনা ম নিংদবা

মখৈগুম তুমিন্না লৈঙম্বা ওইগবা ভাই মৈতৈ কংলৈগী চৎনলমবু নমখনব, মাংখিনব; খোঁহৌ খোঁপুবশি ময়ুম এলুম্প লুচিংবা পিবা ফম্বৈ ফম্বশিংনা তান্নহুনা খোঁপুহনবা ওইবতাই ।। মশিদা পাও তাক্কে হাইহুনা ইয়েংবা কংলৈ ফম্বাল লৈশংবা ঐনা তানা ভানা খোয়েংহুনা তুমিন্না লৈঙম্লবদি লুতুংদা হৌ লম্মহনবা কংলৈগী চৎনলম লাইরকচন্দী লৈমাং লৈমুৎনখিবা ওইনরক্কদৌরি, অহুগা পাগী পুগী চৎলমবু ইয়েংবা ইহাকখক্তা মাংহনববু থোকওম্লনি, লৈবাক অশিদা মতু শোনবা লাইরবা শিংবু লৈপাল খুল্লিংবগুম থোঁঙম্নরক্লোইদৌরে চৎনলমবু কম্লবা লাইরবা মতু শোনববু লৈপাঙবা অকাইবা চৎলমবু লৈথিনা রায়েল নোংদম খোঁপুরুগে ফমদৌ পুম্বনা হৌ লম্মহনবা কংলৈম্না ফম্বানবু নুমিৎ খংদঃ লৈশংনবিরম্মু ঐদি খুমন মোইরাংদা খোঙ্গুম খোংদানবা চংলুগে ।। পাউশাবু নোংদম্নগা শঙ্গাইলেন্দা লেংশিনখিহুনা শাফি লানফি থোন্দুনা শাপোৎ লানপোৎ, খুৎগুম খুৎলাই গুনা হাপ্তুনা লানশা লাঙ্গোই কারু খোংদাংবা শাগোল য়াইশাবু নাকথং অনিদা অরাম্বাই তেঙ্গৈ নাকথং থন্না য়ান্দুনা শাখোক্নরক্কে । থৌরমবু নোংদম শংলেন্দা নোংদম মরু নম্বোনবনা উগল্লে, কি করিনো তোঙান্নবা অসিদি লৌখাম্বগুম য়াঙমলোইদৌরি কমদৌশিবনো হাইনা চেক্লোরক্তুনা হাই । মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ ভাইঙমখো ভাইহাক রাৎলিয়ে লিচুম রায়েন লৈথিবা রায়েন করা রাকাওবা, খোঁঙম্নবা স্না লমওক খোঁনি থাগোম্নখিগে লৌখামহুনা ভাইওল্লে ।। নোংদম মরু নম্বোনবা কাইবিরোন মরু মাক্লংবা মরু অনিনা শাখোক্তুনা খুমনগী, মোইরাঙ্গী নুংফান খোংহাংলে, মোইরাঙ্গী নুঙলোন অরাম্ববদা স্না লুপা তাঙ্গা থানা নোংদম মরুনা লাইশোল্লক্কে ।। ( ও য়োক্তোং কংব্লিং সংং মৈরিকপা হংসে ) খুমন মুরৈ শংথাংনববু লৈহাংনা কাইবিরোন মরুনা লৈপাইনরে ( ম্নাউতোং চাং ভুংহেংকপ লুক্লাক ) লাইশোন্দুনা লৈফারে । অভোবা য়েনবা অমা ( শঙ্গাইগী মোইরাং পাংবদা লৈবা মুংফান্দা থাদোক্লে ) । নোংথৌ পাংনা থরাই পীচাগী খুথিন য়েংঙে, মপুক তপ্পা লৈচংনা লৈববু ভানকংলে ।। খুদমবু উবদা মৈতৈঙ্ লেংবিরে থোঁঙম্লনি নোংদমহুনা খোংশানখরে । মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ ইয়েংবা লিচুম চৎলম লৈখিবনা খোংলেংখিবা উবদা ফমদৌ ৬৪ গু শাপোৎ লানপোৎ শেমহুনা শাফি লানফি শেত্তুনা লাঙ্গোই লানশা অমমম তোংহুনা স্না খোঁগনবু তাম্বরক্কে ।। খুদক অহুদা হিদা হৈবা তিগী লানমী চালুপ অমগুম ( ১০০ ) ঈশিঙ্গী লম্বীদা স্না খোঁগল তাম্নরক্তুনা লোক্তাক খোংমুংদা লাঙ্গাহুনা লৈঙম্লক্কে ।। মৈতৈঙ্ লৈবাক্কী লুচিং পিবা হৌ লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োনগী স্না খম্বাল লৈশংবা লাইনিংথৌ ইয়েংবনা ময়ুম অঙোম নিংথৌ লম্বুবা পিবা কিয়াম্ববু থাহুনা মোইরাং নিংথৌ লম্বুবা ময়ুম মোইরাং পিবা ( শোংলেন লাঙবা শমদোন লাইনৌতাবনা ) অকি তুজুংবা লৈতনা পাউশা খুদিংবু নমহৎ নমহত্তুনা করি মঙম লৈহুনা মৈতৈ পিবা ইয়েংবনা ঐঙোন্দবু লানগ্রেম্নবা শাবুরা ময়ুম অঙোম নিংথৌ নংগুম পঙ্গমু নংবুগুম ঐনা হাইবিরিবশিনি চেকশিল্লু হৌজিক্তি ঐনা নংবু কদৌরোই নংনা মীপাউ পুহুনা

পাউশাবা লাকপনিনা মংকুদি ঐনা লৈকল্লগে চংলো ভমজক খুদক অশিবক্তদা মরাম য়াইদা হঞ্জখো ভাকপীক ইরাং ভৌহুনা লৈরুপ্রদি খুদক অদুলা ফাহুনা মৈতৈ পুৱা লোক্তাক ভাখি থেম্মগনি ভাকপীর কিয়াম্বা নংবা ।। মথুম মোইরাং ক্ষিংথৌ লগুবা পিবা নচীন নয়। হেনম্বা থোইমা য়াম্মল্লি, খুদক অশিদা নঙন্থু চাংয়েক্কে হাইব্বু কংলৈ পিবানা থৌদরকপদা থৌয়াওরম্বনিনা মংনা রাওয়ম্বুনা লৈহৌরো চেকশিল্লুদা ঐ চংলে হাইরুগা লৈহল্লকুনা শাপোং লানপোং শেংচিন্দুনা লানচংলক্লে।। মথুম মোইরাং পিবা লগুবা নিংথৌ শোলেমলাঙবা = শমদোং লাইনোত্তাবগু অকি তুজুবা লৈতনা হিগী লানমী ঈশিংদা হৈবা মথৈনা লোক্তাক থোংদহুনা তুরেল অচৌবদা অমদি নম্বুল নাদ ঈথেংলোমদা খোঙহুনা কংলৈ পুংমাইয়োন য়োঙম্বব রাখল্লহুনা নারোম্বা ঈশিঙ্গী লানমীশিংবু পুহুনা ( মোইরাং শারুং হুমবা মালোকী পোঙেনবনা ) ঈশিং লানমী ১০০ ( চালুপ অমগা ) লোইনহুনা লিরুং তেন শুবা, শাইরোং শুবা, থাং, টা শুনা থুংলাইগা লোইননা লান্দারকপবু মৈতৈগী ঈশিঙ্গী লানমী হিত্তেংবা শিজ লোক্তাক খোংমুংদ থেংনহুনা অকি তুজুংবা লৈতনা লাম্বেংনরে । লাল ভত্থ মোইরাং লানমীনা কয়া উশিন্তে মৈতৈনবু হি তোংববু কয়াবু হৈগবনো ভাইগাক লৈরুগা কাইহুনা হিরম নরাইনা লৈফাৎচগদবনিদা রাখল্লুনা লানগ্রেম্বনা লংনবগুম লাম্বেংনবদগী মৈতৈগী ঈশিঙ্গী লানম-শিংবু থুদক অদুদা মফম মরাং ইথং থংহৌদনা লানকাইহুনা মাইগী থংদনা লানজেম্বনগুম্না মাইগে মরিদা হি তোংহুনা চেম্না কাইনথরে । মোইরাং লানমীনা হৱাও মথোই কাহুনা নৌপাক্লা ঈশিংদা কুহুনা ওই ওই লাওহুনা ভানশিন্নব শারিতৈদা চাং মান্নরা মাইগে মরিবু কোইশিন্না থত্তুনা হিমাই লৈশিল্লকুনা হৌ কেগে লানমী পুৱবু মৈতৈ লানমীনা মাইগে মরিবু হিরম থংনা কোয়শিল্লকুনা লালহৌ লাম্বেংনরকপদা হৌ কেগে লানমী হিদা হৈববু মকোক ভাওরে, ইশিঙ্গী হিগী লাঙোং লৈথংনদহুনা পংথনরে । খুদক অদুদা মৈতৈ লানমীনা কাপাশিনবগা পৌক্তিন হোক্তিল্লকপগা থুংমান থোংমাম্নহুনা মোইরাং লানমী য়ামগু শিথরে, থুংলাই মথুত্তগী থাদোক্লহুনা হাইজ নোনজ রাহৈনা রাহোম্মরকুনা হীংহৌবা মথৈবু ভক্ক। ফারে ।।

শোংলেন লাম্বা লমবুবা পিবানা মচানিপা অহন ( উরা কোম্বৌবগা, মচা অভোনবা চীংখুবগনা ) লুচিংহুনা হৌ কেগেগী কংফানগী লানমী শাগোলতোংবগা থোংনা চংপগা লানমী ২০০ বু পুহুনা হৌ ভংথোই খুঞ্জিন্দা লমথহুনা মৈতৈ হৌ কংলৈগী লানমী তঙ্গোলগা লাম্বেংনববু মীগু মফম থংদনা য়াম্না শিখ্রে ।। থোংরাই অহম্মকগু লানগাই থোংতম্মনবু লৈহনশিল্লকুনা লাম্বীংলম্মি, লোক্তাক লাঙবা হিলাম্দববু কাইরে মৈতৈ লানমীনা তুংবুন লিকানথরে পাউত্তাবদা মাগা লোইনবা লানমীশিং কনাবু ভাক্লম্বা লৈতনা লানমীশিঙ্গী মতুংদা চংশিল্লু নীংহম্বগুমশি হুন্দক্তি হাইনা শাগোল তোংহুনা মপা মচা অহম্না লাম্বৌলম্মগা পাউপুবা মোইরাং নাইজহনবা অথোবা

মখোই নিপা ৫ গা লোইনবদুনা নারোঙ্গা ( খাংহিং ঙাংঙোই চীং ) তম্না চেনখরে ।। লানমী পুম্নমক্ত কাইতুনা চেন্নরে নোং কোয়ৌ হুম্নি শুবদা লান লোইতুনা লানমী লমহেনবা ৫০ দি ফারে, মপা মচা অহুম্নদি থিবা খংদ্রে । মোইরাং লানমী খম্বা শেন্দাই, খম্বা নারোং, অতোং হৈনা, থৌকাচনবা, লোংখুম চৌরা, স্নালোক্কী পোঙ্গনবা, কাবু য়েংবা, অঙৌয়োক্কী অয়াংবা অশিনচিংবা ফাওয়ে ।। মৈতৈশু ইয়েংবনা নোংদম্নি চৎলম লুতিন থৌলিংদবা লাইরকচনবু নামুংহন্নব। থৌহৌ থৌশিনবা পাংগী পুগী নোংদমবু থোঙ্গাওনবা মচীন য়ারা লিচুমদরিবা মখৈবু অরা শংদা লৈথম্না থৌশুহল্লু. চরা নাম্মা চাক খাকউ মপুক খম্না চারগা লৈবাক্কী চৎলম রায়েন থৌকাওবা নীংশিং-লক্লোই নোংদমতুনা ( অরা কৈশুম রারক থৌশু শংদা ) থম্লে ।।

লাংখচক্কী কুমশিং ৪০৯৩ নোংদালাই কুমশিং ৯৮৫ লৈচংবগী কালেন থাজগী ৫ নি পানবা নিংথৌকাবা মুমিংকী মুংথিল পোপ্পা লৈহুন্নকপদা লাইনিংথৌ মৈতৈশু ইয়েংবা হৌ লম্মহনবগী পিবা লুচিংবনা ফমদে ৬৪ গা অকল অখোবা লানমী চলুপ অমগা ৫০ ( মাঙ্খে ) গা লোইনতুনা মমুম এলুপম লমবুবা নিংথৌ খুমন পিবা কোকপগী মফমদা লাকুনা ইয়েংবনা তাংঙাখাদা লানমী-শিঙ্গা লোইননা ঙাইতুনা লৈঙম্নগা মমুন অঙৌপাম্বা অঙোম পিবা লমবুবা নিংথৌ কিয়াম্ববু পাউ-শানহল্লুবদা খুমন পিবা কোকপনা কংলৈ পিবা ইয়েংববু কন্না থৌওইদবা থৌগল্লোন কাইবা রাঙাং রাহৈ খবা শ গ্রেমনরক্লে ।। অঙোম পিবা কিয়াম্বশু নিংঙাই খরা শংখাংনরে মতুদা অঙোম পিবা লুচিংবনা হাইয়ে ময়ুম খুমন পিবা নঙ্গী নপুক লুম্নাংবু থোনবা চৎলম লুতুঙ্গী লৈখন থৌপুদববু লিচুম্নীরমতুনা চংলম সিন্দাক্কদবগী তাংঙাখাদা লাইনিংথৌ ইয়েংবনা নংবু ঙাইতুনা লৈরিবশি নংদি লৈখংদমায়ে. নুপী অঙাং শোক পনগনি হাইবগী লমহাংদা ঙাইবনি ঙতুদি খংদতুনা কিতুনা চং-লক্কুবোই খল্লিবোইদো খুমন অপংবা নয়ুমদা চংতুনা নমতুনা ফাওম্বা তৌ কংলৈ লৈবাক্কী লুচিংবা পিবানি হাইবতু নম্নুং লেল্লগা কাওরবোইদো লাকুম লাক্লমায়ে চেকশিঙ্গহৌ ঐদি নংবু মুংশিতুনা কনবা য়ারবদি কনবিনবা পাউশাবিগে তৌবনি নয়ুম খুমন লৈমুৎচবা অতু মঙাইদনা হাইরম্মগা হন্নক্লে ।। খুমন পিবা লমবুবা নিংথৌ কোকপশু খুদক অতুদা হৌ লাংলোই লম্মহনবনা কোনবা লমগী মম্নুং অকোইবদা লৈঙম্নিবমখৈ থোমগতুনা লাবচংলক্লে ।। মৈতৈ লানমীগা খুমন লানমীগা তাংঙাখাদা চাবা খকপা পোখবা খংনদনা নোংকোয়ৌ ৫ নি চুপ্পা লাপ্তেংনবদা খুমন লানমী তাক্লে খুমন কাইতুনা চেল্লে, মৈতৈ লানমীনা তাম্নতুনা ফারে ।। খুমন লোঙ্গাম্বা, খুমন শ্রকাপ-তোন. খুমন চাজবা, খুমন লাল্লুম হৈবা, খুমন হাওকুপ্পা খুমন হাওরৈম্বু, খুমন অম্ব থেঙ্গু, অয়াং লমজেনবা, অতোশমশাংবা, অয়েপঙ্গাও, তোঙ্গাও খুতেন, চৈশেং য়াংবা, লোইয়িন থৌজা, মতাইনবা, লাম্নথৌবা অসিনচিংবা লানমী ৬০ ফাতুনা হৌ লম্মহনবগী রায়েন থৌকাওববু নীংশিংনফম ( কৈশুম শঙদা ) নোংকোয়ৌ ৭ নি থম্নগা মতুংদা ( অরা শঙলেন শীনশু শঙদা ) খমথরে ।।

## মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ হৈয়েংবনা থৌকাওনববু নিংশিংনবা

হৌ লম্মহনবা স্না লৈবাক হি য়াই পুবা কংলৈ পুংমাইয়োনগী লৈবাক্তা লৈঙম্বা এলুপ শখাই পুম্ববু কৌখত্তুনা (কুচু বায়েন নোংদম শঙলেন্দা) নোংকোয়রৌ ৭ নি চুপ্না মীতিন ফম্বান লাংমিন্নতুনা লৈহৌ নোংশেমচৈদগী চৎনরম লাইরকচন মুংঙাই য়াইফনা লৈবাক মরা তপ্না লৈপান্নবা নোংদম্বনা লৈথম্নম্বা পরম্ম নীংশিংনবা ওইনা তাইঙম্মি।। মীতিন অচুদা অরাশঙদা লৈবা থুমন মোইরাং লানমী কোইদী পুম্বশু পুথোক্তুনা মীতিন ফম্বদা য়াওহন্দুনা তাহল্লি।। মৈতৈ লৈবাক্কী চৎলম লুত্তিন লাইরকচন কাইফদবা পুম্ববু নোংদম মরু নমপোম্বনা নোংদম থৌপুত্তুনা কাইবিরোন মরু মাক্রুংবনা লাইরকচনবু য়েক্রম্বা থমমুং ইঙাল লৈশাবা কোবা পুবারিগী মম্নুংদা লৈবা এলুপ শখাইগী চৎলম লাইরকচন কাইফদববু তাহন্নবা থৌপুরক্রে।।

## মৈতৈ মীতৈ লাইরকচন পাউশাবা

হয়ম তেংবানবগী মপুরেল উংলো য়াইবিরেন শিদবা পোক্লেন শাংপাও, থম্নুং অশিবু ইঙাল লৈশাবা নখোং থুয়ালেন থম্বাল লৈঙাং লৈকানা তমজনবৰু নীংশিং লৈপাইনা পুরুম থাগোনজত্তুনা নোংদম্নম্বা নয়াথংবু লৈযেক লৈথম্নবিবৰু থৌকাওদনবা নীংশিং পবম্ম থৌপুনা লৈবাক্কী এলুপ পুম্ববু থৌকাওদনবা তাঙম্নবা নখোদাবু থৌয়াজবা ওইনা পাক্তগে কুবিও হয়াহে।। এখোই মীতিন ফম্বাল লাংলিবা মনুম শখাই এলুপমা পুম্বগী লুচিং ফম্বাল লাংবা অমদি য়াম্বা ইশানৌ ফম্বে ফম্বানবা লৈবাকী মীতিন লৈফম্বীবা পুম্ববু পুকম থাগোন্না নীংশিংনরকে তাবিও লৈবাক্কী চৎলম লুত্তিন লাইরকচন হেংফা কাইফদবা লৈবাক লৈবাকশিন্না মুংঙাই য়াইফং তানকংনবা রাবু হায়রগে।। হয়ম কৌঙেদা ফৈদোম মরিবু লৈখাই লৈয়েন্নরিঙেদা থম্নুংদগী ইঙাল লৈশা থোহৌবদা লৈরোল নোংলোনবু শেমঙেদা লৈফম অশিনা লৈবাক লৈবাক পুন্নমক্কী থোইদৌ ওইনা লৈহাগুনা থোহৌনা শেমগৎ শাগত্তুনা নোংদম্বনা লৈহৌ শাফেংবা অহানবা লৈফম্মিদো লৈফম অশে অচুঙৈগীবু লুতুংনা থৌকাওদনবা লৈবাক অশিবু হৌ লম্মহনবা কংলৈ স্না পুংমাইয়োন কৌবনি।। চৎলম লুত্তিন লাইরকচন পুম্ববু লৈফম অসিদগী নোংদম থৌহৌনা লৈয়েন্দুনা লৈরৌনবা লৈফম্মি।। অহৌবা লৈফম্মি অরোইগদবা লৈফম্মি।। অচুমঙ্গীদমক্তা লুতুংনা লৈখংজনবা লাইমিংথোই অশিবনা মালেমদা লৈয়েক্তুনা লৈফম্ম (রাহৌ রারোই লংদাইপুং) মিংহুম্না লৈথম্নিবা লৈফম্মি। লৈবাক অসিনা লাইরকচন লুত্তিনবু নামুংদরিবা মথৈবু লৈবাক লৈবাকপু মরু লেমফু লৈশোক্লা লৈবাক থোইচং থোইদাননা লৈপান তাম্মেংগদবনি থংঙো ইরম মীরম খাইওন্নোই ঐনা লৈবশু মানা

লৈবনি, মানা লৈবগু ঐনা লৈবনি হাইয়ে ।। হো লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োন অশিবু লৈবাক পুম্নমক্কী হৌনফম খোইদৌনি লুতুংনা লৈথংনবগীদমক্তা লৈথাই লৈথাইনা লৈথম্নবগীদমক্তা তেংবান- বগী মপু পোক্লেন শাংপনা মহাক্তগী মহাক ওইবা প অমগা পী তমগা মঙান্দগী শাথোক্তুনা পুথোক্লে ।। মমিংবু শলাইলেন অমম্বা, ইংথৈরেল নামুংবী = লাইওইবী কৌএ লোংলেন্দা, মালেমদা লৈঙম্নবদা মরু শিদবা লৈশিন্নেন লৈপুনবী কৌইদো ।। অতিয়া মরু শিদবনা মহাক্তগী নহাক, মহাক মশক অনিবু শাফোংলে — পুথোক্লে ।। অমদি লাইমিংথোউ হাইয়ে, য়েংকী লেংজুন ঙকখোংদা নীংশা ইহুনবু লৈকাম- শিনবদা শাথোকপনে । অমদি মরুগী খোইদৌদগী চৌংথোকপনি ( স্না কোনজম্ভুথোকপা ) কৌয়ে । মপারি অনিবু মাইগৈ মরি চিরা মম্বিবু থম্বাল লৈনা পানবগুম্না লৈহাপহন্দুনা মাইগৈ মন্নি গুংদাই মরিবু কোইশিন্না চাংবা পল্লোন ৯ বু লৈথানা হৌ লম্মহনবা কংলেম্না পুংমাইয়োন লৈবাক অসিবু থমহন্দুনা লৈঙম্নিব অসিনিদো ।। লাইমিংথোইদি অইংবা ঈশিংনিদো লাইমিংবু ( ওমথি ) হাইদো ।। কোনজনতুথোকপদি অশাবা মৈনি মমিংবু ( শান্নবী ) কৌইদো ।। মরু অতিয়া শিদবগী তাংবন= থুদাবু শান্নবী— কোনজনতুথোকপদা পীতুনা শীন্নেদো ।। লৈবাকপু লৈকম ১২ থাইনা মিংহুন লৈথম্মগা লৈফম ৬ বা লাইমিংথোইদা পীএ ।। লৈফম ৬ অমনা মরুগী স্না তাংবনগা কোন্ননা কোন্দে তনৌবা কোনজম্লাংবা পা—থংবদা শীন্নহুনা পীয়ে ।।

লাইমিংথোউ অশিবনা মাহকচাংদগী লৈনি ৭ থাইদোক্তুনা অতিয়া মরু শিদবগী মমিনু তমজনা নমু তাইবং ৭ শেন্নে ।। অমদি ঙাংঙানবা মচুনি । অমদি নাপু অয়াকপা মচুনি ।। অমদি লৈচেংং ঙাংলৈনবা মচুনি ।। অমদি নোংথৌ মচুনি । অমদি অমুবা থে মচুনি ।। অমদি লৈচিন অরাওবা মচুনি । অমদি অঙৌবা মচুনি ।।

ঙাংঙানবা কুচুগী নমু তাইবংদি পাথংবা কোনজনতুথোকপা কদৌম্নঙ্গীদমক্তা অমদি ঐ লৈনা লৈনা কদৌদৌরিবনো মসিদি এপা ভিলু লৈথমদবা য়াত্রে রাখন্দুনা লোম্না হুতুনা পুশ্নগা (থেংগ্রাম চীংলেন্দা ) থম্নরে লাইমিংবু ( কৌক্রু লাইলোংবা ) নাওরা হুম্নি লৈপ্তবা নাওয়োম লাইয়েকপু ( অংকহং ) লাইয়েক য়ারানা ওইখরে ।।

নমু তাইবং ৬ তা মঙাইরেদো খোইয়ুম পুম্বনা অতিয়া শিদবদা রাহোম রাকংপদা মরুনা নোংদয়ে ।। মচু মঙানবু নাপু মচু লৈহকপা তাইবং অসিগী নাওয়োমদি ( খং ) লাইয়েকা নাও- য়োম্নশি লাইমিংনা ( কেনজীম্লাংবা ) কৌগে, লাইমিং মেরুবনা ( আং ঙাংবরেল ) হাইশে ।। লৈথেং লৈরাংনা খোজন মেলৈ উনপ লৈনা মচুবু তমজনা লৈথেংশম্নু ।। খিকশেং নহাইনবনা ( খোকক্ত মনাগা খোকরা মনাগনা ) খিকপেংশম্নু ।।

মচুনা নোংখৌ মচু মানবা নমু তাইবং অসিগী নাওয়োম লাইয়েক্তি ( কোং ) লাইয়েক য়ারানা ওইরশি, লাইমিংনা কোঞ্চীলাংবা কৌগে ।। মেরুবা লাইমিংনা ( কংথিরোং ) হাইগে ।। লৈথেং

লৈরাংবনা ( উনপলৈ কাক্লেবু ) থেংগুমশি ।। খিকশেং নহাই খিকপেংবদি ( খোকনা খোকরানা ) অশুম ওইমিন্নরশন্নু ।।

মচু মঙান্না লৈচিল অরাওবা মচু মানবা নমু তাইবং অশিগী নাওয়োম লাইয়েক্তি ( হুং ) লাইয়েক য়ারানা ওইওয়্নগে লাইমিংনা ( পোয়োং খোকলাইবা ) কৌগে ।। মেরুবনা ( য়োং ) হাইনা লৈহুনগে ।। লৈচিন্না উনপলৈ এরুয়্নৈনা লৈথেংশে ।। খিকশেং নহাই খিকপেংবনা হুপকা, হুপ্পাংগনা নহাই খিকশেংনশন্নু ।।

মচু মঙান্না অমুবা মচু খেমানবা নমু তাইবং মশক অসিগী নাওয়োম লাইয়েক্তী ( উং ) য়ান্না লাইয়েক্না থাওন্নগে ।। লাইমিংনা ভাওবুংলেন শিদবা কৌগে ।। মেরুবনা উং হেদে অশাবা হাইশে ।। লৈথেং লৈরাংনা উনপলৈ লৈশং খেকরাইববু লৈথেং লৈচিল ওইনশি । থিকশেং থাশেং নহাইবদি নাপুগা শেম্বুগনা খিকপেং চাইনা নহাইরশন্নু ।

মচু মঙান্না লৈচেং অঙাংবশুন্না নমু তাইবং অসিবু নাওয়োমগদবা লাইয়েক্তী ( ঙা ) হাইবা লাইয়েক্না নাওয়োমগে ।। লাইমিংনা ( চাওবুংলেন ) শিদবা কৌগে ।। মেরুবা লাইমিংনা ( হোং ঙাংবা লৈচিকপা ) হাইগে ।। লৈথেং লৈরাংনা উনপ্লে মেলৈ লৈয়ানা লৈথেংলশন্নু ।। খিকশেং নহাই খিকপেংনাদি মশক অনি অসিবু লৈফম অমতদগী মশক অনিবু শাথোকখিএ হাইববু লুতুংনগু লৈথংনবা ( নাপু শেম্বুনা ) অশুম ওইনশি ।।

মচু মঙানবু অঙৌবা থাজগী মঙান্না ঙানবগুম ঙাল্লিব নমু তাইবং অসিমদি লাইমিংবু পোপ্রুলেন শিদবা কৌগে ।। মশকপু নাওয়োম্বদি ( নং ) লাইয়েক্না নাওয়োমগে ।। মেরুবা লাইয়েক্না কুপকোপ্পো হাইসে ।। লৈথেং লৈরাংদি ( অঙৌবা থরো থম্বাল ) না ওইশন্নু ।। থিকশেং নহাইবদি তাইরেন্নাগা, পুংফাইনাগা খিকপেং চাইশন্নু ।

মশক অমদি নশানৌ কোঙগু থোকপা মানা লেপকনি হাইহুনা তিলু লৈথম্নবনিনা ননাংনা নমু তাইবং শাদন্ন শাফোংবদো ওইরশন্নু নাওয়োম্না ( অঙ্কং ) য়ান্না লাইয়েক্না ঙকী নাওয়োম ওইরশি ।। মেরুবা লাইমিংনা ( ওমলৈ নোংথাং তরংবা চাতেং ) কৌগে, লৈথেংনা থরো, থম্বাল অঙাংবনা লৈথেংশন্নু ।। নহাই খিকশেং খিকপেং চাইবনা ( উহংনাগা মাপীগা, শীংবীগনা ) থীকপেংশন্নু ।।

পারি মশক তরুক অশিদো পারি ইচাগী স্না হকচাংদগী এলুপনা শাথোক শাদোংবা মশক তাকনি পারি লাইমিংথোই নজী নঙান নচুনি লৈমাং লৈমুংপা য়াদবা লৈবাক অসিগী এলুপ শথাই ওইনা মথংলেংনা শমথনা লৈঙন্নগদবনি মশক তরুক অশিগী য়োনকম মউ লৈফমদি হো

লম্মহনবা কংলৈ স্না পুংমাইয়োন লৈফম অশিদা মীতমখিহনা লেংদবা মাংফববা লৈফম ওইহনা মশক তরুক্কী মাগী মাগী মীরেপ মীতমপুংদি লৈয়াং লৈথম্না শাফোংলেদো এলুপ শথাই তরুক অশিবু লুতুংদগু লৈমুঙ্ডনা লৈনবা লৈকম্ব পারি ইচানা লৈয়াং নোংদম্না লৈথম্বীহনা নশানৌ পা-খ বগী অশাই অশম ওইনা নোংদম লৈথম্নবিও ।। মরুপ্পী নোংদম থৌদাবু থোপুনা লাইমিংথোই অশিবনা মশক তরুক অহুবু শেমগৎ শাগন্তুনা তাইবং মশকপু লেপ্লখিব। মাগী মাগী মশকপু লৈথমখিবা লৈফম তরুক অহুদগী মালেম থরা থরা লৌহুনা পীরে অহুগা নোংদম্মি ।। নমু এলুপ তরুকমক নখোই পুম্বগী হোনা শাংনফমদি হো লম্মহনব। কংলৈস্না পুংমাইয়োন কৌবা লৈফম অসিদগী লৈহৌ শাথোকপনি কাওগনু পরম অহুবু থংনবা নংনা নংবা শাথোক্লখিব। লৈফমদগী লৈ । লৈবাকপু লৌহুনা নথোই পুম্বগী লৈখাইনা পিরিবদো লৈহৌফম্ব মীংশিংনব। থৌকাওদনবা লৈপীনি ।। লৈপী অশিদো নথোই নথোইনা লৈঙম্বা লৈফম অহুদা লৈহৌ লৈপী অহুবু লৈতিন্দুনা লৈথম্লগ লৈফম অহুদা নখোইবু শেমগৎ শাগৎপীবা মশক অহুগী শঙলেন শাহুনা থুবম্ব লীংহুনা মতম পুম্বদ, থৌকানা পুরুম থাগোন্দুনা লৈফম অহুগী লুচিং রায়েনব; ওইহুনা লৈঙম্মু, অহুগা নথোই তরুক্তি নখোই পুম্বগী লৈহৌফম হো লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োন অশিবু থৌকাওদনা লৈকাহুনা ইশানৌ কোন্দ তনৌবা হো লম্মহনবা কংলৈপুংবু লৈশংবা কোঞ্জন্তুখোকপা পাথংবনা নথোই পুম্বমক্কী লুচিংবা থৌদা রায়েন নোংদম্বা ওইহুন। লৈঙমশমু লৈফম অশিদো নথোই পুম্বগী য়াইফনবা পরম্ব থৌকাওদন থৌশিনশমু নখোই পুম্বনশু থৌকাওদনা থৌশিন থৌপুনহুনা হো লম্মহনবা কংলৈ লৈশংবগীশু মুংঙাই য়াইফংনবা থৌশিন থোপুগদবনিদো নখোই তরুকপু নঙ্গী নঙ্গী এলুপকী লুচাং রায়েন থৌপুহুনা কংলৈ শংবা পাথংবগী অশাই অশম ওইহুনা ফম্বাল ইরু মাই-তানব ঈশেং ঈহৈনবিয়্ন কম্বাল পরম্ব য়াইফনব। ।। অহুগা নখোই এলুপ তরুক্কা নঙ্গী নঙ্গী পোক্লেন শাংপগী থৌগন থৌপুবদি লাইরকচন চৎলমদা নামুং চৎলম্ব চৎঙম্বা মশক্কা থৌপুফাদে কাওগনু, নঙ্গী নঙ্গী লৈঙমগদবা লৈকম্ব তম্লগে লৈকম্ব লৈথংলো ।

সং লাইয়েক্রা নাওয়োম্বা কোঞ্জিল্লাংবা নংগী লৈফমদি ( হো থাংরাইনা ) কোনব। লৈফম অসি নয়ুম এলুপমগী লৈফম্ব ওইহুনা ময়ুম লাইগী থৌগন থৌকা থৌপুনরো ।। অহুগা ( হো লোনলোইনা ) কোনবা লমথৈনা হো লম্মহনবা কংলৈদা থৌকানবনি থৌশিনবদি মংনা থৌশিল্লু ।। পরম অশিবু কাইদনবা থৌঙম থৌপুগদবনি নামুং শিন্থা তৌকদে নমুহু মাং তাক্লগদবনি থংঙ ।।

( কোং ) লাইয়েক্রা নাওয়োম থাবা কোঞ্জিলাংবা নংঙ্গি ( হো লাংলোইনা ) কোনবা লম মথৈ অশিদো ময়ুম পোক্লেন শাংপগী থৌকা থৌপুনবরু থৌপুরো ।। অহুগা ( হো লালোই ) লম্মহনবনা কোল্লিবা লমু হো কংলৈগী থৌকা থৌপু থৌধম্লবনি থৌশিন নোংবম্বদি মংনা মোংকম্না থৌশিল্ল ।।

( নং ) লাইয়েক্না নাওয়োম শাফোংবা পৌপ্রুলোম শিদবা নংদি ( হৌ শেল্লোই লংমাইনা ) কোনবা লম মখৈনা ময়ুম পোক্লেন শাৎপগী থৌকা থৌপুনছুনা থুবম থানা রায়েন নোংদম্মু ।। অতুগা ( হৌ রাইরংনা কোনবা ) লম মখৈদি হৌ কংলৈগী লম্নি, কংলৈদা থৌকা থৌপুনবদি থৌওম্নবা পৌপ্রুলেন নংনা থৌশিন নোংদমগদবনি ।।

ছং লাইয়েক্ক নাওয়োম শাফোংবা পায়োং খোকহাইবা নংনা ( হৌ কেগে লম্মহনবনা ) কোনবা মখৈনা নয়ুম এলুপমগী পোক্লেন শাংপগী থোগন থৌকা থৌপুনছুনা নয়ুম লৈহৌ লৈপীবু লৈত্তিনবু লৈথয়্তুনা থুম্ম শংলেন থারো ।। অতুগা ( হৌ ঙাংঙোইনা কোনবা লম মখৈদি হৌ লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োনগী লম্নিদো কংলৈদা থৌকা থৌপুনবা থৌশিন .থৌদা নোংদম্বদি পোয়োং খোকহাইবা নংনা থৌশিন নোংদম্মু ।।

( উং ) লাইয়েক ( ঙা ) লাইয়েক্না নাওয়োম শাফোংবা তাওবুংলেন শিদবা, চাওবুংলেন শিদবা নবাঙানিদি লৈফম অমত্তনিনা নচিন ননাওগী পোক্লেন শাৎপগী লৈপী অম লৈথাই লৈথম্নবদি লাইরকচন নামুংব, ওইগনি ।। হৌ খুরোই লম্মহনবনা কোনবা লৈফমদা লৈহৌ লৈপীবু লৈত্তিন্দুনা পোক্লেন শাৎপগী খুবম্ব লিংছুনা হৌ খুয়োইনা কোনবা মল্লংনা থোগন থৌকা থৌপু- নরো ।। অতুগা ( হৌ থরৈনা কোনবা লম মখৈদি ) হৌ লম্মহনবা কংলৈ স্না পুংমাইয়োন্দা থৌকা থৌপুনবা থৌশিন নোংদম থৌপুরো ।।

কুনী নোংদম্ববু হোয়া থৌয়ানরো । হৌ কংলৈ লম্মহনবগী স্না থম্বাল লৈশংবা পা খংবা কোজিন্তু থোকপা ইশানো নংদি ( হৌ চীংবুরোই ওম্বুরোইবু । কোইনা হৌ লম্মহনবা কংলৈ লৈবাক অসিগী মুংঙাই য়াইফংনবা নোংদম্না লৈবাকপু শিনথুংনা রায়েন .থৌদা নোংদম্বু থৌপুগদবনি কাওগনু চৎলম্বু নোংদম্বশে নামুং চৎলম লাক্লবদি নয়ুম এলুপ্তা নত্তনা লৈবাকতুনা অরা মু শি তাম্বেঙ্গনি নোংদম্না লৈবাক্কী চৎনলমবু পরম থাইনা নোংদম্লে য়াম্বা লুচীং থৌকা থৌগল্লে ।।

চারো মোয়োনববু নামুংবা, নামুং চৎপনা লৈবাক্কী থৌপুবদা পোয়াদবা । মকোক মউ ইতুম্না ইরু মাইতানবা ।। লংঙৗং লেংয়ানবা ।। মশা মউদা লৈকৎ লৈহুম্না লাইমিং শীংকক শীংহাপ্পা পরম ।। য়াহিপ ফমফম চাকচা । চাদা নাওয়োক নাওকোন পরম থুম্মং ইঙাল লৈশাবা কৌবা পুন্নারিগী মঙ্গুংদা য়েক্লম্বা ( মৈতৈ, মীতৈগী ) থৌরমবু পাহুনা তাহন থংহন্দুনা থৌকাওনবা পরমবু নীংশিংনবা ওইনা নোংদম মরুগা কাইবীরোন মরুগা অনিনা পাহুনা তাঙম্বদা মযুম পুম্বনা রাখল্লে । নখোই ঐখোইনা চৎনরিবা চৎলম অশিদো পাগী পুগী লাইরমজেন্দগী নোংদম্বনা নোংদম্বীবদগী চৎঙ্গুক্লবনিদবা মশিদা চীঙ্গাক লৈমাঙ্গদবা, লুত্তিন ফম্বালমিন্নদবা লৈঙম্বা অসিদি নোংদম চৎনলমবু মাংহন্দুনা নামুং চৎলমবু থৌপুবদগী তুলুথাই তাঙম্বনিদনা এলুপ তরুক

অসিদি লৈকল অমত্তদগী শথাইবা মশক ( মীতম ভাইবংনিদনা ) কংলে পিবাগী এরুপ অসিদা মৈতৈ শথাই এরুপ ওইবনা কংলে পিবাবু মৈতৈঙ্ লৈতাপ থাকোনবোইরে, হৌ লম্মহনবা কংলে পুংমাইয়োনগী মপুদি ( মৈনা থৌপুবা পুকোক ) ওইহুনা লমবুবদি ঈশিংবা মীতম্না লমবুবনিদনা মশিদি ঐথোইনা থৌহৌরুবা অসিদি লাইরকচন পাগী পুগী চংলমবু লৈমাংনবা নামুং চংলম থৌপুন লৈবাক রাভম্নবা থৌশিনবা ঐথোইনিদনা হাইনা কোইদি লৈবা খুমন, মোইরাংবু রাথম্নহুনা ঐথোইবু কনবিও লাইনিংথৌ রায়েন চংলম থৌথিবা চংনলম্মু লৈকনবা, লিচুম নোংদম থৌপুবা লৈবাক রানবা চংলমু লুতুংদা থৌপুজনরোই নখোংখাদা লৈচংনা হাইজরিবা অসিদো কুবিও লুচিংবা । রাহোম রাবু ভাওম্নবদা মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ ইয়েংবা কংলে ফম্বাল লৈশংবা লুচিং পিবানা খুমন, মোইরাং অরা শঙদা লৈবা পুম্বু থাদোক্লে । লুতুংদা নামুং চংলমবু থৌপুনম্নশি পুক্লিং লিত্তিন থোইজং লৈভানা লৈপাম্নবা থৌপুনশি নখোই খাইনা ঐবু ভাথি থোইশাওববু লৈভাকপাও পাগী পুগী চংলমবু লৈমাংদনবা থৌপুবনিদো ।। মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ লৈবাক্তী লুচিংবা পিবা খুমন, মোইরাং ঐথোইনা য়াম্বা থৌগল থৌলিংদবদগী লংজ ইরান্না ভানফংজবনি হৌজিক্তি স্না নোংদম্ব কুবিবদগী পাগী পুগী লৈহৌভদগী চংনরক্লবা লৈবাক্তী য়াইফংনবা লাইরক-চন পুম্বু লৈয়েক লৈথম্নরম্বা পুরারি ( খমুং ইভাল লৈশাবনা ) ভাক্লম্বা ( মুমু ভাইবং মীহৌরোন পুরারিদা ) য়েক্লম্বা চংলম. মরুরোল পুরারিদা য়েক্লম্বা চংলম লুত্তিন লাইরকচন লাইনিং থৌগন পরমবু ভাওমজবদা থৌকাওনখিবা চংলম পুম্বু নীংশিং ভানফংনওয়ে, ঐথোইগী লংজ ইরানবু লৈকন নোংদম্নীবা চংলমবু লুতুংদশু থৌকাওদনা নয়াপংবু থৌপুজনি কোরৌ অসিদগী থৌহৌ থৌপুনজরে. হৌজিক্তি ইয়ুম ইরাম য়াইদা লৈহন্নজরগে রাহোম রাকহুনা লৈবাকপুম্বা লৈহন্নরে ।।

লাংবচক্তী কুমশিং ৪০৯৩ নোংদালাই কুমশিং ৯৮৮ অসিদা মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ ইয়েংবনা চাদ নাওদাদনা মৈতৈ লৈমরেল হাওরৈমনা লৈঙম্বদগী নৌহৌনা হাওরৈমা পীদোংম্নবু মপাম চীঙাকপু নোং কোরৌ ৭ নি লৈহেলহন্দুনা ময়ুম কংলে চীঙাকপু পীজ পীথকুনা লৈথম্লে ।। মতুংদা মৈফু শিংহুনা ইরাং থৌনিহুনা থোইয়ুম নোংদম্বা ৫ গী লাইমিংবু পাউশা শীন্নাকপীহুনা ভাহন খং-হন্দুনা মদাইরেন পীদোংম্নবু লুত্তিল লৈরো লৈয়াহুনা মৈতৈ লৈমরেল হাপ্তুনা থৌগন লৈহুন লৈরাংহুনা পান্নরে । মৈতৈ লৈমরেন অপাম্বী হাওরোকচাম্বী পীদোংম্নশু কুমজা অনি লৈঙবা কাওবদা চাদ-নাওদাদনা লৈঙম্লে স্না পুক্লিং খরা খজিক লাংতক্লে লৈবাক্তী মম্বা ভপ্না য়েক্লবা লৈতনা পানভম্মি ।।

লাংবচক্তী কুমশিং ৪০৯৯ নোংদালাই কুমশিং ৯৯১ গী কালেন থাগী ৫ নি পানবা নোংকোরৌ নিংথৌকাবা ফুমিং নোংঙান তুবু উরকপদা মৈতৈ লৈমরেন শিন্নাই ফমথোন ৭ লৈপু লৈফম্বী হাওরোংবম চম্ন ভমহৈবীবু রাজোন শঙ্গুম্নদুনা অয়েং অখোং লৈতনা মচা ইবুংঙো অমা পোক্লে ।।

লৈবাক্না হাইবৈ মতম অশুক কুইনা চাবোক্তনা লৈরম্ববু মশানৌ অমা লৌরুবদগী চাবোক্লে. ওথোকপনি ( লাইনা থৌশিল্লীবা নোংদম অশিদো ( থম্বল চাবোক হাইবা চাবোক অচু ওইরে ) ঙাংনা পাউশানববু মৈতৈশুনা তাওম্নকুনা মচা ইবুংঙো অসিবু ঈপান থৌনিনবদা মিংলেনবু ( লোইয়ুম্বা থম্বন ) থাকৌনা থৌনি লৈপুন থাগোম্নরে ।।

# মোংরাংফি নমথাং কংলবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪১০২ নোংদালাই কুমশিং ৯৯৪ গী চহৌ শজিবু থাজগী ৫ নি পানবা নোংকোরৌ শগোলশেল স্নমিংকী অয়ুক অঙনবদা রাঙ্গোন শঙ্গুম্নদুনা মৈতৈ লৈমরেন অপাম্বী হাওরোক চাম্বী পীদোংস্নু মচা ইবুংঙো অমা তানফংনদুনা মমিংবু ইপান থৌনিবদা ( থপ্লাং পানশাবা ) মিংতুম্না থৌনি থাগোল্লে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪১৩১ নোংদালাই কুমশিং ১০২৮ গী শজিভু থাদা ময়ুম এলুপমা মোইরাং ইথাই কাইরেম্বনা চরৈ কোকথোন অমগা থাংশেং ফিরোন অমগা মপান্দা অন্তাংবা লৈচুনা হুইয়া শানা ফিচনবা ফিরোন অমা ময়ুম মোইরাংদগী পুরকুনা মৈতৈঙ, লাইনিংথৌ ইয়েংবা লৈবাক লুচিং পিবাগী মকম লাংদা লৈকৎ ফিরাংলে ।। ফিরোন ফিজিনবু স্না মিংয়েং তানা বাহোয়ে ময়ুম মোইরাংগী ইথাই কাইরেম্বা ফিরোন অসিগী ফিবান ফিচন কানো অসিবু কমদৌনবু শা-থোক শিন্দম্বা নিংথি চংখোম্না ফিজিন চনঙম্মিদা ।। লাইনিংথৌ ননাই কাইরেম্বনা য়ারৌ শাত্রানবা চৎপদা তাওবা হুইয়া থৌবা অমগা লোইনজে, তাওবা অচুনা য়ারৌশা অমা উনদুনা শাগা মাইয়োক্নদুনা মচীন চীনবান থকথাবু খিগগুনা ঙংলকই, ননাইশু কৈদৌরবা রাথম্না চেনশিন্দুনা য়েংবদা ময়া মথক মথাবু চীকশিল্লগা ঙংদুনা শাথিম্নগদবগী থৌরাংবা পরম্নু উবদা ননাইবু ইপুক স্নুংঙোম্না খোইজং থোইদানথরে. তাওবনা ঙংবা তাবদগী য়রৌ শজি অমগা লমওক অমগশু তানফংদুনা ফাওম্নে ।। ইয়ুম ইয়াইদা লাক্লগা তাওবনা শাথেংনরমদাইদা ঙংদুনা লৈবদা অঙোবা ময়া অচুনা অকোইবা পরেং শানা লৈববু থোকাওদনা নীংশিংদুনতা মরৈরে, মদা ননাইনা ফিরোন থরগী ফিজিন্দা লৈহাগুনা চাংয়েঙ্গে নীংঙম্নকুনা কেগে চম্নুশিংদা পরম্নু শিন্থাক্লুনা শাহজবনি. ফিরোনবু শাবা লোইরগা বাথজবদা স্না নাক্তা য়োঙম্নীংলকুনা লৈহুঙারি কুবি নোংদম্না লৌবিও লংজ অয়োন ঙাকপীও লাইনিংথৌ চংজকমদা চংজবনে । মপুক লুম্নাং হেনবা ময়ুম মোইরাঙ্গী ইথাই কাইরেম্বা নয়ুম মোইরাংনা লৈহান শাথোক শাকোংজবা ফিরোন অসিবু কংলৈ পিবা ঐবু লৈহান ফিশেৎহনগে নোংদম্বা অসিদো ইয়েংবা ঐঙোম্দগী মৈতৈ মীতৈগী চৎলম লাইরকচন লৈথি লৈয়েংবদি নংনা ঐবু থৌহেল্লম্লেদো, ফিরোন অশিমক্তি নয়ুম মোইরাংনা শাথোকচবা নয়ুম

ফিরোন ওইঙম্লো লুতুংদি ফিরোন শাকোং অহানবা অসিমদি ফিবান ফিচন মচুবু অঙাংবা লৈচুনা হুইয়। ফিচল্লকপনিনা মঙাং এলুপ কংলৈ পিবা ঐগী ফিরোন ওইরগে মতুংদি মুরৈ রাঙথাংনবা লৈচুনা ফিবান হুইয়া শানা কানো ফিচম্লহুনা নয়ুম মোইরাঙ্গী থ্বাংশেৎ, নমথাং, তোলোক ফিরোন ওইজরো । ফিরোন অশিবু ময়ুম মোইরাংন। শাথোক্তুনা লৈফোংলকপ। ফিরোম্নি লুতুংনশু থোকাওদনবা মমিংবু ময়ুম (মোইরাং ফি) ফিরোন কৌরশি, অদুগা ময়ুম মোইরাং পিবা লুচাংবা লম্বুবা নিংথৌবু কোয়ো অসিদগী থোপুরো. হো কেগে লমবু নফম্লাংদা মোইরাং পোক্লেন শাৎপগী লমবু তানফংলো, হো ভাংঙোইনা কোনবা লমবু হো লম্মহনবা কংলৈপুঙ্গী থোকানবা থোশিন থোপুরো নোংদম্বীহুনা হো কেগেনা কোনবা লমদমগী লমবুবা নিংথৌবু ইথাই কাইরেম্বনা তানফংজরে ।।

খুমন অতোংয়াইথিংবন। রাহোমজে মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ লৈবাকী লুচাং পিবা ইমুম খুমন অসিবু পিবা লৈমুৎ লৈথম্লগদরা স্ন। মিংলেনবু ইয়েংবা লৈরাংবশিবু লুতুংদা লাইরকচন মিংলেনবু লমাংনরগদরা ননাই য়াইথিংবনা লৈথৈদা পাগী পুগী পরমবু থোয়েংনা পিবা লৈহাপ লৈথম্বী-ভম্লবদি লাইরকচনবু নামুং চংলম থোকলোইদরা লৈথৈগ্রে অদুবু স্না পুক্লিং অমুক্তং লৈথনবিবনা য়াইফগবরা ইনিংথৌ ।। উম চুম্মি ময়ুম মোইরাংগী লুচিংবশু লৈহাপথরে ময়ুম খুমনগীশু লৈহাপ্লা মতম মগুইরে ময়ুমগী অতোং য়োইরেম্বা নংনা কংলৈপুং অসিদা লৈকারক্তুনা লৈঙম্বা অশিবুশু ফনশু মুংশাংলে. কোয়ো অসিদগী ময়ুম এলুপমা খুমন য়ুমগী পিবা লুচিংবা নিংথৌ অসিবু ( অতোং য়াইথিংবা নংবু ) কংলৈ পিবা ইয়েংবা ঐনা লৈহাপ্তুনা নশাইকোন হো লাংলোইনা কোনবা লমবু নয়ুম খুমন পোক্লেন শাৎপগী থোগন লাল্লুপ থোঙ্গা থোগম্লবা পিঙম্লবনি ।। অদুগা কংলৈগী থোকা থোশিম্লবা হৌলোম্লোইন। কোনবা লমবু নফম্লাংদা ঐনা লৈশিম্লহুনা লৈথম্লবনি ময়ুম নরামম্লাইদা কুমহুনা নথৌ নঙমবু থোশিন থোপুনা খুমন নঙ্গী অশাই অশমবু লৈহাপ লৈ-থম্লজনবা থোশিম্লবা তৌঙম্লরো নোংদম্বীহুনা ময়ুম থোঙ্গুম্লরক্রে ।।

লাংবচকী কুমশিং ৪১৩৪ নোংদালাই কুমশিং ১০২৬ লৈচংলকপদা ময়ুম অঙোম পিবা লুচিংবা কিয়াম্ববু অমম্বা থৌরমবু তাম্লেংনখিহুনা মতুংদা মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ ইয়েংবনা অঙৌ পাম্বা ( লাংলোই ভম্ববু ) পিবা লমবুবা নিংথৌ হাপ্নীহুনা নৌহৌনা ( হো শেলোই লংমাইনা কোনবা ) লমখৈবু শিম্লহুনা পীরে ।।

কুম অসিদা খুমন অতোং য়াইথিংববু অমম থোংলমবু তাম্লেংনখিহুনা মতুংদা মপা মপুগী খুবমবু তানফংজনব। অদুম্লঙ্গী খুমন পিবা লমবুবা নিংথৌ খুমন ( শময়োই ফববু ) লৈহাপ্নীহুনা থোপুনহল্লে ।।

মতুংদা মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ ইয়েংবা লৈবাক মরা তপ্না থোইজং লৈতানা ফম্বাল কুমজা চহী ৯০ লৈপান্দুনা পুন্সিনা কুমজা ১০৫ লৈপান্দুনা লৈবাকী লুচিং পিবা থোপুনা লৈঙমখি ।।

# মৈতৈঙু লাইনিংথৌ ইয়েংবগী মচাশিংনা মঙাং এলুপমা য়ুমদাবা ঃ

মুতুম, মাইস্নাম, চুইরোংবম, অঙোম, রায়েরম্বম, নহাকপম, কোংঙাপম, খুন্দোম, থাঙ্গংশাবম, চিরোম, ময়াংলম্বম, হাওৈজম, হৈরাংখোংজম, শাপম, শাইখোম, হুকরাম্ৰেম, ইয়েংবম, ইরুংবম, ইরেংবম, ইরোম

মৈতৈ লৈমরেন অপাম্বী হাওরোকচাম্বী পীদোংম্বনা পোকপা মচা ইবুংঙো (খপ্লাংপনশাবনা) অঙোপাম্বা য়ুংলো পাম্বা চম্বু য়াইবৈমবু লুত্তিন লৈরো লৈয়ানা লৈপান্নবুদা মচা ইবুংঙো (মুতু রাঙবা) পোক্লে ।। মতুংদা মথং মথং মচা ইবুংঙো ৪ পোক্লে, ১ চুইরোং নারেংবগা, ২ নাকম্বগা, ৩ হৈরাংখোম্বগা, ৪ ইরোংবগা মচা ৪ অমগা পোক্লুনা মচা ইবুংঙো খপ্লাং পনশাবগা মদাইরেন ইবেম্মা য়াইরৈমগা নৌহৌনা লুত্তিন লৈরো লৈরংনে, (চংলম পুন্সি লৈনিবা হাইয়ে) ।।

মচা ইবুংঙো অহন মুতু রাঙম্বনা য়ুমদা য়ুমখাইদুনা য়ুম্নীংলে য়ুম্নীংবু (মুতুম) য়ুমখাইবা হাইয়ে ।। মচা ইবুংঙো তাংলৈ হাথবগা পুয়াং তম্বগা পোক্লে ।। লুরাং লৈমা পুরংখোম্বীবু পাম্নদুনা তাংলৈ হাথবনা মাইস্নাম য়ুমদারে য়ুমখাইখিদুনা ।

য়ুমলেপ্পা মুতুম পুরা তম্বগী ঈনা লম্লাংবুংতাবা জুগোলগী য়ুম্নি ।। নম্বুল মপান তাবা মুতুম বিরশিঙ্গী য়ুম্নি ।। নম্বুল মপান তাবা মুতুম ভুগোলগী য়ুম্নি ।। চুইরোংবমগী খাইরুবপা (লঙ্কুপোবপী তাবা) মুতুম ধনাশ্যামগী য়ুম্নি লাক্লে ।। নমবুল তাবা মুতুম পিবাদি ময়াংদা লৈখি ।। মথং জোইশিংনা য়ুম ঙাক্লি ।। অঙোমদা লৈখিবা মুতুম পাঙারা লাক্লে ।। খ্বাইতাবা মুতুম পিবাদি ময়াংদা লৈখি ।। মথং সোলেনা য়ুম ঙাক্লি ।।

শাগোলবন তাবা মুতুম (রূপচন্দ্রগী) য়ুম্নি । কবো লৈকাইদা লৈবা মুতুম কংলা লাক্লে ।। রাইশেন পান্দা লৈখিবা মুতুম পিবাদি ময়াংদা লৈখি ।। মথং তার্মসিংনা য়ুম ঙাক্লি ।। মুতুম জোয়সিংগী য়ুমদি ললহাংপুং তাবা কৈশ্বিদঙ্গী য়ুম্নি ।। মুতুম বোলোনা য়ুম ঙাক্লি মাগী য়ুম্নি ।।

থৌবান তাবা মুতুম রামানন্দগী য়ুম্নি ।। রাংখৈ লৈকাই তাবা মুতুম নহাকপমদা চীনখিবা পিবাদি ময়াংদা লৈখি ।। মথং গৌরসিংনা য়ুম ঙাক্লি ।।

নহাকপম মুংনাংখোম্বদি মুতুম খুরাই তাবা জোইশিঙ্গী য়ুম্নি ।। খোংমন তাবা মুতুম জোইসিং ।। জোইসিংদগী থাইখিবা ( কোংঙাপম ) অরোই লাক্নে ।। লপুতরৌ তাবা মুতুম লাক্নে ।। মুতুম পিবা অমাম হনম্বদি ময়াংদা লৈখি । মথং খুরাই তাবা তাম্রাশিংনা য়ুম ভাক্নি ।

থৌবান তাবা মুতুম লল্লান্দগী য়ুম্নি ।। হাওরং তাবা মুতুম তোলেন খোম্বগী য়ুম্নী ।। মুতুম পুকচাও লাক্নে ।। মুতুম কংলা লাক্নে । শঙাইপ্রৌ তাবা পদ্মারাম লাক্নে ।। মুতুম খোইবা লাক্নে ।। ফৌগাকচাও তাবা মুতুম ক্রুনশিঙ্গী ময়ুম্নি ।। খুলেন্দগী মুতুম গোবিন্দ্রাম লাক্নে ।।

গোবিন্দ্রামদগী থাইখিবা খুন্দোম চাক ঙনৌগ তাবা পিবাদি ঔরাদা লৈখি ।। মথং য়ুম-ঙাকপশু ময়াংদা লৈখি ।। মথং খেলানন্দনা য়ুমভাক্নি ।।

য়াইরাপোক্তগী মুতুম লাক্নে ।। থাংকংশাবা মুতুম মরেম লাক্নে ।। মুতুম লাংয়াং চক্রপানি লাক্নে। থাইখিবা চীরোমদগী মুতুম খোইবা লাক্নে ।। থাইখিবা হাওবমদগী মুতুম লবা লাক্নে ।। মুতুম খুট তেনবা মারেম লাক্নে । ময়াংলম্বম মুতুম তেংকোন লাক্নে । চীংঙামথা তাবা মুতুম খেমসিং অঙোম লরাই তাবা মুতুম তোলেনগী য়ুম্নি ।। খোংমন্দগী থাইখিবা চন্দ্রখোং তাবা মুতুম খম্লংগী য়ুম্নি ।। খম্লাং লাক্নে ।।

২ – মচা ইবুংঙো য়াইমা হাওরোং নারেংবনা মরিংঙম্বী লুরাংশু চীংচরোইবীবু লুতিন লৈরোম্বনা হুইরোইবম য়ুমদ-য়ুমখাইজনা মচা ইবুংঙো হুইরেন নাহুই খোম্বা পোক্লে ।। হুইরোংবম পিবাদি ময়াং লৈবাক্তা লৈরে ।। মথং হুইরোংবম রামাশিংনা য়ুমভাক্নে অহল লোখোন্বী থৌবান্দগী নহা ওইনা য়ুমখাইখরে ।।

খোংমন তাবা হুইরোংবম পিবাদি ভখেন্দা লৈখি ।। মথং তোম্বশিংনা য়ুমভাক্নি ।। হুই-রোংবম লফুপোকপী তাবা পিবাদি ময়াংদা লৈখি ।। মথং মালভীনা য়ুমভাক্নি ।।

৩ - মচা ইবুংঙো নাকনবনা লুরাংশু নীংঙা চীকপম চম্ব খরো লোংবীবু লৈরোম্বনা নহাকপম য়ুমখাই য়ুমলিংখিজনা মুংনাং খোম্বা পোক্লে । মাগী ঈনা নহাকপম খুরাইতাবা মুতুম জোইসিঙ্গী য়ুম্নি ।। খোংমন তাবা মুতুম জোইশিং ।।

৪ – মচা ইবুংঙো হৈরোং খোম্বনা খুমনশু হৈক্রুজাম্বী পামহুনা মচা ইবুংঙো থম্নং অরোই পোক্তুনা হৈরোং খোকচম য়ুমদা য়ুমখাইরে ।। মাগী ঈদগী থাইখিবা হৈরাংখোংজম রূপনন্দগী য়ুম্নি । মাগী ঈনা কৈরাও তাবা রামারামগী য়ুম্নি ।। নম্বন তাবা হৈরাংখোংজম রামকান্তোগী য়ুম্নি ।। হৈরাংখোংজম অখোম লাক্নে ।। লানশোনবীদগী হৈরাংখোংজম লাক্নে ।। চজিংখুলেন্দগী হৈরাংখোংজম ফলসিঙ্গী য়ুম্নি ।

হৈরাংখোংজম ফলসিংদগী থাইথিবা হৈস্নাম জোইকৃষ্ণ ।। মাগী ঈনা হৈস্নাম গোকুলসিঙ্গী য়ুম্মি ।। হৈস্নাম কুমুদদগী থাইখিবা হৈস্নাম কোকচাই তাবদগী শগোলবন তাবা চন্দ্রসিঙ্গী য়ুম্মি ।। মোইরাংখোমদা লৈবা হৈস্নাম অরাম্বা লাক্কে ।। হৈস্নাম স্নাহলপা লৈমিন্নবা শাদনন্দ লাক্কে ।। হাওবমদা লৈবা হৈস্নাম ধনিরাম লাক্কে ।। থাংকান্দা লৈবা চাওবা লাক্কে ।।

হৈস্নাম শাদানন্দগী থাইথিবা সাংপম নুবগী য়ুম্মি ।। মাগী ঈনা লম্বাল তাবা সাংপম হরসিঙ্গী য়ুম্মি ।। সাংপম রামচন্দ্রা । সাংপম শোইতাবা তুলানন্দ ।। চকপীদগী সাংপম পোলোই লাক্কে ।। ইবুংঙো য়ুমথংবদা লৈখিবা তোনশিং লাক্কে ।। রাইখোংতাবা সাংপম ভদ্রসিং ।

সাংপম তোনশিদগী থাইথিবা ( হকরাম্বম ) তোম্বা । মাগী ঈনা নন্দুন তাবা হকরাম্বম দেবসিং ।। হকরাম্বম থরোই লাক্কে । মোইরাংদগী হকরাম্বম পিবগী- পিন্দু য়ুম্মি ।। তখেল রাইরি হকরাম্বম কৈতেক লাক্কে ।। হাওবমদা লৈবা হকরাম্বম মুনিরাম লাক্কে । নীংঙেন্থবা হকরাম্বম শুবশিঙ্গী য়ুম্মি ।। শেকমাইদগী হকরাম্বম কোইরেং লাক্কে ।। থাইথিবা ফৌগাক-চাওদগী লাকপা হকরাম্বম হয়িংথেম=ইরেংবম খ্বাইতাবা বিরহরিগী য়ুম্মি ।। বিরহরিদগী থাইথিবা ইয়েংবম হাওবমমরক তাবা পিবাদি ময়াংদা লৈখি । মথং জয়সিংনা য়ুমডাক্লি ।

মচা ইবুংঙো ইরোং থেনবনা থুমনশু ইংগুজাম্বী লুতিন লৈরো লৈয়ানহুনা য়ুম্লিংলে ।। মচা ইবুংঙো খ্বাইরাকপগা মচাইবুংঙো ইয়েংবা অতোনবগা অনি পোক্লে ।। মচা ইবুংঙোতোন ইয়েংবনা য়ুমথাইহনা ফৌগাকচাও ইখাইদা য়ুম্লিংহনা থুন্দা-লৈতাহনা মাগী ঈনা ইরেংবম হকরাম্বম্বগী য়ুম্নে । ইরেংবম লরাইতাবা পু অহন খ্বাইতাবা ইরেংবম বিরহরিদা য়ুমচিন্দুনা লৈররে ।। মাগী ঈনা ইরেংবা জোইয়োগী য়ুম্নে য়ুমশু ডাক্লে ।।

মচা ইবুংঙো খ্বাইরাকপনা শরাংশু ইকুচাম্বী পান্নহনা ( ইরোম ) য়ুমখাই য়ুমদারে ।। মচা ইবুংঙো খুংলিংবু পোক্লে । ইরোম খুংলিঙ্গী ঈনা চীংঙা মথা তাবা ইরোম পিবা ময়াংদা লৈখি ।। মথং ইরোম প্রমানন্দনা য়ুম ডাক্লি ।। তমপাক য়ুমদা লৈবদগী চীংঙা মথা তাবা ইরোম চোংখনবা হঞ্জবা ইরাগী য়ুম্মি ।। পানা থাংবা ইরোম খুন্দে লাক্কে ।। খুরাই তাবা ইরোম চৈতন্যগী য়ুম্মি ।। ইরোম লৈপাম্বা লাক্কে ।। ইরোম ডাসি লাক্কে ।। হাওবম মরক তাবা ইরোম জোইসিঙ্গী য়ুম্মি ।। চীংঙা মথা তাবা ইরোম খুংহৈবা হঞ্জবা বাবুগী য়ুম্মি ।। পিবাদি ময়াংদা লৈখি । মথং রোমাকান্তনা য়ুম ডাক্লি ।। হাওবম মরক তাবা কৃত্তিবাসি ।। ইরোম জোইশিংদগী থাইনা ইরোম ইন্দ্রমনিগী য়ুম্মি ।। কৈনৌ তাবা ইরোম হেমাসিং ।। থাঙ্গ তাবা ইরোম চেকশা লাক্কে ।। ইরোম নিংথৌ শেনবা লখোন লাক্কে ।। ইবুংসি অনন্দশাইগীদা লৈবা ইরোম খুল্লিং লাক্কে ।। নাচৌ তাবা ইরোম ধনসিঙ্গী য়ুম্মি ।।

# ২০ নং মৈতৈঙ্‌ লোইয়ুম্বগী পরম্‌

# পিবাবু নিংথৌ কোবা হৌখিবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪১৭৪ নোংদালাই কুমশিং ১০৬৬ কুম অসিদা মৈতৈঙ্‌ লোইয়ুম্বনা কংলৈ ম্ন থম্বাল লৈশংবা পিবা থৌপুবা থৌহৌরে ।। কুম অসিদা মীতৈ লৈমা শুম্লেমবু লুত্তিন লৈরৌ লৈযানহুনা মরু নোংদম্বা নম্বোনবা, কাইবিরোন মরু মাক্রংবগা মরু অনিমা থৌরম থৌপুনা এলুপ লুচিংবা ফমদৌ ফম্নাইবা পুম্বগা ( কুচুশঙলেন্দা ) মীত্তিন ফম্বাল লাংহুনা কংলৈ ফম্বাল লৈফম্নবগী পরম্ব রাখম্লিয়ে ।। মতম অসিদা ময়ূম মোইরাঙ্গী উরা কোংয়াংবগা মনাও চীংথুবগা মচীন মনাওনা ঙরাংদা চরৈ নমথাং য়েং, লুরাই শমদোং পায়না লৈচংলক্লগা ম্না মাংদা কোংয়াং চৈশু তাবগুম্না তুহুনা মিৎস্না ইরা চেন্দুনা লংজ অয়োনবু লৈঙাক লৈকম্নবিয় ইনিংথৌ চংজফমদা চংজগে হায়জফমদা হায়জগে নকাম্নুংদা চংজরকপা কুবি নোংদম তম্বীহুনা ম্না নাক্তা ম্না থৌগনবু তানকংহুনা লোইয়িন থৌগন ওইনা লৈজগে ম্না নোংদম কুবিও লৈঙাক রায়েন নোংদম্বা ।। মচীন মনাওগী অরাবা পাউশা তাবদা মৈতৈঙ্‌ লোইয়ুম্বা চৌ লম্মহনবা কংলৈ শঙবনা মুংশি নুংঙোল থৌয়াবিহুনা ম্ন নাক্তা লৈথম্বীরে ।। মতুং থাজা (৩) লৈচংবা ( ইঙা থাজগী ) নোং-কোরৌ ৭ নি পানবা য়ুমশকৈশাগী নুংথিলপোপ্তা হুম্নকপদা মোইরাং ইথাই কাইরেম্ববু লৈথুপ-নপরে রাকংলৈয়ে । মতুংদা ইংঙেল থাজা ৮ নি পানবা নোংকোরৌ লৈবাকপোকপগী অয়ুক্কী কোলুপ্তা ( উরা কোংয়াংবা - লাইজিং তেলহৈববু ) ময়ূম মোইরাং এলুপমগী লুচিংবা পিবা হাপ্লীরে ময়ূম মোইরাং পোক্লেন শাৎপগী থৌকা থৌপুনবা ( হৌ কেগেনা ) কোনবা লমগী লম্বুবা নিংথৌ হাপ্পুনা ( হৌ লম্মহনবগী কংলৈ ম্না পুংমাইয়েনগী ) থৌকা থৌপুনবা হৌ ঙাং-ঙোইনা কোনবা লমগা লৈশিম্নহুনা হৌ কেগে লম্মহনবনা কোনবা লম্বু পুবা ময়ূম মোইরাং নিংথৌ লৈহাপ্লীরে । মৈতৈঙ্‌ কংলৈ পিবাগী কুবি নোংদম্ব তানফংবদা ময়ূম মোইরাং উরা কোংয়াম্বনা লৈঙুন পাউশা রাহোমজৈ, "মঙাং এলুপ মাগী লৈবাক এলুপ ৭কী লুচিং পিবা ওইহুনা চৌ লম্মহনবা কংলৈ ম্না ফম্বালবু লৈকমহুনা চাংবুরোই তম্বুরোইবু মুংঙাই য়াইফংনবা কুবি নোংদম পরম থৌরম্ব মতম পুম্ববু লুম্নাং রাখলবু লৈথম্না নীংহুনা থৌঙম থৌপুনরিবা লুচিংবা পিবাগী চৎলম্ব ঙসি কোয়ৌদা লৈথংজবা তানফংজৈ থৌরম চৎলম অসিবু ঙমজনবা ওইহুনা ময়ূম পিবা ঐখোইশু কংলৈ পিবাগী য়াইফংনবা চৎনলম্ব কাইদনা লুম্নাং লৈখন্দুনা থৌঙম থৌপুনঙম্নিয়ে লুতুংনবু লৈথংনবা ম্না মিংলেনবু কোরৌ অসিদগী ( ইনিংথৌও নিংথৌরেন ) মিংলেন অসিবু লাংজগে লৌবিয়ুকে। ইনিংথৌ" । মৈতৈঙ্‌ লোইয়ুম্বনা লৈরৌরে ময়ূম মোইরাং

পিবানা কোয়ৌ অসি লৈপুনবা মিংলেন অসিদো কংলৈ কম্বাল লৈশঙবা ময়ুম ৭ কী লুচিংবা লোইয়ুম্বা ঐনা কোয়ৌ অসিদগী লৈয়ৌরে, পিবা ঐগী খোইজং খোইদাবা মিংলেনবু ওইঙম্মি নোংকোরৌ খুদিঙ্গী লৈচু মণ্ডানবু থোয়েংনা লৈথেংকমদা থেংনববু থোপুগে ময়ুম এলুপমগী লুচিংবা পিবা পুম্বও ( নিংথৌ ) কৌবা মিংলেনবু কোয়ৌ ওসিদগী মিংলেন মিংহুন লাংলবনি. মিংলেন অসিদো ময়ুম পিবা পুম্বনা নোংকোরৌগী থৌকাওদনা মিংলেন লৈথি লৈয়েংনা লৈথেংকম্বু লৈয়েংনা থেংঙম্মো মিংলেন মঙম চংলম্বু লুহুংনগু থৌকাওদনা থোঙম থোপু ওইশনু নোংদম্মে ।

## মতুংদা ফম্বাল ফম্বদা খুংলৌ পল্লোদনা নোহোনা ফম্বে থোশিনবা

ময়ুম অঙেম নিংথৌ লম্বুবা পিবা ( লমহাংঙম্বা ), ময়ুম খুমন নিংথৌ লম্বুবা শময়োকফবা পিবা ফমদো ৬৪ নোংদম মরু নম্বোনবা, কাইবিরোন মরু মাক্রংবা. অশাই অশম্বু লৈফম ফম্বে লাংলবদা নোংদম মরুনা হাই ।। মৈতৈঙু ইনিংথৌ খেরমদি লাইরকচন্দদি নিংথৌয়োল পুম্বদা ফম্লেন্দি লৈয়েক লৈথম্মি ফম্বে ফম্বদদি মশক নাইনা উঙমদে পরম অশিবু হন্দক্কি কম্বাল অশিদদি পরম লৈরাক্তনা লৈথম লৈহাপতুনা লৈবাক নোংথৌ তুবা কংলৈ স্না ফম্বানবু লৈফম্নবা তৌঙমাশি ইনিংথৌ ।। মরু নয়াথং কুবি নোংদম থৌরম্বু লৈরাক্তনব য়াইফং থৌংথু লৈহাপ লৈথম্নবা থৌঙম থৌদা নোংদম্বীনি মরুনা । ইনিংথৌ খাইলাকপা । খরাই লাকপা । রাংথৈ লাকপ ।। -য়াইখুল্লি লাকপা লৈঙম্লিবা মশক্তি উঙমদে । অ৮গা কুমজা অমগী মনুংদা থাজা ১২ নি, থাজা ১০ বু ভরুক থোরা এলুপ শাখাইতুনা ( চংলম ভরুক হাইনা মিংহুন্দুনা তেংবানবগী মুংঙাই য়াইফবু নোংদম্মা মাগী মাগী থোগন মঙথু খাইনা তেংবানবা মপুগী থোগনবু লৈচংববু ভমজনা ( হো কংলৈ লম্মুহনবা স্না পুংমাইয়োন কৌবা ) লৈফম অশিগীশু থোগন থোকানবা । লুপ ৬ ) লৈয়াং লৈথম্মি হাই অতুবু মিংলেন্দি লৈয়েক্তনা লৈঙম্মি মশক্তি শখাইনা লৈঙম্বা উদে মশিবু লৈঙম্লিবা এলুপ শখাই অশিদগী শাথোক লৈথমগদবনি অতুবু এলুপ শখাই অঙম্বা লাইরকচন্দা নামুং থৌয়াবা ভাগ্রবনিনা লুপ অমদি লৈরাংপা ভাগে মশিবু লৈরাক্তনবা লুপ্লেন অশিবু লৈফমদি হোংফদেদা মশক্তি লৈরাংনথে লাইরকচন পিবাশু লৈঙম্লিবা য়ুম পুম্বদগী খাইগক্তুনা য়ুমলুপ্পু থারশিদো ইনিংথৌ ।। মরুগী নোংদম্মি থৌঙম্নবা মৈতৈঙুনা রাখুম্নবদা নোংদম মরুনা এলুপ পুম্বদগী লুপ্লেন শেম্নবা খাইগক্তুনা শেম্লে ।।

## পানা মমিং য়েক্কী পীবা লৈতবদগী নোনা শেমখিবা

১ খাইজশি লুপ = লুরাং, ২ অঙোম লুপ্পু = লুপ্লেন লুপ = অঙোম । ৩ নোংমাই লুপ = থৌজরূপ = শরাং ।। ৪ অকোং লুপ = কোংজরূপ = খুমন ।। ৫ খুরাই = খুংলাই লুপ লুপা খুবা লুপ = খাঙানবা । ৬ লৈচোন লাকপা তোলোংখোম্বা লুপ = চীংঙেন চীংজরূপ = মোইরাং হাইরে ।।

মৈতৈশিংগী লাইনিংথৌ লোইয়ম্বনা লৈবাক্কী লুচিংবা ওইবগী মেন ফম্বান লৈফম্বা মতমগী থৌরম থৌপুনবা হাইহুনা লৈকাই ৪ গী লাকপা ৪ ।। পানা লুপ ৬ কী লপ্লাকপ: ৬ ।। ফমদৌ ৬৪ গনা স্না থৌগন লাংনবা থমহুনা ময়ুম এলুপমগী লুচিংবা পিবা অহুম্না ইরু মাইতানবা ইহৈহুনা লৈবাক লুচিং পিবাগী ফম্বাল মেনবু ভোংলে=ফম্লে ।। মৈতৈ লৈমরেল মদাইরেন শুম্লেমবু ওইথম ফম্বাল থৌগন লাংহুনা মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফমথোল তম্বেৎ লৈপু লৈফম্বী লৈহাপ্না মিংহুল তম্লে ।। মৈতৈশিং লোইয়ম্বা পিবাবু ফম্বাল মিংলেনবু ( লাইনিংথৌ নিংথৌরেল লোইয়ম্বা , লৈহুম্না নোংদম মরু নম্বোনবা, কাইবিরোন মরু মাক্লংবা মরু অনিনা লাইরকচন লৈখিনা য়াইফ থৌনিনহুনা লাইনিংথৌ নিংথৌরেলগা লৈমরেলগা অনিবু ফম্বান্দগী থেমথোক্নুনা লোথহুনা লৈভমথরে ।।

# ঔগ্রুই থাবল চোংবা হৌবা মতম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪১৭৫ নোংদালাই পাখংবগী কুমশিং ১০৬৭ লমদা থাজা ১৫ পানবা লমদা লাই ভানববু থৌরোইবগী ফত্ত হৌদি মৈ থাদোকপগী অহিংদা লাইনিংথৌ নিংথৌরেল মৈতৈশিং লোইয়ম্বা লৈবাক লুচিং পিবানা কংলৈগী মৈতৈ লৈমশিঙ্গা ময়ুম এলুপ ৭ কী চম্ন নীংভোলশিঙ্গা খোইয়ুম উমংলাই লৈঙম্বগী লাইরেম্বীশিঙ্গা তিলু থুংশম্নহম্না নোংদম্বগী মঙম্বু শিংথানা অশৈ খোংফাং শৈহন শৈশরুহুনা ( ঔগ্রুই থাবল চোংবা ) = ( মুমিদাঙ্গী থাগী মঙাঙ্গা চোংবা ) হাইহুনা মুমিদাং মুমিদাং নোংকোরো ৫ নিবু চোংহুনা শান্নহন্দুনা তাইবং চম্ন নীংভোনশিংবু মপুক হরাও ভয়ায়া শান্নহন্দুনা মুংঙাইনহল্লি ।। থাজ ২০ নি পানবগী অয়ুক্তা ময়ুম এলুপ শখাইগা অঙম্বা অশাই অশমগনা থৌগল্লাংন লোইয়ম্বা নীংথৌরেম্না থ্বাই মুংজেং পিবাগী মশাইকোন্দা কুমহুনা লৈবাক্কী য়াইফং থৌনি ( লাই কৈথেন কাবা ) চৎলম্ন কাইদনা নোংদম মরু নম্বোনবা, কাইবি-রোন মরু মাক্লংবা মরু অনিনা ( কংলৈখোন পাখংবা ভাগ্রোইলাইবু ) পুরুম থাগোন থাকো-নহুনা তরা লুক্লেন লুকমনবু ভানফংনরগা হৈকৎ লৈকৎ খিবিকপু চামিন চীনমিন্নহুনা লৈবাক হৌনা মুংঙাইনহুনা মুংখিল চুপ্পবু তিল্লু ফম্বাল লাংমিন্নহুনা লৈমিন্নরগা মুমিদাংরাইদা ঔগ্রুই থাবলবু থৌহৌহুনা মুংঙাইনহম্না শম্নববু থৌয়েংলগা ঔগ্রুই থাবল চোংববু থৌরোইনরবা মতুংদা লৈবাক নিংথৌ পুম্ববু মরাম য়াইদা লৈহম্নহুনা পোথানভম্নখি ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪১৭৬ নোংদালাই পাখংবগী কুমশিং ১০৬৮ ফাইরেন থাজগী থান্নুং নোংকোরো ১১ নি পানবা থাংজা মুমিংকী অয়ুক্তা নোংঙান য়াকৈ শৈশকপী লোইবী হেনবী অমুবী কাক অমনা নোংঙান য়াকৈ পাউজেনবদা "শেক্তা থুন্দা চাক-ঙা থোকপা ঙম্বা মুংফান অমা

লৈঙ্ময়বনি তাইবংশা তাজোও" পাউশানা খোংঙল্লে । কাক অহুগী পাউজেনবু ময়ুম অঙোম নিংথৌ লমবুবা চকপা ঙম্বা ( মুলোই লমহাংঙম্বনা ) তাঙমহৌহুনা শেক্তা খুল্লাওদা চঙ্‌না রাহংবদা তাকঙমদরে, শেক্তা খুল্লাওনা মুলোইঙম্ববু শাগ্রেম লানগ্রেম্মবগুম পাউহং পাউশা অদো অঙাওবা রাহং তাহল্লে, মতুদা ময়ুম অঙোম নিংথৌ লমবুবা মুলোই লমহাংঙম্বনা মপুক তাথি খোইশাওনহুনা রাহৈ নিংঙাই শাংদাবমদগী খুৎ থোক্লরকুনা মুলোই লমহাংঙম্বগী মচা মনাও লোইয়িন থরগু শোক্লে, শেক্তা খুল্লাওগী মীগু থরা শোক্লে ॥ ময়ুম অঙোম নিংথৌ লমবুবা পিবানা ময়ুম মরাম য়াইদা হনঙৃয়ল্লগা লৈহন্না মাগী লানমীবু পুহুনা হনঙয়ক্লুনা শেক্তা খুল্লাওদা লাম্মাহুনা শেক্তা খুল্লাওগী অঙম্বা লমহৈনবা নীংঙাই চাওবা থরগা খুল্লা থরগা শারে । অঙম্বা চকপা তাও ॥ খম্বা তাও ॥ নোংজা শেম্বা ॥ নামুনচাওবা । লমকেৎপা ॥ লনয়ানবা মখোই ৬ অসিগা লোইনহুনা খুল্লাগী অহন থরগা ফাঙল্লকুনা ময়ুম অঙোম লুচিংবা পিবা ( মুলোই লমহাং ঙম্বনা ) লাইনিংথৌ লোইয়ুম্বা নিংথৌরেল মৈতৈঙু লৈবাক লুচিংবগী মফয়াংদা রাজোম পাউশানা রাকল্লুনা পীঙল্লরে । রাজোম পাউশাবু তাচল্লগা লাইনিংথৌ মৈতৈঙু নিংথৌরেল লোইয়ুম্বনা ময়ুম অঙোম নিংথৌবু খামজিন্দুনা পরম ওহুগীদমক্তা লৈবাক রাথোক ওইবশে ফজদে ময়ুম চকপা সেক্তা খুল্লাওগু মপুক থরুম্লগনু নরামময়াইদা হনঙল্লে, ময়ুম অঙোম নিংথৌ শেক্তা খুল্লাওনা চাকহোং ঙাহোংবা লৈপাক্লবদি লৈবাক্তী থোপুবা নং এনা মুংঙাই য়াইফনা লৈপাক্লবনি খোইশাও শিনশাওনবিনু নখোই এথোইনা লৈবাক্তী মুংঙাইনবা মতেংদি ঙম্বা মখেবু হোৎনশে এথোইনা লৈথি লৈয়েঙ্গদবদি লৈবাক্তী চংলম লুঙিন লাইরকচনবু কাইনা থোপুরকপা অহুদি লুতুংবা ফিদমদনব ঙম্মথৈ তৌদনবা লৈবাক চৌনা থেঙম থোপুগদবনি নপুক খোইশাওবিগনু পাউশানা খামজিন্দুনা ময়ুম ময়ুমদা হল্লহনখ্রে ॥

শেক্তাগী অঙবশিংবু ময়ুম অঙোম পিবানা ফাহুনা নিংথৌরেন্দা কৎলগা নিংথৌরেল্লা অনিমকপু লোথামশিন্দুনা কদৌহন্দনা থাদোক্লকপা অচান মীরাই খায়দনা রায়েন নোংদম্বু থোপুরম্বা থোরম অশিবু উবদা শেক্তাগী অহন অঙম্বা খম্বাতাওনা ময়ুমদা লৈথুংলগা রাথল্লকই, হন্দক ময়ুম অঙোম পিবা চকপা ঙম্বা মুলোই লমহাং ঙম্বনা শেক্তা খুনবু মপুক তাথিবা ওইথিবশি এগী ফান অশিগী মঙম্বু তাবদগী তাঙ্গেংনিংহুনা রাহৌবদা তানফংদবদগী মপুক খোইশাওথিবনিশে অহুবু নিংথৌরেন্দী খোইশাওবগু লৈঙমদে অপাবগু লৈঙমদে রায়েন লিচুম থেম্মৌনা তাইশন্দুনা রারোইনৈদা অসিবু এনা কমদৌশিবা মপুক রাথন লৈতক্লেয়ে ॥ মতুংদা খুল্লাবু কৌহুনা রাভাম্নে খুল্লাগী য়াইতোংবা অহনশিংনা হাই, অঙম্বা খম্বাতাও নংনা শেক্তা খুনবু মুংশিবগী ফান অহুবু খুল্লাগী ওইহনবতনি নংনা ফংজবা কাম্নি নংনা নীংবতা তৌঙম্মু নংনা তৌঙম্বা পরমদো খুল্লা

ঐখোইনা থৌঙম থৌপুগনি ।। অদুদি য়াম্বা ইচিন ইনাও পুম্নমক ফান অসিগী মতিক মঙম অসিবু লৈমা কোনগী মঙমবু ওইবরা নিংঙয়ে, ফান অসিবু লৈফম অসিদা থাগোন্দুনা লৈথম্নবদি লুতুংদগু রাথোক অশিগুম্বা অশিবু ভত্তনা থোকঙম্নখিনি, মপুক কলক মীহোৌচাওবা অকল অথো য়াওঙম্নকপদা ঐবু রাখল্লি ।। হন্দক্তি রাথোক্তি লাইনিংথৌ নিংথৌরেল লোইয়ূম্বা পিবা লৈবনা শেক্তা থুনগী অরাববু লৈফনবিদো রায়েন লৈচুম থৌপুবনা ময়ুম অঙোম পিবা লম্বুবা নিংথৌনা কদৌবগু ঙমহনখিদেদো লৈবাকপু হুংশি থোইজংনা লৈবাক লৈপুনরিবা মথৈদি রায়েনবনা লৈবাকপু লৈফম্নবা রায়েন নোংদম্লি কাম্নবা ওইজবা থৌয়েংবিনা মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ নিংথৌরেম্না লৈপাল্লিবা মথৈদি ফান অশিগী রাথোক্তি লাকঙমখিনি নীংঙমদে অদুবু কলক মীহো চাওবনা লোম্না লৌ-ঙম্নথ্রগা মফম থংদনগু মাংখিনি শেক্তা থুঙ্গংদা ( চাক-ভা থোকপা ফাল অমা লৈ ) হাইবা পরম অশিদি লৈবাক শিম্না তাঙম থংঙম্নখ্রেদো ।। ফাল অশিবু নথোই ঐথোইনা লৈথম্বদা রাঙম থৌঙম্বা পরমবু ওইঙম্বরা রাথম্লে নথোই থ্বাইগী নখুত্তা লৈথম্নগে হায়বরা লৈথম্নবা তৌঙম্লে। ঐদি লৈথম্বা ঙম্নরোই লৈমা কোন্দা কৎনিংলে ।। অঙম্বা নংনা লৈথম্বা ঙমদরবদি কনান লৈথম্ব ঙমগদগে মঙম থংনা তানফংলকপদি অঙম্ব নংনি অঙম্বা নংনা লৈথম্বা ঙম্নরোই হাইরবদিনা মফম থদনা মাংখিগদবগী শরুক্তি লৈমা কোনগী ওইহনখিবনা অফবা ওইগনি মঙম চাওবা ফানশিদো ।। অঙম্বনা তাকঙম্বা থৌরমবু থৌপুন লৈমা কোন্দা কৎথোকপিরো ঐথোই থ্বাইগু তুংইল্লগে পাউশানহুনা ফাল অদু পুঙম্নকুনা মৈতৈঙ্ নিংথৌরেল লোইয়ুম্বা লৈবাক লুচিং পিবাদা লৈহল্লরে ।।

মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ লৈবাক লুচিং পিবা নিংথৌরেন লোইয়ুম্বনা রাহেম পাউশানরকই, কংলে পিবা ঐগী শেক্তা থুঙ্গাওগী য়াম্বা ফম্নাইবা নথোইনা ঐঙোন্দা শিম্নদুনা পিরিবা ফান অশিবু ফানয়াই চাক-ভা থোকএ হাইবা ফান অদুরা ? শেক্তা অঙম্বা লুচিংবা থম্বাতাওনা লাইনিংথৌ ফানয়াই অদুনি । অদুদি ফান অশিবু কনানা হান্না তানফংবা. মফম্না কদাইদগী কমদৌনা ফংজবা মরম অদুবু ঐঙোন্দা তাহল থংহল্লু পরম থৌরমবু লৈথংনা নথোই থ্বাইনা পিঙম্বা ফান-য়াই অশিবু লৈথমজবা ওইঙমজগে ।

"লাইনিংথৌ ননাই ঐনা ফংজবনি ইমিংনা থম্বাতাও কৌজৈ শেক্তা থুঙ্গাওগী মন্নংদা ননাইবু পীতৎ পাতংপা লাইরা অয়াং কংবা মশক অমা ওইনা মতম অমদা লৈঙম্নম্মি, ইপুক চাকপু লংনবা শীংচনবা থৌরমবু ইথৌ ইঙম ওইনা থৌপুজহুনা য়ুমথোং শিম্না শীং থাহুনা ইপ্যুক চাকপু লংজনা লৈঙমজবা ননাইনি ।। কোরৌ অমদি মহৌ মিংথোইগী লাইকোন লোমদা শীংচনববু চৎঙম্মি, লৈফম অদুদা ( মুঙ-মুঙচেং ) মানবা মতুম ৭ থক লৈববু থেংনৈ. অদুদগী ননাই ঐগী

পী.বুকমুং অশিদা মুংশি মুংঙোনবা ইপুক রাখল অমা শাথোকলক্লে, ইরাম য়াইদগু হন্নীংদরে, নোংক্বোরো অতুন্না লাইকোল অসিগী চীংশাং চীঙ্গোন অতুদা কোইনা চন্তুনা লৈঙল্লে ।। চীঙোন অসিগী মমুংদা মুঙ অঙোবগী শামু মানবা, ফিরুক মানবা অমগু ভাম্বেংবৈ ।। অমুক ননাই ঐবু মখা পাংনা অমুক লাক্লে, চীংয়াংদা মমাই নোংচুপ ওন্দুনা নোই চাওনা শামু কুনবগুম কুন্দুনা লৈঙম্বা অমবু থেংনজৈ মতমগু হক্লা থেংলে মালেম অঙানবগু লৈচংখরে লৈফম অতুদা ঙাইহাক পোখাতুনা মুঙ অতু পায়তুনা কোয়তুনা য়েংঙমববু রাখল থোক্লে, নীংথি চংখোল্লিদা মুঙ অশিদে রাখল তৌজন লৈফম অসিদগী ঔরাং পাংনা চীংখা চীংখোংলোমদা য়েংবদা থাবী লেংচল্লবী ফিঙৌ ফিশেংনবী মশক অমবু ননাইগী মিত্তা উঙম্মি ।। ননাইনা ইস, করিনো মতম অসি ফাওবদা লৈফম অসিদা লৈঙম্মিবা খাবী য়েংইরেল নহাবী অসিবু হাইনা মফম অতুদগী কুমথরকুনা মনাক্তা চংশিল্লবদদি মুঙ্গী মশক ওইনা মুঙজাও মতোন তুমতক ক্তৌবা অমা ওইনা য়ুংতুনা লৈঙয়ল্লে মুঙ্গী মশক ওইরল্লে ।। মুঙতুবু ননাই ঐনা কোন্দুনা ইমা নংবু কনানো নচা ঐবু করিদমক্তা লংনরম্বনো খোইমুম কনানা মফম অশিদা লৈবনো হাইবিও পাউশানা কপ্তুনা কোন্দুনা লৈবদগী ননাই ঐগী অচিং পোখাবা অতুম ওইঙমম্লে ।। খুদক অতুদা অহন ওইবী ইমা অমা লাকুনা কৌই. ননাই ঐনা ইমা করি ভাকপীগদবা লৈবনো ভাকপীম্মু ইমা হাই ।।” ইমা অতুনা হাই “মফম অসি নং থংলবরা”? ইমা নচাদি করিমতা থংজদে ।। হাই পারি নংনা মুঙ ৭ থেংনবদো মরুশিংনা লৈফম অশিদা মহো মিংথোই খোইয়ুমদা লাইনিং পরম্বু ভমতুনা লাই নিংলমদাইদা মরুশিঙ্গী মালেম ইমাবু হকপুবা খোইয়ুম নদা লৈকং লৈরাং লৈতিন্নবগী মালেম লৈশেং লোনবা লৈফম্লিদো, মপক্তা লৈবা মুঙজাও অশিদো খোইয়ুম মহো লাইমিংথোইগী খুদাবি, মফম অশি মরুশিঙ্গী লাইনিংফম্মি, চাকঙা থোকপ ফানগু লৈবনি নংনা ঙারিবা মুঙ অতু ( ফৌওইবী ) লাইগী মশক্তি মাগী শাথোকফম থেম্মি ।। নংবু মফম অসিদা কদৌবা সাক-পনো ? ইমা ঐদি শীং চনবা লাকচবনি লাইরা অয়েং কংলবা ঐনি ঐগী কনা লৈজদবা নচানি চংজ হাইজফম লৈজদবনা নোংমা নোংমগী য়ুমথোং খুদিংদা শীঙ কোকথোং অমদম থাতুনা ইপুক চাকপু লঙতুনা লৈঙম্বা নচানি ইমা, চাক-ঙা থোকপা মুংফাল হাইবদো নচ, ঐনা নীজগে লাইরা অয়েং কংবা অশিবু ইম্মানা নচাবু কোকনীও নীজৈয়ে ।। খুদক অতুদা ইমা অতুনা ( মহো মিংথোই = কৈরুংববু নীংঙ ) হাইরম্মগা খুদক অতুদা ননাইনা ঙারিবা মুঙ অতুদা চংখরে, মতুদা ননাইগু মিকপ অতুম থোক্লগা মুঙ অতুগী মনাক্তা অতুম লৈরে ।। ইপুক চাকপু চরা অনিগু চাদরে অরাম্বগু থৌথংদে ননাইগী রাখন্দা কান অশিবু পাম্বদগী মফম অতুদা ( মহো মিংথোই = কৈরুংববু ) নীংতুনা লৈঙল্লে । নোংমা ফজবরা ফংদে নোংমদি পীগবরা পিদে, অরাম্বা থৌরাংবগু লৈত্তে থংদে অশুম্না মফম অতুদা লৈঙল্লকপবু ( কুমজা অহুম ) লৈশুরে মতম অতুদা ননাই ইপুক্তা

রাথল অমা চাক্তরক্লে ।। "ইস, ঐনা তৌরিবা চৎলম অসিবু করিনো লাইরা অয়েংবগী লৈকোক নিংবগীদমক্তা ফান চাক ঙা থোকপবু পাম্বগী কুমজা অহুম লাইনিংবা অসিবু করিনে, ফংবশু ঙমদে অশিবু ঐনা চৎলম্বু চত্তবা ইপোক্তী ইথৌবু থৌথি থৌপুদবনা পরম অশিবু তানফংবনি। অপাম মুংঙাইবা ঈশিং ইথক হৌবশুম্বা অহুবু পাম্মুহুনা ইপোক অশিমগী তৌগদবা ইথৌ ইঙথু তৌদনা কুমজা অহুম লৈহৌখিবা অশি তেংবানববু নোংদম্বা লাইবু নীংজবদা হৌখিবা কুমজা ওইরম্মবদি ঐগী কয়াদা অতোংবা লম্বী ওইরমগবা ইথৌদি তৌদনা অরেম্বদা ঈথক ইহৌহুনা পুন্সিগী তাংঙয়বা মতম্সু মাংহনখরেদো" রাথল অশিমা ইপুক লুম্নাংদা চাক্তবিরক্তুনা মতুংদা তেং-বানবগী মপু পোক্লেন শাৎপা লাইবু পুরুম থাগোনজববু করি কমদৌনা চংজ নীজবা হৌনবা পরম লাইরকচ'বু মরুশিঙ্গী মকমদা চংক্তহুনা লৈথিরগা পুরুম লৈপাই থাগোম্না পুন্সি পাউজেল ঙাইবনা ইথৌ ইঙম্বু ওইনা লৈঙম্বনা ইপোক অসিগী শাথোক য়াইফংবা ওইগদবনি অহুবুদি থিদনা (অরেম্বা ফানবু) পামলুইদা হাইবা রাথন অসিমতং চাক্তবিরকপদগী লৈফম অসিবু থাদোক্তুনা (কুরুম চীং=লাঙ্গোন্দা) চত্তনা লাইনিং চৎলম্বু লৈথিরুরগে রাথলক্তুনা হেক হৌগৎলে ।। চৎকে হাইবগী ইপোং যেৎ অসিবু থাঙ্গৎলকপদা (মহৌ লাইমিংথোই=লাই কৈরুংবনা) খম্বাতাও নপুক রারেপ চুমদবনা ঐনা মুংফানবু পীদবনে ।। হৌজিক্তো নপুক রারেপ লিচুম্নবনিনা ফান অশিদো পুজখরো নঙ্গীদমক ঐনা মতম খরা খম্বীবনে লৌজরো নোংদম্ববু নীংজবদা থৌরম্বু থৌঙমজ্জবা তেংবাং থৌরম্বু থৌপুজরুরো অহুগ মীবুশু তাহন খংহনলুগম্নু লৈবাক রাথোক ওইগনি চৎলো হৌজিক্তি পুজখরো নোংদম্বীরক্তুন, ননাইনা ফংজরকপা ফান্নি । মতুংদা মহৌ চীংবগী কুরুম চীংদ, কুমজা অহুম্বু কুরুম্বা মরুবু থাগোন্দুনা লৈঙমজে মতুংদা থেংগ্রং চীংদা কুমজা ৫ বু (থেংগ্রং অচিবা-কৌবরুবু থৌখন্না লৈঙমলুরে, মতুং খরা লৈরগা শেক্তা খুল অসিদা লাক্তুনা য়ুম ইংথোল লীংহুনা লৈঙমজরিবা অসিনি ইনিংথৌ লৌশিনবিরো ননাইনা ফংজবা অশেংবনি ।। মুংঙাইদা অঙম্বা নঙ্গী পাউশা তাবদা শেক্তা খুঙ্গাওদা লৈবনা কয়া মুংশাংলক্রবা ? লাইনিংথৌ চৈমক্তী শিংথাহৌদ্রে অহুবু ননাইনা লৈজখিবা অশিবু কুমজা ১৫ মুক চংলগত্রা অহুম্না খনজে ।। মপাবুং লাই-নিংথৌনা মপান ফনা য়েক্লবা লৈক্তনা লৈপাললিঙৈদনি লাইনিংথৌশু হাক্লা কুমজা মুংশাংদরিবা মতম্নি । থংঙে অঙম্বা ফান অশে ঐগী ওইবশু য়াঙম্লোই খোইয়ুম লাইনা নংগীদমক নচাক নরন ওইনবা পিবা ফান্নি থমজিল্লু ফান অসিগী মহুত্তা নফম্নাংদগী ঐনা খোইজং খোইদনা নংগী পাউশাবু লৌশিল্লি, নংগী রাথমগী থৌরম্বু থৌঙম্নবা থৌপুবা নিংখিবা রানা অহোংবা লৈক্তনা থৌঙম্নববু নখম্তনা থৌঙম থৌপুবা নথৌনাবু তাবদা ঐগী পুক্লিং রাথনবু রারেপ লিচুমত্তবু থৌপুনবা পাউতাক্তো নিংথৌ ঐনা চাক-ঙা থোকপা ফানগী মহুৎ মরেংবু লৈশিম্না ইপুক খোইজংনা লৌঙম্নি অহুম্নদি ওইরগা নিংথৌ ঐনা চৎলম অমদি নফম্নাংদা থৌনিনঙমগে অঙম্বা নংনশু কুবি

মংকৎ মথৈদি পীরে, অহিং য়ারেক্তুনা লৈবদা চাক্তি পিজদে, ময়ুম অঙোম নিংথৌনা লাইনিংথৌ মৈতৈঙু নিংথৌরেন লোইয়ুম্বগী মকমলাংদা য়াহোম্নে য়াহোম য়াবু তাবদা লাইনিংথৌন য়াখল্লি ।। থৌরম অশি করিনো তুলুখাই তানবা লাক্কদৌরিনা পাগী পুগী য়ারেপ চৎলম্বু অকাইবা য়ারক থৌকাওব চৎলমবু ইহাকথক্তা থোক্লিবশিবু লোইয়ুম্বা ঐনা হাওকপ চৌংশাংদা পানকল্লিব, ময়ুম খুল্লাকপা লম্বুবা নিংথৌশিংগী মপুক থোইশাওনখিবা য়ারক নোংদম্বা করি কমদৌবা লৈঙমখিব ।। ঐ লৈবাক য়ায়েন থৌপুবদা কনাবুশু অচান মীয়াই খাইনা য়ায়েন থৌপুববু কোয়ৌ অসি ফাওববু থৌপুদে য়ায়েন নমথেক নমজানবশু থৌপুফদে, তৌবশু তৌঙম্লোই মশিদা থৌরম অশিবু মশক খংনা লৈতাক্না চুমথোক্তুনা য়াযেন চৎলম অশিবু থৌপুনঙম্নদরবদি হৌ লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োন লৈবাক অশিগী চৎলম চৌংতম অনিন লৈবাক লৈপানবা চৎলম অসিদি লৈমুৎনহুনা মপুক অয়াং লুতোন লৈফম্বদগী তুলুখাই তানাগদৌরক্লে, মপা মপুবু মশক খংনদা লৈহৌ লৈফম্বু থৌকাওনহুনা মনিং মথা লৈতম্না অকন অকনবনা লৈমুন লৈপান্নহুনা পাগী পুগী লাইরকচন লৈবাক চাকহোং ঙাহোংনা. খুল্লাও লৈচাওনরক্না পুক্লিং থোইজং লৈতানা লৈবাক মরা তপ্না লৈপান্নবা লাইরকচনগী পাগী পুগী চৎলম লুত্তিন অশিবু নাম্নুং থৌপুনহুনা লৈমাং লৈমুৎনবা য়াহৌনরকপা চৎলম অশিদি লোইয়ুম্বা ইহাকথক্তা থোংহৌরকপনিনা ইপারি ইপুরিগী চৎলমবু লৈমুৎতনবা ঐনা অমুক নোংহৌনা য়ারক থৌ কাওনবশে নীংশিং শিন্নাক্নবা তাঙল্লি. অতুনদি ঐ ইশামক চৎপা তাই য়াখনবু য়ারেপতুনা মৈতৈঙু লাইনিংথৌ লোইয়ুম্বা ( মহৌদা ) থোঙ্গা থোংদারে ।। মৈতৈঙুনা পাউশা শীন্নাক্নববু লৈঙম্লম্বা মহৌ চৌংমীশিংনা য়াওইদে থৌওইদে শাগ্রেম লাঙে মুবগুম ( হৌ ) হাইবা য়রা ইখোলনা কন্না লাওহুনা খেক লাঙনা লৈঙম্মি পাউশা য়াবু থৌওই নাচুংনবু তাঙমদে ।। মখোইগী মতৌ অশিদি লৈফম অশিদা শীন্নাকপদি য়ালৌগে হাইদেনা য়ামাংনবা পাউশাবা তাইদনা য়াখল্লক্তুনা মহৌ চৌংশাংদা পানবা চৌংমী মথৈবু থোমগতুনা ফায়ে, মহৌ মনিংথৌ থোইরেম্বা, খুল্লাকপা য়াকোংবগনা লুচিংনা নিপা মথৈ তরা কাহুনা পুরক্লগা অরা শঙদা পুশিন্দুনা লোইনা কাহুনা থম্লে ।। মতুং খরা লৈরগা ( য়ারক থৌকাও য়ায়েনশঙ কুচু শঙলেন্দা ) লৈবা চৌংমী হাও মথৈবু পুথোক্তুনা তম্মী পুম্বগা মীত্তিন ফম্বান লাংমিন্নহুনা লৈথম্লে ।। ফমদৌ পুম্বশু লৈকা লৈফম্লে ।। ঐ খ্বাইগী ময়াই লাংদাইদা মৈতৈঙু লাইনিংথৌ লুচিং পিব নিংথৌরেন লোইয়ুম্বনা হাইয়ে ।। "ঐথোই চৌংমী ইচিন ইনাও য়াম্বা ইশানৌ পুম্বা ঐনা ঙসি হংবা বা অশিদো অথংবা য়াওরগা লৈবাক তানা খংনবা পাউশানবিয়ু ।। করিগুমবা খংদ্রগা অথংবনা পাউশারক-পদা নপুক থোইজংমা তাঙম খংহৌনবা মীপুম খুদিংমক্তা থৌপুনবিবা থৌরমবু কংলৈ পিবা ঐনা লৈবাক কমবৈ ফমবীরিবা পুম্নমক্তী মফমদা থৌনিজৈ কুবিও ।। ঐনা হঙ্গদবা পাউশাদি—

অহানবদা চীং হাইবা অরাংবা লৈকম অসিদা লৈপান্দুনা লৈঙম্লিবা ইপা, ইপন, য়াম্বা ঈশানৌ পুন্নমক অসিবু লুপ অমা ওইনা মিংহন (চাও) হাইনা লৈহন্দুবা চীংদা পানবা মথৈবু থংনরক্লিবা অসিনা করিদগী থংমখিবা; হাইখিবা ?

চীঙ্গী ইচিন ইনাও লৈঙম্লিবা অসি মাগী মাগী কাংলুপ মশক থাইনা লৈরম্মরি মিংলেন অমমম লৈনরি অসিবু মাগী মাগী মমিংদি হাইদনা (হাও হেক্তা) হাইরগা চীঙ্গী ইপা ইপন য়াম্বা ঈশানৌশিংবু থংনবা পরম অমা ওইরিবা অসিবু লোইবী চীংদগী শাথোক শাহৌনরকপ লুপ অমনি থংনবা মিংলেন্না ?

অমনা চীং তম অনিনা লৈবাক অশিগীদমক্তা অরা অনা লৈখিদনা থৌরম খুদিংদা থৌঙম্লবা থোপুনরিবা মানা মানা ওম্বা মশীন শীল্লম্বু পুথোক্লদুনা লৈবাক অসিগী মাইফনবশু তৌমিন্নৈ তিলুক ফম্বালমিন্নহুনশু অফ-ফত্তা, অচেৎ অকোম লৈবা খিবিকশু রাতান্নৈ অশুক নীংথি চংথোম্না লৈবশু লৈমিন্নৈ, মশিদা (চাবা থকপা মশমদদি) তুলু থাইনা চানিন থকমিন্নৈ, রাতংগে চীঙ্গাক তীম্নদবনা তুলুথাইবনি মহাইনৈ অসিনা করি কমদৌবদগী কনানা করিবু চাখিবা ?

অমনা চীঙ্গী ইপা ইপনশিংনা কুমজা খুদিঙ্গী (লোইপোং হাব। মংকৎ থীব) ও ইনা কংলৈ পুংদা কারক্তুনা পিন্নরিবা কুমজা অমগীদমক্তা কংলৈ ফম্বা পিবাগী মথুন্তা পিহুনা শিন্নরিবা অশিনা মরম করিগীদমক্তা কুমজাগী থোকাংফদনা মংকৎ লোইপোং হাবনো, মশি করিগীদমক্তো. তমগী ইপা ইপুচানা চিঙ্গী ইপা ইপুশিংদা নমথেক নমজানবা রায়েন থোদাবদগী থোপুনহনখিবরা ?

লৈকম মরি অশিগী পরমাশ ওসি চীংতম অনিনা ফম্বে মীতিন কন্দাম্নরিঙৈসিদা লিচুম পরমবু তানিং থংনিংথি অথং অবৈ চীংতম্না পাউশাবিহুন তাঙম্লগা লুতুংদশু থোকাওদনা পোইরৈ চাদোন শুদোম্নশু চংলম লুতিন লাইরকচনবু নাম্নং চৎসমবু থোপুনরক্তনবা চংলম লুতিনবু থোখিবা ওইনা রাথন রাতানহুনা লাইরেক লৈপম্লবা তৌঙমশে ।।

ফম্বে লৈকম্না কনাবু স্না মাংদা চংহুনা রাহংবু পাউশাবা রাঙম্নদরে মতম অদুদা শেক্তা লাইনিংব অহন থম্বাতাওনা স্না মাংদা চংলক্তুনা পাউহং রাবু রাহোম্লক্লে । মৈতৈঙ নিংথৌরেল নথোং খুয়াবু থাগোম্না রাহং রাবু থরা থজিক পাউশাজগে রাহং রাগী লৈহোরাবু মথংলেংনা পাউশানঙম্লবদি রাহৈ পাউশা য়ামথরে ।। রাহৈ পাউশাবু থরদংনা লৈথংনববু থোপুনা থোকাও নরক্লবা চৎলমবু থরা থজিকপু পাউশাগে চীংমী তম্মী পুম্ববু নীংশিংনবা ওইনা পাউশাগে ।
"থমম্নং ইঙাল লৈশাপবু হো কংলৈ লম্মহনবা কোবা লৈবাক অসিদগী থোহোয়ে ।। মতম অম্নু হয়ম কৌনৈয়ে, থোইয়ুম ঙাক্তনা পানবনে ।। নমু তাইবং শেম্বা হৌবা শাথোকপা হৌবশু হো

লম্মহনবা কংলৈস্না পুংমাইয়োন কৌবা কংলা অসিদা শাগত্তুনা শাথোক্লবনে ।। মশক অমত্তদগী এলুপ শগাইদুনা শাগৎ শেম্নগৎপনি হাইবগী লৈবাক অসিগী তাইবংশিংনা থৌকাওদনবগীদমক্তা (য়েক শলাই) মিংতুন্না ময়ুম ৭ পু লৈত্তন্নিবনে ।। লৈবাক অসিদা লৈবা নমু তাইবংদি (হয়ম) হাইদৌদা (হুমলেন=মুংশিংনা) চৌঙ্গাক ওইনরকয়ে।। ফৈদোম ৪ লৈথাই লৈয়েন্না লৈপান চৎলমবু লৈত্তম্নরকপদগী লৈবাক অসিগী পারি পুরিগী নোংদম থৌপুনা লাইরকচনগী চৌঙ্গাক মথংলেংনা চাঙম্নরকপদি মনা মশিং হুরাই চেংন্নাই তানফংলিবা অসিনা মথেন লুকোই শেম্না থোংলগা তরা লুক্লনবু লৈহুন্না চানৈয়ে । তরং মুংদা লৈপানবী লেপ্লেবু মশক য়োনা য়েংনদে ।। সেপ্লেবু মথেন লুকোই ওইখিবশিদি লাংবচক অশিদা মবুধো খুইয়োই তোম্বা লাইনিংথৌ স্না হাক্তক্তা কৌকৌ ইরাৎ থৌনিবদা পরম পাউশা অমা কাইত্তম্বদগী (মীরোন অহুমদি) লেপ্লে চাঙম্লো মরু কুরুম্বনা নোংদম্বদগী (লেপ্লে শারেং কৌববু) চাঙম্বা হৌখিয়ে, অসিদো মীরোল অহুমতদগী থৌংহৌখিবা রানে ।। নবুধো খুইয়োই তোমপোক লাইনিংথৌবু পোকপা নোংদালাই পাখংবা মপা ইবুংঙোনা শাথোক্লদরিদৌদা লৈবাক অসিদো উমং লাইশিংনা রায়েন থৌপুনা মতম থরবু লৈপান্নখিয়ে ।। মতম অহুদা উমংলাইশিঙ্গী (শারোই ঙারোই লোইনবা) লৈঙম্বশিংনা মথোইগী মপুক্লিং ফংবা মীমুংশি খংদবা শাগী লমচৎপু থৌপুনহুনা লৈবাক অসিদা লৈহৌদৌদগী মথংলেংনা নাঙদা লৈংতা শমথনা লৈজরিবা তাইবংশিংবু তাথি নাওইনা তৌঙম্বদগী লৈঙম্বা তাইবং মথেগু য়ুমলিং য়ুম্বানবা থৌঙমদরে ।। লৈঙমদবদগী থৌহেলশল্লহুনা লোন্না কৌথোক থেমথোক্লুনা হাত্তোক পশু য়াওনহুনা মীহাৎ মীশি অহুবু (লাইয়ৈ) হাইনা খংনরক্লে, মীশি মীনা নোঙ্গাংদরে ।। শারোই ঙারোইবু কিবদগী ময়ুম মকৈ হুন্দোক্লহুনা মাগী মাগী লৈঙম্বা য়াগদবা লৈফমবু লৈথিন্দুনা কোইচাইনা চংনখিহুনা লৈনারক্লে । উমং লাইগী শারোই ঙারোইনা তমদা লৈবা লম মখেবু লৈঙাক লৈকন্নরেদো তাইবং মথোই থরদি চৌং মান্দা কোইজাইনহুনা কংলৈ পুংমাইয়োন লৈবাক অসিবু থোইজং লৈত্তাজবা ওইঙমা পাগী পুগী পোক্ল শাৎনকম লৈফম অসিবু থাদোক হুন্দোক-লমহুনা করম্না চংকবনো হাইনা রাথন্দুনা চৌং মান্দা নারোত্তুনা অফং অফংবনা থরাইবু হিংনবগী মচৌনচাক ওইনা চাহুনা কোইচাইনা লৈথাংনহুনা লৈঙম্নরে ।। মতুংদা হৌ লম্মহনবা কংলৈ স্না পুংমাইয়োন লৈবাক অসিদো (নিংথৌ কাংবনা কাংথং পু থংনরে হাইবদি লৈবাক্কী অচুম অরান রায়েন থৌপুবিনবা লুচিংবা লৈখিদবনা লৈফম চাফম লৈথংনদরে, উমং লাইনা মনিং মথা তৌবদগী লৈঙম্নম্বা তাইবংমথৈবু মফম থংদনা কোইজাইনখিহুনা তমদা তাইবং মশক উদরে, তাইবংশিংনা কাংথং পুথং নাইদনা মাংনখ্রবদা লাইলৈমা লৈন্দুং য়াথুয়াবীনা মশামকশু কাংথংনরক্তহুনা উমংলাই শারোই ঙারোইবু নমহৎপা ঙম্বা তাইবং মীবু লুনা মুংশিনা তৌগদবা তাইবং কাংথং নাইখিদবা মফম থংদনা কোইজাইনখিহুনা লৈনখিববু থোমজিন্দুনা হান্নগুম্না তাইবং লৈন্তা খুন্দানা লৈহনবা ঙমগদবা ইচা অমতং তাম্থেংনহল্ল হাইনা

( খোইয়ুম কোরৌহনবা—মালেম অঙানববু ) নোঙাংদনা চাদ-থক্তনা ইয়াং খৌনিজবদা পেনবিহুনা খাদা লৈবা লাই ( পুরিংলেনগা ) তাম্নহুনা মালেম অঙানবগী মফমদা লৈবা পাখংবা লাইনা নোংলুমগী মশক ওইনা ওইনা শাথোক্লুনা পুরিংলেনবু নোংখৌদগী মালেমদা পুথহন্দুনা লৈম্নুং য়াখু য়াবীদা মরম পুম্বা পাওতাক্লুনা পীহল্লে ।। লৈম্নুং য়াখু য়াবীনা নোংলুম্বু কোন্দুনা থম্বশু শাথোকপা য়াদরে, উথুং অহোবা উচেকী মকোন্দা থম্বশু ওন্দরে । কাম্নদেদনা ঐনা তৌগুম্লিবা অসিদো খোইশাওরে ।। উথোং অমগী ময়াদা পুশিল্লক্লুনা মালেম থক্তা ফিঙৌ ফিশাং থারগা ফিরাংজি কিদা থাবা নোংলম্বু থম্লগা ফিরোন ৭ না কুপ্তনা লৈথমহুনা মালেম ইমাগী মফমলাংদা লৈশিল্লরম্মগা মিংম্না ইরা চেম্না লৈহল্লক্লুনা ময়ুম শঙলেন্দা অরা রাখম্না মুংবাংনহুনা কাংখং খংদনা লৈঙম্লে ।। মতুং লাংবচক কুমশিং ৩১.৮ ( লিপুন অহুম চালুপ অমগা শুপ্পা নিপান ) লৈচংলকপগী ইঙা থাজ ১৫ নি পানবা নোংকোরো শাগোলশেন মুমিংকী মুংখিল পোপ্তা লৈহুম্নরকপা য়ুংথক থানবদা থাম্বী মৈজাও হোবগুম উথোং অহুদা মৈহোরে মৈ অহুগী মমুংদা তাইবং ( পাথম ) অমগী মশক্তম ওইনা শাথোক্লে ।। মাইপৈ ৮ পী লাইনা উহুনা লাক্লে, ( উবু উরৈরোম্বা ) কোরে, শাথোক্লকপা মশকপু ( নোংদালাই পাখংবা ) মিংহুন্দুনা খোইয়ুমশিংনা পুশিল্লক্লুনা ইমা লৈম্নুং য়াখু য়াবীদা পীরে । উদি খোমম্নিনপুংদা হৌরিব; পাম্নেন উরৈরোম অসিগী মথোংদনি লাইনিংথৌ । ইমা লৈম্নুংয়াখু য়াবী লাইরেম্বীনা মচা শক্লা নাওয়োক নাওকোনজহুনা হো লম্মহনবগী কংলৈম্ন, পুং-মাইয়োন্দা উরেপ উয়ুং চারি ওইনা লৈবা হৌরে ।।

লৈম্নুং য়াখু য়াবীগী অরাবা রাখনবু কোকপীগে নীংজববু থুংহল্লগে নীংঙম্বীহুনা লাইমিংথোই অশিবনা নোংলোন্দগী মালেমদা খোঙুম্লক্লুনা অহন মতম ওইরবা তাইবঙ্গী মশক থোংবু ওইনা শাফোংলক্লুনা নোংদালাই পাখংবগী মনাক্তা চংলক্লুনা উনবিয়ে । নোংদালাই পাখংবনা লাইজেংদে লাইনিংথৌ মৈতৈঙ লোইয়ুম্বা ম্ন পুরিংবু খোইদনা তাবিরো নীংশিংজরক্লে । অহন পুং মুং-শাংবা খোইয়ুম লাইরকচন্দ শীঙ্গরববু শক্লেনশু লৈথংবগুম তৌগুমজে অশিনি হাইবশু রাঙমদে ঐবু কমদৌশিবনো নোংদম কুবিগদবা করি রাবু লৈঙম্বা কুবিও নয়াথংবু কোইরেল থক্ত লৈহাপ্পা খৌঙম খৌপুনজগে ।। নোংদালাই পাখংবা নংনা লৈবাক অশিগী লুচিং পিব ওইগদি শাথোক্লিবা অসিবু তাইবং কনাবুশু লৈঙম্বা উদে নংবু কনাদা রায়েনগে লাকপনো নংনা পোকঙম্লকপবু খোইয়ুম লাইগীদমক্তা লাকপরা তৌগুম্নবশিবু কমদৌবনো ? খোইয়ুম নংবু কনানো ঐবু খংনা খংনা অরেপ্পা নশকথোংবু হাই-ঙমজদে কুবি নোংদম তাকপীও ঐনা লৈফম অসিনা লাকপদি তাইবং মশকী মুংঙাই য়াইফা নোংদমগে লাকচবনি অহুবু তাইবংনা লৈফম্নমদবা অসিবু কমদৌশিবনো খৌঙমদে ।। উম নোংদালাই পাখংবা ঐদি ( পোইনাওতা শিদবা কৌবনি ) নঙ্গী এলুপ তাইবংদি শয়োই ঙারোই, উমংলাই লৈঙম্বা

মখোইনা ৩৫ নৈবা মীয়ৈ মীহাৎপু কীবদগী পাগী পুগী পোক্ল শাৎনফম লৈফমবু থাদোক্লুনা মিৎস্না ইরা চেম্না খোংশাম্নহুনা লোইবী পনশা পল্লোন লাম্না চত্তনা পাগী পুগী থুবমবু লৈশংনা মরমবু মীয়মলেন্দা লৈতাংবগুম খুন্দানা লৈগম্মি, মংনা তাইবঙ্গী মপী মপা ওইনা নাওকোনগনি নপুক রায়েপ্পবদি কোইজাইনরিবা তাইবংশিংবু কৌগমহুনা পুথিরক্কে ।। লাইমিংথোইনা নোংদম্বা থৌরমবু থৌওম থৌপুজনি ঐগী শথাই তাইবংবু লৈহল্লকুবা কুথি নোংদম তম্বীও লাই শিদবা পোইনাওতাদা হাইজরে ।।

থৌরমবু রায়েপ্পহুনা লাংবচক্কী কুমশিং ৩১১৩ নোংদালাই পাথংবা শাথোকপা কুমজা ৫ লৈচংলকপদা ( লাইমিংথোই পোইনাওতা লাই শিদবনা ) তাইবং কোইজাইনখিবা পুম্বদা পাউজেল্লক্কে ।। "তাইবং এলুপ শথাইশা নখোইবু নাওকোনবিনবা ( নপারি নপুরিগী ) পোক্ল শাৎনফম হৌ লম্মহনবা কংলৈ পুংমাইয়োন লৈবাক্তা তাইবং নখোইবু শেম্বীগদবগী মুংঙাই য়াইফং নোংদম্বীগে হাইহুনা কোয়ৌ নোংমদোন থক্তা মালেম অঙানবা=কোয়ৌ হনবদা তিল্লুক কম্বাল্লাংবা পাবু থংবা লাইনা তাইবং মশকথোং ওইনা শাথোক্লুনা তাইবং কোইজাইনবা নখোইবু হনওম্নকপা ওাইহুনা লৈয়ে, নঙ্গী নঙ্গী নপা নপুগী পোক্ল শাৎনফম হৌ লম্মহনবা কংলৈ মা পংমাইয়োন লৈবাক্তা লৈওম্বা লৈগল্লে কোইনা পাউজন্দুনা তাহন থংহল্লে ।।" লাইমিংথোই পোইনাওতা লাই শিদবগী পাউজেল তংবদা কোইজাইনখিবা এলুপ শথাই ৭ কী তাইবং (থরায়েন, লাইস্না, পোইরৈতোন লাইনৌতাবী, শিংতবুং, শম্বে'ং পুরেন্বী, অয়োং, চীনফুরেন লাইতোংলেন চীনখুবী, ঙাংহুম্বোক, ঙাংনিংশং, খোংলৈশং, তাইমরেং,=তাইমজাম্বা ) মখোই অসিনা লুচিংহুনা মাগী মাগী লুপ নাইনহুনা লাংবচক্কী কুমশিং ৩১১৫ নোংদালাই পাথংবগী কুমশিং ৭ লৈচংবদা তাইবংশিংবু তল্লকুনা লৈওয়ে ।।

নোংদলাই নবুথৌ পাথংবনা শরোই ঙারোই উমংলাইবু নমথহুনা তাইবংশিঙ্গী মতিক মওম্বু চাওহন্দুনা পাগী পুগী পোক্ল শাৎনফম লৈফম্বু লৈতাক লৈপিনঃ মুংঙাই য়াইফনবদা লাইরকচন থৌরিং রায়েপ্পহুনা নাওকোন চংলমবু তারক্লুনা চীংদা কোইচাই নারোংনা লৈওমহৌবা কাংবু থরবু ( থাংোক্ল লমলেকশঙ্গনা ) লুচিংহুনা কংলৈ পুংদা খোংগরক্লুনা মৈতৈঙ্কু নোংদালাই লৈবাক লুচিংবা পিবালেন নবুথৌবু পুরুম লৈপাই থাগোম্না রাহেম্লরে ।। মৈতৈঙ্কু লাইনিংথৌ মখোই খ্বাইগী রাহোম রাবু তাবদা নবুথৌ নোংদালাই পাথংবনা হাইদো, "য়াম্বা চীংদা কাইদোংনা নারোং লৈথাংনা কংলৈ পুংমাইয়োন লৈবাকপু পাগী পুগী শাৎনফম পোক্লফম লৈফম্মি হাইহুনা থাদোকপা ঙমদবনা পাম্মু মুংশিবা লৈফম ওইবনা অরা অনংবু লৈথাংহুনা লৈবদা তাইবং ঐগী থরাইবু হিংনবা নোংদম্বনা চংলম লুতিনবু থৌয়েংনা নোংদমখিবা চৌগ্লাকপু তানফংখিদবদগী চৌং মান্দা লৈওম্বা চাবা য়াবা উনা শিংনা, মহৈ মরোং, শা-উচেক নোংমা নোংমগী অফং অফংবতা

চাহুনা ভাইবং থন্নাইবু হিংনবা থোপুনহুনা চাখিবদো অয়োন অয়ানবু লৈঙমদে অব। অনংগা ওইখিবগা মৈতৈ ঐগী ইচিঙ্গাক্রুগা তানফংবা লৈকম মস্তবদগী চাখি থকখিবতনি হৌজিক্তি চীঙ্গাক অহু চারুম্নু পানা প.না, পান্নি প.ন্নিনা চানয়কপা চীঙ্গাক লাইরকচন লুভিন চীঙ্গাকপ. চাবিয়ো চীং মাঙ্গণ্ড লৈরুম্নু ভমদা পান্নি পুন্নিগী শাংনফম লৈফম্বু লৈশংনা থোথম্না লৈরশি অমুক চীং মান লোক্তাইদা লৈতুনা চাঙমলুবা ভৌরম্নশি তিলু ফম্বান লৈতিম্না চাক্তিন ফিদিম্না লৈরশি ম্নাম্ব-থোই" লোখায়ে ।। চীংদা নায়োং লৈথাংবা ( থারোঙ্গা, কমলেকশ.জনা য়াদয়ে ।। ইনিংথৌ নয়াথংবু নাকোইনবণ্ড নচচদে চাঙমলুরবা চীঙ্গাক অসিগী মহাওবু থাদোকপা থোকাওবা য়াঙমগনি হাইবদো ননাই ঐথোইবু নীংঙমদয়ে. চাঙমখিবা শা উচেক, লেম্নৈ. থরোই থয়াং অশিণ্ড ইচিঙ্গাক ওইনা চাহুনা চীংমাঙ্গা লৈঙমলুবগী মরৈ থোক ওইনা চীঙ্গাক লুখাইবা মৈতৈ লুপ অমা ওইনা লৈঙমজগে লাইনিংথৌনা লোইবী মিংয়েং থোংদাবা লৈকোইববু লেংলকপদা য়াংলৌ থোংলমবু মুংঙাইনবা লমহাই তুশেংবা ওইনা লৈজরগে কুবি নোংদম্বীহুনা পাগী পুগী এলুপ শথাইদী মুংহনবিগম্ন, ননাই ঐথোই চীংদা তোংনা লৈপানবা ঐথোইনা কুমজা থুদিঙ্গী মৈনা ঈশিংনা লৈমুংনদন্নিবা মথৈবু (পান্নি পুন্নিগী লৈশাং লৈপোকফম কংলৈ পুংমাইয়োন লৈফমদা ) হৈয়াং লৈয়াংনা পাবু পুবু কুমজাগী পুকম থাগোন লৈহুনজববু থোকাওদনা ঐগী ঐগী ইথুংনা শাবা হৈবা ফিয়োনবু ( থাংশেং, নমথাং, তোলোক ওইনবা কুমজা থুদিংবু লৈহুজগে হৈয়াং লৈয়াং অচা অথক পারি পুরিনা লাইরকচনগী চংনরমবু নামুং চীঙ্গাক নস্তবা ঐগী ঐগী ইথুন্দা তানফংনবা পোংলমগা কংলৈ পুংদা থোঙ্গুম থোজরকুন; লোইপোং লৈহুন লাংজগে নফমলাংদা থোকা লৈহুন ভমজরগ পাগী পুগী থুবমবু লৈশংবা লৈবাক্কী লুচিংবা পিবালেম্না মশংথোক্কী মশংথোক্ক: লৈশংবিহুন ময়ুম শথাই ৭ কী ( পোক্লেন শাংপা থুবমবু লৈমুং লৈমাংদনবা ) কুমজাগী প.রুম থাগোম্নবিও লৈশিম্নহুনা কংলৈ পিবানা কংলা ফম্বে লাংহুনা লৈশং-নন্নিবনি ।। চীংদা পানবা য়াম্বা ইচিন ইনাওশিংনা কুমজাগী ( লোইপোং লৈহুনবদি ) মপা মপুদা মংকং লৈহুন লাংজবনি ময়ুম মঙাম্বী কংলৈ পিবা পাগী পুগী থুবম্বু লৈশংবনা নমথেক নমথানবা য়ায়েন থোদা নোংদমহুনা মংকং লোবা নম্তে ।। লৈবাক্কী চংলম লেপ্নখিবা লাইরকচন কাইক-হোংফদবা চীঙ ভম অনিগী মশকপু থোকাওনদনবগীদমক্তা চীংমী ওম্নাশিংনা মপা মপুগী মংকং লৈহুন কুমজাগী লৈকংচবনি ।। লাইনিংথৌ নদুধোনা লোথাম্ববু য়াদনা লৈঙমখিবা চীংমীনা তুলুথাই ভানা লৈঙম্নিবা পরম্ব লুতুংনণ্ড থোকাওদনবা হাইহুনা মৈতৈ কংলৈনা নামুংবা চাবা য়াদবা মশকপু থোরাই হিংনবগীনি হাইহুনা চাঙমলুবদগী চীঙ্গাক অহুনা অহাওবা চীঙ্গাক ওইনা চাহুনা লৈখিবা লুপ লুথাইনি হাইহুনা মিংলেনবু ( হাও ) লৈহুনখিবনিদো ।। চাবা য়াদবা চীঙ্গাক কারিবু চাখিবদগী চীংমী ইচিন ইনাওবু চাকভিন কিদিম্নখিদবা পরমবু লুতুংনা থোকাওদনা নীংশিংনবগী-দমক্তা মথোইনা চাখিবা মশকপু থংনথা ( কিমুনমথাং ) মথক্তা ( শগোল, শামু, শজি, শঙাই,

উ:চক, থরোই ) নচিংবা লোল্লগা নবুধো মৈতৈঙ নোংদালাই কংলৈ পিবানা মানা ফিরোন ওইনা ফিমু লাইফি ফিরোনবু তানক'লবা চীংমীবু মশাদা চৈবী তেমথোং পিরুদে ।। ফিমু লাইফি ফিরোন অশিবু তানকংলবা মহাক অহুবু চৈবি তেমথোং তানফংবা অরা লৈথম তাম্নেংনবা থোশিল থোপুরবদি নোংদালাই ঐবু ওং নৈবনি, মহুগী অয়োন লংজববু তাম্নেংনবা ওইঙম্মু মশাগী চংলম মরাল লৈবাক্লা খুঙংনা য়ানিংদবা মুংঙাইতবা লৈঙম্লগা লৈবাক্কী লুচিং পিবা কংলৈ ম্না কম্বাল লৈকম্বদা রাহোমগদবনি । কংলৈ পিবানা মহাকপু কৌহুনা মাগী চংলমবু লৈবাক্লা য়ানিংদবা মরমবু থোপুদনবা রারক থোকাও রাত্তেমগদবনি, ফিরোল অসিবু লুত্তুংনা মশক ইশক তামত্তবু তুলুখাইনখিবগী পরম্বু থংনবা ফিরোন অমদি কংলৈ পুংদা ভত্তুনা লৈথম্বরশি, চীঙ্গী ইচিন ইনাওং শিঙ্গী মরক্তা মহৈ মশিং হৈথোইবা শাফা. লানফা, হৈশিং থোয়াংবা য়াওঙম্লকপদা মশা মশাগী মথো মঙম্বু থোথি থোয়েংনা তমগী ইপা ইপুচানা তানফংনরিবা মনা মথুম্বু হাইরিবা য়াম্বা ইশানৌ পুম্বগু তানফংনগনি ।। ফিরে'ন অসিনা তুলুখাইনখিবগী ( নচীঙ্গাক চাঙমখিবা মরমবু ) লৈখংনবা নংথোই খিবিক্কীদমক্তা ফিমু লাইফি= মনা ফিরোন থাকোনা লৈথম্লশি রারেপ্পা লৈথম্লেদো লাই-নিংথো ।। নোংদম্বা পরম্বু চীংমী তম্মী অনিনা রারেপ থোয়ানহুনা হৌ লম্মহনবা কংলৈ পুংমাই-য়োন লৈবাক্কী মথো মঙমবু চীংতম অনিনা থোঙম থোপুনা লৈপানগদবা লৈবাক্লি লৈখংনবগীদমক্তা থোঙম থোপু চংলমবু রারেপ লৈফানা লৈবাক্কী লাইমিংবু ( কংলৈ ম্না পুংমাইয়োন চীংনা কোইনা পনশাবা চাওনা কোইনা পনঙাকপা. অশংবা থম্বাল লৈকানা নাওয়োম কুয়োম লৈশাবা ) লৈহুন্না চীং তম অনিনা লৈবাক্কী য়াইফা য়াইফং শিম্বোংবু থোপুনা লৈপান্নরক্লিবা অশিনিদো লাই-নিংথৌ ।।

লাইনিংবা অহন থম্বতাও নয়াথং পাউশাদগী পরম থংদববু থংঙম্লে অহুগা চীংদা লৈবা য়াম্বা ইচিন ইনাও ইম,-ইবেন লৈঙম্লিবা অসিবু মৈতৈ ইপাচা ভাক্তনি হাইবা পরমবু লৈখংলে অহুগা চীংমীশিংগু মৈতৈ এলুপ শথাইগী য়েক শলাইবু লৈরাত্তনা লৈঙম্লিবা অসিনগু অমত্তনি থোত্তাক্লি, চাবা থকপদা ভিলু লাংমিন্নরমদবগু মৈতৈ ইপাচানা তাইবং থরাইবু হিংনবা চাবা চীঙ্গাক্কা লৈভিন্নদে পাগী পুগী চংলমদা নামুংবা চীঙ্গাকপু চাঙম্বদগী তুলুখাইখিবনি থংজরে ।। অহুবু ভমদা লৈবা মৈতৈ ইপাচাগী ইয়োনগা চীঙ্গী ইপাচাগী লোনগা মান্নদরিবা অসিনা করি কমদোনবনা লৈভিন্নদবা ?

লাইনিংথৌ পরম অহুদি নবুধো মৈতৈঙ নোংদালাইনা (উমংলাই শরোই ভারোই হিংচা য়াইতম্বা) লৈঙম্লম্ববু তাথি নাওইনা রায়েন থোদাহুনা তাইবং মতু শোনবগী য়াইকনবতা রায়েন রারিং থোপুরকপদা ভমদা লৈবা ফিরকুনা চীংমান লোক ভাইদা চেন্দুনা নারোওনা লৈঙমথয়ে চীংদা লৈবা তাইবং

পুক্কিং খোইজং লৈত্তানবা লৈমিন্নরক্তুনা শারোই ঙারোইশিং মানা মানা লৈত্তিন ফম্বান্নাংবা লৈমিন্নখিবা শরোই ঙারোই উমং লাইশিং অদুনা ঙাংবা শকপা মরোনবু তমজনা ঙাংঙম্নখিবদগী পাগী পুগী ইরোন্দগী লৈচোংখিবনি কংলে ইরোন্দগী লৈচোংখিবনা রাইজ ম্নারাবু অরুম অয়াং খংদরবগু শনম ইনমবু লৈত্তিনববু মখোইনা পাউশারিবনি লাইনিংথৌ ।। পরম পুম্ববু পাউশানদুনা তাহন খংহন্নবদা চৌংমী পুন্বনা খোয়ায়ে ।। লাইনিংথৌ মৈতৈদু এবু লোইব, ইনিংথৌ কুবি নোংদম্বা পুরারি ভাঙবদা পরম খোরম ইথৌ ইঙম পুম্ববু লৈখংলে ।। কুমজাগী পাগী পুগী থোগন মংকংপু লাইরকচনবু থোকাইদন লৈকা লৈহুন তম্না লৈশিন্নজরগনি, ঙসি রারক থোকাও রাতেম হুমিং অসিদগীবু অরিবা চৎনলমবু নোংহোনা লাইরকচন নামুং চৎলমবু নত্তনবা লৈবা খিবিকপু খোয়ানা লৈবাক খোইজং লৈত্তানা লৈপান্নববু ( পনশা পম্বিংনা ) থোপুরনি কুবি নোংদম তম্বীও রাহোয়ে ।। রাহোম রা তাবদা মৈতৈদু লোইয়ুম্বা পিবা নিংথৌরেম্না চৌংমী ফাঙম পুঙম্নকপবু নীংখি চংথোন্না পিজ পিপতুনা পাউমেল্লি, “য়াম্ব, ইশানৌ পুম্নমক নখোই খ্বাইবু এনা ফাদুনা লৈফম অসিদা পুঙম্নকপদি তিন্নু ফম্বান লাংমিন্ননিংদুনা পুরকপনি পাগী পুগী চৎলম লাইরকচনবু থোকাওদনবা নিংশিং পাউশানদুনা লৈবাক হুংঙাইনবা চাকহোং ঙাহোংনা লৈবাক মরা ঙপ্পা লৈপাওবা ঙম্নবা পরম থোরখু তান্ন খম্নজনিংদুনা খোপুক্কবনি, নদুক খোইশাও লিনশাওনববু লৌ খান্না লোইয়ুম্বা এবু কুবিও, নঙী নঙী লৈফমদা লৈহল্লে কুমজা কুমজাগী চৌং তখু লৈত্তিন ফম্বান নঙমশি পরম পুম্বা রাখম্নশি হনঙম্লো নোংদম্না হন্নখরে ।।

# য়ুমদা য়ুমখাইবা, য়ুম খুদিংগী লুচিংবা পিবা হাপ্পা

লাংবচক্কী কুমশিং ৮১৭৯ নোংদালাই কুমশিং ১০৭১ গী চহী থাজ শক্তিভূদগী কুচু শঙলেন্দা য়ুমখাই য়ুমদাবা পুম্ববু কোহুবা কুচু শঙলেন্দা মীতিন লৈফমদুনা মৈতৈদু লাইনিংথৌ লোইয়ুম্বা নিংথৌরেল লৈবাক লুচিং পিবানা লৈবাক শখাই পুরগী রাভার রাখম্নদুনা য়ুম খুদিংবু মপা মপু পোকপবু থোকাওদনা নীংশিংনবা কুমজা খুদিংগী ইরাৎ থৌনি খাগোম্নবা থোরম্ব নোংদম্না থৌঙম থোপুনবা থৌশিন্দুনা য়ুমখাই য়ুমদাবা খুদিঙ্গী ( থৌশিন থোপু নোংদম্বা পিবা )=ময়ুম শাগৈবু লুচিংবা হাপ্পুম্না নোংদম্মি ।। হৌ জম্মহনবগী ময়ুম এলুপ শখাই ৭ মক চৌজিক্তি শখই লৈ ঙম্নিবা ৭ মকশিবু মাগী মাগী শখাইগী মিংলেন্দি লৈপুনা ময়ুম য়ুমখাইবগী মমিংদি মানা মানা কুংশি খোইচংবা মপা মপুগী মমিং নত্রগা মানা মানা শুবা মখৌ মশিন্দা নত্রগা মশা মশাগী চৎলমদা লৌশিন্নদুনা মিংহুন তম্নদুনা য়ুমদা য়ুমখাইনা লৈঙম্নবা অসিগী য়াইফনবা ময়ুম খুদিঙ্গী পিবা, য়ুমখাইবা য়ুম য়ুমগী লুচিং থোপুবা অমমখু হাপ্পশি পাগী পুগী পুরুম ইরাৎ থৌনিবু

ইপাচাশিঙ্গা উনহুনা থোকাওদনবা কুমজা খুদিঙ্গী ( য়ুম শাগে ফুঙ্গা পোকপা )= লাই চাক্লোন কংপা ইরাৎ থৌনি থাগোনবা হাইনা ইপা ইপুবু লাংনশি । থৌশিন থৌদা নোংদমদি ময়ুম য়ুমথাইবা অহুগী পিবা অহুনা থৌশিন থৌপুনগনি, পিবা অহুনা নোংদম্বা থৌরম্বু ময়ুমশিং অহুনা থৌওম্নবা থৌ-পুগদবনি । ময়ুম পিবা অহুনা য়াদবা চৎলম্বু ময়ুমশিং অহুনা নমথেক নমজানহুনা থৌওম থৌ-পুনরোইদবনি । নয়ুম পিবানা য়াদবা মশক অহুদি লৈবাক ঐথোইনশু য়াওম্নরোইদবনি । লুচিংবনা চৎলম লুত্তিন কাইনা থৌশিন থৌপুনরকপা খুদিংদা ময়ুম য়ুমথাই য়ুমলেপ্লিবা খুদিংনা য়ানিংদবা ওইওম্নক্রবদি পিবা লুচিংলিবা অহুবু লৌথোক তাম্মোক্লুনা মথং মনাও য়াম্বা থৌথন চৎলম্ব লৈয়েং লৈখিনা লৈহাপ্লুনা মহুৎ মরেংবু লৈশিন্নগনি ।।

অহুগা ( য়োৎখলোং ) কংলৈ পুংদগী শাথোক্লগা পিওম্লিবা অসিনা য়ুমথাই য়ুমদারিবা খুদিং-মক্কী ( ফুঙ্গা পোকপ লাইনি ) – লাইগী খুবম্নি লৈথংগনি. খলোং অসিবু ( থম্বা য়ুংবদি ) নয়ুম য়ুমথাইবগী পিগা লুচিংবগী মরাম য়াইদা লৈথম্লসি । য়ুমথাইবা লুপ খুদিংমক্কী ( য়োৎখলোংবু ) কংলৈপুংদগী লৌথোক শাথেক্লুনা পিওম্নগা নোংদম্মি, ময়ুম য়ুমথাইবা পুম্বা নংগী নংগী পোক্লেন শাৎপগী খুবম্ব লিংহুনা কুমজাগী ইরাৎ থাগোম্নরিবা নয়ুম পিবা লুচিংবা মরি অসিদি মমিং ( অঙোম নিংথৌ, মোইরাং নিংথৌ, লুৱাং নিংথৌ, কৌরশি ) । নিংথৌ ৪ অসিন থাগোন্নরিবা ( পোক্লেন শাৎপগী খুবম ) অসিগী ইরাং থৌনি থৌথন লৈচংবদি খুমন শলাই য়ুমদাবনা খুমন পোকপগী থৌথন লৈচংববু তেংবাংগনি ।। অঙোম য়েক্কী য়ুমদাবনা অঙোম পোক্লেন শাৎপগী কুমজা থৌগন চংববু তেংবাংগনি ।। মোইরাংনা মোইরাং পোকপগী থৌথনবু তেংবাংগনি ।। লুৱাং শলাই য়ুমদাবনা ময়ুম লুৱাং পোকপগী থৌথন লৈচংববু থৌওম তেংবাংগনি, নোংদম্মা কুমজা খুদিঙ্গী মপা মপুবু নিংশিং ইরাৎ থৌনি লাইনিংলাইশোনবু কাওদনবা থৌশিন্দুনা মপা মপুবু নিংশিং ইরাৎ থৌনি লাইনিং লাইশোনবু কাওদনবা থৌশিনহুনা মপা মপুবু নিংহল্লি ।। মৈতৈগী লাইনিংথৌ লোইমুগনা য়ুমদ–য়ুমথাইবগী মমিং লৈহুন লৈথাইনা য়ুমদাবগী পরম্বু লুতুংনা লৈথংনবগীদমক্তা । ( য়েলুপ শথাই নাওদা য়ুমদাবা ) মিংহুম্না পুৱারি অমা ইথৎ য়েকথত্তুনা থম্বা হৌওম্নে ।।

য়ুম অমনা শুবা মশিনবু য়ুম অমনা শুহন্দে, হাইজ নপচবনা লৈথাংবা ওম্নদরগা ময়ুম অহুবু লুত্তুংন লৈথংনবা ( শিন্নাংবা = অপকমা. চংখিবা, থাইখিবা ) হাইবা রাহৈবু লৈহাপ্না ময়ুম অহুবু লৈয়েক লৈগম্নে ।। থাও শাববু ( থাংজম ), য়োৎ পিথাই কোরি, শেজেংবু মহি চেলহম্নগা কোনকু লিংহুনা হৈহুনা মশক মওং পুথোক্লুনা শাবা য়ুম্বু ( অহৈবম ), লিংরুং শাবা য়ুম্বু (লিশম) তেন শাবা য়ুমবু ( তেনজম ), ফিমু ফিরোম্দা ফিজমদা লোন্দুনা শাবা কাংবুবু ( খোইশ্রাম, য়ুম্নাম) কাং শাবা য়ুমবু ( কাংহুজম ), টা শাবা য়ুমবু ( তাইমজম = তাইবুংজম ), লোও শুবা য়ুমবু

(লোংজম), অশুম্না মথল মথেল মিংহুন্না য়ুমদা-য়ুমখাইবগী মিং য়েন্নে । কোমশাববু (কোমশম) শমুক, য়োংশবা শাববু (শমুকচম), পে হুমাই শাববু (পেৰম), ফিশাবা লুপপু (ফিশম) হি শাবা কাংবুবু (হিজম), উ শুবা য়ুমবু (উশম), য়ুম শাবা লুপপু (য়ুমলেনবম), শগোল শেনবা শগোল থাকপা লুপপু (শগোলশেম), ষনগী মথৌ হোংনববু (ষনাশম, ষমশেনবম), ম্না লুপানা লীক খুজি নাশি শাবা কাংলুপপু মথোইনা শেন্নক শান্নকপা মশকপু তনৌ তহেন্নে হাইহুনা (তৌরাংবম), কাংঙা কৌবা উচেকপু শেলহন্দুনা লৈঙবা কাংবুবু, কাংজৈ কাংহু শাবা লুপপুশু (কাংঙবম, কাংজম), য়াহৌ ঙম্না হৌহুনা মথৌ মতম্‌ শিম্পানরম্বা থৌঙম থোপুনরম্বা শিংবু খন্দোকুনা (চরোইবম), মিংহুন্না লৈথম্নে । লৌ ইংথোল শুবা উবশিংবু (লৌরাংবম, লৌরুংবম), লাইরান শাবা হৈবশিংবু=নোংমৈ শাবা হৈবশিংবু (নোংমৈকাপ্পা) য়ুম হাইনা লৈহন্দুনা কুমজা খুদিঙ্গী লাংবনগী থবান নোংমা পানবদগী থৌহৌনা পুখৎহন্দুনা অরু অহেনবা মহৈ মশিং মপুক লুন্নাং হৈথোইবা তান্নহন্দুনা থাজা ১০ নি লৈপানবা মুমিত্তা অকন অথৌশিংবু (উকাই কাপ্পা) হাইহুনা মথুৎ চুম্বা তান্নহন্দুনা মতুংদা থৌরম খুদিঙ্গী মনা মথুম পীহুনা লৈবাক্তা মপুক রাখনবু থৌগৎপীহুনা মহৈ মশিংবু হৈজবগী মথক্তা হৈঙম্নরুবা থৌশিন্ন হরাওহন্দুন থৌরোইনরে ।

## নৌহৌননা অমুক তাইবঙ্গা লাইগা য়েংথিনবা লাই চেনখিবা

লংবচক্তা কুমশিং ৪.৮০ নোংদালাই কুমশিং ১০৭২ গী থরান থাগী নোংমা পানবা থাংজগী মুমিত্তা তাইবং মথৈ রাতান্নহুনা অচা অথক অথুম অহাও কবোক, হৈবোক, লফোই, লতং থরবু ফিনা য়োমশিন্নগা (লোইশঙ্গী দরি মপান্দা) থম্নে । লাইরুপ শঙলেনগী অরাং থংবা উথোক্কেনগী ময়াদা ফিনা পুন্দুনা ময়োম অহুনা লৈবদো লোইশং কাবা লাইশু মীশু পুম্নমক লেইনা উই, ঙাইহাক লৈরগা (মীরৎ নারত্তা) লাইশু মীশু পোথানহুনা ঙাইহাক্কুং লৈনরিঙৈদ লোইশং কাবা তাইবং (লাইথংবা লাই হিদংনা) মথুৎ থুবাক্তা লাইরা অমা শান্নরক্নে ।। (থাগী চেথুম্বা ঙম) লাই হিদং ঐবু তুয়োম্না, ঙম লাই হিদংবু মীয়োম্বা ঙম, লাই হিদংবু মিহিং য়েম্বা য়োম্মরে ।) হাইনা শোন্দুনা মশা পুম্বা তৈহুনা নাপ্রগা চংশিন্নকুনা ময়োম অহুবু পুহুনা চংখরে, মথোই তাইবং মথৈ রাতান্নহুনা ময়োমবু থৈহুনা থমখরে ।। মতুংদা তাইবং মথৈনা রাহংনরক্নে লোইশঙ্গী অরাং উথোক্কেন দারিগী মন্নাদা থম্বা ফি ময়োম অদো কনা কনা লৌশিনবগে রা-হোম্নরক্নে ।। মীনশু লাইনশু উদে থংদে লৌশিন্নদে হাইনা রাখুম্নরে ।। লাইথংবা লাইহিদংনা হাইয়ে, উথোং অসিগী মন্নাদা ইঙান ঙান্না লৈবা ময়োম অহুবু উদে থংদে লৌশিন্নদে হাইনরিবা অসিবু কয়ি কমদৌনরিবা রানো হাইনরিবা রাফম অসিবু লোইশং কাবা তাইবং অমনা হাই,

উবদি উইনা উখোং ময়া অসিদা লৈবদি উইনে লৌশিন্নখিবগী ময়মবু খংদে উহৌদে হাইবনি। অমনা হাই. উখোং ময়া অসিদা লৈবা ময়োম অতুবু লৌখিবা উঙম্নদবা অসিদি উহন খংহন্দবা ঙম্বদি খোইয়ুম, লাইরুপ্তুনি মীরুপ্পনি উহন খংহন্দবা খংবা হৈবা ঙম্বা নত্তে হাইনরিবা রাক্ষম অসিনদি লাইরুপ্পা লৌশিনবনিদনা ।। পাউশানবদা লাইলুপ্তা রাতান্নবদগী মীরুপকা লাইরুপকা নিংঙাই শাংথাংনতুনা মৈতৈঙু লাইনিংথৌ পিবা লোইয়ুম্বা নিংথৌরেন্দা রাকৎ রাহোম্নরে ।। মৈতৈঙু, লাইনিংথৌ লোইয়ুম্বনা কুচু শংলেন্দা ফম্বাল লাংতুনা রাহোম রাবু রাহংলক্লে । তাইবং য়াথ্বা ইশানৌ অঙম্বা ফম্বে লাংবা পুম্বদি ময়োম অদু লৈবদি উঙমহৌইদনা ? ঐবু লোইবা লাইনিংথৌ ময়াম অহনা লৈবদি উঙহৌই য়োম্লিবা পোং গদু করিনো হাইবা মণক্তি খংজদে, ময়োম অসি নুমিদাং-রাইরমদদি উদবে, লৌখিবশু খংহৌদরে মনুম ইরাময়াইদা হনঙম্নবা মতমদা ময়োম অতুবু লৈথিরক্লে ।। শংলাকপা নোংয়াই লাইবনা ফম্বে মাতিন লোইরগা শালেন মপু নোংদম্বা (ইবুধৌ পাখংবা খাংজেংনহাদা) লৈপাই লৈহুন্নবা ওথেনপোং য়োমতুনা মক্ষম অসিদা থম্ববু লৌশিন্নবা হাংবরা পুথোরবউ ঐখোই লাই তাইবং চংনা পুরুম পৌনি লৈপাইনবা থৌপুরশি পাউশা পাউহংনঙম্মি, মতুদা ননাই ঐখোই ময়াম্না রাহংনবদা লৌশিন্নদে লৈহৌবদি উরম্মি লৌখিবদি খংহৌদে হাইনা লাইশু তাইবংশু রাথুম্নতুনা নিংঙাই শংদনরিবা অসিনি ।। উম খংলে অঙম্বা নফম্নাংদা হঙ্গিলো, য়াম্বা অঙম্বা য়াম্বা থৌবা লাইবা য়াম্বগী ময়োম অতুদা য়োমখিবা পোৎশক্তি করিনো ? লাইনিংথৌ খোইয়ুম লাইদা মাইয়োকফা লাংনবা ( করোক অথূম অহাও, হৈকন লাকন, লফোই লতং, হৈ-লৈ, চেং, থোইদিং, মৈরা পথেৎ, মেক্রুক, হৈশাং মনম নাইবা, চাইরেন পুখম চেংবা মাইয়োকফা লাংনবা, ইশাইফু ওইনবা চফু অমা, হৈনৌ মনা ৫, পয়া মচেং অমা, থিকশেংনবা উহং মনা, নাপী, শিংবী উহং লৈরাং শেন্দাং মথা শাবা ১৮, তিংথৌ খরা; মৈ ইরাংনবা শিং মরম ৫ থক্কা ) পুন্দুনা য়োম্বা ময়োম্মি লাইনিংথৌ কুবি নোংদম তম্বীনি । খংঙে য়াম্বা অঙম্বা ফম্বে লৈফমদা লৈচং ফম্বালে ।। কংলৈ ফম্বাল লৈশংবা লৈবাক লুচিং পিবা ঐগী খোইয়ুম লাইলুপ ফম্বে কম্বা পুম্বা খোইয়ুম নঙমবু লৈহকপা অমম লৈশানববু ইঙান লৈশানবা থোঙম থৌপুনতুনা তেং-বানবা অসিগী নুংঙাই য়াইফনবা থৌপুনরক্লবা খোইয়ুম নখোইনিদো, খংদবা উদবা লৈতবা লাই নখোইনি খোইয়ুম নখোইনা শেম্বীবগী মশেমথোক তাইবংশিং অশিবু য়াইফংজনবা শেম্বীশে ।। তাইবং হাইবা মপোক অসিদো মতু শোনবা খোইয়ুম নখোইগুম্না লারৈ লাথুপ শান্নবশু থোঙমদবা পোক্লগা শিবা, শিরগা পোকপা খোংলম্না মথৌ মঙম ওইবা ঙাক্তনিদো ।। খোইয়ুম লাইগুম্না খংদবা উদবা লৈতবা মঙমবু খুদক খুদক্তা তাম্লেংনববু থৌঙমদবা ঙাক্তনিদো তাইবংশিংনা ইরাৎ থৌনিগীদমক্তা য়োমতুনা থম্বা ময়োম অতুবু খোইয়ুম পুম্বনা খংনবা খিবিতুনা পিঙম্নবা তৌবিও তাইবংবু অয়েং তাহনগনু নোংদম্লে ।। নোংদম রায়েনবু থৌপুনা থৌকা থৌপুবা খোইয়ুম

মখৈনা কোইনা লৈখিবদা পোত্তি ফংদরে পোৎপু য়োম্বা ফিদি ( লাইখুন্দিন য়োক্ট্রেন শঙদা ) তাহনা লৈঙম্নমহুনা পুঙয়হুনা মৈতৈঙ্গী মফম্লাংদা পোৎয়োম ফিদি লৈরম্নে পোৎলমদি য়াউরমদরে পাউশানা ফিকংলে ।। খোইয়ুমশিংনা রাহোম পাউশানা পোৎয়োমশিবু পিঙম্নবদা নোংদম্নক্লে ।। খোটয়ুম নখোইবু লৈফম ফম্বানবা য়াওনা য়াওনা পোৎয়োম অহুবু লৌখিবা উদে থংদে হাইবা ফিদি লৈরম্নে পোৎলমদি য়াউরমদরে ফিবু পিঙম্নবশিবু করিনো, থংদা উহব৷ লৈতবা খোইয়ুম নখোইনি উহন্দবা ঙম্বগু খোইয়ুম নখোইনি ফি অসিদ৷ য়োম্নকপা লৈবা খিবিক্লো৷ থোকাবা লাইমখৈনা ফংনবা খিহুনা পোৎলমবু রাস্তনা লৈহাপ্ননা শীঙম্নগা মখোই পুম্বগী ইরাং থৌনিবু তৌহল্লু নোংদমহুনা খোইয়ুম পুম্বনা খি তুমহুনা থাইগংনহুনা লৈহুনা পোৎলম্বু রাশুনবা থৌরাংহুনা শিংলে ।।

মতুংদা তাইবং লোইশং কাবা অঙম্বশিংনা নোংদম মরু নম্বোনবগী মফম্লাংদা খোইয়ুমশিংনা তাইবং ঐখোইগা খোইশাওনবা রাহৌনরে ।। রাঙম্নবা কুচু শংলেনবু ইরাং থৌনিবিও রাহোম-জহুনা নোংকোরো অহুদা মরু নোংদম্বনা তাইবংশিংবু রাঙম রাইফংনবা রাম্বেন থৌদাবা (পাথংবা তাঙরোইলাই থাংজেংবহা ) কৌববু মৈদা লৈপুন তম্না ইরাং থৌনি থাগোম্নবিরে ।। মতুংদা খোইয়ুমশিংনা মরুদা রাহোমজে ।। নোংদম মরু নম্বোনবনা রাখুম্নে, খোইয়ুমশা নংনা তৌবনা নংনা ফংবনি ঐনা তৌবন৷ ঐনা ফংবনি নপুক হরুগু খোইশাওনগম্নু নচা ননাওবু রারক রাতেমদ নমথেক নমজনহনখিবগী লমন খুলংবু লৈশিং থৌহৌনবনি । রারুম্নু লুতুংদা খোইয়ুম নখোইদো তাইবংশিংনা শীজরগা চারখিনি পিজ পিথকপিদ্রগা তরা নপুক শিত্তুনা লমথোং খুদিং কোইচাইনা নপুক পারনা চত্তুনা চাক্নি ফিনিনা লৈপানবগু তাঞ্জেংলখিনি থৌহৌবদা মঙাইরি কুবি রাধন থৌপুনৌ ।। নমথেক নমজানগম্নু নঙম নঙম্বু লৈহরুখিবদগী খুম্নাক লৈতারুখিবদো নিংশিংনৌ শাওগম্নু নকম্বিনা নঙম ফোইদোকচবনি পাউদারুগা নোংদম মরুবু শংলেন্দ৷ লৈচংখরে । মরুগী পাউশা তাবদা থৌকা লালুপ কাবা লাইনিপা নুপী হৌনহুনা অয়োনবা লাইখুন্দিন লৈকম্নরক্লে ।। ঐখোই অসি তাইবং তমদ৷ লৈবগা চামিন থকমিম্নহুনা লৈবা য়ারক্লোইদৌরে ।। নখোই ঐখোইবু কোক্তনবিনবা ইপা ইমা তানফংলোইদৌরে, চৎলশি খংহন্দনা নোংমা নোংমগী ঐগী ঐগী লালুপ কাবা থৌরোইলম্নগা খোঙ্গুম্নবদা ঐনা ঐনা লৈনিংবা লমদম মাইগৈদা চৎনখরশি লৈহল্লক্করে হাইহুনা রাহং লৈখিনরমুশে রারেপ্নহুনা মতুংদা লালুপ থৌকাবা খুদিঙ্গী চেন্নখিহুনা ময়ুমদা লৈ-হম্নরক্করে ।।

থৌরম্নু নোংদম মরুনা থংলা উরহুনা পোইরৈ চাদোন শুদোম্না লৈথি লৈঙাক লৈকম্নবগী-দমক কাইবিরোন মরুগা রাতাম্নহুনা নোংমা নোংমগী খোইয়ুমশিংনা চেন্নখিহুনা থংহন উহন্দনা লোত্তুনা তাইবং লারুগা লমনশিঙ্গনি রাখন লৈখানা ভাইঙম্নখিববু নোংমা নোংমগী থৌকাওদনা ( পুরারি লৈয়েক লৈথম্বা ) থৌহৌরে ।।

মরু অনিন। লুতুঙ্গীদমক্তা থোখন্না পুরারি ইনবগী রাভান্নববু থোরোইব্ববদা মৈতৈঙ. লোই-য়ুম্বগী মফম্লাংদা রাহোম্না পাউশারৈরে ।। মৈতৈঙ. লাইনিংথৌ লোইয়ুম্বা নিংথৌরেন কংলৈ ফম্বাল মেন শংবা লৈবাক লুচিং পিবা রায়েন করা রাফাওব। লৈবাক্কী অশোন অনাবু নাওয়োক নাওকন্নববু থৌঙম থোপু থৌশিনবা ইনিংথৌ থোইব্রুম লালুপ থোকারন্না নথৈবু রাভান্নতুনা নোংমা নোংমগী লোন্না চেন্নখিতুনা লাইরুপ শংলেন্দঃ লাইনিপা মুপীবু অমতা লৈঙমদরে ।। মথোইদগী লোতুনা চাখিবা পেংলম্বু ভাইবংশিংবু লনশিংহন্দুনা মথোইনা অমুক চাখি থকখিনি হাইতুনা নোংনগী লালুপ পুতুনা মাইকৈ নাইনা ভাইবংবু ঙাইতুনা লোৎ লোত্তুনা ভাইবংশিংবু ঙাইতুনা থুত্তুম শিংনতুনা লৈভয়রে ।। মশিনদি লুতূঙ্গী চাংদোন শুদোন্দা চখোক চংশিন থবক পনাই তৌবদা লাইশিং অশিনা ভাইবংবু লুমতুনা ঙাইবা মাইগৈ, মুমিৎ থবান লৈখংদতুনা চখোক চংশিন তৌঙমলুবনদি থুদোং চাদবা ভাম্বেংগদৌরে মশিবু থংনবা অরাবনু কোক্লবা পরন অমতং স্না নোংদম্বীরনদ্রবদি কমদৌশিবনে লাইনিথৌ ।। মরু নয়াথং কুবি নোংদম্বা নয়াথংবু থংজরে পোইরৈ চাদোন শুদোনগী য়াইফংনবা পরমবু মরু অনিনা নোংদন্নবিও ।। লৈবাক্কী লুচিং পিবাগী য়াথংবু লৌরবদা মরু অনিনা লাংবচক্কী কুমশিং ৪১৮০ নোংদালাই কুমশিং ১০৭২ গী মতুংদা লৈখাইনা ভারে :

# লাইনা চেন্নখিবা লৈখিবা মাইগৈ

শক্তিভূ. থবান, পোইন্ম থানা থামাংবা মুবিং=থাশি. মুমিৎনা থাংজা মুমিৎ, থাবান্না ৮-১০ নি পানগদবা মরিন থাবা লাই নিপা মুপী থবা ভাইবং লাকপদা য়োংকনি হাইতুনা ময়া কাথত্তুনা চত্তুনা লৈথরে, মাইগৈনা চিংথৈ মাইগৈদা ফমতুন ঙাইতুনা লৈখি ।। কালেন, লাংবন রাকচীং থাজগী থামুৎপা. মুমিৎনা য়ুমশাকৈশা ।। থাবান্না ৪-৯-১৪-২৪-২৯ থবান অসিদা লাইনিপা থবা অরাংদা লোন্না চত্তুনা লৈথরে ।। নত্তিক মঙানবু লৈহকপী লাইরেম্বী থরগু থাজ থবান ২-১০ নি পানবদা চেনখিতুনা লৈমিন্নখি ।।

কৌক্র লাইচি পাংবদা মুমিৎনা লৈবাকপোকপা মুমিত্তা মরিন খাবা লাইনিপা লাইমিং (হুনি) কৌবা অমগু চৎখিতুনা ময়া কাতুনা ভাইবং লাকপা ঙাইতুনা লৈখি ।

ইঙেল. হিয়াঙ্গৈ, লমদা থাজ অহুম অসিগী থামুৎপা মুমিত্তা শাহিং, ঙাহিং মীশা চাবা লাইমু থরগু চৎখিতুনা লৈখি ।। থাজ থাবন্না ৭-১৫ অসিদা মরিন খাবী লাইরেম্বী থরগু চেনখিতুনা লৈখি ।।

নোংচুপ্তা নোংকোরো নোংমাইচিং মুমিত্তা লোইশং কাবা তুবি লাইমু অমশু চেনখিচুনা তাইবং লাকপবু য়োংকনি হাইচুনা ময়া কাচুনা মুমিং অশিদবু লাক্লবদি হাইনা লৈরে ॥

ইও., মেরা, কাইরেন থাগী পাবু মাংখিবা মঙালবু মমথিবা মুমিত্তা ( তুবি শাহিং, ঙাহিং, মীশা চাবা ) লোইশঙ কারম্বা মচু মুবা (৩) থকপু চৎখিচুনা ময়া কাচুনা ঐখোইনা লৈকম্বা থাক্তা অসিদা লৈকম অশেংমদা লাক্লুনা লৈঙম্লবা তাইবং মখৈবু ফাচুনা য়োংকনি ঙমহৌদ্রগা চিকনি হাইচুনা লৈখরে । লাইরেম্বী মরিন থাবী খোইশাও লিনশাঙগনবী থরগু থাজ থবান ৬-১৪ নি পানবদা চেনখিচুনা লৈখরে ॥ লাই নিপা মপুক ফত্তবা থরা অমুক হৌনচুনা থাজ থবান ৩-৮-১৩-১৮-২৩ ২৮ দা চেন্দুনা লৈখি ॥

নোংপোক লমদা থাংজ মুমিংকা শগোলশেন মুমিংকা থবান ১-৯ গদা লাইরেম্বী মঙাল লৈহকপী অনিবু হৌনচুনা চেনখিচুনা লৈখি ॥ মতুংদা লাই নিপা ৬পু হৌনচুনা থজা থবান ১-৬-১১-১৬-২১-২৬ থবান্দ চেনখিচুনা লৈখি ॥

মৈরম পাংবদা- নিংথৌকাবনে, লৈবাকপোকপনে, য়ুমশকৈশানে, ইরাইনে মুমিং অশিদা লাই ফত্তব, ৪ না মুমিংপু য়েন্নচুনা লুমচুনা লৈয়ে ॥ মতুংদা লাইরেম্বী লাইহিংচাবী অনিথকশু তাম্নচুনা থবান ৩-১১ গা পানবা থবান খুদিঙ্গী তাইবংবু লুমচুনা ঙাইচুন লৈঙম্লরে ॥

মখা মাইগৈদা চেনবা- শগোলশেন, য়ুমশাকৈশা মুমিত্তা লাইবুংথৌ মরিনা খাবা অনিবু চৎখিচুনা তাইবং মতু শোনবা লাকপা লুমচুনা লৈয়ে ॥ মতুংদা লাইবুংথৌ মরিনা থাবা ৬ থকশু রাতাম্নচুনা থবান ২-৭-১২-১৭ ২২-২৭ থবান অসিদা লাকপা তাইবংশিংবু লাক্লগনি হাইনা লৈখি ॥ লাই হিংচাবী অনিমশু থাজ ৫-১৩ নি পানবদা চেনখিচুনা লৈখরে ॥

মোইরাং সপোং পাংবদা - লৈবাকপোকপা, নোংমাইচিং, শগোলশেন, ইরাই মুমিং মরি অসিদা লাইবুংথৌ ৪ না মাগী মাগী লালুপ মুমিং থাইনা লুমচুনা তাইবংবু ঙাইচুনা লৈনরে । লাইরেম্বী অনি অমশু থাবান ৪-১২ নি পানবদা চেন্দুনা লৈখরে ॥

লৈথক লৈখাদা লোম্লনা লুমচুমা লৈবা থবান :- লাইবুংথৌ মরিন, থাব হিংচা য়াইত্তবগী চংলম্বু থৌপুবা ৫ না রাতাম্নচুনা, নং ঐনা লৈকম্বা মুমিং মুমিত্তা তাইবংশিংনা নং ঐগী লৈকমদা শিম্বা থৌপুনবা লৈচংলকপ, তাইবংশিং অদো ঙম্বমখৈ থৌপুনচুনা চৈবি তেমথেংহন্নবা থৌপুনশি রাতাম্নচুনা লোইশঙদগী চেন্দুনা লুমচুনা লৈঙমখরে ॥ থবান ৫-১০-১৫-২০-২৫ থবান অশিবু লৌয়েন্নচুনা লৈঙমখরে ॥ হে তাইবং হাইরিবা মুমিং থবান লাই ক্রুবশিংনা লৈখিবা মুমিং থবান অচুবু লৈবা মাইগৈদা চংকন্ন য়ারেক লমদনবা তৌগমু নোংদম্বা মরু অনিনা লৈখয়ে ॥

খোইয়ুম থৌকা থৌপুনবু য়াম্লক্রবদা মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ লোইয়ুম্বা লৈবাক লুচিংবা কংলৈ পিবানা ( লাইতিনকোল লাইখুম্বিন শঙদা ) লেংশিল্লকুনা থৌয়েংভি লাই থরদি লোইশঙবু শঙহুনা লৈঙয়ম্মি ।। লৈঙম্লম্বা খোইয়ুমশিংগী মফমদা রাহংভি, খোইয়ুমশা নখোইদি কৈদৌঙৈ খোংশানগদৌবা ? ইনিংথৌ ঐখোইদি চেঞ্চয়োই লোইশঙগী থৌকা থৌপুনা স্না থৌগল লাংহুনা লৈবাক অরা অনংবু থৌকোক্লবা রাঙন থৌপুববু থৌয়াঙনা লৈবাকী চংনলথু কাইদনা থৌপুহুনা লৈজনি ।। খোইয়ুম নখোই অসি মথৈদি তাইবংশিংবু মুংশিবিবা মত্ শোনববু নাওয়োক নাও-কোন্নবিগে ওইঙমহৌবা খোইয়ুম ওইরে ।। কোরৌ অসিদগী থৌহৌনা খোইয়ুম লৈঙমহৌবা নখোইগা মুংশিনবা লৈভিন ফম্বাল পাউশানবা য়ানবা তাইবংশিং অদুগী ( ময়ুম ফুঙ্গা লাই ) ওইহুনা চামিন থকমিন্নহুনা লৈমিন্নরো, লুহুঙ্গী চাদোন শুদোন ফাওবা খোইয়ুম নখোইনা কোঙ্গন নোংদম নাওয়োক থাগোন্না লৈমিন্নরে নোংদম্লে ।। ময়ুম ময়ুথাই য়ুমদাবশিঙ্গী ময়ুম ফুঙ্গালাই ওইনহুনা খোইয়ুমশিংবু লৈঙয়ে । ময়ুম য়ুমুথাই য়ুমদাবা তাইবংনশু মাগ, মাগা মুংশিনব, খোইয়ুম্বু ময়ুম ফুঙ্গালাই ওইনা ইরাং থৌনি লৈথনথরে ।।

নবুধৌ নোংদালাইগী মতমদা পোক্নাওতা লাই শিদবগী নোংদমদগী চংনখিবা লাইলুপকি শেনগী চংনথু থুয়োই তোম্পোক্কি মতমদা থরা থজিক লৈহোংলগা চংনরকপন মৈতৈঙ্ লোইয়ুম্বা হাক্তক্তা লাইগা তাইবংগা য়েংথিনবদগী লাইগী লুপ্প, লৈত্রবনিনা তাইবংনা চংনহৌগদবা শেলবু য়েক্লনা থম্লে ।।

| লাইরমলেমগী শেললুপ | | তাইবঙ্গী শেললুপ | |
|---|---|---|---|
| ১) শেন মথা | ১ | শেন মথাই | ১ |
| ২) শেন অমা | ২ | শেনথাই অনি শেন অমা | ২ |
| ৩) শেন অমা মথাই | ৩ | শেন অমা মথাই | ৩ |
| ৪) শেন য়াংখৈ | ৪ | শেন য়াংখৈ | ৪ |
| ৫) শেন চালুপ অমা | ৮ | শেন য়াংখৈ ফৈকক | ৫ |
| ৬) চালুপ ফৈকক | ১০ | শেন অহুম | ৬ |
| ৭) চালুপ য়াংখৈ=শেন তরুক | ১২ | শেন অহুম মথা | ৭ |
| ৮) শেন চনি | ১৬ | শেন চামা | ৮ |
| ৯) শেন চনি য়াংখৈ | ২০ | শেন মরি মথা | ৯ |
| ১০) চালুপ অহুম | ২৪ | শেন মঙা চামা ফৈকক | ১০ |

| লাইরমলেনগী শেললুপ | | তাইবঙী শেললুপ | |
|---|---|---|---|
| ১১) চালুপ অহুমগা য়াংখৈ (চহুম কৈকক) | ২৮ | শেন চামা য়াংখৈ | ১২ |
| ১২) চালুপ মরি=লুপ ১ | ৩২ | শেন চনি | ১৬ |
| ১৩) চালুপ মঙা | ৪০ | শেন চনি য়াংখৈ | ২০ |
| ১৪) চালুপ তরুক | ৪৮ | শেন চহুম | ২৪ |
| ১৫) চালুপ তরেৎ | ৫৬ | শেন চহুম য়াংখৈ | ৩০ |
| ১৬) চালুপ নিপান | ৬৪ | শেন চামরি | ৩২ |
| ১৭) চালুপ মাপন | ৭২ | শেন চামঙা | ৪০ |
| ১৮) শেন লুপ অনি =লিপুন অমা | ৮০ | শেন চতরুক | ৪৮ |
| ১৯) লিপুন তরা | ১০০ | শেন চতরেৎ | ৫৬ |
| ২০) লাপুন অমা =শেন লাক্ অমা | ৮০০০ | শেন লিপুন অমা | ৮০ |
| | | শেন লিপুন অনি | ১৬০ |
| | | শেন লাপুন অমা =লাক্ অমা | ৪০০ |

অনৌবা বাতৈদা লুপা অমা হাইনৈ

মতুং লাংবচকী কুমশিং ৪২৮২ নোংদালাই কুমশিং ১০৭৪ লৈচংবগী পোইন্ন থাজ ৫ নি পানবা নোংকোয়ৌ নিংথৌকাবগী অয়ুক্কী (মৈতৈ লৈমরেল শুমৈমা) য়াঙোন শঙ্গুমহুনা মালেম অঙানবনা য়ুংথক হেক থানবদা মচা ইবুংঙো অমা তানফংলে ।। তাজ ইরু লৈহুনলকপা মুমিং নোংকোয়ৌ থাংজা মুমিংকী ইপান থৌনিদা মচা ইবুংঙোবু মমিং (লোইতোংবা মিংহুম্না ইরাং থৌনি থাগোল্লে । মতুং লাংবচকী কুমশিং ৪২৮৬ নোংদালাই কুমশিং ১০৭৮ গী ফাইরেন থাগী থাজা ২১ নি পানবা ইরাই মুমিংকী মুংথিল পোপ্পা হুনগংলকপদা মৈতৈ লৈমরেল শুমৈমা মচা ইবুংঙো অমগু তানফংহুনা ইপান থৌনি ইরাং থাগোম্নবদা (ফিগুংথাং) মিংহুম্না থৌনিরে ।। মৈতৈগু লাইনিংথৌ লোইয়ুম্বা মচা ইবুংঙো ২ বু তানফংবা য়েক্ল তিংথং লৈতনা লৈবাকপু মুংশি মুংঙোম্না নাওকোন্দুনা কম্বাল কুমজা ৪৮ লৈবাক য়াম্নেন য়েক্লবা লৈতনা পাল্লি পুন্সিনা থাজনবা

লৈহাগ্লগা কুমজা ১২৩ মুংশাংখিরে ।। কংলৈ ফম্বাল লৈশংবগী মথৌ মঙন্নু মচা ইবুংঙো লোইতোংবগী মকন্নাংদা থোঁদা নোংদম্না লৈশিন্নরম্মগা নোঙ্গা খোংলম লৈয়েংখি ।।

---

# মৈতেঙ্, লাইনিংথো লোইমুম্বগী নাওদানা য়ুমদাবা

কৈশাম, লৈচোনবম, ইরেংবম, শাত্তোকপম, চরোইবম,

মচা ইবুংঙো মৈতৈ লৈমরেন শিনাই ফমথোন ৭ লৈপু লৈকম্বী শুগ্রৈমনা পোকপা ফিশুখোংনা অঙোম চম্নু তোংলেমথোম্বীবু লুতিন লৈরৌহুন মচা ইবুংঙো ( লৈশাবগা=লাইশাবা, কৈশাবগা ) অনিবু পোকুনা অত্তোনবা কৈ-শাবনা কৈশাম য়ুমদারে ।। মতুংদা ময়ুমগী পিবা য়ুমদিনবদা নন্দ লংক্কে ।। কৈশাম কামদেবা লাক্কে ।। চক্রপানিনা য়ুম ঙাক্কে । মাগী ঈদি ( নম্বুন মপান তাবা ) পিবাশু ঔরাদ লৈখে । মথং লম্বুবা য়ুমলেপ্পদি ( ময়াং লৈবা লমদা ) লৈখ্রে ।। মথংদা কৈশাম চাওবনা য়ুম ঙাক্কে । কৈশাম মোইরাম্বা লাক্কে । পোংশংবমদা লৈরম্বা কৈশাম নম্বুন তাবা ভনশিঙ্গী য়ুম্নি ।। চৌংঙ নখা তাবা কৈশাম পিবা ময়াং লৈবা লমদা লৈখ্রে ।। মথং অহোংজাওনা ময়ুম ঙাক্কে ।। কৈশাম পলাসিং ( নিংথেন্দ ) লৈখি ।। কৈশাম পূর্ননন্দগী য়ুমনি ।।

মচা ইবুংঙো লাইশাবনা লাইশোম চম্নু লাইরেন শংবুবিবু লুতিন লৈরৌহুনা মচা ইবুংঙো লৈচোনবা পোক্কে । মাগী ঈনা হিদাকশুবা লৈচোনবম খুলিঙ্গী য়ুম্নি ।। মাগী ঈনা লৈচোনবম খম্বত্তোনগী য়ুম্নি । হিদক ফাববদা লৈব লৈচোনবম খুল্লিং লংক্কে ।। খোয়াথোং তাবা লৈচোনবম রোসানন্দগী য়ুম্নি ।। শঙ অহনবদগী লৈচোনবম ( ঔবাং খুনৌ তাবা ) পিবাদি ময়াং লৈবা লমদা চংখি । মথং তিলোকশিংনা য়ুম ঙাক্লি ।। লৈচোনবম কৈরেন শংবা কোকিলা-নন্দগী য়ুম্নি ।। কোকিলা নন্দদগী থাইবা ( ইরেংবম ) লসমোন । মাগী ঈনা ইরেংবম তাবা য়ুমলেন্দা লৈবা জগদনন্দগী য়ুম্নি ।। ঙানম্বী খোং তাবা ইরেংবম ভুবন সিঙ্গী য়ুম্নি ।

ভুবনশিংদগী থাইবা য়ুম ( শাত্তোকপম ) মোনশবা । মাগী ঈনা খোবান তাবা শাত্তোকপম কৃত্তিবাশিগী য়ুম্নি ।। শাত্তোকপম শকথী লাক্কে । শকথীদগী থাইবা চরোইবম গৌরো ।। গৌরোগী ঈনা কাংঙামোং তাবা তমপাক য়ুমন লৈবা রঘুনাথকী য়ুম্নি ।। লাইরেম্মদগী চরোইবম পশুরাম লাক্কে ।। কবো বাকচীংদা লৈবা চরোইবম পবা লাক্কে ।। য়াইরিবোক তাবা চরোইবম লাক্কে । চরোইবম লৈশাবী শান লাক্কে ।।

# ২১ নং মৈতৈঙ্‌ লাইনিংথৌ লোইতোংবনা প্পাবা

লাংবচকী কুমশিং ৪২২২ নোংদালাই কুমশিং ১১১৪ লৈচংবা চহৌ থাদগী মৈতৈঙ্‌ লোইতোংবনা কংলৈ ফম্বাল লৈশংবা লৈবাকী লুচিং পিবাগী মথৌ মঙ্গু থৌপুবা থৌহৌরে ।। অঙোম নিংথৌ অঙৌ পাম্বা মরিং ওম্বা ।। খুমন নিংথৌ থোংবু শমুকচা ।। মোইরাং নিংথৌ উরা কোংয়াম্বা ।। ছুইয়েন লাঙ্গৈ শাফবা মনাও ইবুংঙো ফিগুখোং ।। খ্বাই লাকপা খুমন শারাকপা খুংজাই লাকপা মতুরা মাইঙো ।। রাংথৈ লাকপা হৈয়োম তোনাম্বা ।। য়াইস্কুললাকপা তোনজম তোম্নৌ । খ.উজরুপকী রাংমু ।। লুপা খুবা লুপকী চংনিং থোম্বা ।। থৌজালুপকী রাংওম্বা ।। কোজলুপকী য়াওম্বা ।। চিংঙেন চিংজরুপকি চিংবা ওম্বা তুমু লাকপা শন্দ্রিকপা ফমদৌ ৬৪ না থৌখম্না ইরু মাইত্ত নচ্রেয় ।। নোংদম মরু নমপোম্বা ।। কাইবিরোন মরু মাক্রংবা মরু অনিনা লৈবাকী নিংথৌগী য়াইফংবা পরম থৌরম্ব লৈথি লৈয়েংনা ফম্বাল চৎলম্ব থৌওম থৌপু শিম্বানা মৈতৈ লৈমা অঙোম চনু শংলৈমবু মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফমথোন ৭ লৈপু লৈফম্বী লৈহাপ্পবা থৌরাংদুনা ( লাংবন খাজা ৫ নি পানবা ) নোংকোরো শাগোলশেন ফুমিংকী য়ুংথক থাম্নমদাইদা ফম্বাল লৈথক ফমথক য়ম-খাবু পুরুম ইরাং থৌরোইদুনা কংলে স্না পুংমাইয়োনগী লৈবাক নোংথৌ তুবা (মেন স্না ফম্বান) মথক্তা মৈতৈঙ্‌ লোইতোংববু ফম্বাললে ।। ওইথম ফম্বান্দা মদাইরেন শংলৈমনা থৌখন ফম্বান্দুনা লৈবাক পুবা পিবালেন লৈহাপ্লে । ফম্বান মিংলেনবু লৈতম্নরে ওইথম ফম্বাল লাংবীবু ( মৈতৈ লৈমারেল সিনাই ফমথোন ৭ লৈপু লৈফম্বী, ও পোকপী তকুপ তরেংবী ) মিংদুন তম্না লৈহুল্লে ।। স্না থম্বাল লৈফম্ববু হৌ কংলৈ লম্মাহনবা লৈবাকী ময়ুম পিবা লুচিংবা মৈতৈঙ্‌ লোইতোংবা নিংথৌরেন ( য়োইবু লোইনা ইনিংথৌ তংং স্না ইপোকপা ) লৈতম্না মরু নোংদম্বা নমপোম্বা, মরু মাক্রংবা মরু অনিনা মেন ফম্বাল থক্তুগী থেমথোক্তুনা লৌথরে । অশাই অশম য়োইরেন খাবী লেংনা তিন অমাই অনপ লৌশিংনা স্না পৌগনলাং, অশৈ থোংফাং লাংনা লৈকুম্ন থৌখন্না স্না শঙ্গাইদা লেংশিল্লে ।। মতুং থাক্তা ১০ নি পানবদা লৈবাকী অহৈ অশিংবু মইও তাম্নহন্দুনা ( লংবন উকাই কাপ্পা ) কুমৈবু তৌদুনা মানা ময়ুম চংথোম্না পিওম্লে ।। মতুং থাক্তা ১১ নি পানব মোংকোয়রে য়ুমশাকৈশগী অথুক্তা মৈতৈ লৈমরেন শিনাই ফমথোন লৈপু লৈফম্বী শংলৈমা রাঙ্গোন শংলেম্দা শঙ্গমনদুনা সুমিং নোং থৌখনবা মক্তদা মচা ইবুংঙো অমা তানফংলে । ইরু ইদুন ইতাখিবা সুমিং তানফং অহানবদা ইপান থাগোম্নবদা মমিংবু অঙোন য়োইরেম্বা লৈহন্না থৌনি লৈতন তমদুনা লৈবাক হৌনা সুংঙাইনদুনা অথং অহৈনা পুরারি লৈহৌনরকপা তাইবং ইপোক থোংলম্ন পাউশানদুনা নিংশিংদুনা সুংঙাইনরে ।।

# লৈবাক্কী মুংঙাইনবগীদমক্তা রাহোম্বা

লাংবচক্কী কুমশিং ৫২০৩ নোংদালাই কুমশিং ১১১৫ লৈচংগদবগী কুমজাগী অরোইবা লমদা থাক্তগী নোংকোরো লৈবাকপোকপা থাজা ২৩ নি পানবগী অয়ুক অঙনবগী চীনফু মাইতেং মাইতাবা লোইরগা মকোক মউ ইতুম্না ইরু হকশেং চাইথত্তুনা মপুক ইশেং মাইতানা হক্লোন লাংলেন ৭ পু ( মালেম লৈকং লৈরাংবা ) থোরোইত্তুনা রাহংকমদা রাহোমজগে নোংদম পাউখুম তারগা লৈবাক্কী য়াইফনবা থৌপুগে কুমজা লাকয়েন শুংদাইবু নোংকোরো মরি মঙানিদং মঙাইরক্লে রাখন্দুনা মৈতৈঙন্বু নোংদম শংলেন্দা খোংচংলক্কুনা রাহোম রাকং পাউশানা রাহংঙে।। নোংদম মরু নমপোম্বন হাই, ইনিংথৌ লৈবাকপু মরা তপ্পা লৈপান্নগে অচা অথক রাত্তুনা লৈবাক নিংথৌ পুক্লিং খোইজং লৈতানা লৈপান্নগে হাইবগীদমক্তা কুমজা অমগী নোংকোরো চৈ ৩৬০ লৈশুবা লমদা থাজা অসিগী থাম্নুংদা থৌপু থৌনিনত্তুনা মথং মথং চথরক্লিবা অসিনা থাজগী মঙানবু মমখিবা নোংকোরো অসিগী অহিং চুপ্পা নবুধৌ পোক্লেন শাংপা লাইনিংথাই স্না মহিগা নবুধৌ কোজ .থোকপা পাখংবগা, ইম লৈশিরেন লৈপুনবিগা; অতিয়া মরু শিদবগা নোংদম মপা মপুরেন পোকপা শিবা নাইদবা অম হাইবা চৈকোক্লেন উংলো য়াইহিবিরেন শিদবগা খোই-য়ুম ৫ বু মাইয়োকথা অচা অথক অনৌ অপেন লৈরাংনা মৈফু ইরাং লৈহুম্না নোংকোরো অহিংবু লৈচুপ্পা লৈশেম মৈহৌহৈদগী থৌঙম থৌপুনরিবা লাইরকচন চংলম অসিদো অরে লৈত নাইদনা লৈবাক হৌন। থৌনি থাগোম্নবি অহৌবা কুমজাগী শিংথবা চৈহৌব। নোংকোরোগী অয়ুক্কী কোলুপ্প, তাম্বেংনদরিব। কাওবদো, থৌরপু থৌঙমহৌরবদি কুম অহুগী মনুংদা পুরুম থৌনি খুদিংমক য়াইফং থৌরম ওইঙম্নে অয়েং অথোং লমাহেন তানফং তানথেংদে ইনিংথৌ ।। নোংদম মরুগী পাউত্তাকপু ফিগাও শানা পিবুকমনুংদা লৈহাপ লৈথম্না লৈহল্লক্কুনা পুরুম থাগোনবদা চৈগাব য়াওগদববু লৈরাক্তনবা লৈবাক থংনা তানবা লমথোং খুদিংদা য়াথংলোইশিংনা মথুক্ত। চৈশাং অমদা ফি মরাক অমা ফিরান শানা পুন্সিল্লগা পায়ত্তুনা কোয়না পুত্তুনা পাউজেলহল্লে ।। মৈফম্বু খুত্থপ অমা রাংনা মরাক ময়ুংদা খুত্থপ ৩/৩ পাক্লা থোন্দুনা মৈফুবু লৈঙোই চাইনা থম্লে । থাজা মঙানশাম্বা নোংকোরো ৩০ নি লৈশুবগী লৈবাকপোকপা মুমিত্তগী মুংখিন পোপ্তা লৈহুনবদগী অঙম অথৌ অশাই অশম লৈকা লৈতিন্দুনা অমাই অনপ লৌশিংনা মাগী মাগী মথৌ মঙম শিম্মাবু থৌঙম থৌপুনত্তুনা নোংদম মরু নমপোনবা, কাইবিরোন মরু অনিনা মৈদা ইরাং লৈতম অশৈ খোংফাং লাংনা অহিং চুপ্পা পুরুম থাগোল্ল থৌনিনরে । নোংঙাম তুবু উবদা ইরাং লৈহুন লৈখানত্তুনা চীনফু মাইতা মকোক মউ ইতুম ইরুনত্তুনা নোংকোরো অহুগী অনৌ শিংথবগা লোইনত্তুনা অনৌ অপেন হৈ-লৈ অথুম

অহাওবু খোইয়ুম মঙাদা লৈরাং লৈহন্না লৈপাইহনা চাক্লি ফিনি পুন্সি লৈনিনরগা চেং, মনা মশিং লৈবা খিবিকপু মথেন লুকোই নাইনা খোংহনা লুকমন হৈমনবু চাহনা মুংঙাইনরে ।। চামনখিবনা মশা মউবু লেংঙম শিংঙম্নঙমদে হকপু য়াংনবা রাখম্লেয়ে ।।

## কাংথরো শান্নবা হোবা

মৈতৈগী লাইনিংথৌ লোইতোংবনা অঙম্বশিংনা চাবদা খজিক চেক্লিনখিবগী মশা মউ লেংঙম শাঙমদববু উবদা স্না য়াথংবু নোংদম্মি । কংলৈ পিবা ঐগী অঙম্বা ফমদোশা মপুগী লুকমন হৈমন অথুম অহাও লৈঙম্ববু অরেম্বদা হুন্দোক্তুনা মাংহনববু পাম্মু খোইজং খোইদজব, ওইহনা লোইঙম্নবা চাঙম্নবদা হক অশিবু থারুম্নঙমনমল্লে ।। মশিবু থবক থন শুহনা হাই হুম্না ভকনবা শিন্থারবগু পিবুকমুংদা অকাইবা লুতুংদা ফত্তবা মরম অমা ওইরক্কনিদে, হকচাং অসিবু খর খরদংবু হাইহুন্না খরা খজিকশু চেন চোংনা শান্নবা মঙং অমা নুমিৎ খুদিঙ্গী ঐগী চুমাং শঙ্গোই অশিদা অঙাংশিংনা শান্নবা পরম অমবু ঐবু মরক মরক্তা উঙম্মি ।। অঙাংশিংনা শান্নবা মশান্নহুবু শান্নরবদি নখোই ঐখোইগী হকপু মরেং খরদি তাঙমহুনা য়াঙ্গবরা খল্লি শান্নশিদো বাহৌয়ে ।। অঙোম নিংথৌ অঙৌপাম্বা মরিংঙম্বনা রাহোমজৈ, স্না নোংদম থৌগঙ্গনি অহুবু করম্বা পোৎশক্লা করি কন্দোনা শান্নবনো মহুত্তদি স্না নোংদম ।। মমুম অঙৌপাম্বা মরিং ঙম্বা নিংথৌ (উরি) কোবা মরি চংপা অহুগী মহৈ মরু অকোইবা (কাংখিন) হাইবা অহুনা লৈবক্তা চেপ্পা ওলহন্দুনা মতুং ইন্না তান্নহুনা কাংখিন অহুনা লেপ্পা মফমদা অমুক নীঙ্গাংনা ফল্লে ।। অহুগা কাংখিন অহুবু লৈবাক্তা পাক্লা থল্লে মথুং য়েংকী থুংয়াইগী মতোন্দা ওইগী থুংয়াই খুবী মতোনগনা ফাহুনা মুক্লগা কাংখিন অহুবু কাপথোক্লক্তুনা লুপ মীচং অমনা কাংথুন হক্তুনা (তৌনশিবী মরুন) খিন্দুনা থম্লিবা মরু ভহুদা পালহম্লে । পান্দ্রবদি অমুক হন্না কাপ্পা য়াম্রে, অহুগা কাংখিন অহুবু চেপ্পা ওল্লকপদা তৌনশিবী মরুনা লৈবা লৈফম হেনখ্রবদি থুৎকাপ অহুম। লোইদরিবা কাওবা কাপ্পা য়াদে । কাংখিন অহুবু ওনবা অহুশু তৌনশিবী মরু লৈথম্লিবা মফম অহুবু খোংকাপ (৩) শুনা ল প্পদ্রবদি কাংখিন অমা লৈবাক্তা থাহুনা কাপ্পা য়াহন্দে থুৎকাপ অহু মাংজরে ।। খোংকাপ ৩ দগী হেন্না লপ্পরিবা মখৈদি অচংবনি হাইহুনা কাপহল্লি ।। মখোই কাংলুপ অমদ, মী ৭ না মীচং অমমম ওইহুনা কাংথুন ৭ লৈহক্লহুনা শান্নেদো । মখোইনা নুমিৎ খুদিঙ্গী শান্নবগী (উরি মহৈ কাংখিনশু, তৌনশিবী মরুশু) শঙ্গোইগী কোচিন্দা পৈশিন্দুনা লৈঙম্লিবা অশিনি ভাক্লে ।। লৈঙম্বা অঙম অথৌ অশাই অশম পুম্বা হো হো লাওনরে, শান্নশি শান্নশি স্না থৌগন লাংঙম্না হাইনহুনা অঙাংশিংনা শান্নরম্বগী লৈরম্বা (উরি মহৈ কাংখিন) তৌনশিবী মরু লৈঙম্বা মখৈবু লৌখোক্তুনা মৈতৈ মীতৈ লৈমা ৩, নিপ ফম্নাইবা ৪ গনা কাংলুপ

অমা শাদুনা মী ১৪ না খা-রাংদা ৭/৭ লেপ্পুনা শাম্নবা হৌরে ।। অগুম্না মীবু শীন্দোক শীপ্পিন্না মথং মনাও নাইনা শাম্নদুনা চাখি থকখিববু তুম্নবা মপুক হরাও ভয়াম্না শাম্নরক্লে ।। থৌরম্বু উবদা নোংদম মরু নমপোনবনা হাই, মৈতৈগী লাইনিংথৌ মশাম্না অসিদো য়েংবদা উজবদা ওম্বোক্লগু নীংখি চংখোল্লে । অদুবু নপুনা ( লাইরম লেন্দগী মীরুমলেন, মীরমলেন্দগী লাইরম ) খেংচৎ খোংলম্বু লৈশাবদা লাইরম খোংলমতা ওইনা তৌগম্মি পু-পাং শুদনা লমথানবগুম তৌ-ভম্বশিদা ( মীপোক শাখোক্লবগী লীক্লমগা লৈতন লীক্লমগা শীম্তাক খোংলম ওইরম্না খোইয়ুম ৫ গী লুকমন হৈমন তানফংজবগী লৈতং ওইন লৈরাংনবগী হরাও মাখোই ওইগনীবদি অমুক হেন্না খোইমা য়াম্না খোইজং খোইদানগ্রনিদা লাইনিংথৌ ।। মরু নয়াথং তাকপীনি, থৌরম অসিদো রাহোমজবা ভমজদবগী রাহৌদোক ওইনবা নাওরাশিংনা রাকৎ লৈথম্নবু কোরে অসিবু লৌখৎ-চদুনা মরুদা রাহোম রাকৎচবনি কুবিগু তাকপীবা নয়াথং থৌগম্নবা থৌপুনি পরম্বু খংজনবা কুবি নোংদম তম্বীও ।। মৈতৈগী মালেম্বু লৈশেম নোংশেম্নবা তেংবানবগী মপু নোংদম্বনা মপু মানা নীংতম্বা পরম থৌরম্বু খৌগম্নব থৌশিনবা, পৌগম্নব থৌপু খেংগুবা মশকপু শাখোক পুখোকহৈদো শাৎপা—পোকপদি মহাক মহাক্কী হকচাংদগী খাইদোকুনা মহাক মহাক্কী মওং মতৌবু শাদম্না পানা শাখোকপনা পাগী মশক পুখোকইদে ।। পীনা শাখোকপনা মহাক মহাক ওইগম্না মশক মওংবু লৈতম্না শাখোকয়ে পী-পা লৈগুনা মপোক ইদুন্দে ।। শাখোক অশিদো ( লাইপোক ) পরম কৌনৈদো, মতুংদা ( নমুতাইবং ) হাইবা মশক - অমা ইপাল্লাংদা থুংনা মেত্তুনা শাখোক্লবা মরুগী মমিবু তম্ন শাদুনা তাইবং মখেবু শাফোংনৈদো, মরুগী মশক্লম্বু তমজনা য়েংদুনা শাবা মশক্লি হাইদুনা ( লীক্লমদা ) পোকপা হাইদো ।। কাংশিনবু চপ্পা ওকহন্দুনা মতুং ইন্না তাম্নরগা ফাওম্নগা মালেমদা পাক্লা থম্নগা খুক্তোম্না অমুক ইন্দুনা মউ ) লৈফমদা য়েনবা পাল্লুনবা থুংলুনবা ইন্দুনা কাপ্পুন শাম্নবা অসিনা পাউতাক্লীবদি ইপোক অনিগী চংলম পোকপ মনিং তম্না, মনবা মনিং তগ্রিহৈগী পরম মখৈত্তা লৈউৎপা ওইনা উভমজৈ তাইবং ইপোক খোংলম লীক্লম কাংলমদি লৈরাংলি লৈগুদে । তাইবং ইপোক লীক্লম কাংলমদি লুতুংনা লৈথি লৈথংজনব কুমজ অমগী ( শাম্নবা ) চংলম ওইনা থগীও লাইনিংথৌ কুবিবগী মকুথক । তুমিং থা মরাক মযুং লৈতাক্লা পীপ লৈতাক লৈত্তিম্না তাইবং ইপোক লৈক্লগা ( পোকপা-শিবা, শিরবদি পোকপনি ) পাউশা পাউতাক্ল লৈথনীনব কুবিও লাইনিংথৌ লৈবাক লুচিং পিবাও ।। মরু পরম্বু কন্নি কমদৌনা খায়গদবনো কুবিও ।। মৈতৈগু কংলেম্না খম্বাল লৈশংবা লাইনিংথৌ তাবিও মদুদি অশিনে নীংশিংজগে ।। তুমিং, থা পাল্লিয়ে ।। অম্লিংবনা ইমানে, অশাবনা ইপানে ।। খাজা ১১ গী মরাক মযুংবু তেংবানবগী নোংদম্বা লাই চিংগী ইবুংঙো উংলো য়াইবিরেন শিদবনা নেংদম্লে । চিংগী হাইবদি লুতুংদা তৌগদবা পরম থৌরম লৈবা খিবিকপু মপুক ল্লুয়াং লৈগম্না চীংশিন্দুন

অথাপ্পা অনকপা খাইদনা থোয়েংলকপদা ওক্না পন্দোল লোয়া থংবা উবা ঙম্মি হাইবগী চীংঙ, হাইবনে । ইবুংঙো হাইবদি ( ভনৌ ভহেনবা নিপা ) হাইবনি ।। চিংঙ, ইবুংঙো অসিনা ( হিয়াঙ্গৈ, পোইমু, রাকচিং, কাইরেন, লমদা ) থা ৭ বু মথং মথং ওইনা শিঙ্গার, মশক্তি লাবনি ।। শজিভু, কালেন, ইঙা, ইঙেন থরান অসিদা মফে ওইনা শিংকৈরে মশক্তি অমোম্নে ।। লাংবন, মেরা থা অনিমক্তি অমোম লাবা লৈশক্লে, ( পা-পী তিলু লৈকম্বা ) হাইয়ে ।।

লাইনিংথৌ মুমিৎ নোংকোয়ৌ ৭ নিগী অমুক নীংশিংজগে ।। লৈবাকপোকপা, শাগোলশেল, থাংজা ৩ দি ময়ুংনি, মশক্তি লাবনি ।। নিংথোকাবা, য়ুমশকৈশা, ইরাই অহুমদি মকৈ = মরাক্তি মশক্তি অমোম্নি ।। নোংমাইজিংদি ময়ুংশু মফেশু ওইয়ে তিলুক মুমিৎ কৌয়ে । মুমিৎ অসিদি লাইকম্নীদো ।।

লাইনিংথৌ থৌজিক্তি থাজ ৪ গী মথৌবু হাইগে ।। লাংবন থাদি ( তৌপ্পংনি ) ।। মেরা থাদি ( লাইথোংনি ) ।। ইঙা থাদি ( লাল্লুপে ) ।। রাকচীং থাদি ( খুন্দিম্নি ) । মুমিৎ থানা থৌরাইনি ।।

লেপ্পা পুন্না ওনবা কাপ্প, লংবনা ইশানি ।। ফম্না ফম্না ইনবনা ইমানি ।। হৌগৎ না থোং ২ বু ফাক্না য়াহনা লংবদি থর'ইবু য়াবমি । ফম্না ফম্না ইনবদি ইমাগী পিরুকগুংদা তাইবং হকপু শাবনি । লৈথুংকমদা থুংবদি ইপোক ইহুন তম্বনি মরক চংনা কাম্লনি তাইবং ইপোক চংলম্মু মুংশাংলিবরা লোম্লবরা য়েংবনি । ( শিরে শিরে হাইবদি থরাইগা হকচাঙ্গা কাইনরে হাইবনিদো ।। ( চংলে লোরে ) হাইবদি শিথিবা থরাই হকচাংদো অমুক মপোক অমা পোক্লে তাকপনিদো লাইনিংথৌ ।। ঐগী ইপোকপু ঐনা থংবা নম্ভনা ঐবু কনানা থংশিবনো ।। ঐনা ঐবু ইপোং ইরন অশেংববু করম্না ফঙবা ।। ইপোংপু মীঙোন্দা লিরুবা লৈপম্লংমেল্লুরবদি ঐঙোন্দা লৈরম্বা ইপোক্তা থাংমথক্তা মাংখরে । ঐবু ঐনি থংত্রবদি লৈঙম্বা ইপোং ইরন ঐনা লেপ্পা মাংহনবনি লাইনিংথৌ থৌরম খুদিংবু মপান শন্না শাংহনশি মহৈ চুম্না য়'নঙম্লবা থৌপু থৌপু বিরম্মু ।।

মরুগী নোংদম পাউশাবু তানফংলবদা মৈতৈঙু লোইতোংবনা অঙম্বা ফমপো লৈফম্ব পুম্বদ হাইঙম্মি । কংলৈ পিবা ঐগী য়াম্বা লুচিং ফম্নাইবা পুম্বা মরুগী নোংদম্বু থৌভম থৌপুনহনা লৈবাক মুংঙাইনবা নপূক ইপুক হয়াও তয়াম্না পরম লিথুন কালম অসিবু শেমহনা শান্নবা য়াদে মথুং মশা হৈশিংবশিংবু কাংথিন অসিগী মহুত্তা শান্নবদশু মুংঙাইনবা থরশু পাকথোক চাওথোক্না মালেম অঙানবগী মকোইবু তমজনা নিংথি চংথোন্না মওং অমগা শেন্নশি ।। অহুগা মরুনা পাউদাক পাউশাখিবদা মুমিৎ থাগী ময়ুং মফেন হাইনা লাবা অমোমশু থাইনা তাকপিখিববু

খোপুনা ময়ুং মরাক নাইবা নিপা ঐখোইনা পাইনবা মওং মশক অমগা শ্রেম শানবা ভৌঙয়ো নোংদয়ে ।। মসি য়াথংবু খোঙম খোপুনা উরুং পুরেন ( মঙাং য়েলুপমগী উরিবম লমহিং ) কোবনা ঐবু করি করানবু কমদৌনা শাশিবনো মপুক লুয়াংবু লৈশয়া কোয়না য়েংবদা মথুংগু উয়াম পৈত্থনা লৈথম্লিবা উশিংদো খোইজং খোইদাবা মাঙমদে ।। কাচিন কোইয়াদা কোইনা য়েংবদা মশাদি খোইদ্রীং খোইব্রাংলগা নিংথি চংখোম্নগু কংলবা মপোপ মতাংগু ওয়োক্লা চাওঙ্লবা ( উরিরৈ ) কোবী লৈরাঙ্গী মউগা মরা লেমফুগা লোইনবা অমবু ( লম্মী খগাই ) শাংবা অমা খেংনরে উবদা খোইজংলে খোইদারে ।। উরি অসিগী মউ, মরুবু নিংথিনা লোত্থনা ময়ুং ইম্না মপান কোইদানবা থুংগু ৭ থক নিংথি চংখোম্না নাম্না শেমত্থনা মবুক মথা নাম্না লৈতেম্বু মায়না মালেমদা থাবা য়ানবা শেমত্থনা ময়াইদা মুমিংকী মখোইবু তমজনা হৈক্রুমুক পাক্লা হত্থনা য়েক্লে ।। মরু অত্থনা থাজগী মকোইবু তমজনা ( খুত্তুম অমা ) পাক্লা কোইনা খুত্তোন অমা থানা খেত্তনা মকোই ৭ শাত্থনা ময়াইদা থাজ ৯ নি পাম্লকপগী মশক মওংবু তমজনা য়েক্তনা শাবা লোইত্থনা মৈথৈঙ লাইনিংথৌগী মকমদা কংলে ।। লাইনিংথৌ লোইতোংবনা পেনবিত্থনা মতিক মঙম্বু থাগত্তনা শাঙয়ক্লবা মশাকি উশকপু রাহংত্থনা থংনবা লুতুংনগু খোকাওদনবা মশক মমিংবু ( উরি ) হাইশে অমনা ( উরি কাংগোই ) লৈত্থনশি ।। নখোই ঐখোইনা শাম্নবা খোহৌববু কাংথিন হাইবা মশক অসিনা শাম্নববু খোহৌখিবা পরম অশিবুগু খোকাওদনা লৈথংনবা শাম্নবশিগী মমিংবু ( কাং শাম্নবা ) কৌরশি । হৌজিক্তি ঐখোই পাথম ৭ কা থাবী ৭ কা কাংলুপ কাংলুপ নাইনা শাম্নবা ভোঙম্নশি ঐগী ইমাংশঙ অসিগী মলুংদা থাদা কাংফম ৭ রাংদা কাংফম ৭ পরিং থানা শেম্নশি নোংদয়ে ।।

## লুতুঙ্গী য়েংনা খজিক্তং হাপচগে

মসি য়াথংবু খোপুনা মরু অনিনা শিন্থারা তাইবং ইপোক খোংলম্বু থিন্থাক শীম্থানবা লৈহন খোংলম্বু লৈথংনবা ফমগুন ৭ থাগা রাঙ্গদা ৭/৭ শেম্লে ।। লেপ্তুনা ফৈনা য়ুংনা লংলক কাপ্লকপদা পাপ্লে পান্দে থংনবগী থুদম্বু লৈই ৮ অমা লৈফম ৭ তা য়েক্লে । লৈমাইথক্তা থম্নগা ফমত্থনা ইম্লকপদা পাপ্লে পান্দে থংনবা থুদম্বু লৈই ৭ অমগু থমত্থনা অশি অচং অহন হন্দা থংনবা মতাই অনিদা পরিংবু থরা শাংথনা মৈ হাপ্তনা লৈথম্লে ।। শেম্বা খোংপা লোই- ত্থনা থুরাইলাকপা য়াইথুলি লাকপা ।। রাংথৈ লাকপা ।। থ্রাইলাকপা ।। অঙোম নিংথৌ লম্বুবা ।। খুমন নিংথৌ লমবুবা ।। কেগে মুরাং নিংথৌ লনবুবা পাথমলোই ৭ না কাংলুপ অমা ওইত্থনা মথা থংবা ফমমেনলোমদা ফয়ে ।।

খুরাই লৈমা ।। য়াইখুলি লৈমা ।। ৱাংখে লৈমা ( খ্বাই লৈমা ) ।। অঙোম লৈমা ।। খুমন লৈমা ।। মুৱাং লৈমা ।। লৈমা ৭ না কাংলুপ অমা ওইহুনা অৱাং পাংবা মাংশোক ফম্বান্দা ফম্লে ।।

ফম্লেম্মা কাপ্পা লংবা হৌরে ।। নিপা মখৈন উরিগী কাং অহুবু মফৈদা থাঙ্গৎলগা মচেক নাম্মদ মখুৎ য়েংনা পাইরগা মখুং ওইগী খুবাক খুংশানা ( মিউবদা ) পমখং থ ক্তুনা থম্লগা উৱি কাং অহুবু খুবাক ময়াইদা মথক মথা ( ৩ ) লক ওয়াক ওনশিন শাম্নরম্মগা মচেক্তা পাই-তুন কাংথুন ৭ কী ময়াই থংবদা ফম্লিবা ( লাংজৈ লৈফম্বা ) পুৱিবা অহুনা কাং অহুবু চম্ম লৈমা লাংজৈ পুথৌনা খিন্দুনা থম্লিবা কাংখিন অহুদা পাম্নবা কাপ্লে লংলক্লে । থৌৱম অশিবু কাঙ্গী মচেক্তা পাইহুনা লংহুনা শাম্লবা হৌবা অশিবু নোংদম শংলেন মপুনা ( চেকফৈ ) হাইনা মিংহুন তম্লে ।। কাংবু পাল্লি পান্দে থংনবা খিল্লিবা তিনশিবী অহুবুনা কাংখিল কৌরে, লৈফম অহুবুনা ( চেকফৈ কাংথুন ) থোল্লে ।। মী অমমা পাল্লবশু পান্দ্রবশু অমুক্তগী হেন্না চেকফৈ অহু কাপ্পা য়ামনা হাইহুনা শাম্লবগী লমজিংবা = অহানবা কাপ্পা হৌবা লমজিংবগী য়েংথংবগী কাংথুন অহুদা ফম্না অহুবু চেকফৈ অমা অমুক কাপহন্দুনা পান্দগা লাংজৈগী ওইদা লৈববু কাপহল্লে, অশুম্না কাপ্তুনা চেকফৈ অহু অনিশুবা পাল্লবদা মরুনা লৌখানহুনা হাইয়ে । ঙংইখো চেকফৈ অনি পাল্লবনিনা ( পক্কে উপানা ) নাওপুবা লোইরে ।। পলেম ইমাদা থাদনবা পরম অমা থোপুনা শাম্লগে হাইহুনা ফমহল্লে ।। মতাই অচৌবা ফমফম নেংপোক্কী ফক্লাঙ্গ তাইনববু ( কৈহুফমফমদা ) ফমহল্লগা লৈবাক অতেম্বা অহুদা কাং অহুবু পাক্লা কাং অহুবু ময়ুং ইম্মা থাহুন থমহল্লে ।। কাপ্লকপদা পাল্লি পান্দে থংনবা লৈনা মতাই খুশি ফথৌবু কাংখিন অমা য়ুংনা খিন্দুনা থমহল্লগা মতাই অচৌবদা কৈহু ফম্লিবা অহুবু মানা লৈবাক্তা থাহুন থম্লিবা কাং অহুবু অথাপ্পদা খিল্লিবা কাংখিন অহুদা পান্নবা ইল্লু কাপউ হাইহুনা য়েংকী খুংয়াই মতোনগা ওইগী খুবী খুদোম্বী অনিগী মতোনবু ফাহুনা মুক্লগা কাপথোকহল্লে ।। কাপ্লকপা কাংনা খিল্লিবা কাংদা পাল্লগা পরিং লৈই মমৈ অহুগী মমাইদা লেপ্তুনা অমুক্তং লৈরম্মগা লৈরে । পলেম মমাগী পিবুকমুংদগী তাইবং ইপাল্লংদা লমফাত্তুনা শাফোং শাথোক্লবনি, পরিং ইৱাংলাম্না অপাকপা কাংনা চংখিদবনিনা শিদ্রে ।। ইপোক ইহুন অনৌবা অমা অমুক তাল্লশি মফম অসিদে; ইপোক খোংলেম অমগী লমফাং লৈফম পম্বেংফম পরথুংফম্মি হাইহুনা ( ইপোক অমা = পাঞ্জন অমা ) হাইনা শিংথারগা মপোক অমা অমুক শাথোক্লবগী চেকফৈ কাপহল্লে । মালেমদা কাংবু থম্লগা খুৎনা লৌশিল্লগা কাপ্তুনা শাম্নবা পরম্ব ( লম থাপ কাপ্পা = লমথা কাপ্পা ) মিংহুন্দুনা শাম্নহল্লে ।। ফমফম ৭ পু মিংহুন তম্লে মরুনা—কাংথুন ৭ কী ময়াই থংবা কাংথুনবু ( থৌপুরেন লৈফম লাংজৈ ) কাংথুন

কোরে । নাক য়েৎ ওইদা লৈববু ( চেকফে তানবা কাংখুন ) হাইশি হাইরে । লাংজেগী য়েৎ থংবা মত্তাইবু মতাই তাচৌবা কৌশি হাইরে ।। মত্তাই মথংবু পনঙাকফম কৌশে ।। লাংজেগী ওইরোম থংবা মত্তাইবু ( মত্তাই থুশি ) হাইরে ।। মথং কাংখুনবু ( লমথা তানবা ) হাইনা মিংচন্দুনা নোংদম মরু নমখোনবনা শিন্দুনা লৈবাক হয়াও তয়াম্না শাম্নরে ।। পাথং-লোইনা খুংকাপ খুখারে মপোক অহুম পোক্নুনা পাজন ৩ দি কারগা চেকফে নাম্বা য়াঙ্না লৈফম্ন লৈগুয়নুনা লৈমরেম ৭ কী কাংলুপ্পা উরি কাং পায়নুনা চেকফে তান, লমথ, ইতান নাওপুনহুনা খুংকাপ চৈহন চৈইয়বদা ইপোক ৭ লক পোকখবখিহুনা পাজন ৭ চৈগ়ারে ।। মালেম অঙানবগু চৌংয়া পামফেয়খরে লৈমরোন ৭ না ইপোক ৪ হেন্দুনা পাজন ৪ খোইনা তোকখয়ে ।। মতুংদা নোংদম মরুনা কাংলুপ পুম্নগী মফমদা কাংথ্রোন চৎলম্ন পাউশানৈয়ে ।।

নোংদম মরু নম্বোনবনা হাই, মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ অঙম্বা ফম্বৈ ফম্বা থৌরম অসিগী পরম অসিবু থরদং চৎনলম ওইনা য়াহৈ থরা খজিক্তং পাউশাগে তাবিও কংলৈ পুংমাইয়োন অসিগী এলুপ শথাই ৭ কী অঙম্বা ফম্বৈ ফম্বা ময়ুম এলুপকী লুচিংবা পিবা লৈবাক য়াথমলোই য়োই-য়েন থাবী লৈমরোন ফুনাইবী পুম্নবু লৈতিন ফম্বাল লাংহুনা শাম্নবশিবু ওশি নোংকোয়ৌ ৭ নি লৈশুরক্লেদো ।। পরম অশিবু নপুক ইপুক্তা থৌকাওদনা চৎনলম লীক্সম কাংলমবু কাইদনা শাম্ন-বনিদো, থৌরম অসে চৌংঙ্ নোংদম্বা লাইনা তাইবং ঐথোইবু ইপোক ইহুম্নবা নোংদম্না হকপু শেমহুনা হকী মম্নুংদা ( য়াইবী থরাইবু ) লৈচং লৈহাপ লৈথম্নবা থৌশিনবা, তাইবংনা পোক্লগা করি তৌবা, পোক্লবদি নোংমদি শিগনি শিরবদি পোকনি । শিরবা মশক অহুনা মপোক অমা অমুক পোক্লকপ, অহু করি কমদৌরগা মপোক ইহুনবা মতমনা কয়াম কুইনা লৈরগা ইপোক্লকপা থৌরমবু ইপাঙাংদা চৌংঙ্ মাগী থৌশিনবু তাইবং ঐথোইনা কুমজাগী শাম্নবা মথল অমা ওইনা থোকাওদনা নিংশিংনহুনা শাম্নশি য়াহৌবনিদো তাবিও ।। থাজা ১২ না ময়ুং মরাক ওইবা অসিগী লৈফমবু শাথোক্নুনা শানামেন লৈতম্নবা অসিদো শিরবদি থাজবু ১১ নিবু শুবা নোংকোয়ৌদা শিখিবা - চংখ্রিবা থরাই অহু নোংলেন্দগী লৈকুম্নহুনা লৈয়াইলেন্দা লৈবা মানা পাম্বা হক লৈফম অমদা চংখিহুনা অমুক মপোক অমা ওইরে হাইবনিদো । নোংকোয়ৌ ৭ নিবু মরাক ময়ুং লৈহাপ্পা শান্নথেন্দ কাংখুনবু লৈফম ৭ লৈথনা লৈফম্নবা অসিদো পোকপা শিবা হাইবশে কোয়ৌ ৭ নিগী নোংকোয়ৌ অমদা থোক্লগদবনি লৈতাকপনিদো ।।

চেকফে কাম্না হাইবশে নোংলোন্দগী থরাই য়াইবীনা মালংবগা লোইনহুনা লৈপী থোঙ্গুম্নকপবু নিবনে য়াবনে নোংদম্বগী মফমদগী খিজিবা ( কাংখিন অসে নোংদম্বা লাইবু মমি লাহুনা ) থম্বনিদো ।। অহানবা পানবনা থরাই য়াইবীবু পিবনে, মথং অমুক পানবা চেকফেদি পী-পা তিলুহুনা থরাই

য়াচবী ঈরিক লৈশিল্লবনিদো ।। মালেমদা কাংবু মমুং ইমা থারগা খুংশাগী খুন্দোন য়েং ওই অনিবু লৌশিল্লগা কাংবু কাপ্পদি পলেম ইমাগী পিবুরুন্দুংদ। লৈবা মশকপু তাইবং লেন্দা থোকখরো নপোক ইহুন তমখরে। নোংদম্বা ( লমফাৎপিবনি ) চৎথিনব। থোকথিনবা লম্বীবু থাদোক হাং-দোকপিনা পরমবু নিংশিংনবগী শিন্থা পরম্মি হাইদুনা ( লমথা ) কাপ্পা হাইবনিদো । পরিং লাংশমবু হুন্দুনা লমফাত্তুনা থারক্লিবা কাং অহুনা লেপ্পা লৈঙম্লবদি মপোক যনা পোকপা তাইবং ইকাঙনরে থংনবগীদমক্তা পরিং হুইমে হাপ্পনিদো ।। পরিং লাংশম হুইমেবু ইরমো লাপ্পা লেপ্পগা শিরে হাইবা অসিদো তাইবং ইপোক্কদি পোক্লগা মপোক শাথোক পাংদবা থরাই য়াচক্কিবু লৈরাংনা মীয়েনবু পাংশোইজোক্ক শাকোংলক্লে মীওইববু রাঙয়ে মশিবু করিবু কমদোরগা ইরাং করিবু থাগোন লৈনিরগা অইবংলক্তা তাইবং শিন্থ য়াওঙ্গমগবা হাইহুনা ইরাং থোনিহুনা মপোক ফংলক্তবা অশিবগা পান্দম্লবা মশকপু ইরাং থোনিবিহুনা তাইবং লক্ত। মপোক চৎলমবু থোপু থোঙমহনববু নিংশিং থোপুবা ওইনা অশিবগা মাম্লরবা হক অহুবু কংন্নবগীদমক্তা ( মরাক চংবা ) হাইনা চংহুনা পরম অমা শাম্লবনিদো । অমাইবনা পুরুম ইরাংনবদা ফরকপা মশকপু তম্বনে, চৎলম পৌরম নাইন পরমবু কাইদন থোঙম থোপুনবা শিন্থাক নোংদম্লবা চংনলমবু লৈয়েক লৈপম্বু ( কাংলম ) কৌইদো ।। চংনলমবু লৈয়েক লৈপম্বা লৈঙম্লম্বু পরম কাইদনা থোঙম থোপুনববু লিক্লম কাইদনা থোপুবা পাগী পুগী ময়াথংবু হিক্কোকপা থোওইদবা তোদবা লাইরকচন লুতিন থোপুবা কৌইদো ।

কাংলমবু থোপুনা শাম্লগদবা বাবু থরা থজিক হাইগে মৈতৈও, লাইনিংথৌ অঙম্বা ফমদো ফম্লাইবা পাখম্লোই, লৈমরেন, য়োইরেন থাবী পরম কাংলম অসিদো কাইদনা কাং হাইবা অশিবু শান্নিদে ।। কাংলম অশিবু কাইরবদি তাইবং ইপোক লিক্লমবু কাইবনিদো । চেকফৈ হাচবা অশিবু কাপ্পদা লাংজৈ লৈফমদা ফম্বা অহুনা হান্ন কাপকনিদো ।। পান্দ্রগা নাক য়েং ওইদা ফল্লিবা চেকফৈ তানবা অনিন হৌগত্তুনা কাপকনি ।। পান্দ্রবদি লাংজৈগী য়েন্বা ফম্বনা কাপকনি ।। পান্দ্রগা লাংজৈগী ওইদা ফম্বনা কাপকনি । পান্দ্রবদি মতাই অচৌবা পুবগা. মতাই খুশি কৌবা লৈফম অনিনা হৌগত্তুনা কাপকনি । পান্দ্রগা মতাই খুশিগা তাইনবা লমথা তানবা লৈফমগা, য়েংথংবা মতাই অচৌবগা তাইনবা পনতাকপা লৈফমগা অনিবু হৌগত্তুনা কাপকনি কাপ্পদি লমথা তানবনা হান্না কাপহনগনি ।। মী অমনা অমুক অম্রুক্তগী হেম্না কাপ্পা য়াদে মপোক শাথোক অমদা চেকফৈবু অনিশুনা ময়ুম ৭ না কাপ্পদা পানবা ভমদ্রবদি কাপত্রিবা কাংলুপ মথোইগী ইপোক চাংয়েংনবা কাপহল্লনি ।।

চেকফৈবু অনিশুনা পান্নবদি লমথা কাপ্পনি ।। মতাই অচৌবনা হান্না লৈমাইথক্তা কাং থম্লগা থোং কারন থানা নত্রগা ফৈ অনিবু মালেমদা নম্মা ফমহুনা কাপকদবনি ।। অহুগা

কাংখিন খিল্লিব মাপা খুশিদা ফল্লিবা অতুগু খোংগ্রাইনা ফম্বা ওইরবগু ফৈ অনিবু মালেমদা তানা ফৈতু ফমফম ওইনা ফম্লবগু লেংদনা লৈগদবনি ।। প্যান্নবগু প্যান্দ্রবগু কাপ্লিবা কাং অতুবু মুন্না য়েংতুনা কাং অতুনা তৌওম্লগদবা পরমবু থংনবা লেংদনা লৈগনি ।। হৌগত্তুনা হেক চংফ-রোইদবনি ।। কাপ্লিবা কাং অতুনা মানা খিল্লিবা কাং অতুদা প্যাল্লগা পুরিং লাংশম থারিবা লুইমৈ চোম্বরকপিবা অতুগী মন্নুংদা লৈবরা লৈরবদি ফরে, তাইবং মপোক অতুগী শিম্বা থৌরমবু থৌপুবা ওই । অমুক ইপোক অমগী নৌহৌনা চাংয়েংনব, চেকফৈ অমুক অনিশুবা প্যান্নবা মথং মনাও কাইদনা মথং মথং অমুক কাপকনি ।। লমথ: কাপ্লক্লিবা কাং অতুনা পরিং লাংশম অতুগী হুইমৈদগী রাংমা লান্না লেপ্লরবদি ইপোক রাংমা লান্না চংখিবা কৌরে অতুবু তাইবং লেন্দগী চংশ্রবা অশিবা হাইনা লৌগনি । শিরবদি মথৌ মওম্বু তৌতুনা নিংতুনা মপোক অমুক পোক্লবা তৌগদবনি মাবু মপোক অমা পোকহনবা ওমদ্রিবা মথৈ শিরিবা কাংখুন অতুদা কাং কাপলোইদবনি । চংলম অসি মতাই অনিমক চপ মান্ননি । শিরবদি মরক অতুদা অমনা অমুক্তং পানবা ওম্লবদি ফরে শিরিবতু অমুক পোক্লে পাঙন অমা হাইনা চৈথাগনি । মসিদো মথৌ মওম্বু পাংথোক্লবনি চেকফৈ অমুক হৌরনি ।।

লাইনিংথৌ অতুগা মতাই অনিগী মরক্তা লৈবা মথৈনা কাপ্লকপা লমথাদি অমুক পাল্লগা অশি অচং য়েংদনা হেক লোইবা য়াদে কাংশিবু লৌথংনবা কাপ্পা খুংকাপ নত্রবদি কাপ্পদনা নিঙ্গাংনা ফমতুনা কাপকনি ।। পাল্লবদি থুনা হৌগত্তুনা য়েঙ্গনি পানবদা অশি অচংদি লৈতে । মরাক চংবা হাইতুনা অমুক কাপখিনি মতুদা অশি অচঙ্গী চাংদম লৈগনি লৈফমদি অহনবা হাইবা অমা হন্দবা হাইবা অমা মরম অনি অমগু লৈগনি হন্দনা তারগা হন্দবদা মক্লা অমুকশু কাপ্পুনা অশি অচং চাং য়েঙ্গনি । হঙ্গৎনা তারগা অহনবদা কাপ্পুনা তাইবংদগী মপান থোকই থোক্তে থৌয়েংবা চঙ্গদবনি । মতাই মথংনা মরাক চংলবদি মাগা থংনবা মতাইগী লিরি পরিং মপাদা কাং খিনগনি ।। মাগী ওইথংবা মতাই মথঙ্গী লৈয়ি চেকফৈ কাংখুনগী মপাদা কাংবু থমতুনা কাপকনি ।

চেকফৈ তানবনা মরাক চংলবদি মাগী ওইথংবা চেকফৈ তানবা অতুগী লমথা কাংখুনগী লিরি মপাদা কাংখিন খিনগনি ।। মাগা থংনবা মতাই মথঙ্গী চেকফৈ কাংখুন মপাদগী কাপহনগনি ।

অশি অচং লৈতনা হন্দবা কাংখুন মতাই মথংনা মরক চংবা তারবদি মাগা থংনবা চেককৈ তানবগী লমথা কাংখুন পরিং লাংশম মপা য়েংতুনা কাংখিন খিনগনি ।। মশাগী চেকফৈ কাংখুনগী মপা য়েংতুনা কাং থারগা কাপহনগনি ।।

চেককৈ তানবনা মরাক চংলবদি : ( লাংজৈগী লমথা কাংখুন পরিং লাংশমগী ) মপাদা কাং খিল্লগা মাগা থংনবা মতাই মথঙ্গী চেকফৈ কাংখুন্দগী কাপহনগনি ।।

লাংঙ্কেনা মরাক চংনবা মান্নী য়েংলমদা লৈবা চেকফৈ তান্নবগী ( লমথা কাংখুন পরিং লাংশমগী মপাদা ) কাং খিল্লগা মান্নী ওইদা লৈবা লমথা তান্নবগী ( চেকফৈ কাংখুন্দা ) কাংবু থাহুনা কাপহনগনি ।

চংলম কাংলম অমনা অহনবা কাংদা মতাই মথংনা মরাক চংলবদি খিল্লিবা কাং অহুনা পানবা ভল্লবদি পাঙ্গন লোগনি । অশি অচং লৈতে ।

কাংখুন অহৈনা মরাক চংবদি অশি অচং লৈগনি । খিল্লিবা কাংনা তুরবগু কাপ্লিবা কাংনা খিল্লিবা কাংখুন্দগী মাংমদা লৈরবদি পাঙ্গন লোদে ।। তাইবংদগী মাংমা লাল্লে অশিবা মশক ওইরে । কাপ্লকপা মকমদগী খিনখিবা কাংখুন অহু ফাওবা শিক্তিন্নবা য়াদে ।। খংকাপ অহুগী মমুংদা কাংলুপ অহুগী কাপুক্লিবা অন্নাংপা মী লৈবহুনা কাংখুন অমদা কান্নদা পানবা ভল্লবদি অশিবদো য়িংলে, পাঙ্গনবু লোরে ।।

মরাক চংবদা পান্দবা অমদি য়োদবা থোইনা অয়োন অরান লৈহল্লোইদবনি, কাংবু খিন্নগা কাংখুন অহু ফাওবা শিক্তিন্নবা য়াহনগদবনি ।। খংকাপ অহুদগী থোহৌন্না কাংবু খিনখিবা কাংখুন অহুনা মতাই ওইনা শিক্তিন্নহুনা ( অশি অচংবু ) থোয়েন্দদবনি ।। শিন্নিবা কাং অহুবু ইংপোক ইহুন তনদরিবা মখৈদি ।।

মরক্কা পাল্লবগু মরাক চংবদি হৌনবী অশি অচং লৈবা য়ানা মশাগী কাং খিনফম লৈরবদি হাইবদি শিক্তিন্নবা য়ানা লৈরবদি মথং মথং শিথরকপগী মঙং তারন্নবদি শিক্তিন্নবা য়ান্নিবা অরোইবা কাংখুন্দা ( লমথা কাং ১ চেকফৈ ১ কাংখুন অনি ) থন্নগা অহুমগুবা কাংখুন্দা কাংবু থাহুনা মরাক চঙনি ।। লমথা কাংখুন্দা কাংশাবা য়াদে, শিথরকপগী মঙং তারকুনা কাংখুন অমতদা কাপ্পা তারবদি কাংখুন অহুবু পুরম্বা ফম্নবা মশক মরাক অহুনা হান্ন কাপকদবনি, অতোপ্পা কাংখুন পুবা মশক্না হান্না কাপফদে নাংমুংডি ।।

লাইনিংথৌ চংলম কাংলম অসিবু কাইদনা শান্নবিহুনা তুতুংনগু নিংশিংনবা ওইরম্না তাইবং মশক্কি ইপোক্পা পোক্লবা থরাই য়াইবী শিদবনা কোয়ৌ থক্তগী থোঙ্গুল্লক্তুনা মালেম তাইবংপান অসিদা লৈরম্মগা লৈঙম্না কাইদোংবা লৈফম্ হুন্দোকলমহুনা লৈতৌরকফমদা লৈতিনখিবনি ।। নোংকোয়ৌ ৭ কী মমুংদা পোকপা শিগদবনি ।। শিরবদি থাজা ১২ মথৌ মঙম্বু লোমলগা অশিবা শাবা ভাল্লম্বদগী অমম্বা শরুক ওইখিবদো অমুক শাথোক্লহুনা ভাল্লগদবনি লৈথং পাউতাক পিনবা কুমজা খুদিঙ্গী শজিবু থাজদা শান্নবিও নোংদন্নে ।

| থা | রাং |
|---|---|
| মতাই খুশি | মতাই অচৌবা |
| লমথা তানবা | পনঙাকফম |
| চেপফৈ তানবা | চেপফৈ তানবা |
| থৌবুরেন লাংজৈ | লাংজৈ |
| চেপফৈ তানবা | চেপফৈ তানবা |
| পনঙাকফম | লমথা তানবা |
| মতাই অচৌবা | মতাই খুশি |

কাংলম ৭ তা কম্লিবা মশক ৭ কি মমিং মথং মনাও নাইনা কাপ্পা হৌগদবা তাকপা

নোংদম মরু নমবোলবনা শিন্তাকপবু থৌঙম থৌপুনা কাংথরো শান্নবা তোক্তুনা উ কাং শান্নবা হাইনা কুমজা অমগী লৈবাক হৌনা পুক্লিং থোইজং থোইদানা মপুক হরাও তয়াম্না লৈকাই থুদিং চত্তনা মুপীথুং মুপাথুং হাইনা মুপা মুপী হৌনা কাংলম্বু য়েংনা লৈখিনহুনা শজিভূ লাকয়েন হেক তাইবগা থাজা লৈচপ্পা কাং শান্নরে ॥ মতুং কুমজদা অকোইবা কাংবু ( শামুগী ময়ানা ) শারে ॥ অশাংবা কাংবু ( ইরোইগী মচিনা, শজিগী মচিন ) শাহুনা কাপ্পরে ॥ লাংবচক্কী কুমশিং ৪১২৬ নোংদালাই কুমশিং ১১:৮ গী শজিভূ লাকয়েন কাং শান্নবদা লুরাং য়ুমগী চীংজবম মীশিং কৌবগা ময়ুম অঙোম য়েলুপমগী চরোইবম উরিৎ কৌবগা অনিনা তান্নহুনা ময়ুং ইনবা কাংবু মরক্তা মিশিনা থম্লগা মথক মথাবু চানা তৈহুনা মমাইদা মুমিৎলৈ মঙং মাম্না থুংনিংথৌ মতোনমুক পাকন কানোক থাহুনা অয়ুংবা কাং ৭ পূ শেম শাহুনা মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ লোইতোংবদা লৈকংলে । মৈতৈঙ্না মুম্না মিৎয়েং তাবদা কাঙ্গী মঙং মশা, মশা মাম্না মুনা লংবা অহুবু উবদা থোইজং থোইদাবা ওইহুনা মনা মথুম্বু মনাই ২ গী মকমদা নীংথি চংথোম্না পিহুনা মপুক হরাও তয়ামহল্লি ॥ মুম্না য়াথং নোংদম্মি খুংহৈবা লুরাং চীংজবা মীশিং অঙোম য়ুমগী চরোইবা উরিৎ খুংহৈবা অনিন শারক্লিবা কাং অশিবু লুতুংনা মশক থংনবা মিংহুন অমা তমশি হাইববু থৌরম অসিগী লৈহৌরকপা পরম্বু লৈমাংখিবা তারে নপুক বারো থোইশাঙরম্বু মশক অসে লৈহৌরকপদা শাথোক্লখিবা মমিংদো মশক অশিগু নিংথৌ ঐনা চানা শাবা অশিবু ( উরিকাং ) লৈহুন তম্লগে ॥ কাংবু শান্নবা খুদিংদা নিপা ওইবা মথৈনা মশক অশিনা ওইরশি, শামু ময়াগী কাংকোই অসিনা লৈমশিঙ্গী মথংগু ওইনা অসি কোরৌদগী পাইহুনা শান্নরশি নোংদমহুনা লৈনা ৬ কা পাথম ৮ গা থায়দোক্লহুনা নাকন অমদা লৈনা ০ পাথম ৪ থায়হুনা মুপী নিপা

পুম্না শান্নহুনা লৈবাক হৌনা অচা অথক হৈ-লৈ লান্নহুনা মুংঙাইনরে ॥ কুমশিগী ইঙা থাজা ২১ নি পানবা নোংকাযৌ ইরাই মুমিংকী অয়ুক্তা লৈমরেন শিনাই কমথোল ৭ লৈপু লৈকম্বী মৈতৈ লৈমরেন শংলৈমা বাঙোন শঙ্গুম্নহুনা মুংথিল পোপ্তা হুনগংলকপদা মচা ইবুংঙো অমা পোত্তুনা মতুং ইপান থৌনি থাগোন লৈপাইবদা মমিংবু (হেমতোন ইরাম্বুবা) লৈহন্নে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪২২৭ মোংদালাই কুমশিং ১১১৯ দা কেগে লম্মহনবনা কোনবা লম্বুবা মোইরাং নিংথৌ উরা কোংয়াংবনা মনাওচৌংখুবনা তৌগে হাইবদা মনিং তৌহন্দুনা রায়েন নোংদম খুদিংদ মতু শোনবরু হন্না য়েংদবা চৈহত্তুনা অকি তুজুং পিহুনা রায়েনবা অসিবু তাবদা মৈতৈঙ লোইতোংবনা খেইশাওরে । কেগে মোইরাং অসিগী রায়েন লৈঙাক লৈপুবা অসিবু করি কমদৌরিবা চংলম্নো নিংথৌনশু মংথাইগী অঙম অথৌনশু লৈথিবিদবা ওইনা তাঙলি মোইরাং অসিবু অকন অথৌ ফম্নাইবা থক লৈত্রবরা চৌংখুবনা তৌরিবা মথৈ থৌয়ানা লৈঙল্লিবা অসিবু মোইরাং অসিবু চৌংখুবগী মঙাইহত্না ওইবরা মথোই অমতনা রায়েন অশিবু য়ানিংদে হাইবা কনামতা হাইরদবা অসিবু কৰিনে খম্বা হাইবা য়াথংলেই অসিগী মী কনামতা লৈজত্রবরা ॥ খম্বা হাইবা অহুনা লৈফম অহুবু পাদোক্তুনা চংপশু চত্তে মাবু চৌংখুবা মচৌন মনাওনা লৈফম অহুদগী চথোক-হন্দবরা তাবদা খোইশাওনরেদা, মশিদা ঐনা লৈখিলুরে লাইরকচন থুগাইবা তাঙলি. ঐ ঐগী ইখুনগ্গনা য়ানরিবা মথৈ কংলৈ পিবানা রায়েন থৌদাবা থুং থিংজিনবা তৌনফদে লেপ্নখিবনিনা ঐনা রাখিবা য়াখিদ্রে ॥ অশিগুম্বা লমচংনা লৈবাক রায়েন ওইরবদি লৈবাক অসিগী অশোন অন মতু শোনবদি কমদৌনা লৈপানবা ঙমগনি করি কমদৌনা হীজনি চংলম অসিবু ঐনা লৈবাকী লুচিংবা পিবা ওইরগা থিংবা ঙমদনা লৈরিবা অসিবু ওস্তোকপনিদা ॥ মোইরাং অসিদা লৈরিবা চাওব নোংথোন হাইবা অমশু লৈ হাইবা তাই অহন অসিনা লৌশিংলিবা অশিবু মতু শোনবা মীবু ওং লৈনবা লৌশিংলা, অহুগ লান্দা থৌবা হৈ শিংবা থোংলেন হাইবা অমশু লৈ হাইনৈ । অহন অসিনা হৈরিবা লান অশিবু থুংকন পাঙ্গনবগী মফমদদি কদৌব ঙমদবা মতু শোনবা শীতং পাঙংনবদদি হৈ শিংবা লাম্না মশিবু করিনে মপু নিংবা চংলম হাইবা অহুরা মপু নিংলিংইদা মরৈবাক অশোন অনাদি লৈথা তানা মাংপ্রনি চুমদেদা চন্দক্তি থজনি পাউহোম পাউ অমতং লাক্লবদি চাওবা, থোংলেন, চৌংখুবা, মোইরাং নিংথৌ উরা কোংয়াম্বা অঙোম নোংবান মখোই ও অসি লৈবাক্তা লমচং ফাকপা ওইনা খুঙোইরগা মপুন্সি চুপ্না অরাশংদা লৈথমগে থৌরম্ব রারেপ থম্ন. ম্না পুক্লিংবু মুংঙাইতনা লেপ্লি ॥ মতম অহুদা মোইরাং থাংজিঙ্গী হরাওবা মতমশু ওইহুনা থাংজিং লাইশু হরাওই হরাওবগী পাউবু মৈতৈ নিংথৌ লৈবাকী লুচিংবা পিবাবু তাক্তনা হরাওববু লোইশিনখরে ॥ মৈতৈঙ লোইতোংবনা উম ঐগী ইথৌ লাক্লেমনা (ইবুধৌ

রায়েন লৈচুম্বা খাংজেংনহানা ) লমজিংবিরক্লেদনা ঐ হৌজিক্তি কেগে মোইরাংদা খোঙ্গুম খোংদাবা মায়েদনা য়াহং লৈখিবা য়াখন্দুনা মা খোঙ্গুমগী থৌরাংলে । থূদক অত্তুদা ময়ুম অঙোম নিংথৌ লম্বুবা মরিংঙম্বনা লৌথাম্ন পাউশানরকই ।। লাইনিংথৌ মা পুক্লিং থরা খজিকপু তপথবিনি মরিংঙম্ববু লৈঙম্না লাইনিংথৌ করি মাখোংলেংগদগে মা য়াথংদা ঙাইহুনা মরিং ঙম্বা লৈবনি মরিং ঙম্বা ইথৌনি ননাই ঐনা চৎকনি মা পুক্লিং মুংঙাইনা মা কংলা শংবিনি ।। মরিংঙম্বা ননাই চৎচরে কেগে মোইরাং লমহেনবা তক্লা তুংবুন লিফানরক্তুনা নখোংখাদা লৈরাক্সে রাহোম্নগা ময়ুম অঙোম নিংথৌ খুৎপাই চেৎপা মনাই খরগা লোইনহুনা কেগে মোইরাংদা লাক্লে ।। কেগে মোইরাংনা খংলহুনা মরিংঙম্ববু নিংখি চংথোম্না ইকাই খুম্নবগা লোইনহুনা মাইয়োকফাবু লৈহুম্নে ।। চাওবা খোংলেম্না রাহোম্মি নিংথৌ মচিন মনাওনা রাথুম পাউশাবা ঙমদহুনা তাজা লুক্রা লৈম্নবদা ময়ুম এলুপমা কংলৈগী অঙম্বা অঙোম নিংথৌ লম্বুবা পিবা মরম পুম্বা থোকাওদে কেগে মোইরাংদা খোকখিবা থৌদোক পুম্বা লৈয়েক্লা থৌদোক পুম্বা মৈতৈ নিংথৌদা রাহোম্নবা থোকাওদনা লৈথমজরি ।। অহন মতমগু ওইগ্রে হন্দক্তি খোংলম অসিদগা লৈঙাক লৈকম্না থুপচানহুনা খম্বীও থৌরম পুম্বা নৈনহুনা রায়েন লৈচুম থৌপুবা অশোন অনাবু লৈকনবা লৈবাক রায়েন থৌপুবা কুমজা অমা নিদংবু থৌঙমবরা থৌয়েংজখিগে থৌরম পুম্ববু রাহোম পাউদাকচদবদি অহন মতম ওইরগা রায়েন থৌপুব ঙমদরে লৈবাক্লা ঙাংনখুনি কংলৈদা রাহোমলুরবদি ।। কেগে মোইরাঙ্গী মচেং চাহুনা লৈরগা মোইরাং অসিদা কমদোমা শাহো লালহৌশিবনো হাইবগী থুপচানহুনা লৈথম্বনি কংলৈ পিবানা মতম খরদদি কুনি লৈথম্বীনবা অঙম্বা নংনা রাহোমনবা তৌবিও ময়ুম অঙোম রাথোক্লী লৈবাক কাইহনবিগনু রাহোম্নে ।। চাওবা থোংলেন অনিগী রাবু তারগা মোইরাং নিংথৌ উরা কোংয়াংবগা চীংথুবগা মচিন মনাওবু মরিংঙম্বনা মিৎয়েং খানা য়েংলম্মগা কংলৈ পুংমাইয়োম্দা খোঙ্গ লৈহন্নকুনা লৈশি লৈপোনবা রাইনা থেমজিন্দুনা লৌথামহুনা লৈথম্নে ।।

## মোইরাংদা থোকখিবা থৌদোক
## খম্বা, থোইবী, নোংবান হাক্তক্তি

হৌ কেগে মোইরাং নিংথৌ উরা কোংয়াম্বগী মনাও চীংথুবনা মচা থোইবীবু খম্বা য়ুম্নদগী কৌথৎলগা মৈতৈঙ্গু লোইতোংবগী মনাই শক্লিকপা তুমুলাকপগী মফমদা শিন্নহুনা মপানা হাইবা ইন্দবগীনি হাইহুনা লোই থাবনি হাইহুনা খমখিবা থৌরমু তাবদা উবদা লৈবাকগু থোইশাওনৈ খরা লৈরগা কৌথৎপরা কৌথক্তে ।। চাওবা, থোংলেন অনিনগু মথম্নে অরা শঙদা লৈরুবহুদা

মহাকথকুগী লৈঙম্বনি রাখন্দুনা মতৌবনি মচানি নোংমা মকোখৎচনি রাখন্দুনা লৈঙম্ববু কৌখত্তে থাজা অমা অনি শুরক্লে। চাংখুবগী চৎলম রাখনবু লৈহোংলকদরা হাইদুনা ভাংদুনা খরা চৈদুনা খরা, শাওদুনা খরা থৌয়েং রায়েম্না লৈপুরকপবু নোংমা নোংমগী ফৎচিন্নজবনা মহেন্নক্লদুনা চাওনা থোংলেন অঙম্বা অনি রা তাম্নরে। ইত্তাও নোংথোন নং ঐ অশি কেগে মোইরাঙ্গী চেং চাদুনা হিংদুনা লৈবনি হাইবগী কেগে মোইরাং অশি কাইহম্নিংদবগী ওাইহাক শাওরুম্নবশু ইপুক নপুক ফাদুনা লৈবনি অসিবু লৈবা থাংবা অসিবু ওম্নরোইদবা ওইরক্লে। মশিবু নং ঐমক্না হেক হৌদুনা কেগে মোইরাং অশিবু থুগাইদুনা পিবা নিংথৌ লৈমুংনবা থৌপুবা অসিবু অহন ওইশিনখিবগা লুত্তুংনা করি হাইনহৌগবা চৌংখুবা অসি হকমল্লে।। চুম্মি ইত্তাও থোংলেন নংনবু কেগে মোইরাং মাংহনববু কয় বু কুইশিগবনো অদুবু মৌগী মচেং চাদুনা লৈরুবনিনা মপুক মশক থংদবশু থোকওম্ননি।। মমাও ইবুংঙো অসিগী রায়েন চৎলম অসিবু থৌয়েংলবনি খুদক খুদক অদুদা অমাং অতা থৌয়েংদনা লমন শিংবা য়াবা ঙাক্তনি অদুবু নং ঐনগা অহন ওইমনখিবগা লাল হেক হৌদুনা থুগাই চৈথাইবা অশিশু থোইনা ফজ লেমজফমশু থোকওম্নক্রে।। মশিদা শা লান থোক্তনদি রারক রাজেম্বশু য়াদরে, নং ঐবু লম অশিদা ইকাইবদো থাদোক্লশি থৌরম পুম্বা লৈয়েক লৈথম্নিবা লাইয়েক অশে মৈতৈ নিংথৌদা লানথত্তুনা রাহোম্নশি মৈতৈ নিংথৌনা লৈচুম রাথিদুনা তৌগে নিংবা তৌরশনু লৈথংলশে।। উম চুম্মি ইত্তাও নোংথোন মদুনা নং ঐগী ফবা তাই লাইরকচন চংলম্বু থৌপুবা কাইদবা চৎলম লুত্তিনশু ওইবা।। অদুদি কনা থংহন উহন্দনা ইত্তাও নং চেপাউ লৈয়েক্তা লাংথত্তুনা রাহোম্নবা ভৌঙয়ে রায়েপ্লে।। খুদক অদুদা চাওবা নোংথোন্না য়াচংবগী মতুংদা (শাগোল মাগী লানশা কারু থোংদাংবু) তোংদুনা কংলৈ ম্না কংলাদা চেনখৎলজুনা অথুবা পাউনি নিংথৌনাইদা হাইদুনা চাওবগা মৈতৈঙগে উনদুনা রাকং লাইয়েকপু লৈকংলে। মৈতৈঙ লাইনিংথৌ লোইতোংবা য়েক্লিবা লাইয়েকৌ চেজুম্বু হাংদুনা য়েংবদা অহানবা মক্তদা—

১— খম্বনা পানাগী থোং কাংজৈ য়েংবা চৎপদগী কাংজৈ য়াউদুনা চৌংখুবগী পানানা থোইবা, মতুং মুক্না শাম্নবদা খম্বনা থারগা নোংবাম্না মাগী লৌনি রায়েংপা হৌব।।

২— মতুংদা চৌংখুবনা মাগী পানা মকোক হাপ্তুনা মাগী মী ওইশিনবা।।

৩— খম্বনা কাউ ফাবদা নোংবাম্না মাশু য়াওয়ে কাউ অসিবু ফাবদি লৌয়েংশন্দুনা খম্ববু কাউ অনিরক ফাহনবা।।

৪— হরাওবগী লৈ লাংনবা থিনবদা নোংবাম্না লৌনমদুনা খম্ববু শিনবা লৈথিবা কংদনবা লম্বী ওয়ন্তৈনা থাজিনবা।।

৫— পানা লমজেন চেনবদা নোংবানগী মীওইনা লথীদা থত্তুনা থব্ববু কাহুন। থয়বা থৌশিনবা ।।

৬— মরাওবগী উরেপ উয়ুং ভাম্নবগী শাম্নবদা থম্বনা থারগা লৌদি ঐগী লৌনি ঐ লৌ থাদোক্লদরি ঐনা থাই লৌয়েংপা ।

৭— লাংবন উকাই কাপভৈদা থম্বনা মানা ফিরোন শাইককপবু ফিথ। থানা লিংলকপবু উবদা ফিরোন অশিদি মাবু লাংচৌ থুরুমশমু পিবা মানা ফিবু পিরগা উকাই কাপ্পদবু লিত্তুনা লাক্লম্বশিদি নিংথৌবু থৌওই উশিত্তবনি রাকংলুবদা মরা চংনদবদা চৌংথুবগা রাতাম্নহুনা চৌংথুবত্ত উকাই কাপকনি হাইনা কাপ্লগা থম্বদা ভম্না পাম্নবা কাপ্লক্লবদা থম্বনা ( কোনথাং ফুরিংকী কৈরুবু ) লৌথোক্তুনা য়াহুনা লৈবদা মচা ইবেম্ম। মোইরাং লৈমা থোইবীনা চেনশিল্লকুনা থম্বৰু পান্দনবা হাইহুনা করিনো তৌগুম্লিবা অশিবু হাইহুনা ইম্বোক্তুনা থম্বৰু লৈকনখিবা ।।

৮— মতুংদা চৌংথুবনা থম্বৰু কৌথত্তুনা লোম্না অহিংদা ফাহুনা শামু খোংদা পুন্দুনা ফুহুনা খোইরি কৈথেল্দ কোয়না পুবা । থম্বনা থাংবা গুম্লক্তহুনা ময়াদা ঈথেং হাথবা ।। মোইরাং লৈমা থোইবীনা ভারক্তুনা থাগু পায়হুনা চেনশিল্লক্লবদা চৌংথুবগা নোংবানগনা চেনখিবা ।। শামু খোঙ্গা থম্বগা পানা পুল্লিবা থৌরিবু থোইবীনা ককথত্তুনা থম্বৰু মতম্বাক্ত থাঙ্গত্তুনা কোন্দুনা কপ্পা কপ্পা পাউশাহুনা লাইকম্লবা ।।

৯— থৌরম্না রাথোক ওইহুনা চৌংথুবগা নোংবানগা অনিনা অরাশঙদা লৈবা ।।

১০— থম্বগী মরাময়াইদা থোইবীবু মোইরাং নিংথৌ উরা কোংয়াংবনা থাহুনা লাইকম্নহুনা লৈখিবা ।।

১১— থম্বনা ফরক্লবদা নিংথৌদা, অঙম্বা ফবৈ ফম্ব পুম্বদা চৌংথুবা নোংবান অনিবু লৈনি-জহুনা কৈশুম শঙদগী থাদোকহনবা ।।

১২— চৌংথুবনা কৈশুমশঙদগী লাক্লগা ময়ুমদা থম্বগী নাক্তা লৈবা থোইবীবু কৌথংথ্রগা ( তুমু লাকপা শন্দ্রীকপগী ) মফমদা লোই থাবা হাইনা থমখিবা ফাওববু অচুম অরান লৈখিবিও রাকংচে ওইরে ।।

লাইয়েক পাউশাবু পারগা মৈতৈশুনা রাহংচে অমা ইহুনা পীরে ।। কেগে অঙম্বা চে অাশে মোইরাং নিংথৌদা পিখিরম্মু ঐবু লোজ। লোনথুম্পা লাকপদি লাকওয়োই মচীন মনাওগী পাওথুম ভারগা লাকে পাউহোম অসিদা ভাইহুনা ঐশু লৈভম্লক্লবনি মতম শুরমায়ে মরাক্লে হনখিরো থরদং থুনা পিখিয়ুদো পাউশানা শীম্নরে ।। চে পুহুনা চাওবা নোংথোন নোংভাব তুবুং উবা মতমদা মরাময়াইদা লৈথুংলে ।। ময়ুম ভাংভোইদা লৈবা কংলৈপুংদা থৌকাব। ( রাঙ্গোন লুচিংবা ।

খোংকাইনু লাকপা । শিনাইবা হিদং ) অঙম্বা অহুম্বু কৌহুনা রাজাগী ।। কংলৈ খোৌকাবা অঙম্ব নখোই অহুমদি শশিদি কংলৈ খোৌকাবম্বু চাইবা ঐগী ইতেং পাংঙম্মু ঙসিদি কেগে মোইরাং কুম্মে অমা তৌঙম্বা খোৌহৌরশি ।। তাকপীনি নয়াখং ঐখোই অহুম্বু খোঙম কৃরি তৌঙমজৌ তাকপীবা খোঙমজনি ।। অঙম্বা অহুম ঐনা পীরিবা চে অসিদো হোয়েন মোইরাং কংলা ফম্বৈ ফম্বরবদা মৈতৈ নিংথৌনা পীরকপনি হাইহুনা কেগে মোইরাং নিংথৌদা খরা পীঙম্মু ঐনা পীবদি শাশিম্বব ওইনা থোক্লনি ।। নমাই ঐখোইনা শোইদনা তৌজনি, পাউশানহুনা অঙম্বা অহুমশু মরাময়াইদা হনঙম্বকুনা পোখানহুনা লৈঙমখি ।।

মোইরাং কংলা য়াকানবক্লে চাওবা, খোংলেন লৈফম্নে ।। নিংথৌ মচিন মনাও ফম্বাম্লে ।। কেগে ফমাই ফমাইবা অঙম্বা ময়ামশু ফম্বৈ লাংনা থোৌখক্লে । ময়ুম ভাংভোইগী কংলৈ খোৌকাবা অঙম্ব ( রাঙ্গোন লুচিংবা ।। খোংকাইনুলাকপা ।। শিনাইবা হিদং । অহুমমক্তা লৈচংলকুন কেগে মোইরাং নিংথৌ উরা কোংয়াম্ববু পুরুম লৈপাইলৈ ।। মনাও ইবুংঙো চাংখুবা অঙম্ব ফম্বৈ লাংবা পুম্বব পুরুম্বহুনা চেপাউবু লৈকংলে । কেগে মোইরাং নিংথৌনা চাজুম হাংহুনা পাঙক্লে ।। "কেগে মোইরাং লম্বুবা নিংথৌ উরা কোংয়াম্ব ঐবু মশক খংদরে হৌ কেগেনা কোনবা লম অহুবু পিব, নিংথৌ কয়না লমপুরিবনো পিবা লম্বুবা নিংথৌ মশক খংনরা মৈতৈ নিংথৌ ঐশু লাকঙমগে ঐনা লাকপা মতমদা কেগে মোইরাং লৈমা চমু নিংঙোন অমতা লৈরাক্তনা লৈথম্লমগদবনি, হোয়েন হয়েং খংদে ঐ লাকনি নক্ষ্রগা নিংথৌ কনানো নঙী লৈঙম্বা অকন অখোৌগা লোইনহুনা কেগে মোইরাং লমখাইদা ভাইরম্মু ঐবু কদৌঙৈ লাকউগে পরম থুনা খংহল্লকউ" হাইনা লাইরেক্লয়ে ।। পাউশাবু পাবা লোইরগা মশানৌ চাংখুবা কৌশিন্দুনা চেপাইবু পিঙরগা "ইশানৌ লৈঙাক লৈপুবা লুমাং লৈতরুগা ইনাওনা অপাম্ব উনবা ঙরগদবা মুম্বিং অমা হাইঙমখ্রে নক্রবদি লৈবাক রাখোক ওইখিগনি ।" চাংখুবনা পাক্লুনা খেংলগা শাওশিম্বহুনা মম্বিংনা খুখিন ক্লৌরম্মগা মম্বদা চংখ্রে, অভোম নোংবানশু তুংইন্দুনা চংখি । অঙম্বা নিংথৌনচিংবশু মুমিং অহুগী রাকম্মু খোৌম্বুন লৈতানদনা কাংথং পুখং খংনদনা লৈকুম্বখি ।

চাংখুবনা হাই, "মাক্লৌরেন শেল্লুংবা নবেম্মা খোইবী অসিবু কৌখত্তুনা থম্মদরম্বদি কংলেগা কেগে মোইরাং রাখোক্লহুনা খুখোক্লবা পরম অমা থোৌক্লবা হায়ে, নবেম্মনা কাখংলকপদা ঙকুনা নরাম খাইদা মৌঙম্বা ভৌঙমজৌ" নোংদক্লে ।। মতুং নোংঙাক্লগা চাংখুবনা চেপাউ অক্লগা মনাই নাকঙহনবদা পিহুনা শক্লিকপা নিংথৌবাই তুমু লাকপগী মমমদা পিক্লহুন লৈবাক লুচিং পিবাগী মনাই শক্লিকপন চেপাউবু কংবদা মচা ইবেম্মা খোইবীবু তুমখ্রগী কেগে মোইরাংদা হনবা খোৌরাংবিহুনা থাক্লে ।। নোংবাম্ন মরক্তা খক্লুনা কুমী তেরা শাম্বীক্লি মখোংদা ভাইহুনা লৈরম্ববু

লৌশিং চাওবী খোইবীনা নোংবানগী মথু-গী নাম্নোক্কুনা ময়ুংভো খম্বগী মনাক্তা য়ৌভম্বা ভম্জনবা মপুক লুম্নাং রাইবু মথন্দ মথেন ভাংহুনা চানিংববু চানিংদবা শা, অপাম্ববু পামদ শানা নোংবানগী রাখলবু লিফা লিথয়হনা মোইরাং নোংবান অথা কোংয়ামবনা ভোংলকপা শাগোলবু ভোংহুনা চেনখৎলকুনা মশাবী খম্বগী য়ুমদা লৈচংলকুনা লৈভয়ে ।। পরম অশিগী পাউবু লৈবাক লুচিং পিবনা ভাওম্মি চৌংথুবনা খোইবীবু কৌখত্তুনা খম্বগী য়ুমদা খাখরে হাইনা ভাওয়ে । মহুদা লৈবাক লুচিং পিবা মৈতৈঙ লোইস্তোংবনা রাখলকই ।। পাউ অশিদি ঐনা রাবৌ রায়েন্নিংঙাই খোইনা লৈত্রেদনা খম্বগী মরমদা রায়েন নমথেক নমজানৈ হাইবগী ভৌবত্তনি ময়ুম পিবা অমনা মানা পুজবা লমদা মখোই মশেন য়ানহনা রায়েন চৎলম ওইরিবা মথৈ ঐনা অক-কল লৈথি লৈয়েংলুবদি পাগী পুগী চৎলম লুত্তিনবু নমথেক নমজানহুনা লাইরকচন লুত্তিনবু নামুং চৎলম থৌপু থৌহৌবা ওইভম্ববনি মশিদা ঐনা অমুক নৌহৌনা রাখিরক্তুনা কেগে মোইরাংবু ইরাং ভৌহন্নগা ঐবু লুতুংদা করি হাইগনি রায়েন অচান মীয়াই ভাহৌনবনি । মশানা ঐগী রায়েন চৎলম অসি লাম্লে রাখল্লকুনা মচাবু কৌখৎলগা খম্বগী য়ুমদা খারে হাইরবদি অহু মঙাইরে ঐনা রায়েনলুগদবশু খম্বগা পোইবীগা অনিবু লৌন লৈনহনবগী অচুম অরান লৈথিগদবজদি ঐনা চৎলুবগী রায়েন্নিংঙাই লৈতরে হাইহুনা মনাইশিং অকন অথৌ অপুম্ববু খানজিন্দুনা চত্রে ভোক্লে ।।

মতুং মুমিং খরা লৈরগা খম্বা নোংবান চাইনপুং থোন্দুনা টিমেন টা চাইননি পাউভাইয়ে, মহুশু অকন অথৌ ওইবগী চাং য়েংনবনি য়েংনশম্নু হাইহুনা তুমিন্না ভাহুনা লৈভয়ে ।। অমুক পাউ অমা ভাওম্মি, খুইয়োইতাকি লবুক্তা খাবী য়োইরেন অমনা য়েঙ্গাং থিবা চংপদা পাম্বা কৈ অমনা শাথোক্লকুনা চাখরে. কৈ অহুবু ফাবা ভম্বা ভায়রো টিমেন চাইনবা ভোক্লরো হাইহুনা ভোক্লে হাইনা ভাওয়ে, অহুশু মথৌনা ফবা ভাম্লজবনি হাইনা লৈভয়ে ।। নোংবান্না কৈনা শোক্তুন, শিখরে খম্বনা কৈবু ফাহুনা খম্বা খোইবী খোইজং লৈতানা পাম্লয়ে ভাইয়ে মৈতৈঙনা মুংভাইয়ে ( লান্দবগী রায়েন চীংঙ লাইগী রায়েন নোংদম্মি ) লৈভয়ে ।। মতুং খরা লৈরগা ভায়োম্নবা পাউ অমবু ভাওয়ে খম্ববু অহিং অথেংবদা কৌথোকখ্রগা টানা খিন্দুনা খম্ববু হাংলে । খুদক অহুদা খম্বা শিরে ভাবদা কেগে মোইরাং লৈমা খোইবীশু চেম্নোক্লকুনা খম্বগী নাক্তা চংত্নমা মশাবী খম্ববু কোনশিল্লগা মথন্তা থাভনা খীজহুনা খোইবীশু শিরে ভারে ।। ভায়োম্নবা পাউ ভাবদা ম্না পুক্লিং খোইশাওরে, অচচ-চা কেগে মোইরাং কংলৈ পিবা লোইভোংবা ঐ লৈ হায়রবা থৌ কাওরেদনা, কেগে মোইরাংদা অকনবা মথৌনা ফবা মাওথশু লৈত্রবা, কেগে মোইরাং লমদম অহুগী নিংথৌ মচিন মনাওগী মমাক অমশু ওইবা খম্ববু অহিংদা কৌথোক্তুনা টানা খিন্দুনা হাংপবু কেগে মোইরাং কনানা ভমগবা চীংথুবনা শরৌ শিন্দুনা খম্ববু হাংপা নংত্তনা

হাইনা রাখনবদগী মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ লোইতোংবনা লান্নমু খোংলম অনি থোক্লা লান্দরক্লে ॥ লোক্তাক ইরামক্তুনা চেনখিবা ওয়দনব হিগী লানমি হিপোং ২৫ লোক্তাক য়োনবা মোংমা লৈরাম্না থাদরে ।' থাঙ পায়রবা শাগোল তোংবা মিপা ৫০ লানমী খোংলোই ৫০ চাম্নুপ অম্বগী য়াইখ্নন: ম্না থৌগন ইন্দুনা খোংলখী খুদিংবু চাইনা থক্তুনা মৈতৈঙ্না লান্দরক্লে ॥ অম্নাম্বক-পগী পাউবু তাক্তুনা কেগে মোইরাং নিংথৌ উরা কোংম্নাম্বা, মরাও চৌংখুবা লৈত্তাকপা মচিন মনাওনা লানগী লাম্বোংবু অনি থোক্লা লোক্তাক হিরম লানশু হেক্লিনবা য়াদনবা খোংলম লানমীশু হেক্লিনবা য়াদনবা রাংলেন মথাই অমতা ওইরবশু থীংজম্নবা অকন অথৌ কেগে মোইরাং লানমী শাগোন্দা হৈব, হিদা হৈদা খোংলমদা হৈ শিংবা লৈবা মথৈ কেগে মোইরাং পুংজাও মৈহুন: থুদক অতুদা কৌথক্তুন অকনবা লাম্বোং শিন্দুনা থিংজম্নবা থৌশিল্লম্নগা মৈতৈগী অকন অথৌ লানমীবু উবদা অকি তুজুংবা ওইতুনা ময়ুম লানমীবু তাহন থংহন্দনা শাগোল তোংতুনা অকনবা খোম্লাওনা লাম্বোইম্নগা ময়াম্বা নিংথৌবু হৌজম্নগা থাংক্লিং ভাংভোই চৌংশাং পাংনা চেন-খরে । কেগে মোইরাং লানমীবু অশিনি হাইবা মশক থংবা ওয়দনা শিথরে, খোংলমদা চংলকপা হিরমদা খোংদারকপা মীশিং শিংথকম থংনদে মৈতৈ লানমীশু পংশি শিনরে ইভাং পাক্তক্লখরে মীশানা পামকেম্নরক্লবদা মৈতৈ লানমীনা লান্দা হৈবা থৌবা অশুম অশুম হেক্লিহন্তুন মোইরাং লানমী তাকশিন্নক্লে মোইরাং তেঙ্গোল কায়দুন চম্নরে । মথুক্তা পায়ব খুৎলাই থাদোক্লরে খুৎলাই পারবদা মৈতৈ লানমীশু তেনকাম্না তোক্লে অরাম্বাই হুনবা লেপ্লে, কেগে মোইরাং লানমী লৈহৌবা মথৈ তক্ল ফারে ॥ লুচিংবা লানমী কেগে নাওথমতেংন, তোনমু নাওথোম্ব, অতোম নাওথিংবা, থোইরেন কাবু খম্বা, মথৌতোনাবা, খাম্বা লৈশং, শরৌ শাবা লানমী ৫০ কাহুনা অরা শঙদা থম্নে. কেগে মোইরাং পিব তক্লে অরা অনাবু মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌনা থৌরেং থৌপুনচম্নে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪২২৯ নোংদালাই কুমশিং ১১২১ গী চংভদা কেগে মোইংরাঙ্গী পিবাবু লৈত্তাক্লবদা কেগে মোইরাঙ্গী কংলৈ থৌকাবা হৌওংঙে ইফগী কংলৈ থৌকাবা করি করিগুম্বদা খম্বা পোইবী অনিনা শিখিবগী থৌরম্বু পাউশানক্তুনা ভাংনবা রা—"ইনাওশা খম্বা হাইবা অসিবু শিনবা হাইতুন মথন মথন শিনবদি শিরক্লেদে। ঐগী ঐগী মুমিৎ অতুনা থুংলবদা লেংবা য়াবা নত্তমায়েদো খম্বা পোইবী অনি অতুক মুংশি খোইকংনা হৌমিন লৈমিন্নখিবা অহুবু খোইবীনা খম্না মশামক্কী মথুংশু মপা পুরেম্বনা পায়রমবা টাবু পায়ত্তুনা লংবদা পান্দুনা শিমিন্নখিবা অশি-নিদো নোংমদি শোইদনা শিগদবা ভাক্তনিদো পোক্লবদি শিবা, শিরবদি অমুক পোকপা খোংচৎ অসিদো নখোই ঐখোইশু মীগী লমন তোক্লপা শীংদোকপা ওয়দবগুম তোন্দুনা লৈরিবা ভাক্তনিদো

লমন অসিদো নোংমগী মন্নুংদা অমুক্তি নিংশিংনহুনা ইপোক অসিনগী করি তৌবা হাইবদো তৌগদবনি" হাইনা লৈকুম্নবা মতমদা পাউশানহুনা লৈকুম্নববু মৈতৈঙ্. লোইতোংবা পিবানা তাঙল্মি মরোল্মি খোঙ্গুন কয়াদি তাদনা ।। মহুদা ন্না পুক্কিংদা থৌপু থৌঙম্নখিবা চংলম অমবু ন্না পুক্কিংদা চীংনরক্লে ।। ইস কদাইদগীনে। ঐনা কেগে মোইরাংবু মাং তাক্লবা থৌপুখিবদি চংলম কাইনা থৌপুরেনা রাখম্ননা ন্না পুক্কিংবু অরা রাখম্না নোংলেল্লে ।। নোংঙান্দুনা কুচু লৈফম্নবদা মৈতৈঙ্না রাহংতি, কেগে মোইরাং ঙাংঙোইদগী কংলৈ থৌকাবা য়াম্ব। ফম্নাইবা ফম্বৈ ফম্বা য়াম্বশিঙ্গী নফম্নাংদা কংলৈ পিবা ঐবু থৌরম অমতা রাহোম্নগে খংদ্রবদি খংদ্রে অহুগা খংনা খংনা খংদে হাইবা পাউশ। পাউতমবদা থুপচানা লৈথম্নরবদি ইবুধৌ তাঙরোইলাই পাখংবগী ময়েকপু তাম্বেংনবা ওইনশি ঐশু তাম্বেং তানফংনগে নখোইশু নপুকখোক লুম্নাংদগী অশেম পাউশানরবশু তাবফংনশি।। ঐনা রাহোমগদবা মরমদি "খম্বনা শিখিবশিবু করি কমদৌবদগী শিবনে অসিনি।।" কেগে মোইরাংদগী থৌকাবা অহন পুন্সি মুংশাংলবা মোইরাং তোলেনখোমবনা ঐবু লোইবা লাইনিংথৌ অয়োন অরান লৈঙমবা খিবিকপু কুবি নোংদম ওইবিও নমাইবু মিংনা উবগা নানা তাবগা পরম অনিদে। রাহোমজগে। খম্বা থোইবীবু শিরে রাহোম্নহুনা ননাই ঐশু চত্তবা য়াদহুনা কেগে মোইরাং নিংথৌগী তুংইন ওইনা য়াউঙল্মি থোংলেন, চ উবশু লৈকুল্মি, ইমাং থোঙ্গী থোংজিন ময় ইমুং লুখুন কাগী ফম্মাঙ্গী ময় ওইনা খম্বা থোইবী অনিদো থোইবীনা খম্ববু কোন্দুনা লৈরন্মী. থোইবীগী খমোই লকাদা অতুমবা (নীংখম খাঙ) অমবু য়ুংহুনা মখুৎনা চেৎনা পায়হুনা লৈরল্মিদো ইনিংথৌ ।। খম্বনা লৈবাক্তা লোংনা তাহুনা থোইবীনা চেপ্তক লুরুক্কা কোন্দুনা খম্বগী মাইথোংলোমদা য়েংবগুম্না অনি অসিদো লৈরল্মি ।। মনাক্তা টা অমা টাজিন্দা ঈ য়াম্না তৈহুনা ফৈনা তাহুনা লৈয়ে ।। টা অহুবু য়েংনবদা অঙমবা থোংলেন্না হাইয়ে, টা অসিদো ঐনা পিখিবনি মপা পুরেম্বনা শুরমবা টানিদনা হাইদো ।। চাউবা থোংলেন অঙমবা অনিনা কোয়না য়েংবদা থোংথক থোংবাগী মন্নুং মপান্দা ঈবু নিংথি চংখোন্না তৈরল্মিদো ।। মশিদি মরম করিনো কদাইদগী চোংবনো লৈথিনবদা ম্নেংকাইদা য়েংবদা ঈ খরশু তৈরল্মিদো। থোংফম অনিশু তারল্মি লৈনাংদা নেৎলুরগা অকংবদা ফমবগুম্না মবাই কোংয়ামবনা পাদম্না য়েংবদা খম্বগী খোঙ্গ মরাক ময়ুং মান্নে হাইদো লাইনিংথৌ ।। অঙমবা অনিনা ঙাংনৈয়ে অসিদি ইচানা, ইমান থৌবনা শাগ্রেম লাংদ্রেম্নবদা ইমোম্না তাঙমবদা তায়োম্না থোক্তুনা খোইশাঙনহুনা লংবদা থোক-ঙমবা থৌরম ওইবা তাই, কেগে মোইরাংদা রাহোম রাখোক্লিংঙাই লৈঙমদে ।। ইতাও নংশু ঐশু ইথৌ থৌরোইরবনি কোরৌ অসিদগী খংনরশি ঙাংনরগা অঙমবা অনিনা ময়ুম পূমবা লৈহল্লো লৈবাক রাখোক লৈঙমদে কংলা রায়েন থৌপুররোই মথৌ মঙমবু থৌরোইশল্লো নোংদমহুনা

হনখিবন হনখরে অরৈবনা লৈচম্নবা তৌভম্নে ।। ননাইশু কেগে মোইরাং নিংথৌগী তুংইনলোই ওইছুনা হনভম্নে মশি মথৌদি নলাইনা তাজবা উজবনি অতে থোইনদি খংজবা লৈজদে ইঙ্গিংথৌ লংজখিব খিবিকপু কুবিও । কেগে অঙমবা মরম অছবু ঐনা তাদিং থংজিংদুনা রাহোম্নবনি নফমলাংদ ফনবাল্লো নপুক রারোনগম্ন অঙমবা নাংী নোংদম পাউশাদগী ইথৌ ইঙমশু লৈখৎনা তৌওমগদবশু শিঙ্গাকণিরম্নে । ঐনা রাখন খেনবমা খোইলাংভবমা মাংওইবদুনা পাগী পুগী চৎলগদু লৈখা তানবা থোঙম থোপুনখরে ভসিগী কমবে অসিদি পাউশা লৈকম অসিদ তোক্লশি লৈকুম্নবা তৌভম্নসে নোংদমদুনা খোঙ্গুম্নরে ।।

অরা শঙদা লৈবা কেগে মোইরাং লান্দা থৌবা পুমবা স্নায়াথং নোংদমদুনা রায়েনশঙদা পুখোকুনা রাহংবদা থৌয়ারে কেগে মোইরাং পিবানা নমথেক নমজানবা চৎলম রায়েন থৌপুব্দা কংলৈ পিবাদা রাহোম রাকৎপনি হাইনা মালেম পায়না রাশক্লে ।। কেগে মোইরাংনা রাশকপদা পায়বা লৈবাকপু ( য়াইথুলি মেন্দ ) পৈদুনা থমবা হৌরে ।। লৈফম্নু লান্দ গোমদুনা ফারকপা কেগে মোইরাংনা রাশক লৈপায় লৈখবা লৈকম্নি হাইদুনা মেনফম্নু ( মোইরাংথোম ) হায়না মিংভন তয়ে ।।

লাংবচকী কুমশিং ৪৩০ নোংদালাই কুমশিং ১১২২ গী চহৌ থাজ শজিভূগী ১৫ নি পানবা নোংকোরৌ শাগোলশেনগী অয়ুক্তা মৈতৈ লৈমরেল শিনাই কমথোন ৭ লৈপুবী শংখুলেমবী রাঙ্গোন শঙ্গুমদুনা মুমিংনা য়ুংথক থানবগী কোলুপ্তা মচা ইবুংঙো অমমুক তানফংদুনা মমিংবু ( শরাকপা ) মিংহুম্না ইপান পুরুম থোনিরে ।।

মতম অসিদা মোইরাং চিংখুবনা স্না কংলাদা চেনশিল্লকুন মৈতৈঙু লাইনিংথৌ লোইতোংবগী মফমদা লৈচংলকুন পুরুম থৌমিন রাহোমজে । মৈতৈঙুনা নোংদম্মি লাইজিং তেজহৈবা নংবু ঐদি য়েংখিবা তৌদে ঐনা কেগে মোইরাংদা লান্দবদি ( চৎলম লুতিম লাইরকচনবু কাইবগী ) শাওবতনি, কেগে মোইরাংদা লৈতরবশু কংলৈদা ননিং তম্না লৈভম্নু অহনশু ওইরবা নথোইগী রায়েন থৌদা নিংথিবা অচান মীরাই বাইদবা, ইচা মচা, য়েংলৈ, মেলৈ থারদবা চৎলম লুত্রিন লাইরকচনবু লৈখি লৈয়েংনা থোঙম থোপুনভমবা ঐগী মীগী থিদমা লৈবাকী য়াইকনববু দোঙম থোপু হৈশিংবা চৎলবু ঐগী তমজনকম ওইজগে কংলৈ অসিদা লৈভম্নু এবু তাখিবা তৌগনু নোংদম্নে । স্নু য়াখং তাবদা চিংখু লাইজিং তেলহৈবা ইকাই মুংশি রারদুনা রা অমুক মথা তানা রাহোমজবা ভমদদুনা স্না নাক্তা স্না থৌপন ওইনা লৈভম্নে ।। মৈতৈঙুনা রাখল্লি থম্না পোইবীনা শিবশি মরমাই শিজবা ওইভম্নে, খম্বনা মীতোপ শাদুনা অহিংদা শাগ্রেম পাউশানবদা

রাশকী মথা পোম্না চংলিবী থোইবীনা ভাবদা অকি তুজ্রংবা য়াওঙমবদগী শিমিন্নখিবগী থুদম্নি হাইনা লৈবাক অথং অহৈনা লেপ্লহুনা রায়েন থোপুনখিবা থোরম্নু ঐনা লান্দাহুনা কেগে মোইরাংবু মাওহনবা অসি কংলৈ পিবা ঐগী চংলম লিচুমদবনি । কেগে মোইরাংদা পিবা লম্বুবা নিংথৌ লৈথম্লমদবা য়াদে রাখলক্কুনা ফমদো কয়া থাহুনা উরা কোংয়াংববু চা'বুরোই তম্বুরোই কোয়না থিহনববু থিবা ফংদে, চৌংখুবদা রাহংবদগু লাঙেন মাংওইনবা মুমিৎ অচ্চদগী কাইনখিবদগী লৈখিববু লৈথংলক্রবনি স্না নাক্তা চংজহুনা লৈঙমজরিবনি য়ামবনা লৈরিভৈদা চৌংখুবা ননাইবু নাওকোমবিরম্মি য়ামববু লৈখিবা তানফংলক্কহুনা চৌংখুববু নাওকোনবিনবা লৈঙমখিদবদগী স্না নাক্তা চংজরক্কুনা স্না নোংদম্না নাওকোন লৈথমবীহুনা স্না থোগনবু তানফংজরি ননাইদি রাহোয়ে ।। চৌংখুবগী রাহোম রাবু তারগা উরা কোংয়াংবগী চাদ-নাওদারমদবগা মৈতৈঙ্না রাখনবদা কংলৈ পিবা ঐনা রাখংদবদগী কেগে মোইরাংবু তাকহল্লবা অসিদে। পিবা নিংথৌ তাক্কনবা শেমগক্কনা লৈথম্লমদবা য়াদে হায়হুনা চৌংখুবদা কেগে মোইরাংবু শিম্নবিরে ।।

লাংবচকী কুমশিং ৪১৩৪ নোংদালাই কুমশিং ১১২৬ কী চহৌদা ( মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ লোইতোংবনা ) হৌ কংলৈদা লৈবা কেগে ফম্নাইবা মথৈবু চৌংখু লাইজিং তেলহৈবদা লৈশিম্নহুনা পীবিরে ।। স্না নোংদম্নু থোয়ানা চৌংখুবা কেগে মোইরাং লৈঙম্লম্বা পুম্বগা কংলৈদগী লোইনরক্কুনা ময়ুম মোইরাংদা লাক্কুনা নোংহৌননা শেমগক্কনা কেগে মোইরাঙ্গী পিবা লুচিংবা হৌ কেগে লম্মহনবনা কোনবা লম্বুবা নিংথৌ তানফংজনা পানবা হৌজরে ।।

মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ লোইতোংবা কংলৈ ফম্বাল লৈশংবা লৈবাক লুচিং পিবানা মতম পুম্বদা অরা অনং তানফংবা লৈবা খিবিকপু লৈতনবা থোখিনা মতম পুম্বদা থোরম থুদিংবু থোপুবদা বোংদম শঙলেন মপুগী ময়াথং থোদা পরম্নু থোপুনা চৌংবুরোই তম্বুরোই লৈকোয়না চৌংঙ্ লাইফম থুদিংদা কোয়না চত্তনা থুম্লাও লৈচাওনা লৈবাক মরা লৈতপ্না লৈপামবা লৈবাক পুক্লিং লৈতিন ফম্বাল্লাংমিম্ননা পানবা ইরাং থোনিবু লৈথিনা লাইথোং থুদিংদা ( মৈফু মৈলিং লৈহুম্না ) অতাই ইরাং থোনি থাগোম্নহুনা লৈবাকী ভাম্বেং কোলাইবু লৈঙাক লৈকম্না রায়েন লিচুম থোথিনা ইচা মীচা য়োংলৈ মেলৈ থায়দনা অচান মীরাই নাইদনা লৈবাকী মপী মপা ওইহুনা য়েক্লবা লৈচং থোংদবা ঙমদনা ফম্বান কুমজা ২৮, পুজিনা কুমজা ৬৮ লৈপাল্লবদা মচা ইবুংঙো ( অহন অতোনয়োইরেনবদা ) লৈশিম্নহুনা হৌ কংলৈ পুংমাইয়োন লম্মহনবা স্না ফম্বান লৈশংবগী মথৌবু পুক্কনবিহুনা মথৌ মঙম্বু তৌহল্লম্বে ।।

# মৈতৈগু লোইতোংবগী মাওদানা য়ুমদামবা ঃ

লোইতোংবম,

মৈতৈগু লোইতোংবগী মচা ইবুংঙো শারাকপনা পুম্নমক চমু লাইবীবু নুজিন লৈরো লৈবা-বিতুনা মচা ইবুংঙো য়োইখোংঙাই লোইয়াম্বগা, শেরান, চানানে, কোকপনে, পাংক্রানে মচা ইবুংঙো ৫ পোক্তুনা য়ুমদাইরে ।।

১ য়োইখোংঙাই লোইয়ম্বনা ( লোইতোংবম ) য়ুমদারে । মাগী ঈনা লোইতোংবম ভাংবা লাক্কে ।। লোইতোংবম মেনবা অতোম য়ুমদা লৈবা ( অংথা তাবা ) অমুবগী য়ুম্নি । ( ফুম্লো তাবা ) লোইতোংবম খোমদোন লাক্কে । ( থিনুঙৈ তাবা ) লোইতোংবম মিংলাও লাক্কে ।।

২ মনাও শেরাগী ঈদি ( শিংজমৈ তাবা ) লোইতোংবন চৌংশখা ময়ুম্নি ।।

৩ মনাও চানাগী ঈনা লোইতোংবম গোবিন্দাম ।। মাগী ঈনা ( রাংখৈ লৈকাই তাবা ) উখারুবম শুদামগী য়ুম্নি । লোইতোংবম পিবাদি ময়াংদা লৈথি ।। তাম্রাখজনা য়ুম ভাক্নি ।।

৪ মনাও কোকপগী ঈনা রাংমুদগী লোইতোংবম তাংশাইরেংবগী য়ুম্নি ।।

৫ মনাও অতোনব পাংক্রাগী ঈনা ( খিয়ামপোং খুন তাবা ) উশাবগী য়ুম্নি ।। (নচৌদা হিদাক ফানবদা লৈবা ) খৌচাওগী য়ুম্নি ।। লোকপদগী খাইখিবা ( নহারপ্পা লৈবা ) তরনেশেনগী য়ুম্নি ।।

থোজোদগী খায়বা ( চিয়াংখাং তাবা ) ধর্মশিঙ্গী য়ুম্নি । লোইতোংবম নাচৌ লাক্কে ।। ( কোইজিং তাবা লোইতোংবম ) কামাদেবা লাক্কে ।। ( চৈয়েম্দগী লোইতোংবম ) ইথা লাক্কে ।।

# ২২ নং কংলৈ পিবা মৈতৈগু লাইনিংথৌ অতোন য়োইরেম্বা

লাংবচকী কুমশিং ৪২৫০ নোংদালাই কুমশিং ১১৪২ গী শজিভূগী থাজ ১২ নি পানবা নোংকোরো য়ুমশাকৈশাগী অয়ুক য়ুংথক থাজমবাইদা ময়ুম পিবা মোইরাং নিংথৌ চৌংথুবা লম্বুবা ।। খুমন পিবা লম্বুবা নিংথৌ থিংকোন লাম্বুবা ।। অতোম পিবা লম্বুবা নিংথৌ মরিং ওম্বা ।।

লৈকাই ৪ গী লুচিংব, লাকপা ৪ গনা ইরু মাইতাবগী ইহৈ থৌগল্লছুনা ইরু মাইতানগুয়ে ।। অশাই অশম ফমথৌ পুম্বনা স্না থৌগল্লাং, অশৈ খোংকাংলাং, অমাই অনপ লৌশিংনা ইরাং থৌনি থাগোল্লা, য়োইরেন থাবী লেংনা তিন্না থৌথল্লা নেংদম মরু নমপোনবা ।। কাইবিরোন মরু মাল্লংবা । মরু অনিনা চেকশিল্লা ফম্বাল মেন্দোং লৈকম্ববু চেপ্ত হাইদনবা পুরুম থাগোন পরম্বু লৈবাম্ভন। লৈপাই থাগোম্লছুনা লৈবাক নোংথৌ তুবগী উয়ুং থক্তা য়েংক। ওইগা ফমছুনা লৈবাক্কী লুচিংব; পিবা হাপ্লে ।। স্না ফম্বাল মিংলেনবু ( লাইনিংথৌ বায়েন শোইফদবা মৈতৈঙ্গু কংলৈ ফম্বাল লৈকম্বা লৈবাক লুচিং পিবারেল অতোন য়োইরেম্বা ) লৈহুল্লে ।। ওইথম ফম্বাল থৌগন লাংজবীবু ( মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফম্বাল ৭ লৈপু লৈফম্বী লৈমরেল লিক্লাং য়োইথোম্বী ) লৈহুল্লা লৈকৎ লৈরাংনছুনা মেন্দোং ফম্বাল লাংদগী থেমথোক্লা মরু অনিনা লোথরক্তুনা ( কুচু শগুলেম্বা ) স্না ফম্বাল লাংনা পোথারে । পানা ৬ কী লুচিংবা ৬, লৈকাই ৪ গী লাকপা ৪ মনাও ইবুংঙো ( হেমতোন ইরাম্বাবা ) লৈঙাক লৈপুবা, লৈঙাক লৈকল্লোন শগুলেন পুবা হুইয়েন লাংজেং শাফবা — ( সনাপতী ) ফমলেনবু মনাও ইবুংঙো শারাকপদা লৈশিল্লছুনা অশাই অশম ফমদো ৬৪ ন স্না থৌগল্লা মুংঙাইনছুনা ফম্বাল থৌয়োইরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪২৫৭ নোংদালাইগী কুমশিং ১১৭৯ লৈচংবগী মন্নুং মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফমথোন ৭ লৈপুবী লিক্লাং লোইথোম্বী রাঙ্গোন শঙ্গুয়ছুনা মচা ইবুংঙো অমা তানফং-জছুনা ( তোরেন লাম্বা ) মিংথোল্লা ইপান থৌনি থাগোল্লরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪২৬১ নোংদালাই কুমশিং ১১৫৩ লৈচংবদা মচা ইবুংঙো অমত্ত তানফং-জছুনা মমিং ( তোরেন থুবা ) লৈতুল্লা ঈপান থৌনিরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪২৬৩ নোংদালাই কুমশিং ১১১৫ লৈচংবগী থান্নুং থামৈদা মনাও ইবুংঙো লৈঙাকপা হেমতোন ইরাম্বনা কংলৈপুঙ্গী মক্লুংদা অয়োনবা লাঙ্গং অমা হৌরক্তুনা নোংদম থম্না থিথিবনা মৈতৈঙ্গু অতোন য়োইরেনবা লালহৌ অহুদা নোঙ্গা থোংলম তানফংনরে ।। মৈতৈঙ্গু বায়েন শোইফদবা ফম্বাল কুমজা ১২ থাজনবা কুমজা ১৩ লৈপালনরম্মি ।। কালেন থাজ পান-থংলকপদা মনাও ইবুংঙো হেমতোন ইরাম্বনা থৌপুরে ।। মতম অসিদা মরু অনিবু মাংথরে । শগুলেম্বা মরু অনিবু লৈহোংনা মফম থংদনা লৈরম্মে ওক্লে ।।

## মৈতৈঙু অতোম য়োইরেঙ্বগী নাওদানা য়ুমদাবা ঃ

অতোম,

মৈতৈঙু লাইনিংথৌ অতোন য়োইরেনবগী মচা ইবুংঙো অহন তোরেন লাম্বহদি লাই ওইথি নাওদা য়ুম্লিংনঙমদে ।। মচা ইবুংঙো অতোনবা তোরেন খুৎনা খুমম্মেম চম্নু লৈমা রাংলৈমবু লুতিন লৈরৌহুনা মচা ইবুংঙো অতোমচাম্বা পোকুনা মাগী ঈনা ( মঙাং অতোম ! য়ুমদাবা হাইনা লৈরে ।। ( অতোম শঙ্গাই পাম্বা ) । শঙ্গাই পাম্বগী ঈনা ( রাইশেন তাবা ) অতোম পিবাদি মরাংদা লৈখি ।। মথং ( খোংমন তাবা ) নারসিংনা য়ুম ঙাক্লি । ( রাইশেন মপান তাবা ) অতোম মুদ্রানন্দগী য়ুম্লি ।।

## ২৩ নং মৈতৈঙু হেমতোন ইরাম্বগী পরম

লাংবচকী কুমশিং ৯২৬৩ নোংদালাই কুমশিং ১১৫১ গী কালেন থাজদগী থোহোনা মৈতৈঙু হেমতোন ইরাম্বন হো কংলৈ লম্মুহনবা লৈবাকী কংলা স্না খম্বালবু লৈশংবগী থোপু থোহোরে মদাইরেন ইবেম্মা মৈতৈ লৈমরেন লিনগুরোন খুরোই ঙম্বীগা লোইন্দুনা । স্না খৌগম্মা ময়ুম লম্বুব অঙোম নিংথৌ অঙৌপাম্বা মরাম তাংখুল ঙম্বা ।। খুমন এলুপমগী লম্বুবা নিংথৌ খাঙ্গোল হনবা ।। মোইরাং এলুপমগী লম্বুবা নিংথৌ লাইজু পুন্সিবা ।। লৈকাই লাকপ, খাই লাকপা নোংমাই তোনাবা ।। খুরাই লাকপা রাইথোম লমতিং । রাংখৈ লাকপা থোকচাও পৈবোং ।। য়াইস্কুল্লাকপা ইরোইবা লমজাও ।। অঙম্বা ৭ না ইরু মাইতাবগী ইশেং ইহৈদুনা ভারোন লৈশিন শাথোক লৈকম্বা নোংচুপ মরু অশিবা খেংগ্রাইব ।। নেংপোক চিংখৈ মরু নোংমা ইহনবা ।। অনিনা ফম্বানগী থৌরম্বু য়াইফনবা কাইবিরোন মরুগী খুবম্বু খেংগ্রাইবনা থৌপুরে ।। নোংদম শঙলেন মরুমা নোংমাইহনবনা থৌপুরে ।। পরম থৌরম্বু লৈরাভনা তিনশোল লাইশোল্লকপবু তাবা উবদা মীপুম খুদিংনা অকি তুজুং তাম্বেংনৈ, নোংদম থৌদাবু থোপুনা লৈপাক হোনা লৈহুল্লে ।। ফম্বাল মিংলেনবু ( লাইনিংথৌ ইরানথবা মৈতৈঙু ইতমঙানবা ) লৈহুন তম্লে ।। ওইথম ফম্বাল্লাংবীবু ( মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফমথোন ৭ লৈপু লৈকম্বী লিনগুরোন খুরোই ঙম্বী ) লৈহুন লৈরাংনা স্না খম্বান্দগী খেমখোকুনা রায়েন থৌকাও শংলেন কুচু শঙলেন্দা মীতিন ফম্বানবা বাহোরে ।

নোংদম মরু নোংমাইহনববা মৈতৈশু লৈবাক অসিবু চৎলম লুত্তিন থোকাইনহনা লৈবাক ইরাং হৌদুনা ইমু নাইমু তানদুনা ইপা। ইচা শাগৈ শুঙাইবু ঙ্কেথি খুদুম চিংনবা থোদোকপু লাক-চৌরিদা মশিবু লাইনিংথৌ । মরু কমদোনবু লাকদোবা লৈথিংববু ওয়োইদরা ? লাইনিংথৌ মরমদি লাইনিংথৌনা চৎলম কাইথিবনা থোকওম্বনি খিংবদি ওন্নরোই থোঙময়বদি থোপুবা য়াগনি ।। মরু থৌরম অহুদি থোওয়ব। মরুনা তৌবিরো মরম্মা করি লাঙ্গদবা ? লাইনিংথৌ চিংঙু লাই-থোং খুদিংদা শাম্বী ইরাৎ লৈহন্না (লাইলেমা লাইনিংথৌবু) ইরাৎ থৌনিনা নোংদম ইপা ইপুরেন তেংবানবগী মপুরেন খোইয়ুম ৫ বু লাৎকদবনি) মৈদি মৈক্ষম অহুন্না চৎকনি, চেং–লৈ, তিংথৌ, শনগী মথোম, মথোম অহুদগী লৌবা থাউ য়াউগনিদো, লাইলৈরগী লৈহন্না চেং অঙাওবনা হুনগনি, লাইমিংথোইবু লাৎপন। অঙৌবা চেংনা লৈহুনগদবনি লাইনিংথৌ ।। মরুগী থৌদাবু থোপুনা পরম পুম্ববু রাত্তনা থৌরাংহুনা লাংবন থাজগী নোংমা পানবা নোংকোয়ৌ লৈবাকপোকপগী য়াচংবদ। থোপুনবা পোংলম্বু থৌরাং থৌরোইনহনা (মৈফুবু মালেম অত্তেম্বদা শেমহুনা) থাজ হুম্নি পামবা নোংকোয়ৌ শাগেংলশেন মুমিংকী নোংঙান কোলুপ ৫ দগী মরু অনিনা লৈকমহুনা লৈবাকী য়াইফ পৌনি থাগোন্না (ইমা লৈমরেল লাইম্না লাইখুলেম্বীগী) মশাইকোনগী থেলোংদা থ্বাই লৈবাক হৌনা থৌয়েং কম্বান্না ইরাৎ লৈহুন থৌহৌহুনা মতুংদা থোইয়ুম লাইথোং শিন্না কোইনা থাজ খবান থৌয়েংনা মৈগী মৈফু শেমহুনা লৈবাক মুংঙাই য়াইকনবা থৌনি থাগোন লৈপারে । মরু অনিনা হাই, লাইনিংথৌ থোক্কবদি য়াওয়রোই থৌরমদি থোঙমজনি রাথোক ইহৌ অসিবু হাক্লা মুংশাং লৈরাত্তবগুম উওম্মি ইপুক তপ্পা লৈবিনিদো পাউত্তাক নোংদম্না লৈথয়ে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০৬৪ নোংদালাই কুমশিং ১১৫৬ কী চৈথা চৈহৌবা মতমদা খুমন লমবুবা নিংথৌ খিজোন লাম্বনা (হৌ খুরোই হৌ লাল্লোই) অনিনা কোনবা লমগী কংলৈ পুংদা থোকা থোপুরম্বু থোকা খোংলমবু লৈখিংহুনা ময়ুম খুমন পুংদা থোকা থোপুনহল্লে ।। পাগী পুগী লুত্তিন চৎলমবু থোকাই থোপুনবগী মৈতৈশু মৈতৈশু কংলৈ পিব লৈবাক লুচিংবা লাইনিংথৌ ইরাম্বনা কংলৈ ফম্বৈ ফম্বা অওম্বা মঙা ভরা থাহুনা খোংলম অহুন্নক হায়হনববু ময়ুম খুমম পিবানা তানা খংনা খংশিন্নদনা লৈওয়ে ।। ময়ুম খুমন লমবুবগী চৎলম কংলৈবু থোওইদবা পাগী পুগী হৌনফম খুবম্বু পোওইদবা উবদা তাখিহুনা কংলৈপুগী লানমীগা লোইনহুনা মৈতৈংনা খুমন্দা লান্দাহুনা খুমন থুগাইরে । লান্দা মাইথিবা ফংহুনা (খুমন খিজোংলাম্বা — ইকোক লানথবা থিবা ফংদনা চেনখরে ।। খুমন লানহৈবা অওম্বা লুচিংবা (খুমন খোম চোম্বা ।। খুমন মরিং ।। খুমন মাইমুবগা খুমন পিবাগী মদাইরেন ভানুরোল সংলৈমা হাওয়েন খোংতৌবীগা) মরিবু ফাহুনা কংলৈদা পুখত্তনা থম্নে । মতুংদা লোত্তনা লৈরম্বদগী মাগী তালোইবু ফাবদ

য়াউথ্রবদা অমুক লানমী থরা থোমত্তুনা অহিংদা কংলৈ থোঙ্গাত্তুনা লান্দাগদবগী থোঙ্গা ইত্তন তম্লক্লে । লানকারকপা পাউযু মৈতৈঙ্গু ইরামথকনা তাংরে, অচ্চা খুমন অপংবা মাগী তালোইযু ঐনা ফাবদি মাবু থোরকবা ফাবনি, থোরক্লগা থোকাও রাবু নিংশিংনগে তৌবনি অচ্চুগা অমুক লানগারককিরিবোই মশি নমহেনম্লে, ইরানথবগী হুইয়েন লাংজেং শাকবা অওম্বা পুয়া খুমন পিবা অসি ফংদবা য়াদ্রে ঐদি চথরম্মগে হাটরম্মগা (লাচোইং লানশা) তোংত্তুনা অহিংত্তুদা চেনথখ্রে ।। খুদক অচ্চুদা শংগোল নমশা তোংবা লানমী ১০০= (চালুপ অমা) স্না থোগনবু তুংইম্না তানথংরক্লে । কংলৈগী শংগোল লানমীনা অহিংদা থোঙ্গালমবু লৈথহনা লৈকুম্লকপা উবদা খুমন লানমী পুম্বা মকম থংদনা কায়ত্তুনা চেম্লখরে । খুমন ইকোক লাম্থবদু ফাগদবগী খুমন কাংবু চাইথাইত্তুনা থিবদা খুমন ইকোক লাম্থবদু থিবগু কংদরে খুমন পুংগু খুম্লাক্লে খুমন পিবা লধুবগু তাক্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪২৬৫ নোংদালাই কুমশিং ১১৫৭ কী শক্তিভূ থাদা মৈতৈঙ্গু লাইনিংথো ইরাম্বগী মফমদা অঙোম চম্থু লৈমা (হেনগুঙম্বীবু) লৈকংলত্তুনা মৈতৈঙ্গুনা লৈরৌ লৈয়াত্তুনা (লৈমা অপাম ফয়েন লুচিংবী) হাপ্লে ।

কুম অসিদা মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফমথোন ৭ লেপু লৈফম্বী লিনগুরোন খুরোইঙম্বীবু রাঙ্গোন শঙ্গম্বত্তুনা মচা ইবুংঙো অমা তানফংলে, মিংলোনবু (খুরোম্বা) লৈত্তন ওমত্তুনা ঈপান থৌনি ইরাং থাগোম্লে ।।

মতুং লাংবচক্কী কুমশিং ৪২৬৮ নোংদালাই কুমশিং ১১৬০ গী ইঙেন থাজগী মিনমাং হুম্নি পানবা শংগোলশেন হুমিংকী নোংঙাল কোলুপ লৈচংলকপদা মৈতৈ লৈমরেল শিনাই ফমথোল ৭ লৈফম্বী খুরোই ঙম্বীবু রাঙ্গোন শঙ্গম্বত্তুনা মচা ইবুংঙো অমগু তানফংনত্তুনা মমিংবু থরানথবা মিংত্তুম্না ঈপান থৌনি থাগোন ইরাং লৈত্তুম্লে ।।

কুম অসিদা লৈমরেল অপান লৈফম্বী অঙোম চম্থু লৈমা হেমগুঙম্বা মচা ইবুংঙো অমা পোকত্তুনা মমিংবু (চক্লাই হোংখুম্বা) মিংত্তুন ওম্না ঈপান থৌনি থাগোম্লে । লাংবচক্কী কুমশিং ৪২৭১ নোংদালাই কুমশিং ১১৬৩ দা লৈমরেল শিনাই ফমথোন ৭ লৈফম্বী লিমগুরোন খুরোই ঙম্বী মচা ইবুংঙো অমগু তানফংত্তুনা (পোংনাওতাবা) মিংত্তুম্না ঈপান পুরুম থাগোম্লে ।।

মতুং লাংবচক্কী কুমশিং ৪২৭৪ নোংদালাই কুমশিং ১১৬৬ কী ফাইরেনগী ৫ নি পানবদা লৈমরেল ফয়েন ৭ লৈপু লৈফম্বী খুরোই ঙম্বী মচা ইবুংঙো অমগু তানফংলে মমিংনা (মনম্না নহা মুংয়াং চাওবা) মিংত্তুম্না ঈপান থৌনি ইরাংলে ।।

মৈতৈঙ্গু লাইনিংথো হেমতোন ইরানথবা মচা ইবুংঙোশিংদী মতৌ মওংবু য়েংঙম্না য়েক্লবা ফনাবু লৈহন্দনা ফম্বাল কুমজা ৩২ লৈপাক্লম্মগা নোঙ্গা থোংলম তানথেলত্তুনা মচা ইবুংঙো য়াইমা

থৌরামথবগী মফমদা খুবমবু লৈশিন্নরুনা কংলৈ ফম্বাল লৈশংবগী থৌরমবু শিন্নাক নোংদম্মা লৈশিন্নরম্মগা শজিভু লাকরেন তাইবগী মতুং নোংকোরৌ হুম্নি পানবদা মোঙ্গা খোংলম তানফংলে ।।
মৈতৈঙ্‌না লৈপান্নম্বা থাজনবা কুমজা ৩৩ নি হাইনশু শিংথানৈ পুন্নিবা কুমজা ৬৯ নি ।। ·

---

# মৈতৈঙু হেমতোন ইরাঙ্গবগী লাওদানা মঙাং য়ুমদাবা ঃ

পাওনম. ওংথাম, ফলরান, ইরুংবম, লুক্রাম, নোংথোনবম, হীরোম

লৈমরেল অপান্বী অঙোম চম্নু লৈমা হেমগুঙম্বীনা পোকচবা মচা ইবুংঙো ( চক্লাই হোংখম্বনা ) অথাম চম্নু পাউশোংঙম্বী পান্নরুনা মচা ইবুংঙো ( মপাও ঙম্বা ) পোক্লে ।। মপাও ঙম্বনা পাওনম য়ুমদারে ।। মপাউ ঙম্বগী ঈনা পাওনম তোমাগী য়ুম্নি ।। তোমাগী ঈনা লাইনিংথৌ লাই ইশিংচাইবগী য়ুমদিন ফুঙ্গা ( পামান নাদথোং মপান তাবা কাংজবী তাবা কুত্তিশিঙ্গী য়ুম্নি ।।) লাইনিংথৌগী থৌগন লৈচংবা পিবা য়ুমদিনবা ওইবনে ।। পাওনম লখমোনগী য়ুম্না লাইনিংথৌ লাই ইশিংচাইবন য়ুমদা ফুঙ্গা লিংদরিঙৈগী পাওনম য়ুম্নে ।। লাক্লে য়ুমদিন কম্বদা ।। থাইখিবা ( হাওকৈ তাবা ) পাওনম ললহানবা লাক্লে । নোংপোক লৈরিখোম্বা অনন্দশাই মন্ত্রিগী য়ুমদা লৈবা ( হাওরং ) তাবা পাওনম নেম্বা লাক্লে ।। পাওনম এনরান অহোং লাক্লে । য়াইরিবোক্তগী লাইরিক য়েংবম লৈকাই তাবা হমুবা লাক্লে । পাওনম হমুবা য়ুমদগী ( তম্পাক য়ুম তাবা ) পাওনম পুকচাও লাক্লে ।। থাংচমদা লৈবা পাওনম ঙাইখোম্বা লাক্লে ।। ( হাওখা তাবা ) পাওনম ওঁথাম বলসিঙ্গী য়ুম্নি ।। এরান কোকচাই তাবা তম্পাক য়ুমদা লৈবা তুর্গশিঙ্গী য়ুম্নি ।।

লৈমরেন ফমথোন ৭ লৈপু লৈফম্বী লিনশুরোন খুরোই ঙম্বীনা পোকপা মচা ইবুংঙো অহুন খুরোম্বনা খোইবম চম্নু লৈমা শাকাপ লোইখোম্বী পান্নরুনা মচা ইবুংঙো ইরুংবগা, ইবুংঙো লুকাংবগা, ইবুংঙো মোংয়িনবগা অহুম পোকএ ।।

১. ইবুংঙো ইরুংবনা ( ইরুংবম ) য়ুমদারে । মাগী ঈনা ইরুংবম পাংঙন । মাগী ঈনা ( চীংঙা মথা তাবা ) ইরুংবম গুনচন্দ্রগী য়ুম্নি, ইরুংবম শেথোরসিং ।। হাওকৈ তাবা ইরুংবম অচৌ লাক্লে ।। অহন্দি নাই ওইরি ।। ইরুংবম নোরো লাক্লে ।।

২ ইবুংঙো লুকাবনা য়াংগোনজম চম্নু লৈমা লাইবী পান্নরুনা ( লুক্রাম ) য়ুমদারে ।। মাগী ঈনা লুক্রাম চন্দ্রসিং ।। মাগী ঈনা কোম্বা তাবা লুক্রাম পিবাদি ঔরাদা লৈখি ।। মথং পালানন্দনা য়ুম ঙাক্লি । ললহাংবুং তাবা লুক্রাম পিবশু ঔরাদা চংখি ।। মথংদা মেঘবরননা য়ুম

ভাক্লে ।। মেঘবরনদগী খাইখিবা ( খুরাই ভাবা ) বলারেবগী য়ুম্নি । লুক্রাম চন্দ্রো লাক্লে ।। ( লুরাংশংবমদা লৈবা ) লুক্রাম কুমুদশিগী য়ুম্নি ।। লুক্রাম পাঙল লাক্লে ।। অঙ্গোম য়ুম ভাবা লৈবাক মচাগী য়ুমনি ।।

উমানন্দগী খাইবা লুক্রাম তারুখা ভাবা শণ্ডাংগুবগী য়ুম্নি ।। নম্বুল মপান ভাবা লুক্রাম ধনশিংগী য়ুম্নি ।। কৈথেন মপান ভাবা লুক্রাম চোরোন লাক্লে ।। শোরারেন শংবা পিবাদি ঔন্নাদা লৈখি ।। মথং শিংজমৈ ভাবা জুবনা য়ুম ভাক্লি ।। অহন রূপদি নোল্লি = লাক্লে ।। লুক্রাম ভাংখোম্বা লাক্লে ।। লুক্রাম খোংপোম্বা লাক্লে ।।

৩ মনাও ইবুংঙো নোংয়িনবনা চোংথাম চম্ন লৈমা লাইপুংগুবী পান্নহুনা ( নোংথোনবম ) য়ুমদাবা হোরে ।। মাগী ঈনা নোংথোনবম হাওবমদা লৈখিবা চন্দ্রামনি লাক্লে ।। নোংথোনবম হৈতোনগী ঈনা অঙোম লৱাই ভাবা ফিশাবা অঙৌগী য়ুম্নি । খুরাই ভাবা নোংথোনবম ফিশাবা জাদোপশিঙ্গী য়ুম্নি । রাংখৈ লৈকাই ভাবা নোংথোনবম তাম্রাশিঙ্গী য়ুম্নি ।। নোংথোনবম মুরালি লাক্লে ।। অঙোম লৱাই ভাবা ফিশাবা নোংথোনবম তাম্রাশিংগী য়ুম্নি ।। কোংপান ভাবা নোংথোনবম ফিশাবা বলারামগী য়ুম্নি । নোংথোনবম ফৌগাক লাক্লে ।। নোংথোনবম মেঘশ্যাম, নোংথোনবম বলারাম, নোংথোনবম নিমাই লাক্লে । নোংথোনবম পুকচাও লাক্লে । হাওচৌ লাক্লে ।। ( য়াইরিপোক ভাবা ) নোংথোনবম খাইখিবা ( হীরোম । নত্রামগী য়ুম্নি ।। শগোনবন ভাবা চীংজাওগী য়ুম্নি ।

## ২৪ নং মৈতৈঙু লাইনিংথৌ থৌরাম্বাবগী পরম

লাংবচকী কুমশিং ৪২৯৫ নোংদালাই কুমশিং ১১৮৭ কী চহৌদগী মৈতৈঙু লাইনিংথৌ থরাম্বাবা লুচিং পিবা কংলৈ খুবম লৈশংবগী থৌপু থৌহোরে ।। মদাইরেন নোংপান চম্ন লৈমা চকপ্রম তৌকাই ওম্বীবু নোংকোয়রৌ ৭ নি মপাম চাকপু চাহন থকহন্দনা লৈথমহুনা মতুংদা নোংদম মরু নোংমাই হনবগা কাইবিয়োন মরু পেংগ্রাইবগা মরু অনিনা স্না মিংয়েং তাওবী লৈমা তৌকাই ওম্বীবু বিকশেং থাশেংহুনা লাইমিং মণ্ডম্ব পিণ্ডমহুনা মতুংদা মৈতৈঙু লৈবাক লুচিং পিবাগী মফমদা লৈকত্তুনা মৈতৈঙু লৈবাক লুচিং পিবা থরাম্বাবনা মঙাং য়ুমদিন লৈরো ক্লৈয়াহুনা মৈতৈ লৈনরেন লৈহাপ্না ওইথম ফম্বাল থৌগল্লে । মতুং থরা লৈরগ কালেন থাজগী নোংকোয়রৌ ১৫ নি পানবা নিংথৌকাবগী অয়ুক নোংথৌ থাল্লকপগী মতমদা লৈবাক নোংথৌ তুবগী উয়ুংথক্লা ফম্বান মেন্দোং লৈহনগনি পাউজেল্লে ।।

অঙোম পিবা লম্বুবা নিংথৌ লমফেন ওম্বা ।। খুমন পিবা লম্বুবা নিংথৌ কাওখিন লাই-নাওহাবা=কাংচিন লাইনাওভাবা ।। মোইরাং পিবা লমবুবা নিংথৌ লাইজু পুন্সিবা অহুম্না ইরু মাইত্তাবগী ইশেং ইহৈত্নুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিবু ইকোক ইউ ইতুম্না ইরু মাইতা থোরোইরে ।। নোংদম মরু নোংমাইচনবা ।। কাইবিরোন মরু থেংগ্রাইবা অনিনা লাইরম চংলম লুত্তিন লাই-রকচনবু লৈরাক্তনা লৈয়েং লৈখিনা থোঙম থোপুনত্নুনা অশেবা থোংফাং লাংনা মত্তিক মঙমবু শৈশরুা অমাই অনপ লৌশিংনা ইরাং থোনি থোপুনা য়োইরেন খাবী লেংনা তিন, মাখংলোই পুম্বা লৈত্তিম্না, লাকপা ৪ না থোখল্লাং, পানা ৬ কী অঙম্বা লুচিং থোয়াংবা খাইজশি লুপকী থোংজোম্বা ।। লুপলেন লুপকী চিরু ওম্বা ।। থৌজলুপকী নোংয়িনফাবা ।। কে ংজলুপকী কবুই ওম্বা ।। লুপাখুবা লুপকী তাংখুন ওম্বা ।। চিংঙেন চিংচা লুপকী চরাংফাবা ।। ফমদৌ ৬৪ না স্না থৌগন লাংনা ফম্বাল লৈহুন লৈয়াংনা স্না মিংলেনবু মৈতৈঙ লাইনিংথৌ থোরানথাবা লৈবাক লুচিং পিবারেন কংলৈ ফম্বাল লৈশংবা মিংহুম্না লৈবাক্তা লুচিংববু লৈশিন্নরে ।। ওইথম ফম্বাল লাংবীবু ( লৈবাক্তী মমা মৈতৈ লৈমরেল শিনাই কমথোন ৭ লৈপু লৈফম্বী লৈমরেন তৌকাই ওম্বী ) মিংহুম্না লৈহাপ্লে ।। মতুংদা ফম্বান্দগী খেরখোক্তুনা খ্বাংশেৎ খ্বাংলি লাইখনভাবা খ্বাংশেৎপু অমেৎশঙদা ) হোংদোক্লগা নিংথৌ ফিরোন খ্বাংশেৎ নমথাং কোনথাং ফুরিৎ শাইচোনবা কোকথোন তোলোক লৈতেংনা ( কুচু শঙলেন্দা ) লেংশন্দুনা লৈবাক মীয়ামগা মুংভাইনৈ ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪২৯৬ নোংদালাই কুমশিং ১১৮৮, কুম অশিদা চীংশোল হাওনা লোইপোৎ কারক্তুনা লোইপোৎ থোনা লেংবদা রাওই থৌওইদনা শাগ্রেম লানগ্রেমনরক্তুনা লানশোক্লরে ।। লানশু ওয়ে মমুম মৈ থাহুনা তাল্লে ।। চীংশোল ( লৈমুয়াংভকপবু ) ফাহুনা অরাশঙদা থম্লে ।। মৈতৈগী চংলম লুত্তিন ( চীং-তম ) অনিনা থৌপু থৌরম লাইরমলেনগী থোপুনহুনা চীং-তম পুকচেন খোইজেন লৈত্তিন্না লৈপান্নবা তাহন থংহল্লি, অকাওবা লৈববু থৌকাওদনবা লৈপানমিন্নরকপা চীংবুরোই তম্বুরোই কোয়না চত্তুনা থৌকাওদনা চীং তম পুকচেন খোইজেন লৈত্তিম্না লৈপান্নবা তাহন থংহল্লি, অকোয়বদা লৈববু থৌকাওদনবা শিন্থাক নোংদম্না লৈপানমিম্লে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪২৯৮ নোংদালাই কুমশিং ১১৯০ গী ইঙা থাজা ২১ নি পানবা নোংকোয়ৌ থাংজগী অহিংদা রাজোন শঙ্গুমহুনা নোংঙাল্লমদাই কোলুপ্তা মৈতৈ লৈমরেন তৌকাইওম্বী মচা ইবেম্মা অমা তানফংলে ।। মমিংবু চিংথৈলাম্বী মিংহুম্না ঈপান থৌনি থাগোন্নরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩০৩ নোংদালাই কুমশিং ১১৯৫ কুম অশিদা মৈতৈ লৈমরেন রাংগোন শঙ্গুমহুনা মচা ইবুংঙো অমা তানফংজহুনা ইপান থৌনিবদা মমিংবু চিংথালানথবা থাকোনা ইপান থৌনি থোরোইরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩০৭ নোংদালাই কুমশিং ১১৯৯ দা মৈতৈ লৈমরেন তৌকাই ওন্থী মচা ইবুংঙো অমশু তানফংজত্নুনা মমিংবু শামৈশু মিংছন্না ঈপান খোনি থাগোল্লে ।

কুম অসিদা থুমন লম্বুবা নিংথৌ কচেং লাইনাওতাবনা হিরেন থুঙ্গাওদা লানশিংলুবদা হিরেন থুঙ্গাওনা লাকচরত্নুনা থুমন অরাবা তানফংনত্নুনা হাট্টরক্লে । হাইজবা রাবু লৌবিত্নুনা মৈতৈঙ্গু লাইনিংথৌ থরানথবনা ফমদৌ ৬৪ গা অকন অপৌ লানমী ১০০ গা লোইনত্নুনা লান পাংবা লেংলে । হিরেন থুঙ্গাওবু লানতোক্লে; ঐশু লাক্লে তৌক্লরে: লানথাম্বদা হিরেন থুঙ্গাওনা থোওইদত্নুনা খোয়াদে মৈতৈঙ্গুনা তাখিরে ।। ঐনা লৌখায়বমক্তদা য়াদবদি ঐঙোন্দশু লানশিংলবরা শাওত্নুনা কয়া লানশোক্লরে । ওাইহাক লৈরগা হিরেন থুঙ্গাওগী লানকাইত্নুনা চেল্লে, হিরেন থুঙ্গাওগী লমহেনবা লানমীবু ফাত্নুনা অরা শংদা থমত্নুনা মতম থরা রারক্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩০৯ নোংদালাই কুমশিং ১২০১ কুম অশিদা ময়ুম থুমনগী পাথম মথৈবু মপুক রারক রাতেম্বা ওনদবা চংলম্বু চত্তুনা থকশি খাশি নাইদবা রাঙাং থৌপুনা অচং-অওক, অঙাং-মুবী অহন লমন্দা পাউশাবু করেম কথাইনত্নুনা মতম পুম্বদা মখোইগী মীবু উশিং থোওইদবা ইফাই থুমদবা শাজংনা চংলম ওইনা পৌপুরক্লে । মখোইগী চংলম নাইদবা চংলম্বু কংলৈ পুংদা থোপুরে । (থুমন পুনসিবা রাঙয়োন নাওরেমতোন্না পোকপা নোংয়াই হুইদোম্বা ) কৌবনা মাগী মপীচা থরগা লেইননা লাক্লগা মচা ইবেম্মা চিংখৈ লাম্ববীবু রাকেম পাউশানা লংনত্নুনা মচা ইবেম্মদ অকি তুজুংহন্দুনা মতিক মঙম্বু ইত্তুনা করেমঙয়ে । পাউশা অত্নবু মৈতৈঙ্গু লাইনিংথৌ পৌরাম্বাবনা তাঙমত্নুনা ঈস চংলম পাউশা অসিদে মুপী অঙাংশিংদি লৈঙম্বদা রানা থোকঙরেনা ঐ মক্লা লৈরিবা কংলৈ পুংমাইয়োন অসিদা রাঙাং পাউশা অসিগুম্বা রাহৈ অসিবু থোওয়বা অসিনদি লপ্পী লমখাংদা চংপা অঙাং মুবীদি য়াম্না খুদোং খিনবা তাইনা ময়ুম থুমনগী পাথমলোইশিংশিদি রারক থোকাওরেনা ( পাথং য়াখংলোই মকশু নত্রবা ঙাক্তনি মখোই অসি রারক থোকাওনবু নীংশিংনবা শিম্নাক হেত্রবদি লুতুংদা মৈতৈ চংলম্বু লোখৎনিংঙাই শিন্দম্নীং-ঙাই লৈতনা লৈমাংনবা তাঙয়ে হাইত্নুনা মৈতৈঙ্গুনা লমহেনবা মীবু উশিং থোওইদবা ( থুমন পাথম নোংয়াই হুইদোম্বা । হাওদকোই অরোন লিনম্বা ।। লৈরোৎ পাম্বা । মান্দংলাই ।। নোংলেন থুবা ।। চাওদংবা মখোই অসিগা লোইননা থুমন পাথং থুমন য়াখংলোই ১৫০ বু ফাত্নুনা কংলৈপুংদা লৈথমত্নুনা ( রারক থোকাও শিম্নাক শঙলেন্দা ) থমত্নুনা হো কংলৈ লম্মহনবগী লৈকাই ৪ গী পাথংলাকপবু কৌথত্নুনা মীওইবগী চংনলম্বু তম্বীহন্দুনা ( শা-ঙাগী ) শাজং লিচংপু পৌপুনবু পৌকাওনহন্নবা ভাইবং চংলম্বু লাইরকচন কাইদনা পৌপু চংলম ওইনবা নোংদম শিম্নাকহন্দুনা শা-গী ঙা-গী লিচং চংপবু চত্তনবা চুমখোকহন্দুনা ফাত্নুনা থম্মি ।। মৈতৈঙ্গু লাই-নিংথৌ থরাম্বাবা ( হো কংলৈ স্না পুংমাইয়োন হিপু রাইপুবা ) লৈবাক চীংনা কোয়না পনশাবগী

মম্নুং অকোয়বদা লৈঙম্লিবা তাইবং এলুপ শথাই পুম্ববু পাম্মী পুগী চংলম লুতিন লাইয়কচনবু নামুং চংলম চত্তনবা লৈফম থূদিংদা কোইনা চত্তনা শিস্তাক নোংদম্না লৈঙম্বা মশক পুম্ববু অমগা অমগা মুংশি মুংঙোল থোইজংননা লৈপান থৌপুনবা শিনথা নোংদম্না লৈথম্মি ।

মতম অসিদা নোংদম মরু নোংমাই হনবনা মৈতৈঙগী চংলম্মু উবদা অঙম্বা ফম্বে ফম্বগা মৈতৈঙ লাইনিংথৌগবু কৌশিন্দুনা প্যাউহংনা লৈত্তাকপী । মৈতৈঙ লাইনিংথৌ অঙম্বা ফম্বে ফম্বিরিবা পুম্বা লৈবাক অসিবু ( হৌলম্মহনবা কংলৈম্না পুংমাইয়োন হিপ্প য়াইপুবা লৈবাক ) হাইবা অশিগী মঙম লৈফম অসিনা লৈরিবা মফম অশিবু কদাইদা লৈরিবা করি করাদগী মশক্তমবু ওইবনে ? মৈতৈঙনা হাইজৈএ মরু মিংলেন অনিদি মরুগী পাউতাক্তগী তাজয়ে লৈবাক অসিগী মশক্তমদি থংজদরি মরুনা অমুক্তং নোংদম্নবিরবদি ।। লাইনিংথৌ হৌ লম্মহনবা কংলৈম্না পুংমাইয়োন হিপু য়াইপুবা লৈবাক অসে ( অশনবা ম্না থম্বাল চালুপ নিপান হাইবা ) অত্তুনি থম্বাল অসিগী ময়াইদা পানবা থম্বালগী লৈরিক ( লিপুন-লাপুন্না ) কোইনা য়োমত্তুনা লৈরিবা থমচেৎ, থমচেৎ অসিগী মথক্তা তোংত্তুনা তেংবানবগী মপুরেল শিদবা মরুনা লেংদবা ওইনা ফমত্তুনা লৈরিদে। ম্না থৌখনবু নহাক মহাক কৌবগী মশক্তা থৌখম্না অমনা মথুম ওই অমমা লুবাক ওইনা থৌখম্না ময়াইদা হাপ্তনা থম্লিবনি লাইনিংথৌ । অশনবা থম্বাল লৈনা থূদিংদা চৌংঙ ইবুংঙো ইবেম্মা পুম্বনা মাগী মাগী কাইদোংফম শান্নফম ওইজনা তেংবানবগী মপুগী ম্না থৌখনবু তানফংজববু নোংকোরৌ করম্বা মতমদা তাম্বেংবদো ওইগবা লাইনিংনত্তুনা লৈঙম্লিবা লৈবাকনিদো ।। মরু মত্তু মথৈদি নোংদম্লে অত্তুবু অশনবা থম্বাল হাইবা অশিবু হৌ লম্মহনবা অসিনা কমদৌনা ওইঙম্লিবা ? লাইনিংথৌ পান্দম্নবদা লৈবাক অসিগী মঙম্না অথোইবা ওইঙমখিবনা করিগুম্বা মশক অমদা পান্দম্না অত্তুক নিংশিংবনি, লৈবাক অসিদি মরু পুম্বনা লৈথুপ লৈথম্নরম্নবা চৌংঙ পুম্বগী থুবম লৈথানা লৈথম্নবা চৌংঙ অথোইবা লাইগী লৈবাক্কি মপান শাত্তনা মহৈবু য়ামখা লৈফম্মি হাইত্তুনা মরুশিংনা পান্মুজবগা লোইনত্তুনা ( মপান শাৎনবগীদমক্তা ) লাইয়েক লৈথমদে, লৈথিবনা থংজশম্নু হাইত্তুনা অমম্বা মশকপু করম ইঙাল্লকপনো লৈথংনবা থোপুনা পুরা ওইনা য়েক্লম্লে, লৈবাকী মঙমদি লাইয়েক্লা মপান শাৎনবা লৈহাপ লৈথম পরম্বু লৈয়োত্তনা মুংদা লৈথম্নখ্রে ইপাল্লাংদা লৈথম্বদা তাইবংনা রানবা ওইথরে তাইবং তাংজ লুকপনা মপুক লুম্নাঙী রাখন্না শিবুকনুংদা লৈখিম্নগা থংঙমজবা ওইজরে হাইনা অয়োনবদা থমথরে, লাইনিংথৌ মৈতৈঙ ( থম্বাল লৈনাগী মশক্তি ) মাইগৈ ৪ শুংদাই ৪ দা পানশারিবা চৌংলোন ৯ অশিবু হাইবনি ।। থম্বালগী মচু অসংবা হাইবদি চৌংবুরোই তম্বুরোই অকোইবদা শত্তু য়াঙেন নাপী-শীংবীবু হাইবনি। থমচেৎ অসিগী ময়াইদা শিদবা মরুনা তেংবানবগী থৌঙম থৌরম থোপু পরম অফবা ফত্তব

লৈবা খিবিকপু থোয়েং থোয়ানা লৈরিয়ে পরম অশি থোকাওবিনুদো মৈতৈঙু পাউশানা নোং-দম্মিদো ।। মরুগী থোদাবু থোওম থোপুনা ফম্বাল কুমজা ৩৫ পান্নে থাজনবা কুমজা ৩৬ নি হাইয়ে পুন্সিনা কুমজা ৬৩ নি ।।

---

# মৈতৈঙু থরানথাবগী নাওদানা য়ুমদাবা ঃ

ফান্দোম, হেনাম, চীরোম, খোইতোংবম, শাথোকপম

ইবুংঙো শামৈশুনা ফেলেম চনু = ( মেলেম চনু ) লৈম: শেৎপী লাইবীবু লুতিন লৈরো লৈয়াহুনা =পান্নহুনা মচা ইবুংঙো ফুনাম্বা লাংশুং পোক পোক্লে ।। ফুনাম্বা লাংশুংনা পোক্লা ফান্দোম য়ুমদাবা হৌরে ।। মাগী ঈদি ফান্দোম নুংঙৌগী য়ুম্নি ।। ফান্দোম পিবাদি ঔরাদা লৈখি ।। মথং বিষ্ণু বলাভনা য়ুম ঙাক্লি ।। ফান্দোম মোইরাং তাবা ধর্ম্মশ্বরগী য়ুম্নি ।। ফান্দোম থাউ-বিজম তাবা লাইমনাই পানশাগী য়ুম্নি ।। ফান্দোম চকঙানগৈদা লৈবা দেবনন্দগী য়ুম্নি ।। ফান্দোম ক্যাম্বা লাক্লে । ফান্দোম তেংখন লম্মাংদোং তাবা পিবাদি ঔরাদা লৈথরে ।। মথং শুবোন্না য়ুম ঙাক্লি ।। ফান্দোম তাংখোম্বা লাক্লে । ফান্দোম রাম লাক্লে ।। মোইরাংদগী নৌনা হৌ কংলৈদা হোঙ্গৎলক্লুনা লৈবা মোইরাং ফান্দোম ফম্নাইবা কঞ্জমালা খুয়োন লাকপগী য়ুম্নি ।। কঞ্জমালাদগী থাইখিবা হেনাম জগশিঙ্গী য়ুম্নি ।।

জগশিংদগী থাইবা চীরোম অর্জুন লাক্লে ।। তম্পাকয়ুমদা লৈবা চীরোম গোপীরামগী য়ুম্নি ।। চীরোম লম্বোইবা চৈতন্য লাক্লে । চীরোম খোইমোম তাবা দুলোপসিঙ্গী য়ুম্নি ।। চীরোম চাংঙা মথক্তা লৈবা চীরোম ফৈজাওগী য়ুম্নি ।। চীরোম নীরঞ্জন লাক্লে ।। চীরোম ( নীংঙেন তাবা ) রায়াম্বা লাক্লে ।। চীরোম মোলিন্দ্রোসিঙ্গী য়ুম্নি ।। চীরোম বাইখোংতাবা লাই মনাই পালাশিঙ্গী য়ুম্নি ।। চীরোম থাংমৈপন তাবা ধর্ম্মসিঙ্গী য়ুম্নি ।।

থাইখিবা ( খোইতোংপম ) তাবা স্নারেম্বা ।। মাগী ঈন নহাকপমদা লৈবা হেমাঙ্গশিঙ্গী য়ুম্নি ।। খোইদোম থাউপিজমদা লৈবা ক্যাম্বা লাক্লে ।। হাওবম কৈরুংবগীদা লৈবা খোইদোম শকথি লাক্লে ।। খোইদোম ( কৈবি তাবা ) শকথি লাক্লে ।

থাইখিবা পাংশোই তাবা শাংথোকপম পিবাদি ময়াংদা লৈথি ।। মথং ইরাবতনা য়ুম ঙাক্লে । শাথোকপম চকপ্রম তাবা ইচাও লাক্লে ।।

# ২৫ নং মৈতৈঙু লাইনিংথৌ চিংথালাম্বা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৩১ নোংদালাই কুমশিং ১২২৩ গী ইন্তা থানিল নোংকোরো নিংথৌকাবগী ঙুংথিল পোপ্তা হুনগৎলকপা মতমদা মৈতৈঙু চিংথালাম্বা কংলৈ মেন তোংলগনি লৈবাক পাউজেন্দুনা অশাই অশম লৈবাক মীয়াম লৈত্তিন ফম্বালনরক্লে । মৈতৈঙু চিংথালাম্বগী মফমদা মীতৈ লৈমা খৈয়োই-লেন নিংথেম পোকপীবু লৈকংলদুনা মৈতৈঙুনা লুত্তিন লৈরো লৈয়াদুনা খৈয়োইরোল নীংথেম পোকপীবু মৈতৈ লৈমরেল হাপ্লে । মতুংদা এলুপ শথাইগী পিবা লম্বুবা নিংথৌ অহুয়া লুচিংদুনা নিংথৌরেনগী ফম্বাল লৈশিন্নবা থৌঙম থৌপুনরক্লে ।। অঙোম পিবা লম্বুবা কোনথোম্বা, মোইরাং পিবা লম্বুবা লাইজু পুন্সিবা, খুমন পিবা লম্বুবা ইকোক লাম্বাব, খাই লাকপা উরিবা খুরাই লাকপা কৈরেন, হাংখৈ লাবপা চয়োইবা, য়াইখুলি লাকপা ভারিয়ানবা, অঙম্বা ৭ না ইরু মাইথানংগী ইশেং ইহৈদুনা মকোক মন্ড ইতুয়া মৈতৈঙুগা মৈতৈ লৈমরেনগা ইশেং মাইতা থৌয়োইদুনা ফম্বাল ফিরোল ফিশেৎলে ।। নোংদম মরু নোংমাই-হুনবা, কাইখিরোন মরু থেংগ্রাইবা অনিনা ফম্বাল লাইরকচনবু নামুং থৌরম্মু থৌপুদনবা থৌঙম থৌপুনা লৈবাক নোংথৌ তুবা ম্না ফম্বাল উয়ুংথক্তা ফয়ে ।। ম্না মিংলেনবু ( মৈতৈঙু লাই-নিংথৌ চীংথা লাম্ববা নিংথৌরেন লৈবাক খুবা পিবারেল কংলৈ ফম্বাল লৈশংবা ) লৈহুল্লে । ওইথম ফম্বাল থৌগনবীবু ( মৈতৈ লৈমরেল সিনাই ফমথোন ৭ লৈপু লৈফম্বী খুইয়োইরোন নিংথৌপোকপী ) লৈহুল্লে ।

থাইজশি লুপকি থোংজোম্বা, লুপা লুপলেন লুপকী চিরুঙবা, থৌজলুপকী নোংয়িনকাবা, কোংজরুপকী কবুই ঙম্বা, লুপা লুপকি তাংখুন ঙম্বা, চিংঙেন চিংজরুপকি চরাং ফাবা, ফমদো ৬৪ লৈদুন লৈরাংনদুনা অশৈ থোংফাংলাং অমাই অনপ লোশিংনা মথৌ মঙম্বু থৌপুনা লৈফম্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৩২ নোংদালাই কুমশিং ১২২৪ গী পোইন্থু থাজ ১২ নি পানবা নোং-কোরো য়ুমশাকৈশাগী অয়ুক্তা মৈতৈ লৈমরোন খৈয়োইরোনবী বাজোম শংলেংনদুনা অয়ুক য়ুংথক খানবা মতমদা মচা ইবুংঙো অমা পোক্লে ।। মিংলেনবু পুরাম্বাবা মিংদুন তম্না ইপান থৌনি ইরাং থৌনিরে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৩৩ নোংদালাই কুমশিং ১২২৫ কুম অসিগী চাহৌদা নোংপোকলমদা কামো নিংথৌ য়োকচাম্বনা ইরাং তৌদুনা লৈবাক ইরাং হৌহল্লি ।। মৈতৈঙু চীংথা লাম্বনা শাওদুনা কামো খুন্দা লাম্দাদুনা কামো নিংথৌ য়োকচাম্ববু কাদুনা অরাশঙদা থমদুনা রায়ক থৌকাওববু নিংশিংনবা ওইনা লৈথম্মি ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৩৫ নোংদালাই কুমশিং ১২২৭ কী হিয়াঙ্গৈ থাজ ১৭ নি পানবা নোংকোরো লৈবাকপোকপা মুমিত্তা ইবেম্মা রাজোন খোংলেংখদুনা মুংথিল পোপ্পা লৈহুনবা মতমদা মচা ইবুংঙো অমগু তানফংজদুনা মিংলেনবু (খুমোম্বা ইবুংঙো য়াইমা) মিংছন তমদুনা ইপান থৌনি ইরাংলে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৩৮ নোংদালাই কুমশিং ১২৩৩ গী মেরা থাজ ১৫ নি পানবা নোংকোরো নিংথৌকাবগী অয়ুক অঙনবদা মৈতৈ লৈমরেন মচা ইবেম্মা অমা পোকুনা মিংলেনবু লৈমা নাওখোম্বী মিংছন্দুনা ইপান থৌনি থাগোলে ।। মৈতৈঙ্ লাইনিংথৌ চৌংথা লাম্বুবা য়েক্লবা লৈতনা ফম্বাল কুমজা ১০ পাল্লি, থাজনবা কুমজা ১১ নি হাইয়ে ।।

## ২৬ নং থিংবাই শেম্ফোংবনা লৈঙাকপা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৪২ নোংদালাই কুমশিং ১২৩৪ কুম অসিদা মচা ইবুংঙো পুরাম্থাবা কংলৈ ফম্বাল লৈশংবা মশানৌ ইবুংঙো য়াইমা খুমোম্বা অনিনা অঙাং ওইবা নোমন্না লৈশং থোপুবা মরমবু রাখঙবদা মমা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমরেন নিংথেম পোকপীগী অরাবা রাখন ওইখিবনা চাবা পোত্থবা খংদনা মচাগী রাখন্তা থন্দুনা অরাবগী মশকপু পম্লেংনৈ ।। নিংথেম পোকপীগী অরাবা উবদা (অঙম্বা থিংবাই শেম্ফোংবনা) ইবেম্মী অরাববু পোত্থনবা লৈবাক ঙাকপগী থৌরম্ তেংবাংদুনা লৈবাক ইরাং হৌহন্দনা লৈঙমৈ ।। কুমজা অহুম শুবা লৈঙাক লৈপুবা তেংবাং মতম অসিদা থিংবাই শেম্ফোংবগী রায়েন থৌদাবু লৈহক্লরক্লে, লৈবাক লৈশুপ্পা নমথেক নমজানবা রাঙাং পাউশা রায়েন থোপুনরক্লে ।। মাগী চৎলম পাউশা তাবদা মচা ইবুংঙো পুরাম্থবনা তাখিরে ।। চৎলম রাঙাং অশি লুতুংদা অকাইবা থকশি খাশি নাইনদবা চৎলম থৌলিংদবা ওইদুনা অমগা অমগা মুংশিনদবা পুকচেন খোইজেন লৈতিন্নদবদগী লৈবাক ইরাং তৌনা লৈপাননগদবা শাগী লমচৎপু অঙম্বশিংনা থোপুনঙম্বা চৎলম অশিনা লুতুঙ্গী অমাংবা ওইনবা থোঙম থোপুবা অশিদি চুমদেদা রাখন্না অশুম থোয়েংদুনা লৈরম্বদগী থিংবাই শেনখোংবনা নোংমা নোংমগী মাম্নী রাঙাংবু নিংথি চংখেন্দবনা হেক্লিনবদগী কুমজা ৫ লৈচংলকপদা তানথোকখ্রে ।।

## ২৭ নং কংলৈ পিবা পুরাম্থাবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৪৭ নোংদালাই কুমশিং ১২৩৯ কুম অসিদা মৈতৈঙ্ পুরানথাবনা ইবেম্মা য়াওশোম্বী লোইদুনা নিংথৌ ময়ুম ৭ পুবা পিবা ফম্বাল তোংই, মনাও ইবুংঙো খুমোম্ববু

মথংথনবা হাপ্লে ।। নোংদম মরু নোংমাইহনবা. কাইবিরোন মরু থেংগ্রাইবা অঙোম নিংথৌ লোইথোম্বা, মোইরাং নিংথৌ মোংজাম্বা, খুমন নিংথৌ চরনবনচিংবা কমদৌ ৬৪, লৈকাই লাকপা ৪, লুপ্লাকপা ৬ না থৌথন্না লৈবাক নোংথৌ তুবদা ফম্বান্নে । লাংবচক্রী কুমশিং ৪৩১১ নোংদালাই কুমশিং ১২৭৩ চংবদা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমরেল মাওশোম্বী রাজ্জোন শঙ্গুমহুনা মচা ইবুংঙো কোংয়াম্বা পোক্লে ।। মতুং লাংবচক্রী কুমশিং ৪৩৫৫ নোংদালাই কুমশিং ১২৪৭ চংবদা মচা ইবুংঙো অমগু পোক্লে ।। ঈপান থৌনিবদা মমিংবু ( সনারোকপা ) মিংহল্লে ।। মতুংদা মচা ইবেম্মা পুকৈহনবী পোকই চহি ১৬ পাল্লি পুন্সিনা চহি ৩১ নি ।।

---

# পুরানথাবগী নাওদানা য়ুমদাবা ঃ

নাময়েরাকপম মচা ইবুংঙো স্নারোক্লা নোংবানলোন চন্নু লাইবী পান্নহুনা নামোইহনবা পোক্নুনা মাগী ঈনা নামৈরাকপম য়ুমদারে । নামৈরাকপম খোঙম লাক্কে ।। শাংগোলবন তাবা নামৈরাকপম পিনদি ঔরাদা লৈখি ।। মথং গোবিন্দোনা য়ুম ভাক্লি ।।

---

# ২৮ নং মৈতৈঙু খুমোম্বগী পরম

লাংবচক্রী কুমশিং ৪২৬৩ নোংদালাই কুমশিং ১২৫৫ দা মনাও ইবুংঙো লৈঙাকপা মথংথনবা খুমোম্বনা য়াংলৈঙম্বী পান্নহুনা নিংথৌ ওইরে । অঙোম নিংথৌ লোইথোম্বা, খুমন নিংথৌ চরনবা, মোইরাং নিংথৌ মোংজাম্বা, নোংদম মরু নোংমাইহনবা, কাইবিরোম মরু থেংগ্রাইবা, য়াইস্কুল লাকপা, খুরাই লাকপা, রাংথৈ লাকপা, খুাইরাকপা, লুপ্লেন লাকপা, নোংমাই, থৌজরুপ লাকপা অকোং কোংজরুপ লাকপা খুরাই, লুপারুপ লাকপা লৈচোল্লাকপা তোলোংথোম্বা, চিংঙে চিংজরুপ লাকপা, খুাই খাইজশি লাকপনচিংবা কমদৌ ৬৪ না থৌগম্দুনা ময়ুম ৭ কী পিবা হাপ্তুনা পিবা ফম্বাল তোংহুনা শিন্নরে ।। ফম্বাল তোংবা কুমদা রাজ্জোন শঙ্গুমহুনা মৈতৈ লৈমরেল য়াংলৈ ওম্বী মচা ইবুংঙো মোরাম্বা পোকলে ।। ময়ুম খুমন পিবা লমবুবগী মরমদা ময়ুম খুমন মথৈ থংনহুনা ছৌ লাংলোই লম্মহনববু রাথোকপা চহি অনি গুরকপা মতমদা কংলৈ পিবাদা রাকত্তুনা লমগী থৌপু পরম পুম্বা কংলৈ পিবানা থৌপুরগা পিবাদি কায়দনা থবী ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৬৪ নোংদালাই কুমশিং ১২৫৬ কুম অসিদা ঔরাং থাঙ্গান চীংশাং মনিংথৌনা ইরাং হৌরক্লনা লান শোরক্লনা থাঙ্গাল নিংথৌ মখুববু ফাক্লনা পুরক্লগা রারকই ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৬৬ নোংদালাই কুমশিং ১২৫৮ কুম অসিদা মৈতৈ লৈমরেল য়াংলৈঙম্বী রাঙ্গোন শঙ্গুমক্লনা মচা ইবুংঙো ( তাক্লোংবা ) পোক্লে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৬৭ নোংদালাই কুমশিং ১২৫৯ দা কবোনা লাম্দারক্লনা খুমনবু থুগাইরে ।। খুমন্না পাউদাক্লক্লনা মৈতৈঙ্ খুমোম্বনা অকন অথৌশিন্না লোইননা খুমন পুংদা কুমক্লনা কবোগা লান শোক্লে । মৈতৈ লানমীগী মথৌনা উবদা কবো খাংবা ঙমদক্লনা কাইক্লনা চেম্নরে ।। কবো লানমী স্না চিনবা খোংলুপা, চিন্দাম্বা, পিত্রাইয়ানা, মকেংবা, খুইনাইবা, য়ামতোই অসিনচিংবা কবো ৪০ ফাক্লনা পুরক্লগা অরা শংদা থম্মি ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৬৯ নোংদালাই কুমশিং ১২৬১ কুমসিদা লৈমরেল য়াংলৈ ঙম্বী মচা ইবেম্মা খোংকৈ ঙম্বী পোক্লে ।। ইবেম্মা অসি নোংমাইথেম পিবা খোকথৈ লানথবনা লোই । মৈতৈঙ্ পিবা ফম্বাল কুমজা ১২ পাল্লি ।।

---

## খুমোম্বগী লাওদানা য়ুমদাবা ঃ

নামৈরাকপম,

মচা ইবুংঙো তাকনোম্বনা লংমাই রারোক চীং চন্থ লাইবী পান্নক্লনা হৈজাং পাম্ব নামোই তনব পোক্লনা নামৈরাকপা য়ুমদারে ।। মাগী ঈনা নামৈরাকপম বল্লারাম নাইওইনা লাক্কে । য়ুমঙাকপা ঙাংবশু লাক্কে । নামৈরাকপম লাবা লাক্কে ।। রাংথৈ তিন্নবা নামৈরাকপম অকোং লাক্কে । ময়াং কৈনো তাবা নামৈরাকপম কুঙরামগী য়ুম্মি ।। কুঙরামদগী খাইথিবা নামৈরাকপম খাবা লাক্কে ।। হৈরাংখোই তাবা নামৈরাকপম গোবিন্দো রামগী য়ুম্মি ।। ইবুংশি হরিচোরন্দগী নামৈরাকপম নরায়োন লাক্কে ।। শগোলবন তাবা নামৈরাকপম পীবা ঔরাদা লৈখি । মথং গোবিন্দোনা য়ুম ঙাক্লি ।

---

## ২৯ নং মৈতৈঙ্ মোরাম্বগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৭৮ নোংদালাই কুমশিং ১২৭০ কুমশিদা মৈতৈঙ্ মোইরাম্বনা নোংবাল্লোন খুমন খোম্বী লোক্লনা নিংথৌ ওইরে ।। অঙোম নিংথৌ মুংশেম্বা, মোইরাং নিংথৌ মোংজাম্বা, খুমন নিংথৌ ফমদাবা চরনবা, লুপলেন লাকপা, থৌজরুপলাকপা, কোংজরুপলাকপা,

লুপাগুপলাকপা, চিংঙে চিংজরূপ লাকপা, থাইজমিলাকপা কমদৌ ৬৪, নোংদম মরু নোংথাইহনবা, কাইবিরোন মরু-থেগ্রাইবা অমিলা শিন্দুনা মৈতৈঙ কংলৈ পুংমাইয়োনগী পিবা ফন্বান ভোংদুনা ময়ুম ৭ পু রায়েন থোপু শিন্নরে । লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩০৯ নোংদালাই কুমশিং ১২৭১ কুম অশিদা মৈতৈঙ মোইরাম্বা = মোংজাম্বনা ইবেম্মা অপান্বী উশম চনু অঙোবীবু লোই, মতুংদা য়াওরোইবম চনু ( হেমা ) লৌদুনা পাম্মে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৮৬ নোংদালাই কুমশিং ১২৭২ দা মৈতৈ লৈমরেল্ল খুমন থোন্নী রাঙোন শঙ্গুমদুনা মচা ইবুংঙ ( থাংপ্পী লানথবা ) পোকই ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৮১ নোংদালাই কুমশিং ১২৭৩ দা ইবেম্মা উশম চনু অঙোবীমা মচা ইবুংঙো ( লোইচাওম্বা ) পোক্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৩৮৫ নোংদালাই কুমশিং ১২৭৭ ইবেম্মা অপান্বীনা য়াওরোইবম চনুনা মচা ইবুংঙো ( য়াংলৈওম্বা ) পোক্লে ।। কুম অশিদা মৈতৈঙ মোইরাম্বনা নিংথেমনুবী থোংজাওবীগী মফমদা তাংখ হাথরুদুনা থা ৪ গী ঈ নাওদাবু ( অনৌবা মুহো মিউত্তমদবদা = নৌপুনবদা পিখি ( মুংনবা হাইবনি ) ।। অত্তানোঙ্গীদমকপু মৈতৈঙ মোইরাম্ববু মোংজাম্বা মিংহুন্দ তমখি ।। পিবা ফম্বাল চহি ২৪ পাম্লি

---

## মৈতৈঙু মোংজাম্বগী নাওদানা য়ুমদাবা ঃ

হুইদ্রোম, য়ুম্নাম, লৈমপোকপম লোক্রাকপম, নাকনবম, মোইবুংলোকপম য়ুমনাম খোমিডোক তাবা কোনশম, শিংজমৈ তাবা য়ুম্নাম, কৈনৌ তাবা য়ুম্নাম

ইবেম্মা উশম চনু অপান্বীনা পোকপা লোইচা ওম্বনা রায়েনবম চনু মুংথোই ওম্বী পাম্নদুনা হুইখোংয়াইগা, য়ুমঙোথঙ লৈনম্বগা, নাকনবগা ৪ মক পোক্লুনা হুইখোংয়াইগী ঈনা ( হুইদ্রোম ) য়ুমদারে ।। খাগেমপল্লি তাবা হুইদ্রোম পিবাগী য়ুম্লি ।। হুইদ্রোম বলারামগী ঈনা পোৎশংবম খোংদা লৈবা হুইদ্রোম ধনঞ্জয়গী য়ুম্লি ।। ধনঞ্জয়দগী থাইবা নোংমৈবুং তাবা পিবাদি ওইরাদা লৈখি ।। মথং ব্রজকালানা য়ুম ভাক্লি । হুইদ্রোম ভাংখোম্বা লাক্কে ।। হুইদ্রোম গৌরশিঙ্গী য়ুম্লি ।। মোইরাংদগী হুইদ্রোম ময়াম্বা লাক্কে ।। পানা থাংবা হুইদ্রোম শ্যাম কহ্নাই লাক্কে ।। রাংখৈদগী হুইদ্রোম ভাংলম লাক্কে ।। হুইদ্রোম প্রেমচান লাক্কে ।। রাইখোং লৈমনাই তাবা হুইদ্রোম লুদ্রসিঙ্গী য়ুম্লি ।।

২ — য়ুমঙো থংবনা য়ুম্নাম য়ুমদারে ।। য়ুম্নাম স্নাখিনবম মোইরাংখোম মথা তাবা নিয়োরশিঙ্গী য়ুম্লি অহন চন্দ্রমনিদি নোম্লি ।।

৩ - মনাও লৈনম্বনা লৈমপোকপম য়ুমদারে ।। মহাবলি উনিং তাবা লৈমপোকপম পার্থগী য়ুম্মি ।। পার্থদগী থাইখিবা রাইথোংতাবা শ্যাম ।। শ্যামদগী থাইখিবা লৌক্রাকপম শাগালবন তাবা মধুমঙ্গোলগী য়ুম্মি ।।

৪ — মনাও নাকনবনা নাকনবম য়ুমদারে ।। চিঙ্গোন নিংথৌ শংবা নকনবম উদ্ধোপসিঙ্গী য়ুম্মি ।। উদ্ধোপগী থাইখিব নকনবম ময়নন্দগী য়ুম্মি ।।

ইবেম্মা অপাম্বী য়াওরোইবম চম্নুনা পোকপা মচা ইবুংঙো য়াংলৈঙম্বনা য়ুম্নাম য়ুমদারে ।। মাগী ঈনা য়ুম্নাম মোইবুং লোকপম মোইরাংথোম তাবা যদুনাথ অচম্বা ময়ুম্মি ।। রাংথৈদগী য়ুম্নাম জুবশিঙ্গী য়ুম্মি ।। হাওবমদগী য়ুম্নাম অত্রায় লাক্লে ।। সং অহন্দগী য়ুম্নাম ( অহোংকৈ তাবা ) পিবাদি ময়াংদা লৈখি । মথং অপুংতোম্না য়ুম ভাক্লে । য়ুম্নাম পেনা খোংবা পিবা ঔরাদা লৈখি ।। মথং গোপাম্না য়ুম ভাক্লে ।। কোংবদগী য়ুম্নাম মরেম লাক্লে ।। হাওবমদগী মাইমু লাক্লে ।

মৈতৈঙু মোইরাম্বনা নিথেমনুবী খোংজা ওবীদা=থোকচাওবীদা তাংথদুনা থা ৪ নাওবু অনৌবা মুতোন মিউত্তমদবদা পিখিবা নিংথেমনুবীনা লন্নুন পোকই । মাগী ঈনা থোম্মিতোক তাবা কোনশম শাক্তৌগী ঈনি ।। থোম্মিতোক তাবা কোনশম দুর্গবিরশিঙ্গী য়ুম্মি । থাইখিবা শিংতমে তাবা য়ুম্নাম নিলধজগী য়ুম্মি । কৈনৌ তাবা য়ুম্নাম ভগাসিঙ্গী য়ুম্মি । য়ুম্নাম কোনশাব কোকপোম লাক্লে ।। লুপ অসি মৈতৈঙু মোইরাম্বগী মুংনব ঈনে ।।

---

## ৩০ নং মৈতৈঙু থাংপি লাম্বগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৪০২ নোংদালাই কুমশিং ১২৯৪ দা মৈতৈঙু থাংপি লানথবনা নিংথৌ ওইরে ।। মৈতৈঙু অসিনা মোইরাং নিংথৌ মোংজাম্বগী মক্কমদা কমদৌ ৬ থক থাখিদুনা মচাম্নুপী মোইরেন তোমপোকপী ইরাংলোনবু মৈতৈ লৈমা ওইনবা হায়জলুবদা মৈতৈ নিংথৌ মোংজাম্বনা পোকপদা ইচা নিংতোল থাজনিংদে হায়দুনা কমদৌ ৬ পু উকাইনা পিদুনা হন্নক্লে ।। রারম অদু মৈতৈ নিংথৌনা তাবদগী তাখিদুনা লানমী শেমদুনা হিগী লানমী ১০০ হি তোংদুনা লোক্তাক মৌনবা কুমহনখ্রে ।। শাগোল লানমী ১০০ না মৈতৈঙুনা লোইনদুনা নিংথৌথোং মশাং কুমথরকুনা ভৌ ভাংতোই মৌনা লান্দারকুনা মোংজাম্বগা মৈতৈ লানমীগা য়াম্না কন্না লান শোক্লরে, মোইরাঙ্গী খুদোং থরা খিদুনা থাংজিং চীংথক্তা তেজোল অমুক শাদুনা ঙমিং হুম্মি লান শোক্লে ।। মৈতৈ লানমীনা হৈবা শিংবা হেন্দুনা লানবনবু থুগায়দুনা মোইরাং নিংথৌ মোংজাম্ববু ফারে ।। মতম অদুদা ইরাংলোন

ইবেম্মা য়োইরেন তোম্পোকপীনা মাপী লোইনবী থরগা লোইননা মৈতৈঙু-গী মফমদা হায়জরে, "মৈতে নিংথৌগী মচা পুক্লিং থূংনবা মচা থোগন কংজগে লাইবক থিবীবু পোক্লবা ইপাগী থরাইরদি কনবীয়" হাইনা চংজরে ।। মতুং অতুদা মোইরাং মোংজাম্বশু মঙক্লা ফি য়েত্তুনা মৈতৈঙু-গী মফমদা নোক্লকপা রাহৈনা হায়জ চংজহুন মমোম ইবেম্মা য়োইরেন তোমপোকপীবু কত্তুনা অঙং অউন তম্মা লুহোংহুনা কংলৈ পুংময়োন্দা ইল্লক্লে ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৪০৩ নোংদালাই কুমশিং ১২৯৫ দা ইরাংলোন ইবেম্মা য়োইরেন তোম-পোকপী মৈতৈ লৈমরেল হাপ্তুনা মৈতৈঙু থাংপি লাম্বব পিবা ফম্বাল তোংনবা থৌরাংলে ।। অঙোম নিংথৌ তাংশোম্বা ।। মোইরাং নিংথৌ মোংজাম্বা ।। খুমন নিংথৌ য়াওশোম্বা ।। লুয়াংনা লুপ্লাকপা, থৌজরুপ্লাকপা, কোংজরুপলাকপা, লুপারুপ্লাকপা, চিংঙে চিংজরুপ লাকপা, খাইজশি-খাইজরুপ্লাকপা ফমদৌ ৬৪ গা নোংদম মরু নোংমাইহনবা, মরু মচা থেংগ্রাইবা অসিন-চিংবনা শিল্লাংহুনা পিবা অহুম্না ইরু মাইতাহুনা ময়ুম ৭ কী পিবা লুচিংবা হাপ্লে ।। ফম্বাল কুমজা অসিদা মরিংনা ইরাং হৌরকুনা মৈতৈঙুনা থোংলেংহুনা চংলম লুতিনবু কাওদনবা রাল্লক রাতেমহুনা চংহল্লি ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৪০৪ নোংদালাই কুমশিং ১২৯৬ তা মৈতৈঙু থাংপি লাম্বা পিবানা ইবেম্মা অপাম্বী নিংথৌ তোরা চন্নু ১ লৈমথুবী, ২ ইংগুদম চন্নু, ৩ য়াংকোক-পম (য়াংকোইশু) চন্নু, ৪ থোংবম চন্নু, ৫ লৈশাংথেম চন্নু থাংজাবী লৌহুনা ইবেম্মা ৬ পান্নে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৪০৫ নোংদালাই কুমশিং ১২৯৭ কুম অসিদা ইবেম্মা ইরাংলোন লৈমাথুবীবু রাঙ্গোন শঙ্গুমহুনা মচা ইবুংঙো (খুমোংবা পুংমিম্নবা) পোক্লে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৪০৬ নোংদালাই কুমশিং ১২৯৮ দা ইবেম্মা অপাম্বী নিংথৌ তোরা চন্নু লৈমাথুবীনা (মচা নেনাখাবা) পোক্লে ।। কুমশিদা থোংবম চন্নু অপাম্বীনা (লোইচাওবা) পোক্লে । ইবেম্মা অপাম্বী ইংগুদম চন্নুনা (কাকপা থরাম্বা) পোক্লে ।। ইবেম্মা লৈশাংথেম চন্নু থংতাকপীনা খোনৌবা পোক্লে ।। লাংবচক্কী কুমশিং ৪৪২৪ নোংদালাই কুমশিং ১৩১৬ তা মৈতৈঙু পুরাম্বনা পোক্লম্বা মচা ইবুংঙো কোংয়াম্বনা মপাগী লমন শিঙ্গে রাথন্দুন লান্দরকুনা লান্দা থাংপি লাম্বা থুপখি চহী ২২ পাল্লি ।। পুন্সিনা চহি ৪৪ নি ।

---

## মৈতৈঙু থাংপি লাম্বগী নাওদানা য়ুমদাবা ঃ

নোংমাইথেম মচারাইপম, খুমন চারাকপম খুমন চারকপম অহৈবম লাংপোক্লাকপম, নোংথোনবম, নিংথৌজম, চোংথাম তিনবা নিংথৌজম, নিংথৌজম য়ুম্নাম তিনবা খাইবা শিঙ্গাম, য়ুম্নাম শোরেনশংবম,

খাইবা এরশেনবম, খাইবা শোরাম, নাকনবম শোরাম, খৌদাম, খৌদাম্না পেবম ওনবা, খাইখিবা তোম্নবম, শাগোলশেম, ঙাখেম্না হোদাম ওইখিবা, সনসম. নাম্বৈরাকপম. খোইরাকপমদগী লাকপা রাম্বৈরাকপম,

মৈতৈ লৈমরেন ম্নোইরেন তোমপোকপী লৈমা খুনীনা পোকপা খুমোংবা পুংমিন্নবনা ( নোংমাইথেম স্নারাইপম ) য়ুমদারে । খুরাই তাবা নোংমাইথেম স্না রাইপম কামুদরজি নোঙ্গি —লাক্লে ।

ঙবেস্মা অপাম্বী নিংথৌ তোরা চস্নুনা পোকপা স্নাইনেনা খাবনা ( খুমন চারাকপম য়ুমদাবা হোরে ।। মাগী মৈনা খুমন চারাকপম রূপসিং ।। মাগী মৈন ( চীংঙা মথা তাবা ) খুমন চারাকপম পিবদি ঔরাদা লৈখি । মথং পিবশু ময়াংদা লৈখি । মথং ভুবোন্না য়ুম ঙাক্লে । ( খুরাই তাবা খুমন চারাকপম ) অহৈবম কুঙি ধজ.গী য়ুম্নি ।। খুমন চারাকপম গঙ্গরাম লাক্লে । খুমন চারাকপম অহৈবম শিংজমৈ তাবা ইন্দ্রগী য়ুম্নি ।। ( মথি তাবা ) খুমন চারাকপম অহৈবম চাওবতোনগী য়ুম্নি ।। চাওবাতোম্বগী খাইবা দয়ানন্দগী য়ুম্নি ।

ঙবেস্মা অপাম্বী য়াম্বোইশুনা পোকপা স্নারেম্বনা ( লাংপোকলাকপম ) য়ুমদারে ।। মাগী মৈনা লাংপোকলাকপম জয়সিঙ্গী য়ুম্নি ।। নখুব মপান তাবা লাংপোকলাকপম পিবা ঔরাদা লৈখি । মথং চন্দ্র বোদোন্না য়ুম ঙাক্লি ।। ( কৈবি তাবা লাংপোকলাকপম ) কপুইদি খাংজমদা নাই ওই লাক্লে ।। খুরাই তাবা লাংপোকলাকপম পিবাদি ময়াংদা লৈ । মথং জয় সিংনা য়ুম ঙাক্লি ।।

( খাইখিবা নিংথৌজম চরাংপাৎ তাবা ) খম্বা লাক্লে ।। নিংথৌজমদগী খাইখিব নাকনবম খুরাই তাবা ) শেখোরশিঙ্গী য়ুম্নি ।।

খাইখিবা লাংপোকলাকপম চিনগাংবম গোপিচোরোনগী য়ুম্নি ।। ( জম্বরশিংদগী খাইবা নোংথোনবম ) অঙাতোন, লাংপোকলাকপম শিঙ্গ ভমফা মনাই শ্যাম রুমা লাক্লে । ( লাংপোকলাকপম খুরাই তাবা ) পিবাদি ময়াংদা লৈ ।। মথং পুকচাওনা য়ুম ঙাক্লি ।

খোংবম চস্নুনা পোকপা ইবুংঙো লোইচানা নিংথৌজম য়ুমদাই ।। মাগী মৈনা ( থৌবাল তোমজিন তাবা শ্যামগী ) য়ুম্নি । ( খাংমৈবন তাবা নিংথৌজম ) কৈরাবগী য়ুম্নি ।। ( য়ুমনাখোং তাবদা লৈবা নিংথৌজম হেমাশিঙ্গী ) য়ুম্নি ।।

( চোংথাম তিনবা নিংথৌজম ) চীংঙা মখা তাবা থোকচাওগী য়ুম্নি ।। নিংথৌজম য়ুম্নাম তিনবা থিঙ্কৈন্দগী ককরা তাবা লিসান্দগী য়ুম্নি ।

থাথথিবা ( শিংগাম য়াইস্কুল তাবা শ্যামচন্দ্রগী য়ুম্নি ।। কৈরাওদগী নিংথৌজম খুরুপগী য়ুম্নি ।।

থাইথিবা য়ুম্নাম শোরেনশংবম গুবোল শিজী য়ুম্নি ।। থাইথিবা ( এনশেনবম জর্জশিজী য়ুম্নি ।। থাইথিবা ( শোরাম শগোলবন তাবা পিবাদি ময়াংদা লৈথি । মথং চন্দ্রশিংনা য়ুম ওাক্লি ।।

থাইগুবা ( নাকনবম শোরাম ) যগুগী য়ুম্নি ।। নাকনবম শোরাম ঘনশ্যামগী য়ুম্নি শনজেং-থোংশংবা নাকনবম শিথা লাক্তে ।। শংশং কৈশংবা নিংথৌজম মরিং লাক্তে ।।

ইঙ্গুদম চম্নু অপাগ্নীনা পোকপা কাকপা খরাম্বনা অভোপাম্বা চম্নু পাম্নচুনা থৌতাবগা, হোদিকাগা, হোদজা অহুম পোকুনা তোদিকাগ, হোদজদি ময়াং লৈবাক্তা লৈরুরগা থোরকুনা লৈরৈএ ।

থৌভাবমা ( থৌদাম ) য়ুমদারে ।। মাগী ঈনা খুরাই তাবা বলদেবগী য়ুম্নি ।। অহুন থৌদাম রোমা= কান্তদি নোম্নি ।। বলদেবদগী থাইবা মহাবলি মনিং তাবা থৌদাম পোবিত্রগী য়ুম্নি ।। থৌদাম খেমসিঙ্গী য়ুম্নি ।।

( থৌদাম্না পেবম ওনথিবা ) থৌদাম পেবম জাতিশ্বরগী য়ুম্নি । হৈয়েলদগী রাংখৈ তাবা য়ুম ( থৌদাম পেবম ) নবচন্দ্রগী য়ুম্নি । য়ুম্নাম অকোং লাক্তে ।। থৌদাম শ্যাম লাক্তে ।। থাইথিবা ( তোম্নবম মুহোনশিং, নোংথোনবম অতেঙ্গাও, নোংথোনবম অয়াম হনবা লোইচা লাক্তে ।

হোদিকাগী ঈনা ( শাগোলশেম ) য়ুমদারে ।। চীংঙা মখা তাবা শাগোলশেম ময়ুরধজগী য়ুম্নি ।। ককরা তাবা শগোলশেম মদনসিংগী য়ুম ।। থাইথিবা শাগোলশেম ফৈজাও ।।

( ভাথেম্না হোদাম ওইথিবা ) নম্বুল মপাল তাবা পিবাদি ঔরাদা লৈ ।। মথং হোদাম দেবসিংনা য়ুম ওাক্লি ।।

হাওবমদা লৈবা শাগোলশেম পিবাদি ময়াংদা লৈ ।। মথং নম্বুন তাবা রত্না নন্দনা য়ুম ওাক্লি ।। হৈয়েন্দা লৈবা ভাথেম শোলবা লাক্তে ।।

হোদংগী ঈনা স্নসম য়ুমদাখি নহারুপ লাকপা চিংঙামথক তাবা স্নসম পিবাদিময়াংদা =ঙখেলদা লৈখি । মথং ধর্ম্মশিংনা য়ুম ঙাক্লি । ধর্ম্মশিংদগী খাইবা বলরাম সিংনে ।। ( ওইনাম থিংঙেন তাবা স্নসম জিবনন্দগী য়ুম্নি ।। স্নসম রিপুজিংকী য়ুম্নি ।। ( স্নসম ওইনাম থিংঙেন তাবা ) হেরান্দগী য়ুম্নি । কাংঙমোং তাবা স্নসম পিবা ময়াংদা লৈখি ।। মথং চন্দ্রশিংনা য়ুম ঙাক্লি ।। স্নসম মরিং লাক্কে ।

ইবেম্মা অপাম্বী লৈশাংথেম চন্নু লৈমা থংজানা পোকপা খেন্নৌবনা নামৈরাকপম য়ুমদারে । মাগী ঈনা নামৈরাকপম নোদিয়া, চিংথম গৌরনে ।। মাগী ঈনা নামৈরাকপম গোকুলগী য়ুম্নি ।। অজন খারেন লাক্কে ।। বলারাম লাক্কে ।। লাইবা লমলোই লাক্কে । ইবেংবম তাবা নামৈরাকপম বলরামশিংগী য়ুম্নি ।। ( খ্বাইরাকপমদগী লাকপা নামৈরাকপম ) কোংবগী য়ুম্নি ।। ( কবো লৈকাই তাবা নামৈরাকপম পিবা পাঙলদি ঔরাদা লৈখি ।। মথং কৈরাবনা য়ুম ঙাক্লি ।। মথং চিত্তরায়া য়ুম ঙাক্লি ।।

— মঙাশুবা শরুক লোইরবা —

